"... অদু, নহাক লান্নদি লৌগনু! নহাক্না ঙসাই অয়ুক থারম্বা গুলাপ্তুগী মখোঙদা নহাক্কী লুহোংবগী পোৎপাং মচা অমত্তং হোরেন নুমিদাংগী পূং ১১ তাবা মতমদা থন্নমগে? নহাক পোৎশক্রুবু লৎনদনা লৌশিনবীয়ুকো।"

"ঐনা মায় থকপদগী ইচাবু লান্না লৌরুরে, মোইপাবুংনা হায়বনা চুম্লগ্রে, মখুত্তা শিহনবা খুদোপ, খুজি, সনাগী লৈতেং অমত্তা পুদনা লৌথোক্লগা থনম্মী। ঐদি মাগী থম্মোয়না অদু য়ৌনা শেংলমগনি হায়বদি খনবু খল্লুদে।"

"অদুক ব্রাংখ্রবা ইচাগী থম্মোয়দুদা নঙনা মকহনগে খল্লুরিবদু পাপকী মশক্লি।"

"ইমা! ঐ পামদ্রে, ঐ মখোয়গী মশকসু অমত্তা য়েংজরোই। মখোয়গী মশক য়েংলুরগা ঐগী থম্মোয়দা য়েক্রুনা লৈরিবা চীংখৈগী মুর্তিগী মগুণ হচ্ছরকপা য়াই। মাগী মশকসে ঐগী পূম্সিনা লোইহিন্দ্রিমখৈদি ঐগী থম্মোয়নুংদা অসুম য়াতাদুনা লৈজসনু!"



# গুনাম্বুগী মখোঙদা

(উপন্যাস)


অইবা : ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ

লৈফম : শিংজমৈ চীংঙা মখোঙ চোংথাম লৈকায, ইম্ফাল মণিপুর,
টেলিফোন : ২৪৪৭৬১১

ফোংজবী : ময়াংলম্বম ওংবী রাজকুমারি থোইবীস্না দেবী

অহানবা ফোঙবা : ১৪/৬/২০০৯ ইং, ইঙাগী ২১ নি পানবা, নোংমাইজিং

কোপী রাইট : অইবা

কোপী মশীং : ১১০০ (লীশিং অমা চাম্মা)

মখুম : শ্রীহুইবেম সোমোবেন্দ্র সিংহ

মমল : লুপা ১৫০/-

লাইরিক ফংফম : অইবগী য়ুম অমসুং রাজেস বুক স্টোর।

প্রুফ রিডর : অইবা

নম্ফম : লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।



## কচ্চবা

অবাম্বম ইবুংত্তোহল (বাজকুমার) সিংহ, ভিল্লেজ: খালজুর, পি. ও. সিঙ্গারি, কছাব ডিস্ট্রিক, আসাম; ঈশ্বর ভক্তিদা থবায় লুপচবা, খুন্দুদা লৈবিবা মীপুম খুদিংনা নুংশিবিখিবা অচুম-অরানগী বীচাবদা খুল অমদি লৈকাইনা মহাক্কী বাবু লূন্না লৌবিদুনা ইকাই খুম্নবিখিবা খুলদুগী মশক নাইবা মীওই অমা ওইখিবনি।

লমতাগী ১৯ নি পানবা নোংমাইজিং, তাং ১৫/৩/২০০৯ ইংদা শ্রীহরিগী চরন্দা চঙজখ্রবা বৈষ্ণবগী মফমদা তোল্লবা নচাগী লাইরিকসি কচ্চরি।

তাইবংপান্দা হিংলিঙৈদা শকউনখ্রিদ্রবসু পাবুংনা থম্বীরম্বা ইচাশিংগা লৈনহৌরিবা মরীসিনদি তুংলমচৎকী অচেৎপা মরী অমদি ওইহৌরনি। পাবুংনা লাইরৈবাক্তগী মসিমত্তংদি উবিরকউকো!

*তোল্লবা নচা*

**ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ**

# অইবগী ৱারোল

শক্লাইরবা অইবা কয়ানা মতম কয়াগী মমাঙদগী মণিপুরী সাহিত্য লৈকোলদা মাগী-মাগী তোঙানবা থম্মোয়গী লৈকোলগী ফজ-ফজবা লৈবাং চারা খল্লগা ফুক্লুনা থানরম্বা লৈরাং পাম্বীশিংদা ঙসিদি মখল-মচুনা থল্লবা, মনম নুংশি-নুংশিববা লৈরাংশিংনা কৃষ্ণী-কালেন নাইদনা মনীং তম্না শাৎলরেদো! মণিপুবগী লৈকোলগী লৈবাংদগী হেন্দোক্লুনা অতোপ্পা লমদমদগী লৈবাং কয়া মসু পুন্না শার্থমিন্নরবসিনা মণিপুরগী সাহিত্যগী লৈকোলসিবু অমুক্কা হেন্না মশক থোক্না নীংথিজহল্লে।

ডাক্তর কমলগী উরীরৈ অমদি মাধবী; হিজম অঙাংহলগী জহেরা; বাংলা কবি শরতচন্দ্র চদ্যোপধ্যায়গী পারু; মশক ফজবা, নুংশিবা লৈনম চেনবা লৈরাং ঙাক্তনি। পাঙদ্রবা, থেঙনা থোরকপা অইবা ঐহাক্কীসু লৈরাং চারা খরগী কোলোম শেমজবনি, ঐগী পূক্লিং লৈকোলদা। লৈরাংগী চারা খরসু হান্ননা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোলদা ফুক্লগা থাজত্রবনি। রোমোনিগী বোমোনি, পূকচেলগী ইবেমপিশক; শম্বলগী বৃন্দা, ঈচেলদগী মতাইদগী থাজমানবী অমদি মেরী। লৈবাংশিংদুনা পাম্বীদা লৈশাৎ তমজরবসু মনমদি শন্দোকপা হৌরকপদা মঙায়রি।

হন্দক অমুক থাজগদৌরিবা লৈরাংসিগী মমিংদি চীংখৈঙানবী হায়না কৌবীনি। থম্মোয় শেংজবী, লৌথুপ লৌকোই লৈজদবী, খুঙ্গংদগী চারা ফুক্লগা পুরক্লুনা ইরোইশেনবগী লৈকোলদা কোলোম শেমজরুবনি। য়াম্না চমজবী লৈরাংনি। নুংদা নুংশিবা লৈনম্না থম্না য়াওরগসু লৈরাংগী কোলোম শেম্লুবা মফমদু পাৎথি-কোমথি খজিক ওইখিবনা লৈরাংনা লৈশাৎ তম্নিংলকপা মতমদা ওল্লাং-ওনশাওনবা ফিভম অমা মাইয়োক্লরকখি। লাই অমনা ইনশিনবীরকপগুম লৈরাং চারাদু অমুক ফুক্লগা মফম হোংদুনা লুরাংশঙবমগী লৈকোল য়ৌরকখি। হৌজ থেংখাঙ কয়ারক্তসু লৈরাংগী পাম্বীনা চান্নবা মফম ফংদবনা মরা তাবা ৱাজখি। অদুবু মপুগী থৌজাল ফংজবগুম; লৈরাংগী লৈশক মুন্না খঙবীবা, ৱাখল ৱাংবা ভদ্রলোক অমনা মাগী লৈকোলদা থাবী পুনা

অয়ুক-নুংথিলদা ঈশিং চাইবীবা, হার হাপ্পিদুনা শেম্বীবদগী অনৌবা ময়োল চোংলক্নুনা খঙহৌদনা শাহৌ ফবী ওইরকখি। পোমশাৎনবা উরকপদদি লৈরাংবু কল্লক্কবা তাইবং কনা লৈরকত্রে। নুংশিবা লৈনম্না তপ্না-তপ্না লৈকায় পল্লাল্লকখি। নোংমা বসন্তগী নীংথীবা অয়ুক অমদা লৈরাংগী নুংগী ফজবা মশক খঙবা খোইমু নহা অমখক্লা লৈরাংসিবু থনুং য়ৌনা খোয়দাজখিবনি। হৌজ থেংখাঙ কয়ারক্তা কায়ন-মৈশা লাংদুনা অরাবা কয়া নংখ্রবসু খোইমু অমদি লৈরাং অনীগী নুংগী ফজবা পূকচেলদা ময়ি লৈবা উখিদে। লৈরাং-খোইমু অনীগী থম্মোয় চেৎপা মতৌদুদা অউবা লাই ফাওবা মখোয় নীগী মায়কৈদা লেপ্লিখ্রমাগ্রে। লৈরাংগা খোইমুগা রাইথুংনজখ্রে।

পাঙদ্রবা অইবগী রাখলনা লাম্বা ফংবা অরাংবা উজাও অমগী মতোলগী কারোং অমদা লৈরাংসিবু থাঙ্গৎচরগা মীয়াম উনবা শাৎহঞ্জনীংই। তোমথিন ঙানবী হায়রীদু ওইহঞ্জনীংই। উরীরৈ, মাধবী, জহেরা, পারুনচিংবনা ফজবা ফিজোল থোন্দুনা, সনা-লুপাগী লৈতেং শিদুনা মণিপুরী সাহিত্যগী লৈকোলদা মাঙগী পরেংদা ফম্নখ্রবসু; ঐগী চীংখৈঙানবীবুসু মাগী শঙ্গোম শুম্বদা শেৎখিবা অমনবা ফিজোলদু শেৎলগা মতাই-ওইরপ্নদি ফমহঞ্জনীংই। খঙদে, ফিজেৎ মোৎলি হায়দুনা ইয়োকপিরকদ্রা ? মদুদা মাবু নুংশুক-নুংজাননা, ফমফম ফংদবগী ইকাইজবদুনা পিরাং অমুক্তা শীহুহল্লবদি মহাক মণিপুরগী রাংমদা কছার লমদমগী থ্বালজুর খুঙ্গংগী য়ুবী, কা পাম্বীগী মরক্তা শাৎলুবা তাবনি।

লাইরিকসিবু ইজরিবনা রারীগী মচাক শেম্বদা য়াওহঞ্জনীংমনখিদুনা কছারগী মতাং খরা হাপচরুই। লাইরিকসি ইং ২০০৫ দা ইবা লোইরগা কছার চৎপগী খুদোংচাবা ফংজদবদগী ফোঙবা ঙমদনা লৈরকপনি।

উপন্যাসসি হান্না রারী মচা ওইন। ইজরম্বদগী ঐগী ইনাও বীরেন হৈখম্বা, এ আই আরগী এপ্রুফ লিরিসিস্ট, হান্নসু ঐগী ফোঙখ্রবা লাইরিক খরদা চাউনা মতেং পাংবীখিবা, ইনাওসিনা — "ইয়াম্বগীসি উপন্যাস ওয়োকসি" হায়না তাকপিরকপদগী উপন্যাসতা ওয়োকচখিবনি। লাইরিক অসিদা ইনাওগী ক্রেদিত চাউনা য়াওই।

হন্দক য়াওশঙ মতুংদা ইনাও অসিগী কছার লমদমগী থ্বালজুর হায়রিবা খুঙ্গং অসিদা চহী কয়াগী মমাঙদগী খুন্দা লৈতাদুনা লৈখ্রবা 'পু' মরীগী মপাবুং অমা লৈতবগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মা য়াওবা চৎপদা ঐসু মাগী মতুং ইন্দুনা নুমিৎ হুম্নিখক থ্বালজুরদা লৈজরুই। মদুদা লৈখিদ্রবা পাবুংদুগী মচানুপা অহল অরাম্বম বিক্রম্না রাফম অমখক

ফোঙদোরকখিবা অমদি ঐনসু কছার লমদমদা খুন্দাদুনা লৈহৌরিবা মৈতৈ ঐগী ঈগী মরীদা হেন্না চেৎশিলহন্নীংবগী বাখল অমদা হন্দক ফোঙগদৌরিবা উপন্যাসকী লাইবিক অসি লৈখিদ্রবা ইপা শক্রবা অরাম্বম ইবুংঙোহল (রাজকুমার) সিংহ গী চরন্দা কচ্চবনি।

হন্দক্কী তরামাথোইশুবা লাইরিক অসিসু শ্রী জয়প্রকাশ (জপু) শর্ম্মা অমদি ক্ষেত্রিময়ুম ওমোবজিৎ অনীনা কমপ্যুটরদা নম্বীবনি। ইনাও জয়প্রকাশনা ঐগী লাইরিক তবা নম্বীখ্রে। মসিগীদমক ঐনা মাগী মফমদা করম হায়না থাগৎলগা মানা পেনবীগনি হায়বা খঙজদে। পূক্সিসিদা মাগী শিংবা ঙম্নবোইদবা লমন অমদি তোনশিন্নবনি।

লময়ানবা প্রিন্টর্সকী মেনেজর, ইনাও তাওরেম মঙ্গিবুসু ঐনা কাউগদবা লৈতে। ঐগী লাইবিক নমগনি হায়রুবদা মীনদি মাগা হান্না তান্নৌ হায়ববসু ঐদি মাগা তান্নরমদনা ইনাও জয়প্রকাশতা চঙলগা "শর্ম্মা! লাইবিক নম্বা হৌরসি" হায়রগা হেক্তা হৌবনি। মসিবু নৎত্রা মীওইবগী অফবা মবী হায়নরিবদু।

লময়ানবা প্রিন্টর্সকী বাইন্দিং সেক্সনগী মকপ-মপাংশিংসু ঐগীদি ইমুং-মনুংগা চপ মান্নরে। মীওইবনা মী ওইনা হিংমিন্নবদা অমনা অমগী মতেং পাংনদনা কৈদৌঙ্গেদসু মহয় য়ান্না হিংবা ঙমদে। অরুম্বা পোৎ অমা কোক্তা থোনগৎলমদাই অমদি থারমদাইদা মতেং পাংনবা মী কোইয়েং য়েংলিবদো মসিগী চপ চারবা খুদম্নি।

লাইরিক অসিগী মখুম য়েকপিরিবা ঐগী ইনাও হুইরেম সোমোবুসু ঐনা হায়নিঙাই লৈতনা থাগৎচরি।

অরোইবদা লাইরিক অসিবু পাবীবা মতমদা অশোয়-অঙাম বনান্নচিংবদা লানবা য়াওরম্নবসু লান্দবা ঙমদবা মীওইবনি খন্না ঙাকপিগনি।

ঙসিদগী লাইরিক অসি মীয়ামগী মফমদা খুদোল তমজরে।

ইম্ফাল

তাং ১৪/৬/২০০৯

*অদোমগী*

**ময়াংলম্বম কান্দেশ সিংহ**

# অইবদা ইবিরকপা চিঠি

ইবুং শক্রবা অইবা মিং ওইনা পঞ্জরবদা মমাংলম্বম কান্দেশ সিংহগী উপন্যাস ময়াম্বা পাজম্রে, ঐনা পাজখিবা লাইরিকশিংদা, ইবুংনা ইথোকপীরকপদা ঐগী পুক্সিদা হৌজিক হৌজিক ইশাদা থোকলিবগুম থম্মোয়সি অবাবা থৌদোক্তা শোম্বুবগুম, নুংঙাইবদা শরুক য়ারুবগুম হায়নীংঙাই লৈতনা নুংঙাইজে। বারী অমা মপুং ফানবা হোৎনবদা মফম, মতম অমদি মীওই মীতৌশিং শৈথারকপা অমদি শরুক য়াহল্লকপদা হেক অওইবা থোকখিবা থৌদোক্কুম মীৎতা শঙশংনা উদুনা লৈ। লাইরিক খুদিংমক পাবা হেক হৌরুবদা লেপনিংদবা, লোইবা ফাওবা পানীংবগী গুণ অমা অদুম চেল্লি। অমুক বাবা, অমুক নুংঙাইবা তাইবঙ মীওইবগী ঈশ্বরনা তম্বীরক্লবা খুদোলবু মতাং চানা অবাবা অমুক মায়োক্লা; পোলোইদা অমুক নুংঙাইনা লেনখিবা মসি ইবুংগী অইবগী লানফমদা মায় পাকপনি হায়না লৌজনীংই। মতুংদসু হেন্না-হেন্না ফজবা উপন্যাস কয়া ইবীদুনা মণিপুরগী প্রজা কয়াবু বাখল লৌশিং থোকহনবদা মতেং পাংবা ওমহনবীয়ু হায়না অল্লাহগী মফমদা ইবুংগীদমক থৌনিজগে।

*ইবুংগীদমক অল্লাহদা থৌনিজরীবি*

**মমতাজ বেগম, লিলোং**

# গুলাপ্তুগী মখোঙদা

মণিপুরদা মতম অমদা প্রজাগী যাম্না কান্নগদবা থৌবাওনি হায়না পায়খৎখিবা "লোক্তাক হায়ড্রো ইলেকট্রিক পবাব প্রোজেক্ট" অসিনা ঙসিদি খুঙ্গং কয়াগী লৌউ-শীঙউবনা মকওইবা শিনফম ওইরগা হিংজবম্বা লৌমী প্রজা কয়াগী ইমুংশিংবু হায়নিঙ্গই লৈতনা বাহনবীরে। চহী কয়া লীশাঙ শিংনা অফবা লৌরোক ফংদুনা লৌফমশিংদগী কাবকপা কুমগী ফৌনা ফৌগে চোম্নম্বদু ঙসিদি ঈশিংনা লৌ পানবা য়াদ্রবনিনা বাবদা খম থেংলে। চহীগী কাবকপা ফৌনা চাবদগী হেন্দোক্লুনা অবেম্বদু তাইথোক্লগা মচাশিংগী মহে-মশিং তম্বা, ফিজেৎ-লৈতেং, কুমগী হরাউ-কুম্মৌ, কৈরোয়-লৈকাযগী মকওইবা থৌদোক্কী পোৎয়েং-চৈয়েং লোইনা কোম্নবম্বদু ঙসিদি মিপাল তাংদবা য়ারক্রে। হিংবগী মহাও লৌথোকপিববা পুন্সি মরেলদা হিংবা তারক্রে। চহী খুদিংগী দামগী ঈশিং মৌখৎলকপদগী লৌ পানবা য়াদদুনা মাঙলবা লৌফম কয়া মণিপুরগী খা মায়কৈদা মশীঙ খঙদনা লৈরে। মরম অসিদগী লৌ উবনা মকওইবা শিনফম ওইজরম্বা লৌমী কয়া হান্নগী লৌউবগী শিনফম থাদোক্লগা অতোপ্পা শিনফম থিবা অরাপ্পা মফমদা চৎহনবীখ্রে। হিংদবদি য়াদবনা অফং-অফংবা থবক থিরগা শুবা তারকপনা মীগী য়ুমদা শাইদাংদুনা লৈবা ফাওবা য়াওহনবীরে।

ইম্ফালদগী খা মায়কৈরোমদা কিলোমিটর হুমফুমঙারোম চৎলগা লৈবা বাঙু অমদি চাইরেন হায়রিবা খুঙ্গং অনীসিমক ইথায় বেরেজনা ঈশিং থুমজিন্দুনা শোকহন্নবা খুঙ্গংশিংনি।

বোয়াই বাঙুদা পোক্লগা বাঙুদা চাউরকপনি। অপোকপা তোমাল লৈখিদ্রবা তুংদা মমা লোইদাংনো বানা য়োকচদুনা মপানা থম্বীরম্বা লৌ পরী অমখক্তু উজবগা মমা-মচা কোম্না পাঞ্জরকই। মেট্রিক অহানবা থাবদা পাশ তৌরক্লবগী মখা তমথদনা মহে তম্বা তোকখি। মতমগী মতুংইন্না মাগী খুঙ্গংগী হৌমিন-কামিন্নরকপি পিশক্কা নুংশি মরী লৈনরক্লুনা চেন্নগা লুহোংই। ওন্নকপা চহীদা মচানুপী চীংখেঙ্গানবী পোকই।

চীংখৈঙানবীনা থা তরুক শুরকপা মতমদা বোয়াইবু পোকপি লোইদাং নোঙাখি। মমা লৈখিদ্রবসু মতমদুফাওবদি বোযাই থোইনা ৱাদ্রি। চীংখৈঙানবীনা চহী অহুম হায়রকপা, মনাহুৎপা কুমদগীনি বোযাইনা দষা মনম-মনম তাবা হৌরকখিবা। পিশক ব্রেস্ট কেন্সরনা নাবা হৌরকখি। বোয়াইনা পিশকপু ইম্ফালগী আর এম সিদা পুখৎলক্লুনা ডাক্তরশিংগা ৱা তান্নখিবদু শক ১৯৮২ গী ফেব্রুৱারি থাদনি। অদুবু অনাবদু স্টেজ খরা হেঞ্জিনখ্রে, অতোপ্পা খরা হেন্না ফবা মপানগী হোসপিটাল অমদা পুরগা য়েংহৌবনা ফগনি হায়রকখি। বোয়াইগী মখুত্তা পিশকপু মপাল লমদা লায়েংলুনবা অচৌবা শেনফম লৈরমদে। মহাক মাগী নুংশিজবী পিশক্কী থৱায় কন্নীংবনা ঙাওরম্মী। লৌ য়োল্লগে খল্লকই। অদুবু লৌফমদু খরা কুৎপনা মরম ওইরগা চহীদুমক্তদা ডামগী ঈশিং থুম্বা হৌরকপদগী য়োনবা শীৎত্রে। বোয়াই ফুম্বংনরে। কোন্নথংদা থৌবালদা চাউরেন কৌবা মাইবা অহৈবা অমা লৈরে, মঙোন্দা য়েংলবদি শোয়দনা ফগনি হায়রে। পিশকসু চাউরেন মাইবগী মনাক্তা পুরগা লায়েংবা হৌরে। থা অমরোম য়েংলকপদা কান্নবা ইফং-ফংদ্রে। মমৈদা হোৎনরুবা পূম্বা অরেম্বা তারে। বোয়াইনা মাগী নুংশিজবী পিশকপু কনবা ঙমখিদ্রে। পিশক শিবা মতমদা চহী অহুমগী মচা চীংখৈবু কোল্লগা বোয়াই থম্মোয়শোক্লা কপখি।

বোয়াইগী মৈচাক য়েংবা ঙমদ্রদুনা মবাই ইবোচৌবগা মাগী নুপী ক্বাকলৈগা লাক্লগা চীংখৈঙানবীবু মখোয়গীদা থম্লুরগে হায়রৈ। অদুবু বোয়াইনা মচাগী মশক্লা মমাগা য়ান্না মান্নবদুদা মবাইগী ৱাদুগী পাউখুম পীরমদে। অদু ওইরবদি নুপী অমা থিনবা তৌরসি অমুক হায়। মদুসু বোয়াইনা মচাবু নুপী অতোম্বীনা ওৎপিগদ্রা খনবদগী য়ারমদে। ৱানা-ৱানা লেল্লকপনা চহী ফারক্রে। পিশক্কী ফীৱোই মতম য়ৌরক্রে। ইমুংগী থবক ইনখাঙ অম'ম পাংনবা পিশক্কী মনাওনুপী তোনদোনবু ক্বাকলৈনা বোয়াইগীদা থিল্লকই। ইমুংগী থবক অম'ম পাংদুনা তোনদোন মচেগী ফীৱোই লোইবা ফাওবা বোয়াইগীদা লৈরে। ফীৱোই লোইরগা বোয়াইনা তোনদোনবু ময়ুমদা থিনবীরগে হায়বদা তোনদোন্না নোংমা-নীনি লৈখিগে হায়বদগী বোয়াইসু ৱা ঙাওবা ঙমদদুনা লৈরে।

পঞ্চমি নুমিত্তা ইবোচৌবা, ক্বাকলৈ অমদি লৈকায়গী অহল অমগা হান্না ৱা তান্নবা লোইরগা বোয়াইগীদা লাকই। অহন্দুনা বোয়াইদা তোনদোনবু কৈন্যা কৎপগী ৱা হৌদোরকই। বোয়াই ইক-আক'তা কৈন্যা কৎপদু য়াবদা তাখি।

অসুন্না বোয়াইগা তোনদোনগা অমুক পান্নদুনা লৌন-লৈনরকখি। তোনদোন মচেগুন্না মতৈগী অনীঙবা থুংহনবদা খরা ৱানা থোকখি। মহাক খম্বগী পাঙল খরা

ঝাৎতক তৌবনা বোয়াইগা লৈত-লায়রগী ঝা তাল্লবদা মঙোন্দগী কান্নবা ইফং ফংদে। মসিনা বোয়াইনা পিশকপু নীংশিংনবা মচাক অমসু তত্তনা পীবগুম তৌরে। ওল্লকপা চহীদা তোনদোন মচানুপী থোইনু পোকলে। চীংখৈঙানবী মনাও অমা ফংবদা কয়াদা হরাউজে। মাদি মতমদুদা স্কুল তম্বা হৌরবনি। বোয়াই মাগী লৌফমদি লৌ পানবা য়াদ্রবনিনা মবাই ইবোচৌবগী লৌশুবা য়াওরে। মবাইনা খাইরকপা ফৌ খরনা পাঙন-পাঙনবা চারগা লেপ্লি। তোনদোন্না কয়া শিংদবগা নুপীগী মতেংসু কয়া ফংদ্রে। চীংখৈঙানবীনা মনাও থোইনুবু পোবগা হেক-হেক শান্নে। নোংমদি শুমাঙদা শান্নরিঙৌদো মশক খঙদবা অমুবা শুই অমা থোঙ্গাল্লোমদগী কন্না চেনশিল্লকই। শুইদু উবদা চীংখৈ পাখৎলম্মী। মনাওনুপী থাংলগা ইমুংদা চেনশিল্লকই। পাখৎপোই করিওই চীংখৈ থোঙদা মনাওগা পুন্না তুশিল্লম্মী। থোইনু মকোক্তা থোঙনা থেংবদগী শিথ-শিথ কন্না কপ্লম্মী। চীংখৈনা থেম্বদা যাদ্রে। তোনদোন্না মবমসু হংদনা চীংখৈবু মনঙ্গন্দা খুতুম্না শুদুনা ফুবম্মী। চীংখৈদু য়েন্নখাদা ফন কুইনা কপ্পুনা লৈখি। যুম্লোন্নবগী মৌ ইবেমপিশক্না চীংখৈবু থেম্লগা মখোয়গীরোমদা পুশিনখি। পাউদু নোংমা ইবেমপিসক্না কাক্লেগা উনবদা ইবেমপিশক্না তম্লম্মী।

মথংগী অয়ুক্তা কাক্লেগা ইবোচৌবগা লাক্লগা চীংখৈঙানবীবু মখোয়গীদা মতম খরা থম্লুরগে হায়রগা পুখিরম্মী। অশোমদা চীংখৈঙানবী ইবোচৌবগী মচাশিংগা ঝাঙু তম্ফা লাইরেম্বী হরাউবগী জগোই য়াওদুনা নুংঙাইনা লৈখ্রে। বোয়াই নোংমা মচা লৌবা লাকই। অদুবু মবাইনা লাই হরাওবা লোইবগা থিল্লক্লগে হায়দুনা লৈহৌরে। অসুম্না চৎন-থোক্লা তৌদুনা চীংখৈ নোংম-নোংমগী চাউবা শারেপ ফারক্লে। চীংখৈঙানবীনা মনাও থোইনুবু য়াম্না লুনা তৌজে। খরা চাউরক্লবা মতমসিদা ইবোচৌবনা মচন তোনদোনগী কয়া হৈ-শিংদবা মতৌদু খঙবনিনা মচনুপীদা চীংখৈবু মীগী মমাঙদা মানা পোকপি নত্তে হায়বা খঙদনবা লোইনৌ হায়না পাউতাক পী।

খরা লৈরগা তোনদোন অমুক মীরোন্দুনা অঙাং উনবগী মতম য়ৌরক্লে। হন্দকমুক্তি তোনদোন অঙাং উনবদা বেরা খরা তৌরে। মাইবীনা অঙাংগী ফিভম মওং চাদবনা পোকপা ঝাবগনি ইম্ফালদা পুবনা ফরগনি হায়রে। অহীংদা জীপ অমা ঝায়রগা ইম্ফাল তানা পুখৎলকই। অহীং নোংয়াইগী মতমদা **ঝাইথৌ** চীংগোল হেন্দোরকপদা লুট পার্তি অমা লৈবম্লে। অয়াওবা পৈশাশিং লোইনা **মুনবীরে**। মখোয়না থাদোরকপা মতমদদি তোনদোন স্তান তাদ্রে। জীপ্পু কম্না থৌরগা লাকপনা পোরোম্পাৎকী জে. এন হোসপিটাল য়ৌরে। য়াম্না থুনা কেজুএলটিদা পুশিন্দুনা

য়েংহন্নবদা অঙাংদু পূক্নুংদা শিরে হায়রে। লাইব্বক থীবা থৌদোক্তুগী মতুংদা তোনদোন অমুক হন্না মমা ওইবা য়াবগী খুদোংচাবা ফংখিদ্রে। মতমদুদা নোংমা লৈকায়গী মীবা ঙাংগনবী নুপী অমা মথৌ লৈতনা তোনদোনগী মচানুপা অমা পোকচগদবদু মমা চাবী চীংখৈ লৈরম্বনা তোনদোনগী মচাদু শিবগী মরম্নি চীংখৈবু য়ুমদুদা লৈহনগনু হায়রম্মী। নুপীদুগী বাদু তোনদোন্না খরা পঙবগা কা হেন্না থাজরম্মী। মরম অসিদগী চীংখৈবু তোনদোন্না ফ্ন খনবা ইঙম-ঙমদে।

খুদোংথীবা থৌদোক অমগী মথংদা অমা হেক্তা থোক্লকপসিনা বোয়াইগী বাখলদসু মাগী মপোকসি মচা চীংখৈ পোকপদগী কা হেন্না ফত্ত্রবা হায়না চিংনরকই। অদুবু মসিদি তাইবং মীওইবগী মশিলনি, চীংখৈ পোক্লবনা নত্তে।

বোয়াইগী পূক্নি অরেঙ-অরেঙ পুৎথবগুম তৌবসিনা বোয়াই লায়রবা মী হায়বদু ওইরে।

মবাই ইবোচৌবদা মাগী নুপী অঙাংসিংবু মতম খরা য়েংশিনবীয়ু হায়রম্লগা বোয়াই মতম খরা উখ্রুল দিসট্রিক্কী জেসামিদা উ খায়বা য়াওবা চৎখ্রে। বানা লংফৈদা থবক শুরুবা থা অহুম্লোম লৈরগা য়ুমদা থোরকই। থোরকপদা পৈশা খরা পুথোরকই। নুমিৎ খরনি য়ুমদা লৈরম্লগা অমুক জেসামিদা চঙখি। অসুন্না অমুক চঙ অমুক থোক্লক তৌদুনা চহী কয়া লেপ্লক্লে। চীংখৈঙানবী মেত্রিক থাদুনা সেকেন্দ দিভিজন্দা পাশ তৌরে। ঙসিদি মপুং-মরৈ ফাবী লৈশাবী অমগুম য়েংবসু নুংঙাইরে। চীংখৈঙানবীনা লাইরিক খরা ফবদুদা মাগী মাম্মা ইবোচৌবনা হরাউজে। ইবোচৌবনা শীনবীদুনা চীংখৈঙানবীবু সগাংগী পি. বাই কলেজদা ক্লাস এলেভেন্দা মিং চনবীরে। মপাগী মতেং খরদসু পাংনবা চীংখৈ লাইরিক তম্না-তম্না ফি শাই, ইমুং-মনুংগী থবক অয়াম্বা মানা শুই। লৌ মতমদসু লৌ-লিংবা, পেংবা, খাওবা লোইনা য়াওই। অশুক ঈং-তপ্পী, মশক-মতৌ চঙখোনবী চীংখৈঙানবীবু মমাতোন তোনদোন্নদি মচানি খনবা ইঙম-ঙমদ্রি।

বোয়াই জেসামিদা চৎলগা উ খায়বগী থবক হৌজিকসু অদুম তৌরি। জঙ্গলদা খোলা শারগা উ খায়বনিনা মেলেরিয়াগী কাঙনা চিক্লকপদগী বোয়াই মেলেরিয়ানা নারগা থোরক্লে।

ইম্ফালদা পুখত্নুনা থা অমরোম লায়েংবদা মশাদি নাবা ফহৌরে হায়ববু মীতোন্দগী পুরুবা পৈশা খরদি শোকচিল্লে। বোয়াই মীগী পৈশা তোনবদু য়াম্না হৈনরমদে। মবাই

ইবোচৌবনা ফৈগাক ফৈনা পুবীবদগী চীংখৈঙানবী টুৱেলফ পরিক্ষাদসু সেকেন্দ দিভিজন্দা ঙম্লে। অদুবু মহাক মখা তমথনীংলবসু তম্বদি ঙমগদবা মাদ্রে। মাম্মা ইবোচৌবনা লুহোংবীরগে হায়বা হৌরক্লে। চীংখৈ লাইরিক তম্বা তোক্লগা ফি কন্না শাদুনা পৈশা তান্নবা লম্বী থিরকই। য়েন খরসু লোইদুনা মচিন-মনাও পূন্না হোৎনমিন্নে।

চহী ১৮ মপূং ফারকপা মতমসিদা পাখং কয়ানা মাবু উরগা মিতাবা পোক্লবা য়াওরক্লে। লুখোই কৌবা মচিঞ্জাক ৱাত্ত-পাদবা বী এ তম্লিবা অমনা চীংখৈবু পামজনা য়েংবা হৌরকই। কুমগী য়াওশঙ লাকপদা লৈশাবী ময়াম মোন্দুম লাই খুরুম্বা চৎনৈ। চীংখৈঙানবী মফি মরোল কয়া জুগোৎ চাবা লৈতবগা চৎনীংলবসু মমাতোন্দা চৎকে হায়বা ঙমজদে। মনাও থোইনুদি মমান্নবীশিংগা চৎমিন্নখ্রে। পিচকারি নুমিত্তা পুখ্রি অচৌবা মপান্দা থাবল চোংবগী লৈশাবী ময়াম ফম্বা ঙাইহাক য়াওরুই। ময়াম কায়নরগা মনাও থোইনুগা হম্নকপগী লম্বীদা লুখোই মমান্নবা খরগা তাঞ্জা লুমদুনা লৈরম্বদগী চীংখৈগী মায়দা অবের তৈগে তৌরুরে। চীংখৈদো ইমা! হায়রগা লুখোইনা খুৎ ওইনা চীংখৈবু কোল্লগা খুৎ য়েৎনা চীংখৈগী মায়দা অবের তৈখ্রে। ইকাইবোই করিওই তুরোই-ঙাম্লোই অমুক চেনবদা চীংখৈ নুঙ অমদা খুদি থীরে। খোঙ খরা তত্তুনা ঈ থোক্লে। ইকাইবনা নাবকা খঙদনা য়ুম য়ৌরক্লে। খোঙ শোক্লবনিনা নুমিদাংগী থাবল চোংবদি য়াওদ্রে। মমান্নবী ময়াম চোংবা থাবলদু য়েংবদি য়াওই। থৌদোক্তু মানা অবের তৈবগী তান্নবদা থোকখিবা ওইবদুদা লুখোইসু ইকাই নুংশি য়াম্নরে। চীংখৈনা থাবল চোংবা য়াওদ্রবনিনা চীংখৈগী খুদাং পায়বদি ফংলোইদৌরে। চীংখৈ য়াওদবদুদা লুখোইসু থাবল চোংবা য়াওদ্রে। নুমিত্তু চীংখৈনা লুখোইবু খরা ৱারৌখি। হান্না ৱাহৈ অমনা পাখং অমনা লৈশাবী অমগী মফমদা হায়বা হৌনবা ৱাহৈ অমফাওবা হায়রম্বা তৌদনা উবগা হেক্তা তান্নরগা অবের তৈখিবদুনা চীংখৈঙানবীনা লুখোইবু অফবা মীনি হায়না খনখিদ্রে। কুমগী য়াওশঙ লোইরবা তুংদা চৈরাওবা অমুক লাক্লে। চীংখৈঙানবীনা মপান কয়া থোক্তবনিনা লুখোইনা চীংখৈবু পামজরবসু ফোঙদোকফম খঙদনা নুংদা ফুমদুনা লৈরকই। খরা-খরদগী লুখোইগী ইমুংগী মীনা ইবোচৌবদা চীংখৈবু লুখোইগী মৌ ওইজরগে হায়রক্লে। ৱাফমদু ইবোচৌবনা বোয়াইদা অমুক হৌদোরকই। বোয়াইনদি মচাবু ঙরাংগী অঙাংগুম্না উরি। নোংমত মোমোন নোকচবা ফংলক্লবী মচাগী মতৌ উরগা বোয়াই মরূ লুকথদুনা খনবদা থম্মোয় কায়গে তৌরকই। হন্দক্তি মেলেরিয়ানা নারুবদগী বোয়াই মশা খরা শোনবগা চীংদা উ খায়বা চৎকদবসু কিরে। মচা লুহোংবদি লায়রদনা মীগী শেন তোনবা থৌবা লাকপদা মশাদু লৈফম-চাফম

খঙদবা ফাওই। ইম্ফালদা লৈখ্রবা মহৌশা মাগা উ খায়মিন্নরম্বা চাইরেন্দগী মরুপ তোঞ্জাওগী মনাক্তা চৎলসিরা খল্লকই। তোঞ্জাওদি ইম্ফালগী লমফেল স্নাকৈথেন্দা ভারাদা লৈরগা রিক্সো থৌবা অমদি বজারগী পোৎ হোনবদগী কোন্না হিংবা ঙম্লে হায়বগী পাউসু তারে। বোয়াই মীঙোন্দগী ভারা ওইনবা লুপা চহুম পূরগা ইম্ফাল কারকই। মাগী মরুপ তোঞ্জাওগী লৈফম স্নাকৈথেলগী ভারাগী য়ুম থিরকই। ভারাগী য়ুমদু ফংদুনা তোঞ্জাওগী নুপী লৈরেনগা উনরে। হান্নদগী ৱামিন্নরক্লবা মাগী নুপাগী মরুপ্পিনা লৈরেন্নসু হৱাও-হৱাও তৌরম্মী। বোয়াইনা লৈরেন্দা মানা ইম্ফালদা লাক্লুনা তোঞ্জাও উননীংবগী মরোল পূন্নমক তম্লে। তোঞ্জাও পূং বারোদা চাক চাবা লাক্লনি হায়বদু মোরা অমদা ফম্লগা ঙাইরে। পূং বারো তারকপদা তোঞ্জাও হল্লক্লে। মতম কুইনা উনকদ্রবা মরুপ অনীদু নুংশিনা কোন্নে। তোঞ্জাও মানা অয়ুক্তা তাল্লকপা পৈশাদু লৈরেন্দা শিন্নে। মদু বোয়াইনা মুন্না য়েংই। ঙাইহাক হুমাং হন্দোকপা ওইনা মরুপ অনীদু ফক অমদা ফম্লগা ৱারী শানৈ। তোঞ্জাও হুমাং হঞ্জিল্লগা ঈরু-মায়থজবা লোইরে। লৈরেন্না চাক্লুক অনী শেম্লগা পুথোরকপদু মখোয় অনী খৱাং ফম্লগা চামিন্নৈ। চাক চানা-চানা বোয়াইনা মবুক্তা খল্লি — "ঐগী মরুপ তোঞ্জাওনা ঙসাই হল্লকপদা লৈরেন্দা শিন্নখিবা পৈশাদু চাম্মা চৎপী, য়াঙখৈ চৎপী খরসু য়াওখি; অয়ুক তাল্লকপা পৈশানা অশুক য়াম্না তাল্লবদি নুংথিলগীসু ৱাৎলিবা।"

মহাক মরমদু খঙনীংলবসু হংবদি তৌদ্রে। মদুগী মহুত্তা মানা মফমদুদা লাকপগী মরমদু ওইনা ফোঙদোরকই।

"ভায়! নঙনা খঙলিবদুনি, ঐগী ইচানুপী অহন্দু লৈশাবী ফারে, মাবু ঐনা লাইরিক নীংথিনা তমহনবসু ঙমদ্রে। অদুগা ঐহাক মেলেরিয়ানা নারুবদগী জেসামিদা চৎলগা উ খায়বা য়াওরুগদবসু কিরে। ঐসু নহান্না নহাক্তা হায়বা য়াদুনা ইম্ফালদা কারক্লগা নঙগুম্না রিক্সো থৌজরম্লবদি অসুন্নদি ৱারম্লোই। ঐ তৌফম খঙদদুনা নহাক্তা তান্নরুরগে খনবদগী মফমসি য়ৌরকপনি।"

— "ভায়! নঙবু রিক্সো থৌববু হৈগদ্রনে?"

— "খঙদে, সাইকল থৌবদি অদুম হৈরিদুনি।"

— "ভায়! সাইকল থৌবগা রিক্সো থৌবগদি মান্নদে, রিক্সোদি ব্রেক ফাবগা মমায় চুম্বগা হৈত্রবদি য়াম্না লুই। অদুবু চাক তোক্লগা ঙাইহাক্তং পোৎথারগা, নুংশা নেঙথরক্লগা ঐগী রিক্সোসিদা থৌবা হৈব্রা অমুক্তং য়েংসি।"

বারী শানা-শানা লৈবেন্নো অরাৎ-অপা হাপ্তুনা মরুপ অনী চাক চাবা লোইশিল্লক্লে।

লৈরেন্না কা, চুরুট পুথোরক্তুনা বোয়াইগী পেন্নবা হোৎনৈ। মরুপ অনী ফক অমদা পুন্না ফম্লগা টি. ভি. সেরিএল য়েংলগা ঙাইহাক পোৎথাই।

বারমান্লে, তোঞ্জাওদি নাখোক্তুনা তুমখ্রে।

মতমদুদা তোঞ্জাওগী মচাশিংদি স্কুল চৎখিবনা য়ুমদা অমত্তা লৈতে।

পুংমুক পোৎথারবা তুংদা মরুপ অনী তোঞ্জাওগী রিক্সোদু ঈল্লগা থোরক্লে। মী কয়া চৎনদবা লম্বী অমদা রিক্সোদু তোঞ্জাওনা থৌদোরক্লগা বোয়াইবু থৌবা তমহন্নবা রিক্সো মথক্তা কাখৎহল্লে।

থৌরো, থৌরো হায়দুনা রিক্সোদু থৌবা হৌরকপদা বোয়াই রিক্সো মমায় চুম্বা হৈতদুনা, ব্রেক ফাবসু হৈতবগা রিক্সোদু খোংবান্দা হেক য়ুংশিল্লে। রিক্সোগী মমাঙথংবা চাকাগী রিমদু খোয়রে। বোয়াইদু তোঞ্জাওগী মমাঙদা ইকাইবনা মশাদু ঙাইহাক্তি তৌফম খঙদে।

হায়রকই — "ভায়! ঐ রিক্সো থৌবা হৈগদবা মান্দ্রে, ঐ মসি নত্তবা অতোপ্পা থবক অমা থিবনা ফগদবা মাল্লে।"

মখোয় অনী রিক্সোদু অমনা মমাঙ চাকাদু থাঙ্গৎলে, অমনা মনীংদগী ঈল্লগা ব্রার্কশোপ তানা পুরক্লে। ব্রার্কশোপ্তুদা রিক্সোদু শেম্বা লোইবা ঙাইরে। অশেম্মল পীবগী মতাংদা ঐ পীগে, ঐ পীগে হায়না অমুক ঈন্নরে। তোঞ্জাওনা য়াদদুনা মানা পীরম্লগা অমুক রিক্সোদু ইন্থোরক্লে। নুমিত্তু তোঞ্জাও রিক্সো থৌদনা বোয়াইগী থবক থিবা ওইনা বোয়াইবু রিক্সো মথক্তা তোংহল্লগা মানা রিক্সো থৌরগা থাংমৈবন্দগী লৈরক্তা অসুম ফাও-ফাওদুনা লাকই।

নৌনা য়ুম শাবা হৌগদবগী যাত্রা হুনবদা ঙাইরিবা মফম অমদা নুপা অমখক পিল্লর য়ুংনবা কোম তৌদুনা লৈরম্বা থেংনরে। চঙশিল্লগা হেক্তা হংলুরসি হায়দুনা কোম তৌরিবা নুপাদুদা হংলুরে। নুপাদুনা য়ুম্বুদা হংবীয়ু অমুক হায়রে। য়ুম্বুদা চঙলগা হংলুবদা পুন্না কোম ১৪ তৌগদবনি, অমা তৌবদা লুপা চন্তমদা য়ারবদি তৌবা য়াগনি হায়রক্লে। ঙসিগীদি থেঙত্রবনিনা হয়েংদগী হৌরগা শুজরগে হায়রম্লগা মখোয় অনী তোঞ্জাওগী ভারাগী য়ুমদা হল্লক্লে। অহীংদু তোঞ্জাওগী য়ুমদা মচাশিং উনদুনা নুংঙাইনা চা-থক্তুনা লেল্লে।

মথংগী অয়ুক্তা ঙরাং ঙাংনেরম্বা থবক মফমদু তানা চত্থুনা বোয়াই থবক শুবা হৌরে। ঙরাং শুরম্বা নুপাদুদি কোম অমদা লুপা চামরিদগী তারবদি শুবা ঙম্লরোই হায়দুনা লাকখিদ্রে। থবক্তু বোয়াইনা লোইনা শুবদা তারে। হপ্তা অনী চুপ্পা তোঙ্জাওগীদা লৈরগা নুংত্তিগী অয়ুক্তগী চৎলগা নুমিৎ তাবা ফাওবা লেপ্তনা শুরকপা কোম ১৪ তৌবগী থবক্তু পূম্নোই লোইরে।

থবক শুবা লোইরগা য়ুম্থুনা কোম তরাহুমদোই তৌবগী মমল কোম অমদা লুপা চহুমগী চাংদা পারগা পুন্না লুপা লীশীং অহুমগা চমাপল পীরে। পৈশাদু ফংবদা বোয়াই মোমোন নোকচে। হিংনবগী অনৌবা আশা অমা লাকপগুম তৌজরে। মহাক ময়ুমদা য়াম্না থুনা চৎনীংলকই।

তোঙ্জাওগী য়ুমদা হল্লক্লগা লৈরেন্দা য়ুমদা অমুক চৎলুখিগে হায়ররে। মীগীদা চা-থক্তুনা নুমিৎ খরনি লৈরম্বদুগী থাগৎ বাহৈগো লোয়ননা বোয়াইনা লৈরেন্দা লুপা চাত্রকখক পী। লৈরেন্না অহানবদা পৈশাদু লৌ হায়বা য়ারমদে। অদুবু বোয়াইনা কন্না হায়জবদুদা লৈরেন পৈশাদু লৌদবা ঙমদ্রে।

পুক্লিংদা হৱাউ-নুংঙাইবা বাখলনা মাঙওইনরগা বোয়াই বাঙু চেনবা বস তোংলগা লাকপনা ময়ুম য়ৌরে। য়ুম য়ৌবগা নুংঙাইবা পাউদু ইমুংগী মীদা তম্মী। মানা হৈনদবা মীগী শেন তোনবগী অবাবদু খরা কোক্লবা পৈশাদু খুদক্তা তোনদোন্দা শিন্নরগা মীগী অতোনবা শেনফমদু খরদি শিংহল্লুরে।

অহীং অমা য়ুমদা লৈরল্লগা মথংগী নুমিত্তা অন্না অমুক ইম্ফালদা চৎনবা থৌরাং লোইহ্রে। হন্দকমুক্তি ইয়ারকেগ অমদা লেক-চাবদা শীজিন্নবা ফিরোল খরসু হাপচিন্ত্রে। মানা তানবা শেনফমদগী পৈশা খরা খাকহৌবদু পুরগা ইম্ফাল য়ৌরক্লে। উরীবোক্তা ভারাগী কা মচা অমা ফংলে। মফমদুদা লৈরগা তোঙান শীজিন্নবা কোল-লিক খরসু লৈরে। মশাগী চাক মশানা থোং-থাক্লগা চারগা মহাক্লা হান্না শুরম্বা থবক্তুগুম্বা লৈব্রা হায়না লৈকায়-লৈকায়দা কোয়না চক্তুনা থিরকই। থিবু থিরবদি অচৌবা সহরনিনা অমদি হেক্তা লৈরম্মী। পাওনা বজারগী এস বী আইদা লোন ওফিসর ওইবা ইবোতোম্বীগী ফাউন্দেসন তৌগদবা মফমদা চঙলুরে। মাগীদু পুন্না মখোঙ কুনগী কোম তৌগদবনি।

থবক্তু বোয়াইনা মা মথক্তা ঙম্নবা শুজগে হায়রুরে। বোয়াইনা হান্না অদুগুম্বা থবক শুরকই হায়বদুদা ইবোতোম্বীনসু মাবু থাজরে। বোয়াই থবক শুবা হৌরে।

*ইবোতোম্বীগী য়ুমদু অঙাংশিং কলেজ চৎনখিবা, স্কুল চৎনখিবা, মাগী নুপীসু স্কুলগী ওজা ওইবনিনা মী লোইনা চৎথোক্লখিবনা নুংথিলগী মতমদদি য়ুমগী মী অমত্তা লৈতে। মবক-মরক্তা ৱাকৈথেন্দগী ইবোতোম্বীগী মনেম্বোক রাধে লাক্লগা য়েংশিল্লে। অহন্দুনা চা লোল্লগা বোযাইদা পীথকই। বোয়াইনা নুংঙিগী লেপ্তুনা শুরকপনা কোম* ২০ দু নুমিৎ ২২ নিদা লোইরে। মদুগী খুৎশুমন্দু পুরগা বোয়াই ৱাঙুদা অমুক কুল্লকই। হন্দকমুক ফংলকপা পৈশাসিনা বোযাই মীগী শেল শিংবো পূল্লোই লোইবে। লৈকায়না ঙাংনৈ, "বোযাইসে ইম্ফালদা শেনফু থেংনকল্লব্রা কৈনো, অমুক মুক চৎলুবদা পৈশা যান্না পুবক্তুনা মীগী পৈশা লোইনা শিংলে" হায়নৈ। নুমিত্তু বোয়াইসু মশাদু জেলদগী থাদোরকপমুক নুংঙাইজে। অনৌবা আশা অমনা ইম্ফাল সহরনা মাবু তত্তুনা হল্লকখো হাযনা কৌহৌবওম খল্লকই। নুমিত্তু বোযাইনা ঙা মচা অমা লৈরগা ইমুংদুদা থোংদুনা চাখি। চাক চানা-চানা বোযাইনা ইমুংগী মীদা পাউদম্লকই — "ঐনা ইম্ফালদা শুরিবা থবকসিনবু লেপ্তুনা ফংলবদি ঐখোয় হিংনবগীদমক্তদি থোইনা ৱানিঙাই ওইররোই।" বোযাইগী ৱাদু তাবদা চীংখৈনা খল্লি — "ঐখোয় ইম্ফালদা লৈরবদি খরা নুংঙাইবা পুন্সি অমদা হিংবা ঙম্লগদ্রা?" মতম খরদংগা মতোমতা লৈরগা ফিভম অমা য়েংখিগে হায়বদগী বোযাই মতোমতা অমুক ইম্ফালদা কারক্লগা অনৌবা থবক মফম অমমুক থিরকই। বোযাইনা ইবোতোম্বীগী যুমদা মতম খরা থবক-শুরিঙৈদা য়ুমগী মী লৈত্রবসু মতোমতা থম্মোয় শেংনা থবক শুখিবদুনা মরম ওইরগা ইবোতোম্বীনসু বোয়াইবু অমুক্কা হেন্না থাজরে। পাওনা বজারগী স্টেট বেঙ্কতা মেনেজর ওইনা লাকপা চহী ফাদ্রিবা কছারগী খালজুর খুঙ্গংদগী হৌরকখিবা রামধনগী ইরোই শেনবদা নৌনা লৈবা ইংখোলদা শাগদবা য়ুমগী ফাওন্দেসন তৌবগী মতাংদা ইবোতোম্বীনা বোয়াইবু শুহল্লবা হায়নবীরে। বোয়াই ইরোইশেনবগী রামধনগী ইংখোল য়ৌরক্লে। মহাক মফমদুদা ফাউন্দেসনগী কোম তৌবা হৌরে। বোয়াইনা রামধনগী ইংখোলদু উবদা কল্লকপা পোকই। মাগী শুগদবা থবক শুনা-শুনা রামধনগা ইবোতোম্বীগা শানরিবা ৱারীসু অদুম তায়। চাউরবা লৌ সঙম অমা মখায়রোম চাউবা ইংখোল অকোয়বদু চেক্লা থুংনা খাবা লোইরে। মনীংথংবা সনৈবী ৱা ঙাক্তা কুংনা হৌরিবা শরুক্তুদি ৱাল খাবা য়াওদে।

রামধনগী থৌরাংদা ময়ায়দা তৌরীবা য়াইমরপ চাউবা পুখ্রিদু ঙা য়োক্কে, অৱাং থংবগী অদোমদা হৈকোল অমগা লৈকোল অমগা নীংথীনা শেমগে; মনীং থংবা শরুক্তুনা ইংখোল কোইরগা মতম মতমগী মনা-মশীঙ থাগে; পুখ্রিগী লৈরায় অতোঙবদুদনা উ মংগ্রা, অৱাথবী থাগে; পুখ্রিগী মমাঙলোমদা ফুট কুনমুক চৎখৎলগা

শঙ্গোল ফজবা অমা শারগা যন মচাচেনবী জর্সি নৎত্রগা ফ্রোজন অমুরাংবী লোইগে খল্লি হায়না ইবোতোম্বীদা ৱারী তৌই।

মখোয় অনীগী ৱারী তানা-তানা বোয়াইগী পূক্নিংদা মতোমতা রাগ অমা শাগৎচৈ — "মাসু মাগী ইমুং-মনুং লোইনা পুখৎলক্লগা রামধনগী ইংখোলদা লৈরগা রামধনগী থবকশিংদু মানা তৌবা ফংলবদি হায়না।"

পূক্নিংনা খনখিবা ৱাখলদু চিম্বাল য়ৌরক্তুনা রামধনগী ইংখোল শেন্নবা, যন পাননবা মী লৌগদবা লৈরবদি থবক্তু বোয়াইনা মা তৌজগে হায়জরকই।

রামধন্না ৱাখলগী ৱানি হয়েং কোন্না তপ্না খন্নসি হায়রকপদা বোয়াইগী পূক্নিংদা খরহেক নুংঙাইজদে। বোয়াই হান্না খঙলমদ্রবসু রামধন হায়রিবসি বেঙ্ককী মেনেজরনি অমসুং কছারদগীনি হায়বা খঙলে।

খুদোংচাবদু নাহ্রোকহন্নীংদবদগী বোয়াই য়ুমদা চৎলগা মাগী ইমুং-মনুং মী লোইনা মনাক্তা পুখৎলক্লগে হায়না পূক্নিংদা লেপ্লে। রামধনগী ফাউন্দেসনগী থবক শুবা লোইরবা তুংদা বোয়াই ৱাঙুগী য়ুমদা চৎলি। য়ুমদা নুমিৎ খরনি লৈদুনা মুন্না খন্নরবা তুংদা নুমিৎ থবান অফবা অমা য়েংলগা মবাই ইবোচৌবদা মাগী য়ুম অমদি ইংখোলদু য়েংবীয়ু হায়রম্লগা পোৎ চৈ অয়াম্বা পুখৎলক্লগা ইম্ফালগী ভারাগী য়ুমদা মখোয় পূন্না লাক্লে। চীং, পাৎ, তুরেল, খুঙ্গংগী মরুপ-মপিজা পূন্নমক তুংওইনরম্লে।

মা মতোমতা লৈরম্বা ভারাগী কাদু অতোপ্পা কা অমগা লৌরগা কা অনী শুরে। বোয়াই মাগী থবক্তি মরাং কায়না অদুম ফংই। অদুবু য়োৎপাক পায়রগা নুংতিগী হুমাং তানা অকনবা থবক শুবনিনা নুমিদাং হল্লক্লগা মশাদু য়াম্না চোকথৈ। মশা-মউ পূমতেক-তেক্তুনা তূম্বদা অহীংদা নাহেবা য়াওরকই। বোয়াইনা নাহেবগী খোঞ্জেল তারগা চীংখৈঙানবী মপাগীদমক খনবদা ৱাজে। মপানা করিগুম্বা টি বী গুম্বা অরুবা লায়না অমনা নারক্লবদি কমদৌবা হায়বা ৱাখল ফাওরকই। বোয়াইসু অৱাবা থবকসি থাদোক্লগা খরা শাফগদবা তুংকোইবা য়াগদবা থবক অমত্তং ফংলবদি খনবদগী ইবোতোম্বীগী য়ুমদা নহানগী রামধনগী যন লোইবগী ৱাফমদু য়ারগদ্রা হংবা লাকই। মানা য়াম্না পামজনা হংলবদুদা ইবোতোম্বীনসু য়াবীদুনা মখোয় অনী রামধনগী য়ুমদা রামধন উনবা লাকই।

রামধনগী য়ুমদু গ্রাউন্দ ফ্লোরদি শাবা পূম্লোই লোইরে। ইলেকট্রিক্কী ৱায়ারিং কন্না তৌরম্মী। চাউরবা গেট অমসু পাল্লম্লে। য়ুম শঙ্গাবগী মতম ফাওবা লেপ্লম্লে।

ষন লোইনবা শঙ্গোল অমসু ফজনা শাবা লোইরম্লে। ইবোতোম্বীনা বোয়াইনা পামজবা শিনফমদুগী মতাংদা রামধন্দা ব্বা হৌদোকই। অদুবু রামধন্না য়ুম শঙ্গাবা লোইরগা ঈংনা-তপ্না খন্নসি হায়রকই। ইবোতোম্বীগা বোয়াইগা নোংমা অমুক লাক্লসি হায়রগা হল্লক্লে। বোয়াই মাগী হান্নগী মান্নবা থবক থিরগা শুবদু অদুম চৎখরি।

বর মতুং ক্বাক যাত্রা নুমিত্তা রামধনগী ইরোইশেনবগী য়ুম শঙ্গাগদৌরে। য়ুম শঙ্গাবা য়াওরনবা বেঙ্গলরদা সিভিল ইঞ্জিনীয়র তম্লিবা রামধনগী অমত্তা পোকপা মচানুপা তোমপোক য়ুমদা থোক্লকপা পাউ পীখ্রে। হয়েং শঙ্গাগদবা নুমিত্তা তোমপোক ক্বাকৈথেলদগী মাগা ইঞ্জিনীয়র তম্মিন্নরিবা মরুপ শান্তগা লোয়ননা য়ুমদা থোরক্লে। জিরিদগী এম এল এ ওইনা কারক্তুনা হৌজিক-হৌজিক পি ডবলিউ দিগী কেবিনেট মিনিস্টর ওইবিবা ময়ান্নদি জিরি খোগেন হায়বগা খঙনবা খোগেন মন্ত্রিসু মাগী ইমুং-মনুং লোইনা বার্তন তৌদুনা রামধনগী ইরোইশেনবগী য়ুম শঙ্গাবা য়াওররি। মন্ত্রি খোগেনগা রামধনগা শিলচবগী বেঙ্গলি হায়স্কুলদা পূন্না তম্মিন্নরকই। কলেজসু শিলচরগী জি সি কলেজদা পুন্না তম্মিন্নখি। রামধনগী য়ুমদা ইতৎ-তত্তুনা চৎমিন্নদুনা অহল-লমন লোইনা খঙনখি। মরক-মরক্তা উনবদা মচা-মচাগী মতাংদসু ব্বারী তৌনৈ। বামধনগী মচা তোমপোক্কী ইঞ্জিনীয়র তম্বা লোইরগা খোগেনগী মচানুপী দিল্লিদা পোস্ট গ্রেজুএদ তম্লিবী মোনিকানা মাস্টর লোইরকপগা লৌন-লৈহন্নীংবগী ব্বাফম ফাওবা হৌদোক্লে। য়ুম শঙ্গাবা নুমিৎসিদা মোনিকাসু য়ুমদা থোরকপা মতাং ওইদুনা যাওবৈ। পাওনা বজারগী বেঙ্ককী স্টাফ ময়াম অমসু রামধন্না বার্তন তৌদুনা য়ুম শঙ্গাবা য়াওবা লাকই।

মোনিকাদি মমানা মন্ত্রিগী গাড়ীদা ভস্ত থারক্তুনা রামধনগী শঙ্গাগদৌরিবা য়ুমদা অয়ুক্তগী লাক্তুনা লৈরবে। ফমুং থাবা, ফি-বোল লোইশিনবা অম 'ম য়াওই। রামধনগীদা লৈবী বেটিগা তান্ন-তান্নদুনা থবক তৌমিন্নে।

য়ুম শঙ্গাবগী চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা ময়াম হন্নখ্রবা তুংদা মোনিকাদি লৈহৌরি। সনাতোম্বীনা হায়বা মাল্লি, মোনিকা হৈমহী গিলাস অমা শেন্নগা তোমপোক্কী নৌনা শেম্বা কাদুদা চঙলকই।

"তামো! হৈ মহী লৈরে, হৈ মহী থকসি!"

ফমুংদা লোংনা হিপ্লিবা তোমপোক্না হায়রকই — "টেবলদা অদুম থম্বীরম্মো।"

মোনিকা কাদুদগী পাক হেক থোক্তনা তোমপোক্কী টেবলদা লৈরিবা ফিল্ম ফেয়ারদু ফাক্লগা ভাইহাক য়েংদুনা লৈ। তোমপোক ব্বা করিমত্তা ভাংদনা ব্বাখল অমদা

উংলগা লৈবগুম তৌই। মহাক্তি মোনিকানা মাগী কাদা ফিল্ম ফেয়ার য়েংদুনা লৈরিবদু করিসু খন্দবদৌনা তৌই। মানা বা অমত্তা ঙাংলক্তবদুদা মোনিকা নুংঙাইত্রমালে, কাদুদগী থোকখ্রে। মতমদু তোমপোকতি নুংশি-নুংঙোন, নুপী-নহাগী ৱাখলদা থোইনা খোইজংদবা লাইরিক্তা পূক্লিং য়াম্না চঙবা মতম্নি। তোমপোক্তা ৱাহে অমনীদি ফোঙদোরকত্রা খঞ্জরুবী মোনিকা নীঙবা কায়বগুম তৌখি। নুমিদাংৱাইদা মপাবুংনা গাড়ী থারক্লুনা মোনিকা বাবুপড়াদা হনখ্রে।

য়ুম শঙ্গাবা লোইরবনিনা তোমপোক নুমিৎ নীনিখক য়ুমদা লৈবল্লগা বেঙ্গলবদা অমুক হনখ্রে।

রামধন্না ইরোইশেনবগী অনৌবা য়ুমদা লৈরকপা থা অমরোম ফারক্লে। মেরা থা চঙলকপসিদা লৌবুক্তা ফৌ পাম্বীশিংদা মপাল শাৎপা লোইদুনা মরুম চঙবা হৌরক্লে। পাৎয়াদা, খোংবাল-লুক্লাংদা ষনগী শজিক য়াম্না ফজনা হৌরি। মদু উবদা বোয়াই রামধনবু উনরগা অমুক্তংগা ষন লোইবগী মতাংদু তকশিন্নীংবা পোক্লকই। মহাক ইবোতোম্বীগীদা অমুক লাক্লে। ইবোতোম্বীগা লোইননা রামধনগীদা অমুক লাকমিন্নরে। ৱাফমদু রামধন্দা হৌদোক্লবদা রামধন্না ষন জর্সি য়োনগদবা লৈরবদি তারক্লো হায়রে। বোয়াই য়ুমদা হল্লক্লগা ইম্ফালগী ষন জর্সি লোইবা মফম থাংমৈবন্দ, শাগোলবন্দ, উরীপোক অমদি লুবাংশঙবমনচিংবা মফমদা চত্তুনা ষন জর্সি যোনবা লৈব্রা থিরকই।

নুমিৎ নীনি, হুন্নি থিরবা তুংদা আই সি এ আরগী ষন খরা য়োনগদবা লৈরে হায়বা তাবদগী চত্তুনা য়েংলুরে। চাউরাকপা মমল হংলক্লগা পাউদু রামধন্দা পীবরে। মথংগী নুমিত্তা রামধনগা চৎমিন্নরগা ষন্দু য়েংলুরে। ষনবী মচা চেনবী অনীগা হাতম অমগা পুন্না লুপা লীশীং ৫৫ দা য়ানদুনা পৈশা থীরগা লৌনরে। ষনবীশিংদু বোয়াইনা চিংলগা রামধনগী ইরোইশেনবগী শঙ্গোল য়ৌরক্লে।

বোয়াই ষন লোইবা হৌরবনিনা ষন শেন্নবগী থবক, দানা লোনবা, ষনথি শেংবা, ষন ইরুলুজবীবা, শঙ্গোম শুম্বা লোইনমক তৌবা হৌরে। অহীং হৌরগা সাইকলদা উরিবোক্তগী লাক্লগা লম্ফেল পাত্তা শজিক ফানবা হৌরে। বোয়াইনা নুমিৎ তরানিরোম য়াম্না কন্না থবক শুরকপসি রামধন্না কুপ্না য়েংশিল্লি। মাগী হোৎনবা কনবদু উবদা বোয়াইদা ষন শেন্নবগী থবক শিন্নবা য়ারগনি হায়না রামধন্না থাজবা হৌরে। থঙ্গৈশেংবসু বোয়াইসি মরাইবক লৈতবগী তৌবনি; মীগী পূক্লিং উবা ঙম্বা মীশক্লি। মপুনা য়ানীংবগী

মীৎয়েং অমা মঙোন্দা য়েংলক্লিবদু মহাক ভাব ফজনা তাই। নোংমা রামধন্না বাখল খরা নুংঙাইনা ওফিসতগী কুমক্লগা শঙ্গোলদা বোয়াইনা শঙ্গোম শুম্বা য়েংলৈ। মতাং চানা বোয়াইনা বা অমখক হৌদোরকই।

"সাহেব! ঐনা উবিবোক্তা ভারাদা লৈরগা সাহেবখোয়গীসিদা অয়ুক ঙাম্না লাকপা, নুমিদাং অমুক থেঙনা য়ুমদা হনবসি খুদোংচাদবা খরা লৈরে। ফনবী অঙাংবীসিসু মচা চেনবা মতম নকশিন্নক্রে। অহীংদা মচা পোকপা থোক্লবদি খুদোং চাবোইদ্রা চিংনৈ। সাহেবনা যাবীরগদি অবাংথংবগী বাপল লৈরিবসিগী মমাঙসিদা পাখন ওইনা শঙ মচা অমা শারগা ঐগী ইমুং লৈবা য়ানবা শীনবীরবদি নুংঙাইজগনি।"

— "নঙগী ইমুংগী মীবু কয়ানো?"

— "ঐখোয় মরিক্তনি সাহেব। ননাইনুবী অদুগা, ইচানুপী অনীগনি।"

— "ফবে, য়ারেনে! নঙবু য়ুমদু নশানা শেম-শাবা হৈগদ্রা, মী নেক্লগা শাহনগদ্রা।"

— "সাহেবনবু য়াবীববদি ঐ হেক্তা শাজগে।"

— "অদুদি চঙগদবা মচাকশিংদুগী হিসাব অমা পীরো! হয়েংদগী শাবা হৌনবা।"

বোয়াই হবাওনা য়ুমদা হনক্লগা হিসাব অমা শেম-শাবা লোইরে। মথংগী নুমিত্তা হিসাবতু বামধন্দা পীরে। রামধন্না চঙগদবা মচাকশিং লৈনবা পৈশা শিন্নরে। বোয়াই বাজাব চত্তুনা জিংঘ বন্দনা অহুম লৈরুরে। ইংখোলগী বা খবসু মখোঙ ওইনবা য়াম্রে। অসুম্না থা মখায় অমগী মনুংদা পাখনগী য়ুমদু শাবা লোইরে।

নুমিৎ থবান অফবা অমা য়েংলগা মাগী নুপী তোনদোন, মচানুপী অনীগা পুন্না উবিবোক্তগী জীপ অমা বায়বগা ইরোইশেনবগী রামধনগী ইংখোলদা থুংলরে।

বোয়াইনা মচানুপী অনীদা তাকপিদুনা বামধন অমদি সনাতোম্বীবু খুরুমহল্লি। পাবুং অমদি ইমা বেম্মা কৌগদবনি হায়না তাকপি।

সনাতোম্বীদি হান্নগী বোয়াইবু মমিং কৌদুনা লোয়নবা হৌরবনি।

সনাতোম্বীনা হায়রককই — "বোয়াই! নঙগীদি নচা নুপী অনী শুবনিনা মরক-মরক্তা ঐখোয়গী থবক খরদি পাংহনবা তারেদো!"

— "তাকপিরিবদু অচুম্বমক্কি মেমসাহেব!"

সনাতোম্বীনা চীংখৈঙানবীদা ওনশিল্লগা হায়রকই — "ইচাগী শকসিদি ওঙ্গোক্লা লূম-লূম লাউনা উইদা! শন্না মরোল'ম ফরিবা! ইচাগী মিংবু করি কৌবগে?"

ইকাইরপ তৌনা — "চীংখৈঙানবী কৌজে ইমা'বেম্মা!"

"এ! মিংনা মরোল'ম ফজরিবা! নঙদি ইমাগী মতেং খরা পাংবা লাকউকো! ননাওগী মিংনা করি কৌবা?"

থোইনুনা — "থোইনু কৌজে ইমা'বেম্মা।"

"ফরে, ফরে, নথৌ তৌজরুরো!"

সনাতোম্বীনা চীংখৈঙানবীদা হায়খিবা ৱাহৈশিংদু তাবদা তোনদোন কয়া পেনফাত্তে। মানা পোকচবী থোইনুনা মশক কয়া য়ৌরমদবসে মাগী পেঙ্গুদবনি।

চীংখৈঙানবী অমদি থোইনু অনীমক নৌনা শাবা য়ুমদুদা চঙদুনা ৱাইরম তৈবা, থবক অম'ম হোৎনবা হৌরে। শুমাঙকাদু নাপী ফান্দুনা ষনথি-লৈঙোই হাপ্তুনা ৱাই তৈরগা তুলসিকা থাদুনা শেম্বা লোইরে। য়ুমদু মী লৈবা হৌরবনিনা পাখন ওইজরবসু মৈতৈগী ইমুং অমদি মাপ্লে। পুখ্রিদুগী অৱাংরোমথংবগী ময়ায়ৱাইদা বোয়াইনা ৱা মরিনা ফারগা থোঙ্গা অমসু নীংথিনা শেম্লে। ঙসিদি বোয়াইগী ইমুংগী মী খুদিংমক মশাগী য়ুমদা লৈবমুক নুংঙাইজরে। অসুম্না অনৌবা মহাও য়াওবা পূঙ্গি তাঙ্কক অমা ফংজদুনা ৱাঙুদগী ইম্ফালদা হিংনবগী উপাই থিরকপা বোয়াই রামধনগী ইংখোলদা শাবা পাখনগী য়ুমদা লৈরগা নুংঙাইবা অহীং অমা লেনবা হৌরে।

# অনীশুবা

মীওইবা হায়বসি অমগা-অমগা মতেং পাংনরগা হিংনবা ঙাক্লি। মতেং পাংনবা হায়বসিদা থৌজালগী মীৎয়েং খরসু চঙই। থৌজালগী মীৎয়েং ফংদ্রবদি মীনা হিংগদবসি ফন লুরমগনি। বোয়াইনা খঙন-চান্নবা, নৌনা থেংনবা মীওই খরদা থৌজালগী মীৎয়েং য়েংবীরক্কবা পূক্নিং, ৱাখল থাধদুনা হোৎনজরুব্বগী মহয় ওইনা রামধনগী নৌনা লৈবা ইরোইশেনবগী ইংখোলসিদা মাগীসু পাখনগী য়ুম মচা অমা শাজরগা লৈবগী খুদোংচাবা ফংজরে। চাইথোক্লুরবা মাগী ইমুংগী মী খুদিংমক্কী ৱাখলসু ঙসিদি পূন্নপ পূন্না মহুম অমখক্তদা লৈমিন্নবা উচেক্কী ইমুংগুম্লে।

চীংখৈঙানবী, অয়ুক ঙস্তা হৌগৎলগা মপাবু শজিক ফানবা চৎনবা হৌদোকই। নুপীমচা অমা ওইবগী অয়ুক্কী ইমুং-মাঙোল ৱাই-রম নীংথিনা তৈবা লোইরগা শুমাঙসু ৱাই ফজনা তৈথোকই। লৈ খবা হেক্লুরগা অয়ুক্কী কোবৌহনবদা কৎনবা লা অমদা থম্মী। মপানা শেম্বা পুখ্রিগী থোঙ্গাদুদা ঈরুলুজবা লোইরগা অয়ুক্কী তরং-তরং হন্দোবক্লিবা নুমিৎপু তুলশিবুংদা শেমপাক মচা অমদা লৈ হাপ্লে, খুজাই মচা অমদা ঈশিং হাপ্লগা খুকউ খুদক কুন্দুনা খুরুম্মী। ইম্ফালদা হোংগৎলকপদগী চিল্লবা ভারাগী কা অমদা লৈরকপনা থবকশিংসি নীংথিজনা পাঙথোচবা ঙম্লক্তবনি। অদুবু রামধনগী চাউরবা ইংখোল অমগী মনুংদা লৈরগা ফংলিবা সংসারগী মহাওসিদি তোপ-তোপ্লি। চীংখৈঙানবীগী পূক্নিং, হকচাং, ৱাখল পুন্নমক শাৎকায়নীঙ-শাৎকায়নীঙ তৌরবা লৈরাং অমগী পাঙখক্কা চপ মান্নরে। পূন্সি হায়বসি অসিগুম্বা অৱাবা মচেৎ নুংঙাইবা মচেৎ কয়ানা শম্নরগা শেম্লিবনি। ঙসিদি বোয়াইগী ইমুংদসু নুংঙাইবা পূন্সিগী মতাং অমদি লাকপা হৌরে।

বোয়াইনা যন শজিক ফানবা, যনথি শেংবা, শঙোম শুম্বা, চরু অমদি শজিক ককপনচিংবা তৌই। চীংখৈঙানবীনা দানা লোম্লি, দানা পীজৈ, শজিক হুল্লি, ঈশিং পীথকই।

তোনদোম্না ইংখোলদা মনা-মশীঙ, হৱাইনচিংবা থাই। থোইনুবুদি ইবোতোনম্না গার্লস হায়স্কুলদা ক্লাস নাইন্দা মিং চন্দুনা লাইরিক তমহল্লি। চাউরবা বামধনগী ইংখোলসি য়েংবদা অৱাৎপা য়াওদবা ইংখোল হায়বদু ওইরে। অয়ুক্কী অমুক, নুমিদাংৱাইগী অমুক রামধন্না মাগী ইংখোলদা চঙদুনা করি-করি অৱাৎপা থানা য়াবা অনৌবা পাম্বী, লৈ চারা, হৈ চারা ৱাৎলিবগে হায়না ৱাখল তৌই। নোংমাইজিং মুমিত্তা থোঁওইনা বাজারদা লৈ চারা, হৈ চারা য়োনফমদা চত্তুনা অনৌবা পাম্বী লৈরুই। মানা অসুম্না লৈবকপা লৈ চারা, হৈ চারাদু চীংখৈঙানবীনা মফম চাবা য়েংলগা ৱাংথিনা থাই। নুমিদাংৱাই খুদিংগী পেরে অমা পায়দুনা পুম্ব্রিগী ঈশিং শোক্রগা হৈ-লৈ ঈশিং চাইবী।

লেপ্তুনা পুশিল্লকপা অমদি থাজিল্লকপনা রামধনগী চাউরবা ইংখোলদু থা অহমগী মনুংদা ফজরবা হৈকোল অমদি লৈকোল হায়বদু ওইরক্লে। য়েংবদা পৃক্লিং পেঙ্গরে। ফজবা হায়বসিমক্তবু মীনা শেম্লগা ফজহনবনা মশীঙ য়াম্বা হেল্লি। অদুগী মথক্তা হৈকোল, লৈকোলগী ফজবদি স্বর্গগী ফজবগুম্বনি। নুংশিবা লৈগী লৈনম ফাওদবা মীদি মচা-মশু, ধারা লৈরম্বা হৌনদে। অদুননি নুংশিবা লৈনম অমা নাতোন্দা ফাওরকপদা কদাইদা লৈ শাৎপনো হায়বগী ৱাহং অমা ইত্রেমতা লাকচরিবা। খোইমু কয়ানা ঙাওজরিবসু লৈনমদুদনি।

চেকপলদগী ফুট মঙারোম চৎথোক্লগা থাখিবা য়োংচাক পাম্বী তরাদু শাহৌ ফৱনিনা য়েংবদা নুংঙাইরে। চহী অনী, অহমগী মতুংদদি মপাল শাৎলগনি। পূংদোন পাম্বীশিংদুদি মপাল পোম্বা হৌরে। পুম্ব্রি মপানগী অকোয়বদা পরেং শানা থারিবা অৱাথবীশিংদুদি পানবা হৌরে। উ মন্না পাম্বীগী মনাশিংদুনা পূমশং-শংনা ফজরি।

পুম্ব্রি মনুংদনা অয়োকঙাশিং চাদুনা শান্নরি। য়েংলু-য়েংলুবদা ফজবগী ফজবা ঙাক্তা ঙায়বগুম উরে। শঙ্গোলদা শজিক চারিবা যনশিংদুসু মশা নোয়-পেনবা ঙাক্তনি। মদু পূম্নমক বোয়াইনা থম্মোয় শেংনা হোৎনজবগী মওয়নিনি। শঙ্গোলদুসু ঈশিং কাপশিন্দুনা নুংতিগী শেংদোকপনিনা তরু-তরুই। যনথি-মায়ুংনা শেম্বা হার চাং চানা হাপ্পবা ইংখোলগী মনা-মশীংনা করিগী মশক থোক্লা ফজরোইদগে? রামধনগী চেকপলনা ৱাংনা খাদুনা শেম্নবা ইংখোল মনুংগী ফজবদি মণিপুরগী মনুংদা অনী শুরমগদবা মান্দে। মণিপুরগী ইমুং খুদিংমক রামধনগীগুম্না তৌনরবদি মণিপুরসি ৱাত্ত-পাদবা, লু-নানবা ইমুং অমমম লোইনা ওইনরমগনি। অদুগা চাউখৎপগী খোঙজেলসু অমুক্কা হেন্না য়াঙখৎলমগনি।

থবক অমা থবায় য়াওনা তৌবদা তক্তনা পূক্লিং থৌগৎপিরবদি থবক তৌরিবা মীদুগী বাখলদা হেন্না শুনীংনবগী থৌনা শোয়দনমক্কী হেনগৎলি। চীংখৈঙানবীনা বাখল মুন্না খল্লগা শেম-শাদুনা থাখিবা হে অমদি লৈগী চারাশিংদু রামধনগী থম্মোয়না য়ানীংলবসু বাহৈনা — "ইবেম্মা! নঙনা তৌরিবসে ইপা নুংঙাইরে, পেম্নে" হায়বা ঙসিফাওবদা তাত্রি। মসিমদি চীংখৈঙানবীনা নুংঙাইজদে। অদুবু মহাক মসিমদি খঙই - মদুদি মহাক্কী থবক্তা রামধন্না থাগৎপিদ্রবসু পূক্লিংদা য়ানীংদবদি লৈতে। মরমদি রামধন্না নোংমতা মহাক্তা তৌরিবদু শোয়রে হায়না ফোঙদোকখিবসু লৈত্রি। নোংমা নৎত্রগা নোংমদি শোয়জনা থাগৎলক্কনি খণ্ণরি। মপুনা পেনবীনবা হোৎনবনা মাগী মথৌ ওইজরি। রামধন্না বা কয়া ঙাঙদবসিনসু চীংখৈঙানবীনা রামধনবু থোইনা হেন্না কিজৈ। মখোয়না লৈরিবা শুমাঙদুগী মতোন্দা মপান্দগী চেনবা লৈমরু মখল খরসু হুন্দুনা হৌরি। উরুম লাংবা য়েন্নখা অদোমদা লৈপাক্তা ষষ্ঠিগা তোৎশিন্নগা শেম্বা হার ওন্নবা লৈহাওদুদা মচু-মচু শাৎকদবা অতর গুলাপ পাম্বীশিংগী কোলোম শেম্নি। গন্নাদা ফজনা হৌরবা পাম্বীশিংদুনা রামধনগী শুমাঙ য়ৌনা থাংলগা মফম চাবা য়েংলগা থম্লুরি।

মাগী চিল্লবা থবক ময়ামসিগী মরক্তা করিগুম্বা কান্দা সনাতোম্বীনা তঙাইফদনা কৌরকপা মতমদা চীংখৈঙানবীদো রামধনগীদা থবক পাংবা চৎলি। অদুবু থৌদারকপা নত্তনা অতৈ মতমদা নোংমতা রামধনগী ইমুংদা চঙদুনা থবক লৈব্রা হংলুদে। য়াম্না কিজনা মপু অমগা মনাই অমগা লোয়নবা মওংদুদা চপ-চানা চৎলি।

রামধনগীদা য়ুমগী থবক-ইনখাঙ শুনবা লৈরম্বী বেঙ্গলি বেটি কৌবীদো মতম খরা কছারদা চৎখিবদগী হল্লক্ত্রি। বেটি লৈতবদুদা হন্দক-মরকসি সনাতোম্বীদু ইমুং-মনুংগী কুপ্নোম অয়াম্বা মানা শুরে। বি পি খরা বাংবদুদা ডাক্তরনসু ইমুংগী কুপ্নোম ওইনা থবক খরা শুবসু ফৈ হায়বদুদা মহাকসু মরম ফন্নবু মোক্রে। রামধনগীদা লৈরম্বী বেটি হায়বী বঙ্গালি নুপীসিগী য়াম্না নুংশিবা বারী অমখক লৈ। মহাক রামধনবু পোকপা কালিমহন্না বৃন্দাবন চৎপদা রাধাকুন্দদগী পুথোরকপনি। মফমদুদা মহাক মৈতৈগী মন্দির অমদা লাইগী কোল-লিক ফেঙবা, অমোৎ-অকায়গী থবক শুদুনা লৈরম্বনি। মন্দিরগী মপুদু ইম্ফালদগীনি, মৈতৈনি। মতম অমদা ইনাক খুল্লিঁতৈদা ময়ুমদা রাধা-কৃষ্ণ লাৎলগা ব্রহ্মাম্না সেবা চৎলম্বনি। মচাশিংগী হোংলক্লিবা মতমগী য়াওল উরকপদগী চিংনরক্তুনা রাধাকুন্দদা কুঠি লৈরগা মণিপুরদা লাৎলম্বা রাধা-কৃষ্ণ লেংশিন্নগা রাধাকুন্দদা লাৎপা হৌরকখি। থা-থাগী শেন বাৎতনা থারগা হোৎনরকপনি।

ইমুংগী ফিভম ফৎচিল্লক্কবনা মণিপুরদগী পৈশা চাং নাইনা থাবা ঙম্লক্রে। খরা লৈরগা রাধা-কৃষ্ণগী সেবা ঙম্লক্কদুনা রাধা-কৃষ্ণ অতোপ্পা মন্দির অমদা শিম্লখ্রে। কুঠিদুদি মৈতৈ বাবাজি অমবু লৈহল্লে। বাবাজিদু কছারদগীনি। বেঙ্গলি লোন ফজনা ঙাঙই।

নোংমা বাবাজিদুনা রাধা কুন্দদা স্নান তৌরুনবা মল্লিভৈদো হৌগৎলগা মানা লৈরিবা মন্দিরগী থোঙ হাংলগা থোরকপদা বেঙ্গলি নুপীমচা চহী ১৬ রোমগী অমা থোঙ মনাক্তুদা হিপ্লগা লৈরম্বা থেংনখি। অহন্দুনা নুপীমচাদুবু হৌদোক্লম্মী। কনানো, করিগীনো মন্দিরগী থোঙজিন্দা হিপ্লিবদি হায়না মরম হংখি। নুপীমচাদুনা মাগী হৌখ্রবা ৱারী কয়া লীদুনা অহন্দুদা তাহনখি। মহাক ত্রিপুরাদগীনি। মমা-মপা অনীমক শিখ্রবা তুংদা মখুরাগী মচা মবুং অমনা বংলাদেশতা পুরগা য়োম্থোকপিরম্বনি। বংলাদেশতা মীনাই ওইনা লৈবা ইমুংদুগী মচানুপা অহন্দুনা মাবু নুপী ওইবীগী ইকায়খুম্নবা পূম্নমক মাঙহনবীখ্রে। মশা ৱাই শংলক্রবা মতমদা মচানুপা অহন্দুনা নুপীমচাসিবু লোম্না ত্রিপুরাদা হনখিনবা বস অমদা টিকেট কক্লগা থাদোরকখি। মহাক থোরক্লে হায়বগী পাউ তাবদা মাবু য়োম্থোক্লম্বা মবুংদুনা মাবু (মবুং) পুলিসনা ফাখিবা তারে খনবদগী নুপীমচাসিবু বৃন্দাবন চৎপা খোঙ্ভু অমদা পৈশা খরা পীরগা রাধাকুন্দদা মমাবোক অমা লাই নীংদুনা লৈবনি, মদুগী মনাক্তা খরা থম্বীরম্মু হায়রগা শিন্নরকপনি। রাধাকুন্দগী মমাবোকসু শিখিরল্লে। চঙফমসু খঙদ্রে। উপাই লৈতবদগী মন্দিরগী থোঙজিন্দা হিপ্লম্বনি। ৱারী পূম্নমক খঙলবা তুংদা অহন্দুনা নুপীমচাসিবু মাগীদা মতম খরা থম্বীরে। মাধুকুরী চৎলুরগা নোংমগী চরা নোংখন্নরি। ময়াঙসু কংবনা, মমীৎসু কুৎলে, পুক্লুংদনা থা অহুমগী অঙাং অমসু নাওপুরিবনি।

মন্দিরসিদা কালিমহন্না মাগী বৃন্দাবন খোঙচৎসিদা নুপীমচাসিবু থেংনরুবনি। বাবাজিদুনা মহাকপু থম্বদা মবুক থন্না পীজবা ঙম্লোইদবা অমদি হয়েং অঙাং উনদবা য়ারোইদবা মতাং অমা লাক্কদবদুগী ওইরক্কদবা কয়াদু কালিমহন্দা তম্মী। অহন্দুনা মীওইবা অমনা মীওইবা অমদা পাংবা মতেংমুক চাউবা ধর্ম অমমুক লৈতবনি হায়বদুদা কালিমহন বেটিবু য়ুমদা থোকপদা পুথোক্লগে হায়না চপ য়ুংনা লেপ্রে। অসুন্না কালিমহন্না বেটিবু কছার তানা পুথোরক্লে। বেটি কালিমহনগী খুঙ্গং খালজুর য়ৌরক্লুনা কালিমহনগী য়ুমদা লৈরে।

কছারদা বেঙ্গলি খুঙ্গং ময়াম অমা লৈ। কালিমহন্না বেঙ্গলি মরূপ-মপাংশিংদা বেটিগী ৱারী লীরুবদা বেটিবু মখোয় য়োকউ হায়রক্কনি খনবদগী কনা অমত্তনা তাবীদ্রে। ফিভমদুদা কালিমহনগী নুপী ইঙেলৈনসু বেটিবু য়েংনীংদবা পোক্লে। অদুবু বেটিনদি

মাবু নুংশিদুনা রাধাকুন্দদগী পুথোকপিরক্লিবা মৈতৈ নুপাসিবু ঈশ্বরগুম্না খঞ্জরি। মানা নুংতিগী অহীং হৌগত্তুনা মীনাইগুম্না থবক শুবা, ইঙৌম্রেদা তত্তনা নোঞ্জবা মওং কয়াদুনা বেটিবু ইমুংদুদা নুংশিদবা ঙমদ্রে। থা অহুম মরিগী মতুংদদি চাবা মবুক থনবদগী বেটিদো মশক মচু থোরক্লে। মতমসিদা রামধন্দি চহী তরাতমক শুরি। মনাও অনীদি য়াম্না পিক্লি। মতমগী মতুংইন্না বেটি কুম-থা শুদুনা শিলচরগী সিভিল হোসপিটালদা পুখৎলে। লাইবক থীবা হায়গদ্রা, ফবা হায়গদ্রা অঙাংদু দিসফিগর ওইনা পোক্লে। মচিনগা মনাতোনগা অনীমক মওং চাদ্রে। খোম চিংনবা মচিন পান্দ্রে। নুমিৎ ছুম্নি লৈরগা অঙাংদু শিরে। বেটিনা ঈশ্বরবু থাগৎলি। মরমদি অঙাংদুনা ফিভম ফনা হিংলম্বা থোক্লবদি নোংমা নৎত্রগা নোংমদি অপোকপা মপা কনানো শোয়দনা থিরকনি। মতমদুদা মাগী পাউখুম লৈরোই। বেটিবু কালিমহনগীদা অমুক পুথবক্লে। মানা অতোপ্পা বেঙ্গলিগী ইমুং অমদা মীনাই ওইগে হাযরুরবদি শোয়দনা য়াবগী তাঞ্জা লাক্লবনি। অদুবু বেটিনা কালিমহনগী মশক উদনা লৈগদবদু খল্লুবদা পুক্লিংদা অৱাবা তত্তনা ফাওজে। তশেংবমকসু বেটিগী চহী মতাংনা ১৭/১৮ হায়রকপদা ঙাইরিবনা মরক-মবক্তা কামগী ইথক-ইপোমসু করিগী হৌবত্তনি। কালিমহনসু মতমসিদা চহী ৩৭ থোমতমক ঙাইহিবি। অদুবু মহাক ব্রাখল ফত্তবা খনগে হেক তৌরকপদা রাধাকুন্দগী বাবাজিগী শক্তম অমদি ব্রাহে হেক্তা নীংশিংলকই। নোংমদি চাকশঙদা তুম্বা বেটিবু অহীংদা মশা নোমদুনা হৌদোকপা ফাওবা য়াওখ্রে। মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা চানবীবগে নীংদুনা মনাক্তা চঙবীবক্লব্রা খঞ্জখিবা বেটিনা, কালিমহনগী নীংহন্নখিবা থম্মোয়দুবু মতম চুপ্পদা নীংশিংদুনা লৈখি। থৌদোক্কুগী মতুং ইকান-কান্নদনা কালিমহন মান থন্না য়াওবা টাটাগড়ী অমনা শিলচর বাজারদা থেংবদগী য়াম্না থীনা শোকখি। মহাক্না হিংবগী আশা উরক্কুবা জ্ঞান শরা লৈরিঙৈদা মচানুপা রামধনবু মনাক্তা কৌশিল্লগা মানা লৈখিদ্রবা তুংদা বেটিবু লুনা তৌবীয়ুকো হায়রম্মী। কালিমহন লৈখিদবদা বেটি অহীং কয়া তুমদনা লোম্না কপখি। কালিমহনগী ফোটো অমা কনা উহন্দনা ঙসিসু লোত্তুনা থম্লি। ব্রারীসি লমফৈ চৎখিদৌরে। বেটিনা চৎখ্রিবসি রামধনগী কছারগী য়ুম লৈবা খুঙ্গং খ্বালজুরদনি।

শোমদা বোয়াই হাম্নদি রিক্সো থৌবা তম্বদা হৈতদুনা খোংবান্দা য়ুংশিন্দুনা অৱাবা নংখিবদো ঙসিদি রামধন্না লৈবীবা শজিক হোম্নবা রিক্সোদু ফজনা থৌবা হৈরে। লম্ফেলদগী নুংতিগী অয়ুক্তা শজিক ফাল্লুরগা রিক্সো থৌরগা হল্লকপদা থোইনা অৱাবা

রামধনগী ষনগী শঙ্গোম, বীহারি গোলা অনী লাক্লগা নুংতিগী অয়ুক অমদি নুমিদাংবাইদা লৌরে। চীংখৈঙানবীনা ষন সেবাদা মপাগী মতেং পাংদুনা হোৎনরকপসিদা বোয়াই থোইনা হরাউজে। অদুবু খরা পঙলপ তৌবী তোনদোন্না সনাতোম্বীনা চীংখৈবু কৌরগা থবক খরা-খরা পাংহনবসিদা কন্নকপগুম, করিগুম সনাতোম্বীগী মনাক্তা মথৌ ইরৈ-লৈতনা চৎলগা চীংখৈঙানবীসে মানা পোকপি মচানুপী নত্তে হায়রুরি। চীংখৈগী তুমিন্না লৈবা হৈজদবা, থবক শুনীংবা মতৌদুবু উরগা সনাতোম্বীনদি মমা লৈত্রে খল্লুবদা মচাগুম্না নুংশিবা বাখল ফাওরকপসু য়াওই।

নোংমা ফাদোক থবক অমা পাংনবা হায়কবদা হরাও-হরাও চেল্লক্লুনা থবক্তু মচু তানা তৌথোরকপদু উরগা মাগী মী ওইনীংলকপগী বাখলসু হেক ফাওরুবি। অদুবু চীংখৈদো মনাও নুপীগুম্না নোংমতা ফনেক ফজবা, ফুরীৎ অহনবা অমত্তা শেৎপা অমদি লিৎপা উদে। মদু উবদা সনাতোম্বীনা নুঙাইতদুনা চীংখৈঙানবীবু খ্বাইরম্বন্দ বজারদা পুবীরগা সলুঙাঙবা ফনেক অমগা ফুবীৎ জরসি অমগা লৈবীখি। চীংখৈনা ফনেক্তু ট্রঙ্ক উপুদা হাপ্লগা চেৎনা থম্মী।

চীংখৈঙানবী ঙসিদি মপাগী মতেং পাংদুনা ষন সেবা তৌবা ফজনা হৈরে। নুংতিগী দানা লোনবা, দানা পীজবা তোয়না তৌবদগী ষনশিংদুগা মাগদি চান্নবা মরুপ হায়বদু ওইরে। মাবু হেক উবদা মঙক থাঙ্গত্তুনা শজিক হাপ্পু, দানা পীজৌ হায়না বাহে খরা হায়বগুম তৌরে। তাইবং মীশু, শা-ষনসু লুনা তৌবা মীবুদি মশক খঙই, নুংশি। চীংখৈনা ষন ময়ামসিগী মরক্তা খরা হেন্না লুনা তৌজবদি অমুবাংবী, মমিংনা 'শকহেনবী' কৌবী হাতমদুনি। নুংতিগী মানা তকপা-নানবা, ইরুজবীবা তোয়না তৌবীবদুদা মখোয় অনীদি খরগা হেন্না চান্নজে। শকহেনবী মচা কাপখিবা থা নিপাল হায়রক্লে। মচা পোক্কদবা থা অমরোমতমক ঙায়রে। শকহেনবীদু নোয়-পেন্না, মতু শিং নাল্লদনা য়েংবা নুংঙাইবা ষনবী মাল্লে। মসি চীংখৈনা নীংথীনা পীজ-পিথক তৌজরকপগী মহয়ননি।

চীংখৈঙানবীনা শকহেনবীবু নুংতিগী মী উদ্রিঙৈদা শঙ্গোম শুম্বা হেক-হেক তম্মী। অহানবদা হৈনদদুনা মখোঙ থাংদোক থাংজিন তৌরম্বা; ফু-ফু কাল্লম্বদু হৌজিক্তি নুংতিগী তম্বীবদুদা হৈনরক্লমাল্লে, করিমত্তা হঙ্গোইবা মতৌ উখিদ্রে। শঙ্গোম শুম্বা তম্বীবদুদা হাক্কৎচবা হোৎপিবগুম থোক্লে। পোইনু লোইশিল্লকপা মতমসিদা রামধন্না চক্ক টাটা গাড়ী অনী লৈরগা মমাঙগী হৈকোলগা তাইনবা মফমদুদা নীংথিনা পৈরগা থম্মী। হৌজিক্তি লম্ফেলগী শজিকসু ঈশিং তুংবা মফমদা নৎত্রবদি কবো নাপী

মরাং কায়না ফংদ্রে। অদুবু বোয়াইদি নুংত্তিগী মফম হোং-হোংদুনা ফান্নগা পুরকই। মানা হোৎনবসি মশাগীগা চপ মান্ননা খন্নগা হোৎনবনি।

অসুম্না শকহেনবী কুম-থা শুরক্তুনা নুমিদাংবাই অমদা ফজবা মচা অমোম অমা অশোয়-অঙাম য়াওদনা পোক্লে। জর্সি ষন লোইবদা মচা অমোম পোকপসিগী তোঙানবা মহাও অমা লৈ। মদু রামধনগী ইমুংদসু চপ-চানা ফংই। রামধন মানা তৌরু-তৌরুবা থবক খুদিংমক্তা চৈ য়াম্না কারি। হায়বদি দাও য়াম্না য়ারি। মহাক, মহাক্কী ইমুংগী কান্নবা ময়াম অমা ফংলির্বসি মহাক মশাগী হোৎনজবা অমদি থৌরাং চুম্বননি খল্লি। তশেংবদি বোয়াই অমদি চীংখৈঙানবীগী হোৎনজমনবু থৌশাদ্রবদি ৱাখলসি লানগনি। শকহেনবীনা মচা অমোম অমা পোকপসিদা ময়ামদগীদি চীংখৈঙানবীনা শরুক কয়া হেন্না হরাউজে। শকহেনবীনা মচা পোকপগী মো-মো খোংদুনা অৱা-মৈচাক খঙবদু উবদা মপিবু তাবিবনি। খুদক্তা দানা লোন্দুনা শকহেনবীবু পীজে। বোয়াইনা চরু মপুল অমা মৈ থারগা ষন্নাওগী খুজিল খোকপী। ঈশিং অশাবনা ষন্নাওদু ফজনা ঈরুজথোকপিরগা মমাগী শঙোম পীথকপা তম্বী।

পুন্নমকসি পৈশা অহেনবা ফংগনি খন্দুনা তৌবা অমত্তা নত্তে। শিনফমদা পুক্লিং লুপশিনবগী ৱাতনি। চীংখৈঙানবীনা থৱায় য়াওবদু উবদা সনাতোম্বীনা হায় — "হন্দক্কী শকহেনবীনা পোক্লিবা ষন্নাওসিমদি হয়েং চাউরগা ইচা চীংখৈঙানবীদা উনবীবাইদুনি।" মমা বেম্মগী ৱাহৈদুদা চীংখৈঙানবীদু হরাউনা নোকই। মচা চীংখৈঙানবীনা মাগী মতেং পাংবসিদা নুংঙাইজদুনা বোয়াইনা ৱাহেং লৈকায়গী সনা শাফমদা চৎলগা মচা চীংখৈগী সনাগী লীক অমা লুপা লীশীং মঙাগা চামঙা পীদুনা লৈরুরগা শিহল্লি। মদু উবদা তোনদোন নুমিত্তু লৈফম-চাফম খঙদনা তিল্লাইখোম্বী চুবগুম তৌখি।

মমাতোনগী হোংলক্লিবা মীৎয়েং, মওং হান্নদগী খঙবনা চীংখৈঙানবীনা সনা মরীদু মঙক্তগী লৌথোক্লগা মনাওদা শিবীরম্মী। মদুদা চীংখৈঙানবীগী ৱাখলদা করিমত্তা নুংঙাইতবা পোক্লুদে।

থৱায় য়াওনা অমদি থম্মোয় শেংনা তৌবা থবক খুদিংমকসি খঙবা, হৈবদসু মতম চঙদে। চীংখৈ নুংত্তিগী শকহেনবীগী শঙোম শুম্বা তম্বদগী ঙসিদি মহাক শঙোম শুম্বা ফজনা হৈরে। নুংত্তিগী অয়ুক্তা শকহেনবীগী শঙোম মানা শুম্মী। মাগী থৱায় য়াওজবা মতৌদুদা মপানসু শুমগনু হায়দে। অদুবু চীংখৈঙানবীনা শকহেনবীগী নত্তবা ষনবী অতৈগী শঙোমদি শুমদে। ষন অতৈগীনা বোয়াইনা শজিক ফাল্লুবা হল্লক্লগা শুম্মী।

বেটিনা কছারদা চৎখিবা নুমিৎ তরামঙানি গুরে। মাসু অশোমদা রামধনগী মনাও বলদেবগী মচানুপী অঙাং উনবগী হোসপিটালদা লৈতবা য়াদবদগী চোহ্নদুনা লৈবনি। চীংখৈঙানবী নৎত্রগা থোইনুবু সনাতোম্বীনা হন্দক মরকসি মাগীদা কৌদুনা ইমুংগী থবক খরা-খরা পাংহল্লি।

ইমুং অনীগী মরীদা ফজবা মশক অমা উবগুম, য়াম্না চান্ন-চিন্ননা লোইনরি। মরকসিদা চীংখৈঙানবীগা থোইনুগা অনীবু ৱাঙুদা মাম্মা ইবোচৌবনা কৌদুনা নুমিৎ নীনিখক লৈরুই। মখোয় অনী লৈতবদুদা সনাতোম্বী থবক পাংবীনবা লৈতবনা তৌফম খঙখিদে। বোয়াইসু মচা চীংখৈনা পাংলম্বা মতেংদু ৱাৎপনা অহোবা য়াম্না লৈখি। মতাংচানা বোয়াইনা রামধন্দা ৱাকৎ অমখক থম্লকই। মদুদি রামধনগী শঙ্গোলদা ষন মশীং হেনগৎলকপনা বোয়াই মতোমতা ষন হোৎনবসি খরা ৱারে; ষন লোইবা পামজবা, রামধনগী শঙ্গোলদা তোয়না লাকপা বোয়াইগসু মোৎ চানবা, লৈকায়গী পাখং চাউথোইবু ষন শেন্নবা য়াওহল্লসি। বোয়াইগী ৱাদু মরম চাবদুদা রামধন্নসু য়াবীরে। মথংগী নুমিত্তগী চাউথোই রামধনগীদা ষন শেন্নবা য়াওদুনা শজিক ককপা, চরু ককপা, ষন ঈশিং পিথকপনচিংবা হৌরে।

ৱাঙুদা চৎলুবা চীংখৈঙানবীগা থোইনুগা হল্লক্লে। চীংখৈঙানবী ৱাঙু চৎলুবা হল্লকপদা মশাদু ৱাই অমা ইচিন-চিনবগুম তৌই। মানা ৱাই চিল্লিবগী মরমদি মনে ক্বাক্লেনা হৌদোরকপা লুখোইগা লুহোংবগী ৱাফম অদুগীনি। মতম অমদা য়াওশঙদা অবের তৈবদা তুশিনখিবদগী মানা লুখোইবু ৱারৌখিবনি। মানা খ্বাইদগী পামজদবা মীশক অমদা পুন্সিগী ওইনা ৱাইথুংনবা তারব্রা হায়বা ৱাখলসিদা ৱাজবনি। মনেনা কন্না হঞ্জিন-হঞ্জিন হংজিল্লকখিবা ৱাহংদুগা, লুহোংবসু মাম্মগা মানেগা অনীনা শীল্লগা হোংবীগদবদুনা মরম ওইরগা খুমদবা ঙমদদুনা হোয়, য়ারে হায়দোক্রম্লে। হৌজিক ইরোইশেনবগী রামধনগী ইংখোল য়ৌরক্রগদি শকহেনবী উবদা চীংখৈদো শকহেনবীগা কায়নরগনি খল্লুবদা পুক্লিং খংব্রা ৱাবা হৌরক্লে। মাবু নুমিৎ নীনি উরুদ্রবা শকহেনবীনা চীংখৈ হেক উবদা মো-ও হায়না কৌরকই। চীংখৈসু ফি হোংদোকপা নংদনা শকহেনবীগী শজিক হান্না হাপ্পী। মখোয় অনী অরাপ্পদগী উবদি ৱারী ঙাইহাক শান্নবগুম উরে। কয়াদা নুংশিখ্রবা জীব অনীগী মরীনো?

শজিক কক্লিবা চাউথোইনা মরোল অমা চীংখৈঙানবীগী আশাদা মপানা হায়বা ইন্দুনা রামধনগীদা ষন সেবা য়াওরবে। বোয়াইনদি মদু য়ৌনবু খনজিল্লুদে। চহী মতাংনা ওইজবনি।

রামধনগী য়ুমগা বোয়াইগী য়ুমগা অনীদুগী ফাওনবা য়াবা খোঙলম্বী মচা অমা লৈ। হায়রিবা লম্বী মচাদুদা সনাতোম্বীনা করিগুম্বা চীংখৈবু কৌরক্লবদি চীংখৈ লম্বীদুদা ফাওরগা চৎলি।

শোমদা রামধন হায়বিবা নুপাসি কছারদা বেঙ্গলি মরক্তা চাউরকপনা বেঙ্গলি লোন মমালোলগুম্না ভাঙই। বেঙ্গলিশিংগী জমিন্দারগী থৌশিল ফজনা খঙই। মীনাই, মীশন থম্বা অমদি পান্নবদা য়াম্না হৈ-শিংই। হিসাব য়াম্না কুপ্পী। মৈখেৎ খেৎখিবা মরুশিং, ব্লেট অমনবা, বোলপেন রিফিল অমনবা ফাওবা মাঙহন্দনা থম্লিবা মীনি। চেকশিনবগী জাত্তা অঙাং ওইরিঙৈদগী মানা মহৈ তম্লকপা মতমদা মকপ-মপাং, মরী-মতা অমদি ময়ুমগা ইনখিবা চিঠি অমত্তা মাঙহন্দনা লৈরি।

মরকসিদা বোয়াইদা পাউ অমা অমুক লাক্লে, মদুদি চীংখৈগী লুহোংবগী ৱাফমদু যান্নগদবা ওইরবদি চীংখৈবু অফবা নুমিৎ অমা য়েংলগা থিল্লক্লবা তৌরো! নুমিৎ খরনিগমুক হৌখ্রে। মখোয়না পাউ হল্লক্লবদুদা ইবোচৌবগা কাক্লেগা অনীমক বোয়াইগী য়ুমদা লাকই। বোয়াইনা ঙা-চাক লৈরুরগা চীংখৈনা থোংলগা ইবোচৌবগা কাক্লেগা মবুক পেন্নবা পীজরে। মশেনগী ফিভম খরা ফগাৎচরম্বদুদা ইবোচৌবসু নুংঙাইবা পোকই। মখোযনা লাকপগী মরম হৌদোরক্লে। মখোয়না হায়বা নুপাদো প্রাইভেৎ স্কুলগী হেদ মাস্টর ওইবনি। চীংখৈঙানবীবুসু হান্নদগী মশক খঙবা, মাগী স্কুলদুদা চীংখৈবুসু ওজা ওইহনবা য়াগদবা, তুং কোইনা লৈমিন্নবা নুংঙাইগদবা নুপানি; মখোয় অনী লুহোংবীনবা তৌরসি; চীংখৈঙানবীনা নহান লাক্লম্বদা মা মশাগীদি য়ারে মাম্মা হায়রম্লবনি হায়না তম্লক্লে। বোয়াইদি মবাইগী ৱাদুদা মরূ লুকথরগা মুন্না খল্লগা লৈ। কাক্লেনা মখা অমুক তারকই — "তাঞ্জা হায়বসি হেক্তা লাক্কদবা নত্তে, নুপাসি ফবদুদা হায়বনি।"

বোয়াইনা তপ্না পাউখুম পীরকই —"ইবাই! ঐ য়ুমশকৈশা নুমিত্তা মরোল অমা খঙহঞ্জরক্লগে?"

— "অদুদি ঐসু মখোয়রোমদা মরোল অমদি খঙহনখ্রগেকো, মখোয়গীদি লাক্লিবা ফাইরেন থাসিদা হোংলসি হায়রবনি।"

ৱারী শাবা লোইরবনিনা গাড়ী নংহৌররোই হায়দুনা ইবোচৌবগা কাক্লেগা চৎনবা থৌরাং লোইরে।

কাক্লেনা চৎলমদাইসিদা ঙসাই লাকপদগী হৌনা হায়গে খনবা ৱাফম অমখক তোনদোন্দা হায়রকই। "নখোয়না তৌরিবসে ইনম্মদি কয়া য়ানীংদে; ঙল্লবদি চীংখৈবুসু

সনাগী লীক মরী মচা অমত্তংদি শিহনবা চুমই: মীনা উবদা ফজরোইদবগী হায়বনি।"
তোনদোন্না খুন্নকই,

— "মনাওনুপীনা স্কুল কাবনিনা মীগী মমাঙদা ফজদে হায়দুনা মনাওবু শিহনবনি।"

চৎলমদাইদা ইবোচৌবনা চীংখৈদা লোন্না লুপা চামভাখক পীবম্মী। ইবোচৌবগা কাক্লেগা চৎখ্রে। মাম্মা অমদি মনে হনখ্রবা তুংদা চীংখৈগী পূক্লিং হেন্না নুংশিবকই। ফমুংদা ফম্নগা লোন্না কপ্পী। বোয়াইসু মচাগী মতৌ উবদা মচাগা কায়নবা মতম লাক্লমাল্লে খল্লগা পূক্লিং য়ানা হৌবকই। অদুবু নুপী ওইনা পোক্লবদি মীগী মযুমদা লৈখিবা তাবনিনা বোযাই মচা লুহোংবা তাববদি সনা খবদি শাদবা য়াববোই খল্লকই। অহীংদা মানা লোন্না তুংশিন্নগা থম্বা পৈশাদু কয়া শুববগে য়েংই। লুপা লীশীং তবানিথোইদি শুরে।

চীংখৈঙানবীদো মাগী লুহোংবা কুইন্নবোই খনবদগী মরম খরগা হেন্না মোক্লকই। তোনদোন্দি মনম্মা কাক্লেগী য়াদু চীংখৈনা নহান য়াঙু চৎপদা মনেদা তম্বদগী হায়বম্বা ওইগনি হাযনা মবুক্তা নুংঙাইতবা অমা কন্না ফাওরি। চীংখৈগী অশোয়বা মতাং য়েংলকই। শোমদা চীংখৈনা অয়ুক-নুংথিল পাদুনা লৈ ঈশিং চাইরকই, ষন সেবা তৌরকই। নুংতিগী অয়ুক ঙস্তা হৌরগা শকহেনবীগী শঙ্গোম শুম্মী। শকহেনবীদো শঙ্গোম লিটর ১০ রোমদি থোক্লে। মচিঞ্জাক খরা হেন্না পীজরগা শঙ্গোম থোকপসু খরা হেল্লি। মানা শঙ্গোম শুম্বদা খরা হেন্না থোক্লকপা নুমিত্তা নুংঙাইজবদু করি হায়রগা থাগনি। হায়ফম খঙদে। শঙ্গোম শুম্বদা অসুম য়ামখৎলক্কুনা বালটিন থল্লকপগী নুংঙাইবদু কাউবা শুকঙম ঙমদে। নোং হেক ঙানবগা স্টিল বালটিন্দু লংত্রিক লংনা ফেংলগা শঙ্গোম শুমগদবগী হেক্তা হোৎনৈ।

নাকল অমরোমদা নৌনা ষন শেন্নবা য়াওরিবা লৈকায়গী পাখং চাউথোইসু চীংখৈগী ঈং-তপ্পা অমদি ফজবা শকফমদুদা নুংতিগী ষন সেবাদা থৱায় কন্না য়াওখৎলক্লি। চীংখৈ উরগা থবক মঙম শাল্লি, উদ্রগনা থবক শুনীংদে। মখোয় অনী মরক-মরক্তা য়া কাসু খরা-খরা ঙাঙনবা হৌরক্লে। চীংখৈঙানবীদা ঙসি অয়ুক শকহেনবীগী শঙ্গোম কয়া য়াম্না থোকপগে হংবা ঙল্লক্লে। মাগী য়াহংগী পাউখুম ওইনা চীংখৈনা খোইরুম তৌরগা "ঙসিদি পঙয়াম য়াম্না থোক্তে" কা হায়রকপদু তাবদা চাউথোই থবক্তা চাক-ঈশিংকা কাউই। মথংগী অয়ুকনি। বোয়াইদি শজিক

ফানবা চৎখ্রে। চীংখৈ মহৌশাগুম ইঙাও-ঙাওনা খুত্তা বালটিন পায়বগা শঙ্গোল তম্না চঙলকই। ঙরাং নুমিদাংবাইদা শকহেনবীদু দানা খরা ফজনা চাখি; ঙসিদি শঙ্গোম খরা হেন্না থোকপা য়াই খল্লি। বালটিন্দু মফম চানা থল্লগা যন্নাও থাজিন্দুনা শঙ্গোম পীথকপা হৌখ্রে। যন্নাওদু অমুক চিংথোক্লগা নাকন্দা পুল্লগা থম্মী। বালটিন থাংজিল্লগা শঙ্গোম শুম্বা হৌখ্রে।

বামধনগী মচানুপা তোমপোক, ঙরাং নুমিদাং ময়ুমদা থুংলে। মখোয়গী ইখোল অমদি অকোয়বদা কনা কনা লৈবা কবিমত্তা খঙদে। মাসু ঙস্তা হৌগৎলগা থোঙ্গাল ফাওবা থোক্লকই। অবাংলোমদা যন মযাম লোইবম্বদু উবদা শঙ্গোম্লোমদা হেক চঙলুবে। শঙ্গোলদা লৈশাবী অমনা মতুং ওয়েক্লগা শঙ্গোম শুমদুনা লৈরম্বদু হেক উরুরে। তুংলোমদগী য়েংবদা নুংঙাইবা শাবান, পুনশিল্লিবা মুববা অমদি যাম্লবা শমগী শম্বুলদসু মশা শঙ্গোম শুম্বগী নোম্বদুদা নীংখায়নীঙ-নীংখায়নীঙ তৌরে। নীংগাংননা ফম্বদা মনিল লৈনা ইনথোরক্লিবা থাবতনা রাংলগদবা, অয়েংবা পাখংগী থম্মোয়বু মিকুপ খবদি হুমদুনা পুবা ঙল্লবা নীঙগী ফজবা, খুনীংদুনা কয়াদা থোং নৌনা নাল্লিবা; পূমবুম তারিবা থম্বৌমতা ঙমজবী পাম্বোম অনীদুনা শঙ্গোম শুম্বগী তান্দুদা হৈ-শিংনা নোম্লি। অশুক ফজবসিগী মবক্তা বালটিনগী শঙ্গোমদুনা জরৌ-জরৌ মখোলগা লোয়ননা থনবা অসুম হেনগৎলক্লি। চীংখৈঙানবী, মীৎফম খজিক্তং ফাওবা চোইথোক্তনা শঙ্গোম শুল্লি।

শোমদা তোমপোক্লা মাবু হুরান্দুনা তুংলোমদগী মশাগী অয়াবা য়াওদনা ফুবীৎতুবা মীনা ফুরীৎকী নাপ লৌবগুম, তোমপোক্কী থম্মোয মনুংদা চীংখৈঙানবীগী মশা পুম্বদা ইঞ্চি তেপ পায়দুনা নাপ ওনবা লোইখ্রে। তোমপোক্কী পূক্লিং, রাখল লোইনমক ঙাইহাক্তংগী ওইনা শঙ্গোম শুম্বীগী ওইখ্রে। রাখলগী ঈপাক অমদা আ যৌনা কুমথখ্রে।

মতোমতা খল্লকই — "তুংলোমদগী য়েংবদা অশুক য়াম্না নীংথিজবসিনদি মাঙলোমদগী উবা ওইরম্লবদি কমদৌরমগবা? নাকচেৎ ওইরপ্পা উবদনা অমুক্কা হেনবগুম তৌরি। নাইন মচা অনীখক য়াল্লিবদুদি পূক্লিং নুংশি। সনাগী মরীগী মহুত্তা লুপাগী মরী শিরিবা ঙকশমদুবু উরুবদা তোমপোক মিনুংশি খংপোক পোক্লকই। তোমপোক্কী পূক্লিংগী নৌনা শাবা মন্দির মনুংদা চীংখৈঙানবীগী মুর্ত্তি অম্না তশেংনা খিন্দুনা থমখিবগা চপ মান্নখ্রে।

শঙ্গোম শুস্বা লোইরদুনা চীংখৈনা শঙ্গোম থল্লা য়াওরবা লুম্লবা স্টিল বালটিন্দু য়েংথংবা খুৎনা পায়রগা থাংবা হৌরকপদা তুংগী শম্বুলদু জ্বাই লাউনা নীংখায়দুনা নঙ্গন্দা চাইথরকই। মখোলদি থোক্তনা তোমপোক্কী থম্মোয়নুংদা "ৱা" হায়বা খোঞ্জেল অমগী খোষ্থাং য়ৈখি। "ও ! ঐনা খনবদু কয়াদা চুম্লম্লবা ! তুংদগী য়েংবদা শোয়দনা ফজরমগনি খনখিবা মাগী শকফম্না ঐগী ৱাখলগী ফজবদগী শরুক কয়া হেল্লম্লবা ! করম্বা লাইগী শায়োন্নো, ঙসিগী অয়ুকসিদা, শঙ্গোলসিদা উরিবসিবু মঙদি নত্তেকো।"

মশমদু তুংলোমদগী মখুৎ অনীনা খোমগৎলগা চেৎনা পুনশিল্লি। শকখঙদবা পাখং অমনা মাগী তুংলোমদা ঙসাইদগী মাবু য়েংদুনা লৈরি হায়বদি খঙজরুদবনা পাখংদুবু হেক উবদা ইকায়বনা মমায়দু পুবা ঙমজদ্রে। ৱাং-চাউরবা, মশা-ফবা, কুচু ফজবা, ট্রেক্টশুট শেৎপা পাখংসিবু কন্নানো ? থম্মোয়দা মতোমতা হংজৈ। মশাদি পাখৎপনা তরঙ চৎলে। "করিগীনো মানা শাহুম খজিক্তং অহম-অহা তৌরমদনা লোন্না ঐবু য়েংলম্লিবা ? মাবু লাকখিবা কয়াম কুইরবজাৎনো ? ঐনা শেৎলিবা ফিসিনা মরোল অমা জুগোৎ চাদ্রিবা; ইন্নফিসু য়াওদে তৌরিবা, ইশম-ইনাসু মিংশেল য়েংলগা হাৎলক্তে।" ৱাখল খন্না-খন্না জ্ঞান মাঙলবী অমগুম শঙ্গোম শুম্লম্বগী ৱাখল ঙম্না কাউখ্রে। যন্নাওগী থৌরীদু থাদোক্কে তৌই। শোমদা যন্নাওদুনদি মানা ৱাজরিবদু খঙবীবা নত্তে। শঙ্গোম শুস্বা লোইরে, থৌরী থাদোরক্রগনি, নুংত্তিগী মতৌগুম অমুক্তং মমাগী মথাদা চেনশিল্লগা শঙ্গোমদু হাউনা চিংলগা থকহৌগে সিদনি খল্লিবা।

চীংখৈঙানবীনা ভাব ইতা-তাদনা যন্নাওদু থৌরী থাদোরকই। থৌরীদু মখুত্তগী নানথোকখ্রে। যন্নাওনা থৌরী চিংলগা চেনশিল্লকপদা থৌরীগী মতোন্দা পুল্লিবা কিশিদুনা বালটিন মখাদা চঙখিদুনা পনবদগী বালটিন থনবা শঙ্গোমদু বালটিন তুবদা লৈমায়দা তেংনা হৈদোকখ্রে।

চীংখৈ — "ইমা" হায়না খংলাউ-লাউরকই, হৌজিক্তা ভাব তারকই, মানা বালটিন থল্লিবা মফমদু শোয়রে। শোমদা তোমপোক্না — "ইহে!" হায়রকপগা খোঞ্জেল অনীদু চপ মান্নখি। থম্মোয় অনীগী মান্নবা নুংঙাইতবা স্বর অনীখক মখোয় অনী তান চপ চানা হোনদোকমিন্নখি। নুংঙাইবদা পুন্না খুমিন্নবা খুবাক মখোল তাবদসু নুংঙাই; অৱাবদা পুন্না হোনদোকমিন্নখিবা শ্বরগী খোষ্থাংদি থম্মোয় নুংদতা য়ৈবনি, কন্নানসু হিসাব পারুদে। চীংখৈঙানবীদো নৌনা উবদা ঙায়রিবা পাখংদুগী মমাঙদা ইকায়বনা মমায়দু পুমঙাঙ-ঙাঙশিনখ্রে। মখুৎ অনীদুনা মমায়দু খুম্মী। মমায় খুম্লম্বা খুত্তু পুন্না চিংথরগা মচিন্দা অমুক খুম্মী। চেকশিলহৌদ্রবা মাগী থৌওংদুদা মতোমতা

ইকায়জবনা তৌফম খঙদনা তিঙক-তিঙক য়েংলগা লেপ্তুনা শঙ্গোম থক্লিবা যন্নাওদা অমুক যেংই। ভাব তারকপদা লৈমায়দা ভৌরোক ভৌনা চেষ্টরিবা শঙ্গোমদুদা য়েংলগা কপ্লিং-কপ্লিং মীৎলুদা ঈরা চেল্লক্লে।

শোমদা মীৎ কুপ্তুনা তুংলোমদগী রাখল অমদা আ য়ৌনা চঙশিল্লুরবা তোমপোকসু চীংখৈগী অশেংবা মায়থোঙ অমদি ঙাইহাক্তুদা উরিবা দৃশ্য পুন্নমক্তুনা মাবু শুম্বগুম তৌহনখ্রে। মানা মফমদুদা তুমিন চঙলক্লগা লৈশাবী অমনা শঙ্গোম শুম্বা য়েংলুবদুনা চীংখৈনা মাবু উবদা ইকায়বদগী শঙ্গোম হৈদোকখিবগী মরম্নি খল্লুবদা মহাক্কী পূক্লিংদা অরাবা ওইরে।

রাহৈ অমখক্লা — "মেম্মা ' ঐনা মফমসিদা চঙলক্লগা নহাক্কী অয়াবা য়াওদনা লোন্না শঙ্গোম শুম্বা য়েংলুবদগী শোয়খিবনি হায়বদো ঐহাক ইশানা য়াজরে। ঐহাক্লা লানখিবদুগীদমক ওথোক্লা ইকায়জৈ।"

খুমসি কদায়, খুমদসি কদায়, "ঐবু করম্লো তৌবিসিবু" অসি খল্লগা তিঙক-মায়ঙক্লদুনা ঙাইহাক লৈরে।

থোকখ্রিবা থৌদোক্তু মমাতোন্না খঙলগা কমদৌবা, মপা হল্লক্লগা করি হায়না তমসিগে, "নঙবু শঙ্গোম শুম্বীয়ু হায়ব্রা, তৌঙম্বী! ঐবু করি মতৌনো, ওথোকপা মতৌনিদা, ঙসিসে।"

অসুম্না থোক্কনি হাযবদি মাদি হান্না খনখিবসু লৈতে। শোয়বা হায়বসিমক্তবু তাক্লমদনা থোক্লকপা ঙাক্তনি। নুংতিগী ঈশিং শোক্লিবা গুহাদা ফাওবা শোয়বদগী তাদুনা শিবা য়াওরিবনি। রাখল খন্না-খন্না যন্নাওদুনা মমাগী শঙ্গোম থকপা লোইবা ঙাইরগা যন্নাওদু অমুক ফাজিল্লে। তোমপোক্তি হৌজিকসু মফম লেঙদনা অদুম শঙ্গোল খারিবা রাদুদা ঙাথরগা চীংখৈঙানবীগী মতৌ য়েংদুনা লৈরি। রাখল নুংবংননা চীংখৈদো বালটিন্দু পায়রগা পুখ্রি মপাল্লোমদা তপ্না-তপ্না চঙখ্রে। বালটিন্দু শেংনা চামথোক্লগা পুখ্রিদগী ঈশিং ওইনা শোক্লগা চঙখিবনা শুমাঙ য়ৌখ্রে।

তোমপোক্তি চীংখৈনা যাদু তৌদুনা নঙ মফমসিদা লেঙদনা লৈয়ু হায়রম্বগা চপ মান্ননা মফম লেংদনা লৈহৌরি। মাসু খল্লি — "হৌজিক মানা খল্লমগদবা রাখলসিবু করি ওইরিগবা?" মহাক তশেংনা অহানবা উকবা নুপীমচাসিগীদমক্তা থম্মোয় শোক্লা রাবা হৌরে। মসিবু অপাম নুংশিগী রাখল হায়বদুরা? নুংশিবা মীত্তগী পোকই হায়নবদুবু মসিরা।

শোমদা তোমপোক্লা ৱাখল অমদা উংলগা লেপ্লিঙৈদা চীংখৈনা পুশিল্লকপা ঈশিং বালটিন তোনদোন্না হেক উরে।

"শঙ্গোমদি কদাইদা লৈহৌরে?"

কিনা-কিনা খুমদবদি য়াদবনা — "শোয়বদগী হৈদোকখ্রে"।

"ইস! অদুক য়াম্বা শঙ্গোমদু করম্না হৈদোকখিবা? শঙ্গোমগী পৈশাদু কয়ানো নঙ খঙলব্রা? ঐদি য়ারোই হায়রিসিনি।"

মাঙ্গোলদা লাইরিক ঔরাইরিবী থোইনুনা — "ইমাসিমা, শোয়দুনা হৈদোকখ্রে হায়রমক্তদা।"

"হায়! হৈ-শিংবী, নঙ য়াওরক্কনু।"

ৱাহৈদু হায়রল্লগা থোইনুবু মমানা ফুবা হৌই। চীংখৈনা মমাতোনবু খাম্মী। থোইনু কপ্লগা ইমুংদা চঙখি। তোনদোন্না চীংখৈদা ওনশিল্লগা মতুংদগী মশমদু চিংলগা মনঙ্গন্দা খুতুম্না অনীরক শুরগা ফুই।

"নঙদা চৎপিখ্রো, নমা চাবী নঙনবু কয়াম ফনিগে? নঙ পোক্রম্বদগীনি ঐখোয়না ঙসি ৱারিবসি। ইচানুপা অমত্তং য়াওজগদবসু নঙ লৈবদগী পোকপগা শিরে। নহান নপানা শঙ্গোম খরা হৈদোক্লুবগী ভাঙখিবদু নঙশু খঙলিবনি। পৈশাদু নঙনা পীবা ঙম্লবদি ফৈ, নবুক্লা মরোল অমা ফৎত্রিবা, ঙরাং ইনম্মা লাক্রম্বদসু সনা সিহন্দে হায়না পাউ তম্বদগী নৎত্রো ঐঙোন্দা ইনম্মনা ভাঙলম্লিবদো?"

চীংখৈঙানবীদু থম্মোয় শোক্লুরবোই, মাগী লৈজবা পৈশাদগী লুপা চনীখক পুথোক্লগা মমাতোন্দা কপ্পা-কপ্পা পী।

"হায়, তৌঙম্বী! পৈশাসিনা কদায়দগী হুরাল্লুরিবা? নপাদগী ওইরিনি, নপাসু নঙবুদি য়াম্না কনখৎলি।"

"ঙরাং মাম্মনা পীরম্বনি।" কপ্পা কপ্পা খুম্লকই।

"মসি মীনা ভাঙলগা চিঙ্খক্তা অরংননা খুম্বা শাইনহে?"

অসি হায়রগা মশমদু অমুকসু লাক্তুনা চিংলগা ফুই। "নঙদা শিথ্রবদি ইমুংসে নুংঙাইগদবনি। নশক্তু উবগা খোইদৌসি হেক্তা শাওনীংই।" অসি হায়না চবেং-চবেং ঙাঙই। তোনদোন্না নোংমা নুপী অমনা মঙোন্দা হায়খিবা "চীংখৈসে নচা চাবীনি"

হায়খিবদো ঙসি ফাওবা কাউবা ঙমদ্রি। চীংখৈবু মানা হিংচাবীগী রাখি চেনবী, মপোক-ময়ি য়াম্না কনবী নুপীনি হায়না কন্না থাজে। মসিগুম্বা খৌদোকসি খম্বা ঙমদবী নুপী কাঙলুপ খরদা য়াম্না তোয়না থোক্রি। কনাগুম্বী খরদি মতোমতা অথ্বাঘাট তৌবা ফাওবা য়াওরিবনি। চীংখৈঙানবীগী মরাইবক্তসু মসিগা মান্নবগুম তৌরি।

চীংখৈঙানবীদো লাম্লুরবনিনা কপ্পা-কপ্পা ইমুংদা চঙখ্রে।

তোমপোক্না অরাপ্পদগী য়াম্না ঙক্না তৌরিবা মওংদু লোইনা উরে।

মানা খল্লি — "ওম্বোকপনিদা! মাবু মমা অসিনা শঙ্গোম হৈদোকখিবগী ফুবীবা শোয়দনা ওইরম্বা তারে। অশুক ঈং-তপ্পী মচানুপী অসিবু লৈশাবী ফারবা, য়ুম পানবা য়ারবীসিবু অসুম্না ফুবীবা হৌনব্রা?"

বোয়াইদি অহীং হৌরগা লম্ফেল পাত্তা রিক্সো পুরগা শজিক ফানবা চৎখিবদগী হল্লক্ত্রি।

তোমপোক ৱাখল ইনুং-নুংঙাইতনা ঙসাই অহানবদা উখিবা চীংখৈগী তুংগী শবান-মুর্ত্তি, শঙ্গোম হৈদোকখ্রবা মতুংগী অওনবা ময়থোঙগী শকফম অমদি ইকায়না চঙখিবদা মমানা শুমাঙদা ফুবীখিবা পুন্নমক্তুনা মাগী কোক্তা চঙখিদুনা মাঙবা ঙমদনা লৈরে। ৱাখলদুদা উংলগা মাসু য়ুম্লোমদা চঙলক্রে। মাদি বেঙ্গলরদগী ঙরাংতমক ক্বাকৈথেন্দগী মরুপ শান্তগী মচে ভাবীনি লুহোংবা য়াওবা লাকপনি। ইরোইশেনবগী লৈকায়সিদা মাগা খঙনবা মরুপ-মপাঙ লৈবসু নত্তে। অহানবদা অমুকখক য়ুম শঙ্গাবা য়াওবা থোরক্রম্লে। মদুসু মন্ত্রি খোগেনগী মচানুপী মোনিকাগা শক খঙনহন্নবা শীনবা মতাং ওইনা তৌখিবনি। মানদি মোনিকাগী ৱাখল থোইনবু খনখিদবনি। মপানদি মন্ত্রিগী মচা ওইবদুদা শঙ্গগী য়েংলগা পামখিবনি। হন্দক থোরক্লিবসিসু কুইনা লৈগদবা নত্তে। চাক্কৌবা লোইরগা চৎকদবনি। হয়েং ভাবীনিগী লুহোংবা নুমিৎনি।

অয়ুক্তা সনাতোম্বী মচা লাক্লিঙৈদা মচাগী কুঠি পুরগা উরীবোক্কী পাঞ্জি শুরজিৎকীদা দষা-লাংফম য়েংবা চৎখি। পাঞ্জিনা অপাইবা দষা অমা লাক্কনি, ঙাওনা-ফৈনা চৎলু হায়বা লৈ। মহাদেব পূজা অমত্তং কৎলু হায়রকই।

শোমদা তোমপোক্না মরোল অমা চীংখৈঙানবী উরুবদগী অনৌবা নুংশিগী মহাও অমা ফাওরকপগুম তৌরি। ইমুংদা চঙলগা করি তৌগদবনো হায়বা ফাওবা খঙদ্রে। খবরদু পাগে হায়না লৌখৎলগা য়েংলুই। ময়েকশিংদুগী মথক্তা চীংখৈনা শঙ্গোম শুম্বগী মুর্ত্তিদু চোংথোরকই। মানা খল্লি — "মহাক্তু অমুক্তং থোরক্লবদি

শঙ্গোমগী অথোকপা মমলদো মা ওইনা পীরগে হায়রগে।” মদুসু হেক্তা য়াগদবা নত্তে।

তোমপোক্না চীংখৈঙানবীগী মশক উনীংবনা ঙাওরকই। মাবু অমুক্তং থোরক্লবদি ব্রাহে অমনীদি হেক্তা হায়রগে। তোমপোক য়ুমদগী অমুক থোরক্লগা পুখ্রি মপান ফাওবা কোয়না-কোয়না অসুম চৎলি। মীৎয়েংদি চীংখৈনা ঙসাই চঙখিবা খাঙপোকশঙ অদুদা তোয়না থম্মী। অদুবু চীংখৈঙানবীদি লিন্না মখুলদা চঙখিবগুম থোরকপা কৌবা লৈখিদ্রে। থম্বাল কৌবী লৈরাংনা পাৎকী লৈখোমদগী ফাওগৎলক্লগা শাৎচরবসু লৈগী মগুন্না হেনখিবনা পাৎপুসু ফজবগী শৈথাবদা ময়াওই। মথোৎ কারকপগী ফজবতনা লৈতেং ওইরিবী চীংখৈনা লৈরিবা খাঙপোকশঙদু ফজবা য়ুম ওইদ্রবসু চীংখৈনা য়ুমদুগী মনুংদা লোক্তুনা লৈ হায়বা খঙবনা তোমপোক্কী মফমদদি নীংথিজরবা সনা কোনুংদগীসু মগুন হেল্লবোই নীংখ্রে।

হৈকোল্লোমদা অমুক চঙলুই, লৈকোল্লোমদা অমুক হল্লকই। অদুবু মানা য়েংজনীংবা মীশক্তুদি থোরকপা কৌবা মরৈখিদ্রে।

অয়ুক্কী চাক চানবা মতম ওইরক্লে। তোমপোক ময়ুমদা চঙলগা চাক চাগে তৌরুই। চৌক্রিদা ফল্লগা টেবলদা চাক থল্লগা চখোম অমা থাঙ্গৎলুই। মমীত্তা চাক মথক্তুদা চীংখৈঙানবী হেক্তা চোংথোরকই, চাক চাবদা পূক্লিং চঙবা ঙমদ্রে। চাক ঙাইহাক চারিঙৈদা চীংখৈ থোরক্লল্লবদি উনহৌররোইদ্রা হায়না নুংশা থীবা হৌরকই। মখুৎ হামদোক্লগা ঙসাই অয়ুক্কী চীংখৈনা শঙ্গোম শুল্লিঙৈদা মানা লেপ্পল্বা মফমদুদা লেপ্পগা চীংখৈ থোক্লকপ্রা য়েংদুনা লৈ। অদুবু উরক্তুবদা মানা ঙসাই শঙ্গোম শুল্লম্বী যনবীদুদা য়েংলগা ঙাইহাক ব্রাখলদু কাউনবা হোৎনৈ। অদুবু কাউবদি শুকয়া য়াদ্রে। পূং বারো তারক্লে। বোয়াই শঙ্গোলদা যনথি শেংলি।

চাউথোইনা পূং তরাদগী লাক্লগা শজিক, চরু কক্লি।

তোমপোক্কী পূক্লিংদনা চীংখৈতবু উনীংবনা মী অনী থবক শুরিবদু করিমত্তা উদবগুম তৌই।

বোয়াইনা তোমপোক্তা হায়রকই — “ইবুংঙো কৈদৌঙে থোরকই? ইবুংঙোগী মিংদুবু তোমপোক হায়বা নৎত্রা?”

“হোয়, খুরা, ঙরাং নুমিদাং থুংলবনি।”

"ইপা-ইচাদি ঙসি উনরিবসিনা অহানবনিদো! ইবুংঙোগী মরমদা ইবুংঙোখোয়গী ইমানা তম্বদগী হান্নবুদি তারবনি। ইবুংঙোগী মহৈ তম্বসু লোইশিল্লক্কে হায়না তায়। অদু ওইরবদি পরিক্ষা হেক লোইবগা লুহোংবা য়ানবা ইবুংঙোগী নুপী মশক-মতৌ ফজবী, লাইরিক হৈবী অমা য়েংশিনবা য়ারেনে!"

নোকফেৎ তৌরগা — "খুরা! ঐঙোন্দবু মণিপুরগী করম্বা লৈশাবীনা য়াবীরক্কদগে? ঐদি মণিপুরগী চৎনবীসু থোইনা খঙদ্রি।"

"এ! করি ৱানো ইবুংঙো! মণিপুরদা হৌজিক্কান্দা অফবা নুপা মশীং য়াম্না তাঙলবনি। ইবুংঙোখোয়গুম্বদি ফংবা ৱারগদবনি। ড্রগ চাবা, হেরোইন কাপ্পা, এইদসনা নাবা ময়াম অমদি শিবসু কোঙ্গায় অমা য়াওখ্রবনি। লেমহৌরিবা খরসিসু অফবা খন্দোকপদা ৱানা থোক্লবনি। ইনাক খুনবা লৌগেরা, মহৈ-হৈবা পাম্ব্রা, মশক ফজবী লৌগেরা, নুপীদি মশীং য়াম্না লৈরেনা কৈনো?"

— "নাতৈ চাবা লৈরগদি খুরানা ফগদবা অমখক্তা শীনবীরোনে?"

— "শীনগে, ইবুংঙো শীনগে, খুরাখোয়গী লম্ফেলগী শজিক ফানফমদা মরুপ-মপাং শজিক ফানমিন্নরিবা ময়ামদা হংলগা শোয়দনা খঙগনি। হৌজিক কান্দা মণিপুরগী মশক নাইবা ওফিসর, অচৌ-অশাঙ, লৈবাক্লা শকখঙনবা অয়াম্বদি যন লোইনবসি যাম্না লেম্বা শিনফম অমা ওইনা খন্নরবনি। মখোয় অয়াম্বনা খুরানা ইবুংঙোখোয়গীদা লৈবগা থবক শুরিবসিগুম মী থম্লগা যন লোইবা ঙাক্তনি। মখোয়গীদা থবক শুবা ঐগুম্না লৈবশিংদা করম্বা ওফিসরগী মচানুপী মশক-মতৌ ফজবী, লাইরিক হৈবী লৈবনো হংবদা শোয়দনা খঙগনি, খুরা শীল্লক্কে। অদু; ইবুংঙোবু কয়াম কুইনা লৈখিগদবা?"

"খুরা! ঐ ইমান্নবগী মচে অমা হয়েং লুহোংবা যাওবগী থোকচরকপনি। মখোয়গী চাক্কৌবা নোংঙানবদা চৎনবা তৌসি হায়নরি।"

"ও! অদুদি ইবুংঙোনা চৎত্রিঙৈদা হয়েং হেক্তা হংলক্লগে?"

"হায়গুম্বদনা খুরা! ঐদি যন সেবা হৈগদবী, শঙ্গোম শুম্বসু হৈবী, মশক-মতৌসু ৱাত্তবী, মশমকাসু ফবী অমবু কন্না পাম্লক্লিয়ে। ঐখোয়গী যন ময়ামসি মানা সেন্নজনবা!"

অকোনবগী তোমপোক্কী ৱাহৈদুদা বোয়াই মঙোন্দা 'দং' লাউনা পানবগুম তৌখি।

তোমপোক্তি মচিন্দা পঙঙাঙ-ঙাঙবগী ৱানি, ৱারীদুদা থোইনা পূক্লিং চঙলুবদি নত্তে। মমীত্তি খাঙপোকশঙলোমদা তোয়না হেক্তা য়েংলুই।

বোয়াই ষন সেবা লোইরগা ঈরুজবা চৎখ্রে। চাউথোই চরু, শজিক ককপা লোইগদবা খরা ৱাৎলি। ঈরুজবা লোইরগা চাক-ঈশিং চারগা ঙাইহাক পোথাখ্রমান্নে, থোরকপা উখিদ্রে বোয়োইদো!

তোমপোক্তি মফম অদুৱাইদগী হেন্দোক্তুনা অদুম লৈরি। চাউথোইসু তোমপোক্কদি শক খঙনদবনা ৱা ঙাঙনরুদে। মাগী তৌগদবা মথৌ অদুম তৌদুনা লৈরি। মতমদু নুংথিলগী পূং অমরোম তারক্লে। তোমপোক মমান্নবা শান্তখোয়দা চৎপগী ৱাখলকা লোইনা কাউরে। মহাক চীংখৈবু ঙাইবদা চোকথবা, মতম হৌখিবা করিমত্তা খঙদ্রে। মফম অদুৱাইদু পূমচিক চিক্লে। উচেক-ৱায়া ফাওবা পোথানখ্রমান্নে। চাউথোই চরু ককপা লোইদুনা চরু অককপদুগা শজিক অককপদুগা য়ানশিন্নদুনা চাং মান্ননা ওৎখায়রি।

ঙসাইদগী চাক্কা অমত্তা চাদনা মমীৎ পোম্বমখে কপ্পুরবী চীংখৈঙানবী মী চিকপা মতমসিদা ঈরু-লুজনবা থৌরাং তৌরগা পুখ্রিগী থোঙ্গা লৈবা অদোমদা থোরকপা উই।

পূং মঙা-তরুক অমুক্তং থোরক্লবদি খন্না খৌরাংনা ঙাইরকপা তোমপোক্লা চীংখৈঙানবী উবদা মমীৎ অনীদু খৎশিং হেক শিংবগুম তৌই। চাউথোইসু চীংখৈঙানবী উবদা ষন ঈশিং পিথক্লবা বালটিন অনী পায়রগা পুখ্রিদগী ঈশিং শোকপা থোরকই। অশোম থংবা পুখ্রি মপান্দা লৈবা চীংখৈঙানবী উবদা চাউথোইনা হংলকই — "ঙসাইমখৈদি উদেনা! ইমুংদা লোৎলুরিরো? ঙসিবু নঙগী শকহেন্নবীদুবু শঙ্গোম কয়াম থোকপগে?"

নহানমখৈদি চাউথোইগী ৱাহংদা খুম্লবসু ঙসিদি চীংখৈঙানবী লোনথোক্তবীগুম করিমত্তা খুমখিদ্রে।

"মীশিংসি য়াম্না চাউথোক্লরেকো! কৌবা হংবকা অমত্তহেক তান্নদে।"

ৱাহৈদু হায়রম্লগা চাউথোই ঈশিং শোক্কৎলগা শঙ্গোলদা চঙখ্রে।

শোমদা তোমপোক লাপ্পা য়েংলম্বদগী চীংখৈনা ঈরুজনবা থৌরাং তৌরিবা থোঙ্গা লৈরিবা অদোমদা তপ্না-তপ্না চঙশিনখ্রে।

*লৈশাবী অমনা চিক্লা মতোমতা পুম্নি মপান্দা ঈরুসুজরিঙেদা মনাক্তা পাখং অমনা করিমত্তা নাচুংদনা চঙশিন্নক্লিবদুগী শাহম খজিত্তং ফংবদা চীংখৈঙানবী থোইনা হেম্না পাখৎচৈ। হাঙলম্বা নঙ্গনগী ঈ থাংদনা ঙৌরবা শরুক্তু ফদিদুনা চিংখৎলগা কুপশিন্নি।*

মী কনাসু লৈতবগী তাঙ্গা লৌরগা তোমপোক্লা মখুত্তা চৈ মচা অমা থেক্ল-থেক্লগা হায়রকই — "মেম্মা। ঐনা ফংগদবা ইরাল অমগী দন্দি নঙনা ওইনা ফংখ্রে। ঙসাই অয়ুক্কী শঙ্গোমদু ঐনা হৈদোকহনখিবনি হায়বসি ঐ ইশানা য়াজরে। মদু খল্লুরগা ঐগী পুক্নিংসে লাংতক্কবনা পোখাফম খঙদনা ৱারে। নঙনা নখোয়গী ইমাগী মীচৈ অমদি চৈনা খবা ফংখিবা মতমদা ঐ য়াম্না নীংঙমখিদে। ঐনা য়াম্না খঙনীংলিবদি নখোয়গী ইমাসিবু নঙবু হেক পোকপিরা?"

তোমপোক্কী ৱহৈদু তাবদা চীংখৈঙানবী খ্বাই লাওই।

মানা খঙ্গরুই — "ইমাতোনসি ঐবু পোকপী ইমা নত্তে হায়বসিবু মাবু হান্নদগী খঙলবজাৎলা?"

তোমপোক্লা মখা অমুক তারকই — "নঙনা ঙসাইমখৈ ফমুংদা নমায় লোৎলগা কাঙখল মনুংদা কপ্পুনা লৈরমগদবদু ঐসু খঙই।"

চীংখৈনা অমুক খল্লি — "ঐনা ইমুংদা তৌখিবা খুদিংমক মানা লোইনমক উবগুম ঙাঙলিবসিবু মঙোন্দা কনানা তম্লুরবজাৎনো?"

তোমপোকনা মখা শমথরকই — "নঙগী নমীৎ অনীদুসু ইঙাঙ-ঙাঙলে, নমায়দুসু ইপোম-পোম্লে। ঙসাই অয়ুক ঙন্তাদা নঙনা শঙ্গোম শুম্বা লোইরগা হৌগৎলকপদা ঐনা উখিবা শক্তমদুগদি ওহ্লোক্লা খেন্নরম্লে। নঙগী মোমোন মীনোক্লা লোইননা পুক্নিং নুংঙাইনা শঙ্গোম শুম্নম্বদো ঐগী মীৎয়েংদগী মাঙখ্রো হায়বা য়াদ্রে। অদুগা ৱাফম অমনা নহাক্কী নুংশুক-নুংজানবা নতৌদো ঐদি য়েংবদা খাঙঙমদনা ৱায়। নুংঙাইতবা পুম্নমক্কুনা মরম ওইরগা নঙগী নফমদা ৱাফম অমত্তংদি ফোঙদোক্লমগে খন্দুনা ননাকসিদা চঙলকপনি।"

চীংখৈঙানবীদি লোনথোক্তবীগুম করিমত্তা খুমদনা লৈ। মশমদু ঈশিংনা হঞ্জিল-হঞ্জিল থাদোক্কুনা তোমপোক্লা ঙাঙলিবদু করিমত্তা তাদবগুম তৌরি। করম্নসু পুন্সিদা অহানবা উনবা ইনখৎলকপা পাখং অমনা ৱা হংলক্লে হায়দুনা পাউখুম হেক্তা পীরুবসু মানা করি খনখিনি।

তোমপোক্লা অমুকসু হায়রকই — "অদো, নঙনা খুমদ্রবসু নঙগী নাকোঙ অনীদুনদি লমলানবা ঐনা হায়রিবশিংসে লোইনমক তাবিরি হায়না খল্লগে। ঙসাই অয়ুক্কী ঐনা মরম ওইদুনা হৈদোকখিবা শঙ্গোমগী মমলদুদি ঐ হঙ্গিল্লগে? মদুমতংদি নহাক্লা য়ারে হায়না লৌরগে। নঙনা খুমদ্রবনিনা ঐ অমুক চৎলগে! অদুগা নহাক অমুক হন্না কপ্পুনা মরাল লৈজদ্রবী মীৎয়া অনীদুদগী পিরাং অমুক তাহল্লনুকো! পিরাংদুগীদমক্কি লমলানবা ঐনা ৱারিবসি!"

ৱাহৈশিংদু হায়রম্লগা তোমপোক মফমদু থাদোক্লগা হন্না অমুক য়েংলমদনা চৎখ্রে।

চীংখৈসু তোমপোক্লা মফমদু থাদোক্লগা চৎখ্রে হায়বগী শাহমদি ফংখি। অদুবু ৱাহৈ অমত্তং ফোঙদোক্লবা উপাই লৈখিদে। নাকোঙদা তাখিবা মমল য়াম্লবা ৱাহৈশিংদুনা তোমপোক্কী মশক্তু য়েংনীংবা পোক্লকই। তোমপোক্লা ৱা ঙাঙনা-ঙাঙনা থুদেক্লম্বা চৈ মতেকশিংদু ফনা য়াম্না মফমদুদা তাদুনা লৈহৌরে। চীংখৈনা হৌগৎলগা তোমপোক্লা চৎখিবা মায়কৈদা য়েংলকই। অদুবু তোমপোক্কদি মানা য়েংজবদু উখিদ্রে।

পূক্লিং অনীগী অকনবা লান শোক্লরিঙৈসিদা চীংখৈঙানবীনা তোমপোক্কী মশক উরক্রবা মতমসিদা খঞ্জরুই — "নঙ চৎখিনুবা! নঙগী তাজনীংবা বসন্তগী মপাও পুবা মিনুংশিগী ৱাহৈশিংদু মখা তানা তাজনীংলিয়ে নাকোঙসিনা! নুংশিবা নপাউদু তম্লখোলাউও!" হায়দুনা খান্নীংবগুম তৌরকই।

কদোমদগী পাইরকপা নুংশিগী মপাওনো, বসন্ত চঙলকপা মতমসিদা তাররিবসিবো! বসন্তদা নুংশি মপাল শাৎলি হায়নবদুরা? মফম ইখঙ-খঙহৌদনা থুংলরিবসিবো? শোমদা তোমপোক্লা চীংখৈঙানবীগী মনাক য়ৌনা চঙশিল্লগা ৱাহৈ খরা হায়রিঙৈ মতমদা শঙ্গোলদা যন ঈশিং পীথক্লিবা চাউথোইনা লোন্না থৱায় চাক্লা য়েংদুনা লৈরম্লে। মাসু মখোয় অনীগী মতৌদু উবদা খাঙবা ঙম্লমদে।

— "করিগীনো ঙরাংদং ময়ুমদা থোক্লকপা য়ুম্বুগী মচানুপা অসিনা চীংখৈঙানবীগী মনাক্তা চঙলম্লিবসিবো? মানা চীংখৈদা হায়খ্রিবা ৱাহৈসিবু করি হায়বা ওইরিগবা? মখোয় অনীবু হান্নদগী খঙনরমগদ্রনে? য়াম্না নকশিন্নবগুম তৌরিবসিবো? মানা চীংখৈঙানবীদা হায়খিবা ৱাহৈশিংদু ওম্বোক্লা খঙনীংখ্রেদা। অদুবু মখোয় অনীসে লম্বাদি চারোইদা, মীনাইগা মপূগা হায়বদুনি।"

নুংমিদাংবাই ওইরক্রে। বোয়াইনা নুমিদাংবাইগী শঙ্গোম শুম্বা লোইদুনা গোলানা শঙ্গোম পুখ্রে। ঙসিগী শঙ্গোমগী হিসাব বোয় পুরক্লগা বোয়াইনা সনাতোম্বীদা য়েংহন্নি।

বোয়াইনা হায়রকই — "মেমসাহেব! ঙসাই অয়ুক্কী শকহেনবীগী শঙ্গোমদি যন্নাও থৌরী থাদোকপদা থৌরীনা বালটিন্দা লৌদুনা হৈদোকখিবদগী লীটর তারাগী হিসাব য়াওদ্রে।"

সনাতোম্বী — "করিনো বোয়াই, নখোয়না ঙাইহাক লৈতনা শঙ্গোম হৈদোকখ্রে হেক্তা হায়রিসিবো? নখোয়গী শোয়বসে মশীং য়াম্মখ্রেকো। যন মচিঙ্গাক্লা মরোল অমা তাঙলিবা! শজিক্তনসু য়াদে; পৌরারী, চুজাক মকুপ, চেংকুপ্পা মরোল অমা তাঙলিবা। খরা চেকশিন্না হোৎনবা য়াদ্রা হায়বনি?"

বোয়াই য়াম্না ইকায়না — "চুম্মী, মেমসাহেব! হয়েংমখৈদি শোয়দনবা চেকশিন্না হোৎনজরগে!" অসি হায়রম্লগা বোয়াই ইকায়-ইকায় য়ুমলোমদা চঙখ্রে।

বোয়াইদা তোনদোন্না অয়ুক্তা চীংখৈনা শঙ্গোম হৈদোকখিবগী শাউনা পাউ তমদুনা তাখ্রবসু বোয়াইনা মচানুপীবু করিমত্তা চৈখিদে, শাউবসু তৌখিদে। শোয়বা হায়বসিদি থবক য়াম্না শুবা মীতনা শোয়গদবনি হায়বসি বোয়াইনা খঙই। চীংখৈঙানবীনা হরাউ-হরাউ শঙ্গোম শুম্বদা নোংমখক শোয়দুনা হৈদোকখিবদা মানা ব্রাজরমগদবা, নুংঙাইহ্রম্মোইদবা ব্রাখল ময়ামদু খঙবীদবা য়াব্রা? মচানুপীনা থম্মোয় শেংনা হোৎনজরিবা ময়ামসিদা পুক্নিং থৌগৎপীবা মী অমত্তা লৈরমদবসিদা বোয়াইদি থোইনা হেন্নবু নুংঙাইতে। শোয়বা মশীং য়াম্লগা চেকশিনবা হেল্লকই অমদি থবক্কী মরমদা অহেনবা লৌশিং, জ্ঞান ফংলকই হায়বসিদি থবক শুবা মীতনা খঙই, নেচরগী য়ৈখায়-থুগায়বা তোয়না থোকপা জপান্না শুদবা, শেমদবা য়াদবদগী লেপ্তুনা শেম-শাবদগী মালেমগী জাতিশিংগী মকোক্তা লৈরিবা।

অসোমদা রামধনগী য়ুমগী মাঙ্গোলদা মমাগা বোয়াইগা ঙাঙনখিবা, ঙসাই অয়ুক শঙ্গোম হৈদোকখিবগী ব্রাফম পন্নরকপদু ইমুংদা লৈবা তোমপোক্লা তারদুনা মপাল থোরক্লগা মমাদা হায়রকই — "ইমা! নহানখৈগীদি খঙদ্রে, ঙসিগীদি শঙ্গোম হৈদোকপদু ঐ তশেংনা উহৌই। খুরা বোয়াইগী মচানুপীদু শঙ্গোম হৈদোক্লুবগী মখোয়গী ইন্দোন্দুনা য়াম্না থীনা ফুবীখ্রবনি।"

ইচাদি কমদৌনা উরুরিবা?

— "এ! লৈশাবী অমনা অদুক হৈনা শঙ্গোম শুম্লম্লবদবু করিগী য়েংনীংলোইদগে? ঐদি লৈশাবীনা শঙ্গোম শুম্বা উবসু ঙসি উবদুনা অহানবনি। অদো, ইমা! শঙ্গোম বালটিন অথনবদুনা লৈমায়দা পূমঙৌ-ঙৌনা হৈদোক্লগা অঙম্বদা চেম্থখিবদো উবদা কয়াম নুংঙাইতে, কয়াম পাম্মুই; পাকথরগা থক্কীংবা অমা য়াওবজাৎনি। অমুক লৌখৎপা য়াররোইদবা শঙ্গোমদুদা মমীৎনা চাগদবগুম য়েংলগা কপ্লীং-কপ্লীং তৌনা লৈখিবদো কয়াদি নুংঙাইতে। মোমোন নোকচবম্বীদো খঙহৌদনা মায়থোঙদু মকশিনখি। অদো, ইমা! মানা অদুক ইকায়না, মথ্বায় নুংঙাইতনা চঙখিবদা শুমাঙদা মমাদুনা শঙ্গোম হৈদোকখিবগী ওইরমাগ্নে, কয়া থীনা মশম ফাওবা চিংলগা ফুবীখি। শোয়বা হায়বসিবু তম্বা ঙম্বনে ইমা? শোয়হন্নীংবা কনাবু য়াওবগে? ইমানা অদুম্না খুরাদুদা কন্না-কন্না ঙাঙবদুদা ওইরমগনি মমাদুনা মচানুপী লৈশাবীদুবু অদুক থীনা ফুবীরিবা। ইমা! মীগী মচা লৈশাবীদো অমুক্তং কৌরগা মথৱায় নুংঙাইজনবা খরা থেমজিনবীয়ু! শঙ্গোমদুগী মরমদা করিমত্তা খল্লুরনু হায়বীয়ু।"

মচাগী ৱাদু তাবদা সনাতোম্বী নুংঙাইতবা ফাওরকই। য়েন্নখারোমদা ঙাঙ-ঙাঙদুনা থোরকই — "ঐসু খল্লম্লিবনি, ঙসিসি চীংখৈঙানবীদুবু মশক উদে। ইচানুপা লাক্লে তাবদগী ইকায়দুনা তৌরিব্রা খল্লুবনি। ঐঙোন্দদি কান্নখ্রপোৎনি। মাগী চহী মতাংদুদা মমাদুনা অদুম হায়না ফুবীরিবা? মাগী মমা অসে পোক্তবীনি হেক অতাক্লেদকো! মমাগী অকোনবগী ৱাহে — "পোক্তবীনি হেক অতাক্লেদকো" হায়খিবদুনা তোমপোক্লা হান্না খল্লম্বা মমা অসি মাবু পোকপী মান্দে হায়বদু অচুম্বা ওইরবোইরে খনখি।

সনাতোম্বীনা য়েন্নখারোমদগী চীংখৈখোয়গীরোমদা ওল্লগা কৌরকই।

"চীংখৈঙানবী! হো চীংখৈ! নঙবু তারিব্রা হায়বনি?"

চীংখৈ কৌরিবদু তারমাগ্নে।

"লাকচরে, ইমাবেম্মা!" অসি হায়রগা খোঙলম্বী মচাদুদা তফিং-তফিং ইন্নফি অমা লেংবান্দা য়ানশিল্লগা চেন্না-চেন্না লাকই।

হায়গুম্মদনা চীংখৈঙানবীদো সনাতোম্বীনা উবদা নহানখৈগা মান্নদ্রে। মশক-মচু অমা থোক্লে। মমীৎ অনীদুসু কপ্লুবগী ঙাঙশং-ঙাঙলে, মীৎপান্দুসু ইপোম-পোম্লে। তঙাঙ-তঙাঙবী মোমোন্তা নোকচবী খজাই অনীদুসু মহী চুপথোকখ্রবা কোন্নাগুম্লে। চীংখৈঙানবীনা শুমাঙদা কপ্লুবগী মমীৎ-মমায় পোম্নগা লেপ্লিবদু তোমপোক্লা থোঙনাওদগী লোন্না য়েংলি। মহৌশা ওইরবদি চীংখৈঙানবীদো মাঙ্গোল য়ৌনা কাখৎলম্বসু ময়াবনি। তোমপোক লৈরমগদ্রা খল্লুবদা কাখৎপা ঙমদ্রে।

তোমপোক্লা খল্লি — "ইমানা হৌজিক কৌখিবা মাগী মমিংদুবু চীংখৈঙানবী হায়বনি, মাগী মমিংসিগা মশকসিগা কয়াদা চান্নরিবা।"

চীংখৈদি শুমাঙদুদা মরাল লঙজরক্লবী অমগুম লেঙদনা মরু লুকথরগা লেপ্পুনা লৈ। য়াল্লিবা ফিদুসু চিংখত্তুনা ইল্লুদ্রে। চীংখৈগী কুচু ফজে, তুখোঙ লংই, মহুৎ কুপ্পি, মশম ফৈ। লায়রবনিনা ফিজেত্তি মমল য়াম্বা অহনবদি শেৎপা ঙমদে। অদুবু শেথলিবা ফনেক্তু লংখোঙ শেংই, অচুবা মফম উদে, মচু তাই, খুনীং কায়দে, খোঙদাসু ফজে। অৱাৎপা অমত্তা লৈতনা ফজৈ খঞ্জরুই তোমপোক্লা। মিকুপ অমগী মতমদুদা চীংখৈগী মশা পুম্বা তোমপোক্লা অমুক্কা হন্না নাপ লৌখ্রে।

চীংখৈঙানবীদি তোমপোক্লা মাবু লোন্না থোঙ্নাওদগী য়েংলি হায়বদি খঙজদবনা লাল্লুরবী অমগুন্না হৌজিকসু শুমাঙদা লৈরি। মবুক্তদি খল্লি — "মখোয়গী মচানুপা ঙসাই ঐবু মতেং পাংনীঙবগী ৱা হায়রম্বদুবু ইমুংদকা লৈবজাৎলা? মাগী মশক্তি উদেনা!"

ইমুংদগী থোরক্লগা সনাতোম্বীনা নুংশিবা খোনফমদা হায়রকই — "ইচাবু ঙসি নখোয়গী ইমাদা করি অরানবা তৌরুরবগে?"

করিমত্তা খুমদে। চীংখৈগী মনাক্তা চঙশিল্লগা মকোক্তা নুংশিনা নানবীরগা — "ইচাবু নমা অঙাওবীদুনা য়ুম পানবা য়ারক্লবা মতমসিদা শঙ্গোম শুম্বদা শোয়দুনা শঙ্গোম হৈদোকখিবগীদমক ফুবীখ্রবা!"

চীংখৈনা অমুক খল্লি — "পাউসিবু ইমা'বেম্মদা কনানা তম্বা ওইরিগবা? ঙসাই নুংথিন্দসু মচানুপানা ঐনা ঈরুজরিঙৌদো ৱাফমসিমক য়াম্না নুংঙাইতনা হংলম্বনি। মখোয়গী ইমুংগী মী লোইনমক্লা ইমাতোন্না ঐবু ফুবগী পাউসি তারবোইরে! ইকায়জখ্রেদা!"

ঙাইহাক ৱাখল তৌরুরগা নোকমি-নোকমি তৌনা হায়রকই — "ফুদেদা, ইমা'বেম্মা!"

— "ঙাইখো, ফুদ্রগদি করিগী ইচাগী মীৎ অনীদা মহৌশাগা মান্নদনা পোল্লিবদো কপ্পুবগী নৎত্রা?"

মীৎলু অনীদা পিরাং ঈহৌরক্লমাল্লে; নোকমি-নোকমিদি তৌই হায়ববু মীৎকী অকোয়বদুদি তময়ানা কোরী চেল্লকপগুম পিরাংনা থুন্না কোয়শিল্লক্লে। চীংখৈঙানবী কপ্পিংলক্লে।

তপ্না ঈংলবা খোনফমদা হায়রকই — "ইমা বেম্মা! ঐ ঙসাই নুংথিন্দা থবক লৈতবদগী ঙাইহাক তুমথোক্লুরে, অদুগীনি।"

ৱাহৈদু হায়বা লোইরকপদা মমীৎ কুপ্পী। মীৎনা কুপ্পদা ঙসাইদগী তানীং-তানীং ৱানা পাদা নপ্পুনা খাঙলম্বা পিরাং অনীদু অয়ুক্কী লিক্লানা উনাগা খাইনরগা কেল্লকপ গুম লৈমায় তন্না কেল্লকই। অদুবু লৈমায়দি য়ৌদনা চীংখৈগী মায় ঙাক্কে খন্না লেংবান্দা য়াল্লিবা ফি মচিদু পায়রগা থাঙ্গৎলকপদা ফিদুদা ওইনা তাখ্রে।

তোমপোকসু চীংখৈগী ৱাজবা মতৌদু থোঙ্গাওদগী উরুবদা মপি ঈরা চেল্লকই।

চীংখৈগী মতৌদু উবদা মমা ওইবী অমগী নুংশি ৱাহৈনা সনাতোম্বীনা হায়রকই — "ফরে, সে ইমা ৱা অমা হায়গে! হয়েংসে ইমানা ঙসাই নবুংগী দষাগী কুঠি য়েংলুবদা পাঞ্জিনা ইচানুপাগী শিব পূজা অমত্তং তৌবীয়ু হায়রকই; নঙনা লুনা তৌজবী শকহেনবীগী শঙ্গোম অনৌবদো হয়েং অয়ুক্কীদি তংখায় অমদি মীঙোন্দা পীথোকখিবা য়াদ্রেকো, তোঙান্না শেংনা থম্মো! নঙসু হয়েংদি অয়ুক ঙস্তনা ঈরুলুজবগা ঐখোয়গীদা লাই পূজাগী পোৎলম লাঙবা য়াওরদৌনি।"

"য়াম ফনি, ইমা বেম্মা! ঐ লাকচগে! অদুদি ইমা বেম্মা ঐ অমুক চৎচরগে?"

"চৎলো, চৎলো, নথৌ তৌজরুরো!"

চীংখৈঙানবী থোকখিবদা তোমপোক্না থোঙ্গাওদগী পেন্না য়েংদুনা লৈহৌই।

মমাগা চীংখৈঙানবীগা শান্নখিবা ৱারী খরদুনা চীংখৈ হয়েংদি শোয়দনা শঙ্গোম শুম্বা থোক্লকপা য়াই, অদু লোইরগা মখোয়গীদা লাক্তুনা মমাগা লাইগী থবক তৌমিন্নগনি হায়বসি তোমপোক্কী থাজবনি। ঙসাই অয়ুক্তগী মপূক্লিং নুংশিদুনা শঙ্গোম হৈদোকখিবা থৌদোক্তগী ইকায়-নুংশি য়াননা লৈজরম্বীদো সনাতোম্বীগী থেমজিনবা ৱাহৈ খরদুনা মথৱায় নুংঙাইনা ময়ুম্লোমদা হল্লকই।

অদুবু মাবু হল্লকপা ঙাইরম্বা তোনদোন্না শুমাঙদা লেপ্লগা শাওনা অমুক্তা চৈবীরে। "হায়! ইকায়খঙদবী! নঙনা সন্ধ্যাসিদা মীগীদা চৎলগা ঐবু অমুক য়োল্লুরিব্রা? নঙনা য়োল্লুরবসু ঐদি শীৎলরোইয়ে।"

মিকুপ খরদং নুংঙাইজরুবা ৱাখলদু থংনবা মিকুপ্তা পোক্তবী মমাগী ৱাহৈদুনা লোইনা অমুক ময়াই চমহনবীখ্রে। মখুলদগী মচিঞ্জাক থিবা থোক্কদবগী ঙাইজরিবা উচিদুবু হৌদোঙ অমনা পাকথরগা উচি থোরকপগা ফাগদবগী ঙাইবদুগা চপ মান্নখ্রে।

খল্লরোই খল্লুরগা চীংখৈগী পূক্লিংবু থোইনা হেন্না অমুক্কা খলহনবীরে। ব্বাখল নুংঙাইতবা হায়বসিসু ব্বাদি-ব্বাবা জাৎনি। মসিনা অরুবা লায়না ফাওবা ওইরিবনি। চীংখৈদো সন্ধ্যাদা কাঙখল থারগা ফমুংদা অমুক চঙখ্রে। হকচাং নুংঙাইতে মকোক ঙাওই হায়না মনাও থোইনুনা নুমিদাংগী চাক চারসি হৌদোকপদা চীংখৈনা য়াদদুনা চাক চাখিদ্রে। মাগী নাওথি শাজনবা অশেংবা মমা হায়বদু য়াওদবনা ফমুংদা লোন্না পিরাং শীন্থদুনা কপচবা নত্তনা উপাই অতৈ লৈখিদে।

অপোকপী মমামক লৈরম্লবদি ফন্নমক নুংঙাইনদ্রবসু চাক চারমদাইদদি মমানা মচাগী খুদাং হেক পায়বদা ব্বারৌনবা ঙম্লদ্রিবনি।

ঙসিগী নুংথিলগী মতম লোইখিদুনা প্রকৃতিগী তম্পাকথকসিদা অহীংদা হৈনবা জীবশিংনা মনীং তম্না শান্নহৌরে।

শোমদা বোয়াইগী ইমুংদা অব্বা-মৈচাক খাঙ্ললবসু রামধনগী ইমুংদদি মন্ত্রি খোগেন্না তোমপোক থোক্লক্লে তাবদা মখোযগীদা ঙসি নুমিদাংসিদা চাক পূন্না চামিন্নগদবনি হাযনা লৌবা লাক্লে। ঙাইহাক্কী মনুংদা থোঙ শো লোল্লম্লগা ইমুং পূন্না বাবুপাড়াদা চৎখ্রে।

তোমপোক্নদি হান্নদগী খোগেনগী মচানুপী মোনিকাবু কয়া পামদবনি। অদুগী মথক্তা ঙসাই অয়ুক চীংখৈগী মশক উরুবদগী অমুক্কা হেন্না পামদবা হেল্লক্লে। অদুবু পামদ্রবসু মকন্নথি থোক্লা ঐ পামদে হায়বদি ঙমদবনা মপাবুংনা হায়বা ইন্দুনা মন্ত্রিগীদা চাক চাবা চৎখ্রে।

মী লোইনা তুম্নখ্রবা তুংদা চীংখৈঙানবী অহীংদা হৌগৎলকই। লালটেন অমা মখুত্তা পায়রগা শঙ্গোল তানা যন শজিক হাপ্পা থোরকই। ঙসাই অয়ুক তোমপোক্লা লেপ্লম্বা মফমদুদি ইহাঙ-হাঙই। চীংখৈগী পূক্লিংবুসু মফম খঙদবা অনৌবা ব্বাখল অমনা লৈতাফম খঙহনবীদ্রে। মতমদো নোংমদোলগী থাজ মাসু মদোম তরক লৈচিলগী মরক্তা নোংচুপলোমদা য়াঙনা পাইবগুম উরি। অব্বাংবা উতোল-ব্বাতোন লোইনমক থাবলগী মঙালনা য়ৈবদা ঙৌরুনবা ফিজোল শেৎপগুম উরি। অরাপ্পদা তাম্না খোংলিবা হুইগী খোঞ্জেলনা চীংখৈঙানবীগী থম্মোয়বুদি অমুক্কা হেন্না লাংতক্নহল্লি। নুমিৎ খরনিগী মনুংদা কায়নরগদবী মাগী নুংশিজবী শকহেনবীবু শজিক হাপ্পা লোইরগা নুংশিনা নানবীরম্লগা চঙলকই। পুখ্রি মপান য়ৌবদা তোমপোক্কী মিনুংশি চেনবা ব্বাহৈশিংদু অমুক নীংশিংলকই। তপ্না-তপ্না খাঙপোকশঙ মনুংদা চঙখ্রে চীংখৈদো।

## অহুমশুবা

জগৎ-সংসারসিদা মচাবু ফহন্নীংদবা মমা লৈবা হৌনদে। হেক পোকপদগী মচাগীদমক ৱাজবনা মমাগী মরুওইবা থৌদাং ওইজরিবনি। সনাতোম্বীনা ঙরাং পাঞ্জিনা তাকপিরকপা শিব পূজা তৌবগী ৱাফমদু মচানুপা লৈরিঙৈদা পাঙথোক্লিংবদগী ঙরাংনা লাইগী পোৎচঙ পুন্নমক লৈবা লোইদুনা লৈরে। লফোই, যুবী, হৈ-রা, চেংপাক-কবোক লোইনমক শুরে। শঙ্গোম অফম্বনচিংবসু লৈরে।

ঙরাং হায়নখিবা মতুংইন্না চীংখৈঙানবীদু ঙন্তা ঈরুজরগা মখোয়গীদা লাক্কদ্রা খল্লম্বনি। অদুবু চীংখৈঙানবীদি লাক্ত্রে।

তোমপোকসু অয়ুক্তা ঙন্তানা হৌরগা মচিন-ময়া শেংবা লোইহ্রগা চীংখৈ শঙ্গোম শুম্বা শোয়দনা থোরক্কনি খন্না শঙ্গোল্লোমদা চঙশিল্লকই। ঙাইহাক অসুম ঙাই। চীংখৈ থোক্লক্ত্রবদুদা চাউরবা ইংখোলদুগী হৈকোল-লৈকোল লৈবা অদোমদা চঙশিনখ্রে। মীৎয়েংদি চীংখৈখোয়গী খাঙপোকশঙলোমদা হেক্তা থল্লুই। য়ুমদুগী মনুংদা মহাক্না খোয়দাজবী কনাগুম্বী অমা লৈ হায়বা খঙবদুনা যেংনীংলিবনি। করিগুম্বা চীংখৈনা য়ুমসিদগী চৎখিবা থোক্লবদি মহাক্না অদুক য়াম্না খাঙপোকশঙদুবু য়েংনীংলম্লোই, অদুবু চীংখৈঙানবীনা মথোরক্ত্রবদুদদি ৱাখল য়াম্না নুংঙাইতনা য়ুমলোমদা হল্লক্রে।

সনাতোম্বীনা য়েনখাদগী চীংখৈবু কৌরকই — "হায়! ইবেম্মা চীংখৈ! নঙবু লোইদ্রিব্রা? করি তৌরে, ঙরাংদি ঙন্তানা লাক্কে হায়রম্লগা?"

তোনদোন থোরক্লগা খুম্লকই — "ইচেম্মা! চীংখৈদি মশা ঙমদ্রমাগ্লে ফমুংদগী হৌগৎত্রে; থোইনু ওইনা লাকহঞ্জরগে?" অসি হায়রম্লগা তোনদোন্না থোইনুবু হৌদোক্লগা ঈরু-মায়থজনবা হায়।

থোইনু ঈরুজবা লোইহ্রে। ফিজেৎ নাম্না শেৎলগা চন্দোলকা থিল্লগা সনাতোম্বীগী মনাক্তা শিব পূজাগী শেম-শাবা মতেং পাংবা চৎখ্রে। থোইনু চৎখ্রবনিনা মা চত্তবা

য়ারনি খন্দুনা চীংখৈঙানবী হৌগৎলগা মী অতোপ্পনা উদনবা মনীংলোমদা থোক্লগা মচিন-ময়া শেংবা, মমীৎ-মমায় তাবা লোইরে।

অশোমদা রামধনগী মাঙ্গোলদা তোমপোক মোরা অমদা ফম্লগা খবর পাদুনা লৈ।

থোইনু চঙলকপদুদা তোমপোক্নদি চীংখৈ লাক্লবোই খল্লুরে। মমায় লয়রগা ফৎ যেংলুবদদি চীংখৈদি ওইবমদ্রে। থোইনুগী ফিজেৎনা অহনবা ঙাক্তা শেৎলক্লবসু ঙ শং নুমিদাংব্রাইগী চীংখৈনা শেৎলকখিবা মচু তানা গুবগা লংখোঙ শেংনা নানবা অহনবা নত্তবা ফিজেক্তুনা কাউহনবা ঙমখিদ্রে। মাগী মশক উরগা তোমপোক্কী পূক্লিংনা খোয়শাওনবদুম হেল্লকই। চীংখৈনা মখোয়গীদা লাক্লরোই খল্লুবদগী ওইরমাল্লে। তোমপোক্কী নীংজরম্বা ব্রাখল পুন্নমক কায়বগুম তৌরে।

থোইনুদা ওনশিল্লগা হংলকই — "ইবেম্মা নঙবু কনানো?"

থোইনুনা খুল্লকই — "বোয়াইগী মচানুপীনি, ইমা বেম্মনা কৌবদুদা লাকচবনি।"

"ও! চঙউ, চঙউ!" ব্রাহৈদু হায়রল্লগা তোমপোক মাগী কাদা চঙখ্রে।

সনাতোম্বী ইমুংদগী থোরকই।

— 'ইবেম্মা! নঙ লাক্লব্রা? লাকও, লাকও, নচেদুবু করি ওইনা ঙমদবনো? ঙবাংদি অয়ুক ঙন্তা লাক্কে হায়রম্বনি।"

— "ঐখোয় ইচেবুরা ইমা বেম্মা! ফমুংদা কাঙখল মনুংদা লৈহৌই। ঐসু হংলক্কে, ঐখোয় ইমানা ঐবু চৎলো হায়বদুদা ঐ ওইনা লাক্লবনি।"

— "ঐদি নচেদো থবক তৌমিন্নবা নুংঙাইবদুদা মাবুসু যাওহন্নীংবনি, অদুবু মশা ঙমদ্রবদি কমদৌনি। অদো, ইবেম্মা! শঙ্গোমদি কনানা শুমদৌরি? শকহেনবীগী শঙ্গোম অনৌবদো তংখায় অমদি অতোপ্পদা পীখ্রনু হায়খিবনি, মাবু কাউররিদ্রা?"

"শঙ্গোমদি ঐখোয বাবা হল্লক্লগা শুমগদবা ওইরমগনি।"

থোইনু ফুক হৌগৎলগা — "ঐ অমুক্তা হায়রুখিগে।" হায়রল্লগা শঙ্গোমগী মরোল হায়বা চৎখ্রে।

তোমপোক্তি মমানা থোইনুগা শানখিবা ব্রারীদ্ তাহৌরদুনা মতোমতা ফমুংদা বাখল তৌদুনা লৈরি।

"ও ! মা অমুক নারবোইরে, মানা নারিবদো মমাদুগী ৱাঙাঙদা শোয়দনা অকনবা ৱাহৈ খরগমুক য়াওরমগদৌবা মাল্লি। মাগী ঙরাংগী মতৌদো অঙাওবা ষন্নাওদুনা মপীগী শঙ্গোম থকনীংবনা ঙাওখিবদগী থৌরীদগী নাস্থোক্লবা হোৎনবদা মানা ঐ হেক উবদা ইকায়মনখিদুনা শঙ্গোমদু মফম চানা থমহৌদবদগী হৈদোকখিবনি। মাগী ঙরাংগী মুর্ত্তিদু অমুক্তা হন্না উনীংখ্রেদা ! মমাদুগী মতৌদুদবু করম্বা মচানা অমুক্তং শোয়বদা পুন্সিগী কাউদনবা চৈনা ফংলবদবু করম্না থবক্তু অমুক হন্না তৌনীংগদগে ? ঙরাং সন্ধ্যা মতমদা ইমানা মাবু কৌরগা থেমজিনখিবদুনা মহাক্কী ৱাখলদা পোখাবা খরবুদি ফংজরমগনি। মানা নোকমি, নোকমি, য়াখোঙ উরপ তৌনা খুম্নকখিবা পাউখুমদো ওষ্থোক্লা খোইথুম্নখিবনিদা ! হৌজিক ফাওবা ৱাহৈশিংদুনা ঐগী নাকোঙ মনুংসিদা ঙংদুনা লৈবগুম তৌরি। মসিবু মানদি খঙলিরোইকো। মানা খুম্নকখিবা ৱাহৈশিংদু ঐগা মাগা ৱারী শানবদা খুম্নকপা ওইরম্নবদি কয়াগী মতিক নুংঙাইরমগনি। করিগীনো মাবু নহানমখৈসু অসুম্না য়ুমদগী মপাল শুকথোক থোক্তনা চাউরবা চেকপলনুংসিদা লোন্না শাৎপি লৈরাংগুম লৈরকপজাৎলা? পোক্তবী মমাগী অখাবা মীৎয়েংগী শম্বলনুংদা মীরক তিলহন্দনা, ফজবা, অনৌবা অমত্তা উহন্দনা থম্বীরবজাৎলা ? মাগী চমজবী মতৌসিদদি ইংখোল তোয়না চঙগনবা লমহেনবা, মমীৎ করাম্বা ষন্নবুদি অমুক্তা উদ্রিবা ইংখোলগী হৱাই মতোনগী ৱাখল তৌরুবা হৌনদে। নারক্কী লৈরাং ওইদুনা নাপন য়াওজদবী, পোমশাৎনবী ওইদুনা লৈবনবুদি হেন্না মমল লৈগনিকো ! ঐনা মপান্দা ইহৈ তম্বা চৎলমদদুনা নহানমখৈ য়ুমসিদা অসুম লৈরম্নবদি মাগা ঐগা শোয়দনা য়াম্না নক্লা খঙনরম্বসু য়াই। ৱারীসু তোয়না শানরমগনি। নত্তে, মাবু ইমুংদা অসুম হায়না অসুম নৈশিন্দুনা লৈরগা মপান থোরক্ত্রিবসিবু করি হায়রিবনো ? মাবু অমুক্তংগা উনরগা ৱাহৈ অমনীদংদি হায়নীংখ্রেদা।"

থোইন্নু অমুক হল্লক্তুনা সনাতোম্বীগা চেংপাক-কবোক মনবা, লোইন্নগা লাকোয় য়াৎপা, ক্বা-খেৎপা, হৈরুক-হৈরা শেম্বা লোইশিল্লক্লে।

থবক শুনা-শুনা সনাতোম্বীনা থোইন্নুদা হায়রকই — 'ইবেম্মা থোইন্নু ! নখোয় নচেসিবু মাগা খঙন-চান্নবা পাখংগা লৈরব্রা হায়বনি ? ইমাদি নচেসে ইমৌদুম ওইসিরা খল্লিবনিনহে !"

মমাগী ৱাহৈদু তাবদা তোমপোক খংপ্রেক খংই। মতোমতা খল্লকই — "করিনো, ঐখোয় ইমানা হায়রিসিবো ? চানমক্কী হায়রিবজাৎলা ? ঐখোয় মাসু ঐগুম্না চীংখৈদা

অপাম্বা লৈবজাৎলা ? অদুগা করিগী মন্ত্রি খোগেনগী য়ুমদা চাক্কৌবা চৎলুরিবা ? বাবাগী প্রেশরনরা ?"

থোইনুনা নোক্লগা সনাতোম্বীগী পাউখুম ওইনা খুম্লকই — "ঐখোয় ইচেবুরা ইমা বেম্মা, মাগী অমদি লৈরে।"

খংবগুম — "হা ! অচুম্বরনে, কনানো হায়য়োমি ?"

তোমপোকসু থোইনুগী পাউখুমদুদা নীংবা কায়রে। "ও ! মাগী অমা লৈরবোইরে।"

থোইনুনা — "আ ... ঐখোয়গী আ খুঙ্গংদগী নুপানিদা ! ঐখোয় ইমাগী মপামলোমদগীনি, ওজা ওইবনি। লুহোংবীনবা তৌরসি হায়দুনা নহান ঐখোয়গী মাম্মগা ইনেগা লাক্লম্বনি। লুহোংবসু মাম্মনা হোংবীগদবনি। ঐখোয় ইচেদি ঐঙোন্দা শকহেন্বী থাদোক্লগা চৎনীংদে, মতম খরগা লৈখিগে হায়। ঐদি ঐখোয় ইচেনা ভরাংদগী ফমুংদা লৈবিবসি মদুগী ওইরমদৌবু মাল্লি।"

সনাতোম্বী নীংহন্নবা মানবা পাউখুমদা হায়রকই — "নখোয়গীসিদি আ ... য়ৌশিনখ্রবজাৎনিদনা। ঐনা বাখল নুংঙাইরুরিবসিদি অবেম্বা লোইনা তারেদনা। নহান্দগী মাবু য়ুম্বাক্লোন খঙনবা, অচৌ-অশাং লোইনবা হৈনবা তম্বীরুরিবসিদি অবেম্বদা লোইনা তারবা। হেবা ! অতৈগী নত্তেদা। থ্বালজুরগী ইনাওনুপা বলদেবনা পোকপা ব্রজগোপাল কৌবা ইচানুপা নুংশিখ্রবা ঐবু য়াম্না নীংজবা অমা লৈহৌএ। মাগী মৌ ওইসিরা খল্লুবগী ৱানি। মাসু মরম য়াম্না মোকই। মণিপুরদগী মশক খরা ফজবী, মরমসু মোকপী অমত্তং থিবীরকউ হায়বদুদা নচেবু মাগী মৌ ওইসিরা খল্লুবনি। মাগী অমা লৈরবনিনা তোকপা তারেদনা ?"

তোমপোক্কু ঙসাই অহানবগী মমাগী ৱাহৈ — "নখোয় নচেসে ইমৌদুম ওইরসিরা খল্লিবনিনহে" হায়খিবদুদা মাগী ওইরবোই নীংলুবনি, অদুগদি অকোনবগী থ্বালজুরগী ময়াম্বা ব্রজগোপালগীদমক্তা মমানা আশা তৌবীরম্বা ওইরম্লবা ! তৌবগীদি ব্রজগোপালদি মনা তাবা খরা ৱাৎপনা মীনাম্নবা ঙমদনা লৈরিবনি। হিয়াংরিং এইদ হাপ্লগা চৎপনি। কছারগী থ্বালজুরগী লৈকায়দা মীনা ইখঙ-খঙনবদুদা মহৈ-মশিংগা মপুং ফানা তমহৌদবগা, লৌ-শীঙ হোৎনদুনা লৈবদুদা ইমানা চীংখৈবু পাম্বা ওইরম্বসু য়াই। অদুবু করিগীনো ইমানা চীংখৈঙানবীবু অদুক হম্বনা খনবীরুরিবা ! তোমপোক্লা খল্লম্বা পুম্নমক্কু থোইনুগী ৱাহৈ খরদুনা অরেম্বদা লোইনা তাহনখ্রে। চীংখৈসু হংচিৎ

মখোয়গী খুঙ্গংদা লুহোংনবগীদমক থিনম্ব্রগনি হায়রি। ও! মাগা ঙরাং উনখিবদুনা অহানবা অমদি অরোইবা উনবা ওইবা তারবা। অসুম্না তৌনবগীদমক ওইরবদি ঐনা করিগী যুমদা থোরক্লিবা? থোরক্কনা লৈজরম্লবদি মাবুসু উরম্লোই। উরমদ্রবদি, পুক্লিংদা ফাওরিবা অৱাবসিসু খঙলম্লোই। মাসু মাগী খুঙ্গংদুদ। অদুম লৈগে হায়দনা করিগী ঐখোয়গী ইংখোলগী খাঙপোকশঙসিদা লাক্লগা লৈরম্লিবা। মানা শঙ্গোম শুম্বদু উরুবদা ঐগী মীৎসে থকখিবগী মরম্নি। চুম্নতা শঙ্গোম শুম্বা উবা ওইরম্লবসু অদুক য়াম্না খল্লমদবসু য়াই। শঙ্গোম হৈদোকপা উরুবা অমদি মমানা মশম চিংলগা ফুখিবদু উরুবদগী ঐনা মাবু কাউবা ঙমদবগী মরম্নি। তশেংনা মানা ঐগী ইমাঙদা ঈশিংদা ঈরাক্লবা ওইরমদুনা মাবু ঐনা কনবগী অৱাবদুনা খরদুম হম্বুরমগদবা মাল্লি। মাগী মতেং খজিক্তং পাংনীংলবসু পাংফমদি খঙদবা মতাং ওইনা তৌই। ঐবু চীংখৈসিবু ইচন ওইনা উবদি ঙম্লরোইদ্রা? ও! নুমিৎ নীনিখক্তং লৈমিন্নরগা নোংঙানবগা থিনখ্রগদবী মচানুপী অসিবু শঙ্গোম হৈদোকখিবগীদমক অদুক তমথিনা ফুবীরিবা! হরাউ-হরাউ তৌবীদুনা অহাউবা য়েঞ্জাং অমত্তং চামিন্নরগা নুংশিনা কায়নবদা কয়াম কায়বগে? পোক্কবী ওইরবসু মমা অসে ওম্বোক্লা পুকচেল ফজদেদা। মানা মশা ঙমদে হায়রিবসিবু হংচিৎ ময়ুম থাদোক্কুনা চৎকদবদুনা ওইরমগদ্রা? ঐনা ঙরাং মাবু উরুবদগী তুম্বা-চাবা য়াদনা মাবুতা উনীংলিবা, মাগী মশক উদ্রগা লৈবা ঙমদ্রিবসিগুম্না মাগী থম্মোয় মনুংদুদা ঐগী মফম খজিক্তং ফাওবা য়াওরম্লোইদ্রা? ওম্বোক্লা খঙনীংখ্রেদা। ওইবা য়ারোইদবা ৱাখল অমনা ঐনা ইতোমতগী মতম অরেম্বদা মাঙহল্লিবসিসু চুমদবনি। ঐ ৱাখলসিনা হেঞ্জিনখ্রবদি ঙাওবদি শোয়রবোই।

তোমপোক মতোমতা ইমুংগী কাদা উংদুনা ৱাখল খল্লিবৈঙদা মরুপ শান্তখোয়গী মচে ভাবীনিগী লুহোংবা ঙসিনি হায়বসি খংনীঙ নীংশিংলকই। মমাদা লুহোংবদা শেৎনবা ফি-রোল লৌথোকহল্লগা ফি-ইস্ত্রি তকই। পুং অমগী অদুৱাইদা ৱাকৈখেলগী শান্তখোয়গীদা লুহোংবা য়াওবা চৎখ্রে।

চীংখৈঙানবীসু মশা নাবা নত্তবনিনা মী উদনবা মনীংদা মতোমতা চিক্লা ফম্লগা ৱাখল খল্লি। মাসু ঙরাংদগী পুক্লিংদা ঙাইহাক ফাওবা পোখাবা ফংজদনা, অৱাম খৌরাংবা পোক্তনা তোমপোক থেংনরুবদগী থোকখিবা থৌদোকশিং মথং-মথং নীংশিংদুনা লৈরি। "অশুক মপোক ফৎলক্তবী ঐনা করিগীনো মীগী তাঙনা মতোমতা পোকচবা নিংথৌ মচাগুম্বা অমবু পাম্লুরিবা। মাদি চাউখৎলবা মীরমদা ইঞ্জিনীয়র তম্লিবনি। মাগা ঐগদি সমুদ্রগা লাংখোংগা হায়বদুনি। অদুবু ওইরোইদবা, কান্নদবা ৱাখল খন্দুনা

মতম লেনবসিসু নুংঙাইবা অমদি লৈ। মসিগী মহাওসিবু করম্বা রাখলগী মহাওনো? খল্লরোই তোক্লগে হায়বসু ঙমদবা, মীৎ অনী অসিনসু মাবু উনীংবগুম হেক-হেক খল্লক্লি। মসিবু মীনা হায়নবা অশেংবা নুংশিবা হায়দুরা? ঐদি হান্নদি মসিগুম্বসি কনাগুম্বা অমগীদমক অততাই ওইনা খনখিবসু লৈতে। হন্দক্তা ঙরাংদগী মাগা অহানবা থেংনরুব্বদগী খল্লকপা রাখলনি।"

চীংখৈনা অসুম্না মনীংদা মতোমতা মোন্দ্রং চুদুনা ফম্লিঙৈদা মনাও নুপী থোইনু থবক লোইদুনা ময়ুমদা হল্লকই। ইফং-ফিংনা মচেবু কৌরকই।

"ইচে! ঐ চাক য়াম্না লাম্লে, চাক চারুরসি লাকও!" মনাওনা হরাউ-হরাউ কৌরকপদুদা ঙরাংদগী চারক্তবগা চীংখৈ মনাওগা নাকল-নাকল চাক পুখমদু থাংদোক্লগা চানবা ফমথখ্রে। মখোয় অনীমক চাক চাবা হৌখ্রে। চখোম অম'নী চারবা তুংদা থোইনুনা মচেদা রা অমখক হৌদোরকই।

— "ইচে! রা অমা হায়বীগেনে!"

— "করি রানো ইনাও?"

— "নঙবু মখোয় ইমা'বেম্মনা মমৌ ওইনীংলম্বজাৎনি ইঙো!"

চীংখৈ মশাদু রং লাউনা শাগৎলকপগুম, শ্বাই হেক লাওই। মশাদু হুমাং অনপ্পী কাংলকপগুম তৌরকই। ঙসাইদগী মানা খঞ্জরুবা রাখলদুগা মপা চানরুবদুদা ওইরম্বসু য়াই।

মচেগী খঙহৌদনা হোংলক্লিবা মতৌদু উকুবদা থোইনুনা — "ইচে! করি তৌবে?"

"হা! করিসু তৌদেদা!"

মশাদু ইপা পাখৎপগুম তৌই। খল্লকই — "ঙসিসিবু ঐবু করিনো তৌরিসিবু! ওইথোক্লরোইদবা মঙলানগুম্বা ঙাক্তা তারিবসিবু।"

থোইনুনা মখাতানা — "অদুবুরো, ঐনা ঐখোয় ইচেগীদি মাগী অমা লৈজরে, লুহোংগদবসু কুইদ্রবনি, ঐখোয় ইচেদি হংচিৎ চৎখ্রগনি হায়রম্বনি। ইচে নঙবু হংচিৎ থিনবীরনি হায়দাইনে?"

অকোনবগী মনাওগী রাহৈদুনা চীংখৈবু শকফম অমদা অমুক খংওন-ওনহনবীখ্রে। চাক্লক্তা মপি শীম্বরক্তুনা চাক চাবা য়াদ্রে। ঈশিং খরা থক্লগা হৌগৎখ্রে।

"ইচে! নঙবু তশেংনা নশা ঙমদ্রবো? চাকসি নবুক থন্না চারখোবা! ঙরাংসু চাদে।"

থোইনুসু মচেগী মতৌদুদা থোইনা হেন্না রাজবগুম তৌরে। মনাওনা হায়বদু তাবীদনা চীংখৈ ফমুংদা চঙলগা মরম খঙদনা মীৎলুদগী লেপ্তনা চেষ্টরক্রিবা পিরাংদু তৈথোকই।

রানা-রানা চীংখৈদো ঙসিসু মপান থোক্তনা নুমিৎ অমুক তাশিনখিগদৌরে।

রামধনগী শঙ্গোয়দা ব্রাহ্মান্না শিব পূজাগী শোনবা হৌখ্রে। লৈকায়গী অহন থোইবখোয়সু লাক্নুনা য়াওরে। বেঙ্কী মরুপ খরসু য়াওরি। বোয়াইগী ইমুংগী মীসু ষনসেবা লোইরগা রামধনগীদা লাক্নুনা পূজা য়াওরি। চীংখৈদি ফমুংদা কোক ঙাওই হায়না হৌগত্তনা লৈবদুদা মখোয় অমত্তনা হৌবীরমদ্রে। বোয়াইদি খরগা পামজরুবগা পূজাগী শেম্বা গঞ্জাদু চিংলুবদগী ঙাওবা হৌরে।

অশোমদনা কাকৈথেলগী ভাবীনিগী লুহোংবা লোইবা ঙাইবদা তোমপোক অরাবা অমা ওইরে। মানা খল্লি — মখোয়গীদা শিব পূজা তৌহৌবনিনা মমানা কৌবদগী চীংখৈ শোয়দনা পুঙৌ ফনেক শেৎলগা মখোয়গীদা শিব পূজা য়াওরমগনি। মাগী মমীত্তা রাখলনা চীংখৈদু অঙৌবা ঙাক্তগী ফিজোল শেৎলগা লাইবক্তা শিন্দুর ঙাঙশং ঙাওনা নম্লগা মখোয়গীদা শিব পূজা য়াওদুনা লৈরে। মদুগী রাখলদুনা তোমপোক লুহোংবা লোইবা ঙাইবা ঙমদনা দান থাদরম্লগা য়ুমলোমদা হল্লক্লে। অদুবু য়ুমদা য়ৌরক্লগদি শিব পূজাগী থৌরম পাঙথোকফমদসু চীংখৈঙানবী য়াওরমদ্রে। মহাক শাওনীংবা পোক্লকপগুম তৌরক্লে। মিকুপসিদা ষন অমখক 'মো' হায়না খোঙলকই। ময়াম লাঙলিবদু হাইফেৎ য়েংলম্লগা চিংনবনা হেঞ্জিল্লকপদগী করিগুম্বা চীংখৈদু শঙ্গোন্দকা লৈরমগদ্রা খল্লকই। রাখল অদুনা মহাক শঙ্গোল্লোমদা চঙশিনখ্রে।

শোমদা মতোমতা ইমুংদা চিক্লা লৈহৌবী চীংখৈসু মী লৈতবগী তাঞ্জা ঙাইহাক লৌরগা মাঙ্গোলদা ফম্লিঙৈদা শকহেনবীনা 'মো' লাওনা খোংলকপদু তাবদা মাবু কৌবগুম খল্লুরে। শজিক অমুক্তং হাপ্পীরুগে খন্দুনা থোরকই। চীংখৈঙানবীগী মশক হেক উবদা শা ওইরবসু শকহেনবী মমীৎ-মনা থাঙ্গত্তনা ফু-ফু কাম্মী। চীংখৈঙানবীনা শকহেনবীবু নুংশিনা মমায়দা, মথাদা নানবী, শকহেনবীনসু চীংখৈগী খুদাংদা মরৈনা শৎ-শৎ লেকই। শকহেনবীগী শজিক খরা হাপ্পীরম্লগা "নঙ ঐবু অমুক হন্না কৌরক্লনুকো, নবুক থন্না চারগা পোখাহৌরো।" হায়রম্লগা চীংখৈঙানবী

খাঙপোকলোমদা চঙখ্রে। চীংখৈনা পুখ্রি মপাল য়ৌখ্রবকান্দা তোমপোক্না লাপ্না উরে। ওম্ফোকপনি, মখোয় অনীবু মিনিট অমগী মতম্না উন্নবগী তাঞ্জা পীবীখিদ্রে। তোমপোক্না চীংখৈবু কৌবসু ঙমদ্রে। মী কনামত্তা লৈতবা মতম ওইরবসু মখোয় অনী নকশিন্নবা য়ৌদ্রিবনিনা তোমপোক নীংবা কায়না লৈহৌরে।

মানা খলহৌই । "মহাক অসি ওম্ফোক্না মীতা লুখ্রেদা! ঐনা য়েংনীংলিবা শকফমদুগী ফিজেত্তু শেৎলগা মানা ঐখোয়গী মাঙ্গোন্দা মোরা অমদা ফম্নগা কোইরাওনবী মীৎম্না অনাদুনা মোমোন মীনোক্নরগা পূজাগী থৌরম য়াওরম্নবদি থম্মোয়সিনা কয়াগী মতিক পেঞ্জরমগনি। মাগী মশক উনীংবনা হেঞ্জিল্লকপদগী ইচে ভাবীনিগী লুহোংবা লোইবা ফাওবা য়াওরক্তনা দান থাদবা লোইবগা চেল্লকখিবনি। অদুগা মাদি লাকসু লাকপীরমদে। করিগুম্বা ঐগী হুরান মীৎয়েং অমগা মাগী ইকায়না য়েংলকপা মীৎয়েংগা অমুক্তং মীৎচানবা থোক্রুম্লবা, পূন্সিসিদা মাবু ঐগী ওইবা ফংদ্রগসু অপেনবগী নীংশিং মমি অমদি মুৎনাইদনা লৈহৌগদবনি। ৱাখলদা উংলগা তোমপোক অসুম লাকপনা শুমাঙ য়ৌরক্লে। মী ময়াম ফোলা য়েন্দুনা চাবা হৌরম্লে। ঙাইহাক লৈরগদি পূজাগী থৌরম লোইদুনা ময়াম পূন্নমক কায়নরে।

শিব পূজাগী থৌরম য়াওরুবা বোয়াইগী ইমুংগী মীশিংসু য়ুমদা হল্লক্লে। চাক-ঈশিং চাবা লোইরবা তুংদা ফমুং চঙনখ্রে। চীংখৈ চাক চাবা য়াওরবসু চাবা ইয়া য়াদে। ৱাখলনা নম্লবা মী অমনা করম্না চাক নীংথিনা চাগদগে। অহীংসিমসু তপ্না-তপ্না লোইশিনখ্রে।

## মরিশুবা

নোংঙাল্লে। য়াম্না ঙল্লি, মীসু অমত্তা হৌগৎনদ্রি। বোয়াইখক্তনি লম্ফেলপাত্তা শজিক ফানবা চৎখ্রিবা।

চীংখৈঙানবী চিন-য়া শেংবা লোইরগা তৌগে হায়বা অমা য়াওনা মমা বৈম্মনা লৈবীখিবা ট্রঙ্ক উপু মনুংদা চেৎনা শো লোল্লগা থমখিবা সলুঙাঙবা ফনেক্তু শো হাংদোক্লগা লৌথোক্তুনা শেৎলি। মশম-মনা শিৎ-নান্না হাৎতোক্লে। থাংজৌ অমা খুত্তা পায়রগা শুমাঙগী মতাইদা কোলোম শেমদুনা থম্লিবা গুলাপ ময়ামদুগী মরক্তগী ময়োন ফজনা চোংলবা, হৌগদবা পাম্বী অমথক খল্লগা থাংদোক্তুনা তোঙান্না থমই। ইমুংদগী চে অমগা কলম অমগা লং মতৎ অমগা পায়রগা অমুক থোরকই। ঈশিং চাইনবা পেরে অমসু লৌথোক্লুরে। চেদুদা কলম্না বাহৈ অমথক ইবা লোইরগা কলমদু ইমুংদা অমুক থম্লুরে। অমুক থোরক্লগা শুমাঙদগী গুলাপ পাম্বীদু খুৎ নাম্মনা পায়রে, থাংজৌগা পেরেগা পুন্না খুৎ নাম্মনা পায়রগা লৈকোম্লামদা চঙলকই।

মফম চাবা য়েংলগা গুলাপ পাম্বীদু থাগদবগী কোম অমা তৌরে। লৈপাক থুগায়বা লোইরগা লৈহাও চেল্লবা মনখিনা শেম্বা হারদু খরা কোমদুদা হাপলে। গুলাপ্পু থাবা লোইরগা থাংজৌ মনীংনা নুংশিৎ চঙদনবা শুজিল্লি। পেরেদু পায়রগা পুখ্রিদগী ঈশিং অমুক শোক্লুরে। নৌনা থাবা লোইবদা ঙাইহরিবা পাম্বীদুদা ঈশিংদু খরা ফজনা চাইবী। অরেম্বা ঈশিংদুনা অতৈ পাম্বীশিংদসু চাইবী।

ফোঙদোকফম খঙদ্রবা থম্মোয়দুনা করিনো অমদি মফম খঙদনা ফোঙদোক্লীংলি। চুম্বা লানবদি খঙজবা নত্তে। মহাক্না ইরগা পুরক্লিবা চে মচেত্তু লংদুদা লেংলগা গুলাপ পাম্বীদুদা পুনশিল্লে। চেদু পুনবা লোইরগা নুংশিত্তা ফর-ফর পাইবা হৌরে। থাংজৌ অমদি পেরেদু পায়রগা ইমুংলোমদা চঙখ্রে। মানা থরায় অদুক য়াওনা তৌরম্লিবদু অঙাং মচা অমনা হৈ-শিংনা শান্নবগী মওংদনি। মুন্না খঙ্গিল্লুরগবুদি নুংশিবগী হৈ-শিংবা তাৎনি হায়বসু অদুম ময়াই।

নুমিৎ নীনিসি তূস্বা, চাবা, চৎপা খুদিংমক্তা চীংখৈগী শক্তমতমক বাখলদা উদুনা লৈরবা, অশেংবা মশক্তি উগে ফংলক্রবা তোমপোকসু অয়ুক ঙস্তা হৌগৎলগা চীংখৈঙানবী য়েংবা থোরকই।

চীংখৈনা অঙাংবা মচুগী অহনবা ফনেক অমা শেৎলগা অয়ুকসিদা লৈকোলদা থাংজৌ অমা পায়রগা, করিনো পাম্বী অমা থাখিবা মানবা, অমদি ঈশিং চাইবা পূম্নমক তোমপোক্লা অবাপ্পদগী মীৎ কুপ্তবমখৈ য়েংদুনা লৈরম্লে। নুমিৎ নীনিসি রামধনগী ইং থালদা বসন্তগী লৈরাং শাংপগী নুংশিবা লৈনম্না থোঙ-থোঙনা ওগী অহোবা মখুল ফাওবদা চঙলক্নুনা খোইমু থিরবগুম তৌরে। মসিদবু ইনখৎলক্লিবা চহী মতাংগী তোমপোক্লা করম্না খাঙবা ঙমগনি।

তোমপোক্লা খঞ্জরুই — "মাগী ঙসি অয়ুক অঙনবসিদা শেৎলিবা ঙরাংগা মান্নদবা অহনবা, অঙাঙবা মচুগী ফিজোলগী অর্থসিবু করিনো? চেকপলনা কোয়শিল্লবা ইংখোলনুংসিদা লৈরিবা ইনখৎলকপা পাখং হায়বা ঐ ইতোমতনি। মাগীসিবু লৈরাংনা শাৎকায়বা হৌরকপগুম কোনশিল্লস্বা লৈনানা তপা তপ্লা হাংদোরকপগী অর্থদুরা? নৎত্রগা মহাক হয়েং চৎলগদবনি ঐবুসু মাগী অহনবা মপোপ কায়দ্রিবা হকচাং কুপ্নবা ফিজেৎ লৈজৈ, পেন্না য়েংজহৌরো হায়বিব্রা?

ঐনা ঙবাং অহীং চুপ্পা তূস্বা য়াদনা মাগী বাখলদা ঙাওখিবদু মমঙদা উবদগী ঐবু পেলহৌনবা তৌবক্লিবা মাগী পূক্লিংগী হৈ শিংবা তাৎলা?"

চীংখৈ চঙখ্রবা তুংদা তোমপোক লৈকোম্লোমদা প্রপ-প্রপ চঙলকই।

মতমদু চীংখৈদি মখোয়গী য়ুমগী নাকন্দা মনীংগী বাখোঙ নক্লা লেপ্পুনা লৈ। থোবকপদা ঙায়রিবা নুমিৎ মঙালনা রাখোঙদা য়ৈরকপদা চীংখৈনা শের্থলিবা সলুঙাঙবা ফনেক্তু অমুক্কা হেন্না মচু শেংলে। চীংখৈনসু তোংপোক্লা মহাক্লা থারম্বদা ঙায়রিবা গুলাপ মখোঙদা চুমদ্রিং চঙখিবদু উরে। মহাক্লা তৌজর্বা্লবা পূম্নমক্তু তোমপোক্লা অমুক্কং উরবদি খন্দুনা তৌজরম্বনি। থবক্কী মহয়দি য়াক্লে খঞ্জরুই।

তোমপোক্লা খল্লি — " কবি পাম্বীনো মানা থারম্লিবসিবু? মাদি হয়েং য়ুমসি থাদোক্লগা চৎলগদবনি হায়না ঙরাং মনাও নুপীনা হায়রম্মী। মানা য়ুম অমদি ইংখোলসিবু থাদোক্লগা অরোইবা ওইনা চৎলগদবনি খল্লুবদা পূক্লিং নুংশিজদুনা মফমসিদা মাগী খুদম অমত্তং থনমগে খল্লুববজাৎলা? তৌথোরক্লিবা খুদিংমকসিদা কালাগী ওইবা হৈ-শিংবগী খুদম অমা ইয়াও-হেক য়াওবগুম তৌই।"

অরাপ্পদগী য়েংলক্লিবা চীংখৈনা তোমপোক উরগা অমুক খল্লি — "মানা চঙখ্রিবসিবু ঐনা ঙসাই গুলাপ থারিঙৈদা উখ্রবজাৎলা? ঐনদি মতমদুদা মাবু উখিদে। ও! মাদি ঐনা তৌবা থবক খুদিংমক অমত্তা চিৎথদনা য়েংগদবগী শেন্নদুনতা লৈরম্লবোইরে। মসিবু করি করম্বা মরী অমনা তৌহল্লিবনো? মানা ঐবু শোয়দনা উননীংলমগদবা মানখ্রেদা? অদুবু ঐনা মাগী মমাঙদা থোক্তুনা লেপ্লুবগী পাঙ্গলসু লৈজদে। অদুগা লেপ্লুবগী কান্নবসু লৈররোই, ঐবু তুংদা হেন্না অৱাবগী মৈচাক হাপচিনবা নত্তনা করিসু ওইবা য়াররোই। ঐ অমুক হন্না মাগী মমাঙদা থোক্লরোইদা।"

খঙহৌদে, পূক্লিংদা খনখিবা ৱাখলদুনা মীৎলুদা পিনা পাউখোঙ ফোঙলক্নে। মীৎলু নাপোম অনীমক্তা পিরাংনা পূমথুম থুমহৎখ্রে। হিক-হিক তৌরগা কপ্পিংবদু ফাজিন্নবা হোৎনবদা মতোমতা অৱাবা ওইরে। থম্মোয় মনুংদদি কন্না ফুনগৎলকই।

মখা তানা খল্লকই — "ঐনা থারম্লিবা গুলাপ পাম্বীসিদি মখোয়গী ইংখোলগী লৈকোলসিদা মনীঙ তন্না হৌদুনা কুমজা কুমওন খুদিংগী লৈরাং-লৈশাৎ তমহৌরনি। মতম শাংনা হৌদুনা ঐগী উশিল ওইদুনা লৈহৌরসনু খন্না থাজরম্বনি। মদুগী অশেংবা অর্থদি মাদি লাইরিক হৈবা মীনিনা থম্মোয়গী মরোল ইরম্বা চেগী মরোলদুদি শোয়দনা খঙফম থোকই।"

তোমপোক্লসু উরে, অনৌবা থারম্বা গুলাপ পাম্বীদুগী মতোন্দা লং অমদা পুল্লগা চে মচেৎ অমনা অয়ুক্কী অয়িংবা নুংশিত্তা ফর-ফর হাইদুনা লৈরিবদো।

চেদু মখুৎনা পায়রগা ৱাহৈদু পারকই — "উশিল"।

— "ও! মাসু ভাব খরদি তারম্বোইরে; থম্মোয় মশেলসিদি ৱা ঙাঙনরুদ্রবসু মরোলদি অমগা-অমগা ফাওনরম্বোইরে। নুংশিখ্রেদা।"

তোমপোক্লা চীংখৈগী মশক য়েংনীংলক্তুনা মঙক থাঙ্গৎলগা খাঙপোকশঙলোমদা য়েংলকই। উরে, অরাপ্পদগী লায়না খঙবা মচুগী ফিজোল শেৎলগা লুরুক্লনা লৈরিবীদো। অশোমদা চীংখৈঙানবীসু থম্মোয় পুবা ঙমদদুনা ওমচাক্লনা খাঙলি। মাগী মীৎলুদগী শিঙ্করক্লিবা পিরাংদুবুদি তোমপোক্কী মীৎয়েংনা লাম্বা ফংখিদে। মানা উবা হায়ববু ৱারক্কী তয়ালবু ঙমজবী অঙাঙবা ফিজেৎনা লৈতেংবী, লৈশাবী অমা খাঙপোকশঙ মনীঙগী মনা পূঙবা ৱাখোঙদা লেপ্লি হায়বদুখক্তনি।

তোমপোক্লা অমুক খল্লি — "থোইনুনা ঙরাং হায়রম্বা ৱাহৈশিংদু অশেংবা ওইরে হায়বসিমদি শোয়দ্রে। অদু, ঐদি মাগীদমক করিনো অমখক লুহোংবগী পোৎপাং

ওইনা পীনীংখ্রেদা ! ঙরাং মানা শঙ্গোম শুল্লিঙৈদা উখিবদা মাগী ঙকশমদা লুপাগী লীক মরী অমখক শিবা উখিবনি। ঐনা শিরিবা সনাগী মরীসে মঙোন্দা পীখ্রসিরা ? অদুবু করম্না পীগনি ?"

মানা শোমদা ৱাখল অমদা কন্না উংলিঙৈদা সনাতোম্বীনা চীংখৈখোয়গী খাঙপোকশঙলোমদা চুমদ্রিং চঙখিবা উই।

শুমাঙদা লেপ্লগা — "হায় ! ইবেম্মা, কনা-কনা লৈবগে ? চীংখৈবু লৈত্রবনে ?"

তোনদোনগা মচা থোইনুগা পুন্না থোরকই।

— "করি তাকপিগদবা ইচেম্মা ?"

— "ঐদি নহানমখৈদি তাদে, ঙরাং থোইনুনা তল্লম্বদগী তাবনি, চীংখৈদুবু হয়েং নখোয়গী খুঙ্গংদা চৎলগনি হায়রিসিবু চুল্লব্রা ? মাবু অমুক হল্লক্রুরোইদ্রা ?"

— "শোয়দ্রে ইচেম্মা ! চৎখ্রবদি অমুক হল্লককদবা মান্দ্রে।"

— "ও ! অদুদি মাবু চাক-চারা অমদি হোরেন নুমিদাং পীজরগে ? অদুগা হোরেন নুংথিন্দা ইমা-ইচা বজার চৎলগা মানা পাম্বা শ্বাল অমত্তংগা লৈবীগে। মাবু কদাইদা লৈবগে ?"

মমা বেম্মনা মাবু হংবদু তারদুনা মনীঙলোমদগী চীংখৈঙানবীদু ফুৎ ফাওদোরকই।

— "করি তাকপিগদবা লৈবগে, ইমা বেম্মা ?"

— "ইচাবু হয়েং নখোয়গী খুঙ্গংদা চৎপসিবু শোয়দ্রব্রা ? নঙনা শোয়দনা চৎপা তারবদি হোরেন নুমিদাংদো ঐখোয়গীদা চাক চাসি। অদো, হোরেন নুংথিল পূং অনীগী অদুৱাইদা বজার চৎলগা নঙগী অপাম্বা ফি অমত্তংগা লৈবীগে ? নঙ পূং অনীদা নফি নরোল শেৎলগা লাকওকো ? ইমাসু লোইশিল্লগা ঙাইরম্লগে ?"

"হোয়, ইমা বেম্মা !" হায়রগা লেপ্তুনা লৈহৌরে।

সনাতোম্বী মখা তারমদনা অদুম হনখ্রে। শোমদা সনাতোম্বীগী ৱাহৈদুনা চীংখৈঙানবীদু থুনমক য়ুম থাদোক্লুনা চত্তবা য়াদবা মতাং লাক্লব্রা খলহনবীরে। তশেংনা মানদি লুখোইবুদি পামজদবনি। মাম্মনা হায়রকপদুদা তৌফম খঙদদুনা হোয় হায়দোক্লম্বগী ৱানি। মাগী ৱাখলদদি নহান শঙ্গোম হৈদোকপগী থৌদোক্তগী মমীত্তা তোমপোক্তবু উদুনা লৈজরবনি।

মতোমতা খল্লকই — "করিগীনো ঐখোয়গী মহাজনগী মচানুপা তামো তোমপোক্না অশুক কুইবা মতম অমা য়ুমদা থোক্লক্ত্রগা ঐনা মখোয়গী ইংখোল থাদোক্তুনা চৎলমদাইসিদা থোক্লক্তুনা মাগা উনররিবা? মাগা থেংনরুবা মিকুপ্পুগী ঐঙোন্দা অশুক ৱাবা ৱাখল অমনা থম্মোয়দা অৱাবা পীররিবসিবো? মাগী মশকসি উদ্রগদি মাগী ৱাখলসি তপ্না-তপ্না অমুক কাউখিগদ্রা? মাসিবু নুংশিবগী মাদু হৈবা মীশক হায়বদুরা? ঐনা শঙ্গোম শুম্বা লোইরগা হেক হৌগৎলকপদা মাবু উখিবনি। অহানবা হেক উবদগী পাখৎপা অমা অদুম পোকখ্রে। ঐ তৌফম খঙখিদে। ইঙাও ঙাওনা নাম্বরকপা শমদু পুনখৎখি, অদুগী তুংদা ষন্নাও থাদোকখি। অদুদগীদি মান্নবা শঙ্গোমদু হৈদোকখি। মাবু উরুবদগীনি, ঐনা অরাম-খৌরাংবা পোকখিদ্রিবা, মানা পুখ্রি মপান্দা ইনাক্তা চঙলক্লগা হায়রম্বা ধর্ম্ম চেনবা ৱাহৈশিংদু ঐ কাউবা ঙমদ্রে। চেকপন্না কোয়না খাজিল্লিবা মখোয়গী ইংখোলনুংসিদা লৈরিবা মখোয়গী য়ুম, শঙ্গোলগী ষন ময়াম, লৈকোলগী লৈরাংশিং, হৈকোলগী হৈরাংশিং, উপালদা তোংলিবা উচেকশিং, মনীংদা হৌরিবা ৱাপল ফাওবা লোইনমক নুংশিরক্লিবসিবু করিগীনো? থম্মোয়সে হায়ফম-তৌফম খঙদনা নুংঙোল্লকইদা। অশুক নুংশিবা মফমসে থাদোক্লগনি খল্লুবদা য়ুমকৌবদা পাঙ্গনীংদ্রে!"

অয়ুক্কী মতমদি হৌখ্রে। চাবা থকপসু লোইনরে। চীংখৈঙানবীদো মমা বৈম্মনা অয়ুক্তা মখোয়গীদা লাক্লগা হায়রম্বা, মানসু হোয় হায়না খুমখ্রবা বজার চৎপগী ৱাফমদো মতম অসুম নকশিল্লকই। মফি-মরোল শেৎপা লাইরগা মনাও থোইনুগী স্কুল চৎপদা তোংবা সেন্দলদু অমুক্তা তোংলুগে হায়। মনা ওনসু হরাউ-হরাউ সেন্দলদু শেংদোক্লগা মচেদা পী। ঙসিদি তোনদোনসু ৱা অমত্তা ঙাঙদে। মনাওনা সনা মরীদুসু লৌথোক্লগা মচেদা শিহল্লি। মচেনা মাগীদু মনাওদা অমুক লৌথোক্লগা পী।

পূক্লিং খরা নুংঙাইনা চীংখৈদো য়ুম অনীগী ফাওদোক ফাওজিনগী লম্বী মচাদুদা নুংথিলগী পূং অনী তারমদাইদা লাক্লগা তোমপোকখোযগী শুমাঙ য়ৌরক্লে।

শেৎলিবা ফনেক্কা হঙ্গামপাল মচুগীনি, ফুরীৎনা ঙৌরুম্ননি। চুনি অমসু মঙক্তা য়াল্লি। য়েংবদা মীৎফম হোংনীংদবা হায়বদু য়ৌরে।

শঙ্গোলদা ষন শেন্নরিবা চাউথোইনা চীংখৈনা ঙসি লম য়ৌনা কেরগা রামধনগী য়ুম্লোমদা ফাওজিনখিবদু উবদা কদাই চৎতৌরিনো হংনীংলবসু খরা তাম্নবদুদা কৌরগা হংবা ঙমদদুনা চাক্লা য়েংহৌরি।

মতমদু তোমপোকসু শাস্তখোয়গীদা চৎলুবদগী হল্লকপনি। তোমপোক্কা থোঙ্গালদগী চঙলকপগা মপা চপ-চানা চীংখৈনা শুমাংদা লেপ্লম্বদুদা দোং হেক থেংনররে। ইমুংদনা সনাতোম্বী মাগী কাদা মিংশেল মমাঙদা মশম শম্বান্দোং হাপ্পুনা, থাউ তৈদুনা কেরি। চীংখৈনা শুমাঙদা ফিজেৎ নান্না শেৎলগা লৈরম্বদুদা তোমপোক ঙক্কা থোক্লে। মখোয় অনীগী থম্মোয়দা নুমিৎ নীনিসিদা হংনখিবা ৱাহং, পাউখুম কয়াদুনা মখোয় অনী অমনা অমবু উনবদা নুংগী ওইবা মরীদা নকশিন্নজরবসু মপাম্ব্লোংদদি অদুম কোইনরি।

মশা খঙহৌদনা তোমপোক্কী মচিন্না ৱাহৈ অমখক হায়রকখি। "আ! শোম্বু কনা উনবীগদবনো?"

তোমপোক্কী ৱাহংদুনা চীংখৈদা অরাপ্পদগী লাকপা মীশক অমদা হংবা ৱাহংগুম থোক্লরে। মহাক ইকায়বনা তৌফম খঙদ্রে। ঐবু খুম্লসিরা খল্লগা মমায়দু হাইফেৎ লৈখোক্লগা হায়রকই — "ইমা বৈম্মনা থবক অমা চৎমিন্নরুসি হায়বদুদা ...।" ৱাহৈদু হায়রগা মখা তাবা ঙমখিদ্রে।

— "ও!" অদুদি ইমুংদা চঙবীয়ুদনা, ইমাবু লৈতব্রো?"

— "যানি, ঐ সুম ঙাইজগে?"

— "করিগীনো শোম্না অদুক য়াম্না কোইবীবিদুবো?" চীংখৈ খুম্বা গুমদ্রে। তোমপোক্কী ব্যবহারবদুনা মাদি অমুক্কা হেন্না ইকায়জরে।

"অদো, শোম্বু হয়েং খুঙ্গংগী য়ুমদা চৎপীগদৌবিবসিবু অরোইবা ওইনরা? লুহোংদ্রিবৈদা য়ুমসিদা অমুক হনবীরক্লরোইদ্রা?" ঙাইঙমদবা তোমপোক্কী ৱাহংনি। চীংখৈদি ইকাযবগা কবিগা ৱাহংদুনা মশাদু কপ্পীংবা অমসু পোকহনবীরে। খুমদনা মঙ্ক লুকথবগা খোঙবী যেংলগা খাঙই।

— "ও! অরেম্বগী হংজরুবমাল্লে, ঐগী ৱাহৈসিদা অকায়বা হংবা য়াদবা য়াওখ্রব্রা? অদু, যন ময়ামসিনদি অদোম্বু চৎহন্নীংলমদৌ মান্দেবু! অদোমগা যনশিংসিগদি নুংতিগী নক্কা তিন্নরম্বনিনা মখোয়নদি অদোম্বু শোয়দনা খান্নীংলমগদবা মাল্লি। অদোম্নসু মখোয়বুদি কাউবা পাক-হেক ঙম্লোইদবদু খঞ্জদুনা হংজবনি। অদুগা বাফম অমনা ঙসাই অদোম্না অয়ুক অঙনবদা য়াম্না পূক্কিং-চঙনা থাবীরম্বা গুলাপ পাম্বীদুদি হয়েং অদোম্না য়ুমসিদা য়াম্না তাঙনা লাকপা মতমদদি শোয়দনা কাউবীখিদৌ মাল্লি। চেদা ইরম্বা ৱাহৈদুগী অর্থদুবু...? মদুবু পারগা থম্মোয়দা মতোমতা অর্থ

হন্দোকচগদবা মীশক অমদি শোয়দনা লৈরে হায়বদি খঙজরে। মীশক্তুমত্তংদি খঙনীংঙ্গ্রেদা?"

চীংখৈদি নোঙ্ছখিবা মায়থোঙদুদগী মীৎলু পিরাং মরিক অনীখক লৈমায়দা মশা তাকপীরমদনা বিদাই তৌবগুম পোপ-পোপ তাখিবদু ফজিঙ্গবা ঙমহৌদ্রে। তোমপোক্লসু উরে, চীংখৈগী মীত্তগী পিরাংগা বিদাই তৌনরিবদো। অদুবু চঙশিন্দুনা ফুরীৎখাউদগী রুমাল লৌথোক্লগা তৈথোকপগী থৌনাদুদি য়ৌনা মখোয়না নকশিন্নদ্রি।

ঙাইহাক মিকুপ খরদি তাইবংদগী তোঙানবা সংসার অমদা শাবী-শানৌ অনীমক মমল নাইদ্রবা তাঞ্জা অমনা হুমদুনা পুবীরুরে।

জ্ঞান ফজনা লাক্লবদা তোমপোক্লা হায়রকই — "ঐনা পুন্সিসিদা নীংবা থুংদনা লৈহৌগদবা দৃশ্য অমখক্কীদমক ঐ য়াম্না ৱারে। থৌদোক্তু মমি শামি ওইনা মতম চুপ্পদা নীংশিংদুনতা লৈহৌরগনি। দৃশ্যদু অতৈ অমগী নত্তে। থম্মোয়বু অঙাওবা ওইহনবীরম্বা, মদু উরম্বদগী তৃম্বা-চাবা, চৎপা মফম খঙদ্রিবসি নহাক্লা শঙ্গোম শুম্নম্বগী দৃশ্য অদুনি। মদুগী শক্তমদো হৌজিকসু ঐগী থম্মোয়দগী লাপ্পা চৎহনখিবা ঙমদ্রি। ঙমগনি হায়বসু থাজদ্রে। ঐনা উনীংলিবা শক্তমদো অনীরক হন্না উগনি হায়বগী থাজবসু লৈত্রে। অদো, শঙ্গোম শুম্বী লাইরেম্বীদুনা মী অমগী রানী ওইখ্রবসু মানা শঙ্গোম শুম্বগী শক্তমদুমত্তদি ঐগী ওইজহৌগে? মদুগী অয়াবদুদংদি নহাক্কী নফমদগী নিজহৌগে খঞ্জবনি। নহাক্লা অশেংবা য়ুমগী মৌ অমা ওইনা চৎখিদ্রিঙ্গেদা ৱাহৈ অমত্তংদি হায়বীরম্মু?"

চীংখৈনা খঞ্জরুই — "ঐনা করি করম্বা ৱাহৈনো পাউখুম পীরগা মানা পেনবীগনি। ঐবু হয়েং ঐনা চৎত্রিঙৈদা অয়ুক্তা শঙ্গোম শুমজরমগে হায়রসিরা? অদু, হন্দকমুক্কা হৈদোক্লবদি কমদৌবা?"

মখোয় অনীমক মতম কয়া য়াম্না হৌখ্রবা, কয়াম কুইনা মফমদুদা ৱারী শানখ্রবা হায়বগী মতাংদা করিমত্তা খঙহৌদ্রে। লাইবক ফবা মতাঙ ওইখিবনা মী অমত্তনা মখোয় অনীগী নুংঙাইরবা মিকুপ খরদুবু অপনবসু পীখিদে।

তোমপোক্লা হায়রকই — "অদো, ইমুংদা চঙলগা ইমাগা উনবীবনা ফরোইদ্রা? ঐখোয় ইমাদুবু লৈতবজাৎলা? হো ইমা! হো ইমা!" অনীরক হন্না কৌই।

ইমুংদগী সনাতোম্বী কৌরিবদু তারদুনা খুম্লকই — "হো লৈয়ে, ইমা লৈয়ে, করি হায়গে? বজার চৎলুগে হায়দুনা ইমা থৌরাং তৌরিয়ে" অসি হায়রগা ঙাঙ-ঙাঙদুনা থোরকই।

— "ইমানা ইমা উনবা লাকপা মীবু মপান্দা কুইনা লেপহল্লগা ঙাইহল্লিসিবু চুম্না হায়বনি।"

"হো কনানো?"

চীংখৈঙানবীনা — "ঐনে, ইমা বেম্মা।"

"হৈমা! চীংখৈ, নঙ লাক্লব্রা? লাকও, লাকও! ইমুংদা কোক হেক চঙলকপা য়াদ্রা? করিগীনো ইচানা মহৌশাগা মান্নদনা অদুক য়াম্না কোইকরিদুবো? হয়েং চৎলগনি হায়বগীরা? নৎত্রগা নবুং লৈবদুদা ইকায়রিব্রা?"

সেন্দলদু ডারী মথাদা থম্লগা মাঙ্গোলদা কাখৎলক্লে চীংখৈদো। তোমপোক্তি মানা ঙবাংদগী অমুক্তং ফোঙদোক্লে খল্লকপা থম্মোয়গী মরুওইবা ৱাফম খরা ফোঙদোকহৌবদুনা থম্মোয়দি খরা য়াংবগুম ভৌরে। মাগী কাদা চঙলগা ফমুংদা লোংখ্রাক লোংনা হিপ্লগা ৱাখল ভৌদুনা লৈ।

— "ঐবু মাগী লুহোংবগী পোৎপাংসিবু সনাগী মরীসি পীখ্রসিরা?" মখুত্তা শিরিবা খুদোপ্পু লৌথোক্লগা অমুক শান্নে। মঙক্কী সনাগী মরীদু অমুক পায়। অনীদুগী মরক্তা অমদি শোয়দনা পীরগে খল্লকই।

— "মসিবু ঐনা মাগী মফমদা করম্বা তাঞ্জাদা পীগনি? মানা লৌ হায়বা যাবীগনিসু খঙদ্রি। মানা ভসাই থাবম্বা গুলাপ পাম্বীদুগী মখোঙদা অদোমগী লুহোংবগী খুদোলপোৎ অমদি থমজরম্বনি, মদুমতংদি লৎনদনা লৌশিনবীয়ুকো অসি হায়বনবু ফগদমাম্লে।"

চীংখৈঙানবীনা ইমুংদা চঙলকপা মতমদা মিকুপ খরগী মমাঙদা শীম্পুখিবা পিনা চোৎলবা মীৎলু অনীদু বেক্তগী রুমাল লৌথোক্লগা তৈথোকখি। পিরাং তৈথোক্লুবা রুমালদো সনাতোম্বী থোরকপদুদা অফিং-অফাই ওইনা হাপচিনবদা বেক্তা চঙদদুনা লৈমায়দা তাথোকখ্রে। মশাদু ৱাখল অমনা হুমদুনা পুবদুদা তরঙ অমসু চৎলে। মাগী রুমাল নাম্বুহৌবা মপাদুদি তোমপোক্কী কাগী থোঙ মনাক্তনি। চীংখৈদি মদু খঙজদবা অশেংবনি। চীংখৈনা সনাতোম্বীগী ফি হোংলিবা কাদুদা চঙখিবা ঙাইহাক কান্নরবা

তুংদা তোমপোক মাগী কাদগী থোরকই। থোঙ মনাক্তা তাবিবা রুমালদো মখুৎ য়েৎনা খুনগৎলি। চীংখৈনা থৌওইনা মঙোন্দা পীনীংদুনা থাধরম্লিব্রা নৎত্রগা শোয়দুনা তাহৌরিব্রা পুক্লিংদা ৱাখল অনী ফাংনা শন্দোরকই। ওইনীংবা অমা ওইজরসনু, নুংশিবগী পোৎ ওইনা তৌবদুদা করি খল্লুরবনো রুমালদো খুনগৎপগা নাতোন তম্না থাঙ্গৎলগা মনম নমই। নুংশিবগী তোপ-তোপ্পা মহাও অমা হেক চেনবগুম তৌই। পামজবা অমগী মফমদগী পামজবা পোৎ অমা ফংবসিগী মহাওসু তোঙান্না অদুম লৈবজাৎনি।

ঙাইহাক লৈবগদি সনাতোম্বী ফি শেৎপা লোইদুনা চীংখৈগা পুন্না থোরক্লে। মতমদু তোমপোকতি চীংখৈবু থোক্লকপদা অমুক থোঙ্গান্দগী য়েংহৌনবা থোঙ্গান্দা হান্না থোক্লগা ঙাইদুনা লৈরম্লে।

মমানা — "ইবুংঙো! নঙবু থবক অতে চৎথোক্কদবা লৈরিব্রা? ইমা চীংখৈগী ফি অমখক্তা লৈবীরুগে তৌবনি। মাবু হোরেন ইমানা ঐখোয়গীদা চাক চাবা অমদি পীজগে? ইমাখোয় কুইরক্লোই নঙ চৎথোক্লম্লনুকো।"

"হোয় ইমা!"

চীংখৈঙানবীগা সনাতোম্বীগা মখোঙনা থোকখিবগী খোঙথাংদু তোমপোক্কা তুংদগী থৱায় তানা য়েংদুনা লৈহৌবদুনা চীংখৈদি মখোঙ থাংবদা ওম্ভোক্লা বাবে। য়াম্না বানা সনাতোম্বীগী তুং ইন্দুনা চৎখিবী চীংখৈদো সড়ক অচৌবা মচিন্দগী কেন্টব কাখৎলমদাইদা মমায় লয়বগা নোককেৎ তৌনা তোমপোকপু য়েংলম্মী। মনু উবদ শোয়দনা য়েংলকপা য়ায় খঞ্জরম্বা তোমপোক হবাউমন্দুনা শুমাঙ তম্না যাঙনা চেনশিল্লকই। নুঙ অমদা খুদি হেক থীবে। "অয়ো" মসিগী নুঙসিনা ঐগী য়েক্লবা ওইরিবসিনা করিগীনো। শঙ্গোলগী যন অমনা মো হায়না খোংলকপদা শঙ্গোম্লোমদা চঙলগা শজিক খবা হাপ্লীখি।

কেন্টব তোংলগা চৎখিবা সনাতোম্বীগা চীংখৈগদু উবীপোক্কী চৈবাপ মমাঙদা খামদুনা কুমথরে। খোঙনা অসুম অবাং দুকাম্লোমদা লাকই, শ্বাল য়োনবা মপাল্লমগী মীনা ফম্বা দুকান অমদা চঙলকই। দুকান্দা সনাতোম্বীবু মশক মুন্না খঙবী তোমনা উনথ্রবী নুপী অমসু ফি য়েংলম্মী। নুপীদুনা সনাতোম্বী উবদা কৌবকই -- "হায়মা! উদবা কুইরেদা, করম-করম পানবীরিবগে? ইচা-ইমৌকা থিবব্রা? ইবেম্মসিনা কনানো? ইমৌরো? মশক্কা মরোল অমা ঈং-তপ্পা ফজরিবা, ওম্ভোক্লা পামজখ্রেদা।" চীংখৈদো ইকায়বগুম তৌই। সনাতোম্বীসু মীনা হায়রক্লিবা বাহৈদুনা চীংখৈবু খবগা হেন্না মচা মমৌ ওইনীংলকপগুম তৌই।

সনাতোম্বীনা পাউখুম ওইনা হায়রকই — "বায়দি হায়হৈদে হায়নৈ, নুংঙাইরি হায়তারে। ইমৌসু থিদ্রি, লাকমিন্নরিসিবু ইমৌকা মান্নুরব্রো? ওইগে খন্নুবদা মাগী অমা লৈরম্লবা! মাগী লুহোংবগী পোৎপাং ওইনবা ফি লৈগে লাকপনি।"

"হায়রিসিবু ইবেম্মসিবু কনানা পোকপনো, শোমগা করি থোক্লবনো? করি লৈকায়দা ময়ুম পান্দোইনো? নুপা ময়ুমদো ওম্ভোক্না মরাইবক ফখ্রেদা! হান্না খঙজরম্লবদি ইচানুপা ডাক্তর প্রেমগী হায়জরমদৌনি। ঐনা মশক ফজবী, ঈং-তপ্পী য়ুম পানগদবী অমত্তং ইমৌ ওইগে হায়না থিরক্লিব্সি থা অনী, অহুম শুরবনি, ঈশ্বরনা খঙনি, অমত্তা ফংদবনি।"

সনাতোম্বী — "শোম্না ঐগা লাকমিন্নরিবা ইচাসিবু য়ুম পানগনি, ঈং তপ্পী হায়বসি উবদা হেক্তা খঙবীবগী বারা?"

— "শেৎলিবা ফিজ্রেৎ, মীৎয়েং-নায়েং, মশম-মনা, হেক্তো উবদা খঙই, ঈশ্বরনা শাক্ষি! ঐনা ইমৌ ওইগে হায়না য়েংলুবশিংদো ইনাক খুল্ল-খুল্লবা, লাইরিক-লাইশু হৈরে-হৈরেবা য়াম্না য়েংলুরবনি। অদুবু থাগৎপা নত্তে, ইচানুপী সিগুম্বা থম্মোয়না খোয়দাবা অমত্তহেক য়াওদে।"

— "থিববু লেপত্রবদি নোংমা মরাইনা অফবা অমা থেংনজনিদা! ফি অমুক য়েংলসি।" অসি হায়রগা ফি য়েংবা হৌরে। ফি খরা চিংথোক্লুনা তিংথোক্লগা সনাতোম্বীনা চীংখৈগা য়েংমিন্নে। ঙসাইগী নুপীদু চীংখৈঙনবীদা মুন্না য়েংলগা চীংখৈনা বা ঙাঙলকপা তাগদবগী ঙাইরি।

সনাতোম্বীনা — "নঙবু করি মচু পাম্বগে?"

— "ইমা বেম্মা! থবক খুদিংমক্তা চন্নবা য়াগদবা অঙৌবা, মমলসু পঙয়াম-য়ামদবা অমা হেক্তা য়েংলসি।"

মানা বা ঙাঙলকপা তাবদুদা ঙসাইগী নুপীদুনা খল্লি।

— "ও! মসিগী নুপী মচাসি অরাবা য়াম্না খাঙলক্লবা নুপী মচানিসে, মানা তোংলিবা সেন্দল, পায়রিবা বেগ, মনাগী নাইন, মঙক্কী সনা মরী, ভাঙলিবা বাঙাঙসিনা তাকলে।"

— "ইবেম্মা! খল্লু, খল্লু! নঙনা পুক্লিংনা খ্বাইদগী খোয়দাজবা অমা খল্লু! নঙগী ইমা বেম্মনা পৈশা কোন্নদ্রে হায়রগা ইমা হাপকে।"

চীংখৈদো নুপীদুগী মমাঙদা ইকায়জবনা মতা অমা তৌরে। শ্বাল অঙৌবা অমা খনবা লোইরগা পেক তৌহল্লে। সনাতোম্বীনা পৈশা পীরে।

"অদুদি ঐখোয় অমুক চৎলুখিগে?" সনাতোম্বীনা হায়রম্মী।

চীংখৈসু — "ইমা! নচা অমুক চৎচরুখিগে?" হায়।

"চৎলো, চৎলো! নুংঙাইনা নকোক মক্তা চিক্তনা পাল্লুকো।"

নুপীদু চীংখৈবু য়েংলগা দুকান্দুদা লেপ্তুনা লৈহৌরে। শ্বাল য়াওবা প্লাস্টিক্কী বেগতু চীংখৈনা পায়রগা ঙায়োনফমলোমদা চঙলক্লে। রৌ কিলোগ্রাম অনী খরা হেনবা অমা লৈরে। ঙাদু খাউদা হাপহল্লে। শোইদোন মথা অমসু লৈরে। অফবা, মমল তাঙবা ঙারী পরা অমসু লৈরে। খমেন অশিনবা, থবী, করোৎ অখাবী, ফদিগোম, অতৈ মনা-মশীং শুনা লৈবা লোইরগা য়ুমদা হন্নবা থোরকই। পোৎফমদগী থোরক্লগা শড়ক হেক তারকপদা "বাং" লাওবা অহৌবা বোম পোখায়বগী মখোল অমা তায়। মীয়াম কায়-কায়দুনা চেন্নরকই। দুকানশিং থোঙ মথৎ-মথৎ লোনশিন্নবা হৌরকই। চীংখৈঙানবীদি খাউ অনীদু পায়রগা শড়ক লাম্থোক্কে তৌবদা ওটো অমনা থেংগে তৌবদগী কিদুনা মনীং হল্লগা অমুক চৎলি। মাগী-মাগী থবায় হিংনবা চেন্নরকপা মীয়ামদুনা মতা অমা ওইরম্মী। সনাতোম্বী নুপা অমনা থেংজিনবদগী ভুরে। অনোক্তু নাম্থোক্তুনা তাবগা হেক কায়রে। হৌগৎকে তৌবদা অমনা অমুক নেৎ, অমনা অমুক থেং য়াম্না রারে। অশোম রাংমদগী চীংখৈনা রিক্সি খোংলিবা ট্রাফিক পুলিসতা ওনশিল্লগা মী অমা ময়াম্না নেৎশিন্দুনা শিগে তৌরে, অমুক্তা কনবীয়ো হায়রুবদা পুলিসতুনা রিক্সি খোংলগা মফমদুদা লেপ্লবদগী লাংলম্বদু খরা হম্থখ্রে। মিকুপ খরগী তুংদা মফমদু মী ইতাক তাক্লে।

সনাতোম্বীবু পুলিস অনী চঙদুনা চিংখৎপীরগা দুকান মমাঙ অমদা থম্বীরম্লে। চীংখৈনা সনাতোম্বীগী মশমদা তৈরিবা উফুল-বাইফুলদু কনথোকই। মাগী বেগতগী রুমাল লৌথোক্লগা সনাতোম্বীগী মমায়দু তৈথোক্কে তৌবদা রুমালসু য়াওরমদ্রে। সনাতোম্বী মখোঙ ওইথংবদু খোঙউপ্পা নেৎখায়বীরম্বদগী নাবনা থাবা য়াদ্রে।

মিকুপ খরগী তুংদা পুলিস গাড়ী অনীখক সাইলেন খোংদুনা বোম পোকখায়খিবা মফম অদোমদা থৌজিনখ্রে। "আলু গালিগী ফিয়োনফম দুকান্দা বোম লংশিনবদা দুকান ফম্বা য়াওবা মীওই অনী শিরে; মৈতৈ ঙাক্তনি, অহুম অমনা ফিভম লুনা শোক্লে; অশিবা অমদি অশোকপশিংদু পুলিসকী গাড়ীনা আর. এম. সিদা পুখ্রে" হায়নরক্লে।

ঈরাং খরা নেমথরকপদগী থোঙ লোম্নরম্বা দুকানশিংদু অমুক থোঙ হাংবা হৌনরক্লে। পুলিস কন্সটেবলদুনা ওটোরিক্সো অমা ফাবীরগা সনাতোম্বীগী মনাক তানা পুশিল্লক্লে। ওটো ড্রাইভরদুগা পুলিসতুগা অনী চঙদুনা সনাতোম্বীবু শৌগৎপীরগা ওটোরিক্সো মথক্তা থাঙ্গৎপীরে। সনাতোম্বীগী মখোঙ ওইথংবদুনা চীংখৈগী মতম্বাক্তা তিংথোক্লগা ফমহল্লে।

অসুম্না ওটোরিক্সো তোংদুনা ইরোইশেনবা য়ৌরক্লে। চীংখৈনা লম্বী তাক্লুনা ওটোরিক্সোদু রামধনখোয়গী লৈরক্তা থৌজিল্লকই। গেৎ মপা য়ৌবদা গাড়ীদু খামহল্লে। চীংখৈনা গেটতুদা চঙগদবনি হায়বদুদা ড্রাইভরনা গাড়ীদগী কুমথরগা গেটতু হাংদোকই। অমুক কাখৎলগা ওটোরিক্সোদু শুমাঙ য়ৌনা থৌজিল্লকই। চীংখৈসু, সনাতোম্বীসু কুমথবা য়াদ্রে।

ওটোরিক্সো মখোল তাখিবদুদা তোমপোক ইমুংদগী থোরকই। মমানা ওটোরিক্সোদগী কুমথবক্তবদুদা চিংনদুনা করি তৌরবগে হংই। ড্রাইভরনা থোকখিবা বজারগী পাউদু তম্মী। তোমপোক চঙশিল্লক্লুনা মমাবু ওটোরিক্সোদগী কুমথহন্নবা হোৎনৈ।

সনাতোম্বীগী মখোঙ ওইদু চীংখৈগী মতম্বাক্তগী থাঙ্গৎলগা চীংখৈবু হান্না কুমথহল্লে। চীংখৈ কুমথরগা তোমপোক্তা লৈরিবা অদোমদা লাক্লে। সনাতোম্বীগী মখুৎ নাম্মনা তোমপোক্কী মঙক্তা কোল্লে, অতোপ্পা মখুৎ নাম্মনা চীংখৈগী মঙক্তা কোল্লগা উচিন-নাচিন্না ওটোরিক্সোদগী কুমথরে। অদুবু মখোঙ ওইথংবদু লৈপাক্তা নেৎথবদি ঙমদ্রে। তাঙ্গানা য়াদ্রবদুদদি তোমপোক্তা লৌশিং অমা তৌরকই। মাগী খুৎ য়েৎথংবদুনা চীংখৈগী খুৎ ওইথংবগী খুদাংদা তাপ পায়রগা মমাবু মখোয় অনীগী খুৎ মথক্তা ফমহল্লগা থাংদুনা পুশিল্লকই। মখোয় অনীনা থাংলকপদু সিরি মনাক য়ৌশিল্লক্লে। ঙসিদি মখোয় অনীমক পাঙ্গলসু খরা হেন্না কনবগুম যুমগী সিরিদু ইরায়-লায়না কাখত্তুনা সনাতোম্বীবু ইমুং তানা পুশিল্লক্লে। মাগী কাগী ফমুং য়ৌনা পুশিল্লগা সনাতোম্বীবু ফমুংদা থম্বীরে। চীংখৈনা ফদি অমা লৌরুরগা সনাতোম্বীগী মখোঙ অমোৎপদু তৈথোক্লগা ফমুংদা তপ্না হিপহল্লে।

ওটোরিক্সোদা য়াওবা খাউদুনা ড্রাইভরনা পুশিল্লক্লগা মাঙ্গোলদা থম্লরে।

চীংখৈনা মমা বৈম্মা শেন্নহৌরগা তোমপোক্তা ইমুংদগী থোরক্লগা ওটোরিক্সো ড্রাইভরদা ভারা পীখ্রে।

তোমপোক্না মাঙ্গোলদগী খাউদু পুশিল্লগা ইমুংগী চাকশঙদা থম্লুরে। অমুক থোরক্লগা মমাদা হায়রকই — "ইমা! হিগা য়েরগা অনাবদু খরা যত্রা য়েংশিরা? ঐবু ঈশিং খরা শাহল্লকউ হায়ব্রা? মৈখেৎনা কদাইদা লৈবনো?" মতোমতা মুরুম-মুরুম শোল্লি।

চীংখৈদি তৌফম খঙদনা সনাতোম্বীগী মনাক্তা লেপ্লগা লৈ। মবুক্তদি ঈশিংদু মানা শাহন্নীংবগুম তৌরবনি। সনাতোম্বী উইশিল্লিবা মীৎ অনীদু পাঙথোক্লগা চীংখৈদা য়েংলগা হায়রকই — "ইবেম্মা, চীংখৈ! ঈশিং শাহনবা হায়রিবসে ইচানা খরা থাঙ্গৎপীরক্কেরা? নবুং অঙাওবসে গ্যাস থাগৎপা ফাওবা হৈরেমগদবা মান্দেনে ইমানা! নঙ খরা য়েংবীরুচো।"

চীংখৈঙানবী ঙাইহাক্কী মমাঙদা খঙহৌদনা তোমপোক্না মাগী খুদাংদা লাল্লগা তাপ পায়রকখিবগী বাখল অমনা ইকায়জরিঙেদুদা সনাতোম্বীনা অমুক ঈশিং শাহনবগী মতাং পল্লকপদুদা পূক্লিংদা হরাউ-নুংঙাইবগী ঈচেল অমা কন্না চেনশিল্লকপগুম তৌরকই। মথুম-মরাং ইহৌহেক হৌবগুম পূক্সিগী অহানবা অমুক্তা থেংনদ্রিবা থম্মোয়গী মহাও অমা লাকপগুম তৌই। চাকশঙলোমদা কিবোই, হঙ্গোইবোই তৌনা ইকায়-ইকায় চঙলকই। মপূং ফাবা বাহৈ অমা ফাওবা মমাঙদা ঙাঙবা ঙমজদ্রিবা পাখং অমনা মাগী খুদাংদা তাপ পায়রগা মমা বৈম্মবু মখোয় অনী চঙদুনা থাংখিবদুনা মখোয় অনীগী নকশিন্নবগী চাং খংহেন হেনগৎখ্রবনি।

চীংখৈ চাকশঙ য়ৌনা চঙশিল্লগা তোমপোক্না মৈখেৎ খেৎলি য়াদ, খেৎলি য়াদ তৌরিবদু চপ লেপ্লগা য়েংদুনা লৈরে। বাহৈনা — "ঐ তৌজরগে থম্বীরম্মো" হায়গদবদু হেক ঙমজদে। তোমপোক্না হঞ্জিন-হঞ্জিন খেৎনবা হোৎনবদা য়াদ্রবদুদা চীংখৈ য়েংবা বারক্লমাল্লে। পাঙ্গল খরা লাক্লে, বা ঙাঙলক্লে, "য়ানি ... তা .. মো ... থম্বীরম্মো, ঐ তৌজরগে?"

"অস! ওম্মোক্না ইকায়খ্রেদা! থবক হায়বসি তোয়না তৌদ্রবদি হেক্তা য়াদবোইরে! সে! মেম্মা! নঙ অমুক য়েংলরো, মৈখেৎনা হৌদ্রিব্রা, ঐনা হৈতব্রা অমদি তৌরে।"

চীংখৈঙানবী চঙশিল্লগা তোমপোক্তগী মৈখেত্তু লৌরগা খেত্তুনা মৈদু ইরায়-লায়না চুখৎলগা সস্পেন অমদা ঈশিং হাপ্লগা শাহনবা হৌখ্রে।

তোমপোক — "মেম্মা! ইমাগীসিবু করম হায়না থোকখ্রিবনো?"

হন্দক্কী মতাংসিমদি হংলকপদা খুমদবা য়ারোইদবা মতাংনি।

— 'ইমা'বেম্মগা ঐখোয়'নী পোৎ লৈবা লোইরগা কৈথেলগী থোরকপদা বোম পোকখায়বগী অহৌবা মখোল অমখক তাখি; অদুদগী মী ময়ামসি মাইগৈ খঙদনা পঙচেন্দা চেন্নরকপনি।" অসুম্না থোকখিবা থৌদোক্তুগী মতাংদা পাউতম্বা লোইরে।

— "অদু, ইমাগী কোক্তা শোকহৌদবসিমদি য়াম্না লাইবক ফৈ হায়বা তাই, মেম্মা! ঐ বা অমগা হংগে। নহাকপু হয়েং চৎলগনি হায়রিবসিবু শোয়দনা চৎপা তারব্রা? নঙনা করিগুম্বা নখোয়গী খুঙ্গংদা চৎপগী মতমসি খরদং য়ৈথোকপা য়ারগদি ওম্বোক্লা নুংঙাইখ্রনিদা! ঐখোয়গী ইমাগী সেবা তৌবীনবা ইচম্নুপী অমা ফাওবা লৈরমদবসে ঐখোয়গী য়াম্না লাইবক থীবনি। ঐসু নহাক লুহোংলগনি হায়বা তারে, ঐগী ওইনা নহাক্কী পোৎপাং অমখক্তি পীহৌবা চুমগনি নীংই। পূম্নিসিদা নহাক্কুম্বী লৈশাবী অমগা অমুক্তসু শক খঙনরুদবনা লৈশাবীশিংনা লুহোংলমদাইদা পামবসি কবি পোংনো হায়বসু খঙদে। ঐসু পূম্নিসিদা ইনৌ-নৌবা, অঙকপা থৌদোক অমখক্লা মরম ওইবগা কনাগুম্বী অমবুদি কাউগে ঙমদনা লৈরে। মসি পূম্নিগী ওইগদবা মাপ্লে। অদুবু ৱারীসে ঐগী ওইনা পূক্লিং চঙনা তাবীগদবা মহাক্তুগী মফমদা নৎত্রবদি লীকবগী থোইদোক্তে। অদু, নহাক লান্নদি লৌগনু! নহাক্লা ঙসাই অয়ুক থাবম্বা গুলাপ্তগী মখোঙদা নহাক্কী লুহোংবগী পোৎপাং মচা অমত্তং হোরেন নুমিদাংগী পূং ১১ তাবা মতমদা থম্লমগে? নহাক পোৎশক্তুবু লৎনদনা লৌশিনবীয়ুকো।"

ঙসাইদগী তোমপোক্লা ঙাঙলিবা ময়ামদু তাবদা চীংখৈঙানবীগী মীৎলু অনীদু পিরাংনা থুমহৎখ্রে।

ঈশিং শৌরকপগী মখোল তারকপদুদা জ্ঞান খংলাক লাক্তুনা মৈদু খরা লৈথরগা ঈশিং অশাবদু মখাদা থাংথরে। মীৎলুদগী পিরাংদু চুনি মচিদা তৈথোকই। চীংখৈগী পূক্লিংদা মঙন-মঙন অমুকসু খরা হেক নুংঙাইবগুম অমুক্লা হেক ৱাবগুম তৌফম ইখঙ-খঙদে। মাগী পূক্লিংনসু তোমপোক্কী মফমদা করিগুম্বা ৱাফম অমদি ফোঙদোক্লীংই। অদুবু করিনো মানা হায়জগদবা?

অতৈ হায়ফম খঙদদুনা — "তামো! ঐবু চা খরা লোনসিরা?" তোমপোকতি চীংখৈনা ৱাহৈ খরা হায়রকপদুদা স্বর্গ মখুৎনা লাম্বা ফংবমুক নুংঙাইবে।

পাউখুমদুমক্কা মানা হায়খিবা পূক্লিংগী মমল য়াম্লবা ৱাহৈশিংদু চীংখৈনা পূক্লিং চঙনা তাখ্রে হায়বদু খঙলে।

"নহাক্না লোনবীগে হায়রগদি ইমাসু চা থক্লীংলমগদবা মাল্লি, লোনবীরবসু কায়দে।"

ৱাহৈদুনা চীংখৈবু পাঙ্গল খরা হাপ্লীবগুম তৌবদুদা চীংখৈ চা লোন্নবা ঈশিং অমুক থাঙ্গৎখ্রে। থবক খুদিংমক মপুগী অয়াবা লৌরগা তৌবা পামজবী চীংখৈঙানবীনি।

চা থাঙ্গৎলম্লগা হিগা য়েনবা ঈশিং অশাবদু সনাতোম্বীগী মনাক্তা পুশিল্লকই।

চীংখৈনা ঈশিং পুশিল্লক্লগা সনাতোম্বীগী মনাক্তা হেক থম্বগা তোনদোন অমদি বোয়াই পূন্না সনাতোম্বী শোকপগী পাউ তাদুনা হংবা চঙলকই।

শাবী-শানৌ অনীনা তাঙ্গা খরখক য়াম্না তাওনা ফংজবদো মমাগা-মপাগা চঙলকপদুনা অকায়বা পীবীররে। তোমপোক মাগী কারোমদা চঙখ্রে।

চীংখৈনা চা লোনবা লোইদুনা কপ্তা চা হৈরগা পুথোরকই। ফম্লিবা মী পূম্নমক্কী চা পীবা লোইরগা তোমপোক্কী চা কপ অমনা চাকখুমগী দাইনীং টেবল মথক্তা মখুম কূপ্লগা থনম্মী।

হিগা য়েবদুদি মমাতোন তোনদোন্না মানা ওইনা য়েহৌরগে হায়বদুদা চীংখৈ বজার চৎলুবগী মফি-মরোল হোংদোকপা ময়ুমলোমদা চৎখ্রে।

চীংখৈ ময়ুমদা হনখ্রবা তুংদা শোমদা তোমপোক্না মাগী চা শরুক শোয়দনা লৈরমগনি খন্দুনা চাকশঙদা চঙলকই। মাদি চীংখৈগী মখুৎনা চা লোল্লগা মাগী মখুত্তা চা পীরকপদু লৌরগা থকপা ফংলগনি খঞ্জরম্বনি। অদুবু তাঙ্গাদুমদি ফংখিদ্রে। টেবল মথক্তা কপ অমদা মখুম নীংথিনা কূপ্লগা লৈরিবদু মাগী শরুক্কি খন্দুনা কপ্তু থাঙ্গৎলগা পূক্লিং পেন্না চাদু থকই।

শোমদা তোনদোন্না হিগা য়েদুনা লৈহৌরগা বোয়াইদি অনাবগী মরোল হংলম্লগা ষন হোৎনবা চৎখ্রে।

তাঙ্গাদুদা রামধন মারুটি কারদা ওফিসতগী কূম্লকই। ইমুংদা চঙলকপগা পাউ পূম্নমক তমদুনা তারে। নুমিৎ তাশিনখিবদুদা দাক্তর চৎপদি খুদোং কয়া চাগদবা মান্দবগা;

বাজারদা বোম পোকখায়খিবগী ইরাং খরা লৈবগা হয়েং অয়ুক ঙস্তা চৎলসি হায়দুনা চৎত্রে। অনাবদুদি ঈশিং অশাবনা হিগা য়েবদগী খরদি হম্বরে।

চীংখৈঙানবী য়ুমগী ধুপ-থাওমৈ থাবা লোইশিন্নগা মনাও থোইনুগা লোয়ননা রামধনগীদা অমুক লাক্লে। সনাতোম্বীগী মনাক্তা চঙলক্লগা,

— "ইমা বেম্মা! ঐখোয়না তৌবা য়াবা থবক করি-করি লৈবগে? থোইনুসু য়াওরকই।"

"খঙদ্রেদা ইচা ইবেম্মা! ঐনা নঙবু চৎলমদাইসিদা চাক চরা অমত্তং পীজগে হায়না কৌবীরগা চাক থৌংবীনবা মীবু লৈরোইদৌরি। লাইগী সন্ধ্যাগী ধুপ-নুংসু থাদ্রি; ইমাদি হৌগৎপা ঙমদ্রবনিনা উপাই লৈরোইদৌরে; ইচা অনীনা খরা পাংবীগেরা? বেটিদুসু কছার চৎখিবদগী হল্লক্রে; হয়েংদি পাউ পীরগা থুনা লাকউ হায়খ্রগে?"

— "ইমা বেম্মা! লাইগী ধুপসিবু?"

— "নখোয় অনীগী মবক্তা অমনা হেক্তা থারো।"

— "ইমা বেম্মা! থোইনুবু থাহঞ্জরগে?"

— "হোয়নে, ইমা লোইনা য়ারেনে! অদু নঙবু লান্না লৌগদ্রা? নঙনা চৎলমদাইসিদা ইমানা চাক চরা অমত্তং পীজহৌগে খনবসে ইমানা থোংলগা পীজবদি ঙম্লোইদৌরে। নচিন-ননাও তান্নরগা চাক-ঈশিংদুবু খরা থোংবীগেরা? মীরোল লৈতবা হায়বসিসু অরা-অনা থোক্লক্লগদি হেক নুংঙাইতে। ইচানুপী লৈতবনিনা ইচা অনীনা খবা রাবীবা তারেদো! ঙা গাদো শেম্নবা থাঙ অথৌবা লৈবনি। ইচানা শেম-শাদুনা হাউনবা অদুম থোংঙো। খুৎ-শা শোক্তনবা হোৎনৌকো! লুহোংলমদাইসিদা। ইচানা চৎখিগদবসি খল্লুবদা ইমাদি য়াম্না নুংঙাইতে।"

শোমদা চীংখৈগা থোইনুগা অনীমক লাক্লুনা মতেং পাংলবসিদা তোমপোকসু নুংঙাইবা পোকই। রামধন্না সনাতোম্বীগী মনাক্তা ফম্নগা রারী শাদুনা লৈবদুদা তোমপোক্লু ইমুংদা লৈবদু নুংঙাইরকত্রমান্লে ঙাইহাক্তং হংচিক লাংলুখিগে খন্দুনা মপান্দা থোকখি। চৎনা-চৎনা রাখলদদি চীংখৈনা শাৎকায়রবা লৈরাং থম্বাল ওইরগা মানা খ্বাংজেংবা খোইমু ওইদুনা মনাক্তা কোইপাই-পাইদুনা লৈজনীংলি। মরক-মরক্তা পূক্লিংগী বাসু ফোঙদোক্লীংলি। অদুবু তাঞ্জানদি মদুগী খুদোংচাবদুমদি পীবীদ্রে।

ইমুংগী মমা বেম্মগী য়াথং ফংলবদা চীংখৈ ঙা য়াওবা খাউদ্দু পায়রগা মনীংলোমদা ঙা শেম্বা থোরকই।

রামধন্নসু ইমুংগী মী-লৈতবনিনা চীংখৈগা থোইনুগা অনীনা মতেং খরা পাংবীরবদুদা ৱাহৈ অমনা “ঙসিদি নখোয় অনীগী খুৎ চাবা তারেদনা! নত্তে, মাগী মমিংদুবু? হায়, ইবেম্মা অহল নঙবুনিনে, নঙবু হয়েং চৎলগদবনি হায়বসিবু চুন্নব্রো? নঙ চৎখ্রবদি বোয়াইসি ৱাহৌবা তারেদো।”

চীংখৈ ইকায়দুনা খুম্বা ঙমদে।

সনাতোম্বীনা পাংশিল্লকই — “মোয় পাবুং, হংবীরুরনুদা! ইচাদো মবুক্লিং য়াম্না নুংশিরিবনি।”

হায়গুম্মদনা ইমুংদুগী মীপুম খুদিংমক্না “নঙবু হয়েং চৎলগদবা নৎত্রা” হেক হংলকপগা চীংখৈগী থম্মোয়দা অৱাবগী চৈনা অমা হেক্তা ফাওরকই।

চীংখৈ থাঙ থিরুরগা ঙা শেম্বা হৌখ্রে। মনাও নুপীনা লাইগী ধুপ নুং থাবা লোইরম্নগা মচেগী মনাক্তা চঙলক্নুনা ফম্নগা মচেনা ঙা শেম্নিবদু য়েংই। ঙা শেম্বা লোইরগা মচিন-মনাও অশেম্বা ঙাদু চাকখুমদা পুশিল্লক্নুনা থম্লে। মমা’বেম্মগী মনাক্তা চঙলক্লগা — ‘ইমা’বেম্মা! চাকশিবু ঐনা অদুম থোংবা তারব্রা?”

— “ইচানা থোংঙো, থাও, থুম, তিলহৌ, চনম, মরু-মরাং লোইনা লৈবনি।” ইচানা চানীঙবা, হাউগদবা মওংদা অদুম থোংঙো! ঙারিনখা ঙৌগে হায়ববসু ঙৌরো, অদুগা শোইদোন্দুনা ইরোনবা অমা য়াওহল্লো! নখোযগী পাবুংসে শোইদোন ইরোনবা য়াম্না পাম্বনি। অদুননি ইমানা ঙসাই ঙারী অফবা খল্নগা লৈরক্লিবদু।”

— ‘ইমা’বেম্মা! চেঙদি কয়াম থোংগনি?”

— “ইচানা মী মশীং পারগা হিসাবতা অদুম থোংঙো! অদুবু ঐঙোন্দা অমুক হংলিসিবু।”

কায়নরমদাইগী মতমদা থোংবা চাক্তা ওইগদৌরি। ইমুংগী মরুওইবা অহল অনীগী অয়াববুদি লৌরবনিনা চীংখৈগী পুক্লিংদা মীগীদা চাক থোংবগী চিংনজবদুমদি কোকচরে। অদুবু পুক্লিংনদি হোরেন শোয়রবদি কমদৌনি, নহানসু শঙ্গোম গুম্বদা শোয়দুনা হৈদোক্লুবগী দবা অমদি নংখ্রবনি খল্লি। মরকসিদা মানা চাক থোংগদৌরিবা চাকখুমসিদা পুক্সিগী ওইনা লৈজদুনা নুংতিগী থোংবা ফংলবদি হায়বা ৱাখল অমসু লাকপগুম তৌই। পুক্লিংদা চাকখুমগী লাইরেম্বীবু চেৎনা থাগোঞ্জরগা ঙসিগী মানা থোংগদৌরিবা চাক-যেঞ্লাংসে অশোয়বা অমত্তা য়াওহনবীগনু হায়না থম্মোয় শেংনা

নিজবা লোইরে। অসুম্না পূক্নিং চঙনা হোৎনরবদবু লাইরেম্বী মানা করিগী চানবীদনি। পূক্নিদা পাঙথোকপা অফবা, অমদি অরুবা থবক খুদিংমক অরুবা পাশ তৌদবা য়াদবা পরিক্ষামক্তনি খল্লগা পাঙথোক্লরবদি অশোয়বা মশীং অদুক হাক্না য়াম্লম্লোই।

মনাওনা চনম, তিলহৌ, শিংনচিংবা শুরগা পীশিল্লকই, মরু-মরাং তকখায়রগা পীশিল্লকই। মচিন-মনাও তান্নদুনা থোংবা চাক-য়েঙ্খাংদু লোইশিল্লক্লে। মচেনা মনাওদা তাকপিদুনা পুখম, তেক্কোৎ, গিলাসনচিংবা তকথোক-নাম্থোকপা লোইদুনা মচেনা চাক শেম্বা হৌরে। তেক্কোৎশিংদুদা য়েঙ্খাং হাপ্পা লোইশিল্লক্লে। ভারিনখা ভৌবা, শোইদোন ইরোনবা তেক্কোৎশিংদা মথং-মথং হাপ্পা লোইরে। চাক থোংলিবী মাগী পূক্নিংদা হোৱেন করিগুম্বা রামধন্না চাক চারিউদ্রা — "ইবেম্মা! নঙগী চাকসি কনমল্লি নৎত্রগা থোংমল্লি, য়েঙ্খাংসিসু থুম খরা কল্লি, চাবা য়াদ্রে" হায়রক্লবদি কমদৌবা হায়নসু পাখৎলি।

তোমপোকসু মতাং মতম চানা হুঞ্জিল্লক্লে। রামধন্দি সনাতোম্বীগী মনাক্তা চৌক্রি অমদা ফম্লগা নুংঙাইনা উইরি।

চীংখৈ থোরক্লগা মমা বেম্মদা — "ইমা বেম্মা! চাক লোইজরে, চাক চানবা তৌবসিরা? ঐ চাক থাংজরক্লগে?"

সনাতোম্বীদু হিপ্লম্বদগী হৌগৎকে তৌই। চীংখৈনা চঙশিল্লগা সনাতোম্বীগী মশা শৌরগা হৌগৎহল্লগা ফমুংদা ফমহল্লে। টেবল মচা অমা পুশিল্লক্লুনা ফমুং মনাক্তা থম্মী। খুৎ হাম্নবা ঈশিং অশাবদু কোমপাক মচা অমদা পুশিল্লক্লগা সনাতোম্বীবু খুৎ হামহল্লে। ফদি পীরগা খুত্তু তৈথোকহল্লে। সনাতোম্বীনা হায়রকই — "ঐনা ইচা চীংখৈবু চাক চরা অমত্তং পীজগে হায়না কৌবীরগা মাবু ওইনা বাহনবীরে।"

চীংখৈদু নোকমি-নোকমি তৌরগা — "ইমা বেম্মাগী সেবা খরা তৌববু বাদেদা, ঐনা কিজবদি থোংলিবা চাক-য়েঙ্খাংসি থোংবা হৈতবদগী চাবা য়ারোইদ্রা অসিখক্তনি।"

— "ইচানা অদুক থবায় য়াওনা, চেকশিন্না হোৎনজরিদুবু শোয়বা হৌনব্রা? শোয়দনা হাউরমগনিদা! নঙগী পাবুংগা নবুংগসু পীজনবা তৌরো।"

সনাতোম্বীগী চাক্তু টেবল মচাদু ফমুং মথক্তা থাঙৎলগা মদুদা ওইনা থম্লে। থোইনুবু সনাতোম্বীগী মনাক্তা অরাৎ-অপা য়েংনবা শিন্নরম্লগা মানা চাকশঙদা অমুক চঙলকই। দাইনীং টেবলদা রামধন অমদি তোমপোক্কী চানবা শেম-শাবা হোৎনরি।

সনাতোম্বীনা মপুরোইবা অমদি মচানুপাদা চাক চাথোক্লনবা হায়বদগী রামধনগা তোমপোক্লা চাকশঙদা চাক চাবা চঙলকই। মখোয় অনীমক থাবিবা টেবল চৌক্রিন্দুদা ফমথক্লে। মপা-মচা অনীমক চাক চাবা হৌথ্রে। শোমদা চীংখৈগাবনবী শ্বর খিংলগা খরা লাপ্লা হন্দোক্লগা য়েংদুনা লৈ। অনীদু বা অমত্তা ঙাঙনদনা চাক চারি। রামধনগী বা ঙাঙগন্দবা মতৌদুদা কিজদুনা "পাবুং কবি হাপচরকউগে" হংজবা ফাওবা ঙমদে। অদুবু বা অমত্তা ঙাঙদনা চাবগসু লোইশিনখ্রিবা চাক অমদি য়েঙ্খাংদুনা চাবা য়াদবা চাক-য়েঙ্খাংদি ওইদ্রমাক্লে খল্লকই। মিনিট তরামুক তুমিন্না চারবা তুংদা বামধন্না বাহৈ অমখক ইথা-থাজদনা ফোঙদোবকই।

— "ইবেম্মা! নঙগী শোইদোন ইরোনবদু লৈরিব্রা, খজিক্তং হাপ্লক্কেবা? ঙারি ফমাক্লে চাবা য়াই।"

চীংখৈ হরাউবনা লুতোন শাথলি।

— "লৈবিযে পাবুং, হাপচবক্কে।" অসি হায়রগা ইরোনবা য়াওবা তেঙ্কোত্তু মখুৎ ওইনা পায়রগা মখুৎ যেৎনা চামচ পাযবগা ইরোনবদু বামধনগী তেঙ্কোত্তা চামচ অনীখক হাপ্লী। চীংখৈগী মমীৎনা তোমপোক্কী পুখম তেঙ্কোত্তসু মিকুপ অমগী মনুংদা নাপ লোইনা লৌকবি। তোমপোক্কী মচিন্না হাপ্পু হাযবক্লগসু শোইদোন ইবোনবদু তোমপোক্কী তোঙ্কোত্তসু চামচ অনীখক হাপ্লী। তোমপোক্তি মপাবুংগী মমাঙদা হাপ্তি হাপহন্নীংলবসু হাপ্পু হায়বা ঙমদবা ওইরম্লে। মপাবুংসু চীংখৈগী মওংদু কুপ্না শেন্নদুনা য়েংলি।

চীংখৈগী পুক্লিংনা নুংঙাইজবদি অদুক থরায় য়াওনা চাকখুমগী লাইরেম্বী খুরুম্লগা থোংজবা চাক-য়েঙ্খাংদু হাউরবসু মাগী পুক্লিং পেল্লবা রামধন্না থাগৎপিবক্তবা অদুনি। অদুক পামজনসু চারিবা চীংখৈগী মখুৎনা লোনবা শোইদোন ইরোনবদু ইচাগী ইরোনবসি ঙানম-থুম্নম্না হাউই, খরা হাপ্লকউ হায়বগী মহুত্তা, "ঙারি ফমাক্লে, চাবা য়াই" হায়খিবদুমদি মহাক তশেংনা পেঞ্জদে।

মখোয় অনীনা চাবা লোইখ্রবা তুংদা চীংখৈনা লুখাক শেংগে চঙলকপদা তোমপোক্লা চারম্বা পুখম-তেঙ্কোৎ লোইন্নমক্তা চাক, য়েঙ্খাং, ঙারিনখা ঙৌবা, শোইদোন ইরোনবা খরা-খরা য়াওরম্মী। মাগী পুক্লিংনা মিকুপ্তুদা করি খল্লুরবনো রামধন্না চারম্বদু শৎ থাংদোক্লগা তোমপোক্লা চারম্বদুদা মখুৎ হামদোক্লগা মানা চাননবা চাক য়েঙ্খাং, ঙারিনখা ঙৌবা, শোইদোন ইরোনবা হাপখ্রে। মনাওনা উখিগদ্রা হায়বগীসু হাইফেৎ চিংনৈ।

শোমদা থোইনুনা অৱাং-অপা হংদুনা সনাতোম্বীসু চাক চাবা লোইরম্লে। চাক চারিঙৈদা সনাতোম্বীনা থোইনুদা হায় — "ইবেম্মা! নখোয়গী নচেসে লুনা তৌবীয়ুকো! চাক-য়েঙ্খাং থোংবনা ঙানম-থুম্নম্না হৈরিবা, লক্ষ্মীগী গুণ চেন্নিকো! ইমাদি মানা ঐখোয়গীসিদগী লাপ্না লৈখিগদবসে ওম্ভোক্লা পাম্মুই। অদুবু পাম্মুই হায়দুনা বা লোইনত্রবনিনা করি উপাইদি লৈ। নুংঙাইজসনু!"

থোইনুসু সনাতোম্বীগী বাদু জ্ঞান খরদি তাবগুম তৌই। সনাতোম্বীনা চাবগী লুখাক-চগুম্না মনাও নুপীনা শেংদোক্লগা চাকশঙদা কোন ফেংফমদা পুশিল্লক্লে।

চীংখৈ সনাতোম্বীগী মনাক্তা চঙলক্লগা হংজবকই — 'ইমা বেম্মা চাক-য়েঙ্খাং চাবা যাবমদৌ মান্দে, অহানবা থোংবা ওইবগা।"

— "এ! ইচানা থোংবা চাক-য়েঙ্খাংবু শোয়বা হৌনব্রা? ঙরাং বজারদা থেংনখিবা নুপীদুনা হায়রম্বদা নহাক্তুম্বী অমত্তা মমৌ ওইনীংই হায়রম্বদো, কয়াদা চুমখ্রবা! তশেংনা নুপীদো মচা-মমৌ থিবা হৈরমগনি। নঙনা ঙসি নোংমা চাক থোংবীদুনা হাউনা চাবা ফংলিবা ঐখোয়সে লাইবক য়াম্না ফরবনি। নঙনা অমুক লাক্তুনা অসিগুম্বা চাক-য়েঙ্খাং থোংলগা চাবা ফংগনি হায়বসে মঙদসু থাজদ্রে।"

সনাতোম্বীগী রাঙাঙদা ময়েক শেংফাত্তবা কোচি অমা য়াওবগুম তৌরিবদু ঙসি নোংমগী চাক থোংবীবগী থাগৎলিব্রা নৎত্রগা তশেংনা চীংখৈবু য়ুমগী মৌ ওইনীংদুনা ফোঙদোক্লিব্রা হায়বদুমদি ভাব তাদে।

চীংখৈ ইতপ-তপ্না — 'ইমা বেম্মনা নুংশিবীদুনা পাঙথাদা থাগৎপীরে।"

— "চৎলো, চৎলো! ইচা ৱাৱম্ননি, নখোয় নীসু চাক চাথোক্লুরো।" মমা বেম্মগী য়াথং ফংলবনিনা মচিন-মনাও চাকশঙদা চঙলগা টেবলদগী চাক্তু মখাদা থাংথরগা চাবা হৌবে। থোইনুগী চহী মতাংসু অপাম-নুংশিগী ৱাখল লাকপা হৌরবনিনা মচেনা তোমপোক্লা ঙসাই চারম্বা পূকখম তেঙ্কোত্তা মাগী চাক-য়েঙ্খাং হাপ্লগা থাংথরকপদু উবদা ৱাখল অমা খনখি —"মচেনা তোমপোকপু পামজরবোইরে।"

মচিন-মনাও চাক চাবা হৌরে।

রামধন্না থাগৎপিরমদ্রবসু মতোমতা মথং-মথং মহাও তংদুনা য়েংলুবদা অশোয়বা অমত্তা য়াওরমদ্রে। শোইদোন ইরোনবদুগী তোঙানবা মহাও অমা লৈরম্বদুদা পূক্লিংদা অপেনবা পোকচৈ। ঙারী ফবগীঙাক নৎত্রবসু ইরোনবা মতমদা চঙলিবা মচলদা জৈগ্য পাত্র চাদ্রবদি হেক্তা হাউরোইদৌরিবনি।

ৱাখলসিমক্তি ঙসাই তোমপোক্লসু চাক চারিঙৈদা খনগ্রবনি "চীংখৈসিবু চাক *যেঞ্লাং থোং-থাকপসিবু কদায়দবু তম্লুবজাৎনো?"* ঙারি, শোইবুম, হৱাইজারগী *মহাওসিদনি মৈতৈ মচাশিংনা মপাল্লমদা লৈবা কান্দা মণিপুরবু খক কাউবা ঙমদ্রিবা।*

চাক চানা-চানা চীংখৈনা খন্নকই — "ঙসাই তামো তোমপোক্লা ঐগী লুহোংবগী পোৎপাং অমখক ঐনা অয়ুক্তা থারম্বা গুলাপ মখোঙদা হোরেন পুং ১১দা থনমগে হায়রিবদুবু করি করম্বা খুদোলপোৎ ওইরিগবা?"

মানা ৱাখলদা উংলিঙৈদা মনাওনা — "ইচে। নঙগী শোইদোন ইরোনবসিদি ফার্স্ট তারে।"

"হা! পাবুংনদি ঙাবি ফবননি হাযরম্মীদা!" ৱাবী শানা-শানা মচিন-মনাও চাক চামিন্নবা লোইরে। কোল-লিক ফেঙবা, ৱাই-রম তৈবা পূন্নমক লোইরগা চাকশঙগী মৈদু মুথৎলম্নগা মচিন-মনাও পুন্না অমুক থোরক্লে।

মমা'বেম্মা সনাতোম্বীগী থবক অমা-অমা হংবা লোইরগা তুম্নবা কাঙখল থাবীরে।

"ইমা'বেম্মা! ঐখোয় যুমদা হঞ্জরগে?"

— "ইচা অনী ৱারম্ননি, চৎলো, চৎলো পোখাজরুবো!"

মচিন-মনাও লম্বী মচাদুদা ফাওবগা লাকই। চীংখৈনা শঙ্গোলদা ষন শজিক অমুক্তং হাপ্পীরমসি হায়দুনা শঙ্গোল চঙলগা ষন শজিক অমুক হাপ্পীরম্মী। ইমুং য়ৌরকপগা ফমুংদগী বোয়াইনা হায়রকই — "নখোয়'নী হন্নক্লবা? তুম্মো, তুম্মো।"

মচিন-মনাও অনীমক তুম্বা চঙখ্রে। ফমুং চঙবগা ৱাখল থোইনা খল্লুদবী থোইন্নদি অদুম তুমথখ্রে। চীংখৈঙানবীদি তুম্বা য়াদনা ফমুংদা মমীৎ অনীমক লাওনা পাঙথোক্লগা ৱাখল তৌদুনা লৈরি। "ঐবু বাবানা খুঙ্গংদা হয়েং থিনগনি হায়রিসিবু শোয়দ্রবজাৎলা। নুমিৎ খরনি চোম্বা য়ারদি ওম্বোক্লা নুংঙাইনিদা" মখা তানা অমুক খন্নকই — "শোইদোন ইরোনবসি, ঙারি ফমাল্লে, চাবা য়াই।"

জগৎ সংসারসিদা থাগৎপদা হৱাউরোইদবা মী পঙয়াম-য়ান্না লৈরমগদবা মান্দে। মতাং-মতম চানা থাগৎপীবনা মীবু থবক হেন্না শুনীংহন্নি, অমদি থৌনা হাপ্পী। মনা চাউনা চাউনা পীদুনা থৌরম পাঙথোক্লিবা, সমাজদা অথোই-অহেন কয়া থোরক্লিবশিংসি মতাং-মতম চানা পূক্লিং থৌগৎপদগী ফংলকপা মহয়নি। তৌবতবু

মশানা মশাবু থাগৎচবা কাঙবু অমা থোরকপা য়াওরিবসিমদি থাদোকপা ফৈ। অদুগা য়াম্না হেন্না থাগৎপগী অমাঙবসু অদুম লৈ।

*তূমদনা ফমুংদা বাখল তৌদুনা লৈরিঙৈদা ঙসাই তোমপোক্না হায়হৌবা পুং ১১দা লুহোংবগী পোৎপাং অমখক গুলাপ মখোঙদা থনমগে হায়বদু মতম য়ৌরক্নে।* মমাঙদা মশক উনা লৈরগা মমল খরা হস্থবগুম উরক্রগনা হেন্না মমল কাউখৎলকপসি নুংশিনবগী নুংগী ওইবা লীচৎনি। তোমপোক্কী তোঙান-তোঙানবা শক্রোন অমমম চীংখৈগী মীৎমাঙদা চোংথোরকই। নহান পুথ্রি মপান্দা হায়রম্বা, শুমাঙদা লেপ্লিঙৈদা হায়খিবা, খুদাংদা খঙহৌদনা তাপ পায়রকখিবা, চাকশঙদা মৈ থাগৎপা হৈতবগী অবাবা কয়াদু লোইনা নীংশিংলকই। তোমপোক্কী বাহৈশিংদুনা মাবু পুং ১১ না গুলাপ মখোঙদা অমুক্তং থোরক্তবা য়ারোই হায়না কৌরকপগা চপ মান্নখ্রে। অদুগী মথক্তা হয়েংদগীদি মখোয় অনী অমুক হন্না পুক্নিগী উনদবসু য়ারিবনি। চীংখৈ মশাদু বাখলনা হমাং অনপ্পী কারে। বাবদা খমথেংলে। ইমুংদা লৈবা ঙম্নক্রে। তোমপোক উনীংবনা ঙাওরক্কুনা ফমুংদগী হৌগৎলক্রে। ইন্নফি অমুবা অমনা মকোক খুম্লগা থোঙঙাক চৈদু তপ্না লৌথোকই। মীচিক-মীরাওখোল তাদ্রবা মতমসিদা মতোমতা য়ুমদগী মপাল থোরক্রে। তপ্না-তপ্না থোরকপনা পুথ্রি মপাল য়ৌরে। কৌজেং-হাবৌ; পুথ্রিগী হঙোইনা খোংবগী মখোল নত্তনা অতৈ খোঞ্জেল অমত্তা তাদে। শঙোলদা যনশিংনা শ্বর শাংনা-শাংনা হোনবগী মখোলদি তায়। অতৈ খোঞ্জেল অমত্তা তারমদবদু মখোল নুংশিখিদ্রবা হৌদোঙ লাবা অমনা মাগী চান্নবী কৌথোকপদা শীজিন্নরিবা খোঞ্জেলদুনা অহীংসিগী অচিকপবু মগুণ খংহন-হম্বহল্লি।

চীংখৈনা খঞ্জরুই — "ও! ঐনা নীংজবা পুম্বা অরেম্বা তাগদৌরি হায়বগী খুদম্না? করিগীনো অতৈ পুংফম লৈতবগুম মানা ঐগী য়াম্না মরুওইবা পারিক্ষাগী পুংফমসিদা ও! মঙ্গলগী মশক ওইররিবা!" মখোল হৌনা খোংলগা মঙোম্লোমদা চঙশিন্নক্রিবা হৌদোঙদুদা লৈতুম অমা খুম্লগা শাওনা থারগা তাল্লি। মখোল খংপিক-পিথরগা ঙ্যাও হায়রম্নগা হৌদোঙদু মখারোমদা চৎখ্রে। খরা লাপথোকখ্রগা ঙসাইগী শুরদুগা চপ মান্নগা অমুকসু খোঙখ্রে। পাম্মু-নুংশিগী মৈচাক হায়বসিদি মীসু শাসু চপ মান্ননা ঙাওনৈ। তুমিৎ-কাঙদগী হৌরগা ঈশিং অমদি কংফালদা হিংলিবা জীব পুম্নমক হায়রিবা চৎনবীসি থাদোক্নবা অমত্তা য়াওদে।

তরেৎনি পানবগী থাজনা চীংখৈখোয়গী মনীংগী মরুমদা লৈথখিবনা ইরোইশেনবগী চীংয়া পক্কা থুনা হাইথখি। বাগী মরুম্না চাউরবা ইংখোলদুসু অমুক্কা

হেন্না মমশিলহল্লে। চীংখৈঙানবী অমম্বদুদা মতোমতা লাই-তিন অমত্তা কিদনা তোমপোক্কী বাখলদা ঙাওরগা থোরকপদুনা হায়নখিবা গুলাপ পাম্বীদুগী মখোঙ য়ৌরক্লে। মফমদুদা তোমপোকপুদি মানা উদ্রে। মানা থনমগে হায়বা পোৎশক্তু মফমদুদা লৈব্রা হায়না নোঙ্থরগা মখুৎনা গুলাপ মখোঙদা মাদুনা থিরুই। বাখল অমনা ঙাওরগা থোরকপনিনা মৈখেৎসু পুরক্তে। করিগুম্বা গুলাপ্পুগী মখোঙদা মহু পুবা লিল অমনা মখোয় অনীনা ঙসাই ঙাঙনখিবদু তাহৌরমদুনা কুল্লগা লৈরম্লবদি চীংখৈগী মখুৎনা শোয়দনা লিলদুবু পায়রম্বসু য়ারিবনি। নুংশিবগী মগুন্না কনখিবনা মদুগী বাখলকা অমত্তা চাঙবজাৎ নত্তে।

করিগুম্বা পোৎশক অমত্তা লৈরমদ্রবদা চীংখৈদো মতোমতা থম্মোয়নুংদা ইকায়বা ফাওরকই।

খল্লকই — "ঐসিবু তশেংনা ঙাওরবা জাৎলা?" ঙাইহাক মিকুপ অমা অসুন্না খল্লম্লগা মমায় ফৎ লৈরগা য়ুমলোমদা অমুক হল্লগে খন্দুনা খোঙকাপ অম'নী থাংবা হৌরকই।

— "চীংখৈ! চীংখৈঙানবী! ঙাইখো! নহাক ঐগী পোৎপাং লৌবা থোক্লকুবা নৎত্রা? করিগীনো নঙনা অদুক তহারিবা! ঐগী বাহৈ খরসি তানীংদ্রব্রা?" তুংলোমদগী শোম্থাংননা হায়রকপা তোমপোক্কী বাহৈনি।

চীংখৈঙানবী চৎলম্বদগী চপ লেপ্পী। হোয়সু হায়দে, মাইসু হায়দে। মশাদু মন্ত্র অমা শোল্লগা ফাবগুম পূমপঙ-পঙথখ্রে। মমুল ফারবা হৈরাংনা মুল্লগা লৈমায়দা কেনগদবগী ঙাইবদুগা পাঙখক ওইখরে অমম্বা মরকসিদা। মকোক খুন্নিবা অমুবা ফিদুবু নানথখিদনবা মখুৎ অনীদুনা চেৎনা পূল্লপ্পা পায়শিল্লি।

তোমপোক্তি ঙসাই চীংখৈঙানবীগা মখুৎ শম্নরগা মমা থাংমিন্নখিবা মতমদা চীংখৈগী খুদাং পায়বগী তাঞ্জা অমা ফংখিবদুনা মরম ওইরগা হঙ্গোইবা খরদি ফবগুম তৌগ্রবনি।

অদুগী মথক্তা নুপামচানিদনা! তুমিন্না শোক্লকদ্রা হায়না কিজরিবা চীংখৈঙানবীগী ফি পায়রিবা খুৎ য়েৎকী খুদাংদু অমুক্কা হন্না তাপ পায়রগা হায়রকই — "ঐনা পায়রিবা খুদাংসিদা শিরিবা খুজিশিংসি নুমিৎ খরনিগী তুংদা কনাগুম্বা লাইবক ফবা মপু অমগী ওইখ্রনিকো! নহাক্কী নুংশিরবী চিম্বালদুদগী পাউখুম অমত্তদি তাজহৌগে? নহাক তশেংনা লুহোংলগদবা নৎত্রা? নঙগী খুৎসিনা ইরোনবগী মহাওদু ঐ পাকহেক কাউগদবা মান্দে।

নহাক্কী নখুৎসিবু নুংশিনা শোল্লগা থাগৎচবসি নত্তনা করি উপাই লৈ।" ব্রাহংদুগী পাউখুম পীবগী মহুত্তা তোমপোক্লা খুদাং হেক পায়খিবদগী চীংখৈগী মশা পূম্বা পঙথখ্রে। মীৎলু অনীদা নুংশিবগী পোৎলুম পুজবা ঙমদ্রমাগ্রে, পিরাংশিংদু থিংবা ঙমদনা দামগী ঈশিং ফাৎথরকপগুম্না চেম্থরকই। অমম্বদুদা পূক্লিং নুংশিনা হিক-হিক তৌদুনা কপ্পগী মখোলদু তোমপোক্লা তারগা মাসু থম্মোয় কায়গে তৌরকই।

চীংখৈগী মখুৎ য়েত্তু তোমপোক্লা পায়শিনখিবদুদা চীংখৈগী মখুৎ নাম্মদুসু ফিদু পায়বা তোক্লগা মখাদা য়াম্থরক্লে। মকোক্তা কুপ্পম্বা অমুবা ফিদুসু তপ্না-তপ্না নাম্থখিবনা লৈমায় য়ৌখ্রে।

তোমপোক্লা হায়রকই — "ও! নহাক কপ্পব্রা? ঙসি নীনি হুন্নিসিদা নহাক্কী মীৎলুদগী থেংখাঙ নাইনা শীম্থদুনা লৈমায়দা তাখ্রিবা পিরাংগী মমলসে কয়াদা য়ামখ্রবা! সে! রুমালসি ঐগী নত্তে, ঙসাই নহাক্লা নুংথিলদা ঐগী কা মপাদা থাদরম্বা নঙগী রুমালদুনি। নহাক্কী মীৎলুদগী তারক্রিবা পিরাংসে নহাক্কী রুমালসিনা তৈথোক্লে।" অসি হায়বগা চীংখৈডানবীগী মীৎকী পিদু তোমপোক্লা তৈথোকই। অদুক ইকায়জরিবা চীংখৈনা মশাদা কুপ্পম্বা লৈমায়দা তাখ্রবা ইন্নফিদু খুনগৎলগা ইনগনি হায়বগী ব্রাখল কাউখ্রমাগ্রে, ফিদু খুনগৎলগা ইম্নুদ্রে। তোমপোকপু মাগী ওইরবা মীশক অমগুম খঞ্জক্বমাগ্রে। পূক্লিংনদি ঐবু থাদোকপিনু হায়বা ব্রাহৈসি চাম্মদগী হেন্না হায়খ্রবগুম, চিম্বাল থোংদগী ফোঙদোবক্তবতা মঙাইরে। মাগী থব্রায় মঙাদো তোমপোক্লা লোইনা লৌখ্রবসু মা করিমত্তা পাম্মুখ্ররোই খল্লক্লে। মখোয় অনীগী নুংশিবগী থাক মতোল লোম্লে। চীংখৈদি জ্ঞান মাঙখিদুনা মশাদু অতোপ্পা সংসার অমদা মহাক হৌজিক কদায়দা কনাগা লৈমিন্নরিবনো হায়বা ফাওবা কাউখ্রে। অদুবু অমুক মুক জ্ঞান লাকপদা মহাক্কী মনাক্তা তোমপোক লেপ্তুনা লৈবদু উরগা কনাবুসু কিবদি লৈত্রে।

তোমপোক্তি জ্ঞান পুম্মাং মাঙদ্রি। কয়াদা কনখ্রবা শাবী-শানৌগী নুংশি মরীনো? তোমপোকসু জ্ঞান পুম্মাং মাঙবা মতাং থোক্লুরবদি লৈরাংগী লৈকাদা খোইমুনা তোংবগুম থোক্লমগনি। অদুঙৈ ব্রজ বৃন্দাবন্দা রাধা কৃষ্ণ অনীনা ঙাওনা-ফৈন্না শান্নখি হায়বা মতাংদু অসুম্না তৌরিগদ্রা? মীগী ব্রারীসু লাইগী ব্রারীসু খেন্নবা লৈফম থোক্তে। পূন্নমক মীওইবগী নুংঙাইবা ব্রারীগী মচাক ঙাক্তনি।

চীংখৈনা লুনা তৌজবী শঙ্গোলদগী শকহেনবীনা 'মো' লাওনা শোল্লপ খোঙলকই।

মতমদুমক্তদা তোমপোক্কী ঙকশমদা শিরিবা সনাগী লীক মরীদু মশাগী খুৎনা লৌথোরকই।

— "সে! ঐনা ঙসাই গুলাপ মখোঙদা থনমগে হায়বা লুহোংবগী পোৎপাং হায়বদো হৌজিক্তি নহাক নশা থোরক্লবনিনা লৈমায়দা অমুক থল্লরোই; নহাক্কী নখুত্তা হাপ্পু হায়ব্রা নৎত্রগা ইখুৎমক্তা নহাক্কী ঙকশমদা শিরকউ হায়ব্রা?"

অমম্বদুদা চীংখৈঙানবী মঙক নোম্লগা ইঙ্গিৎ ওইনা 'উম' হায়বগুম তৌখি।

তোমপোক্লা হায়রকই — "তঙাংলবী চিম্বালদুবু অমম্বসিদা ইমীৎসিনা উবা ঙমদ্রবসু অমুক্তংদি কাঙথোক্লগা নাকোঙসিনা তাননবা 'হোয়' হায়না খুম্লকউগবা? নঙগী বাহৈদুগী মমলদু পূক্সিগী লন ওইহৌনবা! সে! নঙ অমুক্তংদি হোয় হায়রকউ।" চীংখৈদো বাবনা মশা মতোমতা পুবা ঙমজদ্রবা হুকচাংদু কদায়দনো অমা ঙাথনীংবগুম তৌরে। থম্মোয় ফুক্লবা বাহৈগা চপ মান্ননা চিম্বালদগী থোরকই — "হোয়" হায়রগা চীংখৈ তোমপোক্কী মমাঙদা মঙক নোম্থরকই। মতাং চানা সনাগী মরীদু চীংখৈগী ঙকশমদা তোমপোক্লা হুকপিখ্রে।

চীংখৈ — "তামো! নচনবু মতমচুপ্পগী ওইনা থাদোকপিনু।" হায়রগা তোমপোক্তা মশা পূম্বা ঙাথরকই। তোমপোক্লা চীংখৈবু চেজেৎ কোল্লগা নুংশিনা লাইবক্তা হন্না-হন্না চুপ্পীখ্রে।

অমম্বসিদা স্বর্গগী মমীৎ শিংবা লাইনা উবা থোক্লবদি স্বর্গদগী চাইথরকপা লৈতনা মফমসি কুঞ্জবন অমা ওইরমগনি।

চীংখৈগী পূক্সিদা অশুক নুংঙাইজবা মিকুপ অমা হান্না অমুক্তসু থোকখিদ্রি। মহাক মশামক তোমপোক্তা লুহোংলবা কৈন্যা অমগুম খঞ্জরুরে। মতাং অসিদা মাগী বাখলনা লাম্বা ফংদবা অমখক্তি ঙসাইদগী নুংশিবনা ঙাওবা হেঞ্জিল্লক্তুনা পূমপঙ-পঙথরুরবা, নীংখায়গে তৌরুরবা থম্মোয় অনীগী তোর্বান্দু তপ্না-তপ্না মতোমতা অমুক হন্না চেৎশিঞ্জখিবদুনি। চীংজাওগী খোইমু লৈপাম্বনা উনারক্তা লোৎচরিবা লৈরাংগী লৈকারক্তা চঙদুনা লৈহি লোৎফম থিরক্কদবোই খঞ্জরুবদুমদি ফংখিদ্রে, পাম্মুইদা। মংলম্লগা চুরমদবা নোংগা পাংখক ওইখ্রেদো।

নুপাগী থম্মোয় ওইরবসু নুংশিববু মীনমদুনা নমজা-নমথেক্লরগা লৈরাংবু মফম-মতম চাদনা লৈমায়থক্তা চোইজায়ননা কেলহনবদুমদি তোমপোক্লা তশেংনা পামখিদে। বাখলসিমক্তি তমজনিংঙাই মতৌনি।

চীংখৈগী মশাদগী নাম্বুখিবা অমুবা ইন্নফিদু তোমপোক্না খুনগৎলগা চীংখৈগী মকোক্তা হান্নগী মওংদা কুপ্পীরে। চীংখৈদি ৱাহৈ অমত্তা হায়দনা তোমপোক্না তৌরীবা খুদিংমক লোইনা য়ারগে খন্না লেপ্পি।

মখা করি অমুক হায়রক্কদগে খল্লিরিঙৈদা

— "নহাক চঙখ্রো! কনাগুম্বনা ঐখোয় অনীগী লাঞ্জদবা ইতৌসিবু খঙখি-উখিবা থোক্রবদি ঐখোয় অনীবু ফজনা খক ঙাঙনবীরোই। অদো, ঐনা ঙসাই হায়খিবা নহাক মতম খবদি নখোয়গী খুঙ্গংদা চৎপগী মতাংদো নুমিৎ খরনিদং য়েথোক্লগা ইমাগী সেবা তৌবীয়ু হায়জবদু কাউনুকো।" ঐগী অপাম্বা হায়বা তারগদি নহাক নখোয়গী খুঙ্গংদা অমুক হনখ্রনু হায়নীংলম্বনি। অদুবু পৃম্নমক্সি নহাক্কী ৱাখলগী ফিরেপকী মখা পোনগনি। ফরে, অতৈমক ওইথোক্রবসু নহাক হয়েং অয়ুক অঙনবদা ঈরু লুজরগা চন্দোন ফজনা থিল্লগা ঐখোয়গীদা অমুক্তংদি লাকপিয়ু।" মপুগী য়াথং ইনবগুম্না চীংখৈ মখোঙ তপ্না-তপ্না থাংলগা য়ুম্নোমদা চঙখ্রে। মহাক্কী মচিন্নদি করিগুম্বা অমত্তা ফোঙদোক্রমদ্রে :

— "তামো! নঙ ঐবু কাউবীগনুকো, পৃশ্নিচুপ্না ননাক্তা লৈরগা ইমা বেম্মা, পাবুং অনীগী সেবা তৌজগে" হায়বা ৱাখলসিনা মাঙওইনরগা চীংখৈ পুখ্রি মপাল য়ৌখ্রে। চীংখৈনা পুখ্রি মপাল য়ৌখ্রবা মতমদুদা তোমপোকসু য়ুম্নোমদা হল্লকই।

অদুবু চীংখৈনা অথেঙবা অহীংসিদা মপাল থোকখিরিঙৈদা মনাও নুপী থোইনুনা য়াওল্লকপদা মচে মনাক্তা লৈরমদবদুদা পাখন্নুনা হৌগৎলগা মচেবু খিরকই। থোঙগী চৈসু ঙাক্রমদে। মপাল থোকখিমান্নে খন্দুনা মপান থোক্লগা অমুক থিরকই। মপান্দসু লৈরমদে। মনীংলোমদা চঙখিব্রা হায়না য়েংবদসু মৈ ঙানবসু উদে। অসুম চিংনরকপদগী মমা হৌদোক্রে। মমা-মচা মপান থোরকপা মতমদদি চীংখৈ পুখ্রিরোমদগী অমুবা ফি অমনা মকোক খুম্নগা চঙলকপা উরে। তোনদোম্না হায়রকই — "কদায়দগীনো নঙনা হল্লক্লিবসে? ফি অমুবা অমনা মকোক্না খুম্মদনকাসু তৌরিসে! ইস! হরে, হরে! অশুক তৌঙম্বীসিগা লৈমিন্নবা ঙমগদবা মী লৈরোই। নঙনা অহীংসিদা চৎলুরিবসিবু কদাইদনো; কনা থিরুরিবনো হায়বনি? মসিগী হাক্তক্তা ঐখোয় য়াম্না ৱাগদৌরিকো!"

চীংখৈ করিমত্তা খুম্নমদনা ইমুংদা চঙখি।

তোনদোম্না মখা অমুক তারকই — "নঙ নচিন্দু চুমদ্রিমখৈ ইমুংদা তুম্বা য়ারোই।"

ঙাওনরিবদু বোয়াইসু ফমুংদগী তাদুনা হৌগৎলক্রে। চীংখৈদি অসুম্না থোক্কনি হায়বদি নুংশিগী ব্লাখলনা ঙাওখিদুনা খলহৌদবনি। মসিবু মাগী মরাল ওইফম থোকপ্রনে? শাবী শানৌ ওইবশিংগী চৎনবী নৎত্রনে।

বোয়াইসু মমানা হংলিবা ব্লাহংদুগা চপ মান্ননা মচানুপীদা হংলক্রে।

"সে! ইপাদা শেংনা অমুক্তা হায়য়ু। ইচাবু কনাগা উনরুবনো?"

— "বাবা! ঐ মখোয়গী তামো তোমপোক্লা ঐগী লুহোংবগী পোৎপাং অমখক লৈকোলগী গুলাপ মখোঙদা থম্বীরমগে হায়বদুদা পোৎপাংদু লৌশিনবা চৎলুবনি।"

"কদায়, মাগী পোৎপাংদুদি লৈরম্লব্রা?"

"লৈরম্লে, তু! ঐগী ঙক্তা শিরিবা সনাগী মরীসিনি।" ব্লাদু হায়রম্লগা চীংখৈ মবুক্লিং নুংশিনা কপথোরকই।

— "অদু, ইচাদি নহান্দা থুংঙবা তোমপোক্কদি করম্না অদুক থুনা খঙনকরিবা?"

কপ্না-কপ্না হায়রকই — "বাবা! ঐনা নহান অযুক শকহেনবীগী শঙ্গোম শুমলিঙৈদা মানা উখি। ঐনা শঙ্গোম শুম্বা লোইরগা যন্নাও থাদোকপদা মাবু ইকায়মনবদগী শঙ্গোম য়াওবা বালটিন থমফম চাদবদগী যন্নাওগী থৌরীনা চেন্দুনা হৈদোকখি। থৌদোক্তুদগী মহাক য়াম্না নুংঙাইখিদবা মাল্লি। ঙসাই মখোয়গী চাক থোংলিঙৈদা ঐগী লুহোংবগী পোৎপাং অমা গুলাপ মখোঙদা থম্লমগে, মদু লৌশিল্লু হায়বদগী লৌশিল্লুবনি। বাবা! মীনা অদুক নুংশিনা কায়নরমদাই মতমদা পীবা পোৎপাং লৌবসিবু লানব্রনে?"

মচাগী থম্মোয় শেংনা হায়জরিবা ব্লাহৈশিংদু তারুবগা বোয়াইগী মমীত্তা মপি ঈরা চেল্লকই। থম্মোয় শেংনা তম্বা পাউদি কনানসু তাদবা ঙমলোই। মদুবু অপঙবনি হায়না খনবীবসু লানগনি। কোর্টতা ফাওবা মরাল হান্না য়াজরবদি দন্দি পীবগী চাং হঙ্গহল্লিবনি। বোয়াই, মাসু ইনখৎলকপা মতমদা পিশক্কা নুংশিনদুনা চেনবগী মতাংদা পিশক্লা মাবু মচিল হংবা লাকপদা খুমখিবা ব্লাহৈদুগা মান্নবা মতাং অমা য়াওবদুদা মচাগী ব্লাহৈদুনা মাবু ওইনা কপহল্লে।

কপ্না-কপ্না — "ইচা লান্দে, ইপানা ইচাবু নঙগী খুঙ্গংদা অমুক থিল্লরোই। ইপা হয়েংমক ইবাইদা মরোল হায়দোকখ্রগে। ইচাগী নীংবা থুংজরো। নঙনা পামজবা

নমা বেম্মগী সেবা পূক্নিং চঙনা তৌদুনা লৈজরো! হায়! মমা! নঙসু চবেং চবেং ঙাঙলনু তুম্লুরো! ব্রা মখা অমুক তারক্লনু।"

অশোমদা ঙসাই তোমপোক্না থোঙ হাংলগা থোকখিবা মতমদা চিংনগনবা রামধন্না তাহৌরে। মপান থোকখিবা মচানুপানা ইমুংদা পাক হেক চঙলক্তবদুদা চিংনদুনা মচাগী কাদা চঙলগা ফমুংদা য়েংলুই। তোমপোক লৈরমদ্রে। রামধন্না মপাল থোরক্লগা শুমাঙ য়ৌরক্লে, উদ্রে। থোঙ্গাল্লোমদসু তোমপোক লৈবা উদে। চিংনবা অসুম হেল্লিল্লকই। ঙসাই চীংখৈনা চাক চারিঙৈদা শোইদোন ইরোনবা হাপ্লকপা মতমদা তোমপোক্না হাপ্পুসু হায়দনা তোমপোক্কী তেক্কোত্তা চামচ অনী হাপখিবদু নীংশিংলকই। চীংখৈগা মখোয় অনী অহীংদা থোক্লকউ উনসিকা হায়রুবদা ইচাবু পাম্মনবদগী মখোয়গী মীনাইগী ইমুংসিনা মচা থাদোক্লগা ইচা ফাগদবগী হোৎনবা শোয়দনা ওইরমগনি। অস! ঐদি মাঙজরেদনা! মন্ত্রি খোগেন্না ইচাগী ফাইনেল পরিক্ষা লোইরগা এ ইগী ফম অমা পীরগা মচাগা-ইচাগা লুহোংবীরসি হায়রিবসি কায়বা য়ারোই। পূন্নমকসি মখোয় অনীগী য়াম্না থুনা থাজবগী ব্রাংমদা নকশিন্নরকপসিনা থোকহনবনি। অসুম খল্লিঙৈদা বোয়াইগী ইমুংদা মাঁ খৎনবা মানবগী খোঞ্জেল খরসু তাখি।

ঙাইহাক লৈরগদি তোমপোক শঙ্গোল্লোমদগী শুমাঙদা ফাওদোরক্লে। মপাবুং উবদা তোমপোক শ্বাই লাওই। "নঙদি অহীংসিদা কদাইদা চৎলুরিবা? ইপাদি নঙনা অদুম্না তৌরক্লনি হায়বসি মঙগুম্না খল্লি। অদুগুম্বা থাক হম্বগী ব্রাখল শুকখন খনবা য়ারোই। মখোয়দি ঐখোয়গীদা শুফম-নোমফম লৈতবদগী নোংম-নীনি শাইদাংদুনা লৈরিবনি, উচেক্লু শ্বনি। মখোয়গী তুংগী আশা মফম খঙবজাৎ নত্তে। অ, আ ফাওবা খঙদবী অমগা করম্না য়ুমপানমিন্নগে খল্লুরিবা! ইপা ব্রা য়াম্না ঙাঙ্নীংদে। নঙ হয়েংমক বেঙ্গলর চৎকদবনি। ঐনা জেসা উপাই তৌদুনা টিকেৎ ফংনবা হোৎনগনি। নহাক নোংঙানবগা থৌরাং লোইশিন্নগা লৈগদবনি। মন্ত্রি খোগেন্না তাখি-খঙখিবা থোক্লবদি ঐগী প্লান লোইনা কায়গদৌরিবনি।" সনাতোম্বীসু ইমুংদা মপা-মচা ঙাঙনরিবদু তাদুনা হৌগৎলগা ফমুংদা ফম্মী। মপানা শাওরিঙৈদা মচাগী মতেং পাংলুবা মতাং চাদবনা মচাবু ব্রাখল লমফৈ চত্তনবা থেমজিল্লগা তুম্লুরো হায়বদুদা তোমপোক তুম্বা চঙখ্রে।

## মঙাশুবা

নোংমগী মথৌদাং মিকুপ অমগী মতম মাঙহন্দনা পাঙথোকপা ঙম্বসিবু তাইবংসিদা কনাবু লৈরমদগে? মণিপুরদা চৎনরিবা নিতি-নিয়মশিংসিবু চেকশিন্না য়েংলুরগদি মতমগী মমলসি য়াম্না থৌওইদনা শীজিন্নরি হায়বা য়াই। পূং অমদা হৌগদবা লুহোংবগী পালা পূং অহুমদা হৌরি, পূং অমদা তৌগদবা বর যাত্রাসু পূং অহুমদা তৌরি। ইনগদবা নিতি-নিয়মদি বার্তোনগী মতুংইন্না পূং অমা হায়না থারি। মসিদা চাউনা শোয়রিবসি সমাজসিনি। মসি সমাজসিনা য়াবদগী তৌরিবনি। অরানবসি চুমথোক্কুনা পূং অমদা পালা হৌরবা, পূং অমদা বর যাত্রা তৌরবা অঙাওবা অদুম তারে।

অদুবু মসিমদি খঙই, মদুদি নুমিৎ, থা, থবানমিচাক্কচিংবা নোংমদোন্দা উরিবা অরংবা ময়াম অসিদি মখোয়গী মথৌ অমত্তা কায়দ্রি। মসি মালেমসিনা মুত্ত্রিফাওবদি পাঙথোক্কুনা লৈহৌখিগনি।

হায়নৈ, তুরেলগী কাওশীঙনা অসুম তাওথখ্রগা ঈপাক অমদা য়ৌখিগনি। অদুবু তাওথখ্রবা কাওশীঙদুদি মাগী হান্নগী হৌরকখিবা মফমদুদা অমুক হন্নক্ররোই। ঐখোয়না তুরেলদা উরিবা কাওশীঙসিদি চুম্নগী মশক মান্নবা কাওশীঙনি, হান্না তাওথখ্রবশিংদু নত্তে। অসুম্না ফাবা ঙমহৌদনা পাম্মু-পাম্মু, য়াম্না তাঙনা চৎহন্নীংদ-চৎহন্নীংদা চৎখিবা মতমগী ঈচেলনা তাইবং মীওইবগী নুংশি-নুংশিরবা, ফজ-ফজববা ন্নারী-শীংবুন কয়া পুদুনা চৎখ্রি। খঙবী-উবীদবা মনম নুংশিরবা য়েংবদসু পূক্লিং হুরবা চীংনুং-মান্নুংগী লৈরাং কয়া অরেম্বদা নুংশিবা মাগী লৈনমদু পামজনা নমজবগা পূক্লিং পেঞ্জগদবা মীওইবগী নাতোন য়ৌরমদনা মালংদা ঙাইহাক তিল্লন্নগা মাঙখ্রি। অসুন্না চীংনুংদা চেনবা ঈচেলগী নুংশিখ্রবা ঈরাওখোল তাবা ফংজদবা মানদি ঈচেলগী অমদি ঈরাওখোলগী মরমদা করিসু খঙবা ঙম্লোই। তাম্না কৌবী চেক্লাগী খোঞ্জেল অমুত্তসু তাখিদ্রিবা ঐনা তাম্নাগী খোঞ্জেলগী মরমদা থাদুনা ইবা হৈরোই।

অদুবু নুংদি নুংশিখ্রেদা, হে! মীওইবগী মপোক, লোইখিগদবা পাম্মুইদা! ঙরাং, ঙসি, হয়েং হায়না খঙ্গা-খঙ্গা, উনা-উনা উহৌদবগুম চৎখিগনি। লোইহন্নীংদে হায়দুনা লোইখিগনু হায়না কনানা খাম্নুগনি? মপু মাদি মীৎনা উবা ঙম্বা, ঙাঙনবা য়াবা, মরোল থোকপা, মরৌ লৈবা, ৱানোম্বা য়াবা মীগুম্বা নত্তে। শুপ্নগী মপু ওইরুবগী মথৌ পাঙথোকপতনি।

ঙরাং অহীংগী পুং তরামথোইগী গুলাপ মখোঙগী থৌদোক অদুনা শাবী-শানৌ অনীবু নুংশিগী অকনবা থৌরী অমনা চেৎনা পুনবগুম চেৎশিলহনখ্রে। মখোয় অনীমক তোঙানবা য়ুমগী তোঙানবা ফমুং অমমমদা হিপচরগসু; তোখায় তান্নবা ঙমদ্রবা অপূনবা ঈচেল অমদা পূন্না চেনমিন্নরগা তোরে কয়া পুন্না খুৎশম্ননা লানমিন্ননীংবগী ৱাখলনা মিকুপ অমত্তা পোখাবা য়ানখিদে। চীংখৈদি বোয়াইগী থৌজালগী ৱাহে খরদুনা মানা তোমপোকপু থম্মোয় শেংনা নুংশিজবদা মপানসু অপনবা পীবীদ্রে হায়না খঙ্গরি।

বোয়াইনা খল্লিবনা তোমপোক্লা হায়খিবা মখোয়গী ষন শেন্ননবা মশকসু অদুম ফজবী ষন সেবা তৌবসু হৈগদবী, মশমকাসু ফবী অমবু পাম্মি। ৱাহৈদুদা "তোমপোকসিবু তশেংনা ঐগী ইচা চীংখৈঙানবী পাম্লবজাৎলা? মাদি বেঙ্গলরদগী ইরোইশেনবগী য়ুমসিদা নহান্দমক থুংলবনি। অদুগা করম্না অশুক থুনা ইচানুপীগা নকশিন্নরুরিবা? শঙ্গোম শুম্লিঙৈদা য়েংলম্মী, ইকায়বদগী শঙ্গোম হৈদোকখি, মদুবু মঙোন্দা কাউবা ঙমদবা থৌদোক অমগুম থোক্লুরবজাৎলা? অদুবুদি ঐগী ইচা চীংখৈসু অদুক হাক্লা মীনা য়েংবা নুংঙাইতবা চুং-ফিরাল চাদবী লৈশাবী অমদি নত্তে। হৌনা খঙদবীসু নত্তে। ঐনা নুংশিজরিবা অসিগুম্না মখোয়গী ইমুংনসু ইচাবু নুংশিবীরবদি কয়াদা নুংঙাইগবা! অদুবু পূন্নমকসি ঐনা নীংবনসু য়ারোই, ঈশ্বরগী থৌজাল ঙাইবা তাবনি।"

তোনদোন্না খল্লিবনা — "করম তৌনা অশুক থুনা মখোয় অনী নকশিন্নরম্লিবা? ঙরাং মখোয়গীদা চাক থোংলুবদুদা নুপা অসিনা চীংখৈগী মনাক্তা শঙদুনা লৈবদগী অহীংদা উনসি হায়নখিবা শোয়দনা ওইরমগনি। অদুক মমল য়াম্বা সনাগী লীক মরীসি পীথোরক্লিসিবু নুপা অসিসু ওম্বোক্লা পঙখ্রবা হায়বদুনি। লীক অসি তোমপোক্লা কৈদৌঙৈদসু গুলাপ মখোঙদা থম্নম্লোই। মঙক্তা শিবীরকপা ওইরমগনি। লীক শিবীরগা মাগী অপাম্বা লৌখিরম্বসু কনানা খঙনি। অদুগা মপা অসিনা চৈগেদি হায়দ্রগা মচানুপীনা কপশিন্নবদা মাসু য়াওনা কল্লীনে!"

তোনদোন্না খ্বাইদগী চাকপদি মানা পোকচবী থোইনুনা চীংখৈগুম্না মশক ফজ্জরমদবসিনি। চীংখৈগা তোমপোক্না নকশিন্নরিবা মরীসে মচা থোইনুগা ওইরম্নবদি কয়া নুংঙাইরমগবা হায়বসিদনি।

অশোমদা তোমপোকসু মপাবুংনা ঙাঙবা, চৈবদুনা শাওনীংবগী মহুত্তা চীংখৈবু নুংশিবদুম হেক্লিন্নক্রি। অহীংচুপ্পা তূমদনা মানা চীংখৈগী ঙকশমদা সনাগী লীক মরী শিবীগে হায়বদা হোয় হায়রগা মঙক নোম্ন্থরকখিবগী মতাংদু নীংশিংলুবদা চীংখৈনা মানা হায়বা ইনখিবগীদমক চীংখৈবু মাগী ওইরগদবোই খল্লক্রি। পৃথিবীনা নুমিৎকী অকোয়বদা কোয়বা লেপ্তবনিনা অমম্বগী মতম অমুক লোইখিদুনা নোং ঙাম্লে।

বোয়াইদি ব্রাখল খরা নুংঙাইনা অহীং হৌরগা শজিক ফানবা চৎখ্রে। মচানুপী চীংখৈঙানবীসু মপানা হৌগৎপা মতমদা হৌগৎলগা ব্রাখল খরা নুংঙাইনা ইমুংগী থবক-ইনখাং মথং-মথং লোইশিল্লি। ঙরাং নুমিদাং তোমপোক্না হাযখিবা ব্রাফমদু যাম্না লুনা খঞ্জদুনা পুখ্রিদা ঈরু-লুজবা লোইরগা চন্দোল নীংথিনা থিল্লগা ময়ুমগী লাইগী ধুপ-নুং থাবা হান্না লোইশিম্লে। অনানবা ফিজোল হোংদোক্লগা রামধনগী য়ুমদা মমা'বেম্মা ঙমদদুনা লৈবদুদা থবক পাংবা লাকই। ব্রাখলদি তোমপোক্কী লাইনীংদনি মানা লাকচরিবদু। শুমাঙ য়ৌরকপগা মাঙ্গোলদা বামধন লেপ্তুনা লৈবদু হেক উরে। পুক্লিংদা চিংনরপ তৌনা অসুম চঙশিল্লকই।

রামধন্না হায়রকই — 'ইবেম্মা! চীংখৈঙানবী, ঙাইখো! ইপা ব্রা অমা হায়গে?"

চীংখৈ চপ লেপ্লি। তোমপোক্তি মতমদুদা মাগী কাগী থোঙনাওদা মনানা তপ নপশিল্লগা মপাবুংনা চীংখৈদা কবি হায়রকপগে তাগদবগী লাংতক্না ঙাইবি।

— 'ইচাবু লুহোংগদবা কুইদ্রে হায়বা নৎত্রো। ঐহাক্না তাবদি নহাক ঙসিসি নখোয়গী খুঙ্গংদা চৎলগনি হায়বগুম। অদু, ইচানা লুহোংলমদাইসিদা ঐখোয়গীদা তোয়না লাক্লগা থবক অম'মা পাংবীববসি ঐখোয়গী ওইনবুদি লাইবক য়াম্না ফবা, অদুদা করিগুম্বা নঙগী নুপা ময়ুমগী মীনা লাকপদা উখিবা থোক্লবদি ইচাগী ফজগদবা মান্দে। ঐখোয়গী য়ুমদসু ইচানুপা পাখং অমা ইচাউ-চাউনা লৈবনিনা নহাক্কী মিংচৎ ফজখিদ্রবদি কমদৌনি? নহাকপু ফহন্নীংবদগী হায়বনি। নহাক হোরেন চৎলগদবনিনা নহাক্কী পুগদবা পোৎ-চৈ অম'মা লোইশিঞ্জরুবনা ফগনি। নমা'বেম্মগী সেবাগীদি ঐনা মী অমা নেকখ্রে, লাক্লনি।"

ঙাইহাক্কী মমাঙদা মোমোন নোকচরম্বী, চন্দোল ঙৌবোক ঙৌনা থিল্লগা পাম্মুবগী য়াথং ইঙ্গুগে খন্না লাকচবী চীংখৈঙানবী মমায়দু ইচপমুক ঙাওনা থাঙ্গৎপা ঙমদনা মরু লুকথরগা ডারী মপান্দগী মমায় লয়রগা হল্লক্লে।

ইমুংদনা তোমপোক্লা মপাবুংগী ৱাহৈশিংদু তারুবদা মচিন থৌরবা তা অমনা থম্মোয়দা থুন্না থিনবগা চপ মান্নখ্রে।

চীংখৈদি ময়ুম য়ৌবগা ফমুংদা ফম্লগা ইল্লিবা ফি মচিদুনা মীৎলুদগী তারক্লিবা পিরাংদু তৈথোকই। শাওনীংবনা হেনখিবদগী হরাউনা থিঞ্জখিবা মমায়দগী মরাল লৈজদবা চন্দোলদুদা তাইনরগা শাউনা মুথৎলি। তোমপোক্লা মঙক্তা শিবীরম্বা সনাগী লীক মরীদু লৌথোক্লগা মখোয়গী মপাবুংগী মমাঙদা লংশিল্লুসিরা ফাওবা খল্লকই।

অসুন্না নাকল অনীমক্তা শাওগৎনরিঙৈ তাঞ্জাসিদা রামধন্না মাগা খঙনবা ত্রাভেল এজেন্সি অমদা মচা চৎহনখিনবা বেঙ্গলর ফাওবগী ঙসিগী টিকেৎ অমা পীদবা য়াদে হায়খ্রে।

মীনিট মঙাগী মতুংদা পাউ খঙনসি হায়বা টিকেটকী ৱাফমদু য়ারগনি হায়রক্লে।

টিকেট য়ারনি হায়বদুদা মচাগী কাদা চঙলক্লগা হায়রে — "নঙ ঙসিমক চৎপা তারে: পুং অনীগী ফ্লাইটনি। ঐ ওফিসতা ঙাইহাক ফম্লম্লগা টিকেট লৌরগা লাক্লগে" অসি হায়রম্লগা সনাতোম্বীদা অমুক মচা ঙসি চৎপগী ৱাফমদু য়ারগনি হায়রুরে। রামধন্না য়াম্না শাউবদুদা সনাতোম্বীসু ৱা ঙাঙবা য়াদ্রে।

তোমপোক্কী পুক্লিং হেন্না নুংশিরকই। ঙসি শোয়দনা চৎপা তারকপসিদা মশাদু তৌফম খঙদনা ৱারে। চৎলমদাইসিদা মাবুদি অমুক উররোইদো। ঐগী ৱাখলগী ঈচেলদা মাবু নুংশিবগী ৱাহৈ কয়া চেম্বুরক্লিবসে পাবুংগী পল অমনা কন্না থিংখিবনা অমত্তা ফোঙদোক্লমদনা অথাপ্পা মীরমদা এরোপ্লেন্দা পুরগা চৎপা তারেদো। করিগীনো ঐগী পাবুংনা অশুক য়াম্না চেকশিল্লকইবসিবু।"

রামধন্না বাবুপারাদা লৈবা মাগী মরুপ শোতোবাবুদা মাগীদা লৈবী থবক শুনবা থম্বী নুপীদু নোংম-নীনিদা থাবীরক্তবা য়াদ্রে হায়খ্রে।

শোমদা বোয়াইনা শজিক ফান্না-ফান্না ৱাখল অমা শাগৎচরুই।

— "মহাজনগী মচানুপা তোমপোক্লা তশেংনা চীংখৈবু লৌবীগদবা লৈরবদি ইবাই ইবোচৌবনা চীংখৈবু ৱাঙুদা লুহোংনবা থিনবীরক্লো হায়রিবসি থিল্লরোই তেক্লগে:

অদু ওইরবদি ইচাগী নীংবসু থুংজরনি, অদুক মমল য়াম্বা সনাগী লীক মরী অমবু তরাই-তরাই হেক পীরকপা হৌনদে; মনুংদা মরোল অমদি শোয়দনা লৈরমগনি। নহান ইচেগা ইবাইগা লাক্রম্বা নুমিত্তগী ইচানা ইমুংদগী মপাল থোক্তনা নুংশুক-নুংজাননা লৈরক্লিবসি লুখোইদা লৈনীংদবগী শোয়দনা ওইগনি। অদুবু ঙরাং নুমিদাং অথেংবদা তোমপোক্কী খুদোলপোৎ লৌরুবা হল্লকপদদি ইচং থৌনা ঐগী ইফমদা পুক্লিংগী অশেংবা ৱাহে ফোঙদোরকখি। মাগী ৱাহৈদা তোমপোকপু মানা পামজবগী অমদি তোমপোক্না মাবু লুনা তৌবীবগী ঈঙ্গিৎ অমা ইবোয়-লোয়নবগুম তৌখি। ঐ হন্দক্কী মতাংসিদা ৱাজরক্রবী ইচাগী নীংবা থুংহনবীরগে!

ৱাখলদুদা মোন্দ্রং চুদুনা য়ুমদা হলবগী মতম কাউরগা থবক অদুম শুদুনা লৈবল্লে। মমান্নবা অতৈদি ঙম্না কান্নখ্রে। রিক্সোদা শজিক য়াওবা বোরাদু থাঙ্গৎপা মতমদদি শজিক্তু কা অমা হেন্না য়াম্লল্লে।

রিক্সোদু মহৌশাগুম ইল্লগা লাকপনা য়ুম য়ৌরক্লে। তাঙ্গা চানা কছারগী থালজু ব চৎলুবা বেটি অমুক থুংলরে।

রামধন্না খুদক্তা বাবুপাড়াদা টেলিফোন তৌদুনা শোতোবাবুদা থবক শুনবা মী থাবীরকউ হায়খিবদু বেটি য়ৌরক্লে, থাবীরক্ত্রসু য়ারনি হায়খ্রে।

সনাতোম্বীসু ঙসিদি মখোঙদু নাবা খরা ফদুনা মনীং-ময়া থোকপা ঙমলে।

বোয়াই অয়ুক্কী শঙ্গোম শুম্বা লোইরম্লগা তহা-তহা চিঠি অমা ইবগা সাইকল তোংদুনা বজাররোমদা হাইগৎলকই। থৌবাল পার্কিংদা ৱাঙু চৎকদবা মী খিবকই। তান চারুদুনা নুপী মপাল্লোমগী পাখং অমা থেংনরে। চিঠিদু মবাই ইবোচৌবদা খবা পীবীয়ু, শোয়বা য়াদে হায়খ্রে। খোঙলৈ থুনা অমুক সাইকল কন্না থৌরগা য়ুমদা হল্লক্লে।

শোমদা পুং তাদুনা থবক কাবা মতম য়ৌরকপদগী রামধন ওফিস কাখ্রে। মপাবুংনা ওফিস কাপ্রবা তুংদা তোমপোক মমাগী মনাক্তা চঙলকই।

—"ইমা! ঐখোয়গী পাবুংনা তৌরিবা মওংসিবু করিনো? চীংখৈদো ওস্থোক্লা ইকায়জরমগদবা মাম্নি। পাবুংনা অসুম্না তৌরকপসিনা ঐঙোন্দা থৌনা অমা পীবগুম তৌরক্লে। ঐ ইকায়-ইকি খঙদনা চীংখৈ পুরগা লোৎপ্রবদি পাবুংনা করি তৌবা ঙমগনি? ঐ য়াম্না শাওনীংই।"

সনাতোম্বীনা মচাবু থেমজিল্লগা হায়রকই — "ইমাগী ইবুংঙো! নঙ ৱাখল লমখৈ খনবা মতাঙ চাফাত্ত্রি। নঙগী অরোইবা পারিক্ষাসু মতম খজিক্তা ঙাইশিল্লক্লে। মদু হান্না অমুক্তা মায় পাক্নবা হোৎনরুখো! ইমানা তপ্না নঙগী পাবুংবুসু য়ানবা থেমগে! মন্ত্রি খোগেনগা য়ানখিবা ৱাফম অমা লৈবদুদা ইচাগী তুংগী ফিভম খরা ফহৌনবা খনবদগী শাওবা ওইরমগনি। মন্ত্রি খোগেন্নদি নঙগী বী. ই. গী পরিক্ষা হেক ঙম্বগা এ. ই. গী ফম অমা শোয়দনা হাপ্পিরনি হায়রিবনি। হৌজিক্কী মতমদা এ.ই. গী ফম অমা ফংবা হায়বসি মণিপুরদা পৈশা কয়ানো? অদুগী মথক্তা শঙ্গসু অৱাংবা থাক্তা তৌগদৌরিবনি।"

— "হাবী-জাবী তৌরগা এ. ই. ওইঙ্গাদবগী শরুক ওইদ্রসু য়াই, মাগী মচানুপীদুদি লেম্না পীরসু ঐদি শুকপাম পামদে, মাগা চীংখৈঙানবীগা পান্নবা শুকয়া য়ারোই। শৈহৌ ফবগা পোলোই ফজদবদু ইমা ঐদি পামজদে। পোলোই য়েংলগা থবক তৌসি। এম এল এ, মন্ত্রি ফম হায়বসি পিবা ফম নত্তে, ভোট অমুক কাদবদা পৃম্মুৎ মুৎনরিবসিনি। ঐ হন্দক্তি পাবুংনা হাযবা ইন্দুনা বেঙ্গলর চৎপসি য়াদি য়ারগে। অদুবু করিগুম্বা চীংখৈনা মখোয়গী খুঙ্গংদা চৎত্রগদি ইমানা মাবু খরা থেমজিনবীয়ু।"

— "হোয় হায়রেদনা! ইমা ফনবা শীনগে।" অসি হায়না মচাবু থেমজিল্লি।

চৎহন্নীংদবা মতম্নসু খবা মহেল্লি থুন চৎপা। পূং অমদি তাশিল্লক্লে। রামধন ওফিসতগী ত্রাভেল এজেন্সিদা চৎলগা তোমপোক্কী টিকেট লৌরুরে।

শোমদা তোমপোক্না চীংখৈবু উনীংবনা ঙাওরকপদগী বেটিদা চীংখৈবু অমুক্তং কৌথোকপীবকউ হায়রম্মী। বেটিদু ইমুং অনীগী ফাওনবা লম্বীদুদা ফাওজিল্লগা বোয়াইগী য়ুমদা চঙখ্রে। ফমুংদা কাঙখল মনুংদা কপ্পগা লৈরিবা চীংখৈদা তোমপোক্না অমুক্তা থোরকউ মা বেঙ্গলর চৎখিদৌরে হায়রুরে। চীংখৈনা বেটিবু চেৎনা কোল্লগা কপখৎলক্লে। কপ্পা কপ্পা হায়রকই।

"ঐ থোক্লরোই, মঙ্গল ওইবীরকউ হায়বীয়ু।"

কুইনা ফমদুনা লৈবা য়াবা তাঞ্জা নত্তবনা বেটি অমুক থোরক্লে। পাউদু তোমপোক্তা তম্লুরে। তোমপোক্না মশা হেক্তা চঙলগা উনরুরগে খন্দুনা খোঙলম্বী মচাদুদা চৎপা হৌরকপদা মপাবুংগী কারদু থোঙ্গালদগী থৌজিল্লকই। মপাবুং লাক্লে হায়না বেটিনা খংলাও-লাওরকপদু তাবদগী তোমপোক চীংখৈখোয়গী ইমুংদা চঙবা ঙমদনা নাকল্লোমদগী ফাওদোরক্লগা মনীংলোমদা চঙখ্রে।

তোমপোক চৎথ্রগনি খঙলবা চীংখৈগী রাখলদসু তোমপোকপু করিগী উনীংদনি। মাসু অমুক্তংদি লাপ্না য়েংহৌগে খন্দুনা ফি অমনা মকোক খুম্নগা য়েন্নখাদা থোরক্লগা — "ওক-ওক" তৌশিন্নদুনা লৈ। ঈশিং য়াওবা গিলাস অমসু মনাক্তা থম্মী।

অশোমদা রামধন য়ৌরকপগা চৎনবা তৌরসি লোইরবা নৎত্রা হায়না লাওরকই।

তোমপোক ইমুংগী লাই খুরুম্বা লোইরগা মমাবু মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী। মমা খুরুম্বদা তোমপোক মপি তারকই। বেটিবুসু কোনবীরম্মী। ঙসিদি মহাক অতোনবশিংবু থোইনা হেন্না নুংশিরকই।

তোমপোক মপান থোরক্লে। মীৎয়েংদু খাঙপোকশঙদু হেক কাউবা ঙমদে। য়েন্নখাদা মমায় তারিবা চীংখৈবু উরে। চীংখৈসু মমায় তাবা তোক্লগা তোমপোকপু য়েংই। মীৎয়েং অনীদু থেঙ্গাইনরে। ফম্নম্বদগী ফুক হৌগৎলগা চীংখৈ গিলাসতু মখুৎনা পায়রগা শুমাঙলোমদা থোরকই। তোমপোকসু মখোয়গী শুমাঙদা বেক্তগী ঈশিং লিক্লিদু লৌথোক্লগা গর গর থকচিল্লি। থকপা লোইরগা য়াম্না শাওনা চীংখৈ লেপ্লিবা নাকন্দা লংথোরকই। তপ্না-তপ্না থোকখিদুনা কারদা কাখৎখ্রে। হেক কাখৎপগা রামধন্না কারদু থৌরগা থোকখ্রে। তোমপোক্কী পুক্লিংনা পামজবা চীংখৈবু অমুক্তং উগে খনবদুমদি থুংখ্রে। চীংখৈসু কপ্লগা ইমুংদা চেনশিনখ্রে। তশেংবসু রামধন্না অথিংবা পীরমদ্রবদি মখোয় অনী তপ্না-তপ্না লাপথোকনহল্লম্বা য়ারম্বনি। অদুবু অথিংবদুনা থম্মোয় অনীবু থোইনা হেন্না নকশিনহনবীখ্রে।

পুং অনীমখায়দা এরোপ্লেন পাইবগী মখোল তারকপদা চীংখৈ ইমুংদগী চেম্থোরক্লগা নোংথক্তা পাইরিবা এরোপ্লেন্দুবু য়েংলগা য়াইফ-মঙ্গল পীরি। কনখ্রেদা থম্মোয়গী মরীসে।

অৱাবা নুমিৎ অমা ৱানা খাঙলকপদু লোইখিগদৌরে। নুমিৎ তাশিল্লক্লে।

বোয়াই ঙসিগী শঙ্গোমগী হিসাবনচিংবা লোইশিল্লুরে। মাদি ইমুং অনীগী থোক্লিবা থৌদোক্কী মরমদা থোইনা খঙদে।

রামধন ওফিসতগী কুম্লক্লে। য়ৌরকপগা সনাতোম্বীদা হংই — "মখোয়গী মচানুপী, তৌঙম্বী, চীংখৈ হায়বীদু মখোয়গী খুঙ্গংদা চৎলম্মরোইনে। পুম্নমক তাৎ ঙাক্তনি। ঙসি টিকেট অমা ফংদুনা ইচাবু বেঙ্গলরদা থাহৌবসি লাইনা ঐখোয়বু কম্লবনি। নোংম-নীনি চোম্থুরম্বদা ঐখোয় পুম্মাং মাঙলম্বা য়াই। অস! হৌজিক্কানসি তৌঙম্বা মী য়াম্না লৈরেকো! মশাগী থাকসু খঙদনা।

হৌজিক খন্নগদবসি নচানুপাদু মাগী ৱাখলদু কাউবা ঙমদদুনা পরিক্ষা লোইরগা চেষ্টোরক্কদ্রা হায়বগী মতাংদনি। মখোয়না য়ুমসিদা অসুম লৈরবদি অচৌবা ৱাথোক অমা থোকপা শোয়বোইদৌরি। অদুনা মথং থাগী তাং অমসি ঙসি তরামরিনিদা ঙায়রে। তাং অমদগী অতোপ্পা মফম অমদা চৎনবা থৌরাং তৌরো হায়য়ু। ঐখোয়গী যন শেন্নবীনবা কছারদগী হান্না তিন্নরকপা নেপালি ইমুং অমা লাক্রগনি হেক্তা হায়য়ু। মসি নত্তবা উপাই অতৈ লৈতে।"

— "মদু কয়া ফজরোইদা মোয়পাবুং! নোংমা নীনি য়েংখিসিদা!"

— "মদু য়াবোইনে মমা। ঐ মপাদা হেক্তা হায়রুরগেসে!"

বামধন ইমুংদগী মপান থোকখ্রে। বোয়াইদু কাঙমৈ খুদুনা লৈরম্মী।

"বোয়াই! নঙগী নচানুপীদুবু লুহোংগদৌরে, ঙসি নখোয়গী খুঙ্গংদা চৎকনি হায়রগা য়ানদ্রব্রা চৎত্রবদি?"

বোয়াইদু ৱাহৈদুদা ইকায়বা অমা ফাওই। — "সাহেব! ইচাগী ৱাখলদা নুপাদুবু কয়া পামদবগুম তৌবদুদা ইতৈম বেম্মনা হকচাং ঙমদদুনা লৈবগা ইতৈমা বেম্মগী সেবা তৌদুনা মতম খবা লৈনবা চৎহঞ্জদ্রবনি।"

— "ও! নঙ শাওদি শা ওগনু! ঐগী ইচা নুপাসে মতোমতা পোকপনি; বী ই. গী অবোইবা পরিক্ষা লোইবগা পি দবলিউ দি পায়রিবা মন্ত্রি জিরি খোগেনগী মচানুপী দিল্লিদা এম এ তম্লিবী মোনিকাগা লুহোংনবা য়ানদুনা লৈরবনি। ঐ ৱা মখা থোইনা তাররোই, নঙ অদুম ভাবনা শাজিল্লো! নঙবু ঐনা মফমসিদা থমখিবসি যন শেন্নবখক্কিনি, নচা-ইচা লৌন-লৈনহনসি হাযবগী ৱাফম যাওখিদে। অদুনা নহাক লাক্লিবা মার্চকী তাং অমদা অতোপ্পা মফম অমা যেংখ্রো। কছারদগী নেপালি অমা নুমিত্তুদা লাক্লবা হায়নখ্রে।"

বোয়াই, মকোক্তা বর্য চাম্মা তারক্কুনা ননবগা চপ মান্নবা ৱারে। মাগী ৱাখলনা মনীং-মমাঙ ওন্নরকপদুদা বোযাই হু চারগা শিরশিরা, মাগী ইমুং লোইনমক হু পীজরগা হাৎলসিরা ফাওবা খল্লকই। অশুক ইকায়বা থৌদোক পুক্নিদা অমুক্তা থোকখিদ্রি। তোনদোন্না তৎতনা ৱারৌবা — "চীংখৈ পোক্রম্বনা মখোয়গী ইমুং ৱাবগী মরম্নি" হায়বসিবু তশেংনা চুম্নবজাৎলা খনবা হৌরকই। মচা চীংখৈবু খুৎ পেন্না ফুরগে খন্দুনা শঙ্গোলদা থম্বা যন ৱারক্লবা চৈদু পায়রগা প্রপ-প্রপ য়ুম্লোমদা চঙলকই।

— "হায় ! চীংখৈদু অমুক্তা কৌথোরকউ।"

— "করি তৌরবগে মোয় বা ! সন্ধ্যাসিদা ?"

— "মা ৱারক্তবা য়াদ্রে।" ইমুংদগী মপানা ঙাঙবদু তারদুনা চীংখৈ মপান থোরকই। হায়রকই — "বাবা ! নচাবু খুৎ পেন্না ফুবীয় ! নচা হিংজনীংদ্রে।" ৱাহৈদু হায়রগা চীংখৈনা শুমাঙদা মপাগী মখোঙদা কপ্পা-কপ্পা তুবদো য়েংহৈদবা মওংনি। মচাগী মতৌদুদা করন্না মপানা মাবু ফুবা ঙমগনি। লাপ্পা মন্নি-মন্নিবদুদা বেটিনা রামধনগী য়েন্নখাদগী উরে। ইমুংদা চঙলগা সনাতোম্বীদা পাউদু তম্মী। পাউদু তাবদা সনাতোম্বীসু ইকায়-নুংশি য়ান্নরে। পূন্নমকসি মানা চীংখৈঙানবী হেন্না নুংশিরুবদগী থোকপনি খল্লকই।

শোমদা বোয়াই মচাগী মতৌদুদা চৈ থাবা ঙমদ্রে। হায়রকই — "ইপাগী ইবেম্মা ! ইপানা মতিক চাদবদগী থোকপা ঙাক্তনি। ইপাসু শিরগে খল্লুবনি। অদুবু ইপা পাঙদবা মীশিদদি শিনীংদে। মী খরগী মথক্তা ইপা লম্মন-অমুক্তং শিংনীংই। মী হাৎপা নত্তবা, তাঞ্জা অমা ইপা-ইচা ঐখোয পুন্না ঙাইমিন্নসি। হৌগৎলো ! হয়েংমক ঐখোয় পুন্না মফম অমদা চৎখ্রসি।" অসি হায়না মচাবু থেমজিল্লি। অহীংচুপ্পা মী অমা শিবগী কপ্পবগী মখোলগুম খাঙপোকশঙদু মিকপ-মীরাওখোম্ভনা পূমনিন-নিনখি।

বোয়াই নোংঙাল্লমদাইদগী হৌগত্তুনা রামধনগা মাগা পীনগদবা শেনফম কয়া থোকপনো কন্না পারি।

নোংঙাল্লে। ঙসিদি বোয়াই শজিক ফানবা চৎত্রে। মচা চীংখৈবু বাঙুদা থিনগদবসু মবাইদা থিল্লক্করোই হায়না চিঠিদা মরোল হায়দোকখ্রে। সাইকল অমা তোংলগা মাগা নুংতিগী শজিক ফানফমদা থেংনবা মোৎ তিন্নবা, থাংমৈবন্দগী লোকেশ্বর শজিক ফানফমদা উনবা লাকই।

শজিক ফানফমদা লোকেশ্বর উনদুনা মাগী হৌজিক ওইরিবা ফিভমগী মতাংদা ৱারী তৌই। লোকেশ্বর বোয়াইগী পূক্লিং নুংশিনিঙাই ওইবা ৱারীদু তারগা মাসু রামধন হায়রিবা নুপাদুবু ৱারৌবা পোকই। "অদুক থম্মোয় শেংনা নুংতিগী অহীং হৌরগা লম্ফোল পাত্তা কুমদুনা তিনফা-ককফৈ, লিন-কাঙ অমত্তা কিদনা থৱায় খুবাক্তা হাপ্পুনা হিংনবগী লানফমদা হনবা লৈতনা মীগীদা শাইদাংদুনা পূম্পি লেঞ্জরিবা মীগী ইমুং অমবু ঙম্মী হায়দুনা মথং থাগী তাং অমদগী অতোপ্পা মফম অমা য়েংখ্রো হেক্তা হায়বা ঙম্বা মীশক্তু কয়া ফবা য়ৌরন্নোই। মাগী মথক্তা লমনবু খুমগদবনি।" মীওইবা

সমাজদা মতম থরা হিংমিন্নবসিদা মী অমনা অতোপ্পা মী অমদা অশুক চাউনা খেন্নবা থন্নগা লোইনবসিদি চুমদে খঞ্জরিবা মখোয় অনী লোকেশ্বরগী শজিক মপোৎ ফাবা ঙাইরগা পুন্না কামিন্নরকই। লোকেশ্বরগী থাংমৈবন্দা লৈবা য়ুম য়ৌরগা থুনা মফি হোংদোক্লগা সাইকল অমমম তোংদুনা লুৱাংশঙ্ৱমদা লৈবা যন য়াম্না লোইবা কুপ্লগী য়ুম থিবা লাকমিন্নে। নুপা অমনা তাক্লম্বদগী কুপ্লগী যন লোইফমদা মখোয় অনী চঙলকই।

কুপ্লদি মাগী নুপীগা যন সেবা তৌদুনা লৈরম্মী। ঙাইহাক শঙ্গোলদা লেপ্পা-লেপ্পা ৱারী শাবা হৌই।

লাইনা পীবা তাঞ্জা হায়বদুনি। কুপ্লগীদা লৈরম্বা যন শেন্নবা নেপালি ইমুংগী মীশিংদু অমমম চৎখিবদগী হল্লকখিদবা ঙসি মরিনি শুরে। নেপালি ইমুংদু মখোয়না হান্না মোটবুংদা চীংমী-অমদগী লৈবগা লৈরম্বা য়ুম ইংখোলদু থাদোক্লগা লুংৱাংশঙৱমদা চহী অমনী যন হোৎনদুনা লৈত-লায়রা থিদুনা লৈবনি। মখোয় লৈতবদুদা হান্নগী মপুদুনা অমুক লাক্লগা য়ুমদুদা লৈশিল্লবনি। পাউদু নুমিৎ খরনিগী মমাঙদা নেপালি অমা লাক্লগা তম্লবনি। মদুগী য়েৎনবা লৈবদগী মখোয়গী ইমুংগী মীশিংদু মথং-মথং চৎখিবদগী হল্লক্কবনি।

ৱাববা মতমদা ঈশ্বরনা মীওইবদা থৌজাল অমা হেক-হেক পী। বোয়াইগী মফমদসু মদুগা চপ মান্নবগুম; মকুম কোনবী শান্নবদা কোম অমা কাংলুরগা অমুক খঙহৌদনা মশীং য়ামখৎলকপগুম, বারবা মতমদা ঈশ্বরগী থৌজাল য়াওদনা মীওইবনা হিংবা ওইথোক্কে। তাঞ্জা অমা উবকপদুদা বোয়াইদু কুপ্লগী মখোঙদা তুখ্রে। লোকেশ্বরবু অশ্বাইফাও কৌথোক্লগা বোয়াইগী মরমদা কুপ্লনা ৱা খরা হংই। লোকেশ্বরনা বোয়াইগীদমক অশোয়বা য়াওরকপদা মানা দায পুগে হায়বদগী কুপ্লসু য়ানীংলে। হন্দক্কী মতাংসি কুপ্লা অমদি বোয়াই অনীমক্কী মপা চানরুবা হায়বদু থোক্লে।

বোয়াইনা লোকেশ্বরদা হয়েংমক লাকচরগে অমুক্তা হায়বীয়ু হায়না কন্না ইনশিল্লি।

লোকেশ্বরনা কুপ্লদা ৱাফমদুমক হায়রকই — "সাহেব! ঐগী মকুপসি হয়েংমক মাগী ইমুংগী মী পুন্না মরি মফমসিদা লাকচরগে হায়রিসিবু য়াবীরব্রা?"

— "য়াববুদি করিগী য়াদনি, অদুদা লুরিবদি পূকচেল খঙনদ্রিবনিনা তুংদা করি অশোয়বা লাক্কদগে হায়বসিনি।"

লোকেশ্বরনা খুম্নকই — "সাহেব ! ঐনা হান্নসু হায়জগ্রবদুনি, ঐসু ষন লোইবনিনা মাগা ঐগা লোইনরকপসি চহী অমা ফারক্লবনি। মহাক কনাদসু কায়জদবা মীনি।"

— "ফরে, হয়েং লাক্কে হায়বদু য়ারে।"

— "য়াম্না নুংঙাইজরে সাহেব।"

বোয়াই অনম য়াম্না কনবা মীনি, লৈফমগী মতাংদা অমুক মখা তানা হংই।

কুম্নরা মখোয় অনীবু নেপালি ইমুংনা লৈবম্বা য়ুমদা পুশিল্লগা য়েংহল্লি। মখোয়না শীজিন্নরম্বা কাংথোল অনী অমসু লৈ। থোং থাকপদা শীজিন্নরম্বা কোল-লিক খরসু কাচিন অমদা লৈ। কুম্নরা নেপালিগী পোৎ-চৈশিংদু মচি অমদা তাশিল্লগা অদুম থম্বা য়াগনি হায়না তাকপী। কুম্নরা হবাউ-হবাউ য়াবীরকপদুদা বোযাই কুম্নবু লাই প্রনা থেংনবমুক নুংঙাইজে। উপাই লৈত্রবা মতমদা মীওইবগী উপাইসি মী মশেল মরক্তা লাকই।

বোয়াই অমদি লোকেশ্বর কুম্নবু 'ঐখোয় অমুক চৎচরুখিগে' হায়বম্লগা থোবক্লে। মখোয় অনী বাখল খরা নুংঙাইনা বাবী শা-শাদুনা থোরকপদা কুম্নগী ষন লোইরিবা ফার্মদুগী নাকন্দা লৈরিবা মথোল অহমগী দলান, চেক্কী মমাঙ শঙ্গোল ময়াদা লৈবিবা চেঙ তক্লবা মিলদুসু লোইনমক মাগীনি হায়বা খঙলে। মহাক মফমদুগী হান্না থীকা তৌরম্বা মমিং চৎলম্বা নুপা অমনি।

বোয়াইনা খম্লকই — "ইমুংসিদি বামধন্দগী য়াম্না হেন্না পৈশা পায়বজাৎনি।"

বাখল নুংঙাইনা থোকমিন্নরকপা মরুপ অনীদু নুংঙাইরে হিদাক, বারে হিদাক - য়ু খংনীঙ নীংশিংলকই। অবাং বী. ও. সি. দা হিদাক য়োনফম থিরগা চঙলকই। বোয়াই ঙসিদি রামধনগী ইমুংদা ফুতানি খরদি তৌরুরগে খন্না গিলাস অহম/মরি থকচিম্লে। মফমদুদগী থোরক্লগা লাকমিন্নবনা উরীবোক্কী ইবোতোনম্না গার্লস হায়স্কুল মপাদা কায়নরে। মফম অদুবাই য়ৌরকপদা বোয়াই নিশা ফজনা পানখৎলকই। হাইরং হাইরং সাইকল থৌরগা লাকপনা রামধনগী গেটতা দোঙ লাওনা থেংজিল্লি। গেটতু মনুংদগী কোচি অমনা মপান্দগী হাংবা য়ানবা লোনবনি হায়বসি বোয়াইসু খঙই। ঙসিদি বোয়াই থোঙদু হাংদনা নুঙ অমা খুম্লগা থোঙগী তিন্দুদা দোঙ-দোঙ অহম-মরিরক থীল্লি। সাইকলদু লম্বীদা তুহম্লগা থম্মী, মশাসু থোঙ মনাক্তা নীংগাংননা ফম্মী।

মতমদু রামধন্দি ওফিস কাম্রে।

সনাতোম্বী শাওরপ্লা ইমুংদগী লাওরকই — "হায় ! কনানো অঙাওবদৌনা থোঙদা দোঙ-দোঙ থীল্লিদুবো ?"

বেটিনা থোরক্লগা গেট হাংদোকই।

গেট হাংদোরকপদুদা বোয়াই হাইরং-হাইরং চঙলকই। মাগী মতৌদু নহানমখৈগা মান্নদবদুদা সনাতোম্বীনা মাঙ্গোলদগী হায়রকই — "হৈমা ! বোয়াই নঙদি শজিক ফানবা চৎত্রব্রা ?"

— "কনাগী শজিক ? ষনশিংসিগা ঐগা করি মরী লৈনরিবগে ? ষনসু ষনগী থোকপা, মীসু মীগী থোকপা, নেপালি খঙ্গন-চান্নবা য়াম্না লৈ হায়বদাই ? ঐদি মৈতৈনি মণিপুরগী, অদসু আ খুঙ্গংদগী। অসুক কুইনা মীগী ষন সেবা তৌদুনা হোৎনরকপদা নোংমতসু থাগৎ-বাহৈ তারক্লবা; মপুনা য়াবীদ্রবা মীনাই। অদুবু নখোয় নোংম-নৎত্রগা নোংমদি ঐবু উশিস্তবগী মহয়দু ফংঙুকো।" মাগী মতৌদুদা শঙ্গোলদা চক কক্লিবা চাউথোইসু ইঙক-ঙকপগুম তৌই। মাসু খল্লি — "করিগীনো খুরা বোয়াইনা ঙসি শজিক ফানবা চত্তদুনা য়ু থক্লগা হল্লক্লিবসিবু ? মহাজন্না করি হায়রুবদগী শাওরিবনো ?"

মপাগী মতৌদুদা ইকায়জদুনা চীংখৈঙানবী চেনথোরক্লগা মপাবু থেম্নগা ইমুংদা পুশিনখ্রে। বোয়াই শাওবা হৌরকপদগী খাম্বা য়াদনা য়েন্নখাদা থোরক্লগা ফম্মী। ষন মযামদুনদি মা উবদা মঙোন্দা ওল্লগা য়েংলগা শজিক পীয়ু, চরুদি হাউতে, চানীংদে হায়না দাবী তৌবগুম মো-মা, মো-মা তোয়না খোঙই। মদু তারগা বোয়াইনা অমুক্কা মখোল হৌনা লাউরকই — "খোংউ ! নখোয়সু নখোয়গী কচ্ছারদগী লাকপা ইনাকখুনবা মহাজন, বেঙ্কী মেনেজর বাবুদু তান্নবা খোংউ। মাবু নম্ফেলপাত্তা কুম্নগা শাজিক ফাল্লু হায়য়ু। মদুদা নুংতিগী অহীং হৌরগা শজিক ফানবদু য়াম্না নুংঙাইবনি।" চীংখৈঙানবীনা হায়জৈ — "বাবা ! ঐ য়াম্না ইকায়জৈ। মীনা তারগা করি খন্দোইনো ?" অসি হায়না মপাবু থেম্নগা ইমুংদা পুশিনখ্রে।

বোয়াই থম্মোয় শোক্লা, মখোল হৌনা মচাগী মমাঙদা কপ্পী। মপাগী মতৌদুদা মচানুপীসু কপ্পী। ওম্থোকপা মতৌনি, তৌরিবসি য়েংহৈদ্রে।

অশোমদনা ষনশিংদুনা শজিক পীয়ু হায়না খোংলি, শোমদনা থবায় নুংঙাইতবগী, মীনা লাকচবগী অবা-মৈচাক খাঙবগী বারি।

ঙাইহাক লৈরগদি বোয়াইদু বারমান্নে, নাখোক্লুনা তুমখ্রে। ঙসাই অয়ুক্কী শঙ্গোমদু শুম্বীনবা মী লৈতবদগী চাউথোইগা চীংখৈগা তান্নরগা শুমখিবনি।

নুমিদাংবাইগী মতম য়ৌরক্লে। রামধনসু ওফিসতগী কূম্লক্লে। যনশিংদুনা মো-মা, মো-মা অদুম লেপ্তুনা হৌজিকসু খোংলি। মদু তাবদা রামধন্না হংলকই — "করি তৌরে যনশিংনা অসুক য়াম্না খোংলিসিনা?"

সনাতোম্বীনা খুম্লকই — "হো বোয়াইদু ওরাং মোয় পাবুংনা মথং মার্চ থাগী তাং অমদগী মফম অমা য়েংনবা তৌরো হায়রুবদুদা শাউরমাম্লে, শজিকসু ফাম্রে, যন সেবাসু তৌদ্রে; য়ু তপতাখৈ থকচিল্লগা পঙলাউ লাউরম্বনি।"

— "ও! অদুগী ওইরে, যনশিংসিনা খোংলিবসে! অদুদি শঙ্গোমদি কনানা শুমগনি? চাউথোইদুবু হৈগদ্রা? মঙোন্দা হংসিবা।

চাউথোই কৌশিল্লগা হংই। চাউথোইনা মাদি শঙ্গোম অমুক্তা শুমদ্রি হায়রে।

চাউথোইনা চীংখৈনা য়ারবদি মাবু খরা শুম্বীয়ু হায়গে হায়বদুদা বামধন বা ভাঙদ্রে।

চাউথোইনা চঙলক্লগা চীংখৈদা শঙ্গোম খবা শুম্বীদবা য়াদ্রে হায়ববদুদা চীংখৈসু য়ানীংলে।

বালটিন পুথোরক্লগা চীংখৈনা যনবীশিংদু মথং-মথং শঙ্গোম শুম্মী। অদুবু যনশিংদুনা শজিক অমদি দানা ফজনা চাদবনা শঙ্গোম য়াম্না থোক্লে। শঙ্গোম লৌবা লাক্লিবা গোলা অনীদুসু মীগীদা শঙ্গোম পীবা কোম্নরবোই হায়না বাবৌবগা হনখ্রে।

চাউনা অকায়বা, অহোবা অমা লাকপসিদা রামধন্না মবুক্তা খল্লকই - "ঐনা বোয়াইদা হায়খিবা বাদুবু তশেংনা লাল্লব্রা? করিসু লৈতবা খুঙ্গংদগী লাকপা মানা ঐগীদা যন হোৎনদুনা লৈরগা মচানুপী 'অ' মশক খঙদবী অমবু করম্না ইমৌ ওইগদৌরিবনো? মসিদা মানা ভাব তাজদ্রগা ঐবু কোমদা চিংথবদি করম্না য়াগনি? ঐদা নত্তে, মী পূম্নমক্কসু য়ারোই। মন্ত্রি খোগেন খঙদ্রিঙৈদা ইচা চৎহনখিবসি য়াম্না ফরবনি। অদু, মাগী বোয়াইসিবু শাউদুনা থা ফাদ্রিঙৈদা কোকহেক চৎপ্রবদি কমদৌবা? ঐদি নেপালি অমা কছারদগী লাক্কনি হায়বদুদি মাবু চৎখিনবা পঙহায় হায়খিবনি। অস! মা চৎপ্রবদি খুদক্কী যন শেন্নবীনবা মী অমা থিদবদি য়ারোইদৌরি। চাউথোইসিসু শঙ্গোম শুম্বফাওবা তমগে হায়দে। অদুবু মচা চীংখৈসিদি অশাউবা কয়া ফাথরগা ভসাই অয়ুক্কা হৌজিক্কী শঙ্গোমদু মানা শুম্বনি হায়। মাদি য়ুম্বুদি পানগদবা নুপীমচানি।"

চীংখৈদি শঙ্গোম শুম্বা লোইরগা শকহেনবীনা মাবু মণ্ডক থাঙ্গত্তুনা য়েংলকপদুদা নুংঙাইতদুনা পুম্ব্রি মপান্দা হৌবা কাবো নাপীদু মখুৎনা ফোয়রগা পোলাং অমদা হাপ্লগা পুরক্তুনা পীজে। মানা শাকহেনবীদা শজিক খরা হাপখিবদুদা যন অতৈদু চানীংবনা চীংখৈদা লোইনা য়েংদুনা লৈরে।

চীংখৈনা হন্দকমুক্তি ইংখোলদা হৌবা কোবীশিংদু পরেং শানা মনা অমমম হেক্রুগা পোলাংদুদা হাপ্লগা পুরক্তুনা যনশিংদুদা য়েল্লগা পীজে। হুরাউনা মুন্নদুনা চারিবদু ঙাইহাক্তং য়েংলম্লগা ময়ুম্লোমদা চঙখ্রে।

নুমিদাংগী চাক্তি খরা থোংবা ফৈ খন্দুনা কোবী অমা হেক্রুগা মনাও থোইনুগা কোবী শোইদুনা চাক থোংনবা হোৎনখ্রে।

চাক লোইরবকান্দা মপাবু হৌদেক্রেগা চাক চামিন্নরে। হয়েং অয়ুক থাদোক্তুনা চৎলগদবা খাঙপোকশঙদুবু থোইনা হেন্না নুংশিরকই। ফাক্লাংদা থেৎলিবা চহীগী কেলেন্দর, পোৎ লৈবদা হাপ্লকপা কেলেন্দরগী লাইদু থনমসিরা পুসিরা নীংজিং-মাংজিংনৈ। মীওইবগী মপোক্তা অসুক শাংবা চহী চাম্মগী মতমসিদা য়ুমহোং কয়ারক্লো মখোয়না হোংগদৌরিবসে। মপোক ফৎলক্তবা হায়বদুনি খল্লুরগা করিগীদমক পোকপিরম্লিবনো হায়না বিধাতাবু চৈনীংলকই।

চীংখৈঙানবী বসন্ত চঙলকপা মতমসিদা পূক্লিং পঙ্গনুংদা নুংশিরকই। ইহান হানবা মখোয়না ইম্ফালদা লাক্লুগা উরীবোক্তা লৈরম্বা, অদুদগী ইরোইশেনবগী য়ুমসিদা লাকখিবা, শকহেনবীগা খঙনখিবদগী হৌরগা ঙসিগী নুমিৎ ফাওবসিদা থোকখিবা থৌদোকশিংদু মমীত্তা লোইনা উরকই।

চীংখৈ ভূম্বা য়াদনা ফমুংমথক্তা লোংনা হিপ্লগা মমীৎ তরু-তরু পাঙলগা বাখল তৌদুনা লৈরি। অহীংগী মতম্না পুং তরামাথোই তারকপা কানসিদা তোমপোক্লা মাবু অমুক হন্না গুলাপ মখোঙদা ঙাইরমগদবোই খঞ্জরুই। চীংখৈদো ঙসিসু পূক্লিংদা করিমত্তা চিংনদনা ইমুংদগী মপাল থোরক্রে।

তপ্না-তপ্না অসুম লাকপনা গুলাপ মখোঙ য়ৌরক্রে। গুলাপ মখোঙদা তোমপোক্লা ঐ শোয়দনা থোরক্কনি ঙাইরম্মু হায়রম্বগুম ঙাইহাক লেপ্লগা ঙাইদুনা লৈ। ফন-কুইনা লেপ্লগা ঙাইবদসু তোমপোক্তি ময়ুমদগী চৎখ্রবনিনা থোরক্রে। মাসু পুংফমসি য়ৌরকপদা শোয়দনা চীংখৈবু নীংশিংলমগনি। মখোয় অনীগী থম্মোয়গী অশেংবা মরীদননি চীংখৈনা শোমদা ঙাওহৌরিবসি। কনখ্রবা নুংশিগী মরীনি। শিবা-

নাবা কিবজাৎ নত্তে। মসিগী অচেৎপা মরীসিননি জগৎসিনা ঙসি ফাওবা মাগী খোঙচৎ কায়ব্রিবা। হিন্দুগী রাম সীতাগী ৱারীদা রাম্না চহী ১৪ বন চৎপদা সীতানা করিগী ইন্নীংখিবা পুন্নমক্লা খঙনরিবনি। চুং-ফিরান চানা ফজরবা নুপা-নুপী অনীখক লুহোংবা লোইরগা তোঙান-তোঙান খাইদোক্লদুনা থম্বীবা অচুম্বা নত্তে। পুন্সি হায়বসি তাঙখ্রবা মপোক্নি। মীওইবনা হিংলিবসি আশাগী মপান্ননি। আশাগী খ্বাইদগী মরুওইবা রোল লৌরিবসিগী মনুংদা নুপা-নুপী য়ুম্বানমিন্নবগী নুংগী মরীদু য়াওরিবনি। মালেম শীন থুংনা য়ানরবা ৱাফম নুপা-নুপীগী নুংশি-নুংঙোনগী ৱারী য়াওদবা মী নৎত্রগা লাইগী করম্বা ৱারী লৈবগে? পামজবা নৎত্রগা পামজবী মশুংলাংগীদমক পৃথিবীসি কায়খ্রবসু মাগী নীংববু থুংলবদি য়ারে হায়বা মীওই কয়া পোকখ্রবনি অমদি পোক্লকখিগনি। ইচম-চম্বা মীদি তোঙান্না থমখ্রগা পৃথিবীদা ঈশ্বরনি হায়না তোঙান-তোঙানবা ধর্ম্ম চৎপা কাঙবুনা নুংতিগী পূজা তৌনরিবা লাইশিংসি খ্বাইদগী ৱাংবা রসনি হায়নরিবা শৃঙ্গার রসতা লম য়ৌনা ঙাওখিবা ঙাক্তনি। মখোয়না হৌদোক্লম্বনা তুংগী মীরোল ঐখোয়না খুদুং ইনবখক্তনি। অদুননি কামগী ৱাখলদা ঙাওবা য়াবা ঙাওরুরবা পাঙ্গল-শক্তি হম্বরক্লবা তুংদা ঈশ্বরদা নকশিন্নীংলক্লিবা। তম্নুদনা হৈজরকপা পূক্লিং অমদি ৱাখলদা মতাং-মতম চানা মশা মতোমতা খঙজরকপা জ্ঞানদি নুপা-নুপী য়ুম্বান্নীংবগী ৱাখলসি খক্তনি।

তোমপোক থোক্লক্লবনিনা চীংখৈ নীংবা কায়রে। য়াম্না নকশিন্নরুবা থৱায় অনীখক অমুক লাপথোক্লখিবসিনা থৱায় পুরিবা হকচাং অনীদুসু ৱাবা য়াবা ৱারে।

চীংখৈ হিক্লা-হিক্লা কপ্লক্লে। মানা থাজবা গুলাপ্পু পায়রগা — 'ইতা শকপি! করিগুম্বা ঐনা পাম্মুবগী মকাদা থুংবা ঙমদ্রবসু নঙদি মফমসিদা লেঙদনা হৌরগা লৈহৌগদবনিনা ঐগী ইহুৎ-শিন্না পাম্মু মাগী মকাদা মানা হয়েং হন্নকপগা ইতা নঙগী ননাক য়ৌরকপদা পাম্মু মাগী ৱাখলদা নিংঙোল ওইবী ঐহাক্লা য়াম্না ৱাজরম্মী হায়না তম্বীয়ুকো! লৈরাং গুলাপ নঙবু নিংঙোল খুৎনা থারুবদি নুংশি মৈচাক খাঙনবগী থারুবগা চপ মান্নখ্রে। ইতা নঙগী ননাক্তনিকো পাম্মুবা মানা অথেঙবা অহীংগী মতমদা অককুবা পুংফম থারগা নিংঙোল ওইবী ঐবু ননাক্তা চিংদুনা পুরকখিবা! পাম্মু খুৎনা হুকপিরম্বা মমল নাইদ্রবা নুংশি খুদোলসে লৈরাং নঙবু থাজরুবগী মহয়ননিকো! নহাক্কী নতেং য়াওদনা নিংঙোল ওইবী ঐনা হন্দক মপোক্কী পাম্মুবা মাবু অমুক উনগনি হায়বা থাজরক্লে। অদুবুনে ইতা! ইতাগী নফমদা পাম্মু মানা লাক্তুনা ৱাহং হংলরবদি ঐগী

পূক্লিং অনী লোঙখিদে হায়না তম্বীয়ুকো। পাম্মুবগীদমক ওইরবদি থবায় মঙাসি থারবসু থাজগে হায়রম্মী হায়না তম্বীয়ুকো! নঙ্না লৈকোলসিদা ভাঙশং ভাঙনা শাৎপা উরগা মাগী থম্মোয়না পেল্লসনু। মপোক থীনা তম্নক্রবী নত্তা ঐহাক্তি পাম্মু মশক উদনা পূল্পিসে বানা অসুম লেল্লুবা তারে।”

মীৎলুদগী তারক্লিবা পিরাংদু ইল্লিবা ফিদুনা তৈথোকই।নুংহিক্লনা কপ্লগা চীংখৈ খাঙপোকশঙলোমদা তপ্পা-তপ্পা চঙলক্লে। মনাওনা তুম্লিবা ফমুংদুদা নাশোন পিক্লা কাঙখল হাইদোক্লগা কাখৎতুনা মাসু তুম্বা থেমখ্রে।

## তরুকশুবা

নোংঙাল্লক্লে। বোয়াই অয়ুক ঙস্ত হৌগৎলগা বজার তানা জীপ বায়বা চৎখ্রে। লম্বীদা মানা খল্লি — "নোংমা নৎত্রগা নোংমা রামধন্না ঐঙোন্দা হায়জবা মতাং অমুক্তং লাক্লবদি ওহ্বোক্লা নুংঙাইখ্রনিদা! হে ঈশ্বর! ঐনা লান্দবমক্তা ওইরবদি মদু মত্তংদি পীনবীয়ুকো!"

চীংখৈসু ঙস্ত হৌগৎলগা মাগী নোংমগী মথৌ নীংথিনা অদুম তৌই। শুমাঙ-মাঙ্গোল বাই তৈরম্মী, ইমুংসু নীংথিনা বাই তৈবা লোইরে। মদু লোইরগা ঈরুলুজরগা তুলসি ঈশিং চাইরম্মী। তুলশি মখোঙদা লা অমদা লৈ কৎলম্মী। মানা থাজবা গুলাপ মখোঙদা চঙলগা ঈশিং চাইরুই। শকহেনবীগা ষম্নাও মচাদুগসু ঙাইহাক চঙলগা নানবীরম্মী। পুখ্রি মপানদগী নাপী খরা খুৎনা থৎলগা অরোইবা ওইনা পীজরম্মী। মানা তৌজরিবা থবক খুদিংমক্তু য়াম্না থম্মোয় শেংনা তৌজবা ঙাক্তনি। থবকশিংদু তৌবদা মাগী থম্মোয় মনুংদদি পিরাংনা পুমচোৎ চোৎলবনি। মদু খঙজরিবসু মহাক মতোমতনি।

বজার চৎখিবা বোয়াই জীপ অমা পুরগা মাগা পুন্না লাকমিন্নে। জীপু রামধনগী থোঙঙ্গালদা মমায় লয়রগা খামহল্লি।

শোমদা মখোয়গী খাঙপোকশঙদা তোনদোন মচা অনীগা পোৎ-চৈ পুগদবা খুদিংমক পুনশিনবা লোইরগা মাঙ্গোলদা থাংদোকপা লোইরম্লে। বোয়াই চঙলক্তুনা পোৎ হোন্দোকপা হৌরে। তোনদোনগা থোইনুগা পোৎ হোন্দোক্লগা জীপ্তা হাপ্পা য়াওই। মখোয়না তৌরিবদু মপান থোরক্লগা য়েংলুদ্রবসু ইমুংদা লৈবা রামধন অমদি স্নাতোম্বীসু বেটিনা তম্বদগী লোইনা তারে। চৎলমদাই য়ৌরক্লবদা চীংখৈঙানবী মমা'বেম্মা স্নাতোম্বীগী মনাক্তা চঙলকই। নুমিৎ নীনিগী মমাঙদা মাগী লুহোংবগী পোৎপাংনি হায়না বজার চৎলগা লৈমিন্নরুবা অঙৌবা শ্বালদু হান্নগী মওংদা শুক্কায়-কায়দনা প্লাষ্টিক খাউদুগা পুন্না মমা'বেম্মগী মফমদা অমুক পীররে।

*সনাতোম্বীগী মখোঙদা নোম্বরগা হিক্লা-হিক্লা থম্মোয় শোক্লা কপ্পগা খুরুম্মী।* **হায়রকই — 'ইমা'বেম্মা নচানা লানখিবা য়াওরবসু নচামক্কি খল্লগা ভাকপিয়ুকো।" অসি হায়না কপ্পা-কপ্পা খুরুমল্লগা চীংখৈঙানবী প্রপ-প্রপ থোরকই।**

সনাতোম্বীনা হায়রকই — "হায়! করিগীনো নঙনা শ্বালসি ঐঙোন্দা অমুক পীরম্লিববো? পুখো!"

— 'ইমা'বেম্মা! ঐগী লুহোংবদো মতম লেপ্তুনা য়েথোকখ্রে। অদুনা শ্বালদুগী শীজিন্নফম লৈত্রে।" চীংখৈনা খুৎলৈ থুনা থোকখিবনা সনাতোম্বীনা শ্বালদু অমুক হন্না পীবা নংহৌদ্রে।

পোৎ-চৈ অম'ম জীপ্তা হাপকৎপা লোইরগা বোয়াইগা তোনদোনগা পুন্না সনাতোম্বীদা চৎলগে হায়বা চঙলকই। সনাতোম্বীনা হায়রকই — "হৈমা! নখোয় থাঙ্গৈশেংনা চৎননবা থৌরাং তৌরব্রা? মোয় পাবুংনা হায়বদি মথং তাং অমদা হায়বা নৎত্রো? নখোয় চৎখ্রবদি ষনদি কনানা হোৎনহৌগনি? নখোয়গীসিবু ঐখোয়বু লানবা তাহল্লগে হায়রিব্রা?"

— "মেমসাহেব! ননাই ঐখোয়গীসু তাঞ্জা হায়বসি পাক-হেক ফংগদবা নত্তবনিনা মপু ওইবীগদবা অমনা মীনাই অমা হাঙলে হায়রিঙৈদা চৎহৌবনা ফগদ্রা খঞ্জবনি।"

— "করি লমদা, কদায়ৱাইদা লৈরুব্বা তারবা?"

— "উচেক্কুম্বা পুন্সি হায়বসিদি নোংম-নোংমগী থোকউ-থোকউবা হায়বদুনি মেম'সাহেব। অশেংবা মফম খঙ্জবজাৎ নত্তেদা। অদুদি ননাই ঐখোয় অমুক চৎলুখিগে।"

— "নখোয়না য়াদ্রবদি উপাইদি লৈরিব্রদো? নখোয়না চৎনবা থৌবাং লোইরগা থোরক্লবনিনা ঐনা করি অমুক হায়রুগনি? নখোয়গা নঙগী তাইবুংঙোগা পৈশা নুংশা অৱাৎ-অপা লৈনরিব্রা?"

— "ঐনা ফংগদবা লুপা চনীমুক লৈবনি। অদুবু ঐ লৌজররোই, নহান ইচানুপীনা শঙ্গোম হৈদোকখিবদুগী ওইবীহৌরো!"

— "ৱা ঙাঙবদা মোলোম থম্লমগনু! সে সে! লুপা চনীদুগা, চামঙাসিগা লৌশিল্লু! ইচাশিংগী করিনো লৈবীয়ু।"

তোনদোম্না খুন্নকই — "য়াজরে ইচেম্মা! মোয়বানা য়াদ্রে, লৌজররোই।" বাহৈদু হায়রম্নগা তোনদোনসু থোরক্লে। থোঙ্গান্দা ঙাইদুনা লৈরিবা জীপ্তা চীংখৈ ফি অমনা মকোক খুন্নগা হিক-হিক কপ্লি। মমাগা মপাগা অনী কাখৎলকপদা ড্রাইভরদুনা জীপ্তু থৌদোরক্লে। মখোয় থোকখিবদা রামধনগী ইংখোলদু পূর্মচিক চিকহৌরে।

ইরোইশেনবদগী চৎখিবা জীপ্তু লুবাংশঙবমগী কুল্লগী য়ুমদা থুংলে। মখোয়না পুরকপা জীপ্তগী পোৎ-চৈ পূম্নমক থাংজিল্লগা নেপালিনা লৈরম্বা য়ুমদুগী মাঙ্গোলদা থম্লে। ময়ায়দা তুদুনা লৈরম্বা ফকতু হৌগৎলগা খাদুনা কা অনী থোক্লে। চাকশঙ মচা অমদি হান্না শীজিন্নবগী লৈরম্মী। অয়ুক্কী চাক থোংদবা য়াদবনা কুল্লগী ইমুংদা চঙলগা তোনদোম্না ঈশিং খরা পীবীনবা হংই। ঈশিং লৌরুবা হল্লক্লগা শীঙ খরগা ঙসিগী ওইনবা পীবীয়ু হায়রুরে। মচানুপী অনী চঙদুনা পুখ্রিদগী ঈশিং শোক্লরগা ইমুং-মাঙ্গোলদু বাই-রম নীংথিনা তৈদুনা নাম্নবা হোৎনৈ। মমানা শীঙ পুরকপদগী চীংখৈনা চাক মৈ থাগৎপ্রে। চীংখৈঙানবী মাগী মরমগীদমক য়ুম হোংবা তারকখিবনি হায়বসি খল্লুবদা মতোমতা নুংঙাইজদে। মসি মপা বোয়াইনা ইনাক খুনবা মীশক অমা ওইরম্নবদি থোক্রম্লোই। রামধন্না চীংখৈঙানবীদা নহান হায়খিবা বাহৈশিংদু অচুম্বা ভাক্তা ওইরগসু অপাননা তাজরুবা মঙোন্দদি শিনীংবা য়ৌনা থম্মোয় শোকখি। ইরোইশেনবদগী লাপ্পা লুবাংশঙবম তানা য়ুম হোংলকপসিনা মাগা তোমপোক্কা অমুক হন্না উনদুনা নকশিন্নরক্কনি হায়বগী আশাগী মমি শাম্নকপগুম তৌরে। চাক-ঈশিং থোংবা লোইরগা পূন্না চাক চামিন্নরে। চাক চাবা তোক্লগাদি তং তাবা খরা হেক ফংজবগুম তৌরে।

লম্বী লমশাঙ চৎপদা বারক্লবা মতমদা পোৎথানবা মফম চাবা য়েংলগা পোৎথাফম নীংথিনা শেন্নগা থম্নে। অকনবা কাঙবুদি, পোৎথাফম মফম লৈরম্নবসু পোৎথাদনা লেপ্তনা চৎলগা পম্বুংফম থুনা য়ৌনখিবসু ময়াওই। খরা শোনবা কাঙবুদি শেমদুনা থম্নম্বা পোৎথাফমদগী হেন্দোক্লুনা মরক্তা পোৎথাবসু য়াওই। চীংখৈগী মরাইবক্না মখোয়গী ইমুংগী পুন্সি খোঙচৎসিদা হোংলক্লিবা য়ুমহোংসি মথক্তা পঞ্জখ্রিবা পোৎথাফম মশীংগা চাংদম্নবদা লাম্নরোই হায়না থমজগে।

বোয়াই হৌজিক ফাওবদা রামধন্না উশিৎখিদবগী নুংঙাইতবা কোকত্রি। অমরোমদা মতম খরগী ওইনা যন শেম্ননবা মী ফংদবগী বারমগদবদু খল্লুরগদি অমুকসু পেনবগুম তৌই। অদুবু নহানমখৈ মা মশাগীগুম্না হোৎনজরম্বা, শেম্নজরম্বা যন ময়ামদুগী খল্লুরগদি অমুকসু হেক নুংঙাইরক্তে।

চীংখৈদু তত্তুনা নীংশিংলকই শকহেনবীনা মা উদবগা খোংলমগদবদু।

কবম্নসু খল্লোই, অদুক নুংশিনা নুংত্তিগী মখোযতগা লোযনদুনা লাকখিবনি। বামধন্নদি জীব অনীগী মবীদু মনুংয়ৌনা খঙলুদবনিনা ইবাযহেক লাযনা পৈশানা লোইনমক শীনবা যাগনি খনখিবনি। মাগী বাইদুমক্কা বোযাইনসু যাম্না থুনা যুম হোংনবা ফিবেপ্পু লৌখিবনি। মখেযনা লান্দবমক্তা ওইববদি মদুগী মহয নোংমদি শোযদন' ফংবা তাবনি। তশেংবমকসু বোযাইনা চৎখিবা নুমিত্তু বামধন য়াম্না বাখি। মহাক ছুটি লৌবা তাখি। ঝন মযামদুনা শজিক পিজদবদুদা পঙখোংদা খোংনবকখি। ঝন খোংবগী মখোলদুনা মাবু মিকুপ অমত্তা পোখাবা ফংহনখিদে। মতমদুদা মানা বোযাইবু অহানবদা যাম্না শাওবীখি। অদুবু মমৈথংদদি বোয়াই অমদি মাগী ইমুংগী মীনা লৌবম্লিবা থৌদাংদুগী মবমদা মশানা হকথেংননা থবক্তু হোৎনবা তাবক্রুবা মতমদদি মহাক অশেংবদু খঙজবকখি।

মমৈথংদা মহাক মতোমতা অনুতাপ তৌজবকখি — "ও। ঐনা কবি খন্দুনা ঝনশিংসিবু লোইনীংলুবিবা? অশুক মরুওইবা বেঙ্ককী থবক অমা তৌবিঙৈদা মীবোলসু লৈতবা ঐনা ঝন লোইকব্সি যাম্না লাল্লি। হি অনী তোংবদা কবাঙ সেগাযবা হায়বা প্রমান্দু মসি ওইবা তাই।"

চাউথোইসু বোযাইগী মচানুপী উবকত্রবা মতমসিদদি থবক শুনীংলক্রে। নুংত্তিগী চীংখৈগী মশক যেংলগা মঙম শাম্না, মোন্দা নুংঙাইনা আশা অমদা থবক শুবদা পূক্লিং চঙলম্বনি। ঙসিদি মীৎযেংফম ওইজবম্বী চীংখৈঙানবী চৎত্রবনিনা মাসু থবক শুবসি তোক্রসিবা হাযনা খনবফাওবা হৌবক্রবনি। চাউথোইসু মতোমতা পূক্লিংদা হংহৌবি — "চীংখৈখোযদুবু মফম কদাইবাইদা লৈবমগদবা? মখোযগী অশেংবা লৈফম খঙলবদি নোংমতং কোযকবা যাবনি। মানদি ঐবু উবগা তথি-তথিদি তৌবক্রোই।"

খুদক্তা ঝন শেন্নবীনবা, শজিক ফানবীনবা, ঝন শঙোম শুম্বীনবা মী অমা থিবদা পাক হেক ফংবা নত্তে হাযবসিসু বামধন বোযাই চৎত্রবা তুংসিদা লাকপা জ্ঞান্নি। নুমিদাংবাইদা শঙোম শুম্নমদাইদা চাউথোইবু শঙোম শুম্বা হৈত্রিবা কবিগীনো হায মাদি অমুক্তা তৌদবনিনা শঙোম শুম্বদা ইথোক থোক্রে। ঙসাই অযুক্কীদি শঙোম লৌবা লাকপা গোলা অমবু শুমহল্লবনি। ঝনশিংদুনসু চাউথোইনা শুম্বদু কযা হৈনদদুনা নিংঙাই তৌই। খবা মরৈ তৌগনবী অঙাঙবীগী শঙোমদি শঙোম শুম্লিঙৈদা ঝন মখোঙনা বালটিন মনুংদা থাংজিল্লকপদগী শঙোমদু হৈদোক্রে।

অশোয়বা ময়ামসি মমাঙদা উরক্লবা মতমসিদা রামধন্না বোয়াইগা চীংখৈঙানবীগা মপা মচাবু মমীত্তা তোয়না উরকই। মখাতানা খল্লকই — "ঐবু ষনশিংসি পুল্লপ ওইনা য়োল্লসিরা? বোয়াইগী ইমুংদুবু কয়াম থাপ্পা কনাগীদা লৈরমগনি? ঐবু মাবু অমুক থিরুবনা চুমগদ্রা? মখোয়দুবু মখোয়গী অরাপ্পা হান্নগী খুঙ্গংদু য়ৌনা চৎলম্লগদ্রা? ঐনা মথং থাগী তাং অমদা য়ুম থাদোক্লবা হায়খিবদুদা মাদি য়াম্না হেক্তা শাওখ্রবোইদো! ঐনা কছারগী শ্বালজুরদা লৈরিঙৈদা খঙলকপদুদি ময়াংশিংগী চৎনবী ওইরম্লবোইরে। মফমদুদা ওইরম্লবদি মখোয়না ঐবু তানথোকপিগনু হায়দুনা খোঙ পায়দুনা হায়জরমগনি। মদুমদি মফমসিগী মৈতৈশিংগীগা মপানগীগা মান্নরমদ্রে। ঐদি মপাল্লমদা ময়াং মরক্তা চাউরকপনা মদু য়ৌনা খম্বহৌদে। নহালমখৈ মখোয়না ইরাঙ-লাঙনা লৈরম্বা য়ুম অসি খাংপোকশঙ ওইজরবসু মখোয় লৈরিঙৈদদি য়ুম অমগী অর্থ লৈরম্বনি। অদুবু ঙসিদি মখোয় চৎখ্রবনিনা ইহাঙ-হাঙহৌরে। ঐগী চাউরবা ইংখোলসি নাকন নাম্মদি চিক্লেদো। সন্ধ্যাগী মতমসিদা মানদি নুংতিগী ষনশিংসিবু কাঙমৈ খুদুনা কাঙ চিকহন্দবনি। ঐদি কাঙমৈ খুবসু হৈতে। ষনশিংসিনসু নহানমখৈ মপূ ওইজরবসু ঐবুদি মশক খঙবা নত্তে। অদুননি ঙসি মখোয়না ঐনা মখোয়গী মনাক্তা চঙলুবা মতমদা হৈনদ্রিবা অমদি ফু-ফু কাল্লিবা! ষনশিংসিনা মরোল থোকপা জীব ওইরম্লবদি মখোয়গী অনীংবা অমদি অপাম্বশিংদু শোয়দনা ঐঙোন্দা ফোঙদোক্লমগনি। ঐবু কাঙমৈ খুবশিবু হৈগদ্রনে তৌরিসিবু।" হৈত-হৈত কাঙমৈ খুনবা চরু খরগা শজিক মকুম খরগা মৈ থারগা মৈখু খুহল্লগা কাঙ তাম্হোকই।

রামধন ষনগী থবক লোইরগা মখোঙ-মখুৎ শেংনা হামদোক্লগা সনাতোম্বীগী মনাক্তা চঙলকই।

সনাতোম্বীনা হায়রকই — "মোয়পাবুং! বোয়াইগী মচানুপী চীংখৈদো মরিল য়াম্না খাবজাৎনি। নহান মাগা-ঐগা খ্বাইরম্বন্দ বজার চৎলগা লৈমিম্নরুবা মাগী লুহোংবগী পোৎপাংনি হায়না লৈবীখিবা শ্বালদো মানা চৎলমদাইদা ঐঙোন্দা অমুক হন্না পীশিল্লম্লে। ঐদি ওম্থোক্লা ইকায়জখ্রে। লুপা চনী অমনে চামঙা অমনে পুন্না পীবদুসু মখোয়না লৌ হায়বা য়াদনা চৎখি। মণিপুরগী মৈতৈগা মপালগী মীগা খেন্নবা খরদি লৈকো! মখোয়না ঐখোয়বুদি পুক্সিগী য়েক্লবা ওইনা খনখ্রে; লম্বীদা নোং-ফাদোক থেংনবদা ফাওবা কৌরক্কদৌববু মান্দ্রে। অমুক কৌরুবদসু য়ারক্কদবা মান্দ্রে।

রামধনসু খনবমখৈ খল্লগা মানা চীংখৈঙানবীদা হায়খিবা ৰাহৈশিংদু অমমমতা ওইনা নীংশিংলকই। "ঐনা হায়খিবা ৰাহৈদুদা মাবু য়াম্না ইকায়রমগদ্রা? ঐগী ইচানুপী

অমা লৈরম্বা তাবদা ঐগী ইচাদা মীগী মপানা অদুগুম্বা ৱাহৈনা ঙাঙবীরক্লবসু মদুগা চপ মান্নবা নুংঙাইতবগী চৈনা ঐগী ইচাদসু ফংলমগনিকো! মাগী ইমুংনা তৌরম্বা থবকশিংদা ঐনা করিসু লৈতনা খনখিবদো হৌজিক্তি ঐগী ইথক্তা লোইনা তারেদো! ঐবু ভাবনরা, নহানমখৈ কয়া মুন্না য়েংলুদবগীরা, মখোয়না লৈরম্বা খাংপোকশঙ অসিবু পৈবগুম উরিবসিবু! চুম্মী, য়ুম অসিসু বোযাইনা শাজখিবনি; ষনশিংসু মাগী চক্রিদগী লৈখিবনি। পুন্নমক মানা শীঞ্জরগা ওইখিবা ঙাক্তনি। খাংপোকশঙনা পৈরিবসিসু ঐবু শাওবা শোয়দনা ওইগনি। বোয়াইগী ইমুং চৎখিবগী অৱাবা ফোঙদোকপা য়াওরিবনি। মমাঙগী চহীদনি, চীংখৈনা চৈ অমা পায়রগা মনীংগী ৱারক্তা তয়াল অঙাঙবা অমা পানবা উবদা হেক্কদবগী হোৎনখিবদো। ঐখোয়গী সনাতোম্বীনা ৱারক্কী তয়াল অঙাঙবা হায়বদি শক ফজবদা প্রমান তৌনবনি, হেক্তোক্লগনু ইচা চীংখৈগী শক্তা চাংদম্নবা হায়খিবদো। অদুবু মাদি অমুক হন্না লাক্তুনা ৱাখোঙসিদা অঙাঙবা ফনেক শেক্তুনা লেপ্লররোইদো। ঐনা মীনাই মচানি হায়না খনবীখিবা বোয়াইগী মচানুপী চীংখৈগী মশক্তো য়েংবদা পুক্লিংবুদি ঈংবগুম তৌবনি। শুমাঙগী গল্লাগী লৈশিংসিসু মানা কোলোম শেল্লগা থাজখিবা ঙাক্তনি। ইচা তোমপোক্লা মঙোন্দা ঙাওখিবদুসু মশক্তুদা শোয়দনা ওইরমগনি। ফরে, ঐ মখোয়গী ৱাখলসি খল্লরোইদা।"

বামধন নুমিৎ-নীনি চঙনা থিরবা তুংদা নেপালি মচা অমা ফংলে। মাগী অৱাবা খরদি কোক্রে হায়ববু ষন শেন্নবগী মমল, শজিক ফানবগী মমলদি হান্নদগী শরুক অনীরোম হেনগৎলে। হেনগৎলবসু মানা শীঞ্জরুবা থৌশিন্দগী ওইরকপনিনা কন্নাদা তাইনরুনি।

বেঙ্গলরদা চৎখিবা তোমপোক মপাবুংনা মঙোন্দা চীংখৈগা উনরুবা অহীংদা হায়খিবা ৱাহৈশিংদুনা অকন্নবা শাফুগী চৈনা ওইদুনা মাগী খোঙচত্তা পোৎথাফম শুকখঙ খঙখিদে। চীংখৈগা অহীংদা উনরগা মঙগুগী মমল য়াল্লবা সনাগী লীক মরী অমা চীংখৈগী ঙকশমদা মশাগী অয়াবা লৌরগা মখুৎমক্লা শিবীরম্বদুনা মরম ওইরগা হৌজিকসু চীংখৈ ময়ুম থাদোক্তুনা খক চৎলোই হায়না চেংনা থাজরি।

সনাতোম্বীসু মচাগী চৎলমদাইগী ইরাং ময়ামদু নৈনদুনা করিগী য়েংলোই। মাসু খঙলে মদুদি তোমপোক্কা চীংখৈগা নকশিন্নবগী অচেৎপা মরী অমদি লৈখ্রে। মদুগী ওইবা য়াবা মরমদি চীংখৈনা শঙ্গোম শুন্নিঙৈদা তোমপোক্লা উখিবা, মদুগী ইকায়বদুনা বালটিন থনবা শঙ্গোম হৈদোকপা, মতুং তারকপদা মখোয় অনী চঙদুনা মমাবু থাংমিন্নখিবা অসিনচিংবনি। চীংখৈগী মোং-হাদবা চমজবা মতৌদুদা মচানসু

ঙাওজখিবগী মরম্নি। মমানসু চীংখৈবু পামজবগুম তৌখিবনি। অদুবু রামধন্না খঙহৌদনা শাওরকপদগী পুম্নমক লোইনা কায়খিবনি। সনাতোম্বীগী পুক্লিংদসু চীংখৈখোয়না লৈরম্বা মখাথংবগী নাকন্দো য়েংনীংবা পোকখিদ্রে।

অশোমদা লুবাংশঙবমদা নৌনা হোংলকপা বোয়াইগী ইমুংনা লৈরুরিবা কুম্লগী মচানুপা রঞ্জিৎ পি ডবলিউ দি দা এস ও ওইবনি। রঞ্জিৎ খোঙহামপাত্তগী কুঞ্জরানী লৌদুনা মচানুপী ঙাক্তা অনী লৈরে। মচানুপী অহল লৈলা চহী অহুম শুরে। অনীশুবা মচানুপীদি থা তরুকতমক ঙাইরি। রঞ্জিৎ হান্নদগী নুপীদা খরা ঙাওই, মমীৎ য়াম্মী। মশক ফজবী নুপী উবা য়াদে। খঙন-চান্নবা হৌগদবগী হেক্তা হোৎনৈ। নোংমা লৈশাবী অমগা রেস্টোরেন্ট অমদগী ফাদুনা শেংদোকপগী মতাং অমা লৈখি। খবরদা রঞ্জিৎকা নুপীদুগা অনীগী ফোটো হাপ্লগা পুন্না শেংদোক ৱারোল থেংনরকপদগী কুঞ্জরানী শাওদুনা মপামদা মচা অতোম্বী থাদক্ত্রী পুরগা চৎখিবদগী হল্লখিদবনি। নুপা ময়ুম্নসু কৌবা চত্তবগা লাক্তবনি।

রঞ্জিৎকী মচানুপী লৈলা ওপরেসন তৌরগা পোকখিবনি, য়াম্না শিংই। নুংতিগী আঙনবাদিদগী হল্লক্লগা চীংখৈঙানবীগী মনাক্তা চঙলক্লগা চীংখৈঙানবীগী তম্পাক্তা ফম্লগা ৱারী শানদুনা লৈ। চীংখৈঙানবীনসু অঙাং লোয়নবা পামজবগা মখোয় অনী চান্নবা হৌরে।

অমরোমদা বোয়াইনা কুম্লগী য়ুমদা লৈরগা ষন হোংনবগী মওংদি হান্নগীগা মান্নদ্রে। মহাক শজিক ফানবা য়াওদ্রে। ষন ময়ামদু ঈরুজবা, শঙ্গোম শুম্বা, শঙ্গোল শেংদোকপা, লমহাংদা ষন পুথোক্লগা শজিক চাহনবা, চরু ককপা অমদি দানা লোনবনি। চীংখৈসু মফমসিদদি ষন শেন্নবা য়াওদ্রে। থোইনুদি ক্লাস টেন পরিক্ষা থাগদবগী থৌরাঙ লোইরে। তোনদোনদি কুম্লগী মিলদা চেং খৈবা য়াওবা হৌরে। মী পুম্নমক য়াওশঙ ময়াসিদা পুক্লিং ইরাং-লাঙবা হৌরক্লে। চীংখৈগী চহী মতাংদুদা হৈশিংবী লৈলানা চীংখৈবু নেনে হায়না কৌই। ইমুংদুদা রঞ্জিৎকী মচম্নুপী রোমাসু লুবাংশঙবমগী লিবরেল কলেজদা বী এ ফার্স্ট ইয়ার তম্লি। রোমাগা চীংখৈ অমদি থোইনুগসু লৈমিন্নরবনিনা খরা-খরা তিন্নবা হৌরে।

মীওইবা হায়বসিদি ফজবা, চুং-ফিরাল চাবা নুপী-অঙাং উরগা পামদবা, তিন্ননীংদবা ক্নাসু য়াওদে। রঞ্জিৎ চীংখৈঙানবীগী মশক, ফজবা ফি-রোল শেং-চাদ্রবসু হেক্তা পকচবগুম তৌবা, নোকমি-নোকমিবা মায়থোঙদু তোয়না অসুম উরকপা অমদি মচানুপী লৈলাগসু চান্নজবদুদা চীংখৈবু মখোয়গীদা ষন শেন্নবা বোয়াইগী

মচানুপীনি হায়বগী ৱাখল কাউবা হৌরক্কে। নুংতিগী ওফিস কুম্নকপদা মচা লৈলা পম্নগা লাইরিক তাকপিরম্বদুদা মখোয় অনী চামিন্নবা অচাপোৎ লৈরগা পীশিল্লম্বা য়াওরকই। করিগুম্বা কান্দা "নেনেগা চামিন্নরো" হায়রম্বসু য়াওই।

খর-খরদগী নোংমা নোংমাইজিং নুমিত্তা চীংখৈ পুরগা সিনেমা য়েংমিন্নবা য়ানবা মচানুপী লৈলাদা ইনশিল্লগা সিনেমা য়েংলুসি হায়না হৌহল্লি। চীংখৈসু রোমাগা থোইনুগস্‌ চৎকনি হায়বদুদা চৎপদ্‌ য়াওই। মখোয় মঙা পূন্না মারুটি কারদা তোংলগা চত্তুনা সিনেমা য়েংমিন্নখি।

রঞ্জিৎনা মচন্দা-মচনগুম তৌবীবদুদা চীংখৈনস্‌ লৈলাবু মবুংগী মচাগুম্না ঈরু-লুজবীবা ফাওবা য়াওরে। মমানা মপামদা লৈখিবগা লৈলানসু চীংখৈগী মনাক্তা নপ্তুনা লৈরে। চীংখৈদি রঞ্জিৎপু চিংনবা ৱাখল অমত্তা খনখিবা লৈতে।

খর-খরদগী নোংদি রঞ্জিৎনা চীংখৈগী চৎথোক-খোৎতোকপদা পুননবা বেগ অমা লৈরক্লগা লৈলাদা লোন্না পীহল্লুরে। নুমিত্তুদগী চীংখৈগী পূক্লিংদা চিংনবগুম্বা অমা ফাওবা হৌরকখি। মানা পোৎশক্তু লৌদ্রবদি য়ুমগী মপুগা ওইবদুদা শাওখ্রগা ফজরোইদ্রা খন্দুনা লৌদি লৌশিল্লে। কুম্নগী অৱাং থংবদা লৈবা নোংথোম্বম কেশোগী মমৌ অতোম্বী চাওবী খোঙহামপাৎ নিংঙোলনি। মানা রঞ্জিৎকী মওং অমদি চীংখৈনা লৈলাবু লুনা তৌবা পূন্নমক লোইনা চেকশিন্না য়েংই। পাউদু মপাম চৎপদা কুঞ্জরানীদা লৈসি-লৈথোন হাপ্তুনা তম্নম্মী। কুঞ্জরানী পাউদু তাবদা খাঙবা ঙম্নমদে। য়াওশঙ মতম লাক্লে। খঙন-চান্নবা কয়া লৈত্রিবগা চীংখৈ অমদি থোইনু য়াওশঙ কুম্মৈ য়াওদনা ইমুংদা লৈ। নোংমদি রোমানা থাবল চোংবা য়েংলুসি হৌরবদগী চীংখৈ ফি অমনা মকোক খুম্নগা মমায় লোৎলগা থাবল চোংবা য়েংই। রোমাদি থাবল চোংবা য়াওদুনা য়াওশঙগী মহাও লৌরি।

রঞ্জিৎসু চীংখৈখোয় থাবল চোংফমদা চৎখ্রে হায়বা খঙবদগী মাসু থাবল চোংফমদা তাঙ্গা লুম্বা থোক্লকই। চীংখৈ মফম কদাইদা লৈবগে হায়না কোইয়েং য়েংলকই। থোইনু লেপ্লিবা মফমদুদা চীংখৈসু শোয়দনা লেপ্লমগনি খন্দুনা মী খুদিংগী য়াম্না মুন্না মুন্না য়েংলকই। কোন্নথংদা মৌগুম্না ফি অমনা মকোক খুম্নগা লেপ্লিবীদো চীংখৈনি শোয়দ্রে হায়না খল্লকই। রঞ্জিৎনা খল্লি — "করিগীনো চীংখৈনা মৌসু নত্তবা অদুগা মমায়দা অশোয়বা মীনা য়েংবা নুংঙাইতবা লৈবসু নত্তনা মকোক খুম্নগা থাবল চোংবা য়েংলিবসিবু; কনাগুম্বা অমনা মাবু থাবল চোংফমদা মকোক খুম্মু, মমায় লোৎলু হায়বকা লৈবজাৎলা?" মীয়াম মরক্তুদা মাগী ফজবা শকফমদু লোৎপদুদা

রঞ্জিৎনা নুংঙাইজদবনি। তশেংবসু মফমদুগী থাবল চোংফমদা তোমপোক্না শোয়দনা লাক্লগা থাবল চোংবা য়েংলগদবা লৈরম্লবা. চীংখৈ লৈজবী থাদুনা কেরগা থাবল চোংবা য়াওবমক নৎত্রবসু মমায় থাঙ্গৎলগা মীযাম উনবা য়েংলমগনি। মাগী থম্মোয়গী অৱাবা শেংনা খঙজরিবসু মাখক্তনি। শোমদা রঞ্জিৎনা চীংখৈবু খরা হম্থনা মখোয়গী ষন শেন্নবা বোয়াইগী মচানুপীনি, খনবনা জ্ঞানসু অদুক হাক্লা ৱাংলমগনি খল্লুদে। মখোয়গী ইমুংগী থাকসি উবদা চীংখৈনা শোযদনা মাবু পান্নমগনি খল্লুরি। য়ারবদি চীংখৈবু মোইথেম তৌরগা ফাদুনা লৌগে খল্লকই। চীংখৈগী লেপফম খঙবদগী মাইগে অদোমদা চঙলকই। মানা মশক খঙবী নুপীমচা অমা থাজিল্লগা চীংখৈবু অমুক্তং থোক্লকউ হায়না কৌথোকহল্লে। কৌথোকপদুদা চীংখৈসু ইরেন থোরক্লে।

— "চীংখৈ! ঐনা কৌবনি, করিগীনো নঙনা নকোক খুন্নগা থাবল চোংবা য়েংলিববো? নশক অদুক ফজবী নঙনা থাবল চোংফমদা নশক লোৎপা হৌনব্রা? নঙনা থাবল চোংবা য়াওদ্রিবনা করিগীনো? চহী অমগী মনুংদা অমুক্তং লাকপসিদা। মীওইবগী পুন্সিদা জৌবনগী মতম হায়বসে লেম্না খক মাঙহনবা চুমদে। ফি-রোল অম'মা ঐখোয়গীদা লোইনা লৈরমগনি। ঙসাই নুংথিন্দা হায়দ্রিবা করিগীনো? ঐখোয় অনী অমুক চঙলগা লৌথোক্লসি।"

রঞ্জিৎকী অচুম্বা ৱাহৈদুদা চীংখৈ পুক্লিং ওনবগুম তৌদুনা কপ্পিংলুরে। অদুবু মানা তোমপোকপু হেক নীংশিংলকপদা পুন্নমক হেক্তা মমায় ওনখি। মহাক্কী মশকসে তোমপোক্কীদমক নত্তনা কনাগুম্বা অমত্তদা কেরগা য়েংহনখ্ররোই খল্লকই।

তপ্না খুন্নকই — "তামো! নচন থাবল চোংবা য়াওজরোই। ঐঙোন্দা ফিজেৎকীদমক্তসু থোইদোক্তে; চুন্না থাবল চোংবা য়াওবা পামজদবগী তৌবনি।"

"হেরা! নহাকসে ওম্বোক্না হৈনখিদ্রে। নখোয় নচিন-ননাও অনীনা লৈশাবী ওইনা ঐখোয়গী ইংখোম্নুংদা লৈরগা য়াম্না তোম্না লৈহনবসে ঐখোয়গী মায় খুবনি। নঙ ঐনা হায়বসি য়াওনে?"

"তামো! তামোনা নচনবু নচনমক্লি খন্না নুংশিবীবা মপোকসিমগী কাউজরোই। ঐ মতুংদা তামোনা হায়বা ইঞ্জগে, ঙসিগীদি নচনবু ঙাকপিয়ু!"

রঞ্জিৎ মাগী থোক্কী ৱাহৈদা চীংখৈঙানবীনা পঙথরকউ য়াখিদবদুনা মাবু থোইনা খোয়রাং-খোয়শাওনহল্লে। মখুদাং পায়দুনা চিংলুবা য়াবা মতাংসু নত্তে।

তপ্না-তপ্না য়াওশঙ নুমিৎ মঙানি লোইখ্রে। বারুনী অমুক লাক্লে। রঞ্জিৎনা নুমিৎ খরনিগী মমাঙদগী মচন রোমাবু কুমশিদি বারুনী কাবা শোয়দনা পুবীবা তারে, নখোয় কনা-কনানো চৎনবা থৌরাং তৌরো হায়। অসুক কুইনা লৈমিন্নরকপদা নোংমতা হায়দবা মবুংগী ব্বাঙাংদুদা কদোমদগীনো রোমা বারুনী কাবা খংচৎ-চৎনীঙলকই। থোইনুসু হৌবদা হরাউ-হরাউ য়ারে। চীংখৈসু মপোকঙৈগী বারুনী অমুক্তা কারকপা নত্তে, মাসু করিগী চৎনীংদনি। অদুবু মাদি বাবানা য়াদ্রবদি চৎলোই অমুক হায়রে। মা চৎলোই হায়বা তাবদা রঞ্জিৎ শাওনীংবনা মৈ হৌরে। মানা বারুনী কাগে খল্লক্লিবসি থোইনা কানীংবগী ব্বাসু নত্তে, চীংখৈবু মাগী ওইনবা থৌরাং অমা শীনবনি। মদুদা চীংখৈনা য়াদ্রবদি মানা কারুবগী কান্নবা লৈত্তে। চীংখৈনা পুখ্রিদা ঈশিং শোক্লিঙৈদা মনাক্তা চঙশিল্লগা হায়রকই। "ঐনা ইচল অহুম্মু বারুনী কাবা পুবীগে খল্লগা নহাক্না য়াদ্রিবদি করিগীনো? ঐবু য়াম্না লান্না খনবগীরা?"

— "তামোবু হেক পোকমিন্নবা ইবুংগুম খঞ্জরিবনি। বাবানা চৎলুগনু হায়বদুদা চৎপা ঙমজদবনি।"

— "এ! অদুদি খুরা বোয়াইদা ঐ হায়নগে?"

— "হায়নবীগনু তামো! ঐ মথংগী চহীদা ওইনা য়াওজগে?"

হায়রিঙৈদা রঞ্জিৎ চীংখৈনা হায়জবা তাবীরমদনা বোয়াইগী মনাক্তা চঙলগা চীংখৈবু বারুনী কাবা পুবীগে, মা মশানসু য়াম্না চৎনীংই হায়রি হায়রুরে।

"ঐদি থোইনা য়ানীংদবা লৈত্তে; ইবুংঙো য়াওরগা চৎমিন্নগদবা ওইরবদি চৎচসনু করিসু কায়দে।" হায়দোরক্লে। খরা ফগাদ্রা খল্লগা চৎতনবা হায়রুববু চৎননবা হায়রুবগা চপ মান্নখ্রে। বোয়াইনা য়ারবনিনা চীংখৈসু চৎপদা তারে। হোরেন লম্বীদা চান্নবা পোৎ-চৈ থৌরাং পুল্লোই লোইরে। রঞ্জিৎকী ব্বাখলদা তৌবা থৌরাংগী পান্দমসু মায় পাক্লগনি খল্লি। নুংথিলদা বারুনী কাবগী থৌরাং পুন্নমক লোইদুনা লৈরবা কান্দা খঙহৌদনা নুমিদাংব্বাই পুং মরি মখায় তারকপদা বারুনী চীংখোঙদা লালহৌবা খুৎপু অমগা কমান্দো অমদি এ আরগী খুৎপু অমগা অকনবা নোংমৈ কাপ্নখ্রে; নাকল অনীমক্তা মীশি-মীনা নংলে; হেলিকোপ্তরনা নোংথক্তগী কোয়না পাইদুনা ফিভম য়েংলি, কুমসিগী ওইনা বারুনী কাবীদনবা মাইগৈ খুদিংমক্তগী ফোংদোরক্লি হায়বা পাউদু হেক তাবদা রঞ্জিৎ মাগী থৌরাং পুম্বা কায়বগী তানফম য়ৌরকপদুদা খাঙবা ঙমদনা শাওখি। ফি হোংদোক্লুনা চৎনবা থৌরাং পুম্বা লোইরুববা লৈশাবী অহুমদুসু পাউদু তাবদগী মাগী-মাগী তৌগদবা য়ুমগী থবক্তা পুক্লিং চঙনখ্রে। অসুম্না চহীসিগী বারুনীসু লোইখ্রে।

শক্তিবু থা অমুক পানখৎলক্রে, কুরাও মপালবু পামজবা উচেক্কা অয়ুক খুদিংগী কুরাও পাম্বী তম্না পাইরক্তুনা কুরাও মপালগী লৈহিদা ঙাওজরি। শোমদা তাইবং মীওইবগী মরক্তসু ইনখৎলকপা মতমগী পাখংশিংনা মানা-মানা খোয়দাজবা লৈশাবীগী মনাক অমুক্তং নক্কদবগী হোৎনরি। পাখংমকসু নৎত্রবা, নুপী থিদুনা মচা অনী লৈরবা রঞ্জিৎনা চীংখৈনা মখোয়গী ইংখোলদা লৈবা হৌবা নুমিত্তা চীংখৈবু পামজবনা মাগী ওইনবা মখল-মখাগী কোক্কী থৌরাং তৌরকই। অদুবু ঙসি ফাওবদি মপা অমুক্তা চাদ্রি। চৈরাওবা য়ৌরকপসিদা রঞ্জিৎনা অনৌবা থৌরাং অমমুক তৌরকই। মচানুপী লৈলাদা চীংখৈবু চৈবাওচীং কাবা চৎলুসি হায়না হৌনবা ইনশিল্লি। চীংখৈনা কয়া য়ানীংদবগুম তৌই। অদুবু রোমাসু যাওগদবনি হায়বদুদা বাক্নী কাখিদবগী মতাংদু খল্লুরগা য়াদবা ঙমদ্রে।

হৈশিংবী রঞ্জিৎকী মচানুপী লৈলানা শাপোনগা ফদিগা পাযবগা চীংখৈদা নেনে ঈরুজবীয়ু হায়বা লাকই। অঙাংদুগী নুংশিবা মতৌদুদা মমাগা লৈত্তবগা চীংখৈনা ঈক লুজবীরে। মদু অরাংলোমগী মৌ চাউবীনা উবদুনা লৈলাদা হংই। "লৈলা' নঙবু নেনে চীংখৈনা ঈরুজবীবিদুবু চৈরাওচীং কাদোইরো?"

— "কাদোইনি। ঐদি নেনেনা পম্নগা পুহন্দোইনি।"

— "কনা কনা কাদোইনো?"

— "নেনে চীংখৈগা ঐখোযবাগা কারদা চৎলগা কাদোইবা?"

লাইনা ঙাঙ্ডবগুম চুম্না-চুম্না ঙাঙ্ডবদুদা মখা অমুক তাবমদনা চাউবী ইমুং চঙলগা খুদক্তা কুঞ্জরানীদা টেলিফোন তৌরগা হায,

— "কুঞ্জরানী! ঐনা হায়বা চীংখৈ হায়বী লৈশাবীদুনা নচা লৈলাবু ঈরুজবীবি, মখোয় ঙসি চৈরাওচীং কাদৌবি। নঙ চীংথক্তা মফম চাবা অমদা ঙাইরগা নুপীদু খরা থেকহৌদ্রবদি মশক্কা ফজবনে রঞ্জিৎনা লৌবা শোযররোই। নঙ মদু খঙনা থবক তৌজহৌ! থম্মগে।"

অশোমদা কুঞ্জরানী শাওবনা চৈরাওবা নুমিত্তা চাক মবুক থনবা ঙমদ্রে। মা চীংখৈ হায়রিবী নুপীসি চৈরাওচীং কারকপদা চীংথক্তা হেক্তা মশম ফোইরগে হায়না চপ য়ুংনা থনখ্রে। চাক-ঈশিং চাবা লোইরগা রঞ্জিৎকী মারুটি কারদা মখোয় লৈশাবী খরগা লৈলাগা পুম্না তোংদুনা রঞ্জিৎনা থৌরগা চৈরাওচীং কাবা লাকই। কার খাম্নবা শেম্লিবা মফমদুদা কার খাম্নম্নগা ময়াম মরক্তা য়াওদুনা চীংমৈরোংগী চৈরাওচীং কাবা

হৌরকই। রোমানা লৈলা পম্বদু নিঙাই তৌরকপদগী রোমাদগী চীংখৈনা লৌরগা অমুক পম্মী। অঙাং পম্লগা কাবদুদা চীংখৈদু শ্বর থবেৎ-থবেৎ হোনলি। তংখায় অমরোম কারবা তুংদা রঞ্জিৎনা নেনে বারনি বাবা অমুক পম্বীরগে হায়রগা লৈলাবু চীংখৈদগী লৌরগা মানা অমুক পম্মী। তাঞ্জাদুমক্তদা ঙসাইদগী মখোয় অসুম্না লাক্কনি হায়বগী পাউ ফংলবী, মীৎ কুপ্পুনা মখোয় লাকপা য়েংদুনা ঙাইরক্লিবী কুঞ্জরানী বাখল শ্মুবা ঙমহৌদ্রদুনা চীংখৈ তম্না চঙশিল্লকই। শোমদনা লৈলানা মমা উবদা মমা-মমা হায়না অনীরক হন্না কৌরকই। রঞ্জিৎনা মচাবু মমায় পায়রগা লয়থোকপদা লৈলা মখোল হৌনা কপখৎলকই।

কুঞ্জরানীনা মরোল অমা চীংখৈগী খুদাং তাপ পায়রগা নাকন্দা চিংথোকখ্রে। শারী অমা শান্নসি হায়রগা চীংখৈগী খজাইদা খুপাক্কা কন্না শেং হেক্তা থাবনি। "নঙ খঙব্রা? নঙনা মীগী নুপা মুনবা য়াব্রা? নঙনা হান্না পম্লম্বা অঙাংদো ঐগী ইচানে; মপা অসিগা ঐগা লুহোংদুনা লৌনরগা পোকপা।"

চীংখৈদি করিসু খঙজদবনা কুঞ্জরানীনা খঙহৌদনা খুপাক্কা থারকপদুগী চৈনাদুনা "ইমা" হায়রগা খজাইদা মখুৎনা নাল্লগা ইকায়না খাঙই। কুঞ্জরানীনা অচৎ-অওকশিংদুনা লাওরকই — "নুপীসি মীগী নুপা মুনবা ঙম্বীনি।"

ময়াম মফমদুদা য়া-য়া, মী খৎনরে, নুপী মশেন্নি, নুপা মুন্নবগী ওইরমগনি। অমদি লাম্নুরমান্রে, তুমিল লৈ। অসিনচিংবা। রঞ্জিৎসু কুঞ্জরানীগী মতৌদুদা শাওনীংমনখিদুনা কুঞ্জরানীবু মমায়দা খুপাক্কা অনীরক থাখ্রে। চীংখৈদি মমায় ঙাঙশং ঙাওনা ইকায়না লেপ্লগা নোম্বদুনা লৈ। রোমানা লৈলাবু পম্মী। থোইনুসু কুঞ্জরানীনা মচে ফুখিবদু খল্লুরগা নুংঙাইতে। ময়াম চঙলক্নুনা বাহং-পাউহং তৌবদা কুঞ্জরানীনা খনবনবদগী থোকপনি; মানা লৌন-লৈনবসু নত্তবা লৈশাবী অমদা খুপাক্কা থারুবদু লাস্লে হায়জহল্লু হায়নরকই। কুঞ্জরানীনা মানা লাস্লে হায়জরকপদগী লাংলম্বা ময়ামদু কায়নখ্রে।

থৌদোক্তুদগী চীংখৈ ইকায়-নুংশি য়ান্নদুনা চীংদোল লোম্না কাসি হায়বা য়াদ্রে। মখোয় চৈরাওচীংগী লাই খুরুমফম য়ৌরমদনা কুমথরক্রে। থৌদোক্তুনা মখোয় অনীগী মরক্তা অনৌবা অফবা নৎত্রগা ফত্তবা মরী অমা শাগৎনবগী মচাক পীবগুম তৌহন্বীরে।

রঞ্জিৎ নুমিদাংবাইদা চীংখৈনা পুষ্ত্রিদা ঈশিং শোকপা থোরকপদা ঙাইরগা বা অমা হায়রকই — "চীংখৈঙানবী! নহাক ঐগী মরমগীদমক চোপ্পা অমদি ইকায়বা

নংলে। ঐনসু থৌদোক্তুদগী নওবু অমুক্তা হেন্না নুংশিরক্লে। ঐ কুঞ্জরানীবু খাইনবা পাম্লে। ইচা লৈলানসু নওবুদি লুনা তৌই। নওনসু মাবু লুনা তৌবী। অদুনা ঐখোয় অনী লৌন-লৈনরগা লৈলাবু য়োকমিন্নরসি, নও করি খল্লি?"

ৱাহৈদুনা চীংখৈবু মমীত্তগী মপি তাহনবীরে। যাম্না তপ্না হায়রকই — "তামো! ঐদি তামোবু পোকমিন্নবা ইবুংমক্লি খঞ্জবিবনি। ঐবুসু তামোনা রোমাগুম্না নচনমক্লি খনবীয়ু। ঐ তামোদা ৱাখল লান্না খনবা ভমজৱোই, মসিমক্তংদি য়াবীয়ু।" অসি হায়বম্লগা চীংখৈ য়াম্না থুনা ইমুংলোমদা চঙখ্রে। তুংদা রঞ্জিৎনা কৌবদু চীংখৈ তাদনা চীংখৈ চঙখিবনা হানখ্রে। নুপীনা য়ানীংদ্রবদি পামজবখক্তনদি য়াবজাৎ নত্তে।

নুমিত্তুদগী চীংখৈ মতুংদা রঞ্জিৎনা হৌরকপা প্রোগ্রাম অমত্তা য়াখিদ্রে অদুগা মহাক লৈলাবুসু মঙোন্দগী লাপথোকহন্নবা মিকুপ খুদিংমক্তা হোৎনদুনা লৈরে।

নহানগী চৈরাওচীংগী থৌদোক্তু হকথেংনরুবা কাঙ্কুনা মথং-মথং তন্নরকপদগী বোয়াইগী মনাকোঙ য়ৌরক্লে। ৱাথোক চাউবী ওইদুনা মচা চীংখৈগী মরমদা লৈরু-লৈরুবা মফম খুদিংমক্তা ৱাথোক ঙাক্তা ওইরকপসিনা বোয়াইনা মচানুপীসি মাগী পোক্লফম খুঙ্গংদা মবাই ইবোচৌবগী মনাক্তা থিনখ্রসিরা খল্লকই। অদুবু মবাইনা মচানুপী লুহোংবীরগে হায়বকান্দা তোক্লসি হায়বগী চিঠি অমা থাখিবদুনা মবাইনা কবি খল্লমগদগে; মাবু শাউরমগদ্রা অমুক চিংনরকই।

বোয়াইনা মচাগী মরমদা ৱাজবগী পাউদু তোনদোন্না মিলগী চেং খৈফমদা চেং খৈবা য়াওবী ইবেমহলদা ৱারী তৌরুরে। ইবেমহলনা চীংখৈবু মচাগুম্না য়াম্না লুনা তৌবীগদবা য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসর ওইবা অহল অমা লৈরে হায়না ফোঙদোরকই।

ৱারীদি অসিনি - ওজা গুলাপ য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসরনি। চহী ৫৫ রোম শুরে। পোলিটিকেল সাইন্সকী ওজানি। মাগী নুপী মেমথোইসু স্কুলগী ওজানি। মেমথোই গোল্ড ব্লেডরদা নুঙ লৈদুনা ওপরেসন তৌরুরগা য়ুমদা হল্লকপদা ঙাইরি। ইমুংদুগী থবক-ইনখাঙ পূন্নমক ওজা গুলাপ অমদি মাগী মখাদা রিসার্স তৌবা খাবমদগী ছাত্র অমনা মতেং খরা পাংদুনা হোৎনরি। মচানুপী অহলদু দিল্লিদা এম বি ও লোইরগা থবক অমা ফংলে হায়। মচানুপা সৈনিক স্কুলদা ক্লাস IX তমক তল্লি। ইমুংদা মীরোল লৈতবনা য়াম্না ৱারে। য়ারবদি চীংখৈবু মখোয়গীদা থম্নবা শীনবীয়ু; ওজা গুলাপকী অয়া-য়াদগীদি মানা দায় ওইগে ফাওবা হায়রকই।

*বোয়াইসু ইবেমহলগী বাদু য়ানীংবগুমদি তৌরে। অদুবু বোয়াইনা চৎলগা করম্নদি হায়রক্নি। ওজা গুলাপ্না অমুক্তং বোয়াই উনরগা বাফমদু হৌদোক্লরগদি বোয়াইনা য়াগদবা মানবদুদা ইবেমহলনা পাউদু ওজা গুলাপ্তা তম্নবদগী গুলাপ বোয়াই উনবা লাকই।*

বাফম খুদিংমক থম্মোয় শেংনা ফোংদোক্লবা লোইরবা মতুংদা গুলাপ্না অরোইবা ওইনা হায়রকই। "ঐ ইচানুপীসিবু ঐনা পোকচবী ইচামক্নি খন্না লোয়নজগে, অবাবা থবকসু থোইনা শুহঞ্জরোই।" বোযাইনা গুলাপকী বা তারবতুংদা অরোইবা ওইনা মচানুপীগী মোৎ অমত্তং লৌরখিগে হায়রগা মচাবু কৌথোবকই। চীংখৈনসু মহাকথক্তা মপাবু য়াম্না তোয়না রাহনবনিনা ঙাঙনবিবা বাফমদু য়ারে হায়না ফোঙদোরক্লে।

নুমিৎ অফবা অমা যেংলগা চীংখৈঙানবীবু মমা মপা অনীনা ওজা গুলাপকী য়ুমদা লৈননবা থিনবীবক্লে।

গুলাপকী য়ুমদু দলান মথোল অনীনি। ইংখোলদু অদুম চাউই। থোঙ্গালদু চেক্লা বাল খাবগা গেট টাটা গাড়ী চঙবা চনবা অমা পাল্লি। থোঙ্গাল ময়াদা পুখ্রি অমসু লৈ। পুখ্রিদু মপাল নুঙনা চল্লি; সিরি অমসু লৈ। পুখ্রিগী মপান্দা লৈ মখল-মখল হৌই। মমাঙ শঙ্গোয় ফজবা অমসু লৈ. শঙ্গোয়গী ডারিদা কাব থৌগৎফম লৈ, কারগী গেরেজসু শঙ্গোযদা অদুম ওই। কারদু কয়া তোয়না থৌদবনিনা কোভরনা নীংথিনা কুপ্লগা লৈ। মখোয়গী ইমুংসিদা অঙাং শাদুনা লৈগদৌরিবসি চীংখৈ মতোমতনি। মরক-মবক্তা অযুক্তা ওজা গুলাপকী মখাদা রিসার্স তৌবা তোম্বীমচা স্কুটরদা নৎত্রদা মাকটি কার তোংলগা ওজা গুলাপকা রিসার্সকী মতাংগী বা তান্নবা লাকই। মহাক থেসিস নম্বা হৌরবনি। তোম্বীমচা লাইরিক চৎনবা য়ানা ফরকপা ছাত্রনি। মাগী অশোযবা অমা হায়বা তারবদি নুপীগুম্না তৌবা মঙং অসিনি। চাক-থোংবা, ইমুংগী কুপ্নোম মা লোইনা হৈ। হন্দক ওজা গুলাপকী লোয়নবী মেমথোইনা ওপরেসন তৌবগী হোসপিটালদা লৈরিঙৈদা ওজা গুলাপকী ইমুংগী থবক অয়াম্বা মানা লোইনা তৌরিবনি। মানা মীগীদা অসুম্না তৌবসি ইমুংগী মচিন মনাও অমদি অহলশিংনা কয়া পামদে। মরমদি তোম্বীমচাগী ইমুং খাবম লৈকায়দা য়াম্না নুংঙাইবা ইমুংনি। ময়াম্বা ইঞ্জিনীয়রনি; মনাওসু ডাক্তর তম্লি। মচে অনী লৈবদুসু ময়ুম পানখ্রে। অমদি কলেজ ওজা ওইরি। তোম্বীমচাসু কলেজ ওজাগী অইবা চাংয়েং য়াওখ্রে, রিজল্ট হায়দোরকপা ঙাইরি। ঙসিসু অয়ুক্তা লাক্লম্লগা হনখিবদা ঙাইরি। মাসু চীংখৈ কৌবী নুপীমচা অমা লাক্কনি হায়বসি ঙরাংদগী তারবনি।

চীংখৈনা ওজা গুলাপকীদা লৈবা নুমিৎ নীনি শুরে। অহানবদা খরা কোইবগুম তৌরম্লবসু ইমুং মখল খবগী মী তিম্নরক্রবনিনা মী লোয়নবদি য়াম্না হৈরে। ৱাঙাঙ, থৌগম্নোন-ব্যবহারসু ফন-য়াম্না খঙলে।

মাগী মী লোয়নবা হৈবা, হৌন খঙবা মতৌসিনা গুলাপ অমদি মেমথোইনা চীংখৈবু মচাগুম্না লুনা তৌবা হৌরে। নহানমখৈ মানা ইম্ফালদা লৈবকপসিদা মী অমত্তনা নোংমতা হংবীদবা ৱাহং অমখক ওজা গুলাপ্না হংলকই।

— "ইবেম্মা! ইচাবু লাইবিক্তি কয়া য়াম্না তমহৌবগে?"

য়াম্না ইকায়না — "পাবুং! ঐদি টুৱেলফ ফাওবদং তম্লগা অদুম তোকখ্রে।"

"আই! নহাক্কী সার্টিফিকেট, মার্কশিট অম ম লোইনা লৈব্রা?"

"লৈজৈ পাবুং।"

"অদুদি হন্দক্কী বী এ গী মিং চন্নবা মতমদা ইচাসু মিং চন্লগা বী এ লোইশিন্দবা য়াদ্রে। হৌজিক্কান্দা লাইরিক যাম্না হৈত্রবদি মীনা শীঙথানদে। নুপী ওজা, নুপী উকিল, নুপী ডাক্তর, নুপী পুলিস ময়াম অমা থোরক্লিবশিংসি লাইরিক হৈবগা ওইবা ঙাক্তনি। নঙসু মখোয়গুম্বী অমা ওইবা য়াই হায়বসি পূক্লিংদা অচেৎপা ৱাখল থম্লগা হোৎনরবদি নোংমদি শোয়দনা ওইগদবনি। ইচা লাইরিক মখা তমথদবা য়াদে। ইপানা নঙবু লুৱাংশঙবমগী লিবরেল কলেজদা মিং চনবীরগনি।"

চীংখৈনা খঞ্জরকই — "লাইরিক হৈবা মীসিদি লাইরিক্কী মরমদা হেক্তা ঙাঙই।"

মহাক বী এ তম্বা ফংলগনি তাবদা মথুম-মরাং হৌজরে। মখা তানা অমুক খন্নকই — "ঐনা বী এ ওইরবদি তামো তোমপোক্কী পাবুংদুনা ঐবু পাম্বীবগদ্রা? মখোয়না ঐবু পামদবদু লায়রবখক্কীদা নত্তনা লাইরিক হৈতবগী মরম অমসু শোয়দনা য়াওরমগনি? ঐগী পূক্লিং অসিনা মাবু নোংমতসু কাউরগে ঙমদে। মাগী সনাগী লীক মরী অসিনা ঐগী ঙকশমসিদা লৈরিমখৈদি ঐনা মাবু কাউবা ঙমগনি হায়বা থাজদে। শিংসু-শিংথ্রবা কছারগী মৈতৈ পাখং হায়বদুনি। অহীংদুদা ঐবু শোয়দনা থোরক্লবা মাগী যাদু পুবা ৱাহৈ - "হোরেন অহীং পুং ১১ দা ঐ নঙগী লুহোংবগী পোৎপাং অমখক নঙনা ঙসাই থারম্বা গুলাপ্পুগী মখোঙদা থমজরমগে, মদু নঙনা মী উদ্রিঙৈদা খরা লৌশিনবীয়ুকো।" মদুগী ৱাহৈদুদবু ঐনা করম্না অহীংদুদা মাবু উনবা থোক্তবা ঙমগদগে? মানা শিবীরম্বা ঙকশমগী সনা মরী অসিনা মাবু পুন্সি চুপ্পা কাউজ্জদবা পীনবীয়ুকো! হে ঈশ্বর।"

ওজা গুলাপ্না দিল্লিদা লৈবী মচা রীনাদা চীংখৈঙানবীনা মখোয়গীদা লৈরগা মমা অমদি পাবুংগী সেবা নীংথিনা তৌবী, চীংখৈগী মশক-মতৌ, ঈং-তপ্পা, হৌন-খংবা, মরম মোকপা, লাইরিক ফজনা হৈরম্বা কয়াদুগী মরমদা চিঠি অমা ইরগা থাখ্রে।

মচা নুপা তরুন্দসু চপ মান্নবা চিঠি অমা ইখ্রে। মথংগী অয়ুক্কি। তোম্বীমচা ওজা গুলাপ উনবা লাকই। চীংখৈনা থবক-ইনখাঙ লোইরগা লৈ ঈশিং চাইরিঙৈদা তোম্বীমচা শুমাঙ য়ৌরক্রে। চীংখৈবু হেক উবদা "অস! সিদি মশক খুৎফজ্জ অমা"। মতোমতা থম্মোয়নুংদা খঞ্জবনি। মা চীংখৈগী মশক্তু অসুম য়েংদুনা লৈনীংবগুম তৌরে। মখা তানা খল্লি "মহাকসি ওজাখোয়গী মরী-মতা শোয়দনা ওইরমগনিদা! অসুক মশক ফজ্জবীসিবু করম্না মীনাই ওইগদৌরিবনো?" চীংখৈনা তোম্বীমচাবু হান্না মশক খঙদবনিনা - "কনা উনবীগদবনো" হায়না হংলকই। তোম্বীমচানা পাউখুম পীরকই — "ইহে, মেম্মা! নহাক্তা ঐবু খঙদ্রমালে, ঐ ওজা উনবা লাকপনি।" হায়রগা ইমুংদা চঙখ্রে। ইমুংদা ওজা গুলাপকা তোম্বীমচাগা উনখ্রে। ভাইহাক কান্নরবা তুংদা চীংখৈনা বেটিং রুমদা চা কপ অনীখক পুরগা চঙলকই। গুলাপনা হায়রকই — "তোম্বীমচা! নঙদি খঙলিব্রোই, মাগী মমিং চীংখৈ কৌই। মহাক ঐখোযগীদা লৈরবনি। মহাক টুরেলফ পাশ তৌরে। ঐখোয়গী লুব্রাংশঙবমগী লিবরেল কলেজদা বী এ তমহনবা তারে। পোলিটিকেল সাইন্সতা ওনর্স লৌহল্লসি। নঙগী মরুপ অমসু ওজা ওইবি হায়বদাই? মখোয়গী মিং চন্নবা মতমদু হেক য়ৌবগা নঙনা খরা শীল্লগা মাবু মিং চনবীরসি। অদু, নঙনা খঙগদবা অমনা মহাকসে ঐনা হেক পোকচবা ইচা রীনাগা চপ মান্নে হায়না খনগদবনি। নঙনা মাবু লাইবিক্কী মতাংসিমদি গাইদ খরা পীবীবা তারে।"

"য়াম ফনি ওজা! ঐ মতেং পাংজগে।" তোম্বীমচানা খুমই। তোম্বীমচাগী ৰাখলদা ওজা গুলাপ্পুগী মানা য়ান্না পামজবা পোৎশক অমখক মখুৎমক্তা পীরকপগা চপ মান্নবা ৰাফম অমা ফোঙদোরকপদুদা কযাগী মতিক হবাউজে। ৰাখল খন্না-খন্না চীংখৈনা পীরম্বা চাদু থকই।

চীংখৈসু ওজা গুলাপনা তোম্বীমচাগী মফমদা হায়খিবা ৰাফমদু লোইনা থোঙগী ৰাংমদা লেপ্লগা তাখি। ইমুংগী অহলসিনা মাবু মচাগুম্না খনবীরম্বসি মাগীদমক্তি মরাইবক কয়াদা ফগ্রবনো? তৌবগীবুদি মানা 'অ' ময়েক খঙদবী লৈশাবী অমা ওইবম্লগদি গুলাপ্না মাবু লোয়নবগী মওংসি তোঙানবা মওং অমদা চথরম্বসু য়াই। মানা ইথা-থাজদনা মীগী য়ুমদা থবক শুদুনা লৈরুরগে হায়না লাক্রেগসু টুরেলফ য়ৌনা

মহৈ হৈরগা লাকপদুগা মাগী মশক্কে, হৌনা খঙবনে কয়াসিনা অচুম্বা লম্বীদা লাক্নবগী মরম ওইখিবনি।

তোম্বীমচাদু ইমুংসিদা চীংখৈ লৈবম্বদগী ময়ুমদা পাক হেক হল্লীংদ্রে। তোয়না লাকনীংবগী বাখল অমসু পোক্লকপগুম তৌরে। হান্নদি হেক য়ৌরকপগা চা লোনবা, চাক থোংবা, তঙাই ফদবা মতমদদি ইমুংদা কোল-লিক ফেংবা, বাই তৈবফাওবা য়াওখ্রবনি। হৌজিক্তি মদুগী থবকপুম্বা চীংখৈনা লোইনা শিনখ্রগনি।

ওজা গুলাপ্পা হায়রকই — "তোম্বীমচা! নঙ য়ৌবো! নঙগী পেপব অমা ফোঙবগী মতাংদু হয়েং দিপার্টমেন্টতা ওইনা তান্নরসি। ঐসু ইচা চীংখৈ লৈববনিনা দিপার্টমেন্টতা চাং নাইনা ফম্বা ঙম্লগনি। ঐগী কাদু থোঙ লোনমনবদু কনাগুম্বনা উরগা তলব লেম্না ফংবগুম খল্লম্লগনি। মিতিংগী অক-অকবা চে চাং কয়াসু লৈবম্বা য়াই, নঙ শংলবদি খরা চৎলগা কাদুদা লৈরম্বা অকবা চে-চাং লোইনা অমুক্তা পুবকউ।"

— "ফনি ওজা! ঐ চৎচরুগে?" বাহৈদু হায়রম্লগা তোম্বীমচা খোকখ্রে। মানা থোক্লকপদা চীংখৈদু মেমথোইনা ঈরুজবগী ফি থাদোক্লগা পোলাংখোক্তা ফৌদুনা লৈরম্মী।

য়াম্না কৌজনীংনা তোম্বীমচানা — "মেম্মা! চা য়াম্না হাউই। অমুক চৎলগে?"

চীংখৈ তোম্বীমচানা মাগী মহৈ তম্বগী লম্বীদা মতেং পাংবীবগী অযাবা লৌখিবদুনা মরম ওইরগা "হোয় তামো" হায়না হরাউনা খুম্মী।

মানা হরাউনা খুম্নকপদুবু নুংশি মপাও পুরগা চৎপগুম তোম্বীমচা বাখল য়াম্না নুংঙাইনা ময়ুম য়ৌখি।

মপাবুংনা ইখিবা চিঠিগী বারোল পারুবদগী দিল্লিদা লৈরিবী রীনা য়ুমদা থেক্লক্কে হায়বগী পাউ লাকই। মপাবুংনসু থোক্লকউ হায়খ্রে।

কোলকটা ফাওবা ট্রেন্দা লাক্লগা কোলকটাদগী এরোপ্লেন তোংলগা লাক্নবা টিকেট ককপা লোইরে।

রীনা পিক্লিঙৈদগী লাইরিক ফরকই। ওজা গুলাপ্পা অহানবা য়ুনিভর্সিটিগী এসিস্টেন্ট প্রোফেসর ওইনা চঙবা চহী অনীরোমদা ঙাইরিঙৈ মতমদা মচানুপীবু দিল্লি পব্লিগ স্কুলদা মিং চম্নবা চাংয়েং পরিক্ষা য়াওহল্লি। লাইবক ফবদগী চাংয়েংদুদা খনবদগী দিল্লি পব্লিক স্কুলদা মহৈ তম্বা হৌরকখি। অতোপ্পা অন্ধ্র প্রদেশকী বীসাখাপাটনমদগী

ভেনকটেশ্বর রাও কৌবা য়ুনিভর্সিটিগী পোলিটিকেল সাইন্স তম্বীবা ওজা অমসু মচানুপী সুনিথা রাও কৌবী অমগী মিংচনবা দিল্লিদা লাক্লম্মী। মখোয় হোটেল অমগী থংনবা কাদা লৈমিল্লখি। তাঙ্গা অমদগী রীনাগা সুনিথাগা ইন্ট্রান্সকী পরিক্ষাদা ফাল অমত্তদা ফম্মিন্নখি। মখোয় অনীমক সেলেক্সন ফংবদগী মিং চনবগী পৈশা থীবা, হোস্টেলদা চঙবা পুন্নমক্তা তোয়না উনবদগী শক খঙনবগী তাঙ্গা ফংখি। মখোয় অমগা অমগা শক তাক্লখি। মপা অনীমক মান্নবা সবজেক্টকী য়ুনিভর্সিটি ওজা ভাক্তা ওইবা, চহীসু হাইফেৎ মান্নবদুদা হেন্না নকশিন্নখি। য়ুনিভর্সিটিগী সেমিনারনচিংবদা ইনভাইট তৌনসি হায়নখি, অসুম্না চহী তরারোম ঈ-পাউ থানদুনা সেমিনারনচিংবদা ইনভাইট তৌনদুনা ওজা গুলাপ বীসাখাপতনমদা চত্তুনা ভেনকটেশ্বর রাওগী য়ুমদা নুমিৎ নীনি লৈকরে। ভেনকটেশ্বর রাওসু মণিপুরদা থোক্লকুনা ওজা গুলাপকী য়ুমদা লাক্লম্লে। মণিপুরগী লাইফম, লোক্তাক পাৎনচিংবা উখ্রে। অদুদা নত্তুনা মণিপুর দান্স একাদেমীদা উৎপা জগোই রাস, কোরসকী ড্রামানচিংবা কয়াসু উখ্রে। মণিপুরগী কলচরগী মরমদা রিসার্স তৌনীংবগী রাফম ফাওবা ফোঙদোক্লম্মী। অদুগ নত্তুনা খেন্নবা লমদম অনীবু হেন্না নক্লবা অমদি নুংশিনবা মরী থম্নবা মাগী মচানুপী সুনিথাবু মতিক চাবা মৈতৈ নুপা অমদা থাজবদা করিসু চিংনবা লৈতে; অদুনা ওজা গুলাপকী মচানুপীসু মাগী মচানুপাগী মমৌ ওইবদা হেন্না হরাউগনি. হায়বগী রাফম ফাওবা হৌদোবকখি। অপিকপা জাতি ওইবনা ওজা গুলাপ পাউখুমদু ইরায লায়না পীবা হেক ঙমদে। অদুবু লাইনা তম্বা হায়বা তারে। ভেনকটেশ্বর রাওগী মচানুপী সুনিথাগা রীনাগা ক্লাস অমদি সবজেক্ট মান্নবনা মরম ওইরগা রীনা সুনিথাগী মবুং সুভারাওনা পুদুনা বীশাখাপাত্তনমগী ভেনকটেশ্বর রাওগী য়ুমদা চত্তুনা লৈরুবা অহন্নক শুরে। চহী তরারোম তিন্নরকপসিদা মোৎ খেন্নবা থোইনা লৈতে। সুভারাওনসু রীনাবু অদুম পামজৈ। রীনাসু অরাংবা রাখলদা চাউরকপনা সুভারাওগী প্রোপোজেলদু য়ারে। মখোয় অনী ফোরেন্দা চহী খরা থবক তৌদুনা লৈরুসি হায়বগী রাফম ফাওবা য়ানবে।

সুভারাওনা রীনাবু কোলকটা ফাওবা ট্রেন্দা থিল্লক্লগা মথাতানা ইয়ারপোর্ট ফাওবা থিল্লম্লগা রীনানা এরোপ্লেন হেক তোংবগা সুভারাও অমুক হনখ্রে।

শোমদা ফ্লাইট মতম য়ৌরক্লুনা ওজা গুলাপ মারুটি কারদা মচা রীনা ওকপা চৎখ্রে।

রীনা থোক্লক্কনি তাবদা চীংখৈঙানবীদি ইকায়জবনা তৌফম খঙদ্রে। মানা লৈরিবসি ফন্দ নুংঙাইনা লৈরগসু মীনাইগী থাক্তনি হায়বসি খল্লুবদা ইকায়জবনি।

অদুবু মাগী লাইবক্লা তন্নকপনিনা মতম খবদি খাঙবা তাবনি। বীনা য়ৌবক্লগনি তাবদগী চীংখৈ ফমুংদা তুমিন ফমদুনা লৈ।

ওজা গুলাপ্পা বীনা পুবগা লাকপনা থোঙ্গালদা গাডী থৌজিল্লক্লে। মেমথোইনা মচা থুংলবদুদা মৈ ওকই।

চীংখৈঙানবীদি ইমুংদা মিঙ্গল তিং-তিং চোংলে।

জীন খোঙগ্রাও শেৎলগা মৈ ওকফমদা মমা খুকুম্নগা অসুম চঙলকপনা মাঙ্গোল যৌবে।

ওজা গুলাপ্পা কাবদু গেবেজদা থৌজিল্লি।

বীনানা মাঙ্গোলদা কাখৎলক্লবা ফাওবদা চীংখৈ মপাল থোবক্লে।

ওজা গুলাপ্পা কৌবকই — "ইবেম্মা। চীংখৈ, তাবিব্রা নঙবো?" চীংখৈ কৌবিবদু তাবদুনা — "পাবুং। ঐ ইমুংদা লৈজেয়ে।"

— "লাকও। থোবকও। নচে বীনাসু লাক্লে, শক খঙনবরো? নঙগা শক খঙননীংবদগী লাকলিবনি হায়না ইপাদা কযাবক হাযবকখ্রবনি।"

চীংখৈদু পাক হেক থোবক্লে।

বীনানা হায়বকই — "ঐনা উনীংই হায়কবদুদা শক্লু য়েংহন্নরোই হায়বরজাৎলা?" ঙাঙনা ঙাঙনা শুৎ কেশ হাংদোক্লগা মানা চীংখৈদা পীগে খন্না লৈবকপা পোত্তু লৌথোকই।

মেমথোই ইমুংদা চঙখ্রগা চীংখৈবু পুবগা থোবকই।

মর্মীৎ অনীদু লুহোংবগী কৈন্যা পুথোবকপগা চপ মান্ননা সজিনা য়েংবগুম ওন্থোক্লা কিজনা বীনাবু য়েংলকই। মানা অদুক কিজনা য়েংলুব্বিবা নুপীদুনা জিন খোঙগ্রাও শেৎলম্বদুদা ইঙক-ঙকপগুম পুক্লিংদা "অসি ওইবে" হায়না খনখি।

হায়গুম্মদনা বীনানা মনাও ওইনা লোইনিগদবী চীংখৈগী মশক-উবগা খঙহৌদনা নুংঙাইবা অমা ফাওবা হৌবে। চীংখৈবু হেক উবদা নুংশিমন্দুনা মতিনবু য়োৎলি। খুদিংমক্তা চন্নফম বাঙবা হায়বসি ফজবগী গুন্নি। মুবা ফজবা মশক নাইবা মী লাকপদা পুথোক্লগা ফমহন্নীংই, ফিকক, ফজবা, লুবাক ফজবা অরু-অনানগী থবক্তা হেক্তা হান্না পায়বা তান্নে; কৈথেন্দা য়োনবা য়েঙ্গাং ফাওবা ফজবদি হেক্তা তাপ-তাপ মুন্নে।

মসি তাইবং মীগী শকতসু অমহানি। অদুনা ইনখৎলকপী নুপী মচাশিংগী মফমদসু শক ফজবা, চুং ফিরাল চাবা হায়বসিনা পুম্নমক্কী মকোক্তা হেক্তা লৈ। শক্কী তুংদা মগুন, মথংদা শমপত্তি লাকই। চীংখৈগীদি শক্কা, রাষি-গুণগা অনীসিনা মমাঙ থংই। মাগী অরাৎপা হায়ববু লায়রবা ইমুংদা পোক্লবা অসিখক্তনি।

শোমদা চীংখৈনা লায়রবদগী মীগীদা থবক শুদুনা লৈরুবগী ইকায়জবা, অমবোমদনা বীনানা চীংখৈগী মশক উবদা শক্কীদমক হাইফেৎ ইকায়জবা, মখোয় অনী চাংদম্নবদা অমনা হেন্দে, অমনসু বাহে। মহৌশানা শক ফজবী অমনা ইনাকখুনবা ইমুংদা পোক্লম্নবদি নাপন খরদি অদুম কানবনি। অদুবু লায়রবা ইমুংদা পোক্লরগনা খরা নোম্লুক্লা মচৎলি। মদুগী কুম্মৈদু গুলাপকী মাঙ্গোলদা উরে। বীনাগী মফমদদি মপাবুংনা চিঠিদা ফোঙদোবকখিবা মরোলদগীদি চীংখৈগী ফজবনবু হেল্লম্লে। মসিদনি ফজবগী চন্নফম যাম্মী হায়নবিবসি।

বীনানা লৈবকপা চরিক পরেংদু পুথোক্লগা হায়বকই — "সে নঙ সিদা অমুক্তা চংলকউ। ইচে নঙগী ঙকশমদা চরীক পরেংসে শিবীগে?"

মিকুপ্পুদা চীংখৈনা খপ্পবকই — "বাহৈসিমক্তি ঐগী ইফমদা অনীরক হন্না তাপ্পবা বাহৈনি। মহাকসিবু পাম্মুবনা মাবু নীংশিংনবা মাগী পাউজেল পুবা মীশক ওইনা থারক্লিব্রা?" চীংখৈনা বাখল অমদা উংলুবগী মীৎলুদা পিরাং পিরোইননা লেপ্লিঙৈদা বীনানা চঙশিল্লক্লগা চীংখৈগী ঙকশমদা চরীক্তু শিবীখ্রে। চীংখৈগী মীৎলুদগী পিরাং থিংবা ঙমখিদ্রে। মাগী নুংগী অর্থদু মখোয় অনী মচিন-মনাও ওইনা মমা অমগী গর্ভদগী পোকমিন্নবা ওইরম্নবদি হায়না খল্লিবোই নীংখ্রে ওজা গুলাপ অমদি মেমথোইনা। মানা কপ্পদুনা মমা-পাবুং অনীসু থম্মোয়দা খঙহৌদনা অমুক্কা হেন্না চীংখৈবু নুংশিবা ফাওরকই। চহী খবগী মমাঙদা এক্সিদেন্টতা লৈখিদ্রবী মচা রীতাবু মিকুপ্পুদা নীংশিংলকই। চবীক পরেংদু শিবীরবা তুংদা লৈ মচুগী সলবাব কম্মিজদু অমুক পুথোরক্লে। মপাবুং লৈবনিনা চীংখৈবু ইমুংদা পুশিল্লগা ফি হোংহন্নবা মখোয় অনী চঙমিন্নখ্রে।

কাদুদি মহাক থুংলরনি হায়বদুদা চীংখৈনা ঙরাংদগী শিৎ-নান্না শিৎতোক-শেংদোক্লগা মোমপাক-ফিদক অহনবা, মোনখুম অহনবা শিল্লগা দেকোরেসন তৌদুনা শেম্নবনি। মদু উবদা রীনাদি অমুক্কা হেন্না হরাউখ্রে। নুংশিনা চীংখৈগী খজাইদা চুপ্পীখ্রে। মিকুপ খরগী মমাঙদা অদুক যাম্না ইকায়জরম্বীদো রীনানা মাবু হেন্না লুনা-চান্না তৌবদুদা মখোয় অনী যাম্না থুনা নকশিন্নখ্রে। চীংখৈগী মপুক্সিদা হান্না অমক্তা শেৎখিদ্রিবা

সলবার কম্মিজদু ঙসিদি শেৎতবা য়াবোইদৌরে। মানা ইকায়জে হায়বদু রীনানা তাবীদনা চীংখৈবু সলবার কম্মিজদু নমদুনা হোংদোকহল্লে। লৈ মচুগী সলবার কম্মিজদু শেৎপদা চীংখৈগী খজাই অনীদুসু ফিদুদগী থক্তোরকপা মচুদুনা ঙাঙলৈননা য়েংবদা কয়াদি নুংঙাইরে। মনা অনীদুসু তঙাং-তঙাংনা ফজবা হেনগৎলক্লে। খুদক্তদা রীনানা মাগী বেগতগী পেন তৌনবা লিপস্টিক লৌথোক্লগা তৈবীরে, আইব্রোসু য়েকপীরে। হয়েংদি পীশুমগী তু অমুক ফোইবীগে শোয়দনা হায়রক্কদৌরি।

হাইফেৎ কেবীবা লোইরগা মমা অমদি মপাবুং গুলাপপু য়েংহন্নবা মপান্দা পুথোরক্লে। চীংখৈদো রীনানা দিল্লিদগী ফজবা লাইধীবি অমা লৈরকপগুম তৌরে। মমা অমদি পাবুংনা মচা অনীগী নুংশিনজবা উবদা নুংঙাইজৈ। মচা বীতা হিংলম্লবদি অসুম্না তৌরমগনিকো হায়না খল্লুই। গুলাপ্না খল্লকই — "সিদবু ইচা মীচা খায়রুবা য়ারিবা মতাঙলা?"

মীগী ইংখোলদা মীনাই ওইনা লেপ্লগা হৌরকখিবা পুন্সিদো ঙসিদি থাক খরগা হেন্না কাখৎচদুনা গুলাপকী ইমুংগী মী অমদগী করিসু তাদ্রে। রীনানসু লৈখিদ্রবী পোকমিন্নবী মনাও রীতাবু অমুক ফংবমুক নুংঙাইজরি। থাক খেন্নবা সমাজ অমগী ইমুংগী মহাও খেন্নবা পুন্সিগী ফত্তবা মওং-মতৌ ইমুংসিদদি করিমত্তা উবা ফংদ্রে। চীংখৈ মচে রীনানা মাগীনি তমদুনা লৈবীরকপা মানা শেৎপদসু য়াম্না পকচবা সলবার কম্মিজদু অমুক হোংদোক্লে। নীংথিনা হান্নগী মওংদা থুপ্লগা উপুদা থমজিল্লুরে।

রীনা থুংলরগা পুন্না চামিন্ননবা থোংবা চাক-য়েঙ্গাংদু চাকখুম চঙলগা শেমদুনা টেবলদা চানবা শীন্দোক্লুনা থম্লে। অহল অনীবু চাক চানবা তৌরসি হায়না কৌরুরে। রীনাদি বাথ রুম চঙলগা মমায়-মমীৎ, খুৎ-শা শেংদোকপা লোইরগা থোরক্লে। চাক শেম্লগা থম্লিবা টেবল মনাক্তা চঙশিনখ্রে। মমাগা মপাবুংগসু চঙলক্লুনা ফম্লরে। চীংখৈবুসু পুন্না চারসি হায়দুনা মচেগী মনাক্তা ফমহল্লে। কন্নাগুম্বা মীতোপ অমনা উবা মতমদা চাক চামিন্নরিবা মখোয় মরিগী মরক্তা মীতোপ খন্দোকউ হায়রবদি খন্দোকপা ঙমদবসু য়াই।

## তরেৎশুবা

বোয়াইনা লুবাংশঙ্ববমগী কুম্লগীদা ষন হোৎনদুনা লৈরকপা থা অহুম্লোম শুরক্রে। বোয়াইনা ষন হোৎনরগা তোনদোন্না মিলগী চেং খৈবগী থবক অদুম তৌরি। থোইনুসু মেট্রিক পরিক্ষা থাম্রে. হায়দোরকপা ঙাইরি। ঙসি ফাওবদি চীংখৈঙানবীগা রঞ্জিৎকগী মরক্তা চৈবাওচীং কাবদা থোকখিবা থৌদোক মচাদু নক্তনা অতৈ নুংঙাইনদবা করিসু লৈতে।

রঞ্জিৎনদি চীংখৈঙানবীনা খঙহৌদনা ওজা গুলাপকী য়ুমদা লৈখিবদা ওঙ্গোক্লা শাওনীংখি। চীংখৈনা ওজা গুলাপকীদা চৎখিবা নুমিৎ নীনি লৈরগা রঞ্জিৎ ওজা গুলাপকীদা চীংখৈ উনবা লাকখি। মেমথোইসু হন্দক চীংখৈনা মখোয়গীদা লৈগে হায়না যাবকখিবসি রঞ্জিৎনা চীংখৈবু নমজা-নমথেক্লনীংবগী বাখল অমা লাকপা হৌরকপদগীনি হায়বসি ইবেমহলনা তম্বদগী তাথ্রবনি। সিগুম্বা পাউসিদি নুপী অঙাংগী শন্দোকপা খাইদগী নুংঙাইবা পাউনিনা অমসু অমসু হেক্তা তান্নরকই।

রঞ্জিৎকী মশক উবদা মেমথোই পাউদুনা মরম ওইরগা নুংশিবা ঙমদে। রঞ্জিৎনা লাকপগী মরমদু চীংখৈ উনবগী ওইরম্বদুদা মেমথোইনা চীংখৈ থবক অমা চৎখি হায়দুনা উনহনখিদে। রঞ্জিৎপু কিবদগী চীংখৈনা মমা-মপা, মনাও উননীংলবসু থা অহুমলোম ফারক্লবা মতমসি ফাওবদা নোংমতা মখোয়গী মনাক্তা চৎলুদে।

কুম্লগী ইমুংদসু কুঞ্জরানীদু মচা অনী শুরগা মপামদা কুইনা লৈহনবসি মচা মমৌ অনীগী মাঙজবনা হেনগনি হায়না খন্নরকপদগী কুম্লনা মাগী নুপী শঙ্গায়দা কুঞ্জবানীবু কৌরুনবা হায়। শঙ্গায়না মশু লৈলা পুরগা মমৌনুপী কৌবা খোঙহামপাত্তা চৎলি। হান্নদগী অমুক্তং কৌবা লাক্রুবদি খঞ্জরম্বী কুঞ্জরানী পম্বরুবা তৌদনা মনেমগা পুন্না লাকমিন্নরে। মতৈ-মনাও হঞ্জিন্নখ্রবা মতুংদদি রঞ্জিৎসু ঙাওবা খরা হনবগুম তৌগ্রে। অদুবু করিগুম্বা মতমদা রঞ্জিৎনা চীংখৈগী বাখল হেক নীংশিংলুবগা অমুক্তং তাঞ্জা ফংলবদি মাগী ওইগে হায়বসিমদি অদুম খল্লি।

ওজা গুলাপকী য়ুমদনা রীনানা চীংখৈগা নুংঙাই নুংঙাইবা ৱারী কয়া শানৈ, চানীংবা য়েঙ্গাং মথেল, শিংজু-বোরা, মখল মখল চামিম্নে। রীনানা চীংখৈদা মুম্না য়েংলগা ৱাহং অমখক হংলকই। — "চীংখৈঙানবী! নঙগী মিংসি মৈতৈগী অশেংবা মিংনি; ঐগী মিংদি মপানগী চঙই, নঙদি নশকসু যাম্না ফজে, নঙনা ঙাঙবা ৱাসু তাবদা নুংশিবা, নুপী ওইবীগী খোম্লেদা খোইথুম্নবা অমা চঙই। মসি নঙগী তোপ তোপ্পা গুন্নি। মী খুদিংমক্তা হেক্তা চেম্লোই। নঙদি অতোপ্পা মীগসু নোংমতা খংনবমদৌ মান্দে; থবকসু ঐবু ঙাইদনা নতোমতা শৎ-শৎ হেক্তা লোইশিল্লি। অদু, ইচেগী ইবেম্মা' ঐ হংচিৎ অমুক চৎলগনি, নঙগা কুইনা লৈমিন্নবা য়াররোই, ঙসিদি ইচিল-ইনাও লম্নাইগী ৱারী খরা শানসি! নঙবু থম্মোয়গী তাজমহল শাবীগে হায়রকপা পূক্নিংনা খোযদাজবা কনাগুম্বগা লৈরব্রা হায়বনি?"

রীনাগী ৱাহংদুনা চুম্মনখিবদুদা চীংখৈদো নুংশা মপি হোল্লি। তোমপোক্কা মখোয় অনীগী মরক্তা থোকখিবা থৌদোক্কী তেল্লবা নুমিৎ হুম্নিগী ৱারীশিংদু মথং-মথং নীংশিংলকই। অদুবু ৱারী ওইনা মীঙোন্দা লীথোকপদি হেক পাম্মুজরি। য়াম্না তপ্পা খুম্লকই — "ইচে! ঐদি লায়রবা, অতোনবা ইমুংদা চাউরকপনি, ঐবু কনানা পাম্বীদোইনো? খঙনবকা থোইনা লৈতেদা!"

—"য়ারোই। নঙগী থম্মোয়নুংদা করিনো অমা লোৎশিল্লগা ঙাঙবা ৱাদু ঐ ভাব তাই, নঙনা থোইনা লৈতেদা হায়খিবদো অমদি শোয়দনা লৈরে হায়বনি, লীদবা শুকয়া য়ারোই, মী অতোপ্পনা তাগদবসু লৈতে, ঐ হায়রা হংচিৎ চৎখ্রদৌনি। সে লীরো।" গীরী গীরী তকশিল্লকই।

চীংখৈনা ইথা-থাজদনা খুমদোরকই — "অদুদি ইচেনা অহম্নিনা ইচেগী হান্না লীবীরো!" মাগী কা হেক পল্লকপদুদা রীনাদু থৌনা খরহেক হনবগুম তৌই।

— "ঐগীসু লৈয়েবা; নঙগী হান্না লীবা লোইরগা ঐগী অমুক লীগে, অমুক মুক লীনসেবা!"

"ফরে, ইচেনা লীদবা য়াদে হায়রবনিনা ইমান্নবী অমগী য়াম্না নুংশিবা ৱারী অমা ওইনা লীরগে, ঐনা ৱারী ওইনা ইশিল্লগা থমহৌবনি।"

"য়াইনে, অদু ওইরবসু চপ মান্নে, তারগে লীরোসে!" চীংখৈনা মাগী পুক্সিদা শেংনা থোকখিবা ৱারীদুবু মানা ইজবা মমান্নবী অমগী ৱারীনি হায়রগা লীবা হৌরকই।

মানা শঙ্গোম শুম্লিঙৈদা তোম্পোক্লা উখিবা মতাং, ইকায়বদগী শোয়দুনা শঙ্গোম হৈদোকখিবা, গুলাপ থাখিবা অর্মদি অহীংদা মখোয় নী উনরগা সনাগী লীক মরী শিবীখিবগী মতাংদু য়াম্না থৱায় য়াওনা মথং-মথং লীথরকই। অসুম লীরকপা ৱারীদুনা চীংখৈগী ঙকশমদা তোমপোক্লা সনাগী লীক শিবীখিবা মতাংদু হেক য়ৌরকপদা চীংখৈদু থম্মোয় পুবা য়ারকত্রমাম্লে, হিক্লা-হিক্লা কপথোরক্লে। পূক্লিং চঙনা ৱারী তারিবা চীংখৈগী মতৌ উবদা ৱীনাসু মীৎলু অনীদু পিরাংনা কোয়শিল্লক্লে।

রীনানা হায়রকই —"ইনাও! নঙগী ৱাবীদো মখা কোন্না লীরো! নঙ য়াম্না ৱানা উরে। অদো, হৌজিকপু ইনাও ওইগদবা মহাক্কুবু করি লমদা লৈথ্রবগে?"

মচেগী ৱাহৈদুদা অমুকসু খঙহৌদনা নোকথোরক্লে। "ঐসু খঙদে, মহাক মণিপুরদা লৈরমগদবদি মান্দে, মাসু মানা নুংশিজবী মহাক্কুগীদমক য়াম্না ৱারমগদবা মাল্লি।"

ৱারী মখাসু লোইরে, লীথগে হায়রগসু রীনানা খামদুনা লীহনদ্রে। ইনখৎলকপি মশেম্লিনা ৱাখলগী ঈচেলগী থাকসু মান্নমা অদুম চেনমাম্লে, অমগী অৱাবদু অমনা হেক্তা খঙই। মনাওগুম্বী চীংখৈগী থম্মোয়গী পাউদমদু খঙবীদুনা মরাইবক থীরবীনি খন্না মচেনা মনাওবু পূক্লিং ফাথবীরি। অদুবু অদুক পামজবা, নুংশিজবা মহাক অদুগী মশক খঙবা য়াবা ফোটো অমত্তা চীংখৈগী মনাক্তা লৈহৌদবা অদুনা মচেনা মাবু য়াম্না শিংই হায়নদি খনখিদ্রে। মহাকসু তোমপোক্কী মশক খঙহন্নবা ফোটো অমা উৎপা ঙমদবদুনা অচৌবা মরাল অমদি লৈরে হায়বদু য়াজে। তশেংবমকসু মখোয় অনীগী নুংশিবদি ফোটোনা থাক ৱাংখৎহনবা ঙমফম থোক্তে। খঙহৌদনা অহানবা হেক উনবা মিকুপ্তা ফাওনখিবা নুংশিবা ওইবনা ফোটো পীননবগী তাঙ্জা য়ৌনা ফংনখিদবনি।

নুমিদাং ফমুং অমদা পুন্না মচিন-মনাও তুম্মিন্নবদা চীংখৈনা রীনাদা রীনাগী ৱারী লীনবা অমুক হায়রকই। রীনানা মাগী অঙাং ওইরিঙৈ অমদি ঙসি ওইরিবা মতম অসিফাওবগী ৱারী অমা শুগাইনা লীরগা তাহল্লি।

রীনা পিক্লিঙৈদা নির্মালাবাস স্কুলদা ক্লাস ফাইভ ফাওবা তম্লকই। মতমদু ওজা গুলাপ হয়ার সেকেন্দরিগী ওজা ওইরি। রীনাগী মখাদা রীতা কৌবী মনাও অমা লৈরম্মী। রীতা মশক যাম্না নুংশি। মহাক পোলিওনা নাবদগী মখোঙ নাম্না শোইনাই। গুলাপ্না মচিন-মনাও অনীবু নুংতিগী স্কুটরদা হাপ্পুনা নির্মালাবাস স্কুল তানা থিল্লি। নোংমা ওল্লোকপা অপাইবা দযা হায়বা তারে, রীনানা রীতাবু স্কুল ছুটি থারকপদা

মখুৎ শন্নগা শড়ক লানথোকপদা আর্মিগী গাড়ী অমা কন্না থৌজিল্লকখি। শড়ক লাম্থোকপা নংদনা রীতাবু গাড়ীনা তকখি। মহাক খুদক্তা মফমদুমক্তদা শিখি। রীনানা খুদোংথীবা থৌদোক্তুদগী ঙসি ফাওবদা মনাওবু কাউদ্রি। মানা দিল্লিদা লৈরিঙৈদা মখোয়গীদা চীংখৈ কৌবী মনাও নুপী অমা লৈবে তাবদা অদুক য়াম্না হরাউখিবদুসু মনাও বীতাবু নীংশিংলুবননি। য়ুম য়ৌবক্তগা চাংখৈদা চবীক পরেং শিবীবা মতমদসু মনাও রীতা হিংলম্লবদি চীংখৈগুম্না ওইবস্বসু য়াই খঙ্গখি। মমা-মপাসু বীতাগী বাবী হেক হৌদোক্লুবদা মীৎলুদা পিবাং হেক্তা শীঙ্গৈ। বীতা লৈখিদবা মতুং চহী অনী লৈরগা মখোয় মপা-মমা অমদি বীনা পুন্না কুমওনগী থৌবম পাঙথোক্লুনবা হরিদ্বার, রিষিকেশ, রাধাকুন্দ, বৃন্দাবন্নচিংবো মফমদা চৎখি। তুথ চৎলুবা হন্নক্লগা থা অনীরোমগী মতুংদা মেমথোই মীবোল্লকখি। মতম খবগী তুংদা বীতাগী মখাদা চহী তকক্রোম কান্নবগা তকন পোকখি। হৌজিক মহাক সৈনিক স্কুলদা ক্লাস নাইন তম্লি। তকন পোক্লবা তুংদা মমা-পাবুং অনীমক বীতাগী রাখল খবমখৈদি কাউবা ঙমখি। মচানুপা পোকপদগী মখোযগী পাবুং গুলাপ অনৌবা রাখল অমা লাকখি। পি আইচ দি তৌবা হৌখি। মতম চুম্লদা লাইরিক্তা থবায লুপখি। অসুম্না গুলাপ শাগেগী অমদি লুবাংশঙবম খুঙ্গংগী অহানবা দোক্তবেৎ দিগ্রি ফংবা মীশক ওইবে। মতম ইকান-কান্নদনা মণিপুর য়ুনিভর্সিটিগী পোলিটিকেল সাইন্সগী ওজা খনখি। মেমথোইসু চহীদুমক্তদা মতম কুইনা নমশিন্দুনা থম্লুববা স্কুলগী ওজা ওইবগী সেলেক্সন ওর্দর থোক্লুনা স্কুলগী ওজা ওইখি। মখোয় অনীমক থবক তৌরবনিনা ইমুংগী ফিভম যাম্না থুনা ফজাংলকখি। য়ুম শাবা হৌবে। রীনাবুসু ক্লাস সিক্সতগী দিল্লি পব্লিক স্কুলদা মখা তমথবা হৌহনখি। অসুম্না রীনানা বারী মখা চৎথনা লীখি। অঙ্কগী সুভাবাওগা মাগা হৌজিক-হৌজিক লৈনরিবা অচেৎপা মবী অমদি সুভারাওনা মাবু কোলকটা য়ৌনা থিল্লক্লস্বগী মতাং য়ৌনা লীদুনা তাহল্লে। অদুগী তুংদা রীনানা চীংখৈদা বা অমগা হংলকই --- "ঐখোযগী পাবুংগী মখাদা খাবমদগী পি আইচ দি তৌবা তোম্বীমচা কৌবা অমা লৈবদু নঙ খঙব্রা?"

— "খঙই, ইচে। ঐদি মদুগী নুপাদু য়াম্না হৈনদে, মাগী মওংদু নুপীগুম্নসু তৌই। নুপা মান্দবা নুপাদি ঐদি কয়া হৈনদে। মানা ঐবু পঙথাদা থাগৎলি।"

"চুম্মী, নঙনা হায়বা। নুপাদি নুপা মানগদবনি। মাগী মপাদু ঐখোয় পাবুংগা লাইরিক তম্মিন্নরকপনি হায়। মঙোন্দা ঐবু পীগনি হায় হায়নকসু ঙাঙনবা তাখি। ঐদি জাৎ ওনবা তারে। নঙসু ইমা-পাবুংনা মচা নিঙোলগুম খনবনিনা নঙনা অমুক ঐগী উশিল ওইহৌদুনা তোম্বীমচাগী খুত্তা তাব্রা হায়বসু তম্বা ঙমদে।"

হয়েং চৎলগনি হায়বগী অহাঁংদু মখোয অনী বাবী মখাক লৈহৌবা কয়া অমসু পুখোক্লুনা লীনে।

মথংগী নুমিৎনি। চাক ঈশিং চাবা তোক্লুনা মপাবুং গুলাপ্পা বীনাবু থিনগদবগী থৌবাং পুন্নমক লোইরে। বীনানা ইমুংগী লাই খুকস্বা লোইবগা থোবক্লগা মমাবু খুকম্মী। অদুগী তুংদা চীংখৈবু নুংশিনা কোনবীবম্মী। টেলিফোন্দা তোযনা বাবী শানসি হাযবম্লগা শুমাঙদা খামদুনা থম্লিবা কাবদা কাখৎখ্রে। বীনাবু মপাবুংনা ইযাবপোর্ট তানা থিনখ্রে। কনাগুম্বগী ইমুংনা মোৎ খেন্নবগী, লৈত-লাযবগী, শমপত্তি মুন্নবগী, ফজদবা বাহৈ-বাতা ঙাক্তো তাদুনা ঙাইহাক্তো ফাওবা শান্তি ফংদবা ইমুং কয়া যাওবি। অদুবু যাম্না তাঙনা ইমুং খবদদি পোকমিন্নবা নৎত্রবসু থম্মোয শেংনা লৌথুপ-লৌকোই লৈতনা নুংশিনবগী মশক উবি। কয়াদা চাউনা খেন্নবিবা সমাজসিগী মশক্তো?

বেঙ্গলবদা যুমদগী তানবগুম চৎখিবা তোমপোক থা অহুমগী মতুংদা মাগী সিভিল ইঞ্জিনীযাবগী অপোইবা সেমিস্টবগী পবিক্ষা পীখ্রে। মহাক মণিপুব থোক্লুবদা লাইবেম্বী অমা থেংনকবদুনা ফন্না কুইনা লাইবিক্তা পুক্লিং চঙবা ঙমখিদে। মদুনা মবম ওইবগা সেমিস্টবগী অবোইবা পবিক্ষাদা অশোযবা খবা লৈখ্রে। মহাক ফার্স্ট তাবক্কনি হাযবা থাজদ্রে। তোমপোক মাগী পবিক্ষাগী বিজল্ট ঙাইখিসিবা খল্লি। অদুবু পবিক্ষা লোইবগা চীংখৈগী মশক্তু হঞ্জিন-হঞ্জিন মমীত্তা উবকপদগী যুমদা থোক্লগে খল্লে। চীংখৈদা প্রজেন্ট তৌনবা শ্বাল মতেক অমা লৈকবে। বেঙ্গলব গুবাহাটি এক্সপ্রেশ ট্রেন্দা তোংলগা থোবক্লুনা কোলকটাগী হাওবা স্টেসন্দা থুংলে। মথংগী অযুক্তা ইম্ফাল কোলকটা পাইবা জেৎ ইযাবরেজদা তোংলগা ইম্ফাল ইযাবপোর্টতা থুংলে।

যুম যৌবগা চীংখৈঙানবী উকনি খঞ্জবিবা তোমপোক্তা টেক্সিদা লাকপগী লম্বীদা খল্লি — "কবিগুম্বা চীংখৈদুবু মখোযগী খুঙ্গংদা চৎখি নুমিৎ খবনিদি লাকখিবোইকা হাযদুনা যুমদা লৈবমদ্রবদি কমদৌবা?" বাখল নুংঙাইনা আশা তৌবগা লাকচবা তোমপোক্তা টেক্সিদগী কুমথবগা থোঙ্গালদা মমা থোবক্লুনা মৈ ওকই। মমাগী মখো শোক্তা খুকম্মী। মানা যেংনীংলিবা মাযকৈদি ইনাকখুনবগী ফুডা দলানগুম্না বাংলবা যুমদু নত্তে। চীংখৈঙানবীনা লৈহৌবা খাংপোক অদুনি। মদুসু বা মযাম্না হুপথবগা খাঙজবিবা খাংপোক্লি। মদুদগী থোবক্কদবী থম্মোযনা খোযদাজবী চীংখৈঙানবীগী ঈং-তপ্পা শকফমদুনি মানা য়েংজনীংলিবা। মাগী মীৎযেংদু মহৌশাগী হৈনখিবা নাকন্নদুদা শুমাঙদগী ফৎ য়েংলুবনি। পুন্নমক চিংনবা অসুম হেনগৎলকই। মাঙ্গোলদনা বেটি থোবক্লগা মানা পুবকপা শুট কেশ অমদি ইযাব বেগতু থাংজিল্লি। মমানা ইমুংদা

হান্না অমুক্তা চংলুখো হায়বদু তাদনা য়েন্নখাদগী চীংখৈখোয়গী য়ুম্লোমদা য়েংখিবদা য়ুমদুদি খরা ফজনা শাদোক্লম্বা উরে। অদুবু চীংখৈনা হরাউ-হরাউ থোরক্লগা মাবু শোয়দনা য়েংলক্কনি খঞ্জরুবদুমদি ওন্ননা থোক্লে। চীংখৈগী মহুত্তা অঙাং অনীখক শুমাঙদা চোংফল শান্নদুনা লৈবা উরুরে।

চাউরবা ইংখোলদসু মনা-মশীং থাবগী মহুত্তা চুজাক ঙাক্তনা পূমশং-শংনা হৌবা উরে। ঙাইহাক অসুম য়েংদুনা লৈরিঙৈদা নুপা অমনা চুজাক মনা হেক্লগা চাউববা মপুল অমা চিংলগা থোরকপা উরে। তোমপোক্কী পূক্নিংদা চিংনবা অসুম হেঞ্জিল্লকই। ঙাইহাক্কী মমাঙদা চাউরবা আশা অমা শাগৎচরুবদু লৈঙোইনা শারুবা তাজমহলগুম অকনবা নুংশিৎকী শাফুদা উফুল মরিক ওইনা পাইথোকখিবগা চপ মান্নখ্রে।

সনাতোম্বীনা মচানুপাগী মখুৎ পায়রগা ইমুংদা পুশিল্লগা চঙমিন্নখ্রে। তোমপোক্না হংলকই — “ইমা! চীংখৈখোয়গী ইমুংদুবু চৎখ্রবা?”

মমানা শ্বর শাংনা হোন্দোক্লগা — “উম চৎখ্রে।”

“কৈদৌঙৈ চৎখিবনো? কয়াম কুইরে? হায়রিসিবু চীংখৈবু মখোয়গী খুঙ্গংদগী নুপা অমগা লুহোংগনি হায়হৌবদুবু মাবু লুহোংখ্রবা?”

“মখোয় চৎখিবা খরা কুইরে অদুগা চীংখৈ লুহোংবগী মরমদসু ইমাদি করিমত্তা তাদে।”

“ইমাখোয় পাবুংখোয়না মখোয়বু চৎনবা হায়বদগী চৎখিব্রা নৎত্রগা মখোয় মশানা চৎচখিব্রা?”

“ইমানা মখোয় চৎখিবগী মরমসি ইচাদা করম্না তমগদবনো হায়বদো খ্বর লুনা থোক্লে।”

“করিনো ইমানা হায়রিদুবো?”

তোমপোক মমীত্তগী মপি মতুম-মতুম শীম্বরগা হায়রকই — “ইমা! ঐগী ইমীৎসিদা মখোয়না লৈরম্বা য়ুমসিগী মনীংদা চীংখৈনা অয়ুক অঙনবদা সলুঙাংবা ফনেক অমা শেৎলগা মরূ লুকথরগা লেপ্পুনা লৈখিবা মতমদা ঐনা মাবু মানা থারম্বা গুলাপ মখোঙদগী উখিবা শকফমদো ঙসিসু উরি! ঐগী মীৎসিনা থা অহুম চুপ্পা মাবু য়েংনীংলগা য়েংবা ফংদনা ঙাইজরকখিবা; ঙসিদি শোয়দনা উরগনি খন্না লাকচরগা পূম্নমক অরেম্বদা তারবা! ঐ মাগা পুন্সিসিগী অমুক হন্না উনগনি হায়বা থাজদ্রে।”

তোমপোক বা ঙাঙনা-ঙাঙনা মমীত্তগী মপি তাবা লেপ্তে। ইমুং চঙলগা মাগী শুইট কেশতু হাংদোক্লগা চীংখৈগীনি শন্দুনা থবায় তানা লৈজরকপা শ্বাল মতেক্তু লৌথোক্লগা মমাদা উৎলি।

— "ইমা ! ফিসি ফজত্রা অমুক্তা য়েংবীয়ু ! নচানা থবায় তানা লৈজরকপনি।"

— "ফজৈ, কদায় ! ইমা থমজিনবীগে ?"

— "ইমা ! মসি নচানা চীংখৈনা ফি অহনবা অমত্তা ইনবা উদবদুদা ইলহনগে খন্না লৈজরকখিবনি। অদুবু মাদি চৎখিরম্লে, লৈরমদ্রে। ফি সিনসু ঐবু কপহল্লে। ঐ মাবু কাউবা ঙম্নবা ফিসি মৈ থাদোকপা তারে।"

মমানা চঙশিন্নগা খামগে তৌই, মমানা খাম্বা নংদ্রিঙৈদো তোমপোক্না ফিদু খোঙনা নেৎলগা য়ুংনা ময়ায়দা তংখায় তানা শেগায়রে। মৈখেৎ অমনা ফিদু মৈ চুরগা য়েন্নখাদা তুম্না মৈ থাদোকখ্রে।

মীৎলুদগী শীঙ্খরকপা পিরাংদু তৈথোক্লগা মমাগী মনাক্তা চঙলক্লগা হংলকই, — "ইমা ! ঐবু ইমাদা চৎলমদাইদা চীংখৈবু খরা থেমজিনবীয়ু হায়রম্বা নৎত্রা ?"

"হায়রম্মী।"

"ইমানা মাবু থেমজিনবীখিদে নৎত্রা ? থেমজিনগে তৌবদা পাবুংনা য়াদে, সি হাযগে হায়বনি; নৎত্রা ?"

সনাতোম্বী খুম্বা ঙমদে।

"ফরে, অদুদি ইমানা হৌজিক চীংখৈনা লৈরমগদবা মফম হায়বা ঙম্বীব্রা ?"

সনাতোম্বী তুমিন লৈ।

"মদুসু ইমানা খুম্বা ঙম্বীদ্রে। খঙলে, ইমা-পাবুং অনী লৌতুনরগা মখোয়বু ইংখোলসিদগী ঐগা মরী লৈনরে হায়বদগী তানথোকপিখ্রে। মরাল করিমত্তা লৈজদবা মখোয়গী ইমুংবু করিগীদমক তাম্বোকপিখিবনো ? ফজনা ঙাংনরগা মশানা য়ানা চৎখিবা ওইরম্নবদি মখোয় হৌজিক কদায়দা লৈবগে হায়বা ইমানা খঙফম থোকপনি। মখোয়না' মফমসিদা বাখোঙগী খাঙপোকশঙ অসিদা কাঙ মরক্তা লেল্লম্বদু শা-উচেক্কী পুন্সিমক্তি নত্তেকো ইমা ! মখোয়সু মীনি; মরাইবক্কা, মতম্না, দযানা য়াদবদগী অৱাবদু খাঙখিবা ওইরমগনি। মখোয় শা-উচেক, হৈ-লৈদা নুংশিবগী থম্মোয় চেনখি। ঐসু খঙই, চীংখৈনা শকহেনবীবু লুনা তৌজরম্বা; অহীংদা ষন খোংবা তারগা মানা শজিক হাপ্পিখিবা,

লৈকোলদা চঙদুনা লৈ ঈশিং চাইবীখিবা। মানা চৎলমদাইদা ইংখোলসিদা লৈহৌরিবা শা-ষন ময়ামসিবু নুংশিরমগনি; হৈ-লৈ মানা থাজরম্বা কয়াসিবু কায়নরগনি খনবদা শোয়দনা কপচরমগনি।"

মচাগী নীংবা কায়বগী ৱাঙাঙদু তারগা সনাতোম্বীসু তশেংনা ৱাদবা ঙমদ্রে।

তোমপোক্না হায়রকই — 'ইমা! অরোইবা ওইনা ৱাফম অমখক্তা হংজগে, চীংখৈখোয়গী খুঙ্গংদুগী মমিংদি খঙবীব্রা? ঐ মাগী মনাক্তা চৎলগা, খুরা বোয়াইগসু উনরগা ৱাফম অমত্তদি ফোঙদোকচরুগে?"

সনাতোম্বী ৱাহংদুগী পাউখুমসু বোয়াইখোয়গী খুঙ্গংদুগী মমিংদু লৈতোন্দা লৈরগা ফোঙদোকপা ঙমদ্রে। সনাতোম্বীদু মচাগী পাউখুম পীবা ঙমদ্রবনিনা অরেঙ-অরেঙ পুৎথবগা চপ মান্নরে। য়াম্না তপ্না হায়রকই — "ইমা চাউথোইখোয়গীদা চৎলগা অমুক্তং হংলুগে?"

— "ইমানা খঙফম থোকপা ৱাফম্বু তাদা চাউথোইদা হংলগা করম্না খঙগদৌরিবনো?"

— "অদুবু ইমাসু হংলুগে হায়রিদনা! পুলিসকী ৱাহং ওইনা তৌরদনা! নফি-নরোলকাদু হোংদোক্লগা চাক-ঈশিং চানবা তৌরো! ইমাগা কোন্না তপ্না খন্নবা য়াবসিবু!"

'ইমা! ঐ মাগী মরমদা অশেংবা অমা খঙদ্রিফাওবা চাক্কা অমত্তা চাখিরোই।"

সনাতোম্বী মচাগী ৱাফমদুনা হেন্না লুশিল্লকপদুদা মফি হোংদোক্লগা চাউথোইখোয়গী য়ুম তানা চাউথোই উনবা লাকই। সনাতোম্বীনা চাউথোইদা চীংখৈগী লৈফমগী মতাংদা খঙব্রা হংলুরে। চাউথোইনা খঙদে, অদুবু মখোয়না লৈরম্বা খুঙ্গংদুগী মমিংদি ৱাঙু হায়বনি হায়না তাক্লক্লে। অদুবু চাউথোইসু বোয়াইগী ৱাঙুগী লৈকায়, য়ুমাক্লচিংবদি অমত্তা খঙদে। ময়েক কয়া শেংফাত্তবদুদা তোমপোক মশামক চত্তুনা চাউথোইগা অমুক উনরুরে। চাউথোইনা সনাতোম্বীদা তমখিবা পাউদুগা চপ মান্ননা হায়রকই।

অদুবু তোমপোক্না চীংখৈগী মরমদা য়াম্না কুপ্না হংগৎলকপদুদা চাউথোইসু চিংনবা অমা লৈদুনা করি মরমগীনো হংই। তোমপোক্না মরম অমা লৈ, অদুনা মাগা উনদবা য়াদবনি হায়। চাউথোইসু চীংখৈ উনগদবা মরম অমা লৈ, মাসু উননীংই

হায়রে। মখোয় অনীমক চীংখৈগা উনদবা য়াদবা ঙাক্তা ঙায়বদুদা চীংখৈবু মখোয় অনী পুন্না অমুক্তং ফংন্নবা থিমিন্নসি হায়না য়ানরে। হয়েং অয়ুক ঙস্ত্র তোমপোকখোয়গী পাবুংগী মারুটি কারদা ৱাঙ্ভ চংলসি হায়না মখোয় অনী শোয়নদবী হায়না য়ানরে। হয়েংগী ৱা লেপ্পরবা তুংদা তোমপোক ময়ুমদা হল্লক্লে। তোমপোক্না মমাদা হায়হৈদবা ৱা অমখক হায়রকই — 'ইমা। ঐ ৱা অমদি হায়গে, ঐনা হন্দক চীংখৈ থিবা ফংদ্রবদি ঐ য়ুমসিদা অমুক হল্লকখিদবসু য়াইকো! ইমাগা পাবুংগনা নচাবু অমুক থিবীরক্লনু।"

মচাগী ৱাদু তাবদা সনাতোম্বী — "ইস! করি ৱানো ইবুংঙো! অদুম্না হায়বা হৌনব্রা? ইমানা ইচাবু নুমিৎ থা য়েংবগুম য়েংলিবনি। নথক্তা অমদি নখাদা নয়াম্বা অমা ননাও অমা লৈবসু নত্তে। চীংখৈগীদমক্ত নঙনা অদুক থম্মোয় শোকপা হৌনব্রা? নঙবু ঙাওরব্রা?"

"ঐ ঙাওরে। ইমাখোয়না মরাল লৈতদবা ইমুং অমবু বাহনখিবগী দোষ শোয়দনা লাক্কনি হায়বগী ৱানিনে ইমা! মী হায়বসিদি খুবাক-খুৎনম্নি হায়নরিবদুনি। খুরা বোয়াইনা ঐখোয়গী পাবু উবদা মতিন শিংনীংগনি। নখোয়নবুদি অতোনবনি, লায়রবনি হায়বীরিবা। অদুবু মাগীসু থম্মোয় অমদি পাল্লিবনি হায়বগী ৱানি। মাগী অশাওবদনা ঐখোয়গী ইমুংবু শোয়দনা মখোয়না দোষ তৌরমগনি হায়বসি নখোয়নদি খঙবীরুদে।

তোমপোক্কী পুক্সিদা খ্বাইদগী ৱাবা অহীং অমা লোইখ্রে। অয়ুক্তা হায়নখিবা মতম চপ চানা চাউথোই লাক্নুনা তোমপোকপু ঙাইররে। তোমপোক্না থৌনা ফনা মপাবুংদা মারু-টি কারগী শো অমুক্তা পীয়ু হায়রকই। মপাবুংনা কদাইদা চৎকদৌরিবনো হংই। তোমপোক্না মমান্নবা অমা উনরুগে তৌবনি, পীদবা য়াদে হায়বকই। মচানা ঙরাংদগী শাউদুনা চাক্কা অমত্তা চাদে হায়বসি মমান। তম্বদগী তারবনি।

"গাড়ী নীংথিডনা থৌকো" হায়রগা রামধন্না গাড়ী শোদু মচাদা শিন্নে।

রামধন্দি মচানুপানা চৎকদৌরিবসি ৱাঙুদনি হায়বা খঙবা নত্তে। তোমপোক চাউথোইগা লোয়ননা ৱাঙ্ভ চৎনবা কার থৌদোরক্লে। গাড়ীদু থোঙ্গাল হেক লৈথোরকপদা হৌদোঙ অমা লম্বী ময়ায়দা ফমদুনা লৈরম্লে। চাউথোইনা য়াম্না শাউনা গাড়ীগী থোঙ হাংদোক্লগা হৌদোঙদুবু তাল্লি। খরা চিংনরপ তৌনা গাড়ীদু থৌরগা লাকই। বজারগী শরুক হেন্দোক্লম্লগা কালিমাই মনাঙ্গা ঙাইহাক লেপ্লগা থাও হাল্লি। থাও হানবা লোইরগা মখা তানা অমুক থৌরকই। শীংজমৈ, কাঞ্চিপুর, লিলোং, ৱাইথৌ হেন্দোরক্লে। মথং-মথং লেপ্তনা থৌরকপনা থৌবাল, খাঙঙবোক, ৱাংবল, ৱাংজিং,

খোংজোম, শোরা, ককচিং লমখায় য়ৌরে। খরা অমুক থৌরগদি ককচিং বজার য়ৌরে। ককচিং বজার উবদা তোমপোক্কী পুক্নিংদা খল্লি — "ও! ককচিং হায়বা শুবা-নোম্বা য়াম্না কল্লি হায়বা লমদমদু সি ওইরবোইরে। সহর মচা অমদি ওইরে হায়বসি তিল্লিবা মীয়াম, খান্নিবা বস মশীং, দুকানশিংদা পোৎ লৈনরিবা মীগী চাংসিনা তাকই। তুংগী আশা য়াম্না লৈনা উই।"

মফমদুদা মখোয় অনী গাড়ী খাম্নগা ফন-কুইনা অচৎ-অওক য়েংদুনা লৈ। তোমপোক্তি উরিবা ময়ামসি অহানবা উবা ওইনা তৌবদুদা য়াম্না পুক্নিং চঙনা য়েংই। মখোয় অনী চাক চাথোকখ্রসি হায়দুনা হোটেল অমদা চাক চারে। চাক চারবা তুংদা মখা তানা অমুক থৌরকই। লম্বীদা থেংনবা লৈশাবীশিংদু মুন্না-মুন্না য়েংই। চীংখৈ মানবা য়াওব্রা য়েংবা মাল্লি। লৈশাবীশিংনসু মখোয়বু কাব অহনবা থৌবা পাখং অমনা মুন্না য়েংলকপদুদা মখোয়বু চেপথ-চেপথা য়েংলকপা যাওই।

অসুম থৌরকপনা কৈরক দাম হেন্দোক্রম্নগা বাবগাই লমখায় য়ৌরে। লম্বী হংলগা মখা অসুম থৌরকপনা লমজাও, খাংদোং, থৌনাওজম, লাংমৈদোং হেন্দোক্রগা য়েলাং খানপোকপি য়ৌরে।

চাউথোইনা হায়রকই — "য়েলাংখানপোকপিদা ঐখোয়গী ইমা পোকপা অবোক্কী মপাম্নি হায়। অদুবু নোংমতসু চৎনুদ্রবনিনা খঙলরোই।"

খরা থৌরগা থোংজাও হেন্দোক্রমদুনা বাইখোং বজার য়ৌরে। চাংগোল অমা লাম্লোক্রগদি মোন্দুম মহাদেবগী চঙফম ককচিংখুনৌ পামজৌ লমখায় য়ৌরে। মফমদুদা লৈরম্বা নুপা অমদা বাঙ্ভু কয়াম বাৎলিবগে হংবদা বাংজিং খুনৌ লমখাযদা চঙগদবনি হায়রকই। খরগমুক থৌরগা উমাথেল, নবদয়া বিদ্যালয় লৈবা সন্দুম্বা অচৌবা হেন্দোক্রম্নগা বাংজিংখুনৌ য়ৌরে। বাঙ্ভু চঙগদবা লমখায়দু মফমদুদনি। পাখংমচা অহুমখক মফমদুদা ফমদুনা লৈরম্মী। তোমপোক্না কার খাম্নগা নুপামচা অহুমদুদা হংই — "লম্বীসিবু বাঙ্ভু চৎপগী লম্বী ওইরব্রা?"

মখোয় অহুমগী মরক্তগী অমখক্না খুম্নকই — "ঐখোয়সু বাঙ্ভু চৎনবা গাড়ী ড্রাইরিবনি, অদোম্না চানবীরগদি ঐখোয় লম্বী তাকচগে, গাড়ীদা ঐখোয়সু খরা য়াওজবা য়াগদ্রা?"

ব্যবহার য়াম্না ফজবদুদা তোমপোক্না করিমত্তা চিংনদনা — "য়ানি কাখৎপীরকও, চৎমিন্নরসি!" মখোয় অহুমদু কারদা কাখৎলক্রে। মনীংগী সিত্তা লোইনা

ফম্মী। অমনা হংলকই --"শোমবু ইম্ফালদগী ওইবীরব্রা? মিংনা করি কৌবনো?" "হোয়! ঐখোয় ইম্ফালদগীনি। ইরোইশেনবদা লৈজবনি, ঐগী মিংনা তোমপোক কৌই।"

— "করি থবক তৌবীরিবগে?"

"ঐ থবক তৌজদ্রি, ইঞ্জিনীয়ারগী অরোইবা পরিক্ষা পীখ্রে।"

"শোমগী ফাদরদি করি থবক তৌবগে?"

"ঐগী পাবুংদি পাওনা বজারগী এস বী আই গী ব্রানচ মেনেজরনি।"

"কারসিদি শোমগীরা?"

"ঐখোয়গী পাবুংগীনি."

মখা তানা হংলকই — "শোমগী মরুপকী মিংনা করি কৌবীবা?"

"ঐগী মিং চাউথোই কৌই, ঐসু ইরোইশেনবদগীনি, ঐদি সরকারগী থবক তৌজদে। ঙস্ন ঙম্লবা মীপাদা থবক শুবা যাওবগ হিংজবি।" নুপাদুনা -- "গাড়ী খাম্মু" হায়রকই। তোমপোক্না গাড়ী খাম্মী। চাউথোইবু গাড়ীদগী কুমথনবা হায়। চাউথোইসু কবিগীনো হায়বা ঙমদনা গাড়ীদগী কুমথগে তৌই। তোমপোক্না মাবু কুমথহনগদৌরিবসি কবিগীনো হংই। মরম হংবা য়ারোই, নঙ হৌজিক ঐখোয়না চৎলু হায়বা মফমদা চৎকদবনি, নৎত্রবদি নহাক খুদোং থীবা নংগনি। চাউথোই কারদগী কুমথহল্লবা মতুংদা কারদু মখা তানা থৌহল্লে। তোমপোক চিংনবা অসুম হেঞ্জিল্লক্লে। মাবু কনাগুম্বা অইন্না য়াদবা সংস্থান অমনা পৈশাগীদমক ফাগদৌরে হায়বসি খঙলে।

তোমপোক্না হংলকই -- "বাঙ্ক হায়বিবা খুঙ্গংদুবু নসিরা?"

"মানি, বাঙ্ক হায়বিবা খুন্দু মসিনি।"

তোমপোক্না খল্লি -- "ও! চীংখৈখোয়গী পোরুফম খুঙ্গং হায়বদু সি ওইরেকো! মাগী লৈকায়, মাগী য়ুম্নাক্তি খঙদে, মাবু খুঙ্গংসিগী য়ুম অমদদি শোযদনা লৈরমগদ্রা?"

খরা অমুক থৌরগদি নুপা অহমদু লাই লোইনা শাগৎলক্লে। নোংমৈ অতেনবী অমমম পুথোবক্লে। তোমপোক্তা নোংমৈদু উৎলগা মাগী কারদু অশুকপা চীংয়াগী লম্বী অমদা থৌজিলহল্লি। মফমদুদা য়ুমদোমপোক অমখক লৈরম্মী। গাড়ীদু মী উরোইদবা মোংশোংগুম্না অমদা থৌজিল্লগা থামহল্লে। য়ুমদোমপোক্কুগী মনুংদা তোমপোকপু পুশিনখ্রে।

শোমদনা লম্বীদা কুমথহৌবা চাউখোই নুংশাম্বব থবেৎ-থবেৎ হোন্দুনা ৱাঙুগী বস পার্কিং য়ৌনবা চেনবোই, চৎপোই তৌরগা লাকই। মৱুক্তনা তোমপোক্তুবু ফুবীবমগদ্রা খল্লি। অয়ুক্কী পুং ১১ রোম তাবকপদা চাউথোই ৱাঙুগী বস পার্কিংদা থুংই। মফমদুদা মোইরাং লাইন্দা চেনবা বস অমদা মী খবা ফম্বা উবে। মাসু বসতুদা কাখৎলগা তুম্মিন ফম্লরে। পুং ১২ দা বসতু থাবে। নুংথিলগী পুং ১ ৩০ দা ইম্ফালদা থুংলে। ৱাঙুদগী হল্লকপা চাউথোই বজাব য়ৌরগা লমশাং চেনবা কেন্টর তোংলগা লাকপনা ইবোইশেনবদা কুমহৌরে।

ময়ুমদা চঙদনা তোমপোকখোযগী য়ুমদা চঙলগা সনাতোম্বীদা তোমপোকপু মশক খঙদবা মীওই অহুম্না ৱাঙুদা ফাহৌবে হায়না তম্লুরে। মচাগী পাউদু তাবদা সনাতোম্বী ৱাম্থ্রে।

লৱাইদা ঈশিং থাদুনা লাক্লে। লৈকায়গী মী খবসু চাউথোইনা পাউ তম্বদু তাবদগী হংবা লাক্লবা হৌরে। বামধনবুসু টেলিফোন তৌদুনা য়ুমদা অরুব্বা ৱাফম অমা থন্নদবা য়াদ্রে থুনা লাকপিয়ু হায়না পাউ পীখ্রে। মখা কবি তৌসিগে খন্নবদা মহৈবোয খরনা খবরদা পাউ হাপ্লগা করম্বা কাঙবুনা কবি মরমগী ফাবনো শেংদোর্কপিবকউ হায়বনা চুমগনি হায়না য়ানৈ।

তোমপোক্কী ফোটোগা কোন্ননা খবর খুদিংমক্কী ফ্রন্ট পেজদা হাপ্পা অমদি দি দি কে ইম্ফাল, আই এস টি ভি, এ আই আবনচিংবদা পাউ পীবা চৎনবা শেম-শাবা হৌরে। রামধনসু য়ুমদা য়ৌরক্লে। মচাগী পাউ তাবদা মাসু তৌফম খঙদবদগী উংলগা লৈ। খল্লকই — "হন্দক ঐনা বোয়াইগী ইমুংবু চৎখিনবা হায়রুবসিদি য়াম্না চাউনা অশোয়বা অমা লৈরম্লবোইরে। মসিবু বোয়াইনা শীল্লগা তৌবা থবক ওইরমগদ্রা ? মদুমক্তি থাজবা ৱাৎলি। অদুবু ইচানুপানা ৱাঙু তানা চৎলুবিবসিনা তাকপদি মানা চীংখৈঙানবী থিবা চৎপা শোয়দনা ওইগনি।"

তাঞ্জাদুদা ফারিবা কাঙবুগী টেলিফোন অমখক লাকই। তোমপোকপু পোকপা রামধনবু পায়হল্লকউ হায়বদুদা টেলিফোন্দু বামধন্না পায়।

"শোম তোমপোকপু পোকপা রামধন ওইরববদি লুপা লাক্ষ তরা পুরগা মোইরাংগী থাংজিং লাইকোলগী মমাঙগী শড়ক মনাক্তা হৌরিবা হৈবোং মখোঙদা ঙসিদগী নুমিৎ হুম্নিগী মনুংদা শোম্না পাম্বা মতম অমা হায়বীরগা শেনফমদু য়ৌহনবীরকউ। করিগুম্বা শোম্না হায়রিবা মতমসিগী মনুংদা শেনফমদু য়ৌহনবীরক্তবা তারগদি শোমগী ইচানুপাগী

হৃকচাং হিংনা খক ফংলোই হায়না লৌবা য়ারে। হায়রিবা শেনফমসি শোন্না ইচানুপাগী থবক অমা ফংনবগীদমক ওইরবদি য়াম্না লায়না পীবা ঙম্মী, অদুবু লৈবাক্কী নিংতম লালহৌগীদমক থবায় খুবাক্তা হাপ্পুনা লাম্বেংনরিবা কাঙ্গুবগীদমক মতেং পাংবদি পাম্মুই হায়বসু ঐখোয় খঙই। শোমগী মিংসি ঐখোয়দা হান্না মতেং পাংখ্রবা মীওইগী লিস্তা য়াওদবনা শেনফমসি দিমান্দ তৌজবনি, ৱারৌবীরোই। হোবেন নুমিদাং পুং তরা চপ-চানা ঐখোয় টেলিফোন তৌরক্কনি, থমজবে।"

রামধন্না হায়নীংবা ৱা কযা লৈরবসু হায়বা নংহৌদনা টেলিফোন্দু থমখ্রে।

'ইস! হৌজিকপু কদায়দগী লুপা লাক্ষ তরানো ঐনা থিরুগদৌরিবসিবো?"

তৌফম খঙদনা লৈরম্বদগী মাগী ম রুপ মন্ত্রি খোগেন্দা পাউদু মরিক চুন্না টেলিফোন্দা তম্মী। "হল্লো! ওজা ওইবীরব্রা? ঐ রামধন্নি। ঐগী ইচানুপাদো...। হোয় .., ঙরাং থোক্লকই .। মহাক ঙসি অয়ুক বাঙ্গুদা মমান্নবা অমা উনবা চৎপদা লালহৌলুপ অমনা ফাখ্রে। হোয় .., নুমিৎ হুম্নিগী মনুংদা লুপা লাক্ষ তরা পীদ্রবদি ইচানুপা হিংনা ফংলোই হায়রি..। ফনি, ওজানা লেংবীবক্লগদি য়াম্না নুংঙাইজগনি । হোয়, থমজরগে?"

ময়াম ৱারী-ৱাতাই ঙাইহাক শানবিঙেদা মন্ত্রি খোগেন মফমদুদা ইস্কোর্টকা পুন্না থুংলরে।

খোগেন উবদা বামধন মমীত্তগী মপি শীম্বকই। খোগেন্না রামধনগী নঙ্গন্দা .পোপ-পোপ থারগা — "করিমত্তা বাকন্নু নঙগী মকপ অমা অশুক চাউনা লৈরিসিদি"! অসি হায়না পুক্লিং ফাথবী।

মখা তানা — "মাদি ৱাঙু যৌনদি কবি থবক লৈদুনা? মমান্নবা উনবা চৎপা তারবসু মতম ফত্তবনিনা সিদা লাকউ হায়গদবনি। তৌববুদি মাদি মণিপুরগী ইরাংসিদি মপান্দা লৈরুবনিনা খঙলম্লোই।"

রামধন্দি করিমত্তা খুম্বা ঙমদে।

খোগেন্না অমুক হায়রকই — "হৌজিক ঐখোয়না তৌবা য়াবা হায়ববু মৈরা পায়বী, ইমা-ইবেন তান্নরগা লৈকায়-লৈকায়দা ঈহৌ শাগৎলগা তোমপোকপু তেক্ত-কায়দনা মীওইবগী মীনুংশি য়েংলগা থাদোকপিরকউ হায়বা নত্তনা অতৈ উপাই লৈরোই। য়ারগদি ছাত্রগী সংসথানশিংসু খঙহনবা মথৌ তাই। মীচম ফারগা রেঙ্গম তানবগী থবকসি য়ারিবমখৈ তৌবীগনু হায়না ধারনা ফমহনবা কান্নগনি।"

খোগেনগী ৱাফমদু তারবা তুংদা লৈকায়গী নহা অনীখক এমসু হেদ ক্লার্টরসতা পাউ পীবা চৎখ্রে। মন্ত্রিদি থবক অথুবা অমা লৈরে হায়রম্লগা অদুম চৎখ্রে।

সনাতোম্বীদি ফমুংদগী হৌগৎপা ঙমদনা লৈরি।

রামধন্না খল্লকই — "ঐনা করিনুংগী ইম্ফালদা ইংখোল চাউনা লৈদুনা, য়ুম ফজবা শাদুনা, কার লৈদুনা, ষন ময়াম লোইদুনা নিংথৌগুম লৈগে খল্লরিবা? ঐগী কছারগী থ্বালজুর খুঙ্গংদা অদুম লৈনবা প্লান তৌরম্বনা চুম্লম্বনি। ইম্ফালদা উরীবোক্কী ভাবাগী য়ুমদা লৈবদা অসিগুম্বা অৱাবা করিসু থেংনখিদে। গুৱাহাটিদা চহী নিপাল লৈরম্বদুসু অসিগুম্বা খুদোংথীবা অমত্তা থোকখিদে। মণিপুরদা থোক্লিবা নোংমা কাংদবা মীশি-মীনা মযামসিবু মুন্না খম্বহৌদনা ঐনা অবানবা মায়কৈদা খোঙ থাংজিল্লুবসে ঐগী অচৌবা অশোয়বনি।

ঐনা কছারদা লৈরিঙৈ, অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা ইপা-ইপুগী হৌরকফম ওইরিবা মণিপুরগী চীং, পাৎ, তুরেল অমদি লাইফম কয়াগী মরমদা তাখিবা মতমদা ঐগী শরুকসু য়াওরিবনি খনখি। মতমদুদা ঐনা মণিপুরদা লৈরগা লাইরিক তম্বা ফংলবদি পূন্নমক্কী মকোক তাবা ঙমগনি খনখি। মণিপুরবু অদুক্কী মতিক থাক ৱাংনা খনখি। লাইফম কয়া চত্তুনা লাই মশীংশুনা খুকল্লুগে খনখি। মণিপুবদবু লৈববদি অনীশুবা তাজমহল ফাওবা শাবা ঙমগদ্রা খনখি। মতমদুদা ঐ লাইরিক তম্বদি লাযরদনা মণিপুবদা অমুক্তা চৎপা ফাওবা ঙমখিদে।

অদুক য়াম্না লুনা খঞ্জখিবা, পামজখিবা কয়াদু ঙসি মফমসিদা ঐ, ঐগী নুপী, ইচা অমদি য়ুম-ইংখোল ফজনা লৈরবা মতমসিদদি ঐগী থম্মোয়দা নাপন অমা লাকখ্রমাম্লে। মদুগী মহয়না তাইবং তাইওন্নবা, মঙদ ফাওবা খল্লদবা থৌদোক ঙাক্তা ঐগী ইফমদা থোক্লরে। ঐ তশেংনা মণিপুরদা লৈবা কিরক্লে। মসিবু ঐনা লমদমসিগী লাই ময়াম পূন্নমক্কী মফমদা থৌওইরুদবগী মহয়দুরা? ঐদি ময়াগী সংসারদা তাউদুনা লাই পূন্নমক কাউথোক্লগা পৈশা তানবরোমদা পূক্লিং লুপ্তুনা লৈরুরে। হৌজিক ঐনা তাঞ্জবা পৈশাদগী য়াম্না হেন্না চৎখিবা তারে। ঐনা ঐগী মীচংদা লোইনা লৈগনি খল্লুবা মফমসিগী মীপূম খুদিংমকপুসু য়েক্লবা ওইনা উবগুম তৌরক্লিবসিনা করিগীনো? পূন্নমকসি ঐগী থৌরাং শোয়বদগীনি হায়দবা য়ারোই। ঐনা কছারগী থ্বালজুর খুঙ্গংদা অমুক হনবগী ৱাখলদা ইম্ফালদা লৈবা ওইরম্লবদি মণিপুরবু নুংশিবগী চাংসু হম্বরম্লোই। মফমসিদা লৈনীংবগী চাংসু অদুম ৱাংলমগনি। মফমসিদা তৌনরিবসিদি ময়া মরিচিকা

হায়বদু ওইগনি। শুদনা নুংঙাইবা পাম্বা, অঙম-অঙম মুন্নদুনা চানবনা মশীং হেল্লবা সমাজ অমা ওইরম্লে।

হৌজিক ঐগী য়ুম, ইংখোল লোইনা য়োল্লগা মখোয়না পীয়ু হায়রিবা লুপা লাক্ষ তরাগী শেনফমদু পীখিবা তাবনি। য়ুম, ইংখোল লোইনা য়োল্লগা থবক্তগী পোথরগা ইচানুপাসি পুবগা মণিপুর থাদোক্লগা ঐগী নুংশিরবা পোক্লফম কছারগী ধ্বালজুর লমদমদা অমুক হনবনা ফগনি। ঐনা মফমদুদা হনখিবদা ঐগী ইপা-ইতোন লেহৌরিবা শাগৈগী ইচিল-ইনাওশিংনদি থোইনবু হরাউজগনি। মখোয়গী মরক্তা মীনা মশক খঙবা ঐ অমা লৈবদা মখোয়না হেন্না চাউথোকচরিবনি। মফমসিদগী মী কয়া অমসু লমদমসিদা লৈবা ঙম্লরক্তদুনা ময়ুম থাদোক্লগা অথাপ্পা বেঙ্গলরদা, দিল্লিদা, গুবাহাটিনিচিংবদা ফ্লেট লৈবগা য়ুম হোংনখিবা কয়া যাওনখ্রে। অদুবু ঐদি কছারদা ঐগী নক্লবা মরী-মতা লোইনা লৈহৌবনিনা মফমদুদা লৈরুবনা হেন্না ফগনি"রামধন বাখল অমদা কন্না উংই। নুমিদাং পুং মাপলদা টেলিফোন কোল অমা লাকই। মচা তোমপোক্পী ওইববোই নীংলুই, অদুবু মন্ত্রি খোগেনগী ওইরম্মী।

কপঙাং ওইনা রামধন্না খুম্মী — "তাকপিয়ু ওজা। কবি অনৌবা পাউ লৈবীবগে?"

— "ওজা! ঐনসু মখোয়গী শেনফমদু খরদি তাবিয়ু হায়জবনি অদুবু যাবিরক্তে। মখোয়নবু য়াবিববদি ঐগীদি লাইবক ফবনি। ঐ মখোয়না ফোন তৌরক্লবদি অমুক্তসু হায়জগে। অদুবু ওজানা শেনফমদু তংখায অমা পাংবিগে তাকপিরকপসি ঐ করি হায়না ফোঙদোক্কদবনো হায়ফম খঙজদে, . . হোয়, অদুবুদি মতাং-মতাংগী হায়বদুনি, . খনবুদি খঙ্জদে, হোয়,... য়াম ফনি।"

সনাতোম্বীদু জ্ঞান খরা তাবমাল্লে, কনাগী টেলিফোন্নো হংলকই। রামধন্না মন্ত্রি খোগেনগীনি হায়। "মখোয়না পীয়ু হায়বা লুপা লাক্ষ তরাগী শেনফমদু লুপা লাক্ষ মঙা অমদি মানা পুথোকপিরগে হায়রকপনি। মাগী ৱাঙাংদা মচা-ইচা লুহোংবগী ৱাফম অমদি ইয়াও-য়াওরি।"

সনাতোম্বীনা — "মাগী কান্নবা অমা লৌহৌদনবু জগৎ সংসারসিদা লাই ফাওবা মঙোন্দা পৈশা য়াম্না কৎলবা মীবু নুংশিবগুম তৌরিবসিনি।"

রামধন্না মখা তারকই — "মানা ঐখোয়বু থোইনা ৱারুরনু, পূন্সি হায়বসিদি অসি ঙাক্তনি, অকা-অকুমনি। মাগীদি ভোত্তা পৈশা কয়া অমা মাঙখ্রবসু ভোৎ অমুক

কাবগা মথা শারম্বা পুম্বা লোইনা কাউখি হায়না ফোঙদোরকই। মাগী মতৌবুদি ঐখোয়না তম্বা ঙমগদবা নৈতে। মখোয়দি মতমগী চপ-চাবা মীনি। মানদি ইবাইহেক লায়না ইচাদো থাদোরকপগা এ ই গী ফম অমা হাপ্পিরনিবু হায়রি। মচানুপীসু এদহোক্তা এস দি সি ওইহন্নবা শীন্দোকপা লোইরবনি হায়।"

রামধনদি খরগা লিক্লা হৌরকপগা পৈশাদুগী খনবদা মকোক ঙাওরি। খোগেন্না লুপা লাক্ষ মঙা পুথোক্লগা পাংবীদুনা মচানুপাগী থাদোকমল পীরগা মচা থাদোনক্রবা তুংদা মচানা মন্ত্রি খোগেনগী মচানুপী পামদে লৌবা ঙম্লোই হায়রক্তদ্রা হায়বগীসু ব্রাই। ঙসি ঐগী ইচানুপানা ব্রাঙু হাযরিবা লাপখ্রবা লমদু তানা চৎলুরিবদুসু চীংখৈব থিবা চৎপনি হায়বসিসু শেংলবনি। মখোয অনী শোয়দনা অহীংদুদা উনবদা পুম্বিগী থাদোক্লনুসি হায়না ব্রাশক্লরম্বসু তম্বা ঙমদে।

ঐনদি খরা লাপহল্লগা, মশক-উনদ্রগা শোয়দনা কাউজখিনি খল্লুই, অদুবু হৌজিক্তি ঐনা খল্লুবা খুদিংমক লোইনমক অশোয়বা ঙাক্তা ঙায়রে। তৌববুদি চীংখৈ হায়বীদো লায়রজরবসু, মমল য়াম্বা ফি শেৎত্রবসু, স্না-লুপা শিদ্রবসু মীনা য়েংনীংবা, মানা লৈবা নাকনসি মীৎ থনবগুম্বা অমদি লৈবনি। মাগী মায়থোঙদুসু মোমোনতমক নোকখি। নোংমতা অশাউবা শকফম উত্তে। যন সেবাসু য়ান্না হৈ অদুগা ঐখোয়গী সনাতোম্বীগসু য়াম্না চান্নজখিবনি। মানা হরাউ-হরাউ থোংজরম্বা নুমিত্তুগী চাক-য়েঙ্গাংদুসু ফম মহাও লৈখিবনি। ঐনদি মাবু মীনাইগী ইমুংগী মচানি হায়না করিসু ওইদনা খনবীখি। মদুমক্তনা মাগী ফজবা শক অমদি মগুনগী মরমদা করিমত্তা থৌশাখিদবনি। হৌজিক্তি পুন্নমকসি ঐনা মুন্না খম্বহৌদবদগী থোকপা খুদোংথীবা ঙাক্তনি হায়বদা লান্নীঙাই লৈত্রে। বোয়াইবু যন শেন্ননবা থমখিবসু ঐনি, ইচাগী থম্মোয় শোকহনখিবসু ঐনি, হৌজিক অমুক্তা হেন্না লুরিবনা মন্ত্রি খোগেনগী থম্মোয় কায়খ্রবদি মরুপসু কায়নবা তাগদৌরি। রামধন ব্রাখলনা ঙাওদুনা মকোক পায়রগা খাঙই।

টেলিফোন মনাক্তা ফম্লগা কোল লাকপা ঙাইরি। নুমিদাংগী পুং তরা তারে। কোল অমা লাকই। তোমপোক্কী ওইরম্মী। মখোয়না পীয়ু হায়রিবা শেনফমদু খরা থুনা পীনবা তৌবীয়ু; করিগুম্বা শেনফমদু অথুবা মতমদা পীদ্রবদি ঐ খুদোংথীবা নংবা য়াই হায়রকই।

মচাগী পাউদু তাবদা রামধন থম্মোয়নুংদা প্রোক-প্রোক চাক্রে। মহাক মখোল থোক্লা কপ্পীংলবনি, অদুবু সনাতোম্বী তাখিগনি হায়বগী নুংশা থীবনা কপচবা ঙমদ্রে।

কপ্না-কপ্না মচাবু ওৎ-নৈবদুদদি তৌবীগনু, মমাসু ৱাঙ্খিবদগী জ্ঞান তাদ্রিবনি হায়না মখোয়দা ফোঙদোকখি।

অচুম্বমকসু সনাতোম্বীদি দ্রিপ কাপ্পদা তুম্নবা হিদাক য়ানশিন্নগা তুমহন্নিবনি।

ঙাইহাক্কী তুংদা মন্ত্রি খোগেনগী ফোন অমুক লাকই। করি অনৌবা দেবলপমেন্ট লৈরবগে হংলকই।

বামধন্না মখোয়না ফোঙদোরকপা ৱাফমশিংদু মরিক চুম্না তম্মী। হয়েং অয়ুক মাগী শেনফমদু মী অমা থারগা খিলহন্নক্লগে হায়রকই।

ৱাখল খন্না-খন্না রামধন ঙাইহাক্তং উইথরুবে। মিকপ থেক্লকপদা নোং ঙাম্নম্লে। থোঙ্গালদা হোক্করনা থাদরম্বা খবরদা ফোটোগা কোন্ননা য়াওরিবা পাউ মচংদু মথং-মথং পাথরকই।

"ইরোইশেনবদগী বেঙ্ক মেনেজর ওইবা রামধনগী মচানুপা তোমপোক ঙরাং লালহৌলুপ অমনা ৱাঙুদগী ফাখ্রে।" হায়বনা হেদিং ওইরগা ইরিবা ৱারোলশিংদু পাবা হৌই।

"করম্বা খুৎপুনা ফাবনো, অথুবা মতমদা শেংদোকপীরকউ! অপোকপী মমাদি ৱাঙ্খিবদগী জ্ঞান তাদ্রি; মখোয়গী ইমুংসি কছারগী থ্বালজুরদগী হোংলক্লগা ইরোইশেনবদা লৈরকপা চহী ফাদ্রিবনি। মখোয়দি মণিপুরগী চৎনবীসু থোইনা খঙদ্রিবনি। মচানুপা তোমপোক্তি মপাল্লমদা মহৈ তমদুনা লৈরুবনা মণিপুরগী মরমদা করিমত্তা খঙদ্রিবনি, অথুবা মতমদা থাদোকপিরকউ।" হায়না ইরকই।

অয়ুক্তা রামধনগীদা উরীবোক্কী ইবোতোম্বী লাকই। রামধন মফি প্রপ-প্রপ হোংদোক্লগা লুপা লাক্ষ মঙা থিবা চৎনবা ইবোতোম্বীগা লোয়নননা থোক্লকই। মখোয় অনী হৌনরগা মরুপ খরগী য়ুমদা চত্তুনা তান্নরুবদা অথুবগী ওইনা বেঙ্কতগী লৌথোকপা হায়না য়ানরে।

ঙসি অয়ুক্কী খবর, রেদিও, টি ভিনচিংবগী পাউদা তোমপোক ফাখিবগী পাউ ঙাক্তা ঙায়রে।

লুৱাংশঙবমগী গুলাপকী য়ুমদসু চীংখৈঙানবী পাউসি তারে। খবরদা য়াওরিবা ফোটোদু উবদা চীংখৈ মিহুম চেঙ্গুম-চেঙ্গানরে। মখা তানা মুন্না পারুবদা তোমপোক্না

মাবু থিবা চৎপদা খুদোংথীবদু নংবগী মরম্নি হায়বসি ময়েক শেংলে। খবর মথক্তা মীত্তগী তারকপা পিনা পূমচোৎ চোৎলে। হে নুংশিবা! নঙগী নুংগী মরীসি ওন্থোক্লা কনখ্রেদা।

"পাওনা বজারগী এস বি আইগী ব্রাঞ্চ মেনেজর রামধনগী অমত্তা পোকচবা মচানুপা ইরোইশেনবদগী তোমপোক, বেঙ্গলরদগী ভরাংতমক থোরক্লগা মপাগী মারুটি জেন তোংদুনা ঝাঙুদা মমান্নবা অমা উনবা চৎপগী লম্বীদা ঝাঙু য়ৌরমদাইদা ঝাংজিং খুনৌ লমখাইদগী খুৎলায় পায়বা মশক খঙদবা কাঙবু অমনা ফারগা লুপা লাক্ষ তরাগী দিমান্দ তৌরক্রি। হায়রিবা শেনফমদু নুমিৎ হুম্নিগী মনুংদা পীদ্রবদি মশা শিনা ফংগনি হায়রি। মাগা লোয়ননা চৎমিন্নখিবা চাউথোইদি খুদোংথীবা অমত্তা পীদনা থাদোরকখি।"

মরিক চুম্বা পাউদু পারুবদা চীংখৈ মকোক ঙাওরক্লুনা মাগী কাদা চঙলগা ফমুংদা লোংনা হাইথরগা ইল্লিবা ফিদুনা মমায় খুন্নগা কপ্লি। ঙাইহাক কপ্পুরবা তুংদা মতোমতা মকোক্তা ঈশিং থাদুনা থম্মোয় খুদুম চন্নবা হোৎনৈ।

"ইস! করিনো তৌরিবসিবু! মানা ঙরাং য়ুমদা থুংলবগা নোংঙাম্লকপদা ঙাইঙমদনা লাপ্লবা ঐগী পোক্লফম খুঙ্গং ঝাঙু তানা করি থবক্কী চৎলুরিবা? তাদা চাউথোইগী মমিং পল্লিবসিনা তাকপদি তাদা চাউথোইনা ঐগী খুঙ্গং ঝাঙুদনি, ঐবু ঝাঙুদা শোয়দনা লৈরমগনি হায়বদগী চৎপা ওইরমগদবা মাল্লি। হৌজিকান্দি মফম অদুবাইদি লালহৌবা য়াম্না কনবা মফম্নি হায়নরিবনি। নোংমা কাংদনা মীফা-মীপুন, অমা ফাখ্রে, অমা হাৎলম্লে, হায়বগী ঝাথোক ঙাক্তা ঙাযরবা মফম্নি। মফম অদোমদা মাগা লুনা তিন্নবা মরুপ লৈরমগনি হায়বা ঐ থাজদে। ঐনা খনবদা মানা মপান্দগী ইরোইশেনবগী য়ুমদা থুংলবগা ঐবু হংলমগদবা মাল্লি। ঐখোয়গী হৌরকফম ঝাঙুদগীনি হায়বসি তা চাউথোইদি ঐখোয়গী বাবাগা তোয়না ঝারী শানবদগী খঙলমগনি। মখোয় অনী তান্নরগা ঐগী লৈফম তানা চৎলুসি হায়না হৌনরগা চৎপদা লম্বীদা ফাবা শোয়দনা ওইরমগনি। মাবু থাদোকমলগী অদুক য়াম্বা শেনফমদুবু লিকখ্রবা মখোয়গী পাবুংদুনা পীবীগদ্রা? পীদ্রগদি মশা শিনা ফংগনি হায়রি। ঐনা মাগীদমক মহুৎ শিন্নগা ঐ ওইনা হাৎপিয়ু হায়রুবদা ফারিবা কাঙবুদুনা য়াবীগদ্রা? মানা খ্বাইদগী নীংঙম্নোইদবা মতাং অমদি মানা বেঙ্গলর চৎকদবা অয়ুক্তুদা ঐনা হরাউ-হরাউ ইমা বৈম্মগী মতেং পাংগে খন্দুনা মখোয়গীদা চঙলুবদা মখোয়গী পাবুংনা ঐঙোন্দা হায়রকখিবা ঝাহৈশিংদুনা

শোয়দনা ওইগনি। মানা বাহৈশিংদু লুমদুনা তারমগনি। ঐসু বাহৈশিংদু ঙসি ফাওবদা কাউবা ঙমদ্রি। মতমদুদা ঐনা মখোযগী পাবুংবু য়াম্না বারৌখিবনি।

ঐখোয়গী বাবানা পাউসি তাবদা শোয়দনা পেনগদবা মাল্লি। অদুবু ঐদি মাগী পাউসি তাবদা থম্মোয়সি তংখায তানা কায়বগা মান্নরে।

মাগী খববদা য়াওবিবা ফোটোসিদদি মাদি করিমত্তা বাবা মান্দে, মোমোন নোক্রি। মহাক্কী ফজবা ফিভম মুর্ত্তি, বাং চাউবা, মশা নানবা মতৌদুনা অহীংগী অমম্বদুদা গুলাপ্তুগী মখোঙদা ঐগী ঙকশমসিদা সনাগী লীক শিবীখিবা মতমদুদা ঐগী পূক্লিংদা ফাওখিবা বাখলগী অপাম্বদুবুদি মানা থুংহনবীরমদে।

মখোযগী পাবুংনা কবিগুম্বা মাবু থাদোকমলগী লুপা লাক্ক তবা পীয়ু হায়রিবদু পীবা ঙমদদুনা মহাক্না শিবা থেক্রবদি ঐসু মাগী মোংফমদা চোংশিন্দুনা থবায় অসে থাবা ঙমহনবীয়ুকো হে ঈশ্বব। ঈশিং লৈতবা পুখ্রিদা ঙাসু লৈবা ঙমদে হায়নৈ, মানা ঈশিং ওইবগা ঐনা ঙা ওইজগে। মাগী নুংশিবা শকফমদু উজবা ফংলোইদবা লৈবগদি ঐবুসু লৌশিনবীয়ুকো হে তাইবং মপু।

অবাবা বাখল মযাম অমা চীংখৈগী মকোক্তা অমমমত ওইনা ফাজিল্লগা মখুম খুমজিল্লগা পাত্র অমদা হাপ্লগা থম্বগুম থমখ্রে।

মিকুপ খবা কাউথোক্লবা হোৎনবগা ইমুংগী অহল অনীগী চা-নুং লোন্দুনা সেবা তৌরিঙৈদা মনাও থোইনু চেল্লকই। মাগী কাদা চঙমিন্নবগা মনাওবু চেজেৎ কোল্লগা কপমিন্নে।

থোইনুনা হাযবকই — "ইচে। তামো তোমপোক্তু মখোয়না নোংমৈনা কাপ্তুনা শিবেকা হায়ববদি কমদৌনি?"

মনাওগী মচিন মেল্লগা — "হাযহৈদে, ইনাও নঙ অদুম্না পনগনু, মা করিসু তৌরোই" হায়রগা মখোল থোক্লা কপ্লি। মচেনা মখোল থোক্লা কপ্লকপদুদা থোইনুনা মপান্দা তাদনবা থোঙ লোনশিল্লি। মেমথোইনা থোইনুনা য়াম্না পাখৎনা চেল্লকখি। অমদি ইমুংদা কপ্লগী মখোল অমা তাবদুদা ইমুংদা চঙলকই।

— "করি তৌবা য়াওরে" হায়না হংলকই।

— "মরী-মতা অমা খুঙ্গংদা কল্লা নারে হায়বগী পাউ লাকই, অদুগীনি" হায়।

*মেমথোই থোকখ্রবা তুংদা চীংখৎ কপ্পা তেক্লেগা মীৎলুগী পিদু তৈপোক-তৈথোক্লা হাযবকই —*

— "ইচেগী ইবেম্মা। কদোমদগীনো ইনাওনা নচেগীদমক্তা অদু যৌনা খল্লুবিবা?"

— 'ইচে। নঙনা তামো তোমপোক্কা উনকবা অহীংদুদা বাবাগী মাওদা পুথেক্লেগা যেংহনখিবা, মানা পীবম্বা সনাগী লীক্তো অতে অমদা অদুম্না পীগদবা মান্দে। মাগী পোৎশক অদো ইচম চম্না লুহোংবগী পোৎপাং ওইনবা পীবসু মান্দে। থম্মোযগী নুংশিবগী মবী হেন্না চেৎনবা পীবা খুদোলনি। মদুমক্কা মানা যুমদা হেক থুংলবগা ইচেগা উনবনি খল্লুবগা উবক্তবদুদা ঙাওদুন' ৱাঙু তানা ইচেবু থিবা চৎপা শোযদনা ওইবমগনি। ইচে। নঙ ঐঙোন্দা শেংনা অমুক্তা হাযযুনে? নখোয অনী অহীংদুদা বাশক্লখিবা লৈব্রা?'

মনাওগী বাহং খুদিংগী মচেগী মীৎলুদগী পিবাংনা চাউববা পল অমা নীংখাযবকপগুম হান্না কপ্লিংদুনা লৈবম্বগা পিবাংগী ঈচেল কনখৎলক্লে। মনাওবু চেৎনা কোল্লগা লাইবক্তা নুংশিনা চুপ্পি। মনাওগী লাইবক্তা চুপ্পদু তোমপোক্কা মাগী লাইবক্তা চুপখিবগী মহাওদুগা মান্নে হাযনা খঞ্জকই।

থোইনুসু মচেনা মাবু হেন্না নুংশিবক্লিবগী মবমদু মাগী ৱাহংগী পাউখুমদুমক্লি খল্লি।

তাইবংপালসিদা মীওইনা পোক্লেগা ইনখৎলকপা মতমগী লৈশাবীশিংনা অমগী থম্মোযদা ফাওবা নুংশিবগী ৱাখল অমগী মফমদসু কবিগী ফাওদনি?

মীওইবগী নুংশি ৱাবীদা জাৎ, কুচু, ধর্ম অমত্তা খাযবা যাবোই। থম্মোযগী ঈচেলদি তোঙানবা তুবেলগী ঈশিংগী ঈচেলশিংনা মচু-মওং থবা খেন্নজববসু মনুংগী অর্থ চপ মান্নবগুম, সমুদ্রগী ঈপাক্তা থুংখ্রবা কান্দা লোইনমক অমখক্তদা পূনখ্রি। মতৌ অদুগুম্না নুংশিবসু ঈপাক অমদা শোযদনা পূনখিগদবা ঈচেলগা চপ মান্নবনি। থোইনুসু মচেগী নুংশিগী ঈচেলদা ঈচেলগী তোর্বান্দা লেপ্লগা ঈচেলদা তাউথবক্লিবা কাউশীং মশীং থীদুনা শান্নবা যাওকই।

মচিল-মনাও ঙাইহাক কপমিন্নববা তুংদা মখোযনা তৌবা যাবা মতাংগী মবমদা মখা তানা খন্নবকই। লুৱাংশঙবমগী মৈবা শঙগী মৈবা পাযবী কাঙবুনা তোমপোকপু

তেক্ত-কায়দনা থাদোকপিরক্লবা রাকৎ-মীফম ফম্বা হৌনরক্লবদি মখোয় অনীস্ যাওসি ভাংনৈ।

কুইনা লৈরগা মচেগী থবক কায়গনি খনবদগী থোইনু মখোয়না লৈরিবা কুম্নগী যুম তানা অমুক হনখ্রে। অশোমদা ইরোইশেনবগী লৈকায়গী মৈরা পায়বী ময়াম হৌনবগা নাওরেমথোংগী মনাক্তা তোমপোকপু তেক্ত-কায়দনা থাদোকপিরক্লবা রাকৎ-মীফম চৎথবা হৌখ্রে। অতৈ অতোপ্পা লৈকায়শিংদস্ মথংগী নুমিত্তা মীফম ফম্লবা বা লেপ্লবা হৌখ্রে।

খঙদে, লমদম মচাসিদা নোংমা কাংদনা থোক্লিবা থৌদোকশিংসিবু চুম্লিব্রা? সবকারগী মায়োক্তা 'অফসপা' লৌথোক্লবা ফম্বা রাকৎ মীফমস্ লমদমসিগী নিংতম লালহৌবশিংগী দিমান্দগী রাকৎ মীফমস্ খেন্নবা অমত্তা লৈতে। ঐখোয় মশেলগী মরক্তা ভাব খরা তান্নবদি ফরবনি। নৎত্রবদি অতোপ্পা মীনদি অশোয়বশিংসি হোত্রোং হোনা উরমগনি।

তোমপোক্কী ইমুংদনা রামধনগী মরুপ-মপাং, খঙ্নচান্নবা ওফিসকী মীওইশিংগা তান্নরগা খোমজিল্লকপা পৈশাদু মন্ত্রি খোগেনগী য়াওরগা পুন্না লুপা লাক্ষ তরা থৌরাং তৌবা লোইরে। রামধন জিরি খোগেনগী ক্বার্টরদা খোগেন উনবা লাকই। খোগেন লৈরমদুনা ঙাইহাক ফমদুনা বারী শানৈ।

কুপ্না মমুৎ তানা খন্নরবা তুংদা রামধন মশামক য়াওরগা ড্রাইভর অমগা জীপসি অমদা চৎপা হায়না লেপ্লরে।

অসুম্না রা খন্নবা লোইরবা তুংদা যুমদা অমুক হল্লক্লগা ইমুংগী লাই-তিন খুরুম্বা লোইবগা রামধন লুপা লাক্ষ তরাগী শেনফমদু পুরগা যুমদগী থোরক্লে। মন্ত্রি খোগেনগীদা লৈবা ড্রাইভর হেমন্তনা জীপসিদু থৌরগা মোইরাং লাইন্দা অসুম লাকই। নমবোল, ওইনাম, বীসেনপুর, নিংথৌখোং হেন্দোক্লম্লগা লাকপনা মোইরাং লমখায়রোমদা থৌরকই। হায়নখিবা মফম থাংজিং লাই মপাদা জীপসিদু শড়ক্কী মতাই ওইরপ্না খাম্মী। হৈবোং মখোঙদা নুপা অমা লেপ্তুনা লৈবা উরে। হায়নখিবা পুংফম, লাক্লিবা জীপসিদু উবদা শোয়ররোই খঙবা মাল্লি, নুপাদুনা মখুৎ খৎলগা রামধনবু কৌশিল্লকই। মীশক্তু চুম্লে হায়বা খঙলদুনা রামধন্না শেনফমদু পুরক্লে হায়না নুপাদুদা ইঙ্গিৎ অমা তৌই।

নুপাদু জীপসিদা কাখৎলগা গাড়ীদু থৌরো হায়। গাড়ী থৌবা হৌবগা অতোপ্পা নুপা অমসু নাকল অমদগী থোরক্লগা গাড়ীদুদা কাখৎলক্লে। গাড়ীদু মখোয়না থৌ হায়বা লম্বীদা অদুম থৌরগা লাকই। কুম্বী হেন্দোক্লম্লগা মখা তানা থৌরকপনা সগাং অমুক য়ৌরে। খরা অমুক থৌরগদি রাম্ভু য়ৌরে। চীংযাগী লম্বী অমদা অসুম থৌরগা লাকপনা তোমপোক্না লৈবিবা জগাদু য়ৌরে। গাড়ী খাম্নবা হায়বদগী ড্রাইভরনা গাড়ী খাম্মী। মখোয় পূন্না খোঙনা য়ুমদোমপোক অমদা চঙলকই। মফমদুদা তোমপোক লৈরম্লে।

রামধন্না পুরকপা শেনফমদু শুরব্রা অমুক্তা য়েংবীয়ু হায়না মোইবাংদা ঊাইরম্বা নুপাদুদা পী। শেনফমদু শুনা পীরবনিনা তোমপোকপু থাদোরক্লে। তোমপোক্না মপাবুংগী মখোঙদা খুরুম্লগা কপ্পী। রামধনসু কপ্পী। মচাগী মতৌদু উবদা রামধন্না মচাগী নীংবা থুংহন্নবীরগে খল্লে। তোমপোক মাবু ফারগা থম্লম্বা কাঙ্গবুদুদা অমুক চৎলগে হায়কেরে। ঙরাং নুমিদাং মানা চানবা চাক থিল্লকখিবী ইমুংদুগী চহী ১৫ গী লোন ওইগদবী নুপীমচাদু থিরকই। মমাদুনা মচাদুবু কৌথোরকই। তোমপোক্না মপাদগী লুপা চাম্মা লৌরগা নুপী মচাদুদা পী। নুপীমচাদু পৈশাদু লৌ হায়বা য়াদনা চেনখ্রে। তোমপোক্না মমাদা ওইনা পীরম্লগা জীপসিদা কাখৎলে। চৎলমদাইদা রামধন্না মারুটি কারগী মতাংদা য়ারবদি কারদু পুজখ্রগে হায়। নুপাদুনা কারদু থবক অরুবা অমগী শীজিন্নখ্রি, হয়েং শোয়দনা থিল্লক্কে হায়রে। কন্না মুক্লক্কবসু য়াদবা মতাং ওইবনা মখা অমুক তারমদনা ড্রাইভরদা গাড়ী স্টার্ট তৌরো হায়রগা মফমদু থাদোক্লম্লে।

গাড়ীদু মরক্তা খাম্বা তৌদনা অসুম থৌরগা লাকপনা নুংথিল পুং অমরোম তাবদা ইরোইশেনবগী রামধনগী য়ুম য়ৌরে। থোঙ্গালদা মৈনচিংবা ওক্লবা তুংদা য়ুমদা চঙলক্লে। সনাতোম্বীনা হায়বদগী তোমপোক্না শেৎলু-চারুবা ফি-রোলশিংদু মপান্দা হোংদোকহল্লে। অদুগী তুংদা তোমপোকপু ঈরু লুজহল্লগা ইমুংদা চঙহল্লি। মী ময়াম অমসু নুপী-নুপা, এমসু, দেসাম, মৈরা পায়বীনচিংবা কয়ানা শুমাঙ-মাঙ্গোল পিক থন্না তোমপোকপু ঊাইনরম্মী। হন্দক্কী মতাংসিদা তোমপোক্কী মমিং চৎলু হায়বা মতাংদু ওইখ্রে।

রামধন্না ময়াম্বু খুৎ লোম্নদুনা খুরুম্মী। তোমপোকপুসু ময়ামদুবু খুরুমহল্লি। সনাতোম্বীসু মশাদু খরা কনখৎলে। মচাবু নুংশিনা মরাইবক্তা চুপ্পি। ময়াম পূন্নমক তোমপোক থাদোরক্লবনিনা তপ্পা-তপ্পা ময়ুম-ময়ুমদা হল্লখ্রে।

রামধন্না মন্ত্রি খোগেন্দা টেলিফোন তৌদুনা মচা থাদোরক্লে হায়বগী পাউ পীখ্রে। খোগেনসু পাউদু তাবদগী মফমদুদা য়ৌরক্লুনা রামধনগী ইমুংগী নুংঙাইবদা শরুক য়াবা যাওরে।

খোগেন্না রামধন্দা হায় - "হৌজিক্তি করিমত্তা নুংঙাইতবা তৌবীরুরনু! ইচানুপাবু য়াম্না থুনা এ ই গী ফম অমা অথুবা মতমদা হাপ্লবা তৌবগে। অদু, হংচিংসি নোংমাইজিং নুমিৎনি, ঐগীদা মন্ত্রি শরগা চাক অমা শীন্নগে; ইমুংগী মী পুম্নপ হেক্তো লৌহঞ্জরগে, ঐগী থবক থরসু লৈহৌরি, অমুক য়ৌরগে?" অসি হায়রম্লগা খোগেন হনখ্রে।

রামধন পীথোক্লম্বদা ঙাইরিবা লুপা লাক্ষ তবাগী শেনফমদু করম তৌরগা শিংগদগে খনবা হৌরে। মা অরিকপা মী ওইজরগসু মীঙোন্দগী অরেম্বা শেন্দি থক পামখিদে। মাগী ইরোইশেনবগী য়ুম, ইংখোলসি থাদোক্লগা কচ্ছরগী থ্বালজুরদা হন্নীংবগী বাখল লাকপা হৌরে। লোন লৌবগা লৈখিবা মারুটি জেন্দুসু লোন শিংবা লোইদ্রিবনি। অসুম মপং-মথং খন্নকপদা মাগী পোস্টিংসু আসামদা অমুক হন্নবা দ্রখাস থারগে খন্নকই।

তোমপোক্কী কাদনা মমা সনাতোম্বী চঙলক্লুনা মচাবু থেমজিন্নি। মমানা থোকখিবা থৌদোক্লুগী মতাংদা হংবা বাহং অমত্তা মচানা পাউখুম পীদে। তোমপোক্না হৌজিক ফাওবদা মমা অমদি পাবুং অনীমকপু বারৌরি। মমীত্তা মপি ইরা চেন্নগা -- "ঐবু মখোযনা ফাবদো থাদোকমল পীবীদদুনা মখোয়না নোংমৈনা কোকসিদা কাপ্পগা হাত্তোকপিরম্লবদি ঐগী অবাবসি লোইরম্লগদবনি।"

"হায়হৈদে, নঙনা হন্দক-মরক অদুগুম্বা বা তোয়না পনবদগী তারক্লিবা ইমুংসিগী অবাবসে ইচাবু ভাব তাদ্রবা? অদুক য়াম্বা মীয়ামদুনা নঙ ফাখিবগীদমক বাবীখিবা ময়ামদুবু ইচাবু করিসু খন্দ্রবা? মসে ওম্লোক্লা মমল য়ামখ্রবনি। অদুগী মথক্তা নঙগী পাবুংগা মন্ত্রি খোগেনগা লুনা তিন্নরম্বদগী মানা পৈশা থাইবোক অমসু পুথোকপিখিবনি। নঙ মঙোন্দা ব্যবহার কায়বা য়াবা নত্তেকো ইবুংঙো! ঙসাই মানা চৎলমদাইদা হংচিং নোংমাইজিং নুমিত্তা মখোয়গীদা চাক চাবা লাক্কদবনি হায়রম্লিবদুনি।"

— "ইমা ঐ চাক চাবা চৎলোই হায়রিবসিনি।"

— "ইবুংঙো! নঙবু অদুম্না ঙাঙগনু হায়বনি, মীনা তাখ্রগা করি খন্দোইনো?"

মমা-মচাগী বারী লোইদ্রিঙৈদা পাউমী থরা মপান্দা লাকই হায়না পাউ পীরকই।

*তোমপোক মপাল থোরক্লগা পাউমীশিংদুগা উনৈ। তোমপোক্তা থোকখিবা থৌদোক্কুগী বাহং-পাউহং তৌদুনা মরিক-চুম্বা পাউ অমা ভি দি ও কেমেরা য়াওনা লৌবা লোইরগা পাউমী কাওবুদু হনখ্রে।*

নুমিদাংগী রেদিওগী পাউ, আই এস টি ভি গী পাউ অমদি দি দি কে গী পাউ খুদিংমক্তা তোমপোকপু তেক্ত-কায়দনা থাদোরকপগী পাউ মীয়াম্না তাম্নরে।

চীংখৈঙানবীসু পাউদু তাবদা হবাউবনা তৌফম খঙদে। খুদক্তা তোমপোকপু উনবা ফংলবদি কয়াগী মতিক নুংঙাইগাবা খঙ্গরকই। তোমপোক্কী য়ুমদা ময়াম্না নুংঙাইবা ফোঙদোকপদু মাসু য়াওজনীংই। মানা থম্মোয় শেংনা নিজবদু ঈশ্বরনা তাবীদুনা তোমপোকপু থাদোকপিরকপা ওইরম্বসু য়াই হায়না খঞ্জে। ফম্না উনীংলবসু কবস্না মতমদা মখোয়গীদা চৎলগা মাগা উনবা ফংগনি খনবদা অৱাবা অমা ওইরি। মানা খুদক্তা তোমপোক উনবা চৎলুবা মতমদা তোমপোক মশানদি হরাউজরবসু মখোয়গী মপাবুংগী মীৎয়েং-নায়েং, ঙাঙথোরকপা ৱাঙাঙশিং নীংশিংলুরগা অমুকসু অকিবা ফাওরকই। "ইকায় খঙদবীসি অমুকসু লাক্রে" হাযবক্লবদি ঐ শোযদনা শিরসিরা খল্লকপসু য়াই। অদুবু ঐনা মখোয়গীদা চৎপা থোক্লবদি গুলাপ পাম্বীদো ফজনা হৌরিব্রা য়েংনীংই; অদুগা শকহেনবীনা ঐবু কাউরম্লগদ্রা হায়বদুসু খঙনীংই। মানা খঙহৌদনা মখোয়গী ইমা বেম্মা থাংদুনা পুবগী মতাংদা খুদাংদা তাপ পায়রকখিবদু ঐ খংবগুম হকচাং পুম্বা তু চুংখিবনি। মতমদুদা চোংখিবা তিং-তিং মিচ্ছলদো ঙসিসু কাউবা ঙমদ্রিবসিবু করিগীনো? হে নুংশিবা! নঙগী নগুনসে ওম্থোক্লসু কনখ্রেদা। অশুক মমল য়াম্বা পোৎশক অসিবু পামজবা, পামজবী অনীবু নোংমতসু মশক উনহন্দনা থম্বীবসিবু চুম্বনে? ঐনা বারিবসিগুম মাসু বারমগনিকো! ঐনা খঙহৌদনা মাগী মমাঙদা লেপ্লুবা মতমদা মানা ঐবু মখুৎ অনী চঙদুনা চেৎনা কোনশিন্নক্কদবা মাল্লি। মানা চেৎনা কোল্লগা ঐগী লাইবক্তা নুংশিনা চুপ্লিঙৈদা ইমা বেম্মনা উরগদি করিসু হায়দবা য়াই; অদুবু পাবুংনা উরবদি ঐবু চৈ অমনা শোয়দনা কল্লগা তাল্লকদ্রা?"

খনবমখৈ খল্লুরগা করিগুম্বা মনাও থোইনুসু পাউদু তাদুনা মখোয়গীদা লাকপা থোক্লবদি মনাওগা নোংমাইজিং নুমিত্তা চৎলগা অমুক্তং তাঞ্জা য়েংলুরসি হায়গে হায়না লেপ্লে।

হায়রিঙৈদা থোইনু পাউদু তাদুনা মচে উনবা লাকই, — "ইচে! পাউ তারবা নৎত্রা?"

— "ত্রারে।"

-- "অদুদি ইচে, কৈদৌঙৈ উনবা চৎসি হায়বা?"

"হংচিং নোংমাইজিং নুমিৎসিদা পূং ১১ গী অদুবাইদা চৎলসি।"

"ইচে! নওগী পূং ১১ সি তোয়মপ্রেকো! বারো মতুংগী পূংফম অমা অমুক য়েংবনা ফদৌ মাপ্প।"

"মদু য়াদ্রি, পূং ১১ দা ইচেগী থাজবা চাউনা লৈরি।"

"অদুদি ঐ শ্মুক চৎলগে, নোংমাইজিং নুমিত্তা লাক্লগে?"

# নিপালশুবা

ঙরাং অহীংদি পাম্মুবগী রাখলদা থম্মোয় লৈরাংনা অমুক শাৎতোক্লীংবগুম তৌরুবগা শাম্ভোকপদি হেক ঙমজদা ওম্ভোক্লা রানা লেনখিবনি চীংখৈদো। ঙসিদি পাম্মুবগী রাখলদা অয়ুক ঙস্তা হৌরগা লাইগী ধূপ-নুং থাদুনা মমীৎ চেৎনা উইশিল্লগা মখুৎ অনী লোন্নদুনা নুমিৎপু খুকমদুনা লৈ।

খঙহৌদনা চীংখৈনা মমীৎ পাঙথোরকপদা শুমাঙদা তোম্বীমচা লেপ্পুনা লৈরম্মী।

তোম্বীমচানা হায়রকই — "চীংখৈ! নহাক খবরদা যাওখিবা ইরোইশেনবদগী তোমপোক হায়রা কৈনো, নখোয়গী অা খুঙ্গং, বাঙ্গুদা ফাখি হায়বদো ঙরাং থাদোরক্রমাম্লে। নঙদি পাউদু তাররা?"

লাই খুরুম্লুবগী ধ্যান লোইফাৎত্রিঙৈদা ধ্যান্দু কায়বগুম তৌরে। তপ্না খুম্লকই — "তারে, তামো। মহাক ঐখোয়না হান্না লৈবম্বা ইরোইশেনবগী বেঙ্ক মেনেজর ওইবা পাবুং রামধনগী অমম্তা পোকপা মচানুপানি, ইঞ্জিনীয়ার লোইরবনি।"

"এ! নঙদি য়াম্না মুন্না খঙলম্মীনা। অদুদি মাদি বাঙ্গুদা কবি থবক্কী চৎলুবদা ফাবা ওইরমগনি, নঙবু মরমদু খঙব্রা?"

"অদু য়ৌনদি খঙজদে তামো।"

"মীগী বা তোক্লসি, ঐনা লাক্লিবসি নঙগী বী এ ফার্স্ট ইয়ারগী মিং চনবগী মতাংদুনি। কলেজদা মিং চনবা হৌনরে। ঐনা ঙরাং নঙগী ফোর্ম লৌরক্লে। নঙগী মেট্রিক্কী, তুবেলফক্কী মার্ক সিৎ, সার্টিফিকেটনচিংবদু জেরোক্স কপি লৌরগা এটেস্টেট তৌরগা হাপকদবনি। ফিল্লপ তৌবা লোইরগা ঐ অদুম থাজিনখ্রগে? নঙ হয়েং লোইশিল্লগা থনম্মো। নিংথৌকাবা নুমিত্তা মিং চন্নবা। ঐ থবক খরা লৈহৌরি, ওজা উনররোই, চৎলগে?"

চীংখৈনা খল্লি — "ঐবু নী এ অমুক তমখিগদ্রা, তৌবিসিবু? হযেং মখোয়গীদা চৎলুবদা মাগা উন্নবা মতমদা মানা নঙ অমুক চৎখিবা য়াবোই, নঙ থিবা চৎপদনি ঐনা শিকব্বদগী হল্লক্লিবসি হাযবক্লবদি কমদৌবা? খঙদে, ঐগী পূক্লিংসে তপথবা ইয়াযাদ্রে।"

তোম্বীমচাদি চীংখৈগী মিং চনবগী ফোর্ম পীনল্লগা অদুম চৎখ্রে। থাংজ নুমিৎসি লোইবা ঙাইবদা চীংখৈদু ওহ্লোক্লা বাজখি। অহীংদু নোংসু কন্না চুখি। চীংখৈনা খল্লি, তামো তোমপোক ফাকবা থাদোবকপসিদা লমদমসিদা লৈবম্বা মীশিংগী থম্মোয়গী অমোৎপশিংদু লোইনা চামথোকখ্রসনু' তোমপোক্কী বাথোক্লা নুমিৎ নীনি, হল্লিসি চীংখৈ নোংমতা তুম্বা যাখিদে। ঙসি অহীংদি কন্না চুবা ইঙাগী নোংসিনা চীংখৈবু মিকপ থোক্তবমখৈ তুমহনবীবে।

চীংখৈগী মমঙদা মখোযনা হান্না লৈবম্বা ইরোইশেনবগী খাংপোকশঙদা লৈবগুম তৌই। অযুক্তা শকহেনবীগী শঙ্গোম শুম্লনা বালটিন পুথোক্লনা থৌবাং লোইবগা মন্নাও থাদোক্লনা শঙ্গোম হান্না পিথক্লে। ঙাইহাক পিথক্লনা শঙ্গোম থাহল্লবা তুংদা শঙ্গোম শুম্বা হৌবে।

কদোমদগীনো তোমপোক্লা নহান শঙ্গোম হৈদোকখিবদু ঙসিদি হৈদোক্তনবা ঐ বালটিন পাযবীগে হাযবগা মখুৎ অনীনা বালটিন মপান্দা পাযবগা নাকন অমদা ফল্লি। চীংখৈনা থবায যাওনা শঙ্গোম শুল্লি। তোমপোক্লা ষনবীনা খনজিনখ্রবা চীংখৈগী মায়থোঙদু যেংগদবগী পাকথবা লাক্লে। মদু চীংখৈনা হেক উবে। শঙ্গোম মচিন্দুনা তোমপোক্কী মমাযদা পিদ্রিৎ-পিদ্রিৎ অনীবক কাপশিল্লকই। তোমপোক্কী মমায়দু শঙ্গোম্না পূমঙৌ-ঙৌবে। মাযদগী চেম্বুবকপা শঙ্গোমদু মরৈনা শৎ-শৎ লেকই। মাগী মতৌদুদা চীংখৈনা কবেম্লবগুম হৌনা নোকই। মখোয অনীগী তৌবিবা মওংদু বামধন্না যাম্না চেকশিন্না যেংদুনা লৈবম্লে। চীংখৈনা যাম্না পাখৎনা মখুৎ লোন্নবগা বামধনদা হাযজৈ -- "পাবুং! নচা লাঞ্জবে, মতুংদা অমুক হন্না তৌজববোই।"

যাম্না চীংলেম্বা খোনফমদা রামধন্না হায়বকই — 'ইচা অনী লান্দে, নখোয অনীনা অদুক যাম্না নুংশিনজবদু ইপানা খঙলুদবদগী ইচা অনীবু ওহ্লোক্লা বাহনবীখ্রে। ইপানা খুদকসিদা নঙবু ইমৌ ওইনা লৌশিল্লগনি। নখোয় অনীবু ইপানা হৌজিকমক লুহোংবীবগনি।" অসি হাযদুনা চীংখৈবু বামধন্না মখুৎ পায়বগা বামধনগী যুমলোমদা পুশিনখ্রে। সনাতোম্বীনা তুলশিবুংদা ঙাইবগা ফি অমনা চীংখৈবু কোল্লগা ইমুংদা

পুশিল্লক্লে। ইমুং যৌরগদি চীংখৈবু হান্নদগী ঙাইদুনা লৈরম্বা পোংলোই শেংপী অমনা য়ান্না থুনা পোংলোই শেংপীবে। মপান্দনা পুং, করতালগী মখোল তারি। ঙাইহাক্কী তুংদা ধন য়েদুনা বেন খোংলগা মান্দব ময়াযদা বর থোকখ্রে। খোইনুনা মোম্বেক পুথোরক্লুনা কৈন্যা শেন্নবীনা মফম চানা থগ্নে। ঙাইহাক্কী তুংদা চীংখৈবু মান্দব ময়ায়দা পুখোরক্লে। লুহোংফান্দা ফম্লিবা বরদুগী মকোক্তু কোইযেক্লুনা মমায় ফাওবা খুম্নগা লৈবনা চীংখৈনা মশক খঙবা ঙমদ্রে। চীংখৈগী মশাদু চিংনবনা হুমাং কাংলে। মহাকপু রামধন্না নমথাক তৌবীবগা অতোপ্পা নুপা অমদা লুহোংবীগদৌবে খন্দুনা ফমফমদগী শাউনা ফুক হৌগৎলকই। ময়াম পুন্নমক্না তৌহৈদে. ইবেম্মা ফম্মু হায়। চীংখৈনা য়াদে। ময়াম্না লাউরকই — "লৈ কোযদ্রবসু কুন্দো পরেংদুদদি নমদুনা হুকহল্লো।"

চীংখৈনা ঐ ঙম্লোই হায়না লাউরকপদা বামধন্না চীংখৈগী খজাইদা খুপাক্না থারম্মী। চীংখৈ নামনবদগী মিকপ খংথোক থোক্লে। মিকপ থোক্লকপদা চীংখৈগী মশাদু হুমাংনা পুমচোং চোংলম্লে। ফমুং মথক্তা ফম্নগা হুমাই হুমদুনা মশাদু ইংনবা হোংনৈ। চীংখৈ মফম খঙখিদ্রবা মঙদুবু নীংশিংলগা মঙগী লংলা-লংজিল থিবা লাক্লে। ভাব তাবা ঙমদনা লৈবিঙৈদা নোং ঙাম্লোবক্লে।

ঙসিসু ঙস্ত্র হৌরগা চিন-য়া শেংবা লোইদুনা লাইগী থবক অমা'ম লোইশিল্লগা অহল অনীগী চা লোল্লগা ফ্লাক্সতা হৈজিল্লগা থম্লে। ঙনমন্না হৌবসিদা ৱাখল খন্না খন্না নুমিদাংগী নোংনা কেলহল্লম্বা শুমাঙদা তাবিবা উনা, ৱানা, লৈ-মনাশিংদু অমমম ওইনা খুল্লি। শুমাঙদা ঈশিং তুঙবা য়াওবিবদু নালাদা চেনখিনবা ঈশিংদু কর্নে অমনা খোংলি। নুংশিংনা হুমদোক্লম্বা গাডী কুপ্পা ফিদু মওং তানা কুপশিল্লি। অসুম্না থবক অমগী মথংদা অমা ইমুংগী মকুপ-মতা হোংনবিঙৈদা অয়ুক্কী পুং নিপাল তাখ্রে।

ঙাইহাক্লুদা তোম্বীমচা ইপা-পাখংনা চঙলকই। মহাক্কী কলেজ ওজাগী থবক্তু রেগুলরগী ওর্দর থোক্লে। পাউদু চীংখৈদা তম্লীংমনবদগী লাকপা ওইরম্মী। মাগী পাউদু তম্বা লোইরগা চীংখৈদা মানা ঙরাং পীরম্বা ফোর্মদু ফিল্লপ তৌবা লোইবব্রা হংই। চীংখৈনা হয়েং শোয়দনা লোইশিল্লগা থমজরম্নগে হায।

তোম্বীমচাদি ওজা গুলাপকী কাদা চঙলগা মাগী নুংঙাইবা ওর্দর থোকপগী পাউদু তম্লুবে। তোম্বীমচাগী পাউদু তাবদা ওজা গুলাপসু হৱাউই। মতুংদা মাগী রিসার্সকী মতাংদা ৱারী মখা চৎথখ্রে। চীংখৈনা চা কপ অনীখক ফ্লাক্সতগী হৈরগা পীরুই।

গুলাপনা হায়রকই — "ইবেম্মা! নবুংনা নঙগী মিং চন্নবা ফোর্ম পীরম্লে হায়বদু ফজনা মেনশিন্নো! হৈত্রগা নবুংগা তান্নরগা মেনমিন্নৌ।"

— "হোয়, পাবুং" হায়রম্নগা চীংখৈ চাক থোংবা চঙখ্রে। মানা চাক থোংবা লোইশিন্নকপা মতমদা মনাও থোইনুসু য়ৌরক্নে। তোম্বীমচাসু ময়ুমদা হনখ্রে।

চীংখৈনা অহল অনীগী চাক শেম্বা লোইদুনা থন্নবা তুংদা মচিন-মনাও পুন্না চাক চামিন্নে। চাক চাবা লোইবগা মাগী কাদা চঙদুনা মফি-মরোল হোংদোকই। শেম-শাবা লোইরগা চৎলমদাইদা মমা'বেম্মদা পাউ পীবা চঙলকই। খাইরম্বন্দ বজারদা থোইনুগী ফি অমখক্তা লৈমিন্নরুগে কুইরক্লোই হায়রুরে। মমা'বেম্মনসু চীংখৈনা তোয়না মপান থোকচদবদুদা ঙসি নোংমদি চৎচরুসনু খন্দুনা — "চৎলুরো, চৎলুরো" হায়না হবাউ হরাউ য়াবীরকই। মখোয় অনী খোঙনা মোন রোদ তানা থোরকই। তোম্বীমচা অয়ুক লাক্রম্বদুদা ইবাংদু খঙদুনা ময়ুমদগী মারুটি কার থৌদোক্লরগা চীংখৈগা থোইনুগা লাক্কদবা লম্বীদা ঙাইদুনা লৈ। চীংখৈনসু হন্দক মরক তোম্বীমচানা মঙোন্দা নকশিন্নকপগী মরমদু করিগী খঙদনি।

"হায়মা! নখোয় অনীদি কদায়দনো?"

"বজাব চৎলুগে তৌবনি তামো!"

"লাকও, লাকও কাখৎলকও, ঐ থিনবীরম্নগে?"

মখোয় অনী তোম্বীমচাগী কারদা কাখৎলগা তোংখৎলে। চীংখৈনা মমাঙদা ফম্নগা থোইনুনা মনীংদা ফম্মী। তোম্বীমচাদু ঙসিদি মাগী থবক্কী ওর্দর থোকপগী নুংঙাইবগা অনৌবা বাগ অমবু লাকই। হংলকই — "নখোয় অনীবু বজারদা কবি থবক লৈবনো? সিনেমাদুম য়েংলুসিবা?"

চীংখৈনা — "তামো! ঐখোয় অনী বজারদা ইনাওগী ফি অমখক্তা লৈরুগে তৌবনি। সিনেমাদি কোন্না য়েংলসি। ঙসিদি য়ুমদা হায়রমদবনিনা তোক্লেসি!"

"নখোয়গীদুবু ঐসু য়াওনা চৎমিন্নসি হায়ব্রো?"

"য়াওদসু য়ানিদা, গান্ধী মেমোরিএল হোল মপাদা কুমজহৌগে?"

"অদু, ঙরাং ঐনা পীরম্বা ফোর্মদু ফিন্নপ তৌবা লোইশিন্নগা থনম্মোকো!"

"হোয় তামো!"

"করিগীনো, হৌজিক ফাওবা তৌদ্রিববো? নঙবু লাইরিক মখা তম্নীংদ্রব্রো?"

"থঙদেদা তামো ! ঐনা লাইরিক তম্লবদি ইমা' বেম্মগা পাবুংগগী সেবাদা অকায়বা লাক্কদ্রা খঞ্জবদো।"

"হেরা ! নঙসু অদুক লাযবা ৱাদুবু, ওম্ভোক্লা লুনা খঞ্জিল্লুবে। ঐখোয় ওজাদি অদুগুম্বা মী নত্তে। নঙ তপ্পা-তপ্পা মাগী মগুন খঙলকখিগনি।"

ৱারী শারিঙেদা গান্ধী মেমোবিএল হোল মপা যৌরক্লে। তোম্বীমচানা গাড়ী খাম্মী। মখোয় অনী গাড়ীদগী কুমথরে।

তোম্বীমচানা — "অদু, হযেং শোযদনা ফোর্মদু ফিল্লপ তৌরগা থনম্মোকো। ঐ লৌররগে?" ৱাহৈদু হায়রল্লগা তোম্বীমচা গাড়ী মমায় লৈরগা হনখ্রে। মচিন-মনাও খোঙনা মতেক অমা লাক্লগা ধর্মশালা তাবা লম্বীদা ফাওজিল্লকই। শেম, অঙ্গুব য়োনফমদা চঙলগা শেম, কে.জি. অমগা অঙ্গুর কে জি তংখায় অমগা লৈবে। বীসকুট য়োনবা দুকান্দা চঙলগা বীসকুট পেকেট অনী অমগসু লৈবে। পোৎশিংদু প্লাস্টিক্কী খাউ অমদা পুন্না হাপ্লগা চীংখৈনা পায়। মখোয় অনী খোঙনা অসুম লাকপনা উবীপোক চৈরাপ কোর্ট মমাঙ যৌবে। মফমদুদা খাল্লম্বা লমশাং চেনবা কেন্টব অমদা কাখৎলগা ফম্লে। গাড়ীদা ফম্বগা চীংখৈগী মশাদা চিংনবগুম তৌরকই। বামধন লৈরম্লবদি কমদৌনি খল্লুবদগী থম্মোয় খংশোন শোম্বকই।

মনাওদা হায়রকই — "ইনাও ! ঐখোয অনীবু তোক্লসিরা?"

"করি তৌরে ইচে?"

"হুম ! সুম চিংনেরকপগুম তৌবা।"

"হেরা ইচে ! অসি যৌনা লাক্লগা হনবা হৌনদে। থৌনা খরা লৈবা তম্মুদা।"

ঙাইহাক ঙাইবগা গাড়ীদু থৌবা হৌরে।

পঙলাপ- লাপ্পা লম নত্তবনিনা ইরোইশেনবা যৌশিল্লক্লে। থোইনুনা হায়রকই — "ইচে ! মস্বাইসি য়ৌরকপদা পূক্লিং নুংশিরকত্রা?"

"করিগী নুংশিদনি" ৱাহৈদু হায়না-হায়না চীংখৈগী মীৎলুদগী পি শীম্বা হৌরকই।

মীওইবগী থম্মোয় মনুংগী তোঙানবা নুংশিবা ৱারী অমসু লৈরি। নুংশিবা কৌবা পোৎশকসি মীওইবগী কোক্তা চঙলমদ্রবা, কমদৌনা হৌখ্রবা মতম্বু নীংশিংলুরগা মীৎলুদগী পিরাং শীম্বরমগদগে? পুম্নমক নীংশিংবা ঙম্বগী শক্তিনা পোকহল্লিবনি। ইরোইশেম্বগী মখোয়না হান্না লৈরম্বা লৈরক মপাদা গাড়ীদু খামহল্লগা মখোয় অনী

কুমহৌরে। থোইনুনা মাঙ থারগা মচেনা তুং থংলগা চঙলকই। গেট য়ৌবদা লকক তৌই। থোইনুনা মখুৎ থিংজিন্নগা গেটকী কোচিদু লৌথোক্লগা মখোয় অনী চঙলকই। অসুম চঙলকপনা শুমাঙ য়ৌরে। মাঙ্গোলদা মী অমত্তা লৈবা উদে। চীংখৈনা মখোয়না হান্না লৈরম্বা খাংপোকশঙলোমদা য়েংলুই। য়ুমদু খরা ফজনা শাদোক্লন্নে।

"ও! য়ুমসি শেমজিন্নবোইরে।" শঙ্গোম্নোমদা অমুক য়েংই। অদুবু ষন লৈবা নাকন্দু খাবনিনা উবদি ফংদে। শুমাঙদগী কোইয়েং য়েংবদা মী লৈবগী খুদম উদে। বেটিদি চাক চাবা তোক্লগা কোন ফেংবা মান্নি, পুখ্রিদা কোন চাম্বা লোইরগা চঙলকপদা বেটিনা মখোয় অনীবু উবে। বেটিদু মখোয় অনী উবদা য়াম্না ঙক্না য়েংই।

হায়রকই — "হৈমা! নখোয় অনীদি হৌজিক কদায়দা লৈ? করি থবক্কী লাকপনো? চীংখৈবু থিবদা ঐখোযগী ইবুংঙোদু নহাবোলনা ফাবগী পাউ নখোয় তাদ্রা?"

"তায় অবোক! পাউ তাবদগী হংবা লাক্লিবনি। তামোবু লৈতব্রা?"

"লৈতে। মখোয় মন্ত্রি খোগেনগীদা বাবুপড়াদা চাক চাবা চৎখি। অসে, খোগেনগী মচানুপীদো ইবুংঙোদা পীনীংবা, অদু ইবুংঙোনা পামদবা, অদুগী নঙবু থিবনি, মদু ঐ খঙই। খোগেন্না মচানুপী পীনীংবগী চাক পীজবনি, মাদি চারোই হায়দুনা শাওবা, অদু, মমা মপানা যাদবগী চৎপনি।"

চীংখৈসু বেটিনা খোইনা খোইনা ঙাঙবা রাদু ভাব তারে।

"ও! মাগা মন্ত্রি খোগেনগী মচানুপীগা লুহোংগদৌরবা।"

বেটিনা মখা তানা তম্মী — "ইবুংঙোবু থাদোকপদো, মন্ত্রি খোগেন্না লুপা লাক্ষ মঙা পীবনি। মচাদো মশক ফত্তে, ইবুংঙোনা পামদে। ইবুংঙোদি নঙগীদমক যাম্না কপ্লিনে ইবেম্মা! নঙ খঙদব্রা?"

চীংখৈ বেটিগী বাদু তাবদা কপ্লি। অদুবু মাগী পূক্লিংদা তোমপোকপু মাগী ওইগনি হায়বদি হন্দক মপোক্কী থাজরকত্রে। হৌজিক অমুক রামধন্না মাবু উবদা শোয়দনা শাউগনি হায়বসি চীংখৈনা থাজে। মা য়াম্না থুনা য়ুমদা হন্নীংলক্লে।

কান্নররোই খনবদগী মখোয়না পুরকপা প্লাস্টিকতা য়াওরিবা পোৎশিংদু বেটিদা শিন্নরে। পোৎ শিন্নবা লোইরগা চীংখৈনা হায়রকই — "অবোক! ঐখোয় অনী শঙ্গোলদা চঙলগা ষনশিংসি অমুক্তা য়েংজগে?"

"য়েংউ, য়েংউ" হায়রম্লগা বেটি ইমুংদা চীংখৈনা পীবা পোত্তু থম্বা চঙখ্রে। চীংখৈগা থোইনুগা শঙ্গোল য়ৌরে। মখোয় অনী উবদা কুল্লম্বা ষনশিংদু ফুক-ফুক লোইনা হৌগৎলকই। শকহেন্নবীদি মো... হায়না চীংখৈবু কৌবগুম খোংলকই। চীংখৈ খঙহৌদনা মীত্তগী পি শীঙ্খরকই। শকহেনবীগী মচাদুসু থা অহুম মপুং ফারবনিনা ফন-ফজনা চাউরে। শজিক ফজনা চারে। চীংখৈনা খারিবা ৱাগী অহোবা কারক্তুদা মখুৎ থিংজিন্নগা শকহেন্নবীগী লাইবক্তা নুংশিনা নাল্লি। শকহেন্নবীনা চীংখৈগী খুদাংদা শৎ-শৎ লেকই। করি হায়রিবনো হায়বদু ৱাহেন্নো হায়বা ঙমদ্রগসু শকহেন্নবীগী মবুক্তসু চীংখৈ উবদা করিনো মদি হায়নীঙবা মাল্লি। মাসু থম্মোয় পানবনিনা নুংদা কপ্পিগদ্রা? মানা মরোল থোকপা জীব অমা ওইরম্লবদি চীংখৈবু উবদা "নঙ নুংঙাইরিব্রা? অশুক কুইবসি নহাক কদায়দা লৈরুরে? নোংমতসু নশক উখিদ্রে, ঐবু নুংশিদ্রব্রা?" শোয়দনা হায়রমগনি। মসিদি তাইবংগী চৎনবীনি। চীংখৈনা পুখ্রি মপান্দগী কবো নাপী খবা মখুৎনা ফোয়রগা শকহেনবীগী বাগোসতা হাপ্পী। শকহেনবীনা নাপীদু কয়াদা হাউনা চারিবা! চীংখৈনা নাপীদু অমুক্কসু ফোয়রগা শকহেনবীগী মচাদা পীজে। ষন্নাওদগী লাইবক্তা নুংশিনা অহুম্লক নানবী। "নঙ, থুনা চাউরোকো!" অসি হায়রম্লগা চীংখৈ রামধনগী শুমাঙলোমদা তোমপোকখোয় লাক্লুব্রা অমুকসু য়েংলুই। অদুবু লাকপদি উদে।

মানা ঙসাইদগী থৱায় অদুক য়াওনা তৌরিবা ময়ামদু থোইনুদি থৱায় তানা য়েংবদনি, মাদি থবক্তু তৌবদি য়াওরুদে। মাদি ষনশিংদুগা কা হেন্না নক্লবা মরীসু লৈখিদে। অদুগা থোইনুদি নুংশিবগী তিন্না চিকত্রিবা নুপীমচা অমা ওইবনিনা চৈনাদু ফংদ্রিবনি। মদুনসু ওইবা য়াই থোইনুনা য়েংদমক য়েংলগা থবক ওইনা তৌরুদ্রিবা। চীংখৈ হন্দকমুক্তি লৈকোল্লোমদা চঙখ্রে। লৈকোলদুসু মপু পান্দবগুম ইশোঙ শোঙলম্লে।

চীংখৈ গুলাপ মখোঙদা চঙলগা নাপীশিংদু মখুৎনা ফোয়রগা শেংদোকই। উরী য়েৎশিল্লম্বদুসু শেংনা লৌথোকই। লৈখোঙ শেংদোকপা লোইরগা করিনো ম নীংশিংলকপগুম তৌরে।

থোইনুদা ওনশিল্লগা হায়রকই — "ইনাও! নেপালিগী ইমুংদা চঙলগা চে মচেৎ অমগা লং মতৎ অমগা লৌরুগেরা?"

থোইনুসু মচেগী মত্তৌদু য়েংনীংবদগী লৌরুগেনে হায়রম্লগা নেপালিগী য়ুম্লোমদা চঙখ্রে। মচেনা নিরগা পুরকউ হায়বা পোৎলম অনীদু নিরগা পুরক্লে।

চীংখৈনা চে মচেত্তু মনাওদগী লৌরগা মহৌশা তৌখিবগা চপ মান্নদা ৱাহৈ অমখক ইননবা ঙাইহাক খল্লি। খনবা লোইরগা খল্লিবা ৱাহৈদু ইবা লোইরে। লং মতৎ অমা গুলাপ্পুগী মশাদা পুনশিল্লে। করি খল্লুরবনো চীংখৈগী মীৎলুদগী পিরাং অমুক শীন্থরক্লে। তারক্লিবা পিরাংদু চুনি মচিদুনা তৈথোকই।

তপ্পা হৌগৎলগা পুখ্রিবোমদা মখুৎ হাপ্পা চৎখ্রে। পুখ্রিগী থোংগ্রাদা ফম্লগা অমোৎপা খুত্তু হামদোকই। চঙলু চঙলুবা, উক-উব্বা খুদিংদা পৃক্লিং নুংশিনিঙাই মচাক ঙাক্তনা পিক থনবগুম তৌবকই। পৃক্লিং নুংঙোনবনা থম্মোয় মনুংদসু তল হৌনবা থিৎপা য়ামদা ঈশিং খবা হেন্না হাপচিল্লুবদগী পৃমপেৎ পেৎথখিবদুগা পাংখক ওইরে। মখোযনা হান্না লৈবম্বা য়ুমদুদা চঙনীংলবসু ঙসিদি মীগী হায়বদু ওইখ্রবনিনা চঙবদি হঙ্গোইবগুম তৌবে। য়ুমদুগী ফক্লাংদা, লৈমায়দা তাহৌবা মহৌশাগী চীংখৈগী খুৎকী খুৎফম মমিশিংদুনদি নঙবু অমুক্তদি চঙলকখোদা হাযনা কৌবক্কদবগুম খল্লুরি। মাগী অৱাবদু উবদা মতমগী নোং পুবা ইঙাগী নুংশিত্তা নোংলিক খরা থুংলবা হৌবে।

চীংখৈনা মনাওদা হায়বকই — "ইনাও! নোং চুবা হৌবক্লে, ঐখোয়নী অমুক চৎনবা তৈবসিবা?"

ৱাহৈদু হায়না হাযনা মতম অমদা মখোযগী য়ুম ওইরম্বা নুংতিগী শুমাঙ, মাঙ্গোল মানা ৱাই তৈদুনা, তুলশিবুং মখোঙদা লৈ কত্তুনা সেবা তৌজবম্বা মফমদো ঙসিদি মরী তৎনরবা, চঙলুবদা হঙ্গোইবা পোক্লুবা, য়ুমদুবু পাম্মুনা অমুক্তং য়েংলম্লগা মচিন-মনাও থোকমিন্নবক্লে।

শঙ্গোল মপা যৌবকপদা শকহেনবীদা ওনশিল্লগা — "শকহেনবী! নঙ অমুক লৈহৌবোকো!" হায়রম্লগা থোবক্লে। বেটিদা অরোইবা ওইনা চৎলগে হায়বা চঙলকই — "অবোক! ঐখোয় অমুক চৎলগে?"

বেটিনা হায়জে — "ইবুংঙোখোয় লাক্লনি, ঙাইহাক্তং ঙাইখোদনা? চা থকখিসি অবোক চা লোনবীগে?"

"অবোক! ঐখোয় ঙাইররোই, চাসু থকচদে, নোং চুবা হৌরক্লে, কোন্না অমুক লাকচবগে, ঙসিগীদি চৎলগে?"

"অদুদি নখোয় কদাযদা লৈবনো মফমদু ঐঙোন্দা হায়রম্মু, ইবুংঙো লাক্লগা ঐ হায়গে।"

চীংখৈনা খল্লি — "ঐনা ঐগী লৈফম তাকথোকপা য়াদে, ঐনা ঐগী লৈফম তাক্লুরবদি মানা ঐবু শোয়দনা থিরক্কনি। অদু ওইরবদি মাগা মোনিকাগা লুহোংবা কায়রনি। লুহোংবা কায়রবদি মখোয়গী পাবুংনা ঐবু মাঙনবা লালোং কয়া চৎথরকপা য়াই। ঐ তাক্লম্লরোই।"

"হয়েং'মুক শোয়দনা লাক্কে, ঙসিদি চৎলগে?" অসি হায়রম্লগা মখোয় অনী থোরক্লে।

মখোয় অনীনা শড়ক য়ৌবগা কেন্টর অমা লাকই। কেন্টরদুদা তোংলগা মখোয় ময়ুমদা হনখ্রে।

মখোয় অনী চৎখ্রবা তুংদা নোং কন্না চুরম্মী। লেপ্তুনা চুরম্বা নোংদু হাংখ্রবা তুংদা তোমপোক্না সনাতোম্বীগা মন্ত্রিগী গাড়ীনা বাবুপড়াদগী থিল্লক্লে। রামধন্দি লৈহৌরি।

তোমপোক মাগী কাদা চঙলগা ফমুংদা লোংখ্রাক-লোংনা হিপ্লগা বাখল তৌদুনা লৈ। সনাতোম্বীদি মাগী কাদা চাক চাবদা শেৎলুবা ফিন্দু হোংদোক্লি। বেটিনা সনাতোম্বীগী কাদা চঙলগা হায়রকই — "মেমসাহেব। চাংখৈগা থোইনুগা লাক্লম্মী।"

"হা! ইবুংঙো তানি, তপ্না হায়য়ু।"

বেটিগী বাদু হাইফেৎ তাবগুম তৌদুনা তোমপোক ফমুংদগী চোংথরগা মমাগী কাদা চেনশিল্লকই — "বেটি! কনা লাক্লম্মী হায়বনো?" বেটিগী মমীত্তু সনাতোম্বীদা কিনা য়েংই। সনাতোম্বীনা মখা শমথরকই — "মখোয় চৎখিবদি কয়াম কুইরে?"

"বজার য়ৌরম্লনি।"

"মখোয়গী লৈফম তাক্লম্লা?"

"তাক্লম্মু হায়বা য়াদে, হয়েং'মুক লাক্কনি হায়রম্মী।"

বেটিগী বাদু তাবদা তোমপোক চীংখৈঙানবী উনীংবনা ঙাওখিদুনা মপানা তোংবা গাড়ী মচাদু ইষ্টোক্লগা য়ুমদগী থোকখি।

সনাতোম্বীনা — "হায়! ইবুংঙো! গাড়ীদু নীংথিনা থৌকো!"

গাড়ী থৌনা-থৌনা তোমপোক্না খল্লকই — "মখোয়দুবু কদোমদা চৎলমগনি? বাঙুদগী লাকপা ওইরমগদ্রা? ঐদি বাঙুগী বস থাফমসু খঙদে, কনাদা হংগনি? ও! নুপাসিদা হংলগে?"

"করিগুম্বা অমত্তা হংজগে?"

"করি ওইরবনো?"

"বাঙু চৎপা বসকী পার্কিংসিবু?"

"বাহেংবম লৈকায়গী পার্কিংদা অমা, থৌবাল পার্কিংদা অমগা অনী শুবনি।"

তোমপোক বাহেংবম লৈকায়দা হান্না লাক্লে। মফমদুদা লৈরম্বা পেসেঞ্জর অমদা বাঙু পার্কিংসিবু সিদরা অমুক হংই।

নুপাদুনা তাকপিরকই -- "সিদনা মোইবাং লাইনলোমগী গাড়ী চেল্লি, অদুগা কৈসামপাংকী পার্কিংদনা শুগুনু লাইনগী চেল্লি।"

মোইরাং চেনবা গাড়ী অমদা কাখৎলগা চীংখৈগা থোইনুগা য়াওব্রা য়েংই। য়াওবা উদ্রে। অমুক কুমথরগা গাড়ী মচাদুদা থৌবাল পার্কিং তানা অমুক লাক্লে।

মফমদু য়ৌরগা হংলুবদা বাঙু চেনবা গাড়ী থাখিবা পুংখায়মুক ফারে, বাঙু য়ৌবা গাড়ী ওসিগী ওইন্দি লোইরে, শুগুনুগী অমগা ককচিংখুনৌগী অমগদা ভায়রে।

তোমপোক নীংবা কাযনা অমুক য়ুমদা হল্লক্লে। লম্বীদা নোং চুরক্লুনা মশাদু পুমচোৎ-চোৎলে। তোমপোক নোংনা চোৎপগা অমত্তা খঙদ্রে। মমাগী মনাক্তা শাউনা চঙলক্লগা হায়রকই — "ঐনা সি থোক্কনি, ঐ চাক চাবা চৎলোই হায়বদা ইমানা যারম্নবদি ঐনা য়ুমদা লেঙদনা লৈরম্নবদি শোয়দনা চীংখৈগা উনরমগদবনি। পুম্নমকসে ইমানা শোয়হনবা ভাক্তনি। ঐদি মখোযগী মন্ত্রি খোগেনগী মচানুপীদো লৌবা শুকঙম-ঙম্লোই হাযরিসিনি ইমা।" তোমপোক্তু কপঙাং তৌরকই।

'ইমাগী ইবুংঙো! নঙবু অদুম্না হায়গনু হায়বনি। হৌজিক নপাবুং পৈশাগী মথা যাম্না শারিবনি। নঙসু খঙলিবদুনি, মখোয়না করি মত্তা চিংনদনা লুপা লাক্ষ মঙা পুথোক্লুনা নঙবু থাদোক্লবা মতেং পাংখিবদো মী অমনা পাক হেক তৌবীগদবা নত্তে। নঙগী পাবুংনা পৈশা শিংনববুদি হোৎনরি হায়ববু মদুসু পাক হেক ঙম্লোই। অদুগা অমরোমদা মী ফাবা কাঙবুদুনা লৌহৌবা কারদুসু হৌজিক ফাওবা থিল্লকত্রি। নঙগী পাবুং বা অমত্তা ভাঙদনা ইংখোল য়োন্নবা, লৌবীগে হায়বা মী লৈরগদি য়োল্লসি হায়রিবনি। নঙ বা ভাঙলুখিনু। নঙগী পাবুং খোগেন্নদি নঙগী থবক অমসু মানা হাপ্পিরনি হায়রিবনি।"

"ঐ লোইনা তারে, লোইনা খঙলে, পুম্নমক্তো মচানুপীদু ঐঙোন্দা পীবা য়ান্নবা তৌরিবা চলাক্কি।" বাহৈদু হায়রম্লগা তোমপোক মাগী কাদা চঙলগা ফি অচোৎপদু হোংদোকই। বেটিনা তোমপোক্কী কাদা চঙলগা হায়রে।

"ইবুংঙো! মখোয় অনীনা লাক্রম্বদু শঙ্গোলদসু চঙলম্মী, অদুগা লেকোলদসু কুইনা লৈরম্বনি।"

বেটিগী ৱাদু তাবদা তোমপোক্না — "হা। মখোয লৈকোল চঙলম্মী হায়বা" হায়রগা লৈকোল তানা চেনশিনখ্রে। মানা তৌবম্বা য়াই হায়না খনবা খবক্তু চীংখৈনসু হেক্তা তৌরম্মী। চীংখৈনা থারম্বা গুলাপ পাম্বীদুগী মনাক্তা নাপী খবা ফুক্তংলগা চাইনা-চাইনা তাদুনা লৈরিবদু উরে। মহৌশাগী মতৌগুম ঙসিসু চে মচেৎ অমদা লং অমনা পুন্নগা য়ান্নম্মী। নোং চুখিবদুনা চোৎলবনিনা চেদুদি নহানমুক্কী মতৌগুম্না নুংশিত্তা ফর-ফরদি হাইবমদ্রে। চোৎলবা চেদু পায়বগা ইরিবা ময়েক্তু পাবকই — "ঐ লাকচরম্মী।" মাগী লৈফম ইরমগদ্রা খন্নুবনি অদুবু ইরমদে। তোমপোক্না চীংখৈবু হেন্না ৱারৌরকই। কবিগীনো মানা হৌজিক ফাওবা ঐবু ৱাহন্নবা হোৎনবিরসিবো?' অশাউবনা হেনমনখিদুনা গুলাপ মখোঙগী লৈমাযদুদা কিন্না কন্না থিল্লি। শাউকব্বা মাগী থম্মোয়দুবু ৱাখলনা বুদ্ধিগা তান্নবগা অশাউবা ফাথবীবে। অদুগী তুংদা মখুৎ অনীনা চে মচেত্তু পুন্না পাযরগা মচিন্না চুপ্লি। তশেংনা তোমপোক্তু অঙাওবগা পাংথক ওইরে। তৌফম খঙদদুনা মপি তৈথোক্রগা য়ুম্লোমদা চঙলক্রে। মতম অমদা মানা খোযদানা য়েংজরম্বা খাংপোকশঙদো ঙসিদি চীংখৈ লৈত্রে খঙলবনিনা মঙক থাঙ্গক্তুনা য়েংনীংবা পোকখিদ্রে। শঙ্গোলদসু পুক্লিং চঙলুদ্রে। কযাদা থুনা হোংলক্রিবা।

মাগী কাদা চঙলগা অঙাং মচাগুম খুদাংদা মপি তৈথোক্রগা ফমুংদা লোংনা হিপথখ্রে। বেটিনা ঙসাই চীংখৈনা পুরক্রম্বা শেমদু অমা খায়রগা অঙ্গুব খরগা চামথোক্রগা প্লেট অমদা হাপ্লগা ফমুং ময়াগী টেবল মচাদুদা থম্মী।

তোমপোক্কী অশাউবনা ফাজ্রিনবা ঙমদ্রবা থম্মোয়দুনা ইনশিল্লগা — "চানীংদে পুশিল্লকনু" হায়না খংলাউ লাউরগা প্লেটতু থোক ইম্বোরকপনি। প্লেটদু আস্টবদা তাদুনা কায়রে। প্লেটতুদা হাপ্লম্বা শেম মশুং, অঙ্গুরশিংদু চাইদুনা লৈমায়দা তারে।

বেটিনা চাইরিবা শেম মশুং অমদি অঙ্গুরদু খুনবা হৌই। খুন্না-খুন্না বেটিনা হায়রকই, "মশাবুদি অদুক য়াম্না নুংশিরগা মশানা নুংশিনা নঙবু পীজনীংদুনা পুরক্রম্বা শেম, অঙ্গুরবুদি চানীংদবা!"

তোমপোক ফমুংদগী ফন চোংথরগা — "হা! করি হায়বা বেটি? শেম, অঙ্গুরশিংসি চীংখৈঙানবীনা পুরক্রম্বনি হায়বা?"

মবোক্তুন্নবা মাগীদমক রাজরিবা য়ুমগী মীনাই বেটিবু চেজেৎ কোন্নগা থাঙক্তুনা খুইব্বা মমায়দুদা চুপখ্রে। তোমপোক্পা অঙাওবগী শক্তম লৌবকপদুদা বেটিসু কবি মত্তা হায়দনা তোমপোক্পা তৌরিবদু যারি। বেটিগী মখুৎ অনীদু নাম্মা-নাম্মা পায়রগা মাগী খজাই নাক য়েত্তা পাক-পাক থাজিলহন্নি। জগৎ সংসারসিদা হিংলিবা ঙসিদি অহল ওইব্রুবা, ওইরক্লবী কযাসু মখোযগী ইনখৎলকপা মতমদা থম্মোয় লৈরাং শাৎখিদবা কনাসু যাওদে। অথীকসু, ফজবসু থম্মোয় লৈবাংগী লৈনমদি নুংশিবা চপ মান্নখিবা ঙাক্তনি।

বেটিগীসু মাগী মতমদা থম্মোয লৈবাং লৈকা ফন্না শাৎখিবনিনা ঙসিসু মঙোন্দা নুংশিবা কবিনো শেংনা খঙই, কাউদ্রি। তোমপোক্পা লৈমাযদা তাদুনা কাযখ্রবা প্লেট মচেৎশিংদু খুন্নগা শমজিন্নবা যাখিগদ্রা যেংই। লৈমাযদা চাইবম্বা শেম, অঙ্গুবদু মশীং অমত্তা রাত্তনা কাঙখদগী ফাওনা পাকথবগা খুনগৎলি। ঈশিংদা শেংনা চামথোক্লগা অমুক লোইনা চাখি। প্লেটতুসু ফেভিকোলনা নীংথিনা নপশিন্নগা হান্নগুম্না শেন্নগা লোক্তুনা থমখ্রে।

মানা অঙাওবগুম তৌবিবা মতৌদু উবগা বেটিনা সনাতোম্বীদা হাযজৰকই — "মেমসাহেব! ইবুংঙোনা পামজবিবা চীংখৈ হাযবীদুগা ইবুংঙোগা লুহোংবীবা শুকযা-যাবরোইদ্রা? ঐদি মাগী মতৌসে যেংবদা যান্না রাবে।"

"সনাতোম্বীনা খুন্নকই — "যান্না লুবা রাফম অমা লৈবিনে।"

"কবি অকবা রাফন্নো?"

"মন্ত্রি খোগেনগী মচানুপীগী রাফন্নিনে।"

"মাগী মচাগী মশক্তুদি ইবুংঙোনা পামদ্রিবদু চুম্মী মেম সাহেব! ঐশু কয়া পামদে।"

"পাম্বুদি ঐসু পামদ্রিবনিনে, অদুদা, মপাদুনা লুপা লাক্ষ মঙা মতেং পাংলক্তুনা ইচাগী থাদোকমল পীখ্রিবদুদি! মদুদবু তরাই-তরাই হেক খন্নুবা য়ারিব্রদো।"

রানা-রানা ঙসিগী মতম অমুক লোইখ্রে। নহান তোমপোক্পা পুন্না ফামিন্নখিবা মারুটি কারদু থিন্নক্রে। গাড়ীদু ফংবদা বামধনগী রাখল খবা লৈতাবা ফংলে।

অশোমদা লুরাংশঙবমদা চীংখৈ লিবরেল কলেজদা বী এ ফার্স্ট ইয়ারদা মিং চন্নে। উখ্রুলদগী মাগা চহী লেঙ্গা ওইবী ফিরিন সিমরেসু লুরাংশঙবমগী কলেজসিদা

মীগীদা ভারাদা লৈরগা বী এ ফার্স্ট ইয়ারদা তম্লরে। মখোয় অনী শক খঙনদুনা খর-খরা তিন্নবা হৌরে। চহী অমা অনী থাদোক্লুরবা মতুংদা মহৈ তম্বগী শিনফমদা অমুক নৌনা চঙলকপসিদা অনৌবা মহাও অমা লাকপগুম তৌরে। অনৌ-অনৌবা মমাম্নবী কয়াসু থেংনরে। অদুবু চীংখৈ অতৈগদি কয়া লোনদিম্নদে। ফিবিনগা মাগদি য়াম্নবু চানকুরে। তোম্বীমচাসু চীংখৈবু হেন্না পামজবা লৈবনা মাগী হান্না তম্নম্বা লাইরিক থিরগা চীংখৈদা পীরে। অৱাৎপা খরসু মরুপ-মপাংশিংদগী থিরগা পুরকই। মাগী থবক্লা রেগুলর তারকপদা মহাক লুহোংনীংবগী ৱাখল্লোমদা কোক থাদরক্লে। চীংখৈগীদমক মানা হোৎনরিবসি অঙকপনি। মাগী ৱাখলদা রীনাগা মাগা লৌন লৈনহনবগী ৱাফম অমা ইমুংগী অহলশিংগী মরক্তা য়ান্নবা অমা লৈখিবদু তোক্লগা চীংখৈগা মাগা ওইনা ওম্লোকপা য়ারবদি হায়বা ৱাখল লাকপা হৌরে। মানা চীংখৈবু অহানবা উরুবা মিকুপ্তগী পাম্বা অদুম হৌখ্রবনি।

থোইনুসু মেট্রিক পরিক্ষা পাশ তৌরবা মতুংদা লিবরেল কলেজদা এলেভেন ক্লাসতা মিং চন্দুনা মহৈ তম্লবনিনা নুংতিগী মচেগা পুন্না কলেজ চৎমিন্ননবা হৌবা লাকই।

মতম্না অসুম হৌখিব্না নোংজুথা লোইশিন্নক্লে। লৌবুক-লমহাং ওইনা উরম্বা তম্পাক্কী লৌবুক লোইনমক ফৌ পাম্বীনা পূমশং শংখ্রে। চাংয়া-তময়া পুম্নমক মীৎ ইংহনবা ঙম্বা অশংবা মচুতনা লৈতেংখ্রে। লৌবুক্তা চাক্তারম্বা উরোক নোংথক্তা পুন্না পাইবদি উরগা লৌবুক্তদি মশীং লিক্লা চৈ মতোনগুম্বদা অমা অনী তোংবদগী হেন্না উখিদ্রে । লাপ্পা উবদা মীরা উরোক্লা খেন্নবা হায়বা ঙমদে।

চীংলৈপাক মচাসিগী মতম-মতমগী ফজবা থাদুনা লোইবা ঙম্লোই। ঋতু খুদিং শুনা লৈবা, ফিজেৎ তোয়না হোংবা লৌবুক-লমহাং, চীং, পাৎ তুরেলগী শক্লোন কয়ানা শুনা লৈতেংবা লমদম্নি। লমদমসিদা খুন্দারিবা চীং-তম অনীগী প্রজাশিংসিবু ঙসি অশং-অমান ওইনা উরিবা লৌবুক্কী ফৌ পাম্বীশিংসিনা মপাল পোমদুনা, মহয় য়াম্নক্লগা পোইনু থাদা ফৌগৈ চোম্না কারগা ময়ামসিগী পূকচাক ওইনগদৌরিবনি। কয়াদা নুংশিখ্রবা প্রকৃতি অমদি তাইবং মী অনীগী মরুপ ওইবগী মওংসে। ঙসিগী অশংবা ফৌ পাম্বীদগী চাকখুমগী পুখম য়ৌরক্কনি হায়বগী ৱাখল পুথোকপিরম্লিবা ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংবু ঐখোয়না কয়ারক হন্না থাগৎফম থোকপনি। মখোয়গী দান য়াম্না চাউই। মসি চহী লীশীং কয়াগী মতুংদা থিজিনবা কনবদগী ওইরকখিবা ভাক্তনি। মীওইবনা ঙসি খল্লি — "সংসারসিদা লৈমিন্নরিবা অচৌ-পিশক থৱায় পানবা

জীবশিংসি মখোযগী মতেং পাংনবা, চিঙ্গাক ওইনবা, ফারগা থবক-শীজিন্ননবা, শেন্নন্নবা মক্তনি। তশেংবমকস্ু অতৈ জীবশিংসিনা মীওইবগুম কোক্তা ব্রেন নীংথিনা দেভেলপ তৌবন্নবা; হায়বদি বাখল খনবা ঙম্নন্নবা, অদু ওইরবদি মীওইবসু হিংবদা খুরৌ য়াম্না থাংলমগনি। মখোয়বু মসি ঙমহল্লমদবগী মরমদি জগৎসিবু শেম্বীবম্লিবা তাইবং মপু মহাক্কা মীওইবদা মীচঙ য়াম্না চঙলগা সংসারসি শেন্নম্বা ওইগনি। অদুনদি জগৎ মপুদু "মী" ওইবা তাবনি হায়বসি লানফম লৈরবোই। অদুবু বাখল খনবা ঙম্বা মীওইবনা বাখল খনবা ঙমজদবা মীওইবগা লৈমিন্নরিবা জীব অতৈবু লুনা তৌবীফম থোক্তব্রা? মখোয় অতৈসি লৈরমদ্রবদি মীওইবসু লৈরম্নোই হায়বসি খঙফম থোক্তব্রা? করিগীনো মীওইবনা তাইবংপান্দা হিংলিঙৈদা অশুক য়াম্না নাপল তৌনীংলিবসিবো? পিকখ্রবা তিন্নাইখোম্বী অমনা মী অমবু কয়া যাম্না বাহনবা ঙম্মী, কাঙ অমনস্ু ইরায-লায়না মী হাৎলি। পৃথিবী জয় তৌবা ঙম্বা অলেকজেন্দরবুসু কাঙনা হাৎখি। মাগী নাপল লোইখি।

প্রকৃতিনা প্রকৃতিগী মথৌ তৌহনসি, মীওইবসু মা-মানা লৈরিবা মফমশিংদা মাগী-মাগী মথৌদা অতোপ্পদা অকায়-অতোয় থোকহন্দনা মথৌ তৌসি। চীংনুং-মানুংগী দৃশ্য য়াওবা ফক্লাংগী লাইনা মীৎ ইংহল্লিবসি মসিবু ঙাক-শেনবগী থবকসি মীওইবনা তৌদ্রবদি ফক্লাংদস্ু অসিগুম্বা দৃশ্য উরক্লরোই।

নোংজু পাম্বা মনুংসিদা চীংখৈসু তোমপোক্কী বাখল খরা কাউরগা মহৈ তম্বদা পূক্লিং চঙলুরে। মরকসিদা ওজা গুলাপকীদা নোংমা তোম্বীমচাগী দোক্তরেৎ দিগ্রি ফংবগী চাক অমা শীল্লি। তোম্বীমচাগী ইমুংগী মী খরসু য়াওই। মসি তোম্বীমচানা মাগী ইমুং-মনুংগী মীওইশিংনা চীংখৈঙানবীগা শকখঙ-মায়খঙ্গনবা থৌওইনা শীনবনি।

অশোমদা তোমপোকপু ফারুবা থা অহুমগী মতুংদা মন্ত্রি খোগেন্না মানা পায়রিবা বিভাক্কী মখাদা এ ই গী ফম মঙাখক হাঙলিবদু এদভরটাইর্জমেন্ট থোক্লবা হুকুম পীখ্রে। মসি তোমপোক্কী খল্লগা মতম ঙাইরগা তৌহনবনি। অদুবু শোমদা রামধন্না মণিপুরদা লৈবগী অপাম্বা নোংম-নোংমগী হম্বরকপদগী যন্নচিংবা লোইনা য়োনথোকখ্রে। মাগী কারদুসু য়োম্বোক্রগা অবাৎপা বেঙ্ককী ইন্সটোলমেন্টসু লোইনা শিংদোকখ্রে। মসিগা লোয়ননা মাগী থবক মফমসু আসামগী মফম অমদা ট্রান্সফর তৌবীনবা শিন্নোংদা লৈবা এসিস্টেন্ট জেনেরেল মেনেজরদা দ্রাখাস অমা থাখ্রে। বাফম অমনা মাগী ইরোইশেনবদা লৈবা য়ুমফম য়োনবগী মতাংনি। রামধন্না কছারগী থালজুরদা অমুক্তং চৎলগা মাগী ইমুং-মনুং লৈনবা য়ুম শেম-শারম্নীংবগী বাখল ফাওরকই।

মাগী বাখল পিকথরকপগী অমদি ইংখোল য়োন্নীংবগী পাউসি মন্ত্রি খোগেন্নসু তোয়না তারকপদগী মহাক রামধনবু তিন্ননীংদবগুম্বা অমা তৌরক্লে। করিগুম্বা মানা আসামদা অমুক হনখ্রবদি মচানুপা তোমপোকসু মথন্তা পোকপনিনা মণিপুরদা লৈহন্নীংলোই। অদু ওইবা তারবদি খোগেনগী মচানুপীসু পুন্না আসামদা লৈখিবা তারক্কনি। মতমদুদা খোগেন্না আশা তৌরুবা কয়াদু অর্থ অমত্তা থোরক্লরোই। অদুগী মথক্তা হন্দক তোমপোকপু বাঙুদা ফারুবদুসু মখোয়গীদা লৈরম্বা ষন শেম্নবদুগী মচানুপী থিবা চৎলুবদনি হায়বসি খোগেনগী নাকোঙ য়ৌরে।

খোগেন্না খল্লকই — "কবিগীনো বামধনগী মচানুপাদুনা লাইরিক অদুক যাম্না হৈরগা অদুক হন্থবা বাখল খল্লুরিবদুবো! হৌজিক মতমগী থাক বাংনা হিংনীংবগী আশা য়াওদ্রবা মখোয়দুগা তিন্নবদা ঐগী তোংজবা অমত্তা লৈরোইদৌবি। ঐসু মখোয়গা তিন্নরবদি মথং ভোৎ কাবগী বা লৈতে। অদুনদি ঐগী লুপা লাক্ষ মঙাদু মাঙদনবা মানা য়োন্নগে হায়রিবা য়ুম-ইংখোলসি ঐনা লৌশিল্লগা ফিভম অমা শেমহৌবনবু হেন্না ফরোইদ্রা? ঐ মাগী মচাবু অমুক শেমগে খনখ্রবোই। মহয় চারোইদবা অরাথবী ` লাবদ্ থাদ্রিঙৈদা লাবা ওইরক্কনি খঙলবদি থাক্বগী কান্নবা লৈববোই, লৈহাও মাঙ্গনবনি।"

তোমপোকসু মতম খরা মাগী ইঞ্জিনীয়ারগী মার্কসিৎ, সার্টিফিকেৎনচিংবা লৌথোক্লনবা বেঙ্গলর চৎখ্রে। মহাক চীংখৈগী বাখলদা ঙাওরুবদগী ফার্স্ট তারম্বা য়াবদু থার্ড পোজিসন্দা হন্থরক্লে। তবেৎশুবা সেমিস্টর ফাওবদি কন্নড মচা অমগা মাগা ইন্ন-ইন্ননা ফার্স্ট, সেকেন্দ তান্নদুনা লাকপনি। অদুবু মণিপুর থোক্লবদগী অরোইবা সেমিস্টরগী পরিক্ষাদা মার্ক খংহন-হন্থখিবদগী অষ্টম শুবা পোজিসন্দা লাকখিবনি।

মসিনা ওইবা তাই, মমা-মপা ওইবশিংনা ইনখৎলকপা মতমদা মচাশিংবু নুংশি লীপুন্না চিংশিনখিদনবা কন্না হোৎননরিবা। হন্দক বেঙ্গলরদা থুংলবসিদা তোমপোক হীরম অনীদা নীংবা কায়রে। অমনা মাগী অরোইবা পরিক্ষাদা ফার্স্ট তাবা ঙমখিদবা, অনীশুবদা চীংখৈ উনবা ফংখিদবা অসিনি। মীওইবগী পুন্সিদা তর্নিং পোইন্ট, তর্নিং পোইন্ট হায়নরিবসি মীদুগী পুন্সিগী খ্বাইদগী ফবা তাঙ্গা পীরকপা মতাঙ হায়বনি। তোমপোক্কীদি তর্নিং পোইন্ট ওইগদবা মতাঙসিদা বোম অমা মনাক্তা থমজিল্লম্বগুম, পোকখায়খিদ্রবসু বোমদুগী অকিবদুনা মশাদা পীরম্বা মিপাই-থবাইবদুদি লৈহৌবগুম তৌদুনা অসুম লৈরে। মহাক য়াম্না হৈনীংদনা মার্কসিৎ অমদি সার্টিফিকেৎনচিংবা লৌথোকপা লোইবে। মাগী তৌগদবা থবক লোইরবনিনা য়ুমদা অমুক হল্লক্লে।

হন্নকপগা মমানা হাযবা ইন্দুনা এ ই গী পোস্ট মণ্ডা কৌবদুগী বিটন টেস্ট যাওনবা দ্রাখাস থ'স্ত্রে। থা অমগী মনুংদা অইবা চাংযেং লোইদুনা ফল হাযদোবক্রে। তোমপোকসু অইবা চাংযে পাশ তৌবে। অদুবু মন্ত্রি খোগেন্না বামধন্দা মগী থবক্কী মতাংদা বা অমা ফাওবা শঙহন্নকত্রে। বামধন মশানসু ইন্টরেস্ট কযা লৈকন্দবদুদা অমুক হংলুদ্রে। ভাইভা বোসকী মতম চপ চাবদি লেপত্রি।

মন্ত্রি খোগেনগী কার্টবগী খোঙ্গান্দা বানোম্বা লাকপা মীগী কাবনা থমফম চনদ্রে। নুংতিগী ওকসন্দা নিলাম ওকপা লাকপা মীনা নিলামগী অহেনবা বেট হন্নবগী মওংদা এ ই গী পোস্ট মণ্ডাদুগী বানোমশেল পীবা লাকপশিংনা লুপা লাক্ষ তবা পীবনা অতোনবা ওইরবে। হান্না লাক্ষ ৫বা পীবম্বদু লাক্ষ অনী হাপচিনবা লাকপা, অহুম হাপ্পা লাকপা, মণ্ডা হাপ্পা কযাসু যাওনবে হাযবা তান্নবে।

লাকনিবা মযামদুগী মবক্তা কাকৈথেলদগী এগ্রিকলচবগী দাইরেক্তব ইবোচৌবসু মচা মনিকান্তগীদমক মন্ত্রি উনবা যাওবি। তোঙানবা কা অমদা ফমদুনা বা তান্নবি। মনিকান্ত শিলচব ইঞ্জিনীযবিং কলেজদগী ফার্স্ট তাবকপনি হায। খোগেন্না মাগী মচানুপী লমফেল দি সি দা এস দি সি ওইবী মোনিকাগী তান চাবা নুপা অমা হন্দক্কী এ ই ওইগদবশিংগী মক্তুগী থন্নীংবগী বাফম অমা নাকোইননা হৌদোবকই।

হৌজিক্কী মতমদা মন্ত্রিগী মচা, এস দি সিসু ওইবী অমবু কবিগী মমৌ ওইনীংলোইদগে? ফমগী মথক্তা শম্পত্তি মযাম অমসু উন্নক্কনি। থবক চঙবদা পীবগী বেৎসু মযামদগী হম্বুবগনি।

তাঞ্জা লৌবা হৈবা ইবোচৌবনা হাযবকই — "সাহেব। ঐসু হন্দক্কী ইচাগী থবকসিনবু মায পাক্রবদি ইচানুপাসি মৌ অমা থিবীবগে খঞ্জবিবনি। অঙাং অনীসি মতা চাববদি শক অমুক্তং খঙনজহন্নীংখ্রেদা।"

"যাইনে। নোংমা ঐগীসিদা অমুক্তা থাবীবকও।"

"সাহেবপু। হযেং হেক্তা থাজবক্রগে?"

মশাবু চংনবা যানা ফববা, তাঞ্জা লৌববু হৈববা, হৌজিক্কানসিদি মখোযদুগী সংসাবনি। মখোযগুম্বনি নুংঙাইবিবশিংসি। থম্মোয শেংবা, চম্না হিংবা পাম্বা কাঙবুদি চমফুত্তা অদুম হিংখিবা তাবি।

অসুন্না তোমপোক্তা পীগনি তৌবম্বা মন্ত্রি খোগেনগী মচানুপী মোনিকা মনিকান্তগা লুহোংনবা বাফম যান্নখ্রে।

হৌজিক মন্ত্রি খোগেনগী মখুত্তা থবক বানোম্বগী শেনফম ফঙনা পাযদুনা লৈরে। বামধন্দা মাগী ইংখোলদু যোনগদবা লৈববদি পুন্না মমল কয়া লৌগদবনো। খঙহল্লকউ হাযনা টেলিফোন তৌবকই। বামধন্না যুম ইংখোল, চেকপলগী বাল যাওবনিনা লুপা লাক্ষ কুনমঙাগুম্বদি লৌনাংই হাযনা ফোঙদোকই।

হাযবকপা মমলদু তাও-খোৎলু হাযদনা, মথংগী যুমশকৈশা নুমিত্তা রেজিস্ট্রাব তৌনবসি, পৈশাসু অযুক যৌহঞ্জবক্রগে হায। তাঙ্গা অমা লৌবা ওইনা খোগেম্না বাফম অমগা ফোঙদোবকই - মদুদি মাগী অমত্তা যাওবী মচানুপী মোনিকা এগ্রিকলচর দাইরেক্তবগী মচানুপা মনিকান্তগা লুহোংনবা রা লোইনরে।

পাউদু তাবদা বামধন ইকাযবনা টেলিফোন মমাঙদা মমায লুকথখি ওপা পাউখুম পীবকই — "আ-আ নুপামচাদু কবি থবক তৌবনো?"

"এ। হন্দক্কী এ ই গী ফম অমা মাগীদমক বিজার্ভ তৌরে লুহোংবদি থবক খল্লবা তুংদা কোন্না হোংসি হাযনা যানরে।"

"যাম ফবা বানি সাহেব। অমুক থমজবগে?"

যুমশকৈশা নুমিৎকী অযুক্তা পৈশা থিল্লক্লা বামধনগী ইংখোলদু মন্ত্রি খোগেনগী মচানুপা বাজেনগী মিংদা লমফেলগী সব রেজিস্ট্রাব ওফিসতা রেজিস্টার তৌরগা এস দি সি ওফিসতা নামজাবি লোইশিল্লে। যুম, ইংখোল পুল্লপ যোল্লবনিনা বামধন হান্নগুম ভাবাদা লৈবগে খল্লক্লে। খোগেন্নবুদি অদুম লৈখো হায। অদুবু বামধন্না উবীবোক্কী মখোযনা হান্না লৈবম্বা ইমুংদুদা থবা শাফগদবা মানবদুদা মদুদা অমুক লৈবে। মখোযনা ইবোইশেনবদা চহীমুক লৈবম্বসিদা লেকাযদুনা উবদা বামধনবু থম্মোযদি যাম্না শেংজবা, কন্না শু নোম্নগা পৈশা ফজনা তান্নগা নুংঙাইনা লৈবা পাম্বা মী অমা ওইনা উখি। অদুবু অমখক্তা পোকচবা মচানুপা তোমপোকপু ফাদুনা পুবগা লুপা লাক্ষ তবাগী শেনফম অমা লৌবীখিবদুনা মবম ওইবগা লৈনীংলক্তবগী মবম ওইগনি হাযনা ভাঙনখি। মখোযনা বামধনবু চৎখিনু হাযনা খাম্বা ভমখিদ্রে।

মখোযনা উবীবোক্তা হোংলকপা নুমিৎ মঙানি শুবা নুমিত্তা তোমপোক্কী এ ই গী পোস্টকী ভাইভা ভোস তৌরে। নুমিৎ হুম্নি লৈরগা বিজল্ট হাযদোরক্লে। তোমপোক পার্ফোমেন্সতি ফখিবনি অদুবু থনবদদি য়াওবকত্রে। মাসু ইমুংদা মমাগা মপাবুংগা ভাঙনবদগী তাখ্রবনি, মদুদি মোনিকা মনিকান্ত কৌবা অমগা লুহোংনবা মতম লেপ্পখ্রে। মানা থবক খল্লবা মীগী মমিং থেৎলিবদু পাবকপদা মনিকান্তা কৌবা অমনা ফার্স্ট

তারে। "ও। মণিপুরদা চৎনরিবা থবক হাপ্পগী মওংসি - সি ওইরেকো।" অসি খল্লগা মা নীংবা কায়না হল্লক্রে।

মহাক য়ুম যৌরগা মমা পাবুংদা পাউদু তম্বা ইকাযরে। অমরোমদা চীংখৈ কায়নবগী মৈচাক্লা মহাক মণিপুরদা মিকুপ অমফাওবা পল্লনীংদ্রে।

গুবাহাটিদা লৈবা মখুবাগী মনাক্তা মতম খরা লৈদুনা থবক অমা থিকুগে হায়। মপানুনেসু মণিপুরগী মপান্দা লৈনীংবগী বাখল লাকপগা মচানা হাযবদু য়ারে। তোমপোক গুবাহাটিদা চৎখ্রে। বামধন্না লৈবম্বা ইবোইশেনবগী যুমদা মন্ত্রি খোগেনগী মযাম্বা বাজবীহাবিগী ইমুংবু লাঙ্গোল কার্টবদগী হোংহল্লক্তুনা লৈহল্লে।

বামধন মানা পুশিল্লুবা মীগী পৈশা শিংবা লোইবে। পৈশা শিংবা লোইবগা নুমিৎ মঙানি ছুটি লৌবগা কছাবগী থালজুবদা সনাতোম্বীগা পুন্না চৎলি। বেটিবুদি ভাবাগী যুমদা থনম্মী। হৌখিবা থৌদোক পুম্নমক্কী বাবী তম্বদা মখুবা, মনাও শাগৈগী মবী মত্তা পুম্নমক্কা সিদা অমুক লাক্লো পুন্না লৈমিন্নবসি হাযবে। মনাও বলদেবদা যুম কৈ শেমজিন্নবা লুপা নীশিং যাঙ্খেখক শীন্নরম্মে। নুমিৎ নীনি লৈবম্বদা খুঙ্গংগী মরপ মপাং কয়া ভৈনদুনা বাবী টৌনৈ। অদুগী তুংদা গুবাহাটি চত্তুনা মচাগী লৈফম মনাও অতোম্বগী যুমদা অমুক চৎলি। গুবাহাটিদা নোংমা লৈবম্নগা শিল্লোংদা চত্তুনা এস বী আইগী জোনেল এসিসটেন্ট জেনেরেল মেনেজরগা উনবা চৎলি। অদুবু দিল্লি চৎখি হাযদুনা লৈবমদবদগী উনবকত্রে। দ্রাখাস অনৌবা অমা ইবগা কছাবগী ব্রানচ অমদা তাহনবীনবা শায়জবম্নে। মথংগী নুমিত্তা ইম্ফালদা অমুক থোবক্লে।

তোমপোক ফাবগী থৌদোক থোকখিবা থা অঙ্গল্লোম হায়রক্লে। কলেজ তম্বগা অহল অনীগী সেবাগা চীংখৈ তোমপোক্কী বাখল কাউদ্রগসু নোংমতা ইবোইশেনবদা চৎপা ঙমদ্রি। কবিগুম্বা কান্দা তোমপোক্কা মোনিকাগা লুহোংলম্নগদ্রা হায়নসু খল্লুই। অদুবু অশেংবদি খঙদে। কলেজদা মনাও থোইনুবু ইবোইশেনবদা অমুক্তং চৎলগা অশেংবা অমা খঙলুগেবা হংই। থোইনুসু মচেগী অবাবা মতৌদুদা য়াদবা ঙমদ্রে।

নোংমা মমাম্নবী অমা হৌরগা থোইনু অয়ুক অমা ইরোইশেনবদা লাকই। অঙকপা, অনৌবা থৌদোক অমনা থোইনুবু বাখল চমম্নহনখি। নুমিত্তু মন্ত্রি খোগেনগী মচানুপী মোনিকাগী লুহোংবা নুমিৎ ওইরমখি। লৈরক মচিন্দগী হৌনা মহৌশাগী তোমপোকখোয়গী থোঙ্গালদা কর্নাট খাবা উরে। অঙাং অমদা কর্নাট খারিবসি করিগীনো হংই। অঙাংদুনা মন্ত্রিগী মচা লুহোংবগীনি হায়রম্নগা চেনখ্রে। অঙাংদুগী পাউখুমদুনা

থোইনুবু তোমপোকখোয়গী থোঙ্গাল তানা চঙশিনবা ঙমহন্দ্রে। থোইনুনা খল্লি — "ও! তামো তোমপোক্কা মন্ত্রি খোগেনগী মচাগা ঙসি লুহোংগদৌরবোইরে।" লাকমিন্নরিবী মমান্নবীদুদা অমুক হন্নসি হায়রগা য়ুমদুদা চঙলমদনা লুবাংশংবমদা হন্নক্রে।

মানা উরকপা, তারকপা অশেংবা ৱাফমদু মচেদা তম্মী। পাউদু তাবদা চীংখৈ মখুৎ অনীনা মমীৎ খুন্নগা কপ্পি। মচেগী মতৌদু উবদা থোইনুসু কপ্পি। খম্মোয় শোক্না কপ্পিবী মচেবু তোমপোক্কী ৱাখল কাউবা ঙম্নবা হোৎনবনা ফরগনি হায়না থেম্মী।

নুমিৎসিদগী চীংখৈ তোমপোকপু কাউনবা হোৎনরগা লাইরিক তম্বদা পুক্নিং চঙলগে খল্লি। মহাক কলেজ চাং নাইদ্রা কাদুনা লাইরিক কন্না পাবা হৌরে। তোম্বীমচাসু মখোয়গীদা য়াম্না তোযনা লাকই। মাগী লাইরিক লাইশু তম্বগী মতাংদা য়াম্না পুক্নিং থৌগৎপগা লোয়ননা ক্রেইসন অস্তারনচিংবসু শেম্নগা পীরে। তোম্বীমচানা চীংখৈবু য়াম্না পামজবগসু নোংমতা অপাম-নুংশিগী ৱাফম হৌদোকপা ঙমদে। মবমদি ইন্নুংসিগী মাগী গুকগী মচানুপী রীনাগা মাগা লৌন-লৈনবগী ৱাফম অমা হান্নদগী ঙাঙনদ লৈবনা হৌদোকপা ঙমদবনি। মদু চীংখৈসু রীনানা হায়রম্বদগী হান্নদগী তাখ্রবনি।

অসুম্না নোংমা-নোংমা হৌখিবনা ফাইরেন থাগী নুংঙাইবা মতম অমুক যৌবক্রে। মতমসি য়ৌরকপদা চীংখৈগী নাকোঙদা ফাইরেন থাদা খোংবা উচেক্কী মখোল, নাতোন্দা ফাইরেন থাদা শাৎপা লৈগী লৈনম ফাওরক্রে। অহীংগী মতমদা পুং ১১ হেক তাবকপদা তোমপোক্না মমাঙগী চহীদা মাগী ভকশমদা সনাগী মরী শিরীখিবদু হেক্তা নীংশিংলকই। মদু নীংশিংলুবদনি মানা মীৎলুদা পিরাং হেক-হেক শীম্ভজবিরা। কন্নমদি তৌনি মপোক্কী ওইনা তন্নকত্রবনিনা। অসি খন্দুনা মতোমদা পুক্নিং ফাথজে।

খঙহৌদনা দিল্লিদা লৈবী রীনাগী মতাংদা পাউ অরুবা অমা লাকই হাযদুনা ওজা গুলাপ দিল্লিদা পাইশিনখ্রে। পাউদু চীংখৈনা নিমফুং-নিমফুং তাবদা নহান রীনানা য়ুমদা থোরক্রম্বদা লীরম্বা ৱারীদু চুমগদৌরে। রীনাগা সুভা রাওগা কোর্ট মেরিএজ তৌরে; অহল-লম্মন্না য়ারগনা মণিপুরদা থোবক্রগা মৈতৈগী চৎনবীদা লুহোংবা; যাদ্রগনা মখোয় অনী অন্ধ্র প্রদেশকী টেলেগুগী চৎনবীদা দিল্লিদা লুহোংবা লোইরগা সুভা রাওগা লোয়ননা অমেরিকাদা চহী মঙারোম কম্পনিগী থবক তৌরগা লৈখ্রগনি হায়না তারে। সুভা রাও এম টেক লোইরগা অমেরিকাগী কম্পনি অমগী মখাদা প্লেসমেন্ট ফংবনি। মহাক হান্না থা তরুক্রোম অমেরিকাদা লৈরুরবনি। হন্দক থোরকপদা রীনাগা য়ানদুনা কোর্ট মেরিএজ তৌবনি। রীনাসু এম বী এ লোইরগা কম্পনি অমদা থবক

অমদি ফংলবনি। মাস্ থবক তৌগে হায়রগদি অমেরিকাদসু থবক ফংগনি হায়রি। পাউসি দিল্লিদা লৈমিন্নবী রীনাগী মমান্নবী বালানা গুলাপতা খঙহন্নকপনি। ওজা গুলাপ দিল্লি য়ৌরগা মচাগী মনাক্তা চৎলগা মচানুপীগা উনরে। সুভা রাওদি মাবু পোকপা ভেনকটেশ্বর রাও, মমা শাবীত্রি রাও, মচন সুনিথা লোইনমক ওজা গুলাপ্প ঙাইদুনা লৈরম্লে। ওজা গুলাপ নিঙোল পোকপী ওইরুবনা উপাই লৈখিদে। মীনা চহী কয়াগী মমাঙদগী য়াম্না লুবা রাফম অমা ওইনা হৌদোকখ্রবা রাফম ওইবগা ঐখোয় মণিপুরী হায়বসি নোর্থলোমগী কাওবুনদি য়াম্না হঙ্গনা খল্লগসু সাউথকী কাঙবুনদি য়াম্না রাংনা খনবী। অদুগী মথক্তা নুপাগী মপাসু নুপীগী মপাসু অরাংবা য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসার লোইনা ওইবনিনা ডাওবিগী রাফমসু লৈরোইদৌরি। পৃম্নমকসি খল্লুরগা হৌজিক্কী মতমদা নেসনেল ইনটিগ্রিটি অমদি গ্লোবেলাইজেসনগী বাফম য়াম্না মরু ওইরকপা; ক্রোস হায়ব্রিদকী মচা-মশুনা পৃথিবীগী লুচিংবা ওইরকপা, শা-ষন, হুই, ওক, য়েন, ঙানু কয়া ফাওবা হায়ব্রীদনা হেন্না ফবা হেল্লকপা কয়াসি মুন্না খল্লুরগা ওজা গুলাপ ভেনকটেস্বর রাওগী মচানুপা টেলেগু মচা সুভা রাওদা মচা লুহোংবগী রাফমদু য়ারে। মচাগা মমাক্তা অনীদি অমেরিকা চৎনবা ভিজা ফাওবা লৌরম্লে।

ডাক্তরগদবা অকম্বা বারী-বাতাই শানবা লেইদুনা ওজা গুলাপ মণিপুরদা থোরক্লে মাগা হান্না খঙনবা ওইববসু ওজা গুলাপ্পা ভেনকটেশ্বর রাওগা মাগা হান্না খঙনৈ, অদুনা মচা পীনবগী রাফম য়ানবনি হায়বসিদি অতোপ্পদা খঙহন্দ্রে। মদু অতোপ্পনা খঙখিবা থোক্রবদি মাবু লৈকাযনা বোযকোট তৌবসু য়ারিবনি।

য়ুমদা থুংলবগা মচা লুহোংবগী রারোল পৃম্নমক মেমখোই অমদি চীংখৈদা তম্মী।

শোমদা লুহোংবগী নুমিৎ ফাওবা লেপ্পগা লাকপনা য়াম্না থুনা বার্তৌনচিংবা নম্বা লোইদুনা বার্তৌন চৎপসু লোইরে।

নুমিৎ নীনি রাৎলিঙৈদা সুভা রাওগী ইমুংগী নরুবা মরী-মতা মীওই পুন্না তরাগা লোইননা রীনা ইম্ফালদা থুংলরে। নুপা মযুমগী মীশিংদু য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসার ওইবনিনা ওজা গুলাপ্পা য়ুনিভর্সিটি ওথোরিটিদা হায়নদুনা পীফম থোকপা ফী-নুং পীরগা গেস্ট হাউসকী কা মঙা লৌরগা লৈননবা শীনবা লোইরে। ইয়ারপোর্টতগী দাইরেক্ট য়ুনিভর্সিটিগী গেস্ট হাউসতা অদুম পুরগা থম্লুরে। রীনাবুনা লুরাংশংবমগী য়ুমদা পুরক্লে।

চীংখৈঙানবী বীনা লুহোংবগীদমক থবক যাম্না চিল্লি। মনাও থোইনুবুসু কৌদুনা মাগী মতেং পাংবা যাওহল্লি। প্রোফেসাব গুলাপ অমদি মেমথোই অনীদি মচা নুপীবু পিক্লিঙৈদগীসু নীংথিনা লৈমিন্নবা ফংলক্তবনি। অদুগা লুহোংলবা মতুংদসু মচাবু লাপথোক্লুবগনি খল্লুবদা খোঙথাং খুদিংগী মীৎলুদা পিবাং শীঙ্খবা লেপ্তে। সৈনিক্তা লৈখিবা তরুনবুসু মচে লুহোংবা যাওনবা যুমদা কৌদুনা থম্লে। মাদি লাইরিক্তা ঙাওবা অঙাংনি। লুহোংবদি লমদমসিদা চৎনবিবা লুহোংবগা চপ মান্ননা হোংলগা অউনপোৎ মযাম অমা লাঙবগী মথৌদি তাদ্রে। মখোযনা পীনীংবদু পৈশা নৎত্রগা সনা ওইনা পীবগা মদুনা তুংগী লম্বী শেমজনবা ওইনব্বা তাবে। যামদ্রবদা চহী মঙাদি অমেবিকাদা লৈকব্বা তাবে। মখা তানা অমুক্কা লৈথনিংবা হাযবসু তম্বা ঙম্বা নত্তে।

খঙদে, মণিপুবদা মহৌশাগা মান্নদবা লো অমসুং ওর্দবগী ফিভম হেন্না হেন্না ফৎচিল্লক্তবা অমদি মীশি-মীনা যাম্না তোযনা থোকচিল্লকপদগী লুহোংবা যাববা চহী মতাংগী মতিক চানা মহৈ-মশিং হৈবা নুপাগী মশিংসি যাম্না হম্বক্রি। স্কুল, কলেজদা নুপীগী মশীংনা নুপাগী মশীংদগী যাম্না হেনগৎলক্রি। লাইবিক-লাইশু, অবাংবা থাক্কী মহৈদা, শান্নবদা, জগোই-ঈশৈদা নুপীতনা মকওইবা ব্রোল লৌবক্রি। লমদমসিদা মতিক চাবা, যুম পানমিন্নবদা নুংঙাইগাদবা, মখোযগী মপান তাংজগাদবা নুপাগী মশীং বাংলকপা, হীবম খুদিংমক্তা নুপীনা থবক তৌবগা নুপাবু থাকপা অমদি মচা-মশু শেম্বা তাবকপসিনা নুপীশিংদা নীংহন্নবা পোকহল্লে। থাক বাংনা মহৈ মশিং হৈরুবা, মপাল্লমদা মঙম কুইনা লৈবক্লবা মৈতৈ নুপীদি অযাম্বনা মপানগী মতিক চাবা নুপা থিবগা যুম পান্নীংবগী বাখল লৈনবক্রে। মসিনা চৎনবী ওইবকপদনি মণিপুবনা মুৎখিগদৌবিবসি। খুদম হাযব্বু ওজা গুলাপকী মচানুপী বীনা হযেং অন্ধ্র প্রদেশকী সুভা বাওগা লুহোংগদৌবি। মসিবু নোংমৈনা থিংবদি ঙম্লবোই। অমা অনী দন্দি ওইনা হাৎপা হেক হৌরুবদা মশীং হেন্না হেন্না লুহোংদনা কোর্ট মেবিএজ তৌবগা লৈখ্রগনি। মসি হম্বহনগে হাযবগদি ঐখোযগী তুংগী যুম্বীবেল ওইগদবা নুপা পূন্নমক মপুং ফানা মহৈ-হৈহল্লগা, নুপী থাকপা ঙমবা, মচা শেম্বা ঙম্বা, মশা-মউ ফবা, নিশা চাদবা মীশক লোইনা ওইহনবনি। ঙসিগী মওংসিদা অমত্তা পোকপি প্রোফেসাব অমগী মপান্দা মহৈ তম্লুবী মচানুপীনা লমদমসিগী লো অমসুং ওর্দব ফত্তবদগী, অফবা, চান্নবা নুপা ফংবা বাবকপদগী মপাল্লমগী নুপাদা লৈখিবা তাববদি লমদমসিদা লৈহৌগদৌবিবসি অফবা শেম্বা যাবা মগুন লৈবা অঙাংদি অমত্তসু থোবক্রবোই। মখোযনা বীনা অমদি সুভা বাওগী মচাগী মীনাই ওইবকপা তাবনি। মসিগী অচুম্বা মবম থিদোক্তুনা খন্নবা যাম্নমক মক ওইববনি। আইন্না পীবা চৎনবীদা হান্না কোর্ট মেবিএজ তৌবগা থোবক্রবনিনা প্রোফেসাব গুলাপ অমদি মাগী

নুপী মেমথোই অনীনা য়ানীংদে হায়রুবা ঙমদবনি। হয়েং লুহোংবা শোয়দনা পাঙথোকপা তাবে। লুহোংবা নোংঙানবদা মীয়াম্বু পুন্না চাক্লৌবগী থৌরম অমসু শীনগদৌরি। হন্নি শুবদা মখোয এরোপ্লেন তোংলগা চৎনবগী টিকেৎনচিংবা লোইনা পায়রবনি।

ওজা গুলাপ্পা শীন্দুনা মপান্দগী লাক্লিবা ঙাই-শেন ওইগদৌরিবা মখোয়বু মৈতৈগী লুহোংবগী চৎনবীদু খঙহন্নিংবদগী অশিনি- অবাং তৌনবা অরাং পুরেলনচিংবা মী পীদুনা নিংথীনা শীলহল্লি। লাক্লিবা ববদু মৈতৈগী লুহোংবগী ফেজোম পুময়াৎ, কোইযেৎনচিংবা যেক্লুনা বব যাত্রা তৌবগা য়ুনিভর্সিতিগী কেম্পসতগী খোঙশাল্লকই।

অঙ্কদগী লাকপা নুপা মযুমগী মীশিংদু মৈতৈনা তৌরিবদগা চপ মান্নবা ফিজোল শেক্লুনা মন্দোব মযায়দা সংকীতন্দা পৈশা পুন্না থন্নগা থাহল্লি। মখোযদি মৈতৈগী অবাংবা লুহোংবগী কলচব মখোযনা হান্না অমুক্তা উবক্কবনা মফমসিদা উবদা মতা অমা ওইনা কুম্মৈ যেংবগুম থোকখ্রে। ভি দি ও কাপ্পুনা ফুল কভরেজ লৌহল্লি। লুহোংবা লোইরগা নুপা মযুমগী অতৈ মীওইশিংদি য়ুনিভর্সিটিগী গেস্ট হাউসতা অমুক হনখ্রে। বীনাগা সুভাবাওগদি গুলাপকী য়ুমগী দলান মথক্তা নীংথিনা দেকোরেসন তৌদুনা শেম্নবা কাদুদা লৈহল্লি।

লুহোংবা লোইরে হাযদুনা পোৎথাদুনা লৈথোকপা যম্ মতাং ওইদ্রি। অকরুবা, য়াওদবা যাদ্দ্রা মী খবগা অঙ্কগী নুপা মযুমগী মী খবগা লুহোংবা নোংঙানবদা চাক্লৌবগী মওংদা থোং থাক্লুনা মথেল-লুকোই ময়াম অমা লাঙ্দুনা অমুক শীল্লে। মৈতৈগী চবগী চৎনবী অমসুং ফিজেৎ-লৈতেংশিংদু অঙ্কদগী লাকপা মীশিংদুনা য়াম্না চেকশিন্না যেংনখি। লুনা নান্না থোং-থাকপা, শেম শারিবা, শেৎলিবা ফিজেৎ ময়ামদু উরগা অপেনবগী-অপেনবা ঙাক্কনি।

চাবা-থকপা লোইরগা মখোয় খবা অমদি লম য়েংবা, লাইফমশিংদা লাই খুরুম্বা চৎপসু য়াওই। অসুন্না চাক্লৌবা লোইদুনা ময়াম পুন্নমক মাগী-মাগী লৈফমদা চৎলগা পোৎথানখ্রে। হয়েংদি মখোয় অমুক চৎখ্রগনি। রাখল নুংঙাইরোইদ্রা হাযনা খনবা তোম্বীমচাসু কনিমক্তা নুংঙাইতবা য়াওদনা বীনা লুহোংবা য়াওই। মাবু পোকপা তোমালসু অদুম য়াওই। গুলাপ্পি মরুপ তোমালগী মমাঙদা খরা ইকায়। তোম্বীমচাদি মানা নীংবা থুংগদৌবে খন্দুনা থবক-ইনখাং নোম্বদা হেন্নবু থরায় য়াওই। অদুগী মথক্তা চীংখৈনা মাগা পুন্না থবক তৌমিন্নবা মতাং য়াওবনিনা মযুমদবু হন্নীংদ্রে। থেংজিল্লক্লবদা তোম্বীমচা হযেং ওঙ্খ লাক্লগে হায়রম্নগা নুমিদাং পৃং ১০ দা য়ুমদা হনখি। চীংখৈঙানবী

তৃমশিং ফাদনা নোংঙাল্লমদাইদা হৌগত্তুনা থবক নোম্বা হৌখ্রে। য়ুনিভর্সিটি গেস্ট হাউসতা লৈবা মখোয় খরদুসু লাক্কুনা গুলাপকীদা ব্রেক ফাস্ট চারগদৌরি। চৎলমদাই য়ৌরকপসিদা খরা ফজনা তৌদবসু য়াদ্রি। তোম্বীমচাসু বামোন পুজারিগা য়ৌমিন্নবক্রে। ঙাইহাক্কী মনুংদা থোং থাকপা হৌখ্রে।

চীংখৈ ঙসিদি মাবুসু মমা ইবেম্মনা ইয়ারপোর্টতা মচানুপী রীনা থিনবা য়াওবদা কেন্নবা ফি-রোল, সনা-লুপা লোইনা পুথোক্তুনা শেংহল-শিহল্লি। মখোয় লৈশাবী অহুম অমসু মাগা চৎমিন্নগনি। মৈতৈগী ফিজেত্তা ফনেক ময়েক নাইবা শেৎলগা, লুহোংবা নোংঙানবগী চৎপদা শেৎ-চাবা ফিজেত্তা লৈশাবী অহুম কেবা লোইরগা য়ৌনরক্রে। চীংখৈসু শোমদা কেবা লোইদুনা থোরক্রে। ইমুংগী মী লোইনা ইয়ারপোর্ট চৎকদবগী শেম-শাবদু তরুন্দি মা য়ুম শংজহৌগে হায়দুনা লৈহৌই। য়ুনিভর্সিটিদগী কাঙবুদু কারদা লাক্কুনা মফমদুদা থুংলরে। মখোয় খরদু ব্রেক ফাস্ট চানবা টেবল চৌক্রি থারিবদুদা ফমলে। বামোন্না সেবা তৌদুনা ময়াম ব্রেক ফাস্ট লৌবা লোইরে। অমগা-অমগা রারী তৌনরিঙৈ, ফোটো নল্লিঙৈ অযুক্কী পুং ১০.৩০ তারে। শান্নগদবা অরুবা রাফম, পীগদবা পোৎ-চৈ, কায়নরমদাইগী খুরুম্নবা পুন্নমক লোইববা তুংদা রীনাবু ইয়ারপোর্টতা থিন্নবা থৌরাং তৌবিবা কারশিংদুদা চৎপা য়াওগদবা মখোয় লোইনা কাখৎলে। চৎলমদাইদা রীনানা মৌপ্পা তরুন্নবু নুংশিনা কোনবীরম্মী। পিরাং মরক্তা রীনাবু থিন্দোরক্রে। চীংখৈ ঙসিদি শীংথাবা য়ানা ফজরে, মেমখোইনা মচা রীনাদগী করিমত্তা তাদনা চীংখৈবু সনা-লুপাগী লৈতেং শুনা শিহল্লি। মখোয় লৈশাবী মরিদু তোম্বীমচাগী কারদা তোংই। তোম্বীমচাসু মাগী কারদা চীংখৈগা লৈশাবী অহুমগা পুন্না তোংবদুদা নুংঙাইবা পোকই। অঙ্গদগী লাকপা কাঙবুদুগী মীৎয়েংফমসু মখোয় মরিদা লোইনা ওইরি। মখোয়না খল্লি — "অশুক য়াম্না শেৎলিবা, শিরিবা ময়ামসিবু মফমসিদা শেম-শাবা মত্তা ওইরিগদ্রা?" মখোয়গী মরক্তগী অমনা শেৎলি-চারিবশিংদু মণিপুরগী প্রদক ঙাক্তরা হংই। লোল খঙবা অমনা ইংরাজিদা ফজনা শন্দোক্লা তাকই। মদু তাবদা — "অস! মণিপুর হায়রিবা লমদমসিদি পিকচরবসু তশেংনা মশাগী তোপ-তোপ্পা কলচর ফজনা ঙাক্তুনা লৈজবা ঙম্বা স্টেটনি। ঐখোয়না হান্না লাপ্পা তাখিবা মতমদদি চীংগী লমনি, জঙ্গলনি, মফি-মরোল নীংথিনা শেৎপা হৈত্রিবা লমনি খনখি। অদুগা মফমসি য়ৌরক্লগদি অতোপ্পা মালেমদা স্বর্গ অমা লৈরম্বগুম লাইরেম্বীশিংগী শান্নফম থেল অমা ওইরম্লেদনা!" মখোয়না ভারতবর্ষগী অতৈ মফমদা উরক্তবা অনৌবা মওং খরা লমদমসিদা উবা ফংবদা তশেংনা অঙকপা পোকখি।

অসিগুম্বা লমদমসিদা পোকপি রীনাগুম্বী অমবু অন্ধ্র স্টেটকী মৌ ওইবা ফংবসি লাইবক ফবনি খল্লি।

গাড়ী ময়ামদু পরেং-শানা ওজা গুলাপকী থোঙ্গালদগী থৌদোরক্লে। লৈকায়গী রীনাগী মশুং-মমান্নবী, অঙাং ওইরিবৈঙেদা তিন্নরম্বী কয়া, মমাগী লোন, মপাগী লোন, অঙাং মচাশিং লম্বীগী নাক-য়েন্ত্রা লেপ্লগা মখুৎ হাইদুনা রীনাবু বিদাই তৌই।

খরা থৌদোরক্লগদি নীংথিনা শেম্নবা লুব্রাংশংবমগী ইকোলোজিকেল পার্ক য়ৌরে। মদুনসু মপান্দগী লাক্লিবা মীওইশিংদুগী মীৎয়েং চিংশিন্নবা মচাক অমা ওইরি. শেম্ব শেম্নবদি হেক্তা ফজে, ফম্ব ফজরবদি তাইবং মীগী মীৎয়েংফম্নি। অসিগুম্বসিনসু জাতিগী মায় ঙাকপদা অচৌবা মতেং ওইনরিবনি। খরা থৌদোরক্লগদি ম্যেন রোদ য়ৌদুনা লুব্রাংশংবমগা রীনাগা লাপথোক্লরক্লে।

মীগী ফজবা শকফম অমদি জাতি অমগী ফজবা চৎনবী হায়বসি অসিগুম্বা লুহোং-খোঙদোংবগী ফিজেৎ-চাকশেংনা মশক তাকপসু য়াই। ঙসি কার অমদা তোপ্পান্না মৈতৈগী লুহোংবা নোংঙানবগী নুপা ময়ুমদা লৈশাবী. মৌশিংনা অকেবা ফিজোল শেৎ-চাবগা চৎপগী মওংদা লৈশাবী মরিখক্লা তোম্বীমচাগী কারদা লৈজবী ফিজোল অমদি সনা-লুপাগী লৈতেং শেৎ-চারগা ইয়ারপোর্ট তানা রীনা থিন্দোকপা য়াওরকপসিনা ইয়ারপোর্টতা লৈরম্বা মী পুম্নমক্কীসু মখোয়না কারদগী কুমথরকপদা মখোযদা মীৎয়েংফম লোইনা ওইরুরে। মখোয়দা য়েংদবা অমত্তা য়াওখিদ্রে। ফিল্ম নক্ষমদা য়েংনবদুগা চপ মান্নব্রে। অচৌ অশাং, ফি নান্না শেৎপা মীসু, ইয়ারপোর্ট ঙাক্লিবা সস্ত্রিসু, টেক্সি থৌবা ড্রাইভরসু মখোয়বু য়েংদবা য়াওদে। উরিবদুগী মরমদা কয়াদা ফজরিবা হায়না মবুক্তা মথম্ভ খনবা, অতৈ অমদা মচীন্না ফোঙদোকপা কয়ানি। কাবদগী মথং-মথং কুমথরগা পুগদবা পোৎ-চৈ থাংজিল্লগা ইয়ারপোর্টকী পেসেঞ্জরগী কাদা চঙবা য়ানবা টিকেৎ লৌবগা মনুংদা চঙহল্লে। পরেং পরেং থারিবা চৌক্রিশিংদুদা ফম্বা, খরা অমনা পুগদবা পোৎশিংদু অরুম্বা ওনবনচিংবা তৌরি। চীংখৈসু মাগী হৌখিবা পুন্সিদা ঙসি শেৎলিবা ফিজোল শিরিবা সনাগী লৈতেং অসিগুম্বা শেৎ-চারগা পূক্লিং-নুংঙাইনা থবক থৌবম অমা য়াওবা ফংবসি ঙসিনা অহানবনি। মতম কয়া ইমুংদগী মপান থোক্তনা লোত্তুনা লৈরুবা নিংথৌ মচানুপীনা লম য়েংবা থোরকপগুম ঙসিদি মান্নবা ফিজোল শেৎলিবা মখোয় মরিগী মনুংদসু চীংখৈগী মশক ফংবদি অমত্তা য়াওদে। অন্ধ্রগী সুভারাওগী মতৈমা মাধবীনা মনেম শাবীত্রিদা ওনশিল্লগা

তেলেগু লোন্দা হায়বগুম তৌখি — "ইমা! ঐগী ইনাওনুপা সুভাগী মৌ রীনাগী শকসিনা মনাও চীংখৈগী শক্কুম্না ফজরম্লবদি ঐখোয় অমুক্কা হেন্না নুংঙাইরম্লোইদ্রা?"

ফজবা শক্তি মীয়ামগীনি হায়বদু চুম্বজাৎনি। চীংখৈগী মমীৎনা হেক য়েংলুবা মীপুম খুদিংমক্না মঙোন্দা ওনশিল্লগা য়েংলমদবা অমত্ত হেক য়াওরমদে। মদু উবদা মা মশাদি ইকায়জবগুম য়েংমনবদুনা রাখল ইফক ফকচিনবগুম তৌরে। মাসু ইকায়-ইকায় চৌক্রি পরেংদুদা রুমাননা ফমফম কনথেক্লগা ফম্বা য়াওরে।

কদোমদগীনো সনাতোম্বীগা রামধনগা ইয়ারপোর্ট মনুংদা ফমদুনা লৈরম্লে। থা তরুক্কী মমাঙদা রামধন্না শিল্লোংগী এসিস্টেন্ট জেনেরেল মেনেজরদা থাখিবা দ্রাখাসত্তুগী ফল ওইনা রামধনবু শিলচবগী এস বী আই ব্রানচ অমদা ট্রান্সফর ওর্ডর থেক্লকপদগী মণিপুর থাদোক্লগা মফমদুদা থবক জোইন তৌবা চৎকদৌরিবনি। ঙরাংদগী মখোয অনীমক মণিপুরবু মতম চুপ্পগী ওইনা থাদোক্কদৌরে খনবদা তুম্বা-চাবা য়াদনা, রাখল নুংঙাইতনা লৈরকপনি। মতম অমদা মখোযনা মণিপুরগী মপান্দা লৈবিঙেদা খনখিবা মণিপুরদা অমুক্তং লৈবা ফংলবদি মণিপুরগী গোবিন্দবু নুংতিগী খুকম্বা ঙমগনি, মণিপুরগী অতৈ মরুওইবা লাইফম শুনা চত্তুনা হৈকৎ-লৈকৎ তম্বা ঙমগনি খনখিবশিংদু মণিপুরদা ময়ুম শাদুনা নুংঙাইনা লৈরবা কান্দদি অমত্তা পাঙথোকপা ঙমখিদবগী অনুতাপ্পা মশাদু নুংবংনখি। ঙসিনা অমুক মণিপুর থাদোক্লমদাইসিদা "লিন্না মখুল চঙলমদাইদা চুম্মী" হায়নবদু চুম্লকপগুম পাঙথোকপা ঙমহৌদ্রবা ঙসি-হয়েং ঙাইরিঙেদা মতম্না পুদুনা চৎখ্রবা থবকশিংদু অমুক পাঙথোক্লীংবগী রাখল লাক্লে।

থায়নগী মীগা লাইগা শম্নবিঙে রাবী অমদা লাইরমলেন্দা লৈরিবা লাইনুরা, লাইনিংথৌ অনীগী স্বর্গগী নুংঙাইখ্রবা মপোক্কুবু নুংঙাইবা য়ৌদবগুম তাইবং মীগী মপোক্লা হেন্না নুংঙাইবগুম খল্লুবদগী লাইনুরাদুনা মশাবীগী মফমদা তাইবং মী ওইনা অমুক্তা শাইয়োম্লগা মতম খরা তাইবং চিঙ্গাক চাজরুগে, তাইবংগী পুন্সিসে কয়াম নুংঙাইবগে অমুক্তং চাংয়েং তৌজকগে অয়াবা অমত্তং পীবীয়ু হায়না হঞ্জিন-হঞ্জিন হায়জবদগী লাইনিংথৌনা য়াবীদুনা লাইনুরানা মালেমদা তাইবং মী ওইনা নোংগুম্লকখি। অদুবু লাইনিংথৌনা অককবা মতমদি হেন্দোকফদে মতম হেক শুবগা তন্না হলবায়রক্কদবনি হায়না সারী রাশকহনখি। মসিগী অপাম্বসিনা তাক্লিবদি তাইবং মীগী পুন্সিসি অতোপ্পা গ্রহ অমগী নৎত্রগা স্বর্গগী লাই ফাওবা উবা মতমদা কল্লকপা পোকই হায়বনি। অদুবু ঙসিগী নুংঙাইবা পুন্সিসিদা হিংলিবা মীশিংসিনা মাগী হৌজিক্কী নুংঙাইবদুনা হেনমনখিবদগী তৌগদবা থবক্তি তৌহৌদবা; মাগী হিংবগী মতম্না

লোইশিন্নক্রবা শুপ্নগী অহীং অমগা নুংথিল অমখক্তা ঙাইরক্রবা মতমদা জ্ঞান তারকপদুনদি তৌগদবা থবক্তি অমত্তা তৌবা নংলমদে। কয়াদা পাম্মুনা হৌহনখ্রবা মতম্নো?

অসুম্না লাইনুরানা লাইনিংথৌগী অয়াবা লৌরগা মীগী শাইয়োন লৌরগা তাইবং চীঙ্গাক চাদুনা খুল্লাকপা, খুল্লাকপী অনীগী তাঙনা পোকচবী মমোম ওইনা লৈশাবী শারেপ ফারকখি। মতমগী মতুং ইন্না মীওইপোক্কী তম্বা পাখং অমগা নুংশি পন্দোল লোম্নসি, পাম্মু পারৈ চেৎনসি হায়না সারী ৱাশকখি। শোমদা লাইরম্লেন্দা হনবগী মতম য়ৌরক্লে। তাইবংগী নুংঙাইবনা লাইরম্লেনগী সারী ৱাশক কাউথোক্লুরে। লাইরম্লেন্দা লাইনিংথৌনা অশাও-খাম্বী মৈহৌদুনা মনাই অনীবু মশানৌ লৌরুনবা থারক্লে। লাইনুরানা শাইয়োল্লিবী নুপীদুগী চেংলৌ শক্লা হেমনখিবনা মনাই অনীনা নুপীদুগী থৱায় লৌবা ঙমদ্রে। লাইরম্লেন্দা পাউদু অমুক তম্লুবদা লাইনিংথৌনা হৌজিকমক মাগী থৱায় পুরক্কদবনি হায়না অকনবা য়াথং পীবদগী মনাই অনীদু তন্না অমুক মফমদুদা হল্লকখি। নুরানা ঈশৈ ঙংল-ঙংলগা পাম্মু মাগী মকাদা ৱাইথুংজগে হায়না মচিন্দা শোল্লগা পোল্লাংখোক্তা লং চনাং থারগা ফৌবগী মখুৎনা চনাং কনবদা পুল্লিবা শুক্তু নাম্থোকহল্লগা শুক্তুনা নুরাগী লৱাইদা য়ৈরগা মাগী য়াইবী লৌখি হায়। কয়াদা কনখ্রবা লাইনিংথৌগী য়াথংনো? তাইবংদা মীগী শাইয়োন লৌদুনা তাইবং চিঙ্গাক চারিবা ঙাইহাক লমদল্লিবা ঐখোয়না নাপন তৌনা হিংনরিবসি চুমদবনি।

ঙসি কছারগী থ্বালজুরদগী লাককখিবা রামধন অমদি সনাতোম্বী অনীগী পুন্সিসু সনা লৈবাক্কী লমদমসি য়ৌরকপদা লমদমসিগী হৱা-নুংশিৎনা কন্না হুম্বা য়াওখিবদগী হান্না কছারদা লৈরিঙৈদা খনখিবা তৌগে নীংলম্বা থবক লোইনমক কাউখিবনি। ঙসিদি খঙহৌদনা হনবগী মতম য়ৌরম্লে। অদুবু পাঙথোক্কে খনখিবা অফবা থবকশিংদু অমম্ত্রা তৌবা ঙম্নমদ্রে। পুক্নিংদা নীংঙমদবা পুন্সিগী হৌখ্রবা থৌদোকশিং মথং-মথং নীংশিংদুনা ফম্লিঙৈদা মখোয় অনীগী মীৎমাঙদা অমুক হন্না উগনি থাজরুদ্রবা চীংখৈঙানবীনা লাকমিন্নরিবী লৈশাবী অতৈদগী থোইদোক-হেন্দোক্লা ফজবা শকফম অমদা ঙৌরবা ময়াদু উরপ তৌনা মোমোন নোক্লগা মমায়দা চন্দোল নীংথিনা থিল্লগা চঙলক্লিবদু উবদা রামধন্না সনাতোম্বীদা ওনশিল্লগা হায়রকই — "য়েংঙউনহে! অসিবু বোয়াইগী মচানুপী চীংখৈদু মান্দ্রনে?"

সনাতোম্বীনা ইখং হেক খংনা — "হা! কদায়নো?" হায়রগা কোয়রৈ-লৈদুনা ইঙাও-ঙাওনা য়েংলকই।

"এ! মান্নিনে! মোইপাবুং! অদুবু, মানা শেৎলিবা ফিজেৎশিংসিবু...? মামরুদি অশুক মমল য়াম্বা সনা-লুপা অমদি ফিশিংসিদি... শেৎপা ঙমগনি থাজদে! মাবু ইনাক খুনবা ইমুং অমদা ময়ুম পান্নবজাৎলা? মদুমকসু মমান্নবীশিংসিদি মৌ মানবা অমত্তা য়াওদে। অদুগা লাকমিন্নরিবা ময়ামসিদা মাগী মমা মপা মনাও অমত্তসু য়াওবা উদে। মপানগী মীশক খরসু য়াওবা উই। হায়মা! মাগা ৱারী শরিবসিসু মপানগী মীনি। মাবু অসুন্না হিন্দি নৎত্রগা ইংরাজি ঙাঙবা ঙম্নমগদ্রনে? থাজদেদা, মশক মানবা শোয়দনা ওইরমগনি!"

— "অদু, মাগী মশকসিদি। মশম অসিনা ফব্বিবা, লাকমিন্নরিবা কাঙব্রশিংসিদগী মানা ফজবা ইহেন-হেন্নিদা!"

— "নুপী অসিনা চীংখৈ ওইরম্বা তাববদি মাদি ঐখোয় অনী উবদা ইকায়রোইদ্রা?"

মখোয় অনীনা শোমদা চীংখৈঙানবীগী মবমদা ঙাঙনরিঙৈদা অশোমদা চীংখৈনসু মখোয় অনীবু উবমাল্লে। শকফম খবা হঞ্জিনবগুম ভৌখি। পূক্লিংদা সেকেন্দ খবগী মতমদা ৱাখল অমা ভৌরকই — "ঐনা লান্দ্রগা লোইবে, মচানুপা লুহোংখ্রবনিনা ইকায়রুদুনা কৈদৌনি, ঐ ইমা বেম্মবু অমুক্তংদি কৌগে?" পূক্লিংনা নীংবদ্‌ থবক ওইনা পাঙথোক্লবা মহাক সনাতোম্বীগী মনাক য়ৌনা চঙশিল্লক্লে।

সনাতোম্বীনা — "হায়মা! ইচাবু কদোমদগীনো।"

চীংখৈ মমা বেম্মবু মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী।

"ইমা বেম্মা! কদায়তানা চৎপিগদোইনো?"

ৱাহংদুনা সনাতোম্বীবু পিরাং ইহৌহল্লে। রামধনদি খরা ইকায়বগুম মমায় নাকল অমদা য়েংলগা ইকায়বা খাঙই। সনাতোম্বী মচানুপানা ঙাওজরিবা, মতম অশুক কুইবসি নোংমতা মশক উখিদ্রবা, উগনি হায়বগী থাজবসু ৱাৎলুরবা, ঙসি মখোয়না অরোইবা ওইনা মণিপুর থাদোক্কুনা চৎলগদবা পুংফমসিদা চীংখৈবু উবদা নুংঙাইমনখিদুনা মমীত্তগী মপি তানা চীংখৈবু মথানুংদা চেৎনা কোল্লগা লাইবক্তা নুংশিনা চুপ্লিখ্রে। চীংখৈসু মমীত্তগী তারকপা পিরাংদু রুমালনা তৈথোকই।

সনাতোম্বীনা হায়রকই — "ইবেম্মা! ইচাবু হৌজিক ফাওবা ঐখোয়বু ৱাত্রৌরিব্রা? নঙগী পাবুংসু নখোয়না য়ুম থাদোক্কুনা চৎখিবা নুমিত্তগী মবুক ওল্লবনি। ইচা চৎখ্রবা

ভুংদা ইমুংদো দষা মনম-মনম তাদুনা য়ুম, ইংখোল, যন ফাওবা লোইনা য়োল্লগা কছারদা ঐখোয়গী হান্না নৈরম্বা থ্বালজ্বুর খুঙ্গংদা হল্লবনি। বাদু তাবদা চীংখৈ মানা থাজরম্বা গুলাপ পাম্বী অমদি মাগী চান্নজবী শকহেনবীবু নীংশিংদবা ঙমদে। পূক্লিং হেন্না বারকই।

সনাতোম্বীনা মখা তারকই — "নঙগী পাবুংবু খুরুম্মু। ইচাসিদি মমাঙগী নুংঙাইতবা পূম্নমক লোইনা কাউনরসি।" চীংখৈদি ঙসাইনা খুরুমগে খঞ্জবনি অদুদা রামধন্না মমায় লৈখোক্লগা ফম্বদুদা মাবু হৌজিকসু শাওরিমাম্লে খঞ্জবদগী কিজদুনা খুরুম্বা ঙমজদবনি। সনাতোম্বীনা হায়রকপদুদা "পাবুং! নচানা লানখ্রে" হায়রগা চীংখৈ ভানবী রামধনগী মখোঙ অনীদু লাইবক কংলগা খুরুম্মী। "পনশিরমদাইদা পন নীংখাযগনি" হায়নবদু চুমদবা য়াদমাম্লে, রামধন্না চীংখৈগী মকোক্তা নুংশিনা নাল্লগা — "ইচাগী মতম চুপ্পদা মঙ্গল ওইনবা ইপানা বর পীরবনি।" হায়বদুদা রামধনগী মীত্তসু পি থিংবা ঙমখিদে। মীওইবগী অমনা অমবু খঙদবদগী নমথগে হোৎনবদা অমনা হৌগৎনবা হেৎনজবনা হেন্না শক্তি নৈরমদুনা থোৎলবা লৈবাক্কে কৌবী নৈরাংগী মনানা কল্লবা মালেম থিনগাইদুনা থোবকপগুম চীংখৈগী থম্মোয় শেংবগী শক্তিগী মমাঙ্ঙা রামধনগী ময়া কুমখ্রেদো। ঙসিদি চীংখৈগী মমাঙ্ঙা রামধন হৌদোঙগী মমাঙ্ঙা উচিন পঙবদগা চপ মান্ননা চমখ্রে। সনাতোম্বীনা মচাগী পাউ খরা তম্নীংবদগী চীংখৈবু মখুদাং পায়রগা অশ্বাইফাওদং পুথোকপিখ্রে।

"নঙবু বারী পূম্নমক তারবা নৎত্রা?"

"তাজরে, ইমা'বেম্মা!"

"অদু, নঙবু থিবগীনিদনা মানা রাঙু তানা চৎলুবদা ফাখ্রিবদো? মানা বেঙ্গলরদগী নঙগী ফি অমা নৈরকপজাংনি। নঙ নৈরমদবদগী শাওদুনা ফিদু শেগায়রগা মৈ থাখি। নঙগা ননা ওনুপীগা লাক্রম্মী হায়না বেটিনা তম্বা তাবগা নঙবু থিবা চেনখি। ফরে, হৌখিবদি হৌজখ্রসনু! মাদি হৌজিক গুরাহাটিদা লৈখ্রে। নঙগী লৈফম, লৈকায়দু অমুক্তা ময়েক শেংনা ইরগা ইমাদা পীরম্মু।"

চীংখৈনা হায়জরকই — "ইমা'বেম্মা ঐনা তাখিবা পাউদুবু?"

ঙাইঙমদনা "করি পাউ তাখিবনো হায়য়ো?"

"মন্ত্রি খোগেনগী মচানুপী মোনিকা..."

হায়বা লোইদ্রিঙৈদা সনাতোম্বীনা তাপ ওক্লগা হায়রকই "ইমা খঙলে, মোনিকাদু ইচা নুপানা পামদে হায়রুবদগী থবকসু ফংহৌদ্রে, মোনিকাসু অতোপ্পা নুপা অমদা লুহোংখ্রে।"

চীংখৈনা মখা তারকই — 'ইমা'বেম্মখোয়গী য়ুমদা লুহোংখিবদুবু... ?"

"অদুনে, মখোয়না ঐখোয়গী য়ুম ইংখোলদু লৌরবা তুংদা মচানুপীদো ঐখোয়না লৈরম্বা ইরোইশেনবগী য়ুমদুদা লুহোংবনে।"

চীংখৈ থোইনুনা তমখিবা তোমপোক্কা মোনিকাগা লুহোংখ্রে হায়বগী পাউদু অরানবনি হায়বসি ঙসিদা ময়েক শেংনা খঙলি। থম্মোয়দা তোমপোক্কী ইখৌ লাংনা খুদক্তা অম্মুক হেনগৎলকই।

সনাতোম্বীনা রামধন্দগী কলম অমদি দাইরি লৌবগা চীংখৈবু মাগী এদ্রেশ ইনবা শিন্নে।

চীংখৈনা মাগী মিং, গুলাপকী মিং, লুবাংশংবমগী লৈকায় ময়েক শেংনা ইংরেজি কেপিটেল ময়েক্তা ইরগা সনাতোম্বীদা শিন্নরে। অদুগী তুংদা চীংখৈনা ইয়ারপোর্টতা লাকপগী মরম অম্মুক হংই।

— "ইচাবু কনা থিন্দোকপা লাকপনো ?"

— "ঐ ইচে রীনা থিনদোকপা য়াওরকপনি। ইচে রীনা দিল্লি য়ৌরগা অমেরিকাদা মাগী মপুরোইবা সুভারাওগা চৎমিন্নগদৌরিবনি" অসি হায়না লুহোংবগী মরমদা ময়েক শেংনা পাউ তম্মী। মথংদা মানা হৌজিক লৈরিবা য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসার ওজা গুলাপকী মচা শক্লা মখোয়গীদা লৈনা চহী ফারক্লে হায়না তম্মী। অশোমদা বারী শানরগা লেপ্লিবসি মাগী পাবুংনি, চৌক্রিদা রীনাগা ফম্মিন্নরিবী অদুনা মেমথোইনি হায়না শক তাকই।

সনাতোম্বীগা রামধনগা অনীবু গুলাপ অমদি মেমথোইদা শক্কা-শক্কা উনদুনা খঙনহল্লি। গুলাপকা রামধনগা খুৎকা-খুৎকা শোক্লদুনা শক-খঙনরে। চীংখৈবুসু গুলাপ্পা ইচানুপীনি হায়রকপদা রামধন মানা চেনবা ঙমদবা থম্মোয় অমা গুলাপ্পা চেল্লম্বদুদা অঙকপা পোকই।

শোমদা সনাতোম্বীগা মেমথোইগসু শক-খঙনবদগী বারী শানবা হৌখ্রে। চীংখৈগী মরম ওকপা, হৌন-খঙবগী মরমদা বারী শাই। রামধন্না ঙকপদি ঙসাই

চাংখৈনা মাগী দাইবিদা ইংরেজি মযেক্তা ইখিবা হেন্দরাইটিংদু উবদনি। মানদি চীংখৈবু লাইবিক হৈত্রবী মন শেন্নবী অমগুম খনখিবনি। ঙসিদি বামধন্না চীংখৈবু মমৌ ওইবদা করিস্ চিংনবা লৈত্রে।

খঙহৌদনা শিলচর পাইগদবা ফ্লাইটকী সেক্যুরিটি চেক্ত তৌনবা লাওথোরক্নে। চৎলমদাই য়ৌবক্লবদা সনাতোম্বীনা চাংখৈদা ওনশিল্লগা হায়বকই, — "ইবেম্মা! চাংখৈ। ইমাখোয় চৎলুখিগে। ইচা নাদ যেক্তনা ইমা-পাবুংগী সেবা নীংথিনা তৌরগা নুংঙাইনা লৈয়ু্কো। ইমা নোংমা শোযদনা ইচাগী নাক্তা লাক্কে।"

সনাতোম্বী মথুৎ হাইনা হাইনা সেক্যুরিটি চেক্ত লোইবগা অশোম বাংমদা চঙখ্রে। প্রাইহাক্কী তুংদা ইম্ফাল-শিলচর প্লেন পাইখ্রে। মিনিট মঙাগী তুংদা কোলকটা পায়গদবা ফ্লাইটকী সেক্যুরিটি চেক্ত তৌনবা কৌশিল্লক্লে। মযাম পূন্নমক অরোইবা বিদাই তৌনরে। বীনা অমদি সুভাবাও পুন্ন গুলাপ অমদি মেমথোইগী মখোঙ শোক্লা খুকম্মী। মীৎলু পিরাং মবক্তা সেক্যুরিটি চেক্ত লোইদুনা চৎকদবা কাঙবু অশোম বাংমা যৌখ্রে। থিন্দোকপা লাকপা মযাম মপান থেবক্লে। মিকুপ খরগী তুংদা এরোপ্লেন্দু ইম্ফালগী এরোড্রোম থাদেক্লগা বান্না পাইখৎখ্রে।

## মাপলগুবা

যুম পানবা হাযবসি মী ওইনা পোক্লবদি নোংমদি শোযদনা পাওথোক্কবা যাদ্রবা থৌদাং অমনি। মালেমগী মফম শীনবা থুংনা চৎনবিবা যুমপানবগী থৌবমসি মফম মফমগী, লৈফমগী মতুংইন্না খেন্নবা লৈজববসু অদুম পাওথোক্লবিবা ঙম্ভনি। মীওইবদগী হেন্দোক্লনা সংসাবসিদা হিংদুনা লৈবিবা জীব খুদিংমকসু যুম পানবগী থবকসি তৌবিবা ঙাক্তনি।

লুরাংশঙবমগী ওজা গুলাপকী মচানুপী বীনা চাউখৎলকপগী মতুং ইন্না দিল্লিদা মহৈ তম্লুবদগী রাখল অসুম পাকাথোক চাউথোবকপদগী মী মশেলগী মবক্ত খন্নবা উবক্তবদগী মশাগী জাতিগী চৎনবীগী শম্বল নমখাযবগা তোঙানবা মরোল লোনবা টেলেগু মচা সুভাবা ওগা থম্মোযগী নু শিবগী মবা শেমগৎলক্লনা লুহোংবা লোইবগা দিল্লিদা পুদুনা চৎখ্রে।

বীনাবু ইযাবপোর্টতা থিন্দোকপা যাওরুবগা যুমদা হল্লক্লনা তুংদা চীংখৈ ঙানবী যাম্না থাজদবা মওংদা পৃক্সিদা অমুক হন্না উনগনি খল্লদ্রবা বামধন অমদি সনাতোম্বী অনীবু ইযাবপোর্টতা থেংনবকপদুগী রাখল তৌবকই। মদুনা নুপীজা ওইবী মহাক্কী থম্মোযবু অমুক নৌহৈনা ইরাও-লাওহনবীরে। কংলুকবা পৃক্লিং-লৈবাংদা কুমগী নোংগী ঈশিং খজিক ফংবদা হবাউ-মীনোক তমজবকপ গুম চীংখৈগী পৃক্লিং লৈবাং মযোল চোংলক্রে। নিঙোল কাদা খিল্লিবা লেপ চন্না বাংলবা দ্রেশীং তৈবলগী মমাঙদা থাবিবা মোবাদুদা ফম্লগা মিংশেলদা তাবিবা মশাগী মমিদুবু থবায তানা যেংজে। মশাগী নীংথিনা শেৎলিবা ফিজেৎ, শিবিবা সনা মযামদুগী মিংশেলদা তাবিবা মমিদুবু উজবগা মতোমতা কল্লকচবগুম তৌবকই। মদুবু মানা যেংহঞ্জনীংবদি থম্মোয়দা মমি তাদুনা মতম চুপ্পগী ওইনা লৈবগদবা তোমপোকপুনি। পাম্মুবা মানা ঙসিগী মাগী শকফমদুবু লাক্লুনা যেংলদ্রবসু খেন্নবা মী কযাগী তোঙান-তোঙানবা মীৎ শিংদুনদি মাগী ফিজেৎ অমদি শিরিবা সনাগী লৈতেংশিংদুনা হেন্না ফজহল্লিবা শক্তুদা ঙাওনখ্রবনি। য়েংনখিনা

ময়ামদুগী মরক্তা চীংখৈবু পামজনা মতম চুপ্পদা শেন্নরিবা তোম্বীমচাসু অমনি। মদুগী ইহুল চীংখৈ মশাদসু ফাওজবগুম তৌই। মানা খ্বাইদগী নুংঙাইজখিবদি তোমপোক্কী মমা-পাবুংনা ইয়ারপোর্টতা লৈবমদুনা মাগা উন্নরকখিবদুনি।

মাগী থম্মোয়নুংদা খঞ্জরুই "মখোয়গী ইমা বেম্মগা পাবুংগদুবু ঐনা কেবসি উবদা মচা মমৌ ওইনীংবগী বাখল করিমক্তা ফাওরম্লোইদ্রা? মখোয় অনীবু ঐগী মরমদা বাবীকা অমক্তা শানবম্লোইদ্রা? মখোয়না পাম্বসিবু ইনাকখুনবা, ফম অচৌবা পায়বা ইমুংগী মচাশিংবু ত্তরা? মখোয়না ঙসি নুংশিখ্রবা ইবমদম মণিপুর থাদোক্লগা মতম চুপ্পগী ওইনা কচ্ছাব লমদমদা হনবা তাখিবদুসু মখোয়গী মরাল খজিক লৈখিবদগীনি ঐনা খনবদা মখোয়না ঐখোযবু ইরোইশেনবগী ইংখোলদুদগী চৎখিনবা মতম পীবমদ্রবা; থোক্লিবা থৌদোক পুন্নমকসি অমক্তা থোক্লম্লোই। মখোয়না অদুম্না কচ্ছাব লমদমদুদা পুন্সি চুপ্পগী ওইনা লৈখ্রবদি মচানুপা ওইরিবা মহাকসু লৈখিবা তাবনি। অদু ওইরবদি ঐখোযগী বাবানা অমদি ঐনা লৈরিবা য়ুমগী ইমা-পাবুংনসু ঐবু কচ্ছাবদা লৈহনখিবদি শুকপাম পাম্লোই। অদুগী মথক্তা বাবানদি মখোয়গী ইমুংগী মথক্তা লম্মন খুম্নিংবগী বাখল ফাওবা লৈখিবনি। ঐগী বাখলনবুদি পুন্নমক থাদোক্লগা নুংশিবা মাগীদমক কৎথোকপা ঙমগনি হায়না ঙসিসু লেপ্পি। অমরোমদা ঙসি ইচে বীনাসু মাগী নুংশিজবা সুভারাওনা পুরগা লাপ্পবা মীরমদা চৎখ্রিবসিমঙাই। তামো তোমপোকখোযগী ইমা বেম্মনা কায়নরমদাইদা হায়রম্বা "ইমা নোংমা শোয়দনা ইচাগী নাক্তা লাক্কে" বাহৈদুবু চুম্না চৎলমদাই ওইবগী পঙহ'য় হায়বম্বা ওইরিগদ্রা নৎত্রগা তশেংনা লাক্কে খম্না হায়রম্বা ওইকিগদ্রা? মাগী বাহৈদু অশেংবসু মাল্লি। ঙসিসু মখোয়গী মীবু হম্বনা খনগনবগী পুকচেলদু হোংলমখিরোইদ্রা? মখোয়গী পাবুংদু ঐনা খুরুম্বা ওকপদদি ঐগী ইকোক্তা নাম্বুবীবগা "ইচাগী মঙ্গল ওইয়ু" হায়খিবনি। মখোয়গী অদুক যাম্বা যন শেন্নবা, ইংখোল পান্নবগী থবক্তুবু পৈশানা ইরায়-লায়না লৈবা য়াবগুম খনখিবদুমদি মখোয়গী অচৌবা অশোয়বনি। ঙসিদি লিন্না মখুল চঙলমদাইদা চুম্মী হায়নবগুম ঐনা ইমা বেম্মা খুরুম্বা মতমদা পাবুংদি মমায় লৈথোক্লগা লৈখি। মদু মানা মমাঙদা লানখিবগী ঐবু উবদা ইকায়বদগীনি। ঐদি ঐনা লানখিবা লৈতবনিনা ইমা বেম্মনা হায়বা ইন্দুনা পাবুংবুসু খুরুমখি। অদুবু ঙসিগী তাঙলবা অদুক নুংঙাইবা মিকুপ্তদা পাম্মুবা মাদংগা থেংনজবক্লম্নবদি কযাগী মতিক নুংঙাইরমগবা? ঐদি থোইনুনা তম্বা পাউদগী মাগা মন্ত্রিগী মচা মোনিকাগা লুহোংখ্রে হায়না চপ য়ুংনা থাজরুরবনি। মদুনা অরানবা ওইরম্বদুননি ঐনা অসি য়ৌনা নুংঙাইরিবা। পাউদুনা ঐবু অনৌবা বাখল

অমমুক পীরবে। মাসু ঐগুন্না মরক-মবক্তা ঐবু নীংশিংলগা মোন্দ্রং চুবমগদ্রা ? মানা অহীংদুদা ঐবু নমজা-নমথেক্লবগী রাখল মচেৎ অমফাওবা উৎখিদবদুনা ঐনা মাগী নুংশিববু য়াম্না রাংনা থম্মোয়গী অশেংবা নুংশিবনি হায়না ঙসি ফাওবা পূজা তৌজবগী মরম্নি। মাগী কোক্তা নুপী অতৈগী রাখল মতমচুপ্পদা খন্দনা ওইসনু ' ঐনা মাবু ফারুবা কাঙবুনা থাদোরকপগী হুমনিশুবা নুমিত্তা মাবু উনীংবগী মৈচাক্লা খাঙবা ঙমদদুনা ইকায়-ইকায় মখোয়গীদা চৎলুবা মতমদসু মাবুদি উনবা ফংলকখিদে। মখোয়গী লৈকোন্দা ইখুৎমক্লা থাজরম্বা গুলাপ্পুগী মশাদা থেৎলম্বা "ঐ লাকচবর্ম্মী" হায়না ইরম্বা বাহৈদু করিগুম্বা মানা উরম্বা থোক্লবদি মহাক শোযদনা ঐবু শাউরমগনি। হায়বমগনি, "করিগীনো মানা চে সিদা মাগী লৈফম ইরমদ্রিবসিরো ? ঐবু রাহম্নগা মাগী করম্বা নুংঙাইবা লৈবগীনো ?" ঐনা মতমদুদা খনখি মানা ঐগী অইবা চেদা লিক্লা ইরম্বা রারোলদু পাকবগা ফাওখিবা রাখলগী চৈনাদু মতম অমদা ঐখোয় অনীনা থুংনবা থোক্লবদি হৌখিবা মতমগী অবাবদু নীংশিংনবগা নুংশিবগী অর্থ হেন্না লৈহনগে। অদুবু করম্বা মতমগী কবম্বা নুমিৎকী কবম্বা পুংজাগী কবম্বা মিকুপ্তা ঐখোয় অনীগী পাম্লুং লাক্কদগে ?"

রাখল অমদা মিংশেল মমাঙদা কুইনা ফম্লুরে। পাম্মুবা মহাক্কী মফমদা উৎচনীংবা সনাগী লৈতেং অমদি ফিজেৎশিংদু য়েংবীগদবা মানা লাক্কদবা লৈত্রবনিনা তপ্না-তপ্না অমমমত ওইনা লৌথোকপা হৌরে। ইম্নম্বা পাব্বা ইন্নফিদ্দু হান্না লৌথোক্লগা থুপচিন্নি। ঙক্তা শিরম্বা সনাগী লীক, নাদগী নাইন, শমদা ফাবম্বা বাহুবানী মথং-মথং লৌথোক্লগা সনা হাপ্পবা বোক্সতুদা নোম্বুবগা হাপচিন্নি। সনাগী লৈতেং লোইনা লৌথোকখ্রবা, ইম্নম্বা ফি লৌথোকখ্রবা নুপী ওইবীগী মথকথংবা হকচাংগী শরুক্তুদি মফি লৌথোকপিরগা ঈরুজনবগী থৌরাং তৌবীরবা থা তরুক্কী অঙাংগী হকচাংগুম্না নুংশিরে। অমরোমদা হায়রগা চীংখৈদো ঙাইহাক্কী ওইনদি মহাপ্রভুনা লম্মোইবমদাইদা ফিজেৎ হোংদোকপগী শকফম্বু মাম্লে। মশাগী তোংশাবু মশা মতোমতা উজরগা কম্লকচরে। ইনখৎলকপা মতমগী লৈহিত্না য়োম্লবা থবায় লৈরাংগী লৈহী লোৎফমদু উরগা পাম্মুবা মাবু কৌরগা থোঙ্নাওদা লেপ্লগা হুরান মীৎয়েংনা য়েংহন্নীংবা ফাওরকই। পাম্মু মানা খুদোল তম্বীরম্বা সনাগী লীক মরীদুদি লৌথোক্লুরবসু কুইনা খক থমদে। অমুক হেক্তা শিজিন্নি। মাদি লৈহিনা নীক-নীক লাওরবা থরক্তুদা কেকু লোত্তুনা লৈখ্রে। মদু খঙদুনা তোমপোক্লা খুদোল তৌরম্বসু কনানা খঙবা। ফজবা, মমল তাঙবা সনাগী লৈতেংশিংসিবু হকচাংগী মী উদবা মফমদা কনানা শিনবগে ? মীৎনা য়েংবদা

খ্বাইদগী মফম চাবা হকচাংগী মফমদা শিননবা শারিবনি অমদি লৈরিবনি। অদুননি, নুপী ওইবীশিংগী মীৎয়েং চিংশিনবা গুম্বা হকচাংগী জগাদা সনা-লুপা, মনিগী লৈতেংশিংগী মফম কল্লুরিবা।

চীংখৈ হোংদোক্কদবা পাম্মুজবা ময়েক নাইবা, থম্বাল লৈখোক মচুগী খনেক্তুনা ফিদোন চিংখৎলগা মৌ অনৌবীগী মওং লৌরগা মিংশেল মমাঙদা ফম্লগা মিংশেলদা তারিবা মমিদুদা মীং কুপ্তুনা য়েংই। হাইফেৎ নোছবদা মিংশেলদা তারিবা থরক্কী ফজ্জবদুসু মতোমদা উজ্জরগা নাপল তৌজে। মামাল্লবীশিংগীগা চাংদম্নবগী বাখলসু হেক লাক্কে তৌরকই। অমুকস্ মশাবু য়ুমগী মৌ অমা ওইবদা পকচরগদ্রা খল্লকই।

মখা তানা — "মখোয়গী কছার হায়বদুবু কমদৌবমগবা? ঐখোয়গী মণিপুরগী মৈতৈ লৈকায় গুম্না তৌরমগদ্রা? বরাক তুরেলদি য়াম্না পাক-চাউই হায়না তায়; হি তোংদুনা অমুক্তংদি মাগা ঈপাক্তুদা চৎমিন্ননীংইদা! কা পাম্বী, যুবী পাম্বী কয়া মরাঙ কায়না হৌই হায়নস্ তায। অমুক্তংদি চৎলগা য়েংনীংবনি। মদুবু পুক্সিসিদা অসুম্মক ফংদনা তেক্রগদ্রা?"

বাখল অসুম খল্লিঙৈদা ওজা গুলাপ্পা মপান্দগী হায়রকই — "ইবেম্মা! চীংখৈঙানবী! ইপাদা চা কপ অনীখক্তা লোল্লক্কেরা? নমাগা ঐগা থকমিন্নগে? নচে খিল্লুবদগী নমাসে মপুক্রিং ওম্লমাল্লে য়াম্না কপখ্রে।"

লোল্লরক্কে, পাবুং। অসি হায়রগা শেংলম্বা ফনেক্তু পাম্মু পাম্মু হোংদোক্লগা চা লোম্নবা থৌরাং তৌখ্রে।

শোমদা ওজা গুলাপতি মচানুপী চৎখিবগী মশাদু ইহাঙ-হাঙবগুম তৌই। পিশক-পিক্রিঙৈদগী বোর্দিংদা চাউরকপা ওইবনা মচানুপীসু মচানুপাসু মপা-মমাগা মতম শাংনা লৈমিন্নবা ইফং ফংলক্তে। মহৈ-মশিং তম্বা লোইরে, মতম খরদি মচাশিংগা পুম্না লৈমিন্নবা ফংলগনি খল্লুবগা লুহোংবগী নুমিৎ হুন্নিখক লৈরম্লগা চৎখ্রে। মাদি মণিপুরদা চাউরকপা নত্তবনা মৈতৈ পাখংশিংগা তোৎন-তিন্নবগী তাঙ্গা ফংখিদবনা পুন্নমকসিগী অশোয়বা ওইখিবগী মরম্নি। খঙদে, অসুম্না মবুদ্ধি-মরৌশিং লৈবা মৈতৈ চনুবাশিং নোংম-নোংমগী মীয়ান মচাগা লৌন-লৈনখিদুনা জাৎ ওনখিবগী মশীং লেপ্তুনা হেনগৎলক্রি। চীংখৈনা চা পুথোরক্তুনা কপ অমমম পীরবদু গুলাপ্পা মেমথোইবুসু কৌথোক্লগা মখোয় অনী থকমিন্নে।

মচে লুহোংবা যাওবা লাক্লম্বা তকন্দি পবিক্কা মতম খজিক্তা ঙাইবে হায়দুনা মচে চৎখিবা নোংঙানবগা অদুম চৎখ্রে। মাদি মতম চুপ্পদা লাইরিক্তা পূক্লিং লুপখিবনা মচে লুহোংবকাদু লুনা খনখিদে। অদুগী মথক্তা মাদি মচেগসু তোয়না লৈমিন্নপ্রবনিনা এটেচমেন্ট খবসু ব্লাৎলে। রীনাসু মমা-পাবুং নুংশিবগী রাখলদগী তুংগী পার্সনেল এচিপ্টমেন্টনা হেন্না চুম্বগী রাখল্লোন্দা চঙশিল্লি। মসিগী রাখলসিমক্কসু মপালগী মীওইদা ময়ুম পানবা ঙল্লিবনি।

মমা-পাবুং অনীগী সেবাদি চীংখেঙানবীদা লোইনা তাহৌরে। মমাগা পাবুংগনসু চীংখেগা অসুম লৈমিন্নববনিনা চীংখৈনা হেন্না লুম্বগুম মাগী সেবা হৈবা, হৌনা-খঙবা, তুমিন্না ঙাইহাক্তা লৈতবসিনা চীংখৈনা লুহোংবা তাববসু মাগী নুপাদু মখোযগীদবু থন্নগা লৈহল্লসিবা হাযনা কবিগুম্বকান্দা খল্লকপসু যাওববনি। মখোযনা হান্না মচা বীনা পীগে খন্নবম্বা তোম্বীমচাসু কলেজ ওজাগী থবক্তু বেগুলব তাববনিনা অদুগী মথক্তা মাগী পি আইচ দিসু ফংলবনিনা চীংখৈগা লুহোংবদি যাম্না মতাঙ চাববনি অদুদা চীংখৈনা বী এ সিদং লোইদবসিদা ঙাইবগী বানি

শোমদা অসুন্না লৈবিঙৈদা কছার লমদম পাংখ্রবা বামধন অমদি সনাতোম্বী মখোযগী হান্নগী মৈতৈ যুমজাওদু মনাও বলদেবনা নীংথিন' শেমজিল্লগা বং পং ফজনা তৈবগা লৈবন্নে। বেঙ্ককী থবকসু জোইন তৌকরে। মণিপুবদগী হনখিবা হপ্তা অনীব্রোম লৈবগা নোংমা বামধন্না ওফিস কুম্লকপদা সনাতোম্বীনা হায — "মোই পাবুং' ইচানুপাদো মখোযগী আসাম ব্রহ্মপুত্র ফ্লড কন্ট্রোল বোর্ডগী এস ও গী থবক অমা খন্নে হাযবদুনা অচুম্বা ওইবগদি লুহোংবীনবা তৌবীবসি। ইচানা খোযদাজবী চীংখৈঙানবীদো মণিপুরদা থোক্লগা অমুক্তং উনবগা মাবু পোকপা বোযাই অমদি মানা হৌজিক লৈবিবা ওজা গুলাপকসু উনবগা ইচাগী মৌ ওইনবা হাযনক্লনা চুন্নোইদ্রা? ঐদি নহান মাবু ইয়াবপোর্টতা থেংনরকপা নুমিত্তগী নোংমতা কাউবা ঙমদ্রে।

ঙাইহাক্তং খল্লগা — "ঐসু খল্লিবনি, মাগীদমক ইচানুপানা অদু যৌনা বাজবগা মদুদা মপা ঐনা অমুকহন্না অথিংবা পীরুববদি ঐবু ঈশ্বব ফাওবনা যানীংলবোই। নচানুপাদু পাউদু তারগা অমুক মণিপুরদা লৈগে হায়বক্লবদি কমদৌবা? চীংখৈদুবু মণিপুর থাদোকউ য়াগদবা মানব্রো? য়ুম, ইংখোলসু য়োম্বোক্লরেদো।"

"অদু, মোইপাবুং! ঐবু মণিপুরদা অমুক্তং থোক্লগা চীংখেঙানবী উনকসিবা খল্লিবা? কনানা খঙনি, ঐখোযনা শোমদা রাখল নুংঙাইবিঙৈদা নুপা অমদা কোক

লুহোংখিবসু। ইচাগী ওইনবা মনাক্তা চৎলগা কনশিলহৌরুবনা ফগাদ্রা খঞ্জবগী ৱানি। মাগা হান্না লুহোংগনি তৌরম্বা নুপাদুনা কমদৌখ্রবজাৎনো? মদুমদি নহান উনবদসু হংলক্তে। খঙদে, ঐ মণিপুব থোক্লুদবা যাদ্রে হায়রিবসিনি। লমগা লাপ্পরবনিনা মশক্কা ফজবনে, মাবু পামজবা লৈকায়দগী পাখং কয়া'মসু শোয়দনা লৈরমগনি। মানা হৌজিক ফাওবা পূক্লিং ওন্দনা লৈরম্বসে ইচাগী মরাইবক য়াম্না ফরবনি।"

"অদুবুদি নঙগী নচানুপাসু অরায়বদি ওইবমদ্রে' মঙক্তা শিবা মমল অদুক যাম্বা সনা মবীদুবু লৌথোক্লগা লৈশাবী অমগী মঙকশমদা শিবীবা ঙম্বসিবু অরায়বরো? মদুসু মতম খরা শাংনা খঙনবগা কোয়নদুনা নুংশিনরকপসু নত্তবা! শুপ্পগী নুমিৎ নীনিখক্কী মনুংদা থোক্লিবা। ঐনা কবিগুম্বা অহীংদুদা মাবু খবা চৈরমদ্রবা, নোংঙানবগা বেঙ্গলব চৎহল্লমদ্রবা, মহাক অরোইবা সেমিস্টরগী পরিক্ষা ফাওবা য়াওবমদবা য়াই।"

"অদুবু মোই পাবুং' চীংখৈঙানবীসে লক্ষ্মীগী গুন্দি চেনবজাৎনিকো! মখোযনা লৈরিঙৈদা ঐখোযসু জব-জর চাউখৎলক্ষ্মী। মখোয়গী ইমুংনা চৎখিবা নুমিত্তগী অৱাবা অমগী মথংদা অমা মনম-মনম তাখ্রিবদুনি। খঙদে, ঐ য়াওশঙ মমাঙসিদা মণিপুরদা ইমৌগী মশক যেংবা চত্তবা যাদে।"

"ফবে, চুলুবো! অদু পঙকুই-কুইনা লৈথোরকপদি য়াদেকো।"

সনাতোম্বী মপুরোইবগী অয়াবা ফংলবনিনা মণিপুবদা চৎনবা শেম-শাবা লোইরে।

ফ্লাইটকী টিকেৎ অমা বামধন্না ককপিরুবে। হযেং চৎকনি হাযবা নুমিত্তুদা মণিপুবদা পুননবা য়ুবী খবা হেকহল্লি। মকু খোক্লগা যাংনা পুবা য়ানবা অঙাংশিংদা হায়। চীংখৈঙানবীনা ইঞ্জনবা শ্বাল এমসু শিলচর বজারদগী রামধন্না ওফিস চৎপদা তপ্পুনা লৈহল্লে। চৎকন্দবা নুমিৎ যৌবদুনা বামধন্না ইযারপোর্ট তানা থিল্লকই। সনাতোম্বীনা তোংলকপা এরোপ্লেন্দু ইম্ফালগী তুলিহল ইয়াবপোর্টতা মতম চানা থুংলে।

মফমদুদগী ওটোবিক্সো অমা ৱায়বগা লুবাংশঙবম তানা হেক্তা লাক্লে। লম্বী মচিন্দা প্রোফেসর গুলাপকী য়ুম কদায়দনো হংবদা নুপা অমনা তাক্লকুনা ওটোরিক্সোদু লুবাংশঙবম মতাই য়ৌনা থৌহল্লি। ওটোরিক্সোদু প্রোফেসর গুলাপকী য়ুমগী থোঙ্গাল মপাদা খামহল্লে। মতমদু পুং বারোমখায় তারে।

মেমথোইনা মাঙ্গোলদগী থোঙ্গাল মপাদা ওটোরিক্সো অমা খাম্বদু হেক উবে। লাপ্পা উবনিনা কনানো হায়বদি খঙদ্রি, অদুবু নুপীনি হায়বদি খঙলে। কনানো খঙনীংবদগী

থোঙ্গাল তানা থোরকই। নহান ইয়ারপোর্টতা থেংনখ্রবনিনা শক্তি অমত্তা কাউনদ্রি। মেমথোইনা হান্না কৌই। — "লেঙবীরকইব্রা? করি থবক্কীনো? এরোপ্লেন্দা লাকপিবা মাল্লি।"

"হোয়, এরোপ্লেন্দা লাকচবনি।"

সনাতোম্বীনা ওটোরিক্সোদগী কুমথরগা ভারা পীগে তৌই। ভারা পীদ্রিঙৈদা মেমথোইদা ওনশিল্লগা হংলকই — "ইচা চীংখৈ উদবসিবু মাবু লৈতব্রা?"

"ও-হ! মাদি কলেজ চৎখি।"

চিংনরপ তৌনা — "মাবু ...?" ঙাইহাক খল্লগা "হায়বীরিসিবু চীংখৈবু কলেজ তম্লব্রনে?"

"তমলে। লুব্বাংশঙবমগী লিবরেল কলেজদা মা বী এ অহানবা তম্লি।"

সনাতোম্বীনা খল্লি, — "ও! মাবু বী এ তম্লবা? ঐখোয়না মতমদুদা মাদি যন হোৎনদুনা, লৈকোল শেমদুনা, ইমোৎ-মোৎনা লৈরম্বদুদা লাইরিক্কা তম্লম্লোই খনবীখি। অদুগা মাদি বী এ তম্লবা।" মহাক্কী ব্রাখল হেন্না নুংঙাইরকই।

মেমথোইনা — "অদুদি ইমুং চঙনবা তৌরসি?"

"ঐবু ইচা চীংখৈগা লৈতবগা হোতেলগুম্বদা লৈরুবনা ফগদ্রা খঞ্জরিবা?"

"এ! করি ব্রানো তাকপিরিব্রদুবো? ঐ লৈবিসিদি; ইচা চীংখৈগী মরুপ্তি ঐখোয়গীসু মরুপনি, করিমত্তা চিংনবীগনু। চীংখৈসু লাক্রনি; ইশাগী ইয়ুম্নি খন্না লৈবীয়ু।"

মেমথোইগী ফজবা ব্রাহৈদুনা সনাতোম্বীবু লান্না খনবা ঙমহনদ্রে। ওটোরিক্সো ড্রাইভরদু ভারা পীরগা চৎহনখ্রে। ইয়ারবেগতু মেমথোইগা মখোয় অনী পায়রগা থাংজিল্লকই।

মেমথোইনা হংলকই — "অদু, চাক -ঈশিং অম-মদি হোৎনবীরক্রব্রা?"

"য়ানি, থোইনসু লামদে।"

মখোয় অনী ইয়ারবেগতু থাংলগা লাকমিন্নবনা চীংখৈগী কাদা পুন্না চঙলে। মেমথোইনা হায় — "কাসি ইচা চীংখৈগী কানি। ফমুংসু অনী শুই, কাসিদা লৈবীরো। ইরুজবীগে হায়রগসু বাথরুম তাকচগে?"

ব্রাহৈদু হায়রম্লগা মেমথোই মাগী কাদা চঙলগা হোংদোক্লবা ফনেক অমগা ইন্নফি অমগা লৌরুরগা অমুক লাক্লুনা সনাতোম্বীদা পীরে।

সনাতোম্বীনা — "য়ানিয়ে, ঐগীসু য়াওজরি, পঙবা-ৱাবীরে।"

"লৌথোকপিরুবনু। ঐগীসি শেৎপা নুংঙাইত্রগা ইচা চীংখৈগীসি ওইনা শেৎপিরসু য়াইয়ে। য়াম্লিবসিদগী অমা হেক লৌরগা শেৎপিয়ু।" মেমথোইগী ৱাহৈদা সনাতোম্বী ৱাখল অমবু লাকই। মচা চীংখৈগী কানি হায়বদুদা চীংখৈনা থুপ্লগা ফিযানখোক্তা য়াম্লম্বা জলেম্বু মচুগী ফনেক্তু চিংথরুই। ফনেক্তু করিমক্তা চিংনবা য়াওদনা হোংদোক্নে। চীংখৈবু থোইনা হেন্না নকশিন্ননীংবা, মচা-মমৌ ওইনীংবগী ৱাখলদুনা ওইরমাগ্রে, লাপ্না খনবা শুকঙম-ঙমদ্রে। মসি চীংখৈনা প্রোফেসর গুলাপকিদা থাক খবা হেন্না ৱাংখৎনা লৈরম্বসিনা চাউনা মতেং পাংলম্বসু য়ায়। সনাতোম্বীনা নোংমতং ৱা অমা হায়কবদা হরাউ-হরাউ থবক্তে মওং তানা তৌজখিবা, মাগী ফজবা ব্যবহার; মতমদুদা মখোয়নদি অতোনবনি খন্না লোয়নবীখিবনা ফম্না খনবা ঙমখিদবনি। অদুবু ঙসি লাপথোক্লরবা মতমসিদদি তপ্না-তপ্না চীংখৈগী মগুণ খঙলক্নে। ওজা গুলাপকী লোইননী মেমথোইনা চীংখৈবু মচাদা মচাগুম্না লোয়নবম্বসিনসু সনাতোম্বীনা চীংখৈবু অমুক্কা হেন্না পামখ্রে।

তশেংনা হায়রবদা কছারগা মণিপুরগা খেন্নবা খবা লৈ। মদুগী মনুংদা মীনাই লোইবগী চৎনবীসিসু অমনি। মণিপুরগী মপান্দা আসামিগী অমদি বঙ্গালিগী অচৌ-অশাংগী ইমুংদা মীনাই থম্বগী চৎনবী লৈ। মখোয়গী মতৌদু মপাল্লমগী মৈতৈ অচৌ-অশাংশিংগী ইমুংদসু তমে। মদুগী চৎনবীদু মণিপুবদা কয়া তৌনদে। অদুবু হৌজিক্কান্দদি মণিপুবগী ইমুং খবদসু মপানগী মওং-মতৌদু তম্নরকপা য়াওরে। মসি অফবগী খুদম নত্তে। মসিনা মী মশেল মবক্তা অমগা অমগা চাউনা খেন্নবা থম্নবগা মচাক ওইহল্লি। অসুম্না মতম অমদা যাম্না হম্বনা মীনাইগুম্না খল্লম্লবসু ঙসিদি সনাতোম্বীনা চীংখৈগী ফনেক পায়বগা শেৎখ্রে। কয়াদা নুংশিখ্রবনো? মসিবুনি মীওইবগী লমচৎ, অমদি ৱাখলবু কোক্কী হৈশিংবনা শেমদোকপা য়াই হায়রিবসি। মসিবু নোংমৈনা কিহল্লগা শেমদোকপদি ওইথোক্লোই। নোংমৈ উবদগীনি লোক্তাক পাৎকী উচেক্লা লাপ্না চাক্তাফম হোংখ্রিবা, রামধন্না কছারদা অমুক হন্নীংলকখিবা।

শোমদা চীংখৈ লুৱাংশঙবমগী ভারাগী য়ুমদা লৈরগা বী এ তম্লিবী তাম্বুল লৈশাবী ফিব্রিন সিমরেগা লোইননা ৱারী শা-শাদুনা কলেজ কুম্লকই। মাদি থোঙ্গাল মপা য়ৌদুনা লৈহৌরে। থোঙ্গালদগী মতোমতা চঙলকই। চীংখৈ উবদা মেমথোই শুমাঙ য়ৌনা থোরক্লগা হায়রে, "ইবেম্মা! নহান, ইয়ারপোর্টতা থেংনরকপি, কছারদগীনি

হায়বী নঙনা ইমা'বেম্মা কৌবীদো লাকপনি। নঙগী কাদা পোৎ-চৈ থল্লিবনি; বাথরুমদা ঈরুজবা চঙখ্রি। অদো, নঙ চাক খরা থোঙ্গৎকেরা ? চাক চারক্তবা মাল্লি।"

চীংখৈ ইপা-পাখৎপগুম তৌনা — "হোয়, ইমা'বেম্মা!" হায়রম্লগা মাগী কাদা প্রপ-প্রপ চঙখি।

মানা ঙসাই থুপ্লগা ফিয়ানখোক্তা য়াম্লম্বা ফনেক্তু হোংদোক্কে য়েংলুবদা লৈবমদ্রে। মমা'বেম্মগী ফনেক ময়েক নাইবদুগা চাদরগা মাগী ফমুং মথক্তা তাদুনা লৈবা উই। চীংখৈ মানা পুরুবা বেক্তু মফম চানা থম্লুরগা ফমুংদা লৈরিবা ফি অনীদু মথং-মথং থুপ্লগা লোম্লদুনা থম্মী।

মানা ফি থুপ্লা হেক লোইবগা সনাতোম্বী ঈরুজবা লোইরগা থোবক্রে। মাগী ফনেক্তু মমা'বেম্মনা শেৎপা উবদা পুক্লিংদা করিনোমা হেক খঞ্জরকই। চীংখৈ মমা'বেম্মবু মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী। — "ইমা'বেম্মা থুংঙবা কয়াম কুইবীরবগে ?"

"ঐ থুংলবদা ঙাইরিদা! নঙদি কলেজকা চত্তুনা বী এ তম্লে হায়রিসিবু চুম্না ? ঐদি ইঙকপু ঙক্লুরে। য়েংউ ! ইয়ারবেক্তু সিদা থাংজিল্লকউ। য়ুবী খরা য়াওবকপনি, লৈরকপা নত্তে, ইংখোলদগী হেকহল্লকপনি। লুমদনবা মকু খোক্লগা পুরকপনি। নঙগী ইন্নবা শ্বাল অমসু য়াওরিবনি। অদু, নপাবুংনা নঙবু শ্বালজুরদা পুবীরকউ কন্না হায়হৌই। নঙবু চৎনীংদ্রা ?"

"চত্তি চৎনীংই... অদুদা ?"

"অদুদা কৈদৌরবা ?"

"পাবুংগা ইমা'বেম্মগা ইচিক চিকহৌগদ্রা খল্লিবা ?"

"নোংমা-নীনিখক্কীবু, ইমা হাযনরগা য়েংগে ?"

"অদু, ইমা'বেম্মা! ঐ চাক অমুক্তা থোঙ্গৎচরুগে ?"

"থোংঙুদ্রসু য়ারেদা ইমা চাকপু লামদে।"

চীংখৈঙানবী চাক থোংনবা চাকখুম চঙখ্রে। মানা ইকায়দুনা ইয়ারবেগ হাংদোক্লমদনা চৎখিবদুদা সনাতোম্বীনা খঙলদুনা বেগতু হাংদোক্লগা য়ুবীশিংদু লৌথোক্লগা চাকশঙ তানা পুশিল্লকই। অমুক চীংখৈগী কাদা তন্না হল্লগা চীংখৈগীনি লৈরকপা শ্বালদুগা লুহোংবগী পোৎপাংনি হায়না লৈবীখিবা হান্নগী শ্বালদুগা পুন্না লৌথোক্লগা চাকশঙদা পুরগা লাকই।

"সে! ইচাগী ওইনবা লৈরকপনি, অমসিনা নঙগী হান্নগীদুনি।" সে হায়রগা চীংখৈদা শিপ্লে। চীংখৈসু হরাওনা লৌই। মানা শ্বাল লৌরিঙৈদা সনাতোম্বীনা খংনীং নীংশিংলক্লুনা চীংখৈগী ঙকশমদা য়েংলুবদা মচানুপা তোমপোক্লা নুংশিনা পীখি হায়বা মানা বাংহেংবম লৈকায়গী কোনশঙদা শীঙদুনা শাহনখিবা সনা মরীদু চীংখৈগী ঙকশমদা শিবা উরে। সনাদু সনাতোম্বীগী খুৎনা লাম্লগা পায়রকপদা চীংখৈ পাখৎপা অমদি অকিবা পোকখ্রে। লীক্ত্ব করম্না মাগী ঙকশমদা শিরম্লিবনো হংলকদ্রা খল্লুবদগী। অদুগদি সনাতোম্বীনা মমীত্তা মপি ইরা চেল্লগা হায়রকই — "ইচাগী ঙকশমদা শিরিবা লীক মরীসিনা মরম ওইরগা ইচানুপানা নঙবু মাগী থম্মোয়দা চেৎনা পুনখিবনা মানা ঙাওখিবগী মরম্নি। নুংশিবদা শাগৈ, জাৎ, কুচ, মফম, মতম খায়দে হায়নরিবসে অচুম্বনি। ইচা অনীনা নুংশিনজবদা অকায়বা করিসু লৈতে। নঙনা নুংশিগী খুদোলসিবু নঙগী ঙকশমদা লেংহন্দনা থম্বা ঙম্লিবগী মতিক নঙগী নুংশিবসু নঙগী ওইদুনা থম্মোয়দগী খক লাপথোকখিরোই। ঙসিদি ইচাগী ৱাখল ইমানা খঙলে। নঙ ৱাখল লমফৈ অমদা খক খনগনুকো ইবেম্মা! নখোয় অনী থুংননবা ইমানা লম্বী শীনবা হৌরবনি। নঙনা থম্মোয চেৎচবদুনা পোলোইদা নঙগী লোইনা ওইগদৌরিবসিনি।"

চীংখৈনা হায়হন্নীংবা বা অমদি সনাতোম্বীনা অমুক্তা পল্লক্তে। 'ইমা'বেম্মা! পাবুংখোযদি অনা-অযেক য়াওদেকো?"

"য়াওদে। অদো, নঙগী পাবুংর্নাদি হৌজিক্তদা নীংঙম্লকত্রে, ইচা চীংখৈদো খ্বালজুরদা পুবীরক্লগা কছাবগী মৈতৈ খুঙ্গং লক্ষিপুর, পয়লাপুল, জয়পুর, চন্দ্রপুর, জ্ঞাপীনগর, উধারবন্দনচিংবা মফমশিং শুনা চৎলগা য়েংহনসি, মাদি বরাক তুরেল ফাওবা উরমখিরোই হায়হৌবিবনি। নঙ য়াওনা চৎলবদি গুৱাহাটিরোমদা চৎখ্রগা নবুং অঙাওবদু উনরম্লগা গুৱাহাটিদগী ট্রেন্দা কছার চৎকে খল্লগা লাকপনি। ইচাবু ট্রেন তোংলৱ্রো?"

"তোংদ্রি, ইমা'বেম্মা!"

হন্দকমুক্তি সনাতোম্বীগী ৱাহৈদুদা চীংখৈনা হায়হন্নীংবা ৱাফমদু য়াওরক্লে। চীংখৈ মমা'বেম্মগী ৱাঙাঙদুনা অহোইনদুম চৎনীংবা পোক্লকই।

চীংখৈনা খঙ্গরুই — "করিগুম্বা ইমা'বেম্মনা হায়রিবসিদা ঐগী য়ুমগী ইমা পাবুংনা য়াবীরবদি ঐ তামো তোমপোক্লা শোয়দনা গুৱাহাটিদা উনবা ফংলনিকো। মাগা মফমদুদা উনবা মতমদা ঐদি করি ওইগনি? ঐখোয় অনীনা উনরকত্রিবসি চহী

অমা হেল্লক্লে। মাবু উনীংবগী ৱাখলগী থাকসিসু ৱাংবা অসুম হেনগৎলক্রি।" ৱাখল তৌনা-তৌনা শ্বাল অনীদু উপুদা হাপচিল্লুবে। অদুগী তুংদা য়ুবীশিংদু ইমুংগী মমাদা থুমোক অমদা হাপ্পগা পুবগা যেংহল্লুবে।

মেমথোই মোবা অমা পাযবগা চাকশঙদা চঙলক্তুনা ফম্নগা সনাতোম্বীগা ৱারী শানববে।

মেমথোইনা হায — 'খঙদে, ইচানুপী চীংখৈসে লৈকাযসিদা মাবু মমৌ ওইজগে হাযবা লাকখিবসিনা, ঐদি খুম্ববু ঙমদ্রবনি। ঐনা খনবদা মযামদুগী মবক্তা তোম্বীমচা কৌবা চীংখৈগী লাইবিক তম্বদসু মতেং যাম্না পাংবীবা কলেজ ওজা ওইবা, পি আইচ দিকাসু ফংলবা ঐখোযগী মোইপাবুংগী মকপ অমগী মচানুপা, মচিন মনাও, ইঞ্জিনীযাব, ডাক্তব, মচে কলেজ ওজা ওইবীকাসু লৈবা ফখ্রবা নুপামচা অমা যাওবি। অদুদা মখোযগী পাবুংনদি ইচা চীংখৈনা লুহোংখ্রবদি ঐখোয অনী যাম্না ৱাহৌবা তাবে হাযনা ৱাজবিবা। অদুগী মথক্তা মানা হৌজিক তম্লিবা বী এ সিদংগা লোইহনখিসি সিনি। কবিগুম্বা নুপা মযুমগী কাওবুদুনা নুপামচাদু ঐখোযগীসিদা পুন্না লৈমিন্নবা যাগদবা ওইববদি পীবসিবা হাযনা ফাওবা খন্নবিবনি।"

চীংখৈসু মমা অনীনা ঙাঙনবিবা ৱাশিংদু চাক থোংনা থোংনা লোইনা তাবি।

মানা খল্লি — "কবিগীনো যুমগী ইমা বেম্মনা অসিগুম্বা ৱা পুথোক্তুনা ঙাঙলিবসিবো, ইমা'বেম্মনা তাবগা ঐবু লান্না অমুক লৌখিদুনা তোকপা তাবে।"

চাকখুমদা চাক থোংবা লোইদুনা চাননবা শেম-শাবা লোইবে। মেমথোই — "হাউবা-হাউতবা পাঙন-শানবা চাবা হায়বদু তাবে। কৈথেল লাপ্পনিনা ঙাকা পীজবা ঙমদ্রে।" অসি হাযবল্লগা মেমথোই থংনবা কাদা চঙখ্রে।

সনাতোম্বী মখুৎ-মশা হাম্বা লোইদুনা চাক চাবা হৌবে। মেমথোইগী ৱাদুনা মানা লাক্লিবসি অবেম্বা তাগদবগুম্বা অমা উবকপসিদা চাক্কা থোইনা চানীংবা পোকখিদ্রে।

চীংখৈনা হাযজে — 'ইমা'বেম্মা। চাবা য়ারমদৌ মান্দেবু!"

— "ইচানা অদুক থবায় য়াওনা থোংলিবু করিগী হাউতনি। য়াম্না হাউই। অদু, ইচাবু নখোয়গী ইমা-পাবুনো পাম্মী হায়বিবা নুপাদুদা লৈবগে খল্লিব্রা? শেংনা হেক্তা হায়য়ু। পুম্নমকসে ইচাগী পূক্লিং অমদি ৱাখলগী মখা পোনবা ঙাক্তনি। ইচাগী পূক্লিংনা

অহল-লম্মনগী য়াথং ইনগে হায়রগদি ঐ ইচানুপাদা নঙগা ডনৈ অমুক তম্মুররোই। মানদি নঙগী পাউসি হেক তাবগা খুদক্তা ননাক্তা লাক্লুনা নঙবু খুদাং পায়রগা পুদুনা চৎকে হায়রগনি। মাদি তশেংনা ঙাওরবনি। মহাক আসাম ব্রহ্মপুত্র ফ্লদ কন্ট্রোল বোর্দকী মখাদা থবক অমসু ফংঙে হায়। মানা থবক অমা ফংলবনিনা নুপী থিবীরগা ঈংনা-চিক্লা লৈজনবা খল্লকপনি। অদু, ইমাসু নঙগী অশেংবা নপাউ অমত্তংদি হান্না খ'ঙউবনা চুমগদমাল্লে খনবদগী লাকপনি। নঙনা তশেংনা য়ুমগী অয়োকপী ইমানা হায়বশ্ম থাফমদু ঈনগে খল্লগদি ইচানুপাদা নঙগী পাউ তম্মুবগী কান্নবা লৈত্রে। হায়য়ু! ইচাগী কবি মোৎ লৈবগে?"

সনাতোম্বীগী ব্লাহংদুনা চীংখৈবু অমুক্কা হেন্না অশাবদা অশাবা হাপ্পগুম তৌরে। মেমথোইনা ফম্লম্বা মোবাদুদা ফম্লগা সনাতোম্বীগী অবাৎ-অপা হংজরম্বীদো মমায় হায়গৎপা ঙমদনা নোম্থদুনা ভূমিন উংদুনা লৈখ্রে। সনাতোম্বীনা মখা তারকপা ব্লাহে খুদিংগী চীংখৈগী মীৎলুদা পিরাংনা লেপ্পা লৈতনা শীম্থবকই। শীম্থরকপা পিরাংদুনা লৈমায়দা পোপ- পোপ তারকই। মখুৎনা লৈমাযদা তৌফম খঙদনা খোরি খোৎলি। সনাতোম্বীসু চীংখৈগী ফোঙদোক-পা ঙমজদবা মতৌদু উরগা মাগী ব্লাখল হোংদ্রি হায়বদি খঙই।

ব্লারী শানা-শানা সনাতোম্বী চাক চাবা লোইরে, চীংখৈঙানবীদো সনাতোম্বীনা হংবা ব্লাহং অমত্তা পাউখুম পীবা ঙমদনা ফমফমদগী হৌগৎলগা সনাতোম্বীনা চারম্বা লুখাক-চগুম শেংদোক্লগা কোন ফেঙবা থোকখ্রে।

সনাতোম্বীদি চীংখৈগী কাদা চঙলগা মেমথোইগা ফম্মিন্নরগা ব্লারী মখা অমুক তৌনৈ।

সনাতোম্বীনা হায়রকই -- "ওজা ওইবীবনিনা ওজা হায়না হেক্তা কৌজরে, বারৌবীরোই। ঐনা লাপ্পবা কছার লমদমদগী ওজাখোয়গী য়ুম তানা লাকচরিবসে অতৈ অমগী নত্তে। ইচানুপী চীংখৈগী মশক উনীংমনখিবদগী লাকচবনি। ইচানুপীসে নোংমা-নীনিদং ঐখোয়গী কছারগী থালজুরদা পুরগা কোয়মিন্নজরুগে হায়ববু য়াম্না কায়রগদ্রা? ঐখোয়দি লাইবক্লা মণিপুরদা মতম শাংনা লৈয়ু তম্লমদ্রে। কছার থাদোক্লগা মণিপুরদা লৈবগে খল্লা য়ুম, ইংখোল লিংদুনা ষন লোইদুনা মতম থরদি য়াম্না নুংঙাইনা ইচা চীংখৈখোযগা লৈমিন্নজরম্বনি। অদুবু শুম থোকউ হায়বা অপাইবা দষা অমনা চীংখৈঙানবীখোয়গী ইমুংসু য়ুম হোংদুনা লুবাংশঙবদা চৎপা তাখি। ঐনদি ইচা চীংখৈসিবু ইচামক্লি খঞ্জদুনা লুনা-চান্না অদুম তৌজবনি। অদুদা মখোয় পাবুংগী ব্লাহে অমথক

শোয়খিবদগী ইনাও বোয়াইসু মবুক্তা খবা রাবৌবা সেখ্রমাস্ত্রে, যুম থাদোক্কুনা খুদক্তা অদুম চৎখ্রে। ঐনা থেমজিন্নবা মতম ফাওবা ফংখিদবনি।

ঐগী অমত্তা পোকচবা ইচাদুনা চীংখৈবু যাম্না পামজবম্লে। মানা মাগী ইঞ্জিনীয়াবগী অরোইবা পরিক্ষা লোইবগা যুমদা থেক্লকপা মতমদা চীংখৈ লৈবমদবদগী যাম্না শাওখি। নোংঙানবগা মপাবুংগী কান পুবগা চীংখৈঙানবীখোযগী মুঙ্গং বাড তানা চীংখৈ থিবা চৎখি। ঐনসু কযা চেকশিলহৌদবগা বোযাইনা লুরাংশঙবমদা লৈবমগনি হায়বদি খলহৌদ্রে। অদুগাদি লম্বীদা খুৎলাই পাযবা কাঙ্গু অমনা ইচাদু ফাবগা থাদোকমল লুপা লাক্ষ তবা পীযু হাযবকখি। পৈশাদু পীনবা হোৎনবদা যুম, ইংখোল, ষন লোইনা যোনখিবনি। মদুগী মতুং তাবকপদা মখোয়গী পাবুংগী থবকসু কছাবদা তান্নবা হোৎনবদুসু যাবীবকখি। অসুম্না মণিপুব থাদোক্লুনা চৎপা নুমীত্তা ওজাখোযগা ইযাবপোর্টতা থেংনখিবনি। মদুমক্তী পুংফমদু ঈশ্বব অমনা শীন্দুনা উনহনখিবনি। মদুমক নৎলমদ্রবদি ইচা চীংখৈগা অমুক হন্না থেংনবমদবসু যাই। পুন্নমকসে ঐখোযনা ইচা চীংখৈবু খবা খজিক মীবাইকবদগী থোকখিবনি হাযবসি ঙসিদি মযেক শেংলে।

হৌজিক্তি মখোযগী পাবুংগী বাখলসু ইচা চীংখৈ ঙানবীদু মচানুপাগী মমৌ ওইবদা হবাউনা যাহৌবে। ইচানুপাসু গুবাহাটিদা থবক অমা ফংলে হাযবকই। অদু ওইববদি লুহোংবীবসিবা খঞ্জদুনা ইচা চীংখৈগী মবা-মপাউ অমত্তংদি ওজাখোযগা পুন্না তান্নজকগে লাকচবনি। অদু, ওজা ঐগী বাফমসিবু ওজানা কবি খনবীবগে৷”

মেমথোই মচা বীনা লুহোংখিবগী নুং ঙাইতবা মবকসিদা চীংখৈঙানবীগী লুহোংবগী বাফম অমুক হৌদোবকপসিদা মশাদু যানীংবা ইপোক পোক্তবগুম তৌই। অদুগী মথক্তা চীংখৈ লুহোংবা তাববসু মণিপুবগী বাংমদা চৎখিবা তাবনা বীনাগা অমহা অদুম ওইগদৌবি।

ঙসাইদগী মমা বেম্মনা ঙাঙলিবা মযামদু চীংখৈঙানবীসু ফমুংদা ফম্নগা মক্ত লুকথবগা তাবিবনি।

যাম্না তপ্না মেমথোইনা খুন্নকই — “বারৌবীবদি যাদ্রে, হান্না শোম্না ইচাগুম্না খনবীরম্নবসু ঙসিদি চীংখৈসি ঐখোযগী ইচা অমুক ওইবেদো, অদোম্নসু ইচা ওইনবুদি নুংশিবীবমগনি। অদুবু মাগী লুহোংবসে হিংলাক-হিংজিন হেক পাঙথোকপদি কয়া নুংঙাইদৌবা মান্দে। হায়বদি “ইচা অমা লুহোংখিবদসু ঙাইবি, অদুগী মথক্তা মশাগী অপাম্বা, মমা-মপা অপোকপা-অপোকপিগী বাসু তাদবা য়ারোই। তশেংনা হায়জববদা

মখোয় পাবুংনদি ইচা চাংখৈবু লৌবা নুপাদু পুন্সিচুপ্পা য়ুমসিদা ঐখোয় অনীবু কোনবীগদবা নুপা অমা থিবীসি হায়রিবনি। মানা তৌবীরিবা পুম্নমকসে অশেংবা ইচানা ফাওবা তৌবীদ্রবনি। ঐখোয়দি মাবু ইচা নত্তে হায়বদি হন্দক মপোক্কী ওম্নরোই।"

মেমথোই বাদুনা অমুক্কা হেন্না লুশিন্নকপগুম তৌরকপদুদা সনাতোম্বীদু বা মখা অমত্তা তাবা ঙমখিদ্রে।

"অদুদি কোন্না তপ্পা নোংমা অমুক লাক্লগা খন্নরবা হায়বদুনি।" অসি হায়রগা বারী মখা তাখিদ্রে।

গুলাপ য়ুনিভর্সিটিদগী কুম্নক্লে। মেমথোইনা সনাতোম্বী লাকপগী পাউ তম্বদগী চাংখৈগী কাদা সনাতোম্বী উনবা চংগলকই। চাংখৈনা মোরা অহনবদু থাই। গুলাপ মোবাদুদা ফমথবগা --

"ঐখোযগী মেমসাহেবপু চুম্নাসুম লাকপিত্রা? করম্বা অকবা থবক লৈবীবগে?"

"চুম্নাসুম ইচা চাংখৈগসু উনজনীংবা খরা লৈবদুদা লাকচবনি।"

"চাংখৈগদি বারী শানবীরব্রা?"

"শানজরে, ঐদি ইচানুপীসে কছারদা পুরগা নোংম-নীনি লম য়েংহঞ্জকগে হায়গে তৌজবনি, অদুদা ওজা মেমথোইনা কয়া য়ানীংদবদুদা হাযবা ঙমদ্রবা?"

"মদু বারৌবীরনু, ঐখোয়গী মমাসি মশা কয়া পাঙদবদুদা হায়বা ওইরমগনি। ঐখোয়দি মীরোল লৈত্তবন্নিনা য়াম্না বাযদো' অদুদি ইচাগা বারী মখা শাবীয়ু, ঐ ফিরোল অমুক্তা হোংদোকচরুখিগে?"

বারী মযামসি তাবদা চাংখৈদি নুঙ অনীগী মরক্তা হা-হায়বদু ওইরে।

অহীং তুম্নমদাইদা চাংখৈনা খঞ্জরুই — "ইমা বৈম্মসি ঐবু কছারদা পুরগা কছারগী লমদম য়েংহনগে খন্না লাকপনি। অদুবু ঐদি চৎপা য়াদ্রবন্নিনা নীংবা কায়রগা হনখিদৌরেদো। মহাক্কা করিসু লৈত্রবী ঐনা শেৎপা ফনেক শেৎলম্নিবসিনদি মহাক্কা ঐবু মচা মমৌগুম্না নুংশিবীরে হায়বনি। মাদি হান্নদি ঘাৎ-পাৎ য়াম্না খায়বনি। ঐনা ইমা বৈম্মগী নীংবসি করম হায়না থুংহনগনি!"

মানা খল্লুবা বাখলনা মায় পাক্লরোই খঙলক্লবদা সনাতোম্বী কুইনা লৈথরুবগী কান্নবা লৈত্রে খল্লক্রমাম্লে, বোয়াইকা অমত্তা উনরমদনা নোংঙানবগা চৎনবা থৌরাং লোইরে।

চৎলমদাইদা চীংখৈনা হায়জৈ — 'ইমা বেম্মা ঐদি করি হাপকনি? ইমা বেম্মনদি য়ুবীও, করিও য়াম্না পুবীরকই। পাবুংনা শেৎনবা হঙ্গামপাল খুদৈসে পুবীখো" হায়রগা হঙ্গামপাল খুদৈ অনীখক পী।

মাগী বাহৈদা অমখক্তা পীবগী বাঙাং ভাঙলগা অনী পীবগী অর্থদু সনাতোম্বীসু খঙলে।

"ফরে, ফরে, ইচানা পীবা খুদৈসে নঙগী পাবুংগা, নবুং অঙাওবদুগা অমমম শেৎহল্লুরগে। ইহে! ইমাদি ইকাওবু কাউরুবে, নঙগী ফোটো ফজবা অমত্তংদি পীয়ুদনা।"

চীংখৈনা নহান লুহোংবগী কেরগা মমান্নবী অহুমগা পুন্না নম্বা ফোটোদু অমা লৌথোক্লুরগা পী। সনাতোম্বীনা ফোটোদু লৌবগা চেকশিন্না মাগী বেগতা হাপচিল্লি।

চৎলমদাইদা চীংখৈনা সনাতোম্বীগী মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী।

"ইচাসিদি নকোকমক্তা চিক্তনা নুংঙাইনা লৈয়ু।"

বিদাই তৌনবা লোইরকপদা ওজা গুলাপ্পা শঙ্গোয়দগী মাকটি কাবদু থৌদোরক্লগা হাযরকই — "মেমসাহেব! ঐ থিঞ্জগে হায়দুনা থৌবাং লোইজববনি।" অসি হায়বদগী সনাতোম্বীদু কাবদা কাখৎখ্রে। ওজা গুলাপ্পা সনাতোম্বী থিনবা চৎখ্রে।

সনাতোম্বী চৎখ্রবা তুংদা চীংখৈ পুক্লিং য়াম্না নুংশুক-নুংজাননা লৈহৌবে। মানা চৎচনীংলবসু মপাবুংগা মমা বেম্মগনা য়াদ্রবনিনা করি উপাইদি লৈবি।

লমতা থা চঙলক্তুনা পুক্লিং হেন্না নুংঙানবা মতম য়ৌরক্লে। চীংখৈনা লুবাংশঙবমদা লৈরকপা চহী ফারক্লে। য়াওশঙ অনী শুরে। ঙসি য়াওশঙ নুমিৎনি। অঙাংশিং নাকথেংবা লাকপদু চীংখৈনা পৈশা অচোইবা যেল্লি। অঙাংশিংনা নুংশিনা নুংঙাইরো হায়না বর পীরম্মী। হুন্নি চনবা নুমিত্তা থাবল চোংবদু চীংখৈদি পরিক্ষা মযা ওইবগা মমা বেম্মনা থাবল চোংবা য়েংবা চৎপদু মাদি য়াওদে। মহৌশা বাঙ্গদা নোংমা লুখোইনা মাবু আবের তৈবগী তান্নবদা তুশিনবদু মা ঙসিসু কাউদ্রি। অদুবু মানা খ্বাইদগী হেন্না নীংশিংবদি য়াওশঙ নত্তে, গুলাপ মখোঙগী কাউঙমদবা থৌদোক্তুখক্তনি। পুন্সিদা মদুমদি কাউবা ঙমগনি হায়বা থাজদ্রে। অমরোমদা ঙসি চীংখৈ ওজা গুলাপকী য়ুমদা নুংঙাইনা লৈরি। মাগী পুন্সিদা গুলাপ অনীনা মরুওইবা পুন্সিগী উকল ওইবীরি। তপ্না-তপ্না য়াওশঙ লোইখ্রে, বারুনি অমুক থুংলরে। বারুনি কাবদি চৎনীংই, অদুবু খোঙচত্তু পাম্মুবা মানা হৌরবা ওইদুনা পাম্মুবগী খুজেং পায়দুনা অঙম্বা চীং কাবা

ওইরবদি হেক মফম্বা। অদু নৎত্রবদি অমম্বা অহাংদা খোঙবু শোয়বদগী দম্বা তাবা য়াবগী অকিবা লৈবনা চৎকে হায়বা ঙমদ্রে। অসুন্না মথং-মথং চর্থখদুনা কুরাও মপাল, তেরা মপাল ফজনা শাৎলক্রে। চৈরাওবা থা সজিবু পানখৎলক্রে। তিংগোং কাংগোং খোংবা হৌরে। চৈরাওবগী লাইদা কৎনবা কুশুমলৈ, কোম্বীরৈ শাৎলে, চীংয়াদা য়াইপল উরে, উয়েন-উচিনা, হৈখা, মালহৈ, হৈতুপ চরোং-চরোং তম্বা হৌরে। ঙসি চৈরাওবা নুমিৎনি। চীংখৈ মাগা লুনা তিন্নবী ভারাদা লৈবী ফিবিন সিমরেবু মখোয়গীদা চৈরাওবা য়াওসি হায়না হৌবা লাকই। সিমরেসু চীংখৈনা হায়বদুদা য়াদুনা ওজা গুলাপকীদা চৈরাওবা য়াওবা লাকই।

ওজা গুলাপ অমদি মেমথোইনসু চাউখৎপা মতমগী মী ওইবনা ফিবিনবু চীংমীনি হায়না তোপ্পা থনবগী ব্রাখল লৈতে। মচা চীংখৈগা লুনা তিন্নজবদুদা হরাউ-হরাউ চঙউ-চঙউ হায়না কৌশিল্লি। মখোয় অনী চীংখৈগী কাদা চঙলগা ঈরুজনবা থৌরাং তৌরগা থোরকই। বাথরুমদা পুন্না ঈরুজবা লোইরগা চীংখৈগী কাদা অমুক চঙখ্রে। চীংখৈনা গ্রেসরিন তৈবা লোইরগা খুত্তা চন্দোন থীৎলগা লাইবক্তা শ্রী চিংলগা চন্দোল ঙৌরোক ঙৌনা থিনবদু সিমরেনা উবে।

হায়রকই — "চীংখৈ! নঙনা লাইবক্তা, করি কৌরে? অঙৌবা লৈপাক তৈবদা য়াম্না পকচরে! ঐগীসু খরা শেম্বীবা য়াব্রা?" "করিগী য়াদনি, ঐ থিনবীগে" হায়রগা ফিবিনগী লাইবক্তসু মাগীগা চপ মান্ননা চন্দোল থিনবীরে। চন্দোল থিনবা লোইরগা উপুদগী হঙ্গমপাল মচুগী চপ মান্নবা ফনেক অনী লৌথোক্লগা মখোয় অনী অমমম হোংদোক্লগা শেৎলি। ফিবিনগী ফনেক্তু চীংখৈনা শেম্বীরগা য়েত্তা য়েপ্পদু ওইদা ওইনা য়েপহল্লি। মিংশেল মমাঙদা মখোয় অনী লেপ্পদু চীংখৈনা ফিবিনগী লেংবান্দা পায়রগা য়েংমিন্নে।

ফিবিন্না হায়রকই — "ঐসু মীতৈ লৈশাবী মান্নব্রা?"

"মান্নে, মান্নে, নঙগীদমক মৈতৈ ওজা য়াম্না ফবা অমা লৈরে; ঐ শেম্বীরগে?"

"ঐবু মীতৈ ওজা কনানা পাম্বীগদ্রা? ঐগী অশেংবা ব্রারী তাবদা মা শোয়দনা তনগনি।"

"নঙগী করি করম্বা মৈতৈ পাখংনা তাবদা তনগদবা ব্রারী লৈব্রো?"

ফিবিন শকফম খংহন হঞ্জিনখ্রে। মহাক কপ্পিংবগুম তৌরে।

চিংখৈনা হায়রকই — "ঙসিদি নুংঙাইগদবা নুমিৎনি, ঙসিদি ৱাবা, কপ্পা য়াবা নুমিৎ নত্তে। ঙসি কপ্পা তারবদি চহী চুপ্পা কপ্পি হায়নৈ।"

"অদুম্না তৌব্রা ? অদুদি নুংঙাইবা ৱারী শাসি।"

"হোয়, নুংঙাইবা ৱারী শাসি! কুমসিদি লুৱাংশঙবম মতাইগী ইবুধৌ, ইবেনধৌ অনী হরাউগনি হায়না তায়। পরিক্ষা লোইরকপগা মপা চাগদৌরি, ঐদি জগোই য়াম্না শানীংই, শাদবসু কুইরে; ইমা-পাবুংনা য়ারবদি শাসিরা খল্লি।"

"এ! নখোয়গী জগোই শুম্না, শুম্না কোৎলগা শাবদুরা ? ঐসু য়েংনীংই। নঙনা শাগদবা ওইরবদি ঐশু য়েংগে! অদু পরিক্ষা লোইবগা ঐগী খুন্দা চৎলুরগা অমুক হন্নক্রগা য়েংবা নংগদ্রা ?"

"নংগনি।"

"অদু, ঐখোয় অনী চাক থোংনবা চাকশঙদা চঙলসি।"

"অদু, ঐবু নখোয়গী ইপাগা-ইমানা কিৎচন চঙবদা শাওরোইদ্রা ?

"শাওরোই, ঐখোয়গী পাবুংদি ৱাখল য়াম্না ৱাংবা য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসরনি, ইমাসু স্কুলগী ওজানি। মখোয় অনীমক মণিপুরগী চীং-তম অনীমক কায়খিগদ্রা হায়বগী য়াম্না ৱাজবা মীশক ঙাক্তনি। নখোয়গী উখ্রুলগী য়ীনো বজারদা নখোয়গী মরী-মতা অমা লৌরগা দুকান ফম্বা নোংথোম্বমগী চাওতোন হায়বদু; নঙনা হৌজিক লৈরিবা ইমুংগী ময়াম্বদো, মানা তাঙ্খুলনুপী লৌরগা উখ্রুলদা লৈখিবদো পাবুংনদি য়াম্না ফে, মদুনা ঐখোয়গী ইন্টিগ্রিটিদা কান্নবা য়াম্না পীরিবনি হায়না ৱারী তৌই।"

"অদুম্না হায়ব্রা ? চুম্মীনে, ঐখোয় তাঙ্খুলগা নখোয় মীতৈগা হান্নদি মচিন-মনাও ওইবগী ৱারী লৈ হায়না ঐসু তায়।"

"অদুনি, মদু অচুম্বনি। চীংলোন মাপন্না কোয়শিনবা পিকথ্রবা লমদমসিদা লৈমিন্নরিবা ঐখোয় মশেন্না ইচিল-ইনাও ওইদনা চিনা-জপানগা ইচিন-ইনাও ওইরমগনি হায়না খল্লুবা লানগনি। ঐখোয় তম্পাক্তসু ঙল্লিঙৈ মতমদদি মৈতৈ, খুমন,( মোইরাং হায়না জাৎ তোঙান-তোঙান খায়দোক্লরগা তঙ্তনা লান শোক্লদুনা য়াম্না নুংশিনরমদে। মোইরাং নিংথৌ খেন্নেনুংনাং তেলহৈবনা ভৈগ্যচন্দ্র নিংথৌবু অৱাগা মীচং ওইরগা মণিপুরদগী তানথোকখিবনি। খুমনগা মোইরাংগসু তঙ্তনা খৎনবগী ৱারী লৈ। ইম্ফালগী মোইরাংখোম হায়রিবা মফমদুদা লৈপুং অমা লৈ। মদু মৈতৈনা মোইরাং ময়াম হাৎলগা

ফুমখিবা মফম্নি হায়নরি। মদুগীদমক মোইরাং মচানা ইম্ফাল মচাবু মোইরাং চৎপদা হাৎফম থোক্তে। মদু থায়নগী অমনবা ৱারী ঙাক্তনি।

ঐনা তাবদা হৌজিক তাম্বুলনা মৈতৈবু শাওরি হায়। থায়না মৈতৈনা তাম্বুলগী থবক শুবা মী কৌরগা খোংবাল তৌহল্লি হায়বগীনি হায়না তায়। অদুগা থায়না ঙল্লিঙৈদা তাম্বুল মচানা ইম্ফালদা লাইরিক তম্বা লাকপদা খোঙউপ তোংলগা ক্লাস চঙবদা ব্রাম্মন ওজা অমনা অশেং-অমাং খায়বগী ৱাখলদা তাম্বুল ছাত্রদুবু খোঙউপ লৌথোক্লগা চঙলকউ হায়না অথীবা খোনফমদা চৈবীখি হায়। মদুদগী শাওখিদুনা তাম্বুল মচাদু ইম্ফালদা মহৈ তম্বা তোক্লগা গুৱাহাটিদা তমখি হায়। মানা মাগী গ্রূপ অমা শাগৎলগা মৈতৈগী মথক্তা লম্মন খুমগে খনবদগী মৈতৈগা তাম্বুলগা অনীগী মরক্তা নুংশিনদবগী থাক নোংম-নোংমগী ৱাংখৎলকখিবনি হায়না পাবুংনা ৱারী তৌই। হৌজিকতি তাম্বুল মচানা মণিপুরগী চিফ মিনিস্টর অনীরক ওইখ্রে। তাম্বুল নুপী কয়া মৈতৈ নুপানা লৌবদগী তাম্বুল অমদি মৈতৈ অনীগী ঈনা পুল্লগা পোকখিবা মৈতৈ মচা কয়া লৈখ্রবনি। তাম্বুলনসু মৈতৈ নুপী লৌবা কয়া অমসু লৈরমগনি। অদুনা জাতি অনীসি লাপ্নবা শুকয়া য়াবরোই। নঙনা ঙসি চন্দোল থিন্নীংবগী ৱাখল লাক্রিবা, মৈতৈ ফনেক শেৎপদা মৈতৈ লৈশাবী হেক্তা মাল্লিবা অসিগুম ঐনা তাম্বুল ফি অমা শেৎলগা উখ্রুল চৎপদা ঐবুসু তাম্বুল ওইরবোই খনগনি।" ৱারী মবক থৎনা ফিবিন্না হায়রকই — "চুম্মী, ঐসু ঐগী তাম্বুল ফি অমা নঙনা শেৎনবা পীগে খনবনি। হযেং শোয়দনা পীগে?"

ৱাবী শানা-শানা চীংখৈনা চা কপ অনীখক শেম্লগা ট্রেদা হাপ্লগা পাবুং অমদি মমা বৈস্মদা খরা পীবীরু হায়না ফিবিন্দা শিন্নে।

ফিবিনসু মখোয়গী ইমা-পাবুংগী ৱাখল যেংনীংদুনা চাদু পুবগা মাঙ্গোলদা থোবকই। মাগী ফনেক, লাইবক্কী চন্দোন্দু উবদা গুলাপ অমদি মেমথোইদু পূমঙক ঙকখ্রে।

"মেমথোইনা — "হায়মা। ইচা ফিবিন্না চা পুথোবক্রবা? করিনো, ইচাগী ঙসিগী শকসিদি, শেৎলিবা ফনেক্না মরোল অমা পাকচবিবা, চন্দোলসু থিল্লেনে। ইচাদি তশেংনা মৈতৈ ওল্লেদনা।"

"চাংখৈনা শেম্মনি ইমা।"

"মোই'পাবুং য়েংউনে, ইচাগী শকসে?"

"ঐসু উরে, ঐনা পাম্লিবসু মসিনি। তাঙ্খুলনা ঐখোয়গীদা লাকপদা ঐখোয়গী ফিজেৎ, ঐখোয়গী চৎনবী; অদুগা ঐখোয় মৈতৈনা মখোয়গীদা চৎলগনা মখোয়গী চৎনবী, মখোয়গী ফিজেৎ। মসিননি চীং-তম অনীদা ইন্টিগ্রেটি পুবক্কদৌরিবসি। ঐগী কেমেরাদু ফিল্ম য়াওরিবনি পুথোরকউ। ঐ ইচা অনীগী ফোটো লৌগে?"

মেমথোই ইমুং চঙখ্রগা কেমেরা পুথোবকই। ফিবিনদি ইকায়জদুনা চা থম্লম্লগা ইমুং চঙখ্রে।

মেমথোইনা মখোয় অনীবু কৌথোরক্লগা মাঙ্গোলদা খব্রাং লেপহল্লগা গুলাপ্পা ফোটো লৌই; ফম্লগা অমুকসু লৌই। ঙসিগী নুমিৎসি গুলাপকী খ্বাইদগী নুংঙাইবা নুমিৎ ওইরে। মচানুপা ফিবিনগা লম্বা চাবা লৈরম্লবদি হাযবা বাখল ফাওবা খল্লকই। মানা খনবা বাখলদু মেমথোইদা তম্বদা মেমথোইসু চপ মান্ননা বাখলদুমক ফাওই। হৌজিক্তি চীংখৈ য়েঙ্গাং মথেল ময়ামদু থোংবদা ওইনা পুক্লিং চঙখ্রে। অসুম্না চৈরাওবগী মথেল-লুক্কোয় লাঙবা লোইরগা হৌনবী মতুংইম্না গুলাপ্পা থোঙ্গালদা চাক অর্মদি মথেল-লুক্কোয় ময়ামদু লাইদা কৎপা লোইরগা হঞ্জিল্লক্লুনা চাকখুমদা মখোয পুম্না চাক চামিন্নে। চাক তোক্লবা তুংদা বারী-বাতাই কয়া অমুক শাই। নুমিদাংবাইদা চীংখৈনা ফিবিনবু ভারাগী য়ুম তানা থিনখি। চৈরাওবা মতুং নুমিৎ মঙানি নৈরগা বী এ ফাষ্ট ইয়ারগী পরিক্ষা হৌরে। হপ্তা অমরোম চখবা পরিক্ষাদু ঙসি লোইবা নুমিৎনি। চীংখৈগা ফিবিনগা পরিক্ষা হোলদগী থোকমিন্নরকই। খঙহৌদনা কলেজগী গেটতা মহৌশা চীংখৈগা বাথোক ওইখিবা কুম্লগী মচানুপা রঞ্জিৎ মাকটি কার অমগী মনুংদা সনগ্লাস অমুবা অমা উপ্লগা হেক লৈরম্লে। চীংখৈদি মাবু ঙাইবগুম খল্লুদুনা য়াম্না কিজনা মমায়দু বেগনা খল্লগা হেন্দোক্লবা হোৎনৈ। রঞ্জিৎ ঙসিগী ওইনা মানা উননীংবা মীশক্তি চীংখৈ নত্তে, ফিবিনবুনি।

রঞ্জিৎনা কৌরকই — "ফিবিন! লাকও; ঐ নঙবু ঙাইরিবনি।"

য়াম্না খঙনবগী মওংনি। রঞ্জিৎকী মতৌদুদা চীংখৈদি ঙকপনা লোইরে। "করম্না মাগা ফিবিনগা খঙনরম্লিবা" চীংখৈনা খল্লি। ফিবিনসু রঞ্জিৎনা হায়বদু য়াদুনা নোক্লা নোক্লা কারদুদা কাখৎখ্রে। অদুগা তুংলোমদা "বাই" হায়না ফিবিন্না চীংখৈদা খুৎ হাইরম্মী। চীংখৈদি উংলগা কারদুনা চৎখিবা মায়গৈদা লেপ্লগা য়েংদুনা লৈহৌরে।

য়ুম য়ৌরগা মানা মখা তানা খল্লি — "করম্না মানা রঞ্জিৎকা খঙনবা ওইরিগবা? রঞ্জিৎনা মাবু পুখ্রিবসিবু কদায়বাইদা ওইরিগবা? হে ঈশ্বর ইবুংঙো! মহাকপু অশোয়-অঙাম য়াওহনবীনুকো!"

নুমিত্তু চীংখৈ মিকুপ অমত্তা পোৎথাদনা ফিরিনগী মরমদা খনবতনা অরুবা মথৌ ওইখি।

ফিরিন উখ্রুলদগীনি। মহাক উখ্রুলগী পেটিগ্রু কলেজদা টুবেলফ পাশ তৌরগা মপান্দা চহী অমরোম মহৈ তম্লবে। মহাকপু পোকপা নিংথিং সিমরেনা দিল্লিদা মচাগী মনাক্তা লাকপদা লম্বীগী এক্সিডেন্ট অমদা শিখি। য়াম্না বানা অশিবা হকচাংদু এরোপ্লেন্দা পুবক্লগা উখ্রুলদা লৈরোন চনখি। ফিরিন মাগী তম্লিবা কোর্স লোইশিন্নীংদুনা অমুক দিল্লিদা চৎলি। চহীগী পরিক্ষা লোইবগা য়ুমদা ট্রেন্দা থোরক্লগা গুবাহাটিদগী নাইত সুপরদা অমুক লাকই। দিমাপুবদগী খবা চঙলক্লগা নোংমৈ পায়বা লুট পার্টি অমনা গার্ড৷ পাম্মী। মখোয় খবনা মখাদা নোংমৈ পাযবগা সন্ত্রি তৌহৌবগা খবা অমনা গার্ডদা কাখৎলগা গার্ডগী লাইট মুথৎহল্লগা তয়াওবা পৈশা সনা, লুপা মুনবা হৌরকই। লাইবক থীবা হায়বা তাবে। ফিরিনগী মশক্ক টোর্চলাইট কাপ্পগা য়েংবদা লেম্না থানীংদবগুম তৌরুরমাম্লে। নুপাদুনা য়াম্না শাথীবা মওংদা নুপী ওইবীগী ফিনুংগী পাম্মুনা থমজবা লৈবাংগা পাংখক ওইজবী ইজৎকী শককমখৈ শান্ননীংবা মওংদা শান্নবীদুনা লৈবাংগুম চোই জাইনা উফুল্লক্তা তিলহনবীখি। মানা ফন্না কপ-লাওদুনা তেংথাজব্বসু গাড়ী মনুংগী মী অমত্তা নোংমৈগী মমাঙ্গ নুপাগী থৌনা উৎপা ঙমখিদে। "ও ' কযাদা মবাইবক থীখ্রবা"। খুদোংথীবা থৌদোক্তুগী মতুংদা মহাক্কী কোর্সতু লোইশিনবা ঙমখিদে। অসুম্না মপান্দা মহৈ তম্বা তোক্লগা উখ্রুলগী পেটিগ্রু কলেজদা অমুক হন্না ফার্ষ্ট ইয়াবদা মিং চল্লে। মপা শিখিবা, মবুং-মৌপ্পা লৈতবগী খুদোংচাবা লৌবগা হান্নসু বদনাম অমা লৈরুবগা মাবু পাম্বা অদুবাইগী তাম্বুল পাখং অমনা অমুক ফাবীরে। মশানা য়ারে হায়জিল্লগা য়ুমদা থিলহল্লক্লে। অদুবু মাদি নুপাদুবুসু পামদে, মাদি লাইবিক মখা তম্বনা হেন্না পামলি।

মমানা উখ্রুলদা মখোযগী মচেশিং লৌবা লুবাংশঙবমদগী নোংথোম্বম চাওতোন কৌবা বীনো বজারদা গ্রোসবিগী দুকান চাউনা ফম্বা নুপাদুগা উনদুনা বারী শাবদগী লুবাংশঙবমদা মখোয়গী মনাওনুপাগী য়ুমদা লৈবগা লিবরেল কলেজদা তমহনবনা ফরগনি হায়রে। অসুম্না লোম্না ইম্ফালদা থিল্লক্লনা লুবাংশঙবমগী চাওতোনগী মনাও তোম্বগী ভাবাদা লৈরগা লাইরিক তম্নকপনি। কলেজ কাবা হৌরকপদা চীংখৈগা মখোয অনী থেৎনদুনা তিন্নবকপনি। লাইনা চানবীবগুম চীংখৈনা নোংঙানবগা ভারাগী য়ুমদা চৎলগা হংলুবদা মহাক ঙরাং পরিক্ষা লোইরগা য়ুমদা চৎখ্রে হায়রকই। চীংখৈনা ঈশ্বরবু থাগৎলি।

মরকসিদা চীংখৈগা ক্লাস মান্নবী খাবমদগী তোম্বীমচাখোয়গী শাগৈগী মচল রেবীকা কৌবী অমগী লুহোংবগী বার্তোন অনীখক চীংখৈ অমদি গুলাপ অনীমক্কী তৌরকই। মমা'বেম্মদা লুহোংবদু চৎকদ্রা, কমদৌনি হংজৈ। মমা'বেম্মনা মাসু য়াওগে, মপাবুংগা পুন্না চৎলুসি হায়। লুহোংবা নুমিৎ য়ৌরক্কুনা চীংখৈ পোৎপাং অমা পুরগা মপাবুং অমদি মমা'বেম্মাগা লোয়নননা লুহোংবা য়াওবা লাকই। খরা ঙম্না লাকপদুদা মেমথোইনা চীংখৈবু তোম্বীমচাখোয়গী য়ুমদা পুশিন্দুনা মতৈমা চান্দনিগসু শক খঙনহল্লি। মাগী নুপাদু ইঞ্জিনীয়ারনি, তোম্বীমচাগীময়াম্বনি হায়না তাকই। চান্দনিনা হৈ মহীকাসু পুথোক্কুনা থকমিল্লে। লুহোংফমদা চঙলগা কৈন্যাদা পোৎপাং পীবা, দান থাদবা য়াওরম্লগা মৌ থিনবদি য়াওদনা হল্লকই।

মথংগী নুমিত্তা ফিবিন অমুক খুন্দগী হল্লক্লে হায়বা তারে। চীংখৈ মাবু উনবা চৎলি। মা উবদা চীংখৈ হরাউবনা পন্দোম লোমই। ফিবিন্না তাম্বুল ফনেক অমসু চীংখৈদা প্রজেন্ট তৌই। চীংখৈনা ফিবিন্দা মাগা রঞ্জিৎকা করম্না খঙনখিবনো হায়না হংই।

ফিবিন্না বারী তৌরকই। "তামো রঞ্জিৎনা ঐসে লিবরেল কলেজদা বী এ ফার্স্ট ইয়ারদা তম্লি হায়বসি হান্না খঙলম্লে। নোংমা ইমাগা ঐগা ম্যেন রোদংগী খোঙনা অসুম চঙলকপদা মানা উবদগী ঐখোয় অনীবু মাগী কারদা পুবীরকখি। অদুদগী খঙনবনি। মখোয়গী য়ুমদা নোংমা কোয়রকউ হায়বদগী ময়ুমদসু কোয়রুরে। মানা ঐবুদি মচনগুম্না য়াম্না লুনা তৌবীবনি। নহান মানা পুরগা বজার চৎপদুদা ঐগী সেন্দল অমসু লৈবীবনি।"

"অদু, নঙ! মাবু খরদি চেকশিল্লুকো?"

"করিগীরা?"

"খঙদে, চেকশিল্লু হায়রিসিনি।"

"বা মরোল অমা লৈগনি, নঙগী বাদু ঐ খঙনীংই।"

চীংখৈদু অশেংবা খরা ফোঙদোক্লীংবগুম তৌরে। হায়রকই — "তামো রঞ্জিৎ য়াম্না ফৈ অদুবু মাদি নুপী মশক ফজবা থেম্বা য়াম্না হৈবনি।"

"অদু, নঙবুসু মানা থেমখ্রবা?"

"থেমখ্রে। ঐ মঙোন্দগী নানথোকহৌরে। মাগী খুত্তা হান্না লৈশাবী অমসু বাথোক ওইখ্রবনি।"

"লৈশাবীদু কনা ওইব্রা?"

"মমিং খঙদ্রবসু, পাউসিদি চুম্লবনি। অদুনা নঙসু মঙোন্দগী খরা চেকশিল্ল।"

"অদুগী ওইগদ্রকো, মানা ঐনা খুলদগী লাকপগা সিনেমা য়েংশি হায়না হৌবদো?"

"অদু, নঙ মঙোন্দা ঐনা অসুম্না হায় হায়নদি তম্লগনু, ঐগী অশেংবা ইপা ইমা অমদি ইনাও মখোয়গীদা থবক শুরগা লৈবনি। নঙনা ৰারীদু তম্লরবদি ঐগী ইপা-ইমা অমদি ইনাও মখোয়গীদা লৈবা নুংঙাইরোই। ঐ অমুক চৎলগে?" অসি হায়রম্লগা চীংখৈ য়ুমদা হল্লক্লে।

ফিবিন, হৌখিবা মতমদা বঙ্গিৎনা মঙোন্দা থেমখিবা হৌজিক ফাওবদি অকায়বা করিসু তৌবকত্রিবা কয়াদু নীংশিংলকই। মানা উখুল চৎলমদাইদা ভাবা ওইয়ু হায়না পীখিবা লুপা চামঙা চৎপী অদু ফাওবা নীংশিংলকই। মানদি ঐগী লাইরিক তম্বদা চঙবা পৈশা ফাওবা য়ুমদগী হায়রুদ্রবসু মা পাংবীগে হায়খি। ঐনসু মখোয়দি ইনাক যুম্না খুনবা তম্পাক্কী মীনিনা পূকচেল চাউবা ওইবদগী হাযরিবনি খনখি। ঐনা ঐগী অশেংবা মমাঙগী থৌদোক্কী ৰারী কয়াসু মঙোন্দা লীদুনা তাহনখি। অদু, করিগী ঐনা মানা হাযবা ৰাদা অশেংবগুম লোইনা খল্লুরিবা' ঐবু চীংখৈনা হাযবা থাজগেরা নৎত্রগা তামো রঙ্গিৎনা হায়বা থাজগেরা? অদু, মাবু চীংখৈনা হান্না পাম্লম্বা ওইরিগদ্রা? মদুসু ওইবা য়াই, মাদি ইনাক য়াম্না খুনবা মীনি।" মা ৰাখল লমফাংনরকই। অদুবু মহাক বঙ্গিৎকা উনরবদি অশেংবা খরদি খঙদোক্লগে খল্লি।

ফিবিনগী মবাইবক ফবা হাযবা তারে। হন্দক মানা উখুল চৎলুবদা মাবু হাকুম ফাকবা তাম্খুল নুপাদু নুপী অমগা লুহোংলম্লে। মদুনা মাগী মহে তম্বদা অযেৎপা থোইনা লৈররোই।

কালেন থা য়ৌরকপা মতমসিদি মণিপুরগী খুঙ্গং অযাম্বদা লাইনিংথৌ, লাইরেম্বী হরাউবগী থৌরম পাঙথোক্কবা থা ওইবনিনা খুঙ্গং অয়াম্বা লাই হরাউবগী ধন য়ৈবা, বেন খোংবগী মখোলনা পূমনিন-নিল্লি।

মৈতৈ লৈপাক্কো নুপী ওইনবু পোক্লবদি থা তকক শুবকপা চাগুম্বা লোইবদগীদি মমা ওইবী, মচেম ওইবীশিংনা মচাবু, মনাওবু তাদিং-তাদিং হায়না জগোই তম্বীদবা যাওদে। অমবোমদা লাইবুং নক্সা লৈবা নুপীমচাশিংনা অমুক্কা হেন্না জগোই হৈগল্লি। চীংখৈঙানবীসু অঙাং ওইবিঙৈদগী মখোযগী খুঙ্গংদা লাই হবাউবা লাকপা মতমদা

মাম্মগী য়ুমদা লৈরগা ব্রাঙুগী তমফা লাইরেম্বী হবাউবা ইতৎ তত্তুনা য়াওরকই। অদুনা পিক্রিউৈদগী হৌনা জগোইগী ইস্কুল লৈরকই। মশানসু য়াম্না পামজনা জগোই শারকই। ওজা নাইনা তম্মুদ্রগসু তোয়না শাবা অমদি মাইবীগী জগোই মুম্না য়েংলগা শাবদগী অদুম হৈখিবনি। অদুবু ইম্ফালদা লৈরকপদগীদি অমুক্তা শারকত্রি।

কুমসিদি চহী অহুমগী মনুংদা অমুক্তং তাঙনা হরাউবা লুব্রাংশঙবম মতাইগী ইবুধৌ অশৈ নিংথৌ অমদি ইবেনথৌ অয়িনু নুমিৎ মঙানি হরাউবগী পৈশা খাযবা হৌরে। ওজা গুলাপসু পৈশা চাউনা হাপ্পুনা মচা চীংখৈবু জগোই য়াওনবা হায়। য়ুম্নাক তরারোম্না খুন্দারিবা লৈকায়গী অরুবা লাইনি। পৈশা খায়বা লোইদুনা ইঙাগী হুম্নি পানবদা হরাউবা হৌনবা থৌরাং লোইরে। চীংখৈ হান্নদগী য়াওনীং, যাওনীং লৈবগা নহান ফিব্রিন্দসু লাই হরাউবগী জগোই য়াওগনি নঙসু য়েংবা লাকউ হায়খিবগা জগোই য়াওগে লেপ্লে। মানা লাইনীং ওইদুনা মঙলান অমদা তাওরিউৈদা মমান্নবী কেটুকী লাক্রগা "শান্তি টেলরিং অমসুং এম্ব্রোইদরি" লুব্রাংশঙবম মচিন্দা লৈবা দুকান্দুদা অমুক্তা চৎমিন্নরুসি হৌবা লাকই। চীংখৈ ফি শৎ-শৎ হোংদোক্লগা মাগীসু লাই হবাউবদা লীৎনবা ব্লাউজ অমগা ব্রা অমগা দুকান্দুদগী লৈরক্লে খন্দুনা মখোয় অনী খোঙনা থোরকই। শান্তি টেলরিং অমসুং এম্ব্রোইদরি লুব্রাংশঙবমদদি নুপীগী ফুরীৎ তুবদা মমিং চৎলি।

দুকান য়ৌদুনা অপাম্বা ফি খল্লগা ব্লাউজ অমমম নাপ য়ৌবা লোইদুনা হংচিৎ হরাউবা নংনবা লৌজরগে হায়। উপুদা য়াওরিবা নুপীগী মনুংগী ফি মচাশিং ব্রানচিংবা নম্বর হায়রগা লৈ। রুমাল ফজবা অমমমসু লৈ। পোৎ লৈবা লোইরগা অমুক হল্লক্লে। ঙসি ইঙাগী হুম্নি পানবনি।

ঙসি লাই হরাউবা হৌগদৌরে। অযুক্তা নহান ওর্দর তৌরম্বা ফুরীৎতু কেটুকিগা চৎমিন্নরগা লৌরুরে। চীংখৈ কেটুকিনা লাই হরাউবা জগোই শাবা হৌবা লাক্কদ্রা হায়রগা লাকত্রে। হরাউবা ঙসি হুম্নি চনবা নুমিৎনি। চীংখৈ য়াওদি য়াম্না য়াওনীংলবসু মমান্নবীনা হৌবা লাকত্রবদি পোকফম-শাৎফমমক্তি হেক নত্তবনিনা য়াওবা ঙমদ্রে। ঙসিদি কেতুকিদু চীংখৈবু জগোই য়াওনবা হৌবা লাক্লে। "ঙরাং হৌবা লাকপা য়াদ্রা হিংচাবী?" চীংখৈনা চৈবোইনা হায়।

"হিংচাবী, নঙনদি খঙদবা, ঐনা হেম্না য়াওনীংবনি; ঐখোয়গী অমদুনসু জগোই য়াওদ্রিদি কৈদৌরে হংলকই। কোক লুজদদুনা তৌরিনি।"

"ও!" হায়রগা হৌনা নোকই।

চীংখৈ মমা'বেম্মদা ঙসিদি জগোই য়াওরুগে হায়। মেমথোইনা — "ঐদি নহান হৌবদগী য়াওরো নঙগী পাবুংসু ফম্নহিবা ময়ামগী মকোক্তা ফম্লিবনি হায়রেদনা" হায়রকই। অদুবু মাদি ঙসি পৃং অহুমদা পোৎয়েংবা অমা লৈবনা য়াওবা ঙম্লরোই হায়।"

মচানুপীনা জগোই য়াওগনি হায়রবনিনা মেমথোই সনাগী লৈতেংশিংদু পুথোক্লগা শেংদোকপা লোইরগা নুংশাদা ঙাইহাক ফৌই। মাসু হয়েং নৎত্রগা হংচিৎ লাইরোই নুমিৎসিদি য়াওদবা য়ারোই খন্দুনা শম্বান্দোংকাদুসু ফৌদোক্লগা থাউ তৈরগা থম্মী।

শোমদা চীংখৈ চেংহি ময়ান থিরুদুনা শম মনম নুংশিনবা চেংহি ফুৎলি। হৌজিক্কালগী শেমপু লুজরগা পীবা ঙমদবা শংব্রৈ মনা, খোংজাই নাপী, কার্পুর মনা, চোরোৎ মরা, ওক হিদাক্লচিংবা মনা কয়ানা পুম্লগা ফুৎমিন্নবা চেংহি ময়ান্নদি নুংশিবা মনম অমা পী। অদুগুম্বী চেংহি মনম চেনবী লৈশাবী অমগা লেং থৈনরুবা নুমিত্তুমদি পাখংদু উদগী তাবগুম পঙবা যাওই হায়নবিবনি। অদুননি চেংহি মনম্মু ৱারীনরিবা। অশিংবা লৈশাবীদি চেংহি মনম্মা পামজবা পাখং ফাবা ঙম্মী হায়নরিবনি।

হোরেন কেবা লোইরগা চিন্নবা লৈহাওকাসু থিরুদুনা লৈরে। শমফাবী বেদজর্নচিংবসু থৌরাং তৌবা লোইরে। তাঙনা পোমশাৎনরম্বী গম্নাগী গুলাপ্তসু হোকেন নাদা চিনবা নুংঙাইনবা কাটিনা নীংথিনা কক্লগা হেকই। তিংখং অমদি ফরক তাগদবা মনাদু চপথৎলগা শেম্মী।

থবায় য়াওনা মোন চঙনা ফুৎলবা, মনম নুংশিরবা চেংহিদুনা নুজা ওইবীগী য়াম্লবা শমদু মনুং থীৎনা লুজবা লোইরে, খুনীং, খোঙয়ানচিংবদু ফদি মরৈ তারগা তক্লুনা মমিতানা লংলে। ঈরুজবা লোইরগা য়াম্লবা শমদু তরেল অমনা কংনা শুমদোক্লগা নুংশাদা ঙাইহাক্তুং মচুম লাংশিলহল্লি। শম কংলবা কান্দুদা শমচেৎ অমুক হাৎলে।

মাগী নোংমগী তৌগদবা থৌদাংগী মনুংদা চাক থোংবসিসু অমনি। তঙাই ফদবা মানা খোংবা য়াদবা কান্দদা মেমথোইনা থোংবনি। ঙসিসু চীংখৈ চাকখুমদা চাক থোংবা চঙখ্রে। লাই হরাউবগী জগোই শাগদবগী ৱাখলনা চাক থোংবদসু পুক্লিং হেন্না নুংঙাইনা থোংই। চাক লোইরগা ইমুংগী মী অহুম পুন্না চাক চামিন্নরে। চাক তোক্লগা ঙসাই ঈরুজবদা তুম্নুবা পোলাংখোক্তা ফৌরিবা ফিশিংদু লোকশিম্লগা মফম চানা-চানা থম্মী। মাগী কাদা চঙলগা উপু মনুংদগী ফিশিংদু চিংথোক্লগা নীংথিনা থুপ্লগা অমুক থম্মী। জগোই য়াওগদবসিনা ওইরমাল্লে, মরমসু য়াম্না মোক্লে চীংখৈদো।

অসুম তৌরিঙৈদা নুংথিলগী পূং অনী তারক্লে। মেমথোইনা চীংখৈনা শেংনবা ফনেক, লমথাং পুরক্লগা মাগী কাদা থম্বীররে। সনাগী লৈতেং খুদোপ, খুজি অমত্তা ব্রাত্তনা শেংদোক্লগা চীংখৈগী কাদা পুরক্লগা থম্লরে। চীংখৈ মমায় তাথোক্লগা গ্লিসরিন্নচিংবা তৈবা লোইরে। লাইবক্কী চন্দোল নীংথিনা থিনবা লোইরে। ইমুংদা চঙলকপদা মমা বেম্মনা — "সে, সে! ইমা চিনবীগে" হায়রগা মেমথোইনা চিন্নবা কুখুরদু চীংখৈগী থা-থা লাউবা না-অনীদুদা মাগী হান্না চিল্লিবা নাইন মচা অনীদু লৌথোক্লগা চিনবীরে। ওজা গুলাপতি ফি হোংদোকপা লোইদুনা লাইবুংদা চৎখ্রে। ফম্নাইবা ময়ামগী মকোক্তা ফমখ্রে।

শোমদা চীংখৈ খুদোপ, খুজি পোপচাওবী মথং-মথং শিবা লোইরে। ফুরীৎ অমদি অহনবা ব্রাদু মেমথোইগী মমাঙদা হোংদোক্লবদু ইকাইবগুম তৌরুরে। খোয়খাদা শেৎলম্বা মঞ্জুনরবা হিগোক ফনেক্তু মেমথোইগী মতুং ওইবপ লেপ্লগা ফিদোন চিংখৎলগা কোমগোম্না সেগ্রাক্তা খুৎ ওইগী পাম্বোমগা খুনীংগনা ফাবগা ঙাইহাক থম্মী। য়াম্না থুনা হান্নগী ফুরীৎ অমদি ব্রাদু তুংলোমদগী কোচি লৌথোক্লগা পুন্নপ হুক্তোক্লগা নাকন্দা থাদরগা অহনবা ব্রাদু মাঙলোমদগী হান্না ফারগা তুংগী কোচিদু লান্নগা ফানবা হোৎনৈ। মখুৎ নাম্মনা হোৎনবদু অহনবা ওইবগা খরা চিনবগা প্লাস্টিক্তু ফৎ-ফৎ নাম্থোকই। মখুৎ নাম্মনা হোৎনবদা য়ারক্লবদুদা মখুৎ ওই থংবদুসু শং থাদোক্লুরে। কোমগোম্না চিংখৎলগা থম্লুবা হিগোক ফনেক্তু চীংখৈগী অশোয়বা তাঞ্জা ঙাইরকপা মতম কুইরবনি। চীংখৈনা চেকশিনমনবদগী অমুক্তা শোয়দ্রিবনি। চীংখৈনা ফনেক্তু মম্লবনি হায়দুনা কয়া থৌশাবীদ্রে। মাবু মীমাঙ থোক্লা পোলাংখোক্তা ফৌবীরক্তবসি কুইরে। দলান মথক্কী দ্রমগুম্বা, ইংখোলগী তেম্পাক্লম্বগী মথক্তা ফৌবদা অহীং লোকশিনবীদবদগী লৈমায়দা তাদুনা হুই, হৌদোঙনা নেৎপা ফাওবা য়াওখ্রে। নোংমসু অহীংদা নোং কন্না চুবদগী ফনেক্তু লৈমায়দা তাবদগী লৈখোমদা ওন্না-থোইনা খাঙবা য়াওখ্রে। ঙসিদি ফজবা তাঞ্জা অমা লৌহৌদবা য়াদ্রে খন্দুনা তাঞ্জা লুম্নকপদু মেমথোইগী মমাঙদা হেক থোক্লরে। ফনেক্তুনা শিং নাম্থরগা লৈমায়দা তাথোকখ্রে। শোমদা কোচিনা পম্লু য়াদবগী পাখক্তুনা "ইমা।" হায়রকপগা মেমথোইনা মমায় শং লৈথোক্লগা চীংখৈদা য়েংলকপগা মপা হেক চানকরে।

"করিনো? ইবেম্মা! ইমাদি তুবু চুংইদা! ইচাগীদুবু . নুপা নহাগী মমাঙদকা ওইরম্লবদি করম থোক্লমগনি।"

চীংখৈগী মমায়দ্ ইচপম্লক ভাঙশিনখ্রে। মমা'বেম্মবু ইকায়জবনা লোইরে। চীংখৈ ঙেক ফমথরগা ফনেক্তু হান্না চিংখৎলগা শেৎচিল্লি।

মেমথোইনা — "সে! ইমা ফাবীগেনে" হায়রগা কোচিদু মেমথোইনা ফাবীরে। কোচি ফানা-ফানা মেমথোইনা খল্লি — "চিংখৈসে ময়ুম পান্নীংবগী ইরাং লাকপা হৌরেসে!"

চীংখৈনা খল্লিবনা "ইমা'বেম্মনা ঐসিবু নুংদা ইরাং হৌরে" হায়না খল্লমগদ্রা অসিনি। রাখল অনীদুসু মপা খব-খবদি চানরি।

হন্দকমুক্তি চীংখৈদো কাঙখল থাদরগা ফমুংদা কাখৎলগা ব্লাউজ অহনবদু লীৎশিল্লি। লীৎপা লোইবগা ফনেক্তু খ্বাংদা চেৎনা শেৎলগা ফমুং মখাদা কুমথরে। কাঙখলদু অমুক হৌগৎলে।

মিংশেল মমাঙদা ফম্লগা মীৎ-মায় কেবা হৌরে।

মেমথোইনা হায়রকই — "ইবেম্মা! নঙগী ফুরীৎসি কনানা তুবনো?"

"শান্তি টেলরিং অমসুং এম্ব্রোইদরিদা তুহনবনি।"

"উম: ওইরিনি, মদুগী শান্তি হায়বীদো হৌজিক্কালগী নুপীমচাশিংসি মানা থুনা ময়ুম লোইনা পালহন্দৌরি। কবিগীনো মানা নঙ্গলগী শরুকসি অশুক লাওনা কোৎথোক্লক্রিসিবো?"

খোইদৌসু থুংদ্রে, পুক্তা খরা থীবা কাঙবুদি য়েংবা য়াররোইনে? থবাক্কী শুরুক খজিক্তমক ঙাইরেমি তৌরিসিবো? ইচাগীবুদি পুক্তা ফজবা, কুচু ঙৌবনিনা পুক্তো, নঙ্গন্দা খোইমু য়াম্না তোংলদোইপোৎনি। সে সে! নেক্লেসসি শিবীরগে" হায়রগা তুংলোমদগী নেক্লেসতু শিবীরে।

চীংখৈনা তপ্না খুম্লকই — "ঐদি নঙ্গনগী শরুক লাওনা কোৎথোকপিনু হায়রম্বনি।"

"নঙ্গন্দা নত্তেনে, থবাকসুনিনে। ফন্দুম ফরে, নুপাশিংনা ঙাওজনবা! সিগুম্বা য়েংদ্রদি মখোয়দি করি য়েংগনি? লোইশিন্লো, থেংঙে, নমান্নবী লাক্রনি।" অসি হায়রগা চীংখৈগী শমদা তুংলোমদগী লৈহাও অনীদু চিনবীরে। নাপ্পদনা পোমশাৎনবী গুলাপ্পু থেৎপীরে। লুমাঙগী লৈহাওদি চীংখৈনা মতোমতা চিঞ্জে।

চীংখৈ মিংশেল মমাঙদগী হৌগৎলগা মোরাদা থুপ্লগা থল্লিবা থম্বাল লৈখোক্কী ফনেক ময়েক নাইবদু তিংথোক্লগা খাউদুদা মখোঙ কানশিল্লগা মিংশেল মমাঙদা য়াম্না চেকশিন্না শেৎলি। তুংলোমগী তোয়না কোনখৎকনবা খোঙগা তাইনবা ফনেক মপান্দু নোম্থরগা তিংথোকই।

মেমথোই চঙশিল্লগা লমথাং ইনবদু য়াওই। তাইনফমদা বেদজ অমনা ফায়। তুং-মাঙ চেপথ-চেপথ য়েংবা লোইবদা পুং অহুম তারম্লে।

লাইবুংদগী জগোই শাগদবা, শাগদবী কারক্লো হায়না হঞ্জিন-হঞ্জিন মাইকতা লাউরি। ধন য়ৈবা, বেন খোংবগী মখোলসু তারি। অসুম্না চীংখৈনা কেবা লোইবগা থোরকপদা অতোপ্পা মমান্নবী কেতুকিগা লেম্বীগস্ মমা-মমানা মতুং ইল্লগা মাবু হৌবা চঙলকই।

চীংখৈস্ হান্নদগী থৌরাং লোইদুনা লৈরম্বনা মমান্নবী অনীদুবু ঙাইহন্দনা অদুম লাইবুং তানা লাকমিন্নরে। মখোয়না লাইবুং য়ৌবা মতমদদি মাইবা, মাইবীনা মাঙ থারগা মৌ ময়াম মাইবীগী মতুং ইন্দুনা জগোই শাবা হৌরম্লে। চীংখৈগা লাকমিন্নবী মমান্নবী কেতুকিদি লাকপগা জগোই অদুম য়াওখ্রে। চীংখৈদি লাইমাঙদা চঙদুনা হান্না লাই খুরুম্লুরগা মথংগী রাউন্দ লাকপদা চঙলগা জগোই য়াওরে। অসিগুম্বা অকে-অমৌগী কুম্মৈসিদদি মশক ফজবা, মশম ফবা; সনা লুপা; ফিজ্রেৎ লৈতেং লোইনা শুনা য়েংনৈ। ঙসি লুবাংশঙবমগী ইবুধৌ, ইবেনধৌ অনীগী লাইবুংসিদা শকস্ বাস্তবা, মশমস্ ফবা, সনা-লুপাগী লৈতেং অমত্তা বাস্তনা শিবা, খ্বাইদগী শকহেনবীদু চীংখৈনা ওইরুরে। অউবা খুদিংমক্কা — "কনাগী মচানো, মশক্লে, মশম্লে, শেৎতোরক্লিবা ফিজ্রেৎ, শিরিবা সনাগী লৈতেং মঙোন্দা পকচদবা অবাৎপা অমত্তা হেক য়াওদে। জগোইগী খুৎথেক, তানস্ অমত্তা কায়দে। মাইবীনা হোংবা, থেকপা জগোইগী তান, খুৎথেক ফজনা ইনবা ঙম্মী। মসিবু ঐখোয়গী লুবাংশঙবমদা হান্না অমুক্তা উখিদে" অসি হায়না ঙাঙনৈ। ওজা গুলাপস্ মচা চীংখৈগী মশক, জগোই হৈবা কয়াদু উবদা নুংঙাইবা পোকই।

ময়াম ঙাঙনরিবদুগী মরক্তা অখঙবা খরনা — "ওজা গুলাপকী মচানি" হায়নবস্ য়াওই।

খরা অমনা — "নত্তে! মাগী মচাদি লুহোংখ্রে-আ অক্সদা অদুগা মচা নুপাদুনা সৈনিক স্কুলদা তম্লিবনি; জগোই শারিবীসিদি মখোয়গীদা নৌনা লাক্লগা লৈরবনি। মখোয়নবুদি মচাগুম্না লুনা তৌবনি।"

পাখংশিংনা মাগী মশক, মশম অমদি ফিজেৎ-লৈতেং উবদা পামজবনা ঙাওবসু য়াওনরবনি।

— "হয়েংদি মমিংদং ওইরবসু হংহৌরগে" হায়না জগোই লোইরকপদা য়াম্না চাক্না হনখিবা য়াওই।

ফজবদবু ওইরো, তৌথোরকপা থবক্তবু ওইরো, অহেনবা অমা য়াওরকপসি মীনা কল্লক্লে। মাগা জগোই য়াওবা লাকমিন্নবী মমান্নবীশিংগী মমাশিংসু চীংখৈগী মশক-মতৌদা নত্তনা জগোই শাদোরকপদসু অমত্তা ঙাত্তনা হৈরম্বদুদা কল্লকপগুম তৌরকই।

মথংগী নুমিত্তদি চীংখৈ ফিরোল শুদুনা লাইবুংদা জগোই শাবা চৎত্রে। মাবু পামজবা, ঙসিদি ঙাহে অমত্তা ওইরবসু হায়হৌগে, মমিংদসু হংহৌগে খঞ্জখিবা পাখংদু ঙসিদি চীংখৈনা জগোই শাবা লাক্তবদুদা কয়াগী মতিক ঙাজরে। মমীত্তু থমফম লৈতদুনা অঙাওবগুম কোইয়েং কোইয়েং য়েংদুনা চীংখৈবু থিখি।

চীংখৈগী জগোই উহৌবী ওজা মেমথোইঙ্গাসু খরা মায় চান্নবী থৌদামগী মেঞ্জরগী নুপী থাবৈম্লেনা অয়ুক্তা লাক্রগা মেমথোইদা ঙারী তৌরে।

— "ওজা মেমথোই! নঙগী নচানুপী চীংখৈসে জগোই শাববু খুৎহে অমনিকো। কন্দাযদ্বু তম্লকপনো খঙদে! মাগী জগোই উবদা নহা, অহল অমত্তা খাক্তনা ঙাওনপ্ত্রবনি কৈনো? নখোয়গী ওজানা মকোক ফম্লিবদুবু নঙোন্দা তমদ্রা হায়বনি? মশক্লে, মতৌনে, কন্নাগী মচানো হংনকনবু মত্তা অমা ওইখ্রে ঙানি। চিংশুবমগী ইবোতোম্বীনা মচানুপাগী মমৌ ওইনবা নখোয়গী ওজাদা হায়জবা তারে হায়খিবনিকো! ঐসু ইমীৎমক্লা উহৌবনিনা মাগী ঙাদু য়ানীংই। তশেংনা য়াম্না হৈকো! ইচানুপা মাগা চান্নবা চহী মতাংগী অমত্তং লৈরম্লবদি পীদবা য়ারোই হায়গেবু, ইচাসু নুপী ঙাক্তা। হয়েংদি ওজাসু নচানুপী পুরগা জগোই অমুক্তং য়েংহৌদা! হয়েং তুংদা মীনা ঙাঙনবা তাবনদি পেম্লোইকো! হয়েংদি লাইশু লোইগদবনি।"

— "হোয়নে, হায়গুম্মদনা, হয়েংদি ইচাগী জগোই য়েংবদুম চৎলগে, ছুটিদুম লৌরগে।"

মীনা মচাগী মরমদা অফবা ঙাবী শাবা তারগা নুংঙাইরোইদবা মমা লৈবা হৌনদে। মেমথোইনা চীংখৈবু মচানি খনবদুদা মীনসু হায়বীরম্বনি। মাসু পাউদু তারগা হেন্না নুংঙাইজে। মসিসু খুঙ্গংদা হিংলিবা পুক্নিগী মহাও অমনি।

অশোমদা চীংখৈ কায়নবগী অৱাবা মবক্তা এ ই গী ফম অমগীদমক ইন্টৰভিউ য়াওখিবদুসু কান্নবা ফংলক্তবদগী ইকায়-নুংশি য়ান্নদুনা তোমপোক মণিপুরদা মিকুপ অমগী মতম শাংথনা লৈনীংখিদে। মমা-পাবুংদা গুৱাহাটিদা চৎলগা মতম খৱা থবক অমা ফংনবা থিরুরগে হায়রম্লগা চৎখিবদুনা গুৱাহাটিগী মখোয়না হান্না লৈরম্বা "গুৱাহাটি ক্লব" হায়না খঙনবা হায়দোটপুৱ-গুৱাহাটি-৩ দা মখুরা অতোম্বগী মনাক্তা ভারাদা মতম খরা লৈবে। থবক মথং-মথং থিরকপদা আসাম ব্রহ্মপুত্র ফ্লট কন্ট্রোল বোর্দকী মখাদা এস ও গী ফম অমা ফংখি। থবক জোইন তৌরমদাইদা চীংখৈবু নীংশিংলকই। করিগুম্বা মখোয় অনী লুহোংবা যারম্লবদি মাগা চীংখৈগা গুৱাহাটিদা পুন্না লৈমিন্নবম্বা যাবনি খল্লকই। যেংনীংবা চেংলৌ উবা ফংদবগী অৱাবসিসু মীবম্লেন্দা লৈবিবা মীওইবগী ৱাখলদদি ওহ্লোক্লা ৱাখ্রবা হাযবদুনি। মসিমক্কা ওইবা তাই ভগবান শ্রী কৃষ্ণনা মীওইবগী মপোক্তা যাওববগা ইবেম্মা বাধিকাগা উনবা ফংনদবগী অৱাবগী মবমদা ঈশৈ ওইনা শক্রুগা নৎত্রগা ৱাবী ওইনা তারুবগা অতাবা কযাগী থম্মোযদা পিবাং তক্তনা শীষ্টহল্লিবা।

চীংখৈগী মশক উবা ফংলোইদবা অমদি ইরোইশেনবদা লৈবম্বা মখোযগী ওইবম্বা য়ুম, ইংখোল, লোইরম্বা যনশিং লোইননা চীংখৈগী মখুৎমক্কা থাজবম্বা গুলাপ পাম্বীসু মীগী লোইনা ওইখ্রবনিনা তোমপোক মণিপুবদদি অমুক হন্না থোক্নীংলুদ্রে। নীংশিংলুবা মরক্তা চীংখৈনা মখোয়গী মাঙ্গোলদা চন্দোল থিল্লগা লেপহন্নীংখিবগী শক্তমদো ভাবনা লাকশিল্লগা হেক্তমক উবকই। মীৎলুদগী তাবকপা পিবাংদু ঙসি মানা গুৱাহাটিদগী মমা-পাবুং উনবা কছার চৎকে নীংলকপা মিকুপসিদা মণিপুরবুদি কাউবা ঙমদবনা পিরাংদুদি মণিপুরগীদমক শীষ্টহৌরে গুৱাহাটিগী লমদমসিদা।

নুমিদাংগী ট্রেন তোংদুনা লাকপদুনা নোংঙাম্লমদাইদা লমদিংদা থুংলগা ট্রেন অমুক হোংলে। লমদিংদগী মখা তানা অমুক ট্রেন্দা লাক্তুনা শিলচব যৌরে। শিলচরদগী ওটোরিক্সো তোংদুনা থ্বালজুব য়ৌরে। য়ুমদা থুংবদা নুংঙাইবা ইফং-ফংদবগুম তৌই। পুক্নিংদসু মরাঙ-মবাঙ, মওন-মওন খল্লি। মাদি কছাবদা লাকখিদবসু মতম শাংলক্রে। শাগৈগী মবী-মতা, মচিন-মনাও, মচে-মচল তোমপোক লাক্রে তাবদা মৱা মপাউ হংবা চঙলকই। ময়াম উনদুনা ৱাবী তৌনৈ। মমানা হায়বদগী মনীংলোমদা চঙদুনা ঈরু মায়থজকরে। মাগী কা অমদি নীংথিনা শেম্বীরম্মী। মাগী কাদা চঙলগা মফি মরোল শেৎচিল্লিগৈঙদা মমানা চাগা বিসকুটকা পুশিল্লকই।

মচাগী থবক্কী পাউদু মমানা হান্না তারবনিনা অমুক হংদ্রে। মচানা চা থক্লিগৈঙদা সনাতোম্বীনা ৱা হৌদোরকই।

—"ইচানা থবক অমা ফংলবনিনা ইচাগী মৌ থিনবা তৌরসি। মৌ থিরবদি পুম্না কার্টরদা লৈজরুবা য়ারেদনা। ঐসু নঙগী পাবুং থাদোক্তুনা নঙবু শেন্নবা ৬ম্নোইদৌরি।

মমাগী বাদু তাবদা তোমপোক পূক্লিং খংনুং-নুংশিরুরমাল্লে। মমাগী মমাংদা মপি তারক্তুনা মপি তৈথোকই।

বঙ্গালি বেটিদি বেঙ্গলি ইমুংগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম অমগী অয়ুক্তগী চৎথিবদগী হল্লকত্রি।

—"করিগীনো ইচানা নথবায় অদুক য়াম্না নুংঙাইত্রিববো?"

--"ইমা! ঐগী পুম্সিনা লৈরিমখৈদি ঐনা চীংখৈবু কাউবা ঙমগনি হায়বসি খ'জদে। অদুবু ঐদি মাবু উবা ফংদনা পুম্সিসে অসুম্না-অসুম লেনবা তাবমাল্লে। মণিপুর হায়বসি থোইনা যাম্না চাউবা লমসু নত্তে। অদুবু মাবু ঐনা মফম খুদিং, খুঙ্গং খুদিং চত্তুনা থিগদবসু ঐবু ফাবগা বেঞ্জম চাউনা লৌখিবা থৌদোক্তুদগী ঐ অকিবা অমা পোকখ্রে। মাসু মাগী হৌজিক লৈফমদা ঐবুদি মানা শোযদনা উনীংলমগদবা মাল্লি। ইমা! ঐনা খ্বালজুরগী য়ুমসিদা লাক্লগা ইমা পাবুং উনবগা ঐগী অরাবসি কোক্তদ্রা খল্লুবনি অদুবু কোকপদি লায়রদনা হেন্নদুম বারে।"

"ইচানা চীংখৈগীদমক অদুক য়াম্না রাকবিবদুবু করিগীনো? ইচাবু মাগীদমক কবি তৌবা ঙমগদগে?"

"ইমা! ঐ মাবু অমুক্তং থেংনগনি হায়রবদি পুম্সিসিদা মাগীদমক তৌবা ঙমগদবা মযাম অমা লৈ।"

"হা-হা-হা" নুংশিবা মীনোক্তা নোক্লগা—"নঙবু চীংখৈগীদমক তাজমহল অমা শাবীবা ঙমগদ্রনে?"

"ঙমগনি ইমা।"

"ইচাদি তাজমহলদি কদাযদগী পৈশানা শাগদৌরিবা?"

"পৈশানা শাগদবা নত্তেনে ইমা! ঐগী থম্মোয়গী মন্দিরদা শাগদবনি। মাগী শক্তমদি ঐগী থম্মোয়নুংদা মতম চুপ্পগী লোইনদুনা হান্নদগী লৈরবনি।"

"ইচানা করিসু লৈত্রবী মপা ষন শেন্নবদুনা পোকপী চীংখৈগীদমক অদুক য়াম্না খল্লুরিবা? নহাক কছারগী মৈতৈ খুঙ্গংশিংদা লৈরিবী, মশক মতৌ ফজবী, ইনাক খুনবী, লাইরিক হৈবী, লৈশাবী ময়ামসিদগী অমত্তংদদি খল্লুদা?"

"ইমা! ঐ পামদে, ঐ মখোয়গী মশকসু অমত্তা য়েংজরোই। মখোয়গী মশক য়েংলুরগা ঐগী থম্মোয়দা য়েক্তুনা লৈরিবা চীংখৈগী মুর্তিগী মওুন হুম্বরকপা য়াই। মাগী মশকসে ঐগী পুম্পিনা লোইদ্রিমখৈদি ঐগী থম্মোয়নুংদা অসুম য়াতাদুনা লৈজসনু।"

"অদুদি ফরে, ঐঙোন্দা কনাগুম্বী অমগী ফোটো অমখক লৈরে। মখুৎমক্লা নংঙোন্দা য়েংহম্নু হায়না পীরকপনি। চীংখৈগা মশকসু য়াম্না মান্নবা। অদু, মাদি চীংখৈদি নত্তে, প্রোফেসর অমগী মচানুপীনি। মমাসু ওজা ওই। ফোটোসিসু নঙ য়েংলরোইদ্রা? মাগী মশক্লা চীংখৈ য়াম্না মানবদুদা নঙনা মসিমদি পামগদ্রা খন্দুনা ইমানা নঙবু অমুক্তংদি য়েংহনগে খন্দুনা থম্বনি।"

চীংখৈগী মশক য়াম্না মান্নি, প্রোফেসর অমগী মচানি হায়বদুদা হাইফেৎ য়েংনীংবগুমদি তৌই। প্রোফেসরগী মচানি হায়বদুদা নত্তে, চীংখৈগী মশক মান্নি হায়বদুদা য়েংনীংবগী ৱানি।

সনাতোম্বীনা নহান লুবাংশঙবম চৎলুবদা পুরকপা চীংখৈদগী লৌরকপা ফোটোদু তোমপোক্তা উৎলি। মাগী থম্মোয় ওনবা য়াগদ্রা হায়না হাইফেৎ খল্লম্বা তোমপোক্লা ফোটোদু পায়দুনা য়েংলুবা মতমদদি চীংখৈগী ফজরবা শকফমদু ফিজেৎ লৈতেংদুগা লোয়ননা উরুবদা মহাক মীৎফম হোংনীংদ্রে। মপান থোকগ্রবা মমাবু কৌরগা অশেংবদু খঙনীংলকই। মমাসু ভাব তারদুনা অমুক মচাগী মনাক্তা লাক্লে।

তোমপোক — "ইমা! সিদা য়াওরিবা মতাই থংবসি চীংখৈনি।"

"নঙদি করম্না খঙলিবা? ঐনা ঙসাইনা চীংখৈ মানবনি চীংখৈদি নত্তে হায়ব্রেদনা! মা প্রোফেসর অমগী মচানি, মপাদুগী মমিংদু গুলাপ কৌই। অদু, ফোটোদু চীংখৈ নৎত্রবসু ইচাবু মাগা লুহোংবদি য়াররো?"

ৱাহৈদু হেক হায়রুবদা তোমপোক্তু করিনোমা থনবগুম তৌরকই।

"করিগীনো ইমানা ঐঙোন্দা মীনম্বীরিবসিবো? চীংখৈবু কদাইৱাইদা লৈরবগে?"

"নঙবু ফোটোদা শেৎলিবা ফিজেৎ, শিরিবা সনাগী লৈতেং ময়ামদু উবদা নঙগী চীংখৈদুনা অদুগুম্বা ফিজেৎ-লৈতেং শেৎপা, শিবা ঙমগনি হায়না নীংব্রো?"

ৱাহংদুনা তোমপোকপু মমীত্তগী মপি তানা অমুক কপহনবীরে।

খল্লকই — "শক মান্নবদবু অশুক য়াম্না মান্নগদ্রনে?" খল্ল-খল্লগা ঙ্গান লাকই হায়নবগুম তোমপোক চীংখৈগী ফোটোদুদা চীংখৈগী ঙকশমদা শিরিবা সনাগী লীকশিংদু য়াম্না মুন্না য়েংই। লুহোংবগী শিরিবা অচৌবা, অপাকপা লীক্তুগা লোয়ননা মানা মতম অমদা চীংখৈগী ঙকশমদা মখুৎমক্লা শিবীখিবা লীক মরীদু উবগুম তৌরে। লীক্তুনা ফোটোদা য়াওরিবা মতাই থংবগী লৈশাবীদো চীংখৈনি হায়বগী প্রমান অমদি ফংলে।

মমাদা ওইনবা বাহৈনা হায়রকই — "ইমা! মহাকসি চীংখৈঙানবীনি, শোয়দ্রে, মহাক্কী ঙকশমদা ঐনা শিবীখিবা সনাগী লীক মরীসে শিবা উরে।"

"হা! নঙদি য়াম্না হৈনবু য়েংলুরেদা! কদায়নো?"

"তু! সিদা উরিবা লীক মরিসে" সিনি হায়রগা তাকই।

"হোয়নে, ওইরসনু!"

"করিনো ইমানা ওইরসনু হায়বীরিদুবো?"

"চীংখৈ ওইরম্মদি ফরে হায়বনি কৈদৌরগে?"

তোমপোক্তু পূক্লিংদা খবা নুংঙাইবগুম খঙনীংবনা মথুম-মরাঙ হৌরে।

সনাতোম্বী — "ফরে, অদুদি ইমা বা হায়গে, নঙ ঐনা চীংখৈগী অশেংবা লৈফম তাক্লবদি মাবু য়ুমসিদা পুরকপা ঙমগদ্রা?"

—"ইমা! মাবু কদায়দা লৈরবগে? তাকপিয়ু ইমা' ঐনা মাবু শোয়দনা মফমসিদা পুজরক্কে!"

"চীংখৈনা নৎত্রগা মাগী মপানা য়াদ্রবদি? মাদি কলেজ ওজা ওইবা অমদা লুহোংবীরনি হায়হৌরি। মানা ঐদি নখোয়গী কছারদা লৈনীংদে হায়রকপসু কনানা খঙনি?"

"ইমা! ঐনা মাবু থেংনবা মফমদগী শোয়দনা পুরকপা ঙমগনি। করিগুম্বা মানা য়াদবা মতাঙ থোক্লগনা ঐনা মাবু হাৎপা ফাওবা ঙমগনি।"

করেম্নবগুম — "হা-হা-হা" নোক্লগা — " নঙনা চীংখৈবু হাৎলগা নংঙোন্দা করি তোংজগদৌরিবা?"

"মাবু হাৎপা থাঙদুনা ঐসু ইতোমতা থিন্দুনা ঐখোয় অনী শিমিন্নরবদি মীরল্লেন্দা থুংনদ্রবসু লাইরল্লেন্দদি থুংনরনিদনা।"

"হায়হৈদে, অঙাওবা! ইমানা ইচাগী নতৌ য়েংনীংদুনা তৌবনি, চীংখৈ লৈরে।"

"কদায়দা"

"মণিপুরদা! লুৱাংশঙবমদা, মাদি য়াম্না নুংঙাইনা লৈহৌই।"

"হায়রিসিবু মাবু কনাগুম্বা নুপা অমদা...?"

"নত্তে, নত্তে, মা লুহোংদ্রি। ইমানা মাবু কছারদা পুরক্লগা কছার লমদম য়েংহনগে খন্দুনা নপাবুংগী অয়াবা লৌরগা মাবু উনবা চৎলুরে। মশানদি চৎচনীংলবসু মাবু য়োক্লিবা মমাদুগা মপাবুংগনা য়াদবদগী ইমানা মাবু পুরকপা ঙম্লকত্রে।"

"হায়রিসিবু মাবু কনানা য়োকখ্রবগে?"

"মা হৌজিক য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসর অমগী য়ুমদা ওজাদুগী মচা শক্লা লৈহৌই। ঐখোয়না হান্না খঙদবা ৱাফম অমসু লৈরম্লে; চীংখৈ হৌজিক লুৱাংশঙবমগী লিবরেল কলেজদা বী এ অহানবা তমদুনা লৈরম্লে। মাদি হান্নদগী তুৱেলফ পাশ তৌরগা মখা তমথবা ঙমদদুনা লৈবা ওইরম্লে।"

"ও! ঐসু খনখিবনি, মহাক লাইরিক হৈতবী অমা মান্দে হায়না! অদু, ইমা! ঐখোয়গী পাবুংদি করি হায়রিবগে?"

"নঙগী পাবুংদি চীংখৈনা ইয়ারপোর্টতা খুরুম্লকপদগী পুমতে তেখ্রবনি।"

"ইয়ারপোর্টতদি মাদি কমদৌনা লৈরম্লিবা।"

সনাতোম্বীনা ইয়ারপোর্টতা চীংখৈগা থেংনরকখিবগী ৱারী মপুংদু লোইনা লীরগা তাহম্লে।

চীংখৈগী মরিক-চুম্বা পাউদু তারুবদগী তোমপোক্লা চীংখৈবু উনীংবগী চাং হান্নদগী শরুক কয়া হেনগৎখ্রে। মা খাম্বা য়ারোইদৌরে। "ইমা! ঐ হয়েংমক ইম্ফাল থোক্লুগে। ঐ এরোপ্লেন টিকেৎ কক্লুরগে? ইমা পৈশা খরা পীয়ু।" অসি হায়রম্লগা খুদক্তা ফি হোংদোক্লগা এরোপ্লেন টিকেৎ ককপা চৎননবা মমাদগী পৈশা লৌরে।

মচাগী তহা-তহাবা মতৌদুদা মমানা — "হায়! ফিংগনু, তপ্না-তপ্না, খোঙ্গুল তানা থবক তৌকো!" হায়না লাওহৌই। টিকেৎ কক্লুবা হন্নক্লগা নুমিদাংদু খোঙ্গুল তানা মাগী থবক্কী মতাঙদু মপাবুংদসু তম্লে। চাক-ঈশিং চারগা হয়েংগী ৱাখল খল্লগা নুংঙাইনা তুমখ্রে।

মথংগী নুমিৎকী নুংথিল পূং ১.৩০ দা শিলচরদগী ইমফাল তম্না পাইরকপা এরোপ্লেন্দা তোংলক্লগা ইম্ফাল ইয়ারপোর্টতা থুংলে। থুংবগা কাকৈথেলগী মাগী মরুপ শান্তখোয়গী তানা ওটোরিক্সো তোংলগা লাকই। শান্তা লৈরমদুনা ম রুপকী য়ুমদা চঙলগা ঙাইঙমদনা মাগী মোটোর সাইকল তোংলগা লুবাংশঙবম তানা লাকই।

শোমদা ফিবিন রঞ্জিৎ উনবদা রঞ্জিত্তা চীংখৈনা তম্নুনু হায়বা বারীদু শাওবদগী লোইনা হায়দোক্লুরে। মদুদা রঞ্জিৎনা লৌশিং তৌরগা "চীংখৈনা মঙোন্দা নমদুনা লৈনবা হোৎনবদা রঞ্জিৎনা য়াবীদবদগী মা মতোমতা ইকায়জরকপদগী ওজা গুলাপকী য়ুমদা মীনাই ওইনা লৈখিবনি" হায়জিনবীরে। ফিবিন্না চীংখৈবু ওইনা চিংনরক্লে। ফিবিন্দা চীংখৈনা রঞ্জিৎ ফত্তবগী মরমদা পাউ তমখিবদু ফিবিন্না অমুক রঞ্জিত্তা তমথোক্লুবসিনা বোয়াইগী ইমুংদা ফত্তবা ওইররে। রঞ্জিৎনা বোয়াইবু অতোপ্পা মফম অমদা হোংখ্রো হায়রে। বোয়াই কোক অমুক ঙাওরে। করি মবমগীনো হায়বসু কোন্না মরম খঙজরক্কনি হায়।

শোমদা চীংখৈদি অরাবদু মানা থোকহনবনি হায়বা খঙদনা ঙসিসু জগোই শাবা চৎনবা লাঙবা হৌরে।

চীংখৈ ঙসিদি মমা'বেম্মসু য়াওনা জগোই শাগনি হায়রবনিনা থোইনা নুংঙাইরে। ঙসিসু চেংহি ময়ান থিরুদুনা ফুৎলগা মমা-মচা পুন্না লুজমিন্নে। য়াম্লবা শমদু নুংশাদা ফৌদোক্লগা কংহল্লি। চাক-ঈশিং চাবা তোক্লগা নুংথিলদু ঙাইহাক পোৎথারে। ঙসাই ঈরুজবদা তুম্লবা পোলাংখোক্তগী ফনেক্তু লৌশিনবা চৎপদা অবাংলোমদগী কাক জুরা অমখক বাংনা পাইরগা খোংলম্মী।

চীংখৈ ওম্থোক্লা নুংশিবা খোঞ্জেল ওইনা তারুরে। মচিন্দা খঙহৌদনা হায়রকখি — "সীতারাম-সীতারাম, অফবা পাউ ওইরম্মুকো।" অদুগী তুংদা হোরেন হল্লক্লগা থোংলগদবা য়েঞ্জাং মচল য়েংশিল্লম্মী। অসুন্না তৌরিঙৌদা পূং অনী তারম্লে। মমা'বেম্মা মেমথোইসু শম্বান্দোংকা হাপ্তুনা কেবা হৌরে। ঙসিসু ওজা গুলাপ্তি হান্না লাইবুংদা চৎখ্রে।

চীংখৈসু মায় মীৎ কেবা লোইরগা লীক-লৈ চিনবা লোইরে। শম্ফাবী ফারে, য়েৎ থংবা নাম্বদা নহানগা চপ মান্নবা গুলাপ অঙাঙবা পিকতক তৌবা অমা চিল্লি। তুংয়ানগী শমদসু লৈহাও অনী অদুম চিল্লি। লাইবক মপাদসু লৈহাও অমা অদুম চিল্লি। নহানগী ফিজোলদুমক শেৎলগা চৎনবা থৌরাং পুম্নোই লোইরে। লমথাং ফাওনা

উরিবা নিংঙোলগী মনীং তমজনীংবা অমুবা মচুগী ব্লাউজবু ইম্বোরক্লিবা পাখং কয়াগী মিতানফম ওইরিবা নিংঙোলগী মনি-মুক্তাগী কেকু লোৎফমদুসু মনিল লৈনা নীংথিজরে।

চীংখৈ মানা অদুক মতম চঙনা কেজরিবা পুম্নমক্কুগী মিংশেলদা তাবা মমিদু উরগা পাম্মুবা মাবু মিকুপ্পুদা নীংশিংলকই। "মানা অমুক্তং লাক্তুনা উররবদি কয়াদা নুংঙাইজগবা!"

কেবা লোইরগা কাদগী থোরক্কে। মমা'বেম্মসু কেবা লোইদুনা দারিদগী কুমথরগা মমা-মচা তুংথ-মাঙথ লাকমিন্নে। খোঙনা অসুম লাকপনা কোনা অমা লৈবা মপাদুদা থেক্লগা অমুক লাকই। মোটোর সাইকল অমা তুংলোমদগী থৌরকই। মমা-মচাদি লাইবুংগী মায়গৈ তম্না প্রপ-প্রপ চীংখৈনা মাঙ থারগা চৎপনি। লাইবুংদগী জগোই শাবগী ধন অমদি বেনগী মখোলসু তাবি।

মোটোর সাইকলদু মেমথোইগী মতুংদা খার্ম্মী। থৌরিবা নুপাদুনা — "ইমা! করিগুম্বা অমত্তা হংজগে?"

"করি ওইরবনো ইবুংঙো?"

"য়ুনিভর্সিটিগী প্রোফেসর গুলাপকী য়ুমসিবু কয়াম থাংলিবগে?"

চীংখৈ মখোয়গী পাবুংগী মিং হংবদুদা চৎপা লেপ্লগা নোম্থরগা তুংলোমগী ফনেক মপান কোনখৎলকপদু মখুৎনা পায়বগা শেম্মী। মানা নোম্থরকপদা য়াম্নবা নঙ্গনগী শমশিংদুসু হৌনরগা লোইনা নাকল অমদা জ্বাই লাউনা চাইথরকই। তুংদা চিপ্লিবা লৈহাও অনীদুসু নাকন্দা লৈথখ্রে। লুমাঙদগী লৈহাওদুদি মাঙলোমদা য়াম্থবি। অমুক মঙক্কে থাঙ্গৎলগা মখুৎনা নাকন্দা হাইথরকপা শমশিংদু য়ামনা হৈনা মতুংলোমদা ফৎ ইম্থোরকই।

চহী লেঙ্গা, মশুং মমাম্নবগী চহী মতাং হায়বসিমক্তবু করমকান্দা যেংনখিবনো খঙহৌদে। তোমপোক্সু চীংখৈনসু হাইফেৎ, হাইফেৎ উনবগুম তৌখ্রে। হাইফেৎ উবদগী তোমপোক্তি ওইরমাগ্রে, হায়দুনা মুন্না মমীৎ কুপ্তবমখৈ য়েংদুনা লৈরে। চীংখৈদি মশাদু খ্বাই লাওখিদুনা নিকপা, পাখৎপা অমা য়াওনা শকফম পূরা হঞ্জিনবগুম তৌরে। মখোঙ থাংলগা চৎপা ঙমগদববু মান্দ্রে।

"ইমা!" হায়রম্লগা মেমথোইগী মরুমদা ফমথখ্রে। মেমথোইনা অনীদুদা হংই — "ইবুংঙো! করি পাউগী ওইরবনো ঐঙোন্দা হায়রম্বা য়ারোইদ্রা?"

শান্তা — "ওজাগা অমুক্তা উনজনীংদুনা লাকচবনি।"

তোমপোক্তি মানা উনগে খন্না লাক্লিবা চীংখৈনা ঙসি লাই হরাউবগী জগোই শাগদবগী অশুক কেনা থোকচরকপা মতমদা উরুবসিদা হায়ফম-তৌফম খঙদনা নুংঙাইরে।

খঙহৌদনা গাড়ীদগী চোংথবগা — "চীংখৈ!" হায়না কৌরকই।

শান্তনা লাউরকই — "কনাদনো নঙনা কৌরিদুবু?"

"চীংখৈ লৈবে, অসিদা"

"কদায়?"

"অদৈসি।"

"হা। অসিরো?"

"মানি।" মখোয়না লেপ্পবিবদু হাইফেৎ লাপ্পরি।

তোমপোক্কী মকপ শান্তদি চীংখৈবু হান্না মশক খঙবা নত্তে। মাদি পুন্নমকসি মঙগুম তৌরে।

মেমথোইনা ঙকপগুম তৌদুনা লেপ্লগা ঙাইহাক লৈ। মেমথোইনা চীংখৈদা ওনশিন্নগা যেংলুবা মতমদদি চীংখৈদি লম্বী মতাইদা নীংগাংননা ফন্নগা রুমালনা মমীৎ অনী খুমজিন্নগা মশা পুম্বা হুমাংনা চোৎলগা লৈরম্লে। মহাক ক্কা চারুবগী কোক ঙাওবদুগা চপ মান্নবে।

মেমথোইনা হংই — "করি তৌরে? নঙবু নকোক ঙাওরব্রো?"

"করিসু তৌদে। ইমা'বেম্মা। মখোযনা হৌজিক হংখিবা পাবুংগী য়ুমদো অতে করিগীসু নত্তে, মখোয় ঐবু থিবা লাকপনি। মহাক অসিনি নহান লাক্লম্বা কচ্ছারগী ইমা'বেম্মা সনাতোম্বীনা হায়বম্বা মাগী মচানুপা হায়বদো।" য়াম্না শোম্বাংননা হায়বনি।

"অদু ওইবগা হয়েং অয়ুক লাক্লো হায়খ্রোদনা?"

"ইমা'বেম্মা। ঐদি হায়বা ঙমজরোই"

"করিগীনো নঙনা অদুক য়াম্না কিরুরিবো? ইমা হায়গে!"

"ইবুংঙো অনী। হয়েং অয়ুক ওইনা লাকও। ঙসিদি ইমাখোয় লাই হরাউবগী জগোই য়াওবা থোবক্লবনি। নখোয়না হংলিবা মীশক্তু ঐখোয়গী ইমুংগী মীনি।"

শান্তা — "যাম ফনি, ইমা! অদুদি নচাখোয় অমুক চৎচবগে?"

রাহৈদু হায়না-হায়না শান্তনা গাড়ী মমায লৈথোকই। তোমপোক্কি চৎনীংদনা লেপ্লগা চীংখৈবু য়েংলি। চীংখৈসু তোমপোক্না মাগী মমিং কৌবকপদুদা লবাই শম চপ য়ুংখ্রবনি। মানদি কৌনীংলবসু কৌবা ঙমদ্রে।

শোমদনা তোমপোকনা চৎশি হায়বা য়াদবদুদা শান্তনা তোমপোক্কী মখুৎ পাযবগা গাড়ী মনীংদা তোংখৎহল্লে। মানদি চীংখৈগা রারোল খরদি ভাঙ্ননীংবনি। অদুবু শান্তনা গাড়ী স্টার্ট তৌদুনা থৌদোরক্রবনিনা মাগী উপাই লৈত্রে।

চীংখৈসু অশোমদা রাখল ফুম্বংনখিবনা লম্বীদা চৎলি হাযবদা ঙাযরে, মশাদু তরঙ অমা ইচৎ-চৎলে। উচিন-নাচিন্না লাইবুংদি যৌবে। মাইবা, মাইবী, মৌ, লৈশাবী পুন্না লাইমাঙদা জগোই শাবা হৌবল্লে। নহান্দি অদুক থবায যাওনা জগোই শাবল্লগা ঙসিদি চীংখৈ জগোই শাবা থোক্কদবা কিবগুম তৌদুনা লৈবে। মেমথোইনা জগোই শাবা থোক্লো হায়। পূক্লিংদা তোমপোক্কী রাখলনা ওন্তুনা লৈবগা করম্না মীমাঙদা থোক্নুনা জগোই শাবা ঙমগনি। অসুম খল্লানবিঁঙদা তোমপোক্কি পাখং মযাম মৎও। লেপ্লগা চীংখৈনা লৈবা জগা অদোমদা য়েংদুনা হেক লৈবল্লে। নুংশিবা থিবগী মীৎয়েং হাযবসিমক্তবু মী লীশিং কয়া তিল্লবসু, নুংশিবা মানবু য়াওববদি হেক্লো উনবির্দনি। মসিদি মীওইবগী লাই হাক্তক্তগী চৎনবক্রর্বনি। মফমসিদসু নুংশিবা অনীগী মীৎয়েং অনীদু খঙহৌদনা মীৎচানখ্রে, নুংশিবা উববদি থৌনাসু হেক্তো লাকই। জগোই থোকপা ঙমদদুনা লৈরম্বা চীংখৈগী রাখলদা থৌনা লাক্লে। মানা লাইনীং ওইজবিবদি মানা কেজবদু তোমপোক্না পান্না য়েংবদুনি অদুগা তোমপোক্কী মমাঙদা জগোই শাজবদুনি। ঙসিদি মতম কুইনা ঙাইজবকপা তাঙ্গাদু ফংগদৌবে।

চীংখৈনা খল্লরুই — "ও! মাদি ঐবু উবদা চৎপা ঙমদদুনা অমুক হল্লক্রোইরে। ঐগী পূক্লিংনা মানা চৎখিবা মতমদা য়ানীংখিদবদু লাই অমনা মঙোন্দা হাযক্নবগুম মা অমুক হল্লক্রবা! হে নুংশিবা! নঙগী নগুনসিসু কল্লিদকো!"

চীংখৈগী রাখলদা অনৌবা নীংশিংবগী মমি অমসু তাবরে। মদুদি মানা ঙসাই য়ুমদা কেবা লোইরগা মিংশেল য়েংলিঙৈদা উখিবা মাগী শকফমদুবু তোমপোক্না লাক্লগা অমুক্তং উররবদি পেনখ্রনিদা খল্লখিবদুনি। হৌজিক্তি পাম্মুবা মাগী শকফমদু মাগী মীৎমাঙদা লেপ্লরে। পূক্লিং মথুম-মরাং হৌরক্লে। চীংখৈ জগোই শাবা থোরক্লে।

লাইমাঙদা চঙদুনা মখুৎ অনী লোন্নবগা খুকউ খুদক কুন্দুনা "ইবুধৌ, ইবেনধৌ, নশুনা ঙসি শাজগদৌরিবা জগোই খুৎথেক্তা অশোয়বা অমত্তা য়াওহনবীগনু। নশুনা লাঙ্গুদবমক্তা ওইরবদি পাম্মু কাদা থুংজগে, নুংশি মকাদা য়ৌজগে, পীনবীয়ুকো লাইনিংথৌ।"

লাই খুকম্বা লোইরগা মমান্নবী কেত্তুকিগী হেক মথংদা চঙলগা জগোই শাবা য়াংখ্রে। কোয়না অসুম শাকবগা তোমপোক্কা লেপ্লিবা মপাদু হেক য়ৌবগা জগোই খুৎথেক অমুক্তং লেপ্লগা হেক্কেমক য়েংলক্কনি। মাগী মীৎয়েংদুদা অদুম্না তৌরক্কদ্রা খন্না ঙাইজবম্বা তোমপোক্কী মীৎয়েংগা হেক্তা মীৎচানরুগনি। "মরিংনা শাবা শংবাই নাম্মা হাঙদে হায়নে" চাংখৈগা তোমপোক্কসিবু মরিংগী নাম্মা হাঙদবা শংবাই অনীদু ওইগদৌরিব্রা? তোমপোক্কা মথংগী রাউন্দ য়ৌবকপা অমুক ঙাইরকই। পাখং ময়াম মরক্তা খরা খরা লিংথশিল্লকপনা মমাঙ য়ৌবক্লে। পাখংশিংনা ঙাঙনবা "কনাগী মচানো, নাদা গুলাপ চিনবী তুংদসু লৈহাও অনী চিনবী, ফুবাৎ অমুবা লীৎপী, মশম ফবীসিগী মশকসি কযাদা ফজবিরা, জগোইনা হৈবিবা ওহোক্কা পামজখ্রেদা।"

তোমপোক্কী লুখম মপাদা চাংখৈনা তোমপোক্কী মপা য়ৌরকপগী জগোই খুৎথেক লেপ্লগা য়েংলিঙৈদুদা হুইশেল ফিৎ খোংঙকই। তোমপোক্কু খংপ্রেক হেক খংই "চাকইহে গুলাপ চিনবী।" তোমপোক্কী মতুংদগী লাওবকপনি। মদু তাবদা চীংখৈসু লোকফেৎ তৌজে। তোমপোক পাখৎপা হৌবকই, চীংখৈসে কনাগুম্বা অমগী ওইখ্রগদ্রা? মানা কন্না ঙাওজরিবদু শাগুদি করিমত্তা থৌশারুদনা খোঙনাং মখোঙদা মোটোব সাইকল মথক্তা ফম্লগা লৈ।

তোমপোক্কি মৈতৈ মচা ওইজববসু নোংমতা অসুম্না মৈতৈগী উমংলাই হরাউবগী মহাও খঙদ্রিবনি। ঙসি লুবাংশঙবমগী লাইবুংদা শাবিবা জগোই পরেং, ধনগী, বেনগী নুংশিবা মখোলদা শক্লিবা "হৈরাংগোইনিদা চানবা হৈনিদা, সিবু থোইনা হাউবা হৈদি চিন্দম্বা হৈনিদা" অমুক্তসু তাদ্রিবনি। নুংশিরবা মুাজিক্কী মবক্তুদা চিংখৈনা ফনেক মযেক্লাইবা থম্বাল লৈখোক মচুগী অমা শেৎ, অমুবা ব্লাউজ অমা লীৎ, লমথাং অমা ইন, খুত্তা খুজি, খুদোপ, নাদা নাইন, ঙক্তা লীক্লাং পরেং, শমদা রাঙ্গরানীগা লোইননা শমফাবী, তুংদা লৈহাও লৈরেন অনী, পুম্নমক্কু উবদা চীংখৈবু ঙসিমক থেমদুনা কছারদা পুরগে থম্লকই। মাগী নুংশিবদা অপাম-মিহৌবনা পিক থম্লকই। মাগী নুংশিবা কুইগদবা মাম্লকত্রে।

তোমপোক্না অদুক কল্পক-মিহৌনা য়েংজরম্বা জগোইদু লাইবৌরা থাবগী তাঙ্গা য়ৌরক্লুনা জগোই শাবগী পুংলোন, ধন, বেন মখোল পুম্নমক ঙাইহাক্কী ওইনা চপ লেপখ্রে। মী ময়ামসু কায়নরক্রে।

শান্তনা তোমপোকপু খিরকই। "ভায়! লোইরে, চৎলসি" হায়রকই। তোমপোক্তি হৌজিকসু চৎনীংদ্রি। অশোমদা চীংখৈ মমা-মচাসু য়ুমদা হন্নবা থোকপ্রে। ফিবিনসু চীংখৈগী জগোই য়েংবা য়াওরম্মী। মাসু চীংখৈগী মতুংদা ইন্নরগা চীংখৈবু — "নঙ জগোই য়াম্না হৈকো" হায়না থাগৎলি।

চীংখৈ ঙাইহাক্কী ওইনা থাগৎপগা চঙদ্রে। মাগী রাখল, পুক্কিং অনীমক্তা তোমপোক্তগী লাইনীং ওইখিবনা তুং, মাঙ, নাক, য়েং তোমপোক চৎখ্রবা, তুংদা লাক্লিব্রা হায়বসিতনি মানা য়েংলিবা। তোমপোকসু চীংখৈ থোকখিবা উবদগী শান্তগা গাড়ীদু ইন্নগা লাপ্তক্না চীংখৈনা চৎখিবা লম্বীদুদা লাকই। চীংখৈনসু মন্নি-মন্নিবদুদা লাপ্তক্না মখোয় অনী ইন্নরকই হায়বা খঙই। মেমথোইনদি থোইনা খঙলমগদবা মান্দে।

অসুম লেপ্তুনা লাকপনা ওজা গুলাপকী থোঙ্গাল মপা য়ৌরে। চীংখৈ থোঙ্গাল চঙলমদাইদা তুংলোমদা অমুক্তং য়েংলম্মী। লেপ্লগা ঙাইবা য়াবা মতাং নত্তবদুদা চীংখৈ মমা'বেম্মগী মতুং ইন্নগা গেট মনুংদা চঙখ্রে।

পাখং অনীদুসু গাড়ী ইন্নগা লাকপনা ওজা গুলাপকী থোঙ্গাল মপা য়ৌরে। ঙাইহাক লেপ্লগা করিগুম্বা চীংখৈদু ফি হোংবা লোইরগা শৎ লাওনা থোরকপসু য়াই খন্দুনা ঙাইরি। শান্তদি — "মীগী লৈকায়সিদা খঙনবসু য়াওদনা অরেম্বদা চোপ্লবনি চৎলসি" কন্না হায়রি। তোমপোক্তি চীংখৈ থোরক্লগদি ৱাহৈ অমত্তং ওইরবসু হায়বমগে খল্লি। মিনিট মঙারোম ঙাইবদা থোরকত্রবদুদদি শান্তনা মোটোর সাইকল স্টার্ট তৌরগা নীংবা কায়না হনখ্রে। মোটোর সাইকল মখোল তাবদুদা চীংখৈনা খল্লি — "ও! মখোয় হৌজিক্তা চৎখ্রিবোইরে।"

চীংখৈসু থোক্তি থোক্লিংলগা য়ৌবগা মমা'বেম্মনা "ফি-রোলসি অমুক্তা থুপমিন্নসি" হায়বদুদা ফি থুপমিন্নদুনা লৈবদগী থোকপা ঙমখিদ্রে।

তোমপোক অমদি শান্তা ৱাকৈথেলগী শান্তখোয়গী য়ুম য়ৌরক্লে। নুমিদাংগী চাক চাবা তোত্রব্বা ফাওবদা তোমপোক্তু চীংখৈগী মনাক্তা চৎনীংবা কোকপা ঙমদ্রে। চীংখৈবু উরবা ফাওবদা ৱাহৈ অমত্তা কাওথোকপা ঙমহৌদবদুনা মাবু হেন্না চাকহল্লে। মহাক মশাবু য়াম্না পাঙদবা মীশক অমনি হায়না মতোমতা খঞ্জে। শান্তদি মরুপ

ওইবগী মরুপ্পা হায়বা ইন্দুনা লাকমিন্নবগী বানি। মাদি নুংশিগী মৈচাক্তি অমুক্তা থেংনবক্তবনা শুকখঙ খঙজিনবনি। তোমপোক্না নুংদা চাক্লিবদুদি মাদি করিমত্তা খঙদবগুম তৌরি। তোমপোক্তি মতম অমদা মানা অহানবা চীংখৈগা থেংনখিবা মতমদদি য়ান্না তোন্নবী অমগী মওংদনি। মদুদগী উনরক্তবদুনা ঙসি লুবাংশঙবমগী ইবুধৌ অশৈ নিংথৌগী লাইবুংদা অরু-অপানগী ফিজেৎ শেৎলগা থেক্না-থেক, নৌগা নৌ শাখিবা মাগী জগোইদু য়েংলক্রগা বাহৈ অমত্তা হায়রমদনা হন্নকপসিনা মাবু অঙাওবগা পাংখক ওইহল্লে।

অহীংদা শান্তদা হায — "ভায় ! লুবাংশঙবম তানা অমুক্তংগা চৎলুখিসি। ঐ চীংখৈদা শুপ্পগী বাহৈ অমখক্তা হায়রমগে?"

শান্তা — "মতম অসুক য়ান্না ফৎত্রবা কানসিদা ঐখোয় অনী মন্ত্রি পুখ্রিগী অদুরাইদা সিফাইনা ফাববদি হিংলোই, তোক্লসি। হয়েং অয়ুক ঙন্তানা চৎলসি।"

— "ভায় ! ঐনা নঙ ওইবন্নবদি শোযদনা যাবমগনি, নঙনা ঐগী অৱাবসিমদি খঙবীদে।"

— "অদুগী বা নত্তে হায়বনি। মতমসি য়ান্না ফত্তবেদুদা হায়বনি। ইমাগা বাবাগনসু কদায়দনো শোযদনা হংলক্কনি।"

"মরুপ ! নঙনদি মুন্না য়েংলক্তবা, মানা ঙসাই শেৎখিবা ফনেক ময়েক নাইবা, ইনখিবা লমথাং, লাইবক্কী চন্দোল, য়ান্নবা অমদি মুববা শন্নাং, শন্নাংদুগী লুতুংদা য়াম্বিরিবা লৈহাও অনী, পুন্নমক্তু মানা নোম্ববকপদা উথিবনি। খঙহৌদনা য়ান্নবা শন্নাংদুনা পাক্লবা মাগী নঙ্গন্দা চাইথরকপা, মানা ঐবু উবা মতমদা তৌফম খঙদদুনা লৈমায়দা মমাগী মকমদা হুমাং কাংদুনা ফমথখিবা কয়াদুনা ঐবু মানা মনাক্তা থুনা লাকউ হৌজিকমক উনসি হায়না কৌবগুম তাবক্লে।"

— "অস, ভায় ! নঙসিদি তশেংনা চীংখৈগী বাখলদা ঙাওবগা চপ মান্নরেদনা !"

— "চুম্মী ভায় ! ঐ তশেংনা মাগী বাখলদা ঙাওববনি। ঐ নংঙোন্দা ঐ ইশানা ঙাওরে হায়বদা ইকায়দ্রে। চীংখৈনা জগোই শারিঙৈদা ঐনা লৈবা মপাদু য়ৌরকপদা জগোই খুৎথেক লেপ্পগা ঐঙোন্দা য়েংলগা নোক্লকখিবদু নঙ উহৌদব্রা? মতমদুদা মানা ঐঙোন্দা হংনীংলমগদবু ঐ খঙই — তামো ! নঙ ঙসি থোক্লকপা নৎত্রা?" তোমপোক্না হায়রিবা ময়ামদু শান্তনা তারিব্রা নৎত্রগা তাদব্রা খঙদে।

অশোমদা চীংখৈঙানবীসু তরঙ অমা ইচৎ-চৎলে। মা চাক থোংলি ইমুংগী থবক শুরি হায়বতা ঙাইরে, জ্ঞানদি অমত্তা তাদ্রে। মানা খল্লি — "অহীংসিদা তামো তোমপোক্তু ফৎ লাক্লগা ঐবু থোঙনাওদগী কৌথোক্লরবদি?"

অসি খন্দুনা থেংলবা অহীংসিদা মী লাই অমত্তা কিদনা ইমুংদগী মপান থোরক্লে। তরঙ অমদা অসুম থোকখিদুনা থোঙ্গাল ফাওবা য়ৌরুরে। অদুবু তোমপোক্তি মরুপ শান্তনা মখোঙদা থৌরী থুবগুম থমখিবনা লাকখিদ্রে। তশেংবসু শান্তনা তোমপোক্লা হায়বা য়ারমদুনা মফমসিদা লাক্লম্লবদি মখোয় অনী শোয়দনা উনরমগনি। মখোয় অনীগী অহীংগী পুং ১১ দা হেক্তা হৌরকপা লায়না অমমম লৈবনি।

অশোমদা তোমপোক্লা শান্তদা চৎশি কন্না হায়বম্বদুসু পুং ১১ তারমদাইদনি। নুংশিবা লৈহৌবা মফমদা থরায় লৈহৌবগুম তৌদুনা চৎচনীংবনি। তোমপোক পুং ১১ গী মতুংদগীদি শান্তদা লুবাংশঙবমদা চৎশি হায়খিদ্রে। শোমদা চীংখৈসু পাম্মুবা মানা লাকত্রবদুদা তোমপোক্লা নুংশিনা শিবীখিবা সনা মরীদু পায়রগা মচিন্দা নুংশিনা চুপ্লি। তশেংবমকসু লীক্তুনা মাবু ভূস্বা য়াহন্দবনি। মাঙ্গোলগী ডারিদা মখোঙ অনী য়াম্লরগা ফৎ-ফৎ নোমদুনা অঙাং মচাগুম নোং মরক্তা শিৎ-শিৎ লীক্তুনা লম্বী থিবগুম পাইদুনা চৎলিবা অঙৌবা থাজবু খোয়দানা য়েংজরম্বীদো পাম্মুবা মানা লাকপগী পুংফম হেন্দোকখ্রবদা লাক্লরোই খল্লমাম্লে. তপ্না হৌগৎলগা ইমুং চঙল্লে।

## তরাশুবা

এম এল এ, মন্ত্রি ওইবক্রবা মী হাযবসিমক্তবু অচুম্বা, মহৌশা ঐখোযনা কৈবোয-লৈকাযদা ভায বোঙ্ক হাযনা কৌনদুনা হোটেল অমদা চঙদুনা চা থকমিন্নবা, লম্বীদা খুদাং পাযদুনা ফাবগা মিনিট অমত্তা ৱাবী শাখিসি হাযকনচিংবদু পূন্নমক অমত্তা যাবৰোই। মখোযগী ভেঙানবা শৌবজ্রগৎ অমদা লৈবগুম ৱাখলগী থাকসু যামনা হেন্না ৱাংখৎখ্রবনি। মসি খঙনা মখোযগী মতুং ইন্দুনা চত্তবা মীদি মখোযগা তিন্নবা ৱাগনি। মাগী থাক হান্না খুমিৎ খুদাংদগী হৌবকপা ওইখ্রবসু ঙসিদি অদুম্না খল্লুবা যাবৰোই। ঐগা লম্বা যাগদ্রা হাযবক্রগনি। নোংমদোন্দগী থাদবকপা ফম অমা মাগী ওইজবো তম্লকপগুম, মীযাম্না ভোৎ পীবগা কাহল্লকপনি হাযবকাসি পূন্নমক ঙন্না কাউনখ্রবনি। মিংগৌসু হান্নগী পূন্নমক ওস্থেক্রগা সাব, পাবুং, তাইবুংঙো, কাকা, সাহেব, মেমসাহেব, ইচেম্মা ওইখ্রগনি। তাদা, মাম্মা, খুবা, ইচে, ইন্দোনগী ৱাদি অমুক হন্না শীজিন্নব্বা যাবরোই। অদুগী মথক্তা মতম মতমগী কান্নগদবা খজিক্তং উবদা মশাগী ওইজনামগী ৱাখলসু হেন্না পাকথোক-চাউথোবকই। অদুননি মখোযনা লমলেম অমত্তা উবা যাদ্রিবা, থবক অহাঙবা, দুকান প্লোট অহাঙবা, পোর্টফোলিও মুন্নবগী, মন্ত্রি ফম ফংহৌদবগী তোযনা খৎনবিবা।

জিবিবামদগী কাবকপা মন্ত্রি খোগেনসু অদুগুম্বা শৌবজগৎ অমদা চঙলগা লৈখিবনা মশাগী ওইজনাম হেন্না উবকখি। তোমপোকপু এ ই গী ফম অমা থিন্দোকপিবগা মচানুপী মোনিকা পীগে খল্লম্বদু বামধন্না কহাবদা অমুক হনখিবা তাবকপনা তোমপোক্তা মচা পীনীংলকখিদবগী মবম্নি। এ ই গী ফম পীকবগা মাগী তোংজবা অমত্তা লৈবরোই খল্লকপদগী অনৌবা থৌবাং ফজবা অমা শীল্লগা এগ্রিকলচর ডাইবেক্তব ইবোচৌবগী মচানুপা মনিকান্তদা এ ই গী ফম হাপ্লগা মচা মোনিকাবু মনিকান্তদা থাজখিবনি। ঙসিগী মনিপুরদা মন্ত্রিগী মচানুপী পাম্লোইদবা মী খবা তাঙনা থোক্কনি। অদুমক্লা জিবি খোগেনগী মচানুপী থাজবদসু যাম্না লাযনা থোকখ্রিবদুনি।

অমরোমদা তোমপোক্পা পঙহৌবা হাযগদ্রা, নুংশিবদা ওখ্মাস শুপখিবা হাযগদ্রা, চীংখৈগী রাখলদা ঙাওজক্লবগী মহযনা মন্ত্রিগী মচাসু লৌবা ফংখিদ্রে এ ই গী ফমসু ফংহৌদ্রে। মীনদি কযাদা পঙখ্রবনো শোযদনা হাযনবমর্গনি। তোমপোক খোগেন মন্ত্রিগী মচা মোনিকাবু পামদ্রবসু এ ই গী থবক্তি পাম্বগুম তৌখি। অদুবু অনীমক পুন্না ফংবা নৎত্রবদি পীবা ঙম্বা মপুগী খুত্তা অনীমক চেৎনা পাযখিবনা তোমপোক্পা এ ইগী ফম ফংখিদবনি। হৌজিক্তি চহী মঙাগী মতম অমুক লোইশিল্লক্রে। ভোৎ অমুক লাক্রগনি। মখা কবি লাকপা যেংখিবা তাবি।

তোমপোক শান্তদা নোংঙানগদৌবে হৈগৎলো মোটোব সাইকল থৌদোকউরো লুরাংশঙবম চৎসি হাযনা হন্না-হন্না হৌদোকই। শান্তনা মী অমত্তা হৈগৎলমখিবোই হাযনা ফন্না কন্না হাযজে অদুবু তোমপোক্পা যাবা কৌবা লৈখিদ্রে। তোমপোক্পা খঙ্গবদি ঙসিমক চীংখৈঙানবীবু কচ্ছাবদা পুদুনা চৎলগা মমাদা রাশক্রস্বদু ঙম্মে হাযনা উৎকে অসিনি।

মানা ঙবাং পুবকপা ইযাববেগতু লেংবান্দা যানশিল্লগা শান্তা ঙাইদুনা চৌক্রিদা ফমদুনা লৈবে। খুদাংগী ঘডীদা হন্না হন্না যেংই।

মাগী চক্রিদগী শান্তদু ভূম্বা হৌগৎলে। মমায মমীৎ কাবক-কাবক তাবগা মফি মরোল হোংদোক্লগা মাগী মোটোর সাইকলদু ঈল্লগা অহীংদুদা থোবক্রে। শান্তনা থৌবগা তোমপোক্পা মনীংদা তোংই

তোমপোক্পা — "ভায। চীংখৈনা যাব যাদবা ঐ মাধু পুবগা নঙগী গাডীসিদা ঐখোয অহুম তোংলগা শগোলবন্দগী জিবি পার্কিং তানা থিনবীবম্মু। মফমদুদা খাল্লম্বা জিবি চেনবা টাটা শুমো অমদা হেক্ত যাওখিগে? অদু নঙ খবা হৈনদি ঐবু ঙাইযুকো। গাডীসি খবা কল্লা থৌ থেংখ্রে।" শান্তনা গাডীদু খকা হেক্লা কল্লা থৌগৎলকই। লুরাংশঙবম মপা যৌদুনা চঙফমগী লম্বীদুদা মমায লৈবগা থৌজিল্লকই।

অসোমদা লুরাংশঙবমদা ঙবাং মখোয় অনী লোয়্না রা তান্নখিবা লৈবগুম চীংখৈঙানবীসু অহীংদু ভূম্বা যাদনা পুং অহুমগী অদুরাইদগী হৌগত্তুনা মচিন মযা শেংবা লোইবগা মাঙ্গোলদা লেপ্পগা থোঙ্গাল্লোমদা যেংই।

অমুকসু খল্লকই — "হোবেন নোংঙাল্লগা মনাও থোইনুগী মনাক্তা চৎলগা তোমপোক লাক্রম্বগী পাউদু তল্লুসিবা?"

জগৎ সংসারসিদা নুংশিবগীদমক তৌবা গুমদবা অমত্তা লৈতে হাযনৈ। চীংখৈসু বাখল অমদা ঙাওদুনা পুং অহুম মখাযগী অদুবাইদা গুমাঙদগী থোঙ্গাল তানা হঙ্গৎ-হন্দা চত্নুনা অঙাওবীগুম নোং ঙানখোবকপা ঙাইবি।

তোমপোক্কা শাস্তগা তোংলকপা মাটোব সাইকলদুনা গুলাপকী থোঙ্গালদা মখোল চপ লেপখিবদুদা চীংখৈ তোমপোক যৌবক্রে হাযবগী বাখলদা অমম্দদা খাদাল ভম্না চেনখোবকই। চীংখৈ তোমপোক্কী বাখলনা মাঙ থাকদুনা থোঙ্গালগী গেত্তু তাপ পাযবগা হাংদোক্কে খন্দুনা বোল্টু টিংবা হৌবকপদা চিংনবা অমা ফাওবকই।

"কবিগুম্বা মহাক ওইবমদদুনা অতে অতোপ্পা অমা ওইবন্নবদি ঐ কবি ওইগনি? সাতাসু দমা অচৌবা অমা ওখিকো" অসি খল্লদুনা বোল্ট পাযবম্বা খুৎতু থাদোক্রে। চীংখৈনা গেট ফাওবা খোবক্রগা গেট হাংদোক্কে তৌবম্বদু মপান্দগী তোমপোক্কা খঙহৌরে।

মাগী চিংনবা মতৌদু মপান্দগী তোমপোক্সু খঙলদুনা কৌবকই, — 'চীংখৈঙানবী' ঐনে, তোমপোক' নঙগী ইরোইশেনবগী অদুগী গুলাপ মখোঙগী পুং ১১ গী তোমপোক "বাইদু তাববা তুংদা চীংখৈ অশেংবদু খঙলদুনা থোঙ্গালদু হাংদোবক্রে।

তোমপোক গেট মনুংদা চঙলক্রে শাস্তদি গাডীদা ঙাবগা মপান্দা লৈহৌবি।

মতাংসিদা নুংশিবগী প্রেমগী ঈথক ইপোমদি থম্মোয অনীদা সমুদ্রগী জ্বাব কাবগুম বাংখৎলকই। বা ঙাওবদা মখোল নিক্রকই। অদুবু তোমপোক্কী থেমজিনবা হৈবা বাংলবা বাখল অমনা মগী থম্মোযবু ফাথজদুনা নুংশিবগী লৈনাদা মখুৎনা শোক্কনা বাহৈ অমখক ফোঙদোবকই — "চীংখৈ' ঐ নঙবু লৌবা লাক্রবনি, নঙ মিকুপ অমগী মনুংদা যাম্না থুনা বাবেপ লৌবো। ঐখোয অনী হৌজিকমক কছাব চৎলসি।"

চীংখৈ কবি খুমগদবনো খঙ্গানবিঙেদা তোমপোক্কা অমুক হন্না হংজিল্লকই - - 'নঙনা ঐনা হাযবসিদা যাদবা তাববদি মফমসিমক্তদা ঐখোয অনীগী সিমিত্রি অমা পুম্না শেম্নুবগে খন্না ঐ মফমসিদা নোং ঙানবা ঙাইবা ঙমদনা যৌবক্রসনি। ঐনা হাযবসিদা নঙনা থাজদবা অমুক তৌবগনু ঐ অহীং চুপ্পা তুমদনা নঙগী বাখলতমক খন্দুনা লেনখিবনি। নোং ঙানখোবকপা থোক্রবদি ঐগী অনীংবসে ওন্নখিবসু যাই। সে' নঙ হাযবো।"

চীংখৈ করিমত্তা খুন্নমদনা ইমুংদা চঙগে তৌই, তোমপোক্লা চীংখৈগী খুদাংদা ফারগা — "চীংখৈ! নঙ ঐগী বাসিদা য়ারবা নৎত্রা?"

উপাই লৈজদ্রবী চীংখৈদো "হোয়" হায়রম্লগা য়াম্না থুনা ইমুংলোমদা চঙখ্রে। মাগী কাদা চঙলগা চে, কলম লৌথোক্লগা য়াম্না থুনা চিঠি অমা ইরে।

পাবুং অমদি ইমা'বেম্মা নচাবু ঙাকপিয়ু! নচানা ইমা'বেম্মা অমদি পাবুং অনীগী সেবা মতোল লোম্না তৌজবা ঙম্নমদ্রে। নিংঙোলগী মপোক্তা পোক্লুবনা পাম্মুবা মাগী য়াথং ইন্দুনা চীংলোন মাপল লান্না চৎচবা তাবে, কছাব লৈবাক্তা। ঐগী বাবা অমদি ইমাতোনগী মফমদসু পূকমেন-পাওমেন্নবা ঙম্নমদ্রে হায়না তশ্বীয়ু। চিঠিসি নচাগী পিরাংগা লোইন্না ইজরম্বনি।

নহাক্কী নচানুপী চীংখৈঙানবী।

চিঠিদু টেবল মথক্তা কলমদুনা নম্লগা থনম্লে। মানা শিবম্বা মমল য়াম্বা সনাগী খুজি, খুদোপ, লৈ, নেক্লেস, ঙরাং লাই হবাউবদা শিকবা যাওনা লোইনা লৌথোক্লগা মফম চানা থম্নম্লে। মাগী হান্না যাওজবকপা খরদু শিজিন্লে। ফনেক অমনবা অমগা ফি-মচা -মশু খবগা খাউ অমদা হাপচিল্লগা খুৎলৈ থুনা ইমুংগী লাই খুরুম্নম্লগা চীংখৈ নাশোন পিক্লা ইমুংদগী মপাল থোরক্লে।

তোমপোক্কা শাস্তগা মিনিট তরামুক্কী মতম ঙাইবদু পুং তবা ঙাইবগুম বাখি। অদুবু চীংখৈনা মানা লৈরম্বা য়ুমগী তুলসিবুংদা লাইবক কৎলগা খুরুমজবদু উবদা তোমপোক্লা পূক্কিংদা চীংখৈবু অমুক্কা হেন্না নুংশিখি।

তোমপোক্লা হাযবা ইন্দুনা নোংমতা মী অমগী গাড়ী মনীংদা তোংজরকত্রিবা চীংখৈবু মখোয় অনীগী মতুংদা ফৈন্না ফমহল্লগা শাস্তনা মোটোর সাইকলদু থৌরগা লাকই। অসুম লাকপনা শগোলবন্দগী জিরি পার্কিং য়ৌরক্লে। অমুক্কী পুং মরিরোম তারে। মী হৌনবা হৌরক্লে। বার্কিং চৎপনা থক্লবা চা লোনবা, 'ংল হৌবা হোটেলদি থোঙ হাংনবা হৌদুনা চা থক্লবা য়াওরে।

মখোয় অহুমসু হোটেল অমদা চা কপ অমমম থকখিসি হায়না চঙলকই। চীংখৈদি ফম্বদনি চাদি থক্তে। মখোয়না চা থক্লিঙৈদা টাটা শুমো অমা মী খরা তোংলগা লাকই। জিরি চৎকদবা পার্কিংদা খাম্মী। তোমপোক্লা মী অনীখক্তা য়াওজগে হায়বদা য়ানি হায়রকপদুদা মখোয়গী পোৎ থাঙ্গৎলে। মী মথং-মথং কাখৎনবক্লুনা মী শুরে চৎলসি হায়রে। ড্রাইভরনা গাড়ী স্টার্ট তৌরে।

তোমপোক চৎলমদাই য়ৌরবদা মরুপ শান্তগা নুংশিনা কোন্নে। শান্তনা চীংখৈগীদমক গ্লুকোজ পেকেৎ অমগা মিনরেল ৱাটর বোটটল অমগা লৈরুরগা পীররে। মাগী মনিবেগ হাংদোক্রুগা লুপা চামঙা চৎপী অমা লৌথোক্রুগা চীংখৈদা লম্বীদা করিনো লৈরগা চাখো হায়না পী। চীংখৈ লৌদ্রবদি ইকায়খিগনি খনবদগী হরাউ-হরাউ মবুং অমনা মচল অমদা নুংশিনা কায়নরমদাইদা পীবনি খল্লগা লৌই।

শান্তসু চীংখৈনা মাগী ম রুপ তোমপোক্লা হায়বা ইন্দুনা কছার তানা চৎলসি হায়বদা হরাউ-হরাউ য়ারকখিবা মতৌদুদা তশেংনা নুংশিরুরে। মানা পৈশাদু পীবা মতমদা মাসু মী কৌবন্নিনা মীৎলুদগী পিবাং ঈহৌরকখি। চীংখৈসু মমীত্তগী পি থিংবা ঙমখিদে। গাড়ীদু থাবা হৌরে। শান্তা মখুৎ হাইর-হাইরদুনা বিদাই তৌরগা লৈহৌরে। ঙাইহাক্কী মনুংদা টাটা শুমোদু অসুম লাপথোকখ্রে।

শান্তনা তোমপোক অমদি চীংখৈ চৎখ্রবা তুংদা মখোয় অনীগী অমনা অমবু নীংনবগী মতৌদুদা অঙকপা পোকখি। ঙরাং তোমপোক্লা মখোয়গীদা থুংলবদগী মাগা লোয়ননা চীংখৈ উনবা চৎখি। অদুবু মমানা হয়েং অয়ুক লাকউ হায়রকপদগী হন্নকখি। লম্বীদা তোমপোক্লা অমুক য়াদদুনা লাই হৱাউফমদা চৎমিন্নখি। লাই হৱাউবগী চীংখৈনা শাবা জগোই য়েংলগা মখোয় অনী পুন্না হনমিন্নরকখি। মখোয় অনী পাউ অমত্তা ফাওদোক্লখিবসু লৈতে। অদুগা করম্না পুং অহুমদা য়াহৌরগা লুৱাংশঙবম চৎসি হায়দুনা চৎলুবা মতমদা চীংখৈসু অহীং হৌগৎলগা তোমপোকপু ঙাইরম্লিবা? মানা নুমিদাং পুং ১১ দা চৎসি হায়বা মতমদুদা চৎলম্নবসু চীংখৈনা মাবু শোয়দনা ঙাইরমগনি। মখোয় অনীগী অমনা অমবু নীংনবগী থাকসিসু ওন্থোক্লা ৱাংখ্রেদা। মখোয় অনী থুংনজদুনা মতম শাংনা পুনসিবা ওইসনু।" ৱাখল খন্না-খন্না ময়ুম য়ৌরে। ময়ুম য়ৌবগা তুমসিৎ ফাদবগী অমুক হন্না তুমথখ্রে।

লুৱাংশঙবমদা নোংঙাল্লকপদা গুলাপকী য়ুমদা মেমথোইনা য়াহৌরকপদা য়ুমদু থোঙ লোল্লমদে, থোঙ্গালসু হাংদোক্রুম্মী। চীংখৈদুবু বোয়াইগী মনাক্তগা চৎখিবজাৎলা হায়না চিংনরকই। থোঙ্গাল য়ৌকরগা অমুক হঞ্জিল্লক্রুগা মাগী কাদা য়েংলুবদা চীংখৈদি লৈরমদনা টেবল মথক্তা চে অমদা কলম্না নল্লগা থম্লিবদো করিনো হায়না য়েংই। চীংখৈনা ইরম্বা চিঠি ওইরম্লে। মিকুপ অমগী তুংদা চীংখৈ চেনখ্রে হায়বা খঙলে। ঙরাং লম্বীদা থেংনবা মখোযগী য়ুম হংলম্বা নুপামচা কছারদগী হান্না ইরোইশেনবদা লৈরম্মী হায়বদুদা চেনখ্রে হায়বসি চিঠিগী মরোলদুনা ময়েক শেংহল্লে।

মপুরোইবা ওজা গুলাপ্পা চিঠিদু পুথোক্লুনা উৎলবে। গুলাপ্পা চিঠিদু পাক্বদ পূক্লিংদা চীংখৈবু নুংশিবা ফাওরকই।

মেমথোইদি নুপী ওইবীগী পূকচেল হাযগদ্রা চীংখৈবু হাইফেৎ চিংনবগুম তৌরকই। মরমদি মঙোন্দা লাই হরাউবগী সনাগী লৈতেং ময়াম অমা শিহনখিবদুদা সনাশিংদু অহানবা য়েংবদা অদুরাইদা অমত্তা হেক লৈবা উদ্রে। মপুরোইবা গুলাপ্পা থোরক্লগা হায়রে "মোই পাবুং ঐদি মাঙজরেদনা, মানা লাই হরাউবদা শিবা সনা ময়ামদো লোইনা পুথ্রে।"

"অমুক্তা মুন্না যেংখোদা। ইচা চীংখৈদু লাইববা ইমুংদগী হৌবক্লবসু অদুগুম্বগী পূকচেল অমুক্তা উখিদেদা মমা।"

মেমথোই অমুক চঙলক্লগা উপু হাংদোক্লুনা যেংলুবদা সনা হাপ্পবা বোক্স মনুংদা মখোয়না থোনবীবা খুদোপ, খুজি অমত্তা বাত্তনা লৌথোক্লগা থনম্মী। মচানুপী বীনানা লৈবীরকপা চরীক পরেংদু ফাওবা পুখিদে।

অমুক হন্না থোরক্লগা — "ঐনা মায় থকপদগী ইচাবু লান্না লৌকবে, মোই পাবুংনা হায়বা চুম্লম্লে, মখুত্তা শিহনবা খুদোপ, খুজি, সনাগী লৈতেং অমত্তা পুদনা লৌথোক্লগা থনম্মী। ঐদি মাগী থম্মোযনা অদু য়ৌনা শেংলমগনি হাযবদি খনবু খল্লুদে।"

"অদুক বাংখ্রবা ইচাগী থম্মোযদুদা নঙনা মকহনগে খল্লুবিবদু পাপকী মশক্লি।"

তাক্তবা তমদবা য়াদবনিনা কুম্লগী য়ুমদা মেমথোই লাক্লুনা বোযাই অমদি তোনদোন উনবরে।

বোয়াইদি ঙবাং যুম্বুগী মচানুপা বক্তিংনা য়ুম থাদোক্লো হায়রম্বদগী বাখল নুংঙাইতনা লৈরিঙৈদা মচা চেনখিবগী পাউদুগা অনী পাবদুদা ঙাইহাক্তং উংদুনা লৈ। কুম্লনবুদি মবা লৌ য়াপোৎ নত্তে, ঐগী ইচা নুপাসি য়ান্না ওকত্রে। মা নুপীদা ঙাওবদগী মশাদু আইচ আই ভি বু পক্লম্লগদ্রা চিংনরবনি হায়না তমখিবনি। কুঞ্জরানীসু মচা অনীমক পুরগা মপাম চৎখিবা থা অহুম্লোম ফারক্লবনি। থোইনুদি মচেনা তোমপোক্তা চেনখ্রে তাবদা পূক্লিংদা মচে কায়নবগী নুংঙাইতবা খরা ফাওজরগসু মচেগী অপাম্বদুমদি থুংজখ্রে খল্লি। অদুক বানা নুংশি মৈশা লাংজরক্লবা শানী-শানৌ অনীনা নুংশি বাইথুংনজখিবদা করিগী নুজা ওইবী অমনসু হবাউরোইদগে? মাসু মতম চুম্লদা

মচেগীদমক বাজখিবনি। অদুবু মচেনা লাপ্পবা কচ্ছার লমদম য়ৌখিবসিমদি মাসু খরদি নুংঙাইতে।

বোয়াই নহান তোমপোক্কী মমা সনাতোম্বী লাক্লম্বদগী হৌরগা মেমথোইনা বারী মথং-মথং লীথরকপদা মচানুপীগী অশেংবা বারীগী হৌরকফম খঙবনিনা ভাব তাবদা লুনা থোকত্রে। অমুকসু খল্লকই — "তোমপোকপু পোকপা রামধন্না পূকচেল য়াম্না ফজরম্লবদি অমসু-অমসু কায়নরমদনা ইরোইশেনবগী চাউরবা, তম্বা থোকত্রবা ইংখোলদুদা পৃঙ্গি চুপ্পা খুয়া তুশিংনা লৈমিন্নবম্বা য়ারম্বনি।"

বোয়াইনা মেমথোইদা হায়রকই — "মেমসাহেব! ঐনা মপা অমা ওইজে হায়বদনি, হৌজিক্তি মেমসাহেবকা ঐখোয়গী ওজাগনা অসিনা ফগনি হায়বদু তান্নরগা খন্নবা হায়বদুনি। ঐদি নুপা মচাদুগী মপাদুগী বাঙাওদুগী হায়রুরগদি মখোয়দা ইচা থাজনীংদে। য়ারবদি থাইদোক্লরগা ইবুংঙো তোম্বীমচানবু য়ারবদি মঙোন্দা লুহোংবীবনা ফগদ্রা খল্লি। অদুবু ঐ লাক্লগা ওজাদা হঙ্গৎচরগে। অদুগা বাফম অমনা ঐগী ইচাদো মমা ওন্না লৈখিদবদগী ঐনসু খরা কেথোক্লা য়োক্লকপনা ওম্বোক্লা মনীং তম্মনখ্রে। মাগী হাক্তেক্তা বাথোক ওইবসি য়াম্মল্লে। মানা মেমসাহেব অমদি ওজা অনীগী মায় কনিমত্তা য়েংদবমখৈ তুমিন্না তক্লমদনা চেনখ্রিবনি। মীনাই মচা হায়বসিদি মেমসাহেব! অসুম্না হম্বা থাক্লো. মখোয় তিন্নবদা চোপ্পা খরদি অদুম মনংই। ঐ করি হায়গদবনো খঙজদ্রে। মেমসাহেব! মানা চেনখিবদা মেমসাহেবখোয়গী মমল য়াম্বা পোৎকাদি চেন্নখিদেকো!"

"পুদে, পুদে! মাদি অদুগুম্বা ইচা নত্তে। ঐনা পোক্তে হায়বগী বানি, মানা চহী অমবোম ঐখোয়গীদা লৈমিন্নরকপসিদা নোংমতা ইমুংদুগী মাঙনবা করিমত্তা তৌরমদে। ঐনা য়াম্না নীংঙমদ্রিবদি মানা মণিপুরগী লৈকায়, খুঙ্গংদসু নত্তনা কচ্ছার লমদম তানা চেনখ্রগা মখুদাংদা শিবা খুজি, খুৎনিংথৌদা শিবা খুদোপ ফাওবা লোইনা লৌথোক্লগা থনম্লিবসিবু করিগীনো হায়বসিনি। মানদি ঐনা অমদি মাগী পাবুংনা মঙোন্দা নুংশিনা থোনবীখিবা ফিজেৎ-লৈতেং অমদি সনাগী লীক, লৈ, খুজি, খুদোপশিংদু মানা চেনবদা পুরগা চৎলবদি ঐখোয়না মাবু শাউগনি খনবগী ওইরমাল্লে। লোইনা লৌথোক্লগা থনম্লিবা।" বাদু ভাঙনা-ভাঙনা মেমথোই মমীত্তগী মপি তারকপদু ফিজিনা তৈথোকই।

— "হৌজিক্তি মানা কচ্ছার লমদম য়ৌরগা মীগী ইমুংদা চঙলুবা মতমদা মাগী খুদাং অনীদু ইহাং-হাংলমগনি। খুৎশাদুসু ইহাং-হাংনা চঙলুবা মতমদা ইমুংদুনা ঐখোয়বু

করি ওইনা খনগনি। ঐ য়াম্না নীংঙম্নক্রেদা।" অসি হায়না মেমথোইদু থম্মোয় শোক্লা কপ্পি। বোয়াই, থোইনু অনীসু মেমথোইনা কপ্পা উরগা মমীত্তগী মপি তারকই। মপি তারিব্রা, তাদ্রিব্রা খঙদে, তোনদোনসু মমায় খুমজিন্নগা — 'ইমাগী ইবেম্মা! চীংখৈ, হো চীংখৈঙানবী" হায়না কৌরগা মাসু কপ্পি।

মেমথোই বারী শাবা, পাউ তম্বা লোইরগা য়ুমদা হল্লক্রে। নহালমখৈদি চীংখৈনা অয়ুক ঙম্না হৌগৎলগা লোইশিন্নম্বা থবক ময়ামদো হৌজিক্তি মেমথোইগী মথক্তা লোইনা অমুক তাহৌরে।

বোয়াইদি কোক্তা খুৎ হাপ্পা তাঙ্গা হায়বদুগা চপ মান্নরে। মা নুমিদাংবাইদা ওজা গুলাপকিদা চৎলগা বা তান্নরুরগে খন্নে।

অয়ুক্কী পূং নিপাল তারকপদা লুবাংশঙবমদা অনৌবা পাউ অমসু তারে - উখ্রুলদগী লিবরেল কলেজদা বী এ ফার্স্ট ইয়ার তম্লিবী ফিবিন সিমরে মাঙখ্রে।

শোমদা মাগা হন্দক মরক খরা তোয়না চৎমিন্নবা কুপ্লগী মচা রঞ্জিৎসু ঙরাং ময়ুমদা হঞ্জিল্লক্তে হায়নবা তারে। মানা পুবীরগা শেরান-তুরান তৌবীরম্নগদ্রা হায়না ফিবিন্না ভারাদা লৈবা নোংথোম্বম তোম্বসু থবায় বারে।

পাউসি গুলাপকা মেমথোইগসু তারে। নহান মানা চৈরাওবা নুমিত্তা যাদু তৌরগা পঙথহল্লম্বা ওজা গুলাপ অমদি মেমথোই ময়ুমদনা চীংখৈ চেনখিবগী বারিঙৈদা অশোমদা ফিবিন মাঙখিবগী পাউ অমগমুক তারকপসিদা মখোয় অনী হায়নরগা চপ মান্নবা থবক তৌমিন্নখ্রবা খল্লকই। মেমথোইনা ইমুং চঙলকপদা উরু-উরুবা খুদিংমক চীংখৈগী খুৎফম ভাক্তা ভাইহৌরে। মানা ঙরাং শেৎলম্বা ফনেক, লমথাং অনীদু মিংশেল চনবা উপৃদুগী মনুংদা লোন্নরগা লৈ। মদুগী মথক্তা মাগী নাদা চিল্লম্বা অঙাংবা গুলাপ্তু লৈ। নহান মানা মদু লীৎনবা হোৎনবদা য়াম্না বাজখিবা অহনবা ব্রা অমদি ব্রাউস অমুবদুসু নাকন্দা লৈ। মদু পুন্নমক উরুরগা মেমথোই চীংখৈগী মশক্ক শং-শং মীৎমাঙদা চোংথোরকই।

ইমুংদগী মপাল অমুক থোরক্রে। মানা শেন্নম্বা লৈপাল, গম্নাদা ফজনা শাৎলিবা লৈশিংদু য়েংলুরগা চীংখৈবু হেন্না-হেন্না নুংশিরকই। চাদবদি য়াদবনা অয়ুক্কী চাক থোংলগা গুলাপকা পুন্না চামিন্নরে। মখোয় অনীমক ঙসিদি থবক অমত্তা চৎনদ্রে।

মেমথোই চীংখৈগী কাদা চঙলগা মচাগী ফমুংদা ভাইহাক হিপ্পি। মানা খাঙলিবা মোন্দুদা মচাগী চেংহি মনম লৈহৌরি। লৈহাও মনম ফাওরকপদুদা মোন্দু কাঙখৎলগা

য়েংলুরে। ঙরাং লাই হরাউবদা চিল্লুবা শমজিগী লৈহাও অহুমদুমক মচাগী মঙুৎ শিলহৌবগুম লৈরম্মী। চাগী শমফাবীদসু দ্রেশিং টেবল মথক্তা লৈরম্মী। মচাগী খুৎফমশিংদু উরুবদা মেমথোই থম্মোয় পুবা য়াদনা মখোল থোক্লা কপ্লকই। অদুবু নহান মানা শেৎলম্বা হিগোক ফনেক অমনবদো করি খল্লুরবনো চীংখৈনা থুপ্লগা ফমুং কাখৎফমদা খোঙনেৎফম থারম্বদু উরগা ব্রাখল অমবু খল্লুরে। "উম! মসি নহান ইচানু ইকায়বা পীখিবদুগী দন্দি ফংহৌরবোইরে।"

অশোমদা তোমপোক্লা চীংখৈগা ভোংখিবা টাটা শুমোদু লাংজিং য়ৌরকপদা থাও হাম্লি। থাও হানবা লোইরগা থোরকপদগীদি কন্না থৌবা হৌরে। চীংখৈগী পুক্লিংদা মমা লৈবাক ইহান-হান্না থাদোরকপা ওইবনা ফিন্না মকোক খুম্লগা লোন্না কপ্লি। গাড়ী মচা ওইবনা ফমফমসু য়ান্না কোম্বা নত্তে। মাগা নুপী চহী নিফুগী লোন ওইগদবী অমগা থংনৈ। নুপীদুগী মনাক্তা চহী ১২ রোমগী নুপামচা অমা ফম্মী। মখোয় অনী মমা-মচানি। অঙাংদুগা থংনবদনা তোমপোক ফম্মী। তম্পাক্কী লম লোইদুনা চীং কাবা হৌরক্কে। চীংগী কোনা খরা থেক্লিবদু লৈ-লৈদুনা কাখৎলকপা মতমদদি চীংখৈ মকোক ঙাওবা হৌরকই। মাদি হান্নদি চীংগী লম্বীদা শাংনা গাড়ী তোংলগা অমুক্তসু চৎলকত্রি। অসুম্না তৌরক্কনি হায়বদি খঙদবনা কোক ঙাওবগী গুলিসু লৈরক্তে। মশাদু হৈনীংদবগী মওং অমা তৌরকই। মবুক মথক-মখা ওল্লকখি। মাগী মওংদুদা চিংনবা অমা ফাওরক্লুনা তোমপোক্লা চীংখৈগা থংননা ফল্লিবা নুপীদুদা হায়রকই — "ইতেমা! ঐ অদোমদা মাগা থংননা ফমজগে?" অসি হায়না তোমপোক্তু চীংখৈগী মনাক্তা ফমথরে। বোটটলদগী ঈশিং খরা মখুত্তা হৈরগা চীংখৈগী মকোক্তা থাবী। চীংখৈগী মকোক্তা তোমপোক্লা ঈশিং খবা থারকপদুদা মশাদু খরহেক ফবগুম তৌই। তোমপোক্লা মনাক্তা ফম্লগা তোমপোক্কী মথানুংদা মকোক্তু ভাথরগা পোৎথাবা ফংবদা চীংখৈগী থম্মোয়দা স্বর্গ মখুৎনা লাম্বা ফংবমুক নুংঙাইজে। তোমপোক্কী মখুৎ ওইথংবদু চীংখৈগী মখুৎ অনীনা চেৎনা পায়রগা মমিৎ অনীমক উইশিল্লি। খঙহৌদনা কোনা অনীখক থংন থংননা লৈরকপদদি চীংখৈ থিংবা ঙমহৌদদুনা তোমপোক্কী ফুরীৎ অমদি খোঙগাও মথক্তা অঙাং মচাগুম্না হন্দোরক্কে। চীংখৈদু ইকায়জবনা তৈত্থম খঙদ্রে। থংননা ফল্লিবা অনীদু মদু উবদা হক্সোইবগুম তৌই। ড্রাইভরনা মফম চাবা য়েংলগা গাড়ী ভাইহংক খাম্মী। তোমপোক্লা চীংখৈবু কোল্লগা মখাদা কুমথরে। চীংখৈবু মখাদা ফমহল্লগা মাগী ফুরীৎ অমদি খোঙগ্রাওদা তৈরিবা ফত্তবশিংদু করিমত্তা হক্সোইদনা তৈথোকই। ঈশিং খবনা অমুক তরেলদা লুপ্লগা তৈথোকই। রুমালদা

ঈশিং খরা লুপ্লগা চীংখৈগী মচিন্দু অমুক তৈথোকহল্লি। তৈথোক-শেংদোকপা লোইরগা হান্নগুম গাড়ীদা কাখত্তুনা তোংলে। গাড়ী অমুক থৌবা হৌরে।

চীংখৈনা তোমপোক্লা মাগী হন্দোকপগী অমোৎপশিংদু করি মত্তা হঙ্গোইদনা তৈথোকপদু উবদা তোমপোকপু মাগী মপুরোইবনি খঞ্জবদা হেন্না অপেনবা পোকচৈ। মানা তোমপোকপু মতম কুইনা অমুক্তং উবা ফংজরবদি খন্না ঙাইরকখিবদু মসিগীদমক্লি খঞ্জখি। নীংবা থুংবগী নুংঙাইবা রাখলদুনা মহাক্কী ওনীং ওনীং তৌবগী চাংদুসু খববু হণ্থখিবগুম তৌরে। তোমপোক্লা মাগী ইয়ারবেক্তগী ফি অমা লৌথোক্লগা তমপাক্তা থম্লগা চীংখৈবু মঙোন্দা ঙাথহল্লগা ফমহল্লি। থম্মোয় অনীনা মতম কুইনা অমুক হন্না উনবা ফংলরোইদ্রা ৱারম্বদো ঙসিদি হকচাংগা হকচাংগা থংননা গাড়ী অমগী মনুংদা মী খরগী মরক্তা পুন্না ফমিন্নদুনা পুক্সি হিনাও তোংদুনা চৎমিন্নবরে। কয়াদা নুংশিখ্রবা সমাজগী মরক্তা লৈবা অৱাংবা চীং অমা ৱানা কাজরক্লগা অমুকসু চীংদুগী মতোন্দা হৌরম্বা উজাও অমগমুক কাবা তাববদি য়াম্না ৱাগনি। শাবী-শানৌ থুংনবদা পুন্না হেকমিন্নগদবা লৈহাও-লৈরেন্দি উজাওদুগী মতোন্দা শাৎপনি। মদুবু ইবায় হেক লায়না হেক্লবদি মগুন হন্থগনি। উজাওদু কাগে হাযবগদি অমুক্তসু ফিভম ফজনা শেম্বা তাবনি মতৌ অসিগুম্না মীওইবা মশেলগী মরক্তা সমাজগী চাউরবা পল কয়ামকন্না থক্তুনা হেক-হেক থম্মী। তোমপোক অমদি চীংখৈ ঙানবী অনীগী পুক্সিদসু মসিগা চপ মান্ননা থেংনরি। মখোয় অনী ঙসিদি নুংশিবগী কল্লবা মরী অমনা পল মচা-মচা কযাবু তুংওইনরম্লগা ৱাংলবা চীংজাও অমসু কারক্তুনা মতোল লোম্লে। অদুবু চীংজাওসিগী মতোলদা হৌরম্বা ৱাংলবা উপালসিগী মতোন্দা শাৎলিবা লৈহাও-লৈরেন সিবুদি হেকপা ঙমদ্রি। নাতোন অনীদা নুংশিবা মনম্বুদি ফাওবক্লবসু পাক হেক হেকপদি লুখিগনি।

হৌখ্রবা মতমদা মিকুপ অমত্তা পোৎথাবা ফংজখিদবা নুংশিগী কল্লবা ঈথক ঈপোম্না নুরা-পাখঙ অনীবু থেংখাঙ কয়াদা অৱাবা পীবীখ্রে। হান্না অমুক্তা মশক উনরমদবা লাপ্লবা চীংনুংদগী চেম্থোরকপা ঈচেল অনীখক লম্বীদা থেংনরগা নুংশি চিম্লোক্লবগুম পুন্না ঈচেল অমখক্তা লোক্তাক পাৎ তমজখিববু করি অকাযবা লৈবগে? নুরা পাখং অনীনা অকোনবগী উজাও মতোন্দগী হেক্কদবা মনম নুংশিবা লৈহাও লৈরেনসিদি তাইবং কনা উহন্দনা মখোয় অনীতা লোম্না হেকমিন্নগদবা ওইরম্লে।

অতোপ্পা কনাগী মফমদা অমুক্তা ফোঙদোকপা ঙমজদবা, ইনখৎলকপি নুপীজা ওইবীশিংগী থম্মোয় খুদিংদা ফজখ্রবা, খোইথুম্লবা লৈরাং অমমম শাৎলি।

লৈরাংশিংদুগী লৈচু চপ মান্নে, লৈনমসু চপ মান্নে। লৈচু, লৈনম খেন্নদবা থম্মোয়নুংদা শাংপা লৈরাংদুনা মকা ফন্না শাংকায়রকপা মতমদদি তাঙ্গাদুতবু মীৎ কুপ্তনা ঙাইজরকপা খোইমু মাগী মফমদদি পামজবা লৈগী লৈচু অমদি লৈনমদুদা অঙাওবগা পাংখক ওইরকই। সংসারসি মিকুপ খরগী ওইনা পূমকা ও কাওরকই। কয়াদা মমল য়ামখ্রবা মিকুপ্নো? তাইবংপানসিদা থোক্লিবা থৌদোক খুদিংমক মিকুপসিদদি ময়াই লোইনা চমই। অরাংবা উজাওদুগী মতোন্দা শাংলিবা খ্বাইদগী হেন্না মনম নুংশিবা লৈদুবু খুৎনা হেকপা মিকুপ্তুদা করম্বা অনৌবা রাখল লাম্লুদগে? লৈদুবু খুৎনা হেক শোক্লবদা কংফাল ইকায় থবীগুম লৈনাশিংদুনা অমমমত ওইনা মমীৎ উইশিনখিগনি। লৈনাশিংদুনা করম্বা শক্তিনা লৈনম পাইথোকখিদনবা হোৎনজবা ঙমগদগে? থম্মোয় মনুংগী লৈরাং লৈনমদা পূমঙাও-ঙাওজরুবা খোইমুদুবু লৈনা ময়ামদুনা পুল্লপ য়োমশিল্লগা অমুক ফাদুনা মিকুপ খরদি থম্মোয় লৈরাংগী লৈহী শুন্নগা পেন্না পিথকচনীংবা পোক্লবমাঙ্গে। খোইমুবু মীৎনা কুপ্পদা লৈরাংগী লৈহীনা মবুক থন্না পীথকখ্রে। মবুক পেন্না থক্লুরবা খোইমুদো ঙাওবা ফররগুম জ্ঞান অমুক লাক্লে। লৈনারক্তগী, লৈরিক মরক্তগী পাইথোক্লগে থন্না থাকচরকপা মতমদদি খোইমুদো মশা পূম্বা লৈরিক ঙাক্তা পক্লে। লৈহী চুপ্পুরে হায়বগী প্রমান ফংলে। খোইমু মানা থাদোকপিরম্নবা থম্মোয লৈবাংদি লৈমন চম্লবগুম তুমিন পঙথদুনা লৈহৌরেদো! করম্বা ঈশ্বর অমনা অসুক হৈনা শেম্নম্বা নুপী-নুপা অনীগী পূক্লিংগী মান্নবা ঈচেলগী ইতিনফম্নো? হে ঈশ্বর! নঙবু থাগক্তবা ঙমদে।

তাইবংপানবদা মী ওইনা হেক খোঙদারকপদগী মসিগী তাক্কক সিতবু ঙাইনা-ঙাইনা চাউবা শারেপ ফারকই উজাওসিবু রাখলনা মমি শামি উরকই। উজাওসিগী মতোন্দা নাইতোম শাংলিবা মনম নুংশিবা লৈরাংদুবু হেক্লীংবগী পূংফম, মতম ঈশ্বর মানা পীবীরম্মী। লৈরাংবু খুৎনা হেক শোক্লবা মতমদা থম্মোয়গী ঈচেল অনীনা ঈতিনফমদা হেক্তা পূনখিগনি। লৈরাংসু খোইমুসু মতমগী কম্লবা ঈরৈদা কোইতাও-তাওদুনা ঙাইহাক তাইবং লীলা শান্নরকই। মপু মাগী শিনথা কায়দনবা হোৎনজবনি। তাইবং খোঙচৎ লেপ্তুনবনি। লৈরাংসু খোইমুসু মরাল লৈবা অমত্তা য়াওদে। খঙদবা কন্নানদি মরাল লৈ হায়বীবসু য়াওই। নুংশিখ্রবা তাইবং ফম্পাক্কী লীলানি। শান্নবা হৈতবগী য়েংবা নুংঙাইতবনি। মীওইনা পেক্লগা লীলাসিবু য়াওনীংদবা তাইবংদা কনা য়াওরিদগে? য়াওরম্বা থোক্লবদি মদু মীনম্বনি, সংসারসি লোইশিন্নবা থৌরাংবা কাঙ্ক্ষুনি। অদুননি শাবী-শানৌগী অশেংবা নুংশি রারীনা অশুক মমল কারিবা!

চীংখৈ অমদি তোমপোক অনীগী ৱারী মতাংসু তাইবং মীনা উবা লীলা শান্নিংলকত্রে। আ... মরুমদা, অচিকপা জগা থিরগা উজাও মতোম্নোম্না কারগা লৈহাও-লৈরেন হেক্লীংলক্রে।

ৱাখল অমদা তাউদুনা নুরা-পাখং অনীদু চীংখৈগী মখুৎনা তোমপোক্কী মখুৎ পায়রগা মমীৎ অনী উইশিল্লিঙৈদা কন্না থৌবকপা গাডীদু হৌজিক্তি নুঙবা য়ৌরে। ময়াম চাক চান্নবা ঙাইহাক কুমথনৈ। তোমপোক গাড়ীদগী কুমথবগা দুকান অমদগী মিনরেল ৱাটর বোটটল অমগা বিসকুট পেকেৎ অমগা লৈরগা পুরকই। চীংখৈবু গ্লুকোজদু ঈশিংদা থিৎলগা গিলাস অনীখক পীথকই। গাডীগী মী লোইনা কুমথনখিবনা মখোয় অনীতা ঙায়বদুদা তোমপোক্তা ৱারী হৌরকই। চীংখৈগী য়াম্লবা-শমদুদা ঙবাংগী চেংহি মনম কোক্রমদবদুদা মনমদুনা থম্মোযবু য়াকাইহনবগুম থোক্লুরে। শমজিদা চিন্নম্বা ঙরাংগী তোমপোক্কী মীৎ ঙাওহনখিবা লৈহাওদুগী লৈনম খরসু শমদুদা চুদুনা লৈরম্লবোই, মাগী নাতোনবু ঈথক হৌহম্লক্রে।

মী কনাসু উদ্রবদুদা চীংখৈগী শমদু খুৎনা পাযবগা মপুং ওইনা মনম লৌকবে। পূক্কিংদা খোইথুম্লবা মনম অমা ফাওবকই। চীংখৈগী পূক্কিংদসু হবাউবগুম তৌবগা — "মী উজরক্কনি, উখ্রবদি ইকাযজনিকো।" চীংখৈগী ৱাদু তাশিন্নদনা তোমপোক্তা — "নঙ! ঙরাং নুমিদাং পূং ১১ দা কবি খন্দুনা লৈবগে?"

— "মাঙ্গোলদা ইতোমতা ফম্লগা লৈচিন মবক্তা লীৎ-লীক্তুনা নোংচুপলোমদা হাইথখিবা থাজবু য়েংলগা তামোদা ঐনা মাবু ঙাইবি হাযনা তম্বীযুকো হাযজখি।"

"অওইবগীরো?"

"ঐনবু তামোদা ওইদবা করমকান্দা ঙাঙখ্রবগে?"

"ও! নঙনা থাজ মাবু য়েংলগা পাউ চেম্লকপদুনা ওইবা তাই, ঐনা অহীং তুম্বা যাদদুনা মরুপ শাস্তদা নঙগী ননাক্তা লুৱাংশঙবমদা চৎলুসি হৌখিবদো! অদুবু মানা মতম ফত্তে হায়না কন্না থিংবদগী তোকখিবনি।"

"তামো শাস্ত্রদু য়াম্না নুংঙাইরম্লোই। মানা ঙসাই লৈহৌবদো মাগী মীৎলু অনীদো নোকপা মাম্লবসু পিরাং ঈহৌরকখিবদো ঐ উরকখি।"

"য়াম্না নুংশিখ্রবা মরুপ্নি। ইচিল-ইনাও লৈবদগী মরুপ লৈবনা হেল্লি, হায়নবদো মানা ঐগী ইয়াম্বা নৎত্রগা ইনাও ওইরম্বদা ঙসিগী মাগী মতেংদুগা খক মাম্নরম্লোই।"

"তামো ! ঐখোয়বু কছারদা পুং কয়াদা থুংদোইনো ?"

"তম্বা ঙম্বজাৎ নত্তেদা, লম্বী ফত্তবনিনা; নুমিদাংদা জিরিদা থুংলবদি মরুপ রাজেনখোয়গীদা লৈরুবা তাবনি।"

" হোটেলদা লৈবনা ফরোইদ্রা ?"

" হৌজিক্কান্দা হোটেলদা পঙলৈ-লৈবা য়াবা মতম নত্তে। নঙবু খুৎলায় পায়বা খরনা মুনবীখ্রদি ঐদি মাঙজরেদো।"

"তামো।" হায়বগা তোমপোক্তা খুৎতুম্না শুরকই। মখা তানা — "অদুগুম্বা রা হায়রক্কনো ?"

"নঙনা খঙদবদুদা হায়বনি, কৈনো !"

"ফরে, অদু রাজেন হায়ববু কনানো ?"

"ঐগা অঙাং ওইরিঙৈদা শিলচরগী জুবতি হায়স্কুলদা লাইরিক তম্মিন্নরকপনি। মাগী মচম্নুপীদুসু চাউরম্মনি।"

"ঐখোয় নীদি মখোয়গীদা করি মরীনি হায়রুদৌরিবা ?"

"চুম্না কছারদা কোয়বা লাকমিন্নবদা গাড়ী য়াদদুনা থেংদোকখ্রে হায়রুবা তারেদনা !"

"অদু, তামো ! চেন্নকপনিকাদি হায়বীরক্কনু ইকায়জে; অদুগা মীগীদা লৈবদা জন-জান য়াম্না ওইগনি।"

"অদু, ঐখোয অনীগীসিবু চেন্দি চেন্নবা নৎত্রো ?" রাহৈদু হায়রুবদগী চীংখৈদু হিক্লা হিক্লা কপথোরক্লে।

"তামো ! ইমা বেম্মগা পাবুংগদো নুংতিগী ঐনা অয়ুক্তা চা লোন্নগা পীথকপনি। পাবুংদো নোংমতা ঐবু মিং পন্দুনা কৌদে, ইপাগী ইবেম্মা ! হায়বা রাহৈসি খক্তনি পাবুংনা কৌবীবা। পাবুংগী রাহৈদুনি ঐনা কাউবা ঙমদ্রিবসি। পাবুংদু ঐনা লোনবা চা থকপা ফংদবগী শোয়দনা ঐবু নীংশিংলমগনি।

"তাইবংপান হায়বসিবু অসুম্না তৌনবা নৎত্রনে ? মচা নুপীনা চাউরক্লগা নুংশিরবা মমা-মপা, মবুং মৌপ্পা থাদোক্লম্নগা মাগী-মাগী পুক্সিগী অশেংবা ময়ুমদা চৎলগা অমুক নৌনা মমা হায়বদু ওইনরিবনি। অদুনা মচা-মশুশিংনা চাউরক্লগা নোংমদি

ময়ুম-মকৈ পানগনি হায়বসি হেক পোকপদগী খনবা হৌনরিবনি। মসিদা অরানবা করিসু লৈতে। হয়েং ঐখোয়নী লুহোংলবা কান্দা মখোয়গী মনাক্তা লাক্লগা কুইনা লৈদুনা মখোয়গী সেবা ঐখোয়নী চঙদুনা তৌবীরগা লোইরে।" অসি হায়না থেমজিল্লি।

"অদু, তামো! নিংঙোল চাক্কৌবদদি চহী খুদিংগী থিনবীয়ুকো।"

"থিন্দদি কৈনোনে, নঙনা নচানুপী অপিকপদু পম্লগা ঐনা ইচানুপা অহন্দু পম্লগা চাক্কৌবা থিনবা চৎতোইনি।"

"অস! ভাবকাদি।"

"সিবু ভাবলো, মী কয়াসু তৌনরিদুদি। অদু, নঙনা ঙবাং লাই হ্রাউবগী জগোই শাবগী কেব্বদো! ঐখোয়গী কছারদসু অমুক্তং উহন্নীংখ্রেদা। নঙগী ঙরাংগী শমজিগী লৈহাওদো কদায়রাইদা লৈহৌরে?"

"লৈহাওদুনা কৈদৌনগে হায়রিনো?"

"নঙনা নশাদা চিনবা ওইবনা করিসু ওইনা খল্লুদবগী বানি, ঐগী পূক্নিংদদি লৈহাওদুনা ঙাওহন্নখ্রবনি। ঙরাং নঙবু উবদা ঐগী তুংদা হুইশেন ফিৎ খোংলগা "গুলাপ চিনবীসে চাকইহে" হায়না লাওরকপদুদা ঐদি নঙসি মানা মুনখ্রগদ্রা পাখৎলুববনি।"

মোমোন নোক্লগা "অদুক যাম্না পাম্লবদি ঐগী শমশিংসে তামোদা লোইনা পীজরগে?"

"অদুদা পীবীয়ু মপু ওইজগে হায়বগীদমক নৎত্রা নঙবু ঐনা নোং-ঙান্দ্রিঙৈদা থেল্লগা পুরক্লিবসে। অদু, নঙ ঐখোয়গী কছার য়ৌবগা ইমুংদা লোৎলগদি লৈগনুকো। ঐদি মখোয়গী মমাঙদা নঙবু লেন্নদোইনি।"

"হয়েং মীনা মণিপুরদগী শকথীবী অমা পুরক্লগা তৌজশারিসে হায়রোইদ্রো?"

"নঙবু থী হায়রকপদো ঐগী ইতিক খঙহনগে?"

"অশেংবগী।"

"হায়সু হায়বনি, চীংখৈ ঐ ঙরাং নঙনা ঐ উবদা লম্বীদা ফমথখিবদো; কুইনা উরুদ্রবা তুংদা উবগা ওইরে, খনবনবনা থবায়সি য়াম্না রাখি। নঙসে কন্নাগুম্না অমগী ওইখ্রগদ্রা হায়না কন্না চিংনরকখি। মিকুপ অমত্তা নঙবু উদনা লৈবা ঙমগনি খল্লকখিদ্রবনি। অদুদনি ঐনা মরুপ শাস্তবু অহীং চুপ্পা তুমহনখিদবদো! হৌজিক্তি নঙনা ইনাক্তা লৈরবনিনা ঐ অমুক রাররোই। অদু, ঐখোয় অনী লুহোংবা লোইরগা

গুৱাহাটিদা পুন্না লৈরকবদৌনি। ইমানা নঙবু লৈহৌ হাযবসু নঙনা খুদাং পাযবগা ইন্নবকউকো। ঐ নঙ যাওদনা ইতোমতা লৈবা ঙম্মোই। অদু, নঙগী ইবোনবা যাম্না হৈৎ খুত্তু অমুক্তা পীবকউ ”

“সে, পেন্না যেংঙ।”

“আই। নঙগী খুৎশাসিদা খুদোপ অমত্তা শিদেনা, খুদাংসিদসু খুজি অমত্তা যাওদে। ঙবাং নঙনা জগোই শাবা মতমদদি খুদোপ, খুজি লোইনমক উখিবগুম ?”

“চুম্মী, ঐগী খুদোপ, খুজি লোইনমক পাবুংগা ইমা বেম্মগনা থোনবীখিবা মক্তনি। অদুদা ঐনা মখোযগী যুম খাদোক্তুনা চৎপা মতাং লাকপদুদা লৌথোক্লগা থম্নম্বনি।”

“মদু চুমই। ঐনা কচ্ছাবগী খালজুব খুঙ্গংদা হেক থুবগা ইমাদা নঙগী খুদোপ, খুজি, লৈ, লীক লোইনা মশীং শুনা লৈহনগনি। নঙ মদুগীদমক কবিমক্তা ৱাকুগনু।”

ৱাবীদি মখা শাননীংলি। অদুবু মযাম গাড়ীদা কাখৎনবকপদগীদি ৱাবী অমুক শাংথখিদ্রে। গাড়ীদা মী শুনা কাখৎনবক্রবনিনা ড্রাইভরনা গাড়ী থৌবা হৌবে। অসুম্না শাংলবা লমশাঙ খোঙচত্তু মবক মবক্তা থাম্ন থাম্নগা থৌবকপনা নুমিদাংগী পূং ৭ ৩০ দা জিবিবামদা থুংলে। গাড়ীদগী কুমথবগা ওটোবিক্সো অমা ফাবগা উচাথোলগী শাক্তনখোযগী যুম তানা লাক্লে থোঙ্গাল হাংলগা চঙলকপনা শুমাঙ যৌবে মপান্দা ইম গুপ্পা থাম্নবসু মীদি মপান্দা অমত্তা লৈবমদে। মাঙ্গোলদা কাখৎলগা থোঙ থীম্নগা বাজেনবু কৌই। বাজেন চাক তোকপগা মপা চানা খুৎ হাম্নগা থোঙ হাংবা থোক্রুকই। মগামদি চাকশঙদা চাক চাবি।

বাজেন — “হৈমা। তোমপোক। নঙ ওইবে? কদোমদগীনো তৌবক্লিসিবো?”

“ঐ ইম্ফালদগী লাকপনি। ইমাখোয, বাবাখোয অনা-অযেক যাওদেকো? মকপকা উনদবসু কুইবে ঙসি লোংমদি মকপকিদা লৈরকবগে থন্দুনা লাকপনি। ঐখোয অনী হযেং অযুক ঙম্না শিলচব যৌবগে?”

“লাকও ইমুংদা চঙলসি।” অসি হাযনা তোমপোক অমদি চীংখৈবু ইমুংদা পুশিল্লগা মাগী কাদা ফমহল্লি।

মাগী কাদা চীংখৈবু চৌক্রি অমদা ফমহল্লগা বাজেন্না তোমপোক্কী মখুৎ পাযবগা চিংদুনা মপান্দা পুথোববকই।

শোম্বাংননা — “লাকমিন্নবিসিবু কনানো? অমদুবো?”

"ইরোইশেনবদা ঐখোয়গা পুন্না লৈমিন্নবনি। মহাক্কা কছার অমুক্তা চৎত্রি, য়াম্না য়েংনীংই হায়বদুদা পুবীরকপনি।"

"অশেংবনিকো!"

"অশেংবনি, নংঙোন্দবু ঐনা ফাগি অমুক তৌরুখিদ্রো?"

তোমপোক্কী বাহৈদুদা রাজেনসু অচুম্বা ওইববোই খল্লুরে। মচম্নপী মেমি কৌথোক্লগা চীংখৈগা শক খঙনহল্লি।

রাজেন — "ইবেম্মা মেমি! নখোয়গী ইচে অমা লাক্লিবসে খোঙ-খুৎ হামদোক্লবা, ঈশিং-মায়শিং, ফদি শাপোন পীয়ু! ইবুং নঙগী দাদাগা অশ্বাইফাওদং থোক্লখিগে?"

"রাজেনগী বাদু তাবদা চীংখৈ তোমপোকপু কদাযদা পুবীখিদোইনো, মখোযগী হিদাক্কা হায়বদু পিথক্লুদোইরা হায়না চিংনজৈ। মেমি চঙলক্লুনা চীংখৈগা বারী শানবা হৌখ্রে।

"ইচে! ইচেগী মিংবু কবি কৌবগে?"

"ঐগী মিংবুরো - চীংখৈঙানবী কৌই। অদু, ইনাওগী মিংদি?"

"ঐগীদি মেমি কৌই।"

"ইচেবু হান্না জিরিদা অমুক্তা লাক্লমদ্রিব্রা?"

"লাক্লমদ্রি, ভসিগীসিনা অহানবনি। লম্বীদসু কোক ভাওদুনা য়াম্না হন্দোকপ্তুবনি।"

"অদু, ইচে! ঐ শাপোনগা ফদিগা লৌথোক্লগে, মায-মীৎ তাথোক্লগা খোঙ খুৎ হামদোক্লবা তৌশি! অদু, ইচে! ইচেদি চীংগী লম্বীদা গাড়ী তোংলগা লাকপদা নাকোঙদা বং-বং লাউবদু তৌদব্রা? ঐদি মদু য়াম্না হৈনদে, অহীং মিকপ অমা তুমথদ্রিবা ফাওবদি অদুম বং-বং লাউদুনা লৈ।"

"ঐসু চপ মান্নরিবনি, নাকোঙসে করিনোমা খোংবগুম বং-বং লাউদনা অদুম লৈরি।"

মেমি ইমুং চঙখ্রগা ফদিগা শাপোনগা বালটিন অমগা পাযরগা থোরকই। মখোয় অনী পুখ্রি মপান্দা চৎলগা খোঙ-খুৎ, মায়, মীৎ তাথোক্লরে।

মেমি — "ইচেখোয়গীদি ইচিন-ইনাও কয়ানো?"

"ঐগীদি ইনাও নুপী অমগা ঐগা ঐখোয় অনীতনি।"

"ইচেখোয়গী লৈকায়দি ?"

"লৈকোয়দি লুরাংশঙবম মতাই হায়বদুদগীনি।"

"ও ! ঐসু ইম্ফালদা অমুকথক চৎলুবদো উবীবোক্তা লৈবকই। কৃষ্ণজন্ম তাবদগী গোবিন্দ খুরুম্বা, মহাবলি খুরুম্বা চৎখিবদো য়াম্না নুংঙাইখি। ইমুংদুগী মী পুম্নমক্না অমুক লাকখোকো হায়হৌবনি। ইমান্নবী ইবেথোই কৌবী অমসু খঙনরকই। ঐসু অমুঙংদি চৎকে খনবনি অদুবু ঙমদ্রি। ইচেখোয় কৈদৌঙৈ অমুক হন্দোইনো ? কচ্ছারদগী শোমদা হল্লক্কদৌ ওইরদি ঐসু য়াওনীংই।"

চীংখৈ ঙাইহাক্ত খল্লগা — "ইঁজিকমক্কীদি হায়বা ঙমদে, হোরেন তামো লাক্লগা ঐখোয় অনী হংসি।"

মায়-মীং তাবা, খোঙ-খুৎ হাম্বা লোইরগা অমুক চঙলক্লে। হন্দকমুক্তি চীংখৈবু মেমিনা মাগী কাদা ওইনা পুশিল্লক্লে।

ফানেক-ফিরোল হোংদোক্লবা পৌদুনা চীংখৈবু মফি হোংদোকহল্লে। চীংখৈবু মেমিনা মাগী ফমুংদা ঙাইহাক্তং পোৎথানবা তৌরো হাযরল্লগা মাদি চাক থোঙ্গৎলুনবা চাকখুমদা চঙখ্রে।

বাজেন অমসুং তোমপোক অনীসু হল্লক্লে। বাজেন্না লৈরকপা কৌতা ঙাদু মচন্নুপীদা পীবগা হাউনা থোংউ হায়রম্মী। মেমিনা চাক থোংগৎখ্রে। চীংখৈ লমশাঙ লাকপদুদা পাবমাল্লে, মেমিগী ফমুংদা য়াম্না থুনা উইথখ্রে। ময়ুমগুম্না নুংঙাইনা তুমথোকখ্রে।

মেমি চাক থোংলিঙৈদা মবুংগী কাদা চঙলক্লগা তোমপোক্তা ব্না অমখক হায়জবকই — "দাদা ! নখোয় কচ্ছারদগী ইম্ফালদা কৈদৌঙৈ অমুক থোরক্কনি ?"

"হা ! করিগীনো ইবেম্মা ?"

"দাদাখোয় হয়েং হল্লকপদা শোমদা লাক্লবদি ঐসু ইম্ফালদা চৎপা য়াওগে হায়গে তৌবা।"

"হোয়দা। শোমদা লোবক্লগদি ইচনবুসু পুবীবা তারেদনা ? নঙবু ক্লাস কয়া তম্নবগে ? নহানবায় ঐনা লাক্লম্বা মতমদদি য়াম্না পিকহৌবনি।"

"এলেভেন সাইন্সতা তম্লিয়ে, জিবি কলেজদা।"

"য়াম্না তম্লম্লেনে।"

"অদু, দাদা! দাদাগী লুহোংবদদি ঐসু য়াওগেকো! ইনম্মদু হাম্না ঐ মশক য়েংবীগে। মৌ ওইরগা তেথনবা মন্ত্র অমা কামহৌগে? মচা হেক য়াওবদগীদি মীগীগা খনবা শংবজাৎ নত্তে। অদু ইনম্মবু লৈরব্রো?"

"লৈত্রিদা! লৈদৌরে।"

ভাঙনা -ভাঙনা মেমি চাকখুমদা অমুক চংখ্রে। চাক থিবা, পুখম তেঙ্কোৎতা চাক-য়েঙ্গাং হাপ্পা লোইরগা চাক চান্নবা কৌবা চঙলকই।

চীংখৈদি মেমিগী ফমুংদা নুংঙাইনা পোৎথাদুনা লৈবম্লে। মবুংগী মনাক্তা চঙলক্লগা — "দাদা! ইচেসে বারমাম্লে, য়াম্না নুংঙাইনা তুম্লিয়ে, হৌদোক্লসিরা?"

"ও! মা খরা ৱারম্লনি, ঙাইহাক তুমজখিসনু, গাড়ী মনুংদসু যাম্না হন্দোকখ্রবনি।"

"দাদা! ইচেসিবু কবম হায়না খঙলবকপনো?"

"য়ুমলোন্ননা লৈমিন্নবনি নঙগা ঐগা খঙনরিবসিগা ৮প মাম্লে।"

মখোয়না শোমদা ৱারী শারিঙৈদা চীংখৈ মিকপ থোবক্লে। ফমুংদগী হৌগৎলগা রাজেনগী কাদা মখোয় ময়াম ৱারী শাফমদুদা চঙলকই।

"ঐদি ওম্বোক্লা নুংঙাইনা তুমথরুরেদা!"

— "ইচে! চাক চাথোক্লবা তৌরসি! ইচেসু চাক লাম্লম্লগনি।"

তোমপোক্লা চীংখৈগা পুন্না চাকশঙদা চাক চাবা চঙলক্লে। রাজেনসু মতুংদা ইন্নরকই।

তোমপোক্লা হায়রকই — "মরূপসু খরা চাখিসিদনা! চামিন্নদবসু কুইরে।"

চীংখৈ — "ঐগী চাকসি য়ামখ্রেদা! ইনাও! ইচেগা চাক খরা চামিন্নখিসি।"

মখোয় মরি য়াম্না নুংশিনবগী মওংদা পুখম অনীখক্তা অনী, অনী ফম্মিন্নদুনা চাক চামিন্নে। ইমুংগী অহল অনীদি মখোয়না চাক-চাবা হৌদ্রিঙৈদা পোৎথারগে হায়রম্লগা ফমুং চঙনখ্রবনি।

চাক চাবা তোক্লগা মেমিনা কোল-লিক শেংদোকপদু চীংখৈসু য়াওগে হায়না চঙলগা য়াওই।

ঙাইহাক বাবী তৌনবম্লগা তূম্বা চঙনখ্রে। মমাঙদা ঙাইহাক তূম্লুববনিনা চীংখৈদি অমুক তূমথবা যাদ্রে। নুমিদাংগী পূং ১১ তাবকপা মতমদা ঙবাং অহীংগী বাবী, ঙসাই লম্বীদা তোমপোক্কা শান্নখিবা লোইশিনখিদবা বাবী মখাদু খন্দুনা অসুম লৈবে। মেমিদি নুংঙাইনা তূমথখ্রে।

চীংখৈ তপ্না হৌগৎলগা বাজেনগা তোমপোক্কা তূম্নিবা কাদুদা চঙলকই। কাগী মৈদু কয়া ঙান্দবা অমা থাম্লি, যেন্নসু তপ্না হুম্লি। মতমদু বাজেন্দি নাখোক্কুনা নুংঙাইনা তূমথখ্রে। তোমপোকসু পূং ১১ দা চাংখৈনা কবি খল্লমগদগে খন্দুনা মমীত্তি উইশিল্লগা তূম্বাদি য়াদনা লৈবম্মী। চীংখৈ তোমপোক্কী পাম্বোমদা তপ্না পাযবগা মবাদি ঙাঙদনা নোম্লুবে। তোমপোক মর্মীৎ অনীমক পাঙথোবকই। মহাক তপ্না নাশোন পিক্কা হৌগৎলকই চীংখৈনা তোমপোক্কী মখুৎ পাযবগা মখোয় অনী ইমুংদগী মপান থোবকই। ইঙা থাগী নোংগী মপৈ মবক্তা তাবমদাইগী থাজনা নোংদোল থক্তা তপ্না-তপ্না নোংচুপলোমদা কুমথখ্রে। বাজেনখোযগী যুনগী দাবি মপান্দা মখোয অনীমক ফমথবে। চীংখৈনা অনেম্না খোঙ্গুলদা হাযবকই – "তামো' ঐদি ঙসাই তূম্লুবদুনা চুম্বা যাদ্রে তামো' ঐনা ঙসাই তামোগী মফমদা তৌহৈদবা পূম্সিসিদা ইপাপ অমা লঙজখ্রে।"

যাম্না ঙক্না – "কবিনো নঙনা হাযবিদুবো?"

"ঙসাই ঐনা তামোগী হকচাংদা মীপূম খুদিংমক্কা যাম্না হঙ্গোইনবা পোৎশক অমথক?"

"ও' ঐ ভাব তাবে, অদুগী ওইবে, ঐ মদু কবিসু খন্দে, ঐদি ঙসাই নঙনা মোৎহনখিবা ফুবীৎ খোঙগ্রাওসে হোংদোক্কনা অশুম্মক শেৎলগা যুম যৌগে খল্লিবনি। মসিবু নৎত্রো নুংশিবা হাযখিবসে? ফজবা, অফবতমক ঐগী শকক ওইগে, অবাবা, নুংঙাইতবদি যাওবোই হাযবদুদি অশেংবা নুংশিবগী খুদম নত্তে। মমতাজগীদমক সহাজহান্না তাজমহল শাগ্রিবদু অশেংবা নুংশিবনা শাবা ডমখিবনি ঐনা নঙবু নুংশিবদা মীনম্বা যাওখিদে। কবিগুম্বা নঙনা ঐগী ফুবীৎ খোঙগ্রাওদা হন্দোবকখিবা মতমদুদা ঐনা হঙ্গোইবা, চুক্কৎচবা .পাক্লম্বব' ঐনা নঙবু নুংশিবগী মগুন যাওবম্লোই। ঐনা নঙগী। চমপাক্কা অদুম্না ওইহল্লদ্বদসু নঙনা হঙ্গোইবমগদ্রা? মমা ওইবী কযানা মচাগী ফওবা, অমোংপা কযাবু মশাগী ওইনা খনবা ঙস্বগুম শাবী শানৌগী নুংশিগী মবী-

লৈনরিবা খুদিংমক মদুগা চপ-মান্নবা মগুন অমদি রাখল য়াওফম থোকই। মদু গুমদ্রবদি পুন্নমক তাৎনি, মীনম্বনি, অশেংবা নুংশিবগী মরী য়াওদ্রবনি।"

তোমপোক্কী ফজবা অমদি অচুম্বা বাহৈশিংদু তাকব্বদা চীংখৈনা তোমপোকপু মাগী ওইনা ফংজবদা অমুক্কা হেন্না অপেনবা পোকচদুনা — "তামো। ঐবু থাদোকপিনুকো" হায়রগা মী কনা উদ্রবা থেংলবা অহীংদুদা তোমপোকপু চেৎনা কোঞ্জে।

তোমপোক্নসু চীংখৈবু নুংশিনা লাইবক্তা চুপ্পি। মদুনা মখোয় অনীগী অপেনবা ওইখি।

ইমুংদগী বাজেনবু পোকপা অহলনা খৌদেম্নকপদা মখোয অনী তপ্না হৌগৎলগা ইমুংদা চঙলগা মাগী মাগী তুমফমদা অমুক হন্না তুমখি।

## তরামাথোইশুবা

চীংখৈ চেনখিবা নুমিৎকী নুংথিল ফরক্তা বোয়াই ওজা গুলাপ উনবা লাকই। গুলাপ অমদি মেমথোই নুমিত্তু থবক অমত্তা চৎথোক্লদনা য়ুমদা পুন্না লৈরম্মী। ওজা গুলাপপ্না বোয়াইবু মনাক্তা কৌশিল্লগা ফমহল্লি।

বোয়াইনা হায়রকই — "ওজা! হন্দক্কী মতাংসি ঐ য়াম্না ইকাইজে। ঐগী ইচা চীংখৈসি ঐদি য়াম্না জ্ঞান তাই হায়না খল্লুবনি। অদুবু মানা তৌথোরক্লিবা থবকসিদি ওজাবু ইকাইবা পীবগা চপ মান্নখ্রে।"

গুলাপ — "এ! মসিদি জগৎকী চৎনবীনি। ঐনা খজিক্তং পেন্দবদি মানা বী এ সিদং লোইরগা চেনবা ওইরম্লবদি খরসু ফগদবা।"

"অদুনি ওজানসু মচাদা মচাগুম শেম্বীরগা মানা জ্ঞান তাদবসিদনি ঐনা য়াম্না পেঙ্গদ্রিবা।"

"ফরে, হৌজিক করি খন্নসি হাযবা?"

"ওজানা অসিনা ফগনি হায়বদু তাকপিয়ু।"

"মখোয়, ঙসি নুমিদাং কছার য়ৌরে হায়না খল্লগা হয়েং নৎত্রগা হংচিত্তি হায়দোকপা লাকপা য়াই। অদু ঐখোয় করি খুমসি হায়বা? মশানা পামদুনা চেনখ্রবনিনা লুহোংবীরসি হায়ব্রা? নৎত্রগা খাইদোক্লরগা মাবু বী এ তম্বা লোইশিলহনখিসি হায়ব্রা?"

"ওজাবু ঐদি ইচানুপীবু কছারদা লৈহনখিবদি শুকপাম হেক পামজদে। ইচাগা ঐগা পুন্সি সিমগী উনগনি হায়বা থাজদ্রে।"

"অদুবু ইচানুপীগীদমক্তা মখোয়না মণিপুরদা লৈত্রবদি ইচা পীবোই হায়বা য়াগদ্রনে?"

"য়াদ্রগনা খাইদোক্লরগা কোম্না মাগী মরাইবক্তা তম্বা অমা লাকপা য়েংবদা তারে।"

"হায়রিসিনদি চীংখৈঙানবীসি নুপামচাদুদা থাজরনুসি হায়বনিনে।"

ঙাইহাক খল্লগা — "অদু, মখোয়না কোর্ট মেরিএজ তৌরগা লৈরম্লবদি ঐখোয় অমুক চোপকনি, মখোয়না ঙমখিগনি হায়রিবা। অদুগী শরুকপুদি অমসু-অমসু কায়দনবা মখোয় মণিপুরদা হান্নসু লৈরম্লবনিনা য়ারবদি মণিপুরদা অমুক হল্লক্লগা ইম্ফালদা ওইনা হোংনবা তৌসি হায়বনা ফরোইদ্রা হায়বনি। অদু ওইরবদি মাগী বী এ সু সিদা লোইশিলহনবা য়ারগনি হায়বা।"

"হোয়! ওজানা তাকপিরিবদুদা মখোয়না য়ারক্লবদি ঐসু য়াজে।"

"অদু হংলগদি য়েংবা তারেদনা।"

শান্নগদবা ৱারীগী মতাংদি লোইরে। অদুবু বোয়াইনা গুলাপকী মফমদা ৱাফম অমখক ফোঙদোক্লীংলি।

বোয়াইনা মখা অমুক শমথরকই — "ওজা! ঐবু ৱাফম অমখক্কা ফোঙদোকচগে?"

"করি ৱানো হায়য়ুনে?"

"ঐগী দষা তাবা হৌখ্রবদি মনম-মনম হেক্তা তাগনবা অমা লৈ। মসি ঐগী মপোক্কীনি, রাষিননি, শেমদোকপা য়াররোই। ঐবু ঐগী য়ুম্বগী মচানুপা রঞ্জিৎনা য়ুম থাদোক্লগা মফম অমদা হোংখ্রো হায়রে। তাদা কুল্লনা হায়ববুদি নত্তে। ঐবু ইচাগী মরাঙ-মরাঙ তৌরিঙৈসিদা মখোয়গীদা লৈরনু অমুক হায়রকপসিদা ঐ তৌফম অমা খঙদ্রে।"

"নঙনা করি অকায়বা, মানা য়ানীংদবা থবক তৌরুবগে?"

"ঐদি থোইদোকপা অকায়বদি তৌখিবা লৈতে। রঞ্জিৎনা নহানবাই চীংখৈনা ঐখোয়গা পুল্লা লৈরিঙৈদা চীংখৈবু চৈরাওচীং কাবা পুরীখিবনি। অদুদা রঞ্জিৎকী মপামদা লৈখিবী নুপী কুঞ্জবানীনা ইচা চীংখৈবু লম্বীদা ঙাইরগা ফুনকপগী থৌদোক মচা অমদি লৈখি। অদুগা রঞ্জিৎসি মমীৎ খরা ঙাওবা ওইনা তৌই হায়নৈ। ঐনা মীগী মচা ফত্তে হায়রুবসু ইতিক নত্তে। ৱাহৌদুগী মতুংদনি চীংখৈঙানবীবু ওজাগীদা থিঞ্জরকখিবদু।"

"ও। ঐসু রঞ্জিৎ হায়রিবা নুপামচাদু লম খরা হেল্লি হায়বসি হান্নদগী তারে। মাগা চীংখৈগা অনীগী মবক্তা করিগুম্বা খরা শোয়দনা লৈরম্লগনি। অসিনিনে পৈশা পায়বশিংসি মচা ৱাবকপা হৈতবদগী মীঙোন্দা অকাযবা পী হায়নরিবসি। মদুগী ৱাহৌদগী মানা নংঙোন্দা তাইনরকপা ওইরম্বসু য়াই। অদু ওইরগা ঐগী মনীংগী

ইংখোলসিদা লৈররোদনা! লৈবা য়াবা য়ুম অমসু য়াওরি। য়ুমগী মনুংদু শেংদোক্লবদি য়াম্না চাউবনি। ঐনা য়ুম শাৎ হৈখিবগী উবাক. ব্রা, উ ময়াম অমা পৈরগা থম্লিবনি। অসিদা লৈররো! ষন শেন্নবগী থবক্তু তোক্লগা ঐগী লৌ পড়ী অহুমসি উরগা লৈকনবু হেন্না ফরনি।"

"ওজানা তাকপিরিবদুবু...?" ঙকপগুম তৌনা বোয়াইনা গুলাপ্পা য়েংলকই।

"ঐনা হায়রিবসি অশেংবনি। ঐ ব্রা অমা হায়গে মুন্না তাও! ঐখোয় মীওইবনবু কয়াম কুইনা হিংগনিগে? ঐ হায়রা চই। হুমফু শুরে। হিংগে হায়না হিংলবদা চহী তরাদগী তরামঙা মঙাইরে। নুংশিননা লৈমিন্নরগা লোইরে। শঙদু নঙনা চঙলগা অমুক্তং য়েংলুগেরা? নতৈমদা শো লৈরমগনি। হায়! তারিব্রা নঙবো! মনীংগী গোডাউনগী শোদু বোয়াইদা অমুক্তা পীয়ুসে।"

মেমথোইনা শো পুখোরক্লগা বোয়াইদা পী।

বোয়াইনা শোদু পুরগা মনীংগী ইংখোল্লোমদা চঙখি। গোডাউন্দ ওইনবিবা য়ুমদু শেংদোক্লগদি য়াম্না ফরিবা য়ুম্নি। মদু উবদা বোয়াই মদুদা হেংলকপনবু ফবগদ্রা খল্লকই। য়েংবা লোইরগা হম্লক্লনা মেমথোইদা শোদু অমুক শিন্নরুরে।

মেমথোই -- "য়াগদৌরিব্রা নঙগী ওজানা হায়রিবদুবো?"

"য়ানি, মেমসাহেব! মসিদা লৈবনবু ফবগদ্রা খল্লে, ঐদি।"

"হো নঙনা ফগনি হায়রগদি শেংদোক্লগা কোক হেক লৈরো।"

"অদুদি ঐ অমুক চৎচকখিগে?" বাহৈদু হায়রম্লগা বোয়াই কাদু শেংদোক্লবা মী থিবা চৎখ্রে।

নাকল অমরোমদা ঙরাং মাঙখ্রে হায়বা ফিবিন সিমবে জ্ঞান মাঙলগা ওক্তবীশিংগী মকোল ওইবা হোটেল অমদা লৈরম্লে। নর্স অমনা ড্রিপ কাপ্পুনা কন্না হোৎনবদগী মহাক জ্ঞান খরা তারে। মহাক্না শেংনা খঙজদবা বাফমদি মহাকপু ঙবাং রঞ্জিৎনা মফমসিদা পুরক্লগা নুপী ওইবীগী ইকাই খুম্নবা পুন্নমক মাঙহনবীরম্লগা থমজিনবীরম্লিবসি করিগীনো হায়বসিনি। মহাক্কী মতুংদা নুপা কয়ানা মাগী মাগী পামজবা পোৎশক মখৈ ফিরিনগী হকচাংদগী ফক-ফক্তুনা চাবা লোইরগা মতিক চাবা মমল পীরম্লগা চৎনখ্রবনি। ফিবিন জ্ঞান তারকপদা য়াম্না কপ্পি। মহাক্না চীংখৈনা মঙোন্দা শেংনা হায়বম্বা ব্রাদুবু থৌশারুদবনা রঞ্জিৎকী ব্রাবুনা লুম্না খল্লুবদগী অরাবসি

নংখিবগী মরম্নি। মহাক চীংখৈবু উনরগা মাগী অশেংবা ৱারীসে অমুক্তং তম্নীংই। রঞ্জিৎনা ফিৱিনবু লাই হরাউবা লোইরককপদা চীংগী মমা বজারগী হোটেল অমদা লৈহৌই, মচাগা উননীংই; মশা ঙমদবদগী লায়েংবা লাকপনি হায়রগা পুথোকখিবনি। ফিৱিনগী মমাগা রঞ্জিৎক্সু নোংমা শক খঙনবগী তাঞ্জা অমা ফংখি। ফিৱিন্না লুৱাংশঙবমদা লাকপা নৌরিঙৈদা নোংমা মোন রোদতগী মমা-মচা মখোঙনা ইয়ারবেগ অমা পুন্না থাংমিন্নরগা খোঙনা চঙলকপদা রঞ্জিৎনা মারুটি কারদা লাকপদা থেংনবনি। নোংসু থিৎলি-থিৎলি চুই। রঞ্জিৎনা মাগী কার খান্নগা মবুক-মপাও ফবা শারগা কদায়দা চৎপনো হংখি। লিবরেল কলেজগী ছাত্রিনি, লুৱাংশঙবম মতাইদা ভারাদা লৈবনি, অদু ফাওবনি খুমখি।

রঞ্জিৎনা মা থিনবীরম্নগে হায়রগা মমা-মচাবু মাগী কারদা তোংখৎহন্নখি। মদুগী ফিৱিন অমদি মাগী মমানা রঞ্জিৎপু থাজখিবনি। অসুম্না ফিৱিন্না রঞ্জিৎপু থাজবদগী ঙসিসু মমানা হোটেলদা মাবু ঙাইহৌরি হায়রবদুদা থাজদুনা চৎমিন্নখিবনি। অদুগদি রঞ্জিৎনা ফিৱিনবু হান্নদগী ঙাঙনরগা থম্বী ওক্তবী মকোল অমদা পুশিনবীবগা মাবু লুখাক তাহনবীরম্নে।

ফিৱিন ভারাগী য়ুমদা হন্নীংদ্রে। কদায়দা চৎলগা কমদৌনা খুন্দা হনগদগে খল্লকই। মানা কপ্না-কপ্না ৱাখল অমদা উংলগা লৈরিঙৈদা পুলিস টিম অমা লাক্কুনা মফমদুদা ফিৱিন লৈ-লাকপ্রা হায়না হংলরে। পুলিস টিমদু তোম্বনা ফিৱিন মাঙখ্রে হায়না কমপ্লেন অমা তৌরুবদগী থিরকপনি। করিগুম্বা মফমদুদা পুলিস লাক্রুবদি মা মশানা য়ানা শিনফমসিদা চঙলকপনি হায়না খুমগদবনি নৎত্রবদি মখোয় লোইনা অৱাবা তামিন্নগনি হায়না হোটেল চলাইরিবা নুপীদুদা হায়রম্মী। ফিৱিনবু থেম্বদা মানা ফিৱিন্দা লুপা লীশীং তরাগী বন্দন অমা পীরম্মী। ফিৱিন ঙাইহাক্তং খঞ্জানৈ। অদুবু মানা পৈশাদু লৌদ্রবসু অপঙ তাগদৌরি। অদুগী শরুকপুদি পৈশাদু লৌরগা মখোয়না হয়য়ু হায়বদু হায়বীদ্রগা লোইরে খল্লকই। পুলিস ওফিসারদুনা ৱাহং খরা হংই। অদুবু ফিৱিন্না পুলিস স্টেসন্দা ওইনা পাউখুম পীজগে হায়বদগী ফিৱিনবু পুলিস স্টেসন তানা পুরক্লে। মফমদুদা ফিৱিন্না থোকখিবা থৌদোকশিংদু মঙগী ৱারী লীবগুম ময়েক শেংনা হায়দোরক্লে।

থবকসিদা লুৱাংশঙবমগী রঞ্জিৎ চেন্নরম্বদগী রঞ্জিৎপুসু পুলিসনা মাগী ওফিসতগী ফাখ্রে। রঞ্জিৎ মানা শিন্নরম্বা হোটেল মপুদুনা ফিৱিনবু যান্নবা হায়নবা ঙমদ্রবনিনা, মাগী ফিভম য়াম্না হেন্না লুরকখি। মানদি পৈশানা লোইনমক য়াগনি খল্লুবনি। হৌজিক্তি পুলিস ওফিসারদুদা রঞ্জিৎনা ফিৱিনবু মাগী নুপী ওইনা লৌ হায়ববসু মা লৌরগে হায়বকই।

পুলিস ওফিসারদুনা ফিরিন্দা হংই — "অদু, হৌজিক মানা নঙবু মাগী নুপী ওইনা লৌরগে হায়রিবসিদা নঙ য়ারব্রা ?" পুলিসতু বঞ্জিংকী পৈশা চারগা হংবা মানবা বাহংদু চংথরকই।

"ঐ মঙোন্দা লৈবা ঙমজরোই। মাদি হৌজিক্কালগী AIDS লায়না শোয়দনা পক্রুম্লগনি। ঐগী হকচাংদসু মখোয়গী ঈ চঙখ্রবনিনা ঐসু AIDS শোয়দনা পক্রগনি। ঐ হৌজিক করিসু পামদ্রে। ঐবু ঐগী খুন্দা থিনবীরো!" হায়রগা কপ্পি।

শোমদা বোয়াই মী খরা নেক্রগা গুলাপকী গোডার্উন্দু শেংদোকহল্লে। মাগী পুবা যাবা পোৎ খরা পুরক্রগা গুলাপকীদা য়ুম হোংলক্লে। মখোয়না পোৎ হোন্দোকখিবা লোইবদা লুরাংশঙবম মতাইগী মৈবা পাযবী, ফিরিন্না লৈরম্বা তোম্বগী য়ুম্লোন-কৈবোন্নবগী মী মযাম হৌনদুনা লাক্রগা কুম্লগী য়ুমদা নুঙ, থাঙ, চৈ, নাওরী পায়দুনা থোঙ, থোঙনাও, থুগাযবগা লোয়ননা মখোয়গী ইমুংবু খুন্দগী তাম্থোক্কদবনি হায়না লাউবরে। ঙাইহাক্কী মতুংদা পুলিস তিম অহুম মবি লাক্লুনা য়ুমদু কোয়শিল্লগা তিয়ার গ্যাস কাপ্পুনা মীযামদু তানখায়রে।

ওজা গুলাপসু পাভদু তারে। মানা খল্লি, — "ফিরিন্দু রঞ্জিৎনা ইজৎ মাঙহল্লগা ওক্তবীগী মকোন্দা থমজিনবীরম্লবোইরে। মাগী মশক্লুনা মাগী য়েক্লবা ওইরবোইরে।" পাউদু তাবদা মণিপুব পুম্নমক লাঙবা হৌরে। মরুওইনা ছাত্রগী সংস্থান অয়াম্বা মীতিং তৌদুনা বন্দ, ব্লোকেদ হৌনবা, জেনেরেল স্ট্রাইক কৌনবা বাবেপ্পস্রে। মণিপুরগী নাগা তাবা চীংগী লম মখৈ নাগালেন্দা পুন্নীংবগী বাখল রাংনা লৈরিঙৈদা তম্পাক্কী লমদমদা চীংগী চনুবা অমবু অসুম্না তৌবীবসিনা অমুক্কা হেন্না তুংগী মরী ফররোই হায়না খঞ্জবিনা ওজা গুলাপ্না রঞ্জিৎপু মতিক চাবা দন্দি অমদি পীহন্নীংই। মসিনা লুরাংশঙবম খুঙ্গংগী ইজৎপুসু লৈখা তাহল্লে।

তশেংনা থোক্লিবা থৌদোকসিমক্তি ইলেক্ট্রোনিক্সকী পোৎথোক ফরকপদগী লান্না শেন তানবা পাম্বা মীওইশিংনা পুথোরকপা নাতৈ চাদবা ফিল্ম কয়া লোন্না লনাই কাদা কাপ্লগা য়েংলুবদগী খাঙবা ঙম্লক্তদুনা মনাক নকপা মতু শোনবা, ঙাইহাক্কী ওইনা ফাবা ঙম্লোইদবা মীশক থিরকপদা ফিভমসি লাকখিবনি। নহাশিংনা থম্মোয় খুদুম চন্দুনা, অখাঙ কন্না গান্ধীজিগী পাউতাক অহুম — য়েংহৈদবা য়েংদবা, তাহৈদবা তাদবা, অমদি চাহৈদবা চাদবা নৎত্রগা ঙাঙহৈদবা ঙাঙদবা ঙম্লবদি থৌদোকসিগুম্বগী পাউসি মশীং য়াম্না হন্থহনবা ঙমগনি।

শোমদা বোয়াইবু রঞ্জিৎনা মখোয়গী য়ুম থাদোক্লগা চৎখ্রো হায়রকপগী মরমদু চীংখৈনা ফিরিন্দা রঞ্জিত্তগী লাপথোক্লবা হোৎনৌ হায়না পাউতাক পীরুবদা ফিরিন্না রঞ্জিত্তা তম্লুবদগী রঞ্জিৎনা শাওদুনা বোয়াইবু য়ুমদগী তাম্থোক্লীংবনি হায়বসি শোয়দ্রে হায়না গুলাপ্পা থাজরে।

অশোমদা জিরিগী রাজেনখোয়গীদা অহীং লেকপা তোমপোক অমদি চীংখৈঙানবী নোং ঙাম্লকপদা হৌগৎতুনা চিন-য়া শেংদোক্লগা শিলচর চৎনবা শেম শাবা লোইরে।

মেমিনা চা লোম্লগা চাগা বীসকুটকা পুরগা চঙলকই। রাজেনগা তোমপোক্কা চা থকমিন্নে। চা থকপা লোইরগা তোমপোক্কা চৎনবা তৌরসি হায।

চীংখৈনা মেমিদা ওনশিল্লগা — "মেমি! ইচেখোয় অমুক চৎলুখিগে, হয়েং ইম্ফাল থোক্লকপদা অমুক চঙলক্কে, তামোনসু নঙ পুবদো য়ারবনি। মদুদা অমুক উনরসি।"

তোমপোকসু রাজেনবু পোকপা অহল অনীদা "ইমা, বাবা অমুক চৎলুখিগে" হায়রম্লগা থোরক্কে। মেমিনা থোঙ্গাল ফাওবা থিন্দোবক্লগা মখুৎ হাইরগা লৈহৌই। রাজেন্দি বস পার্কিং ফাওবা থিন্দোরকই।

রাজেনগী অপোকপা, অপোকপি অনীনা চীংখৈগী মশক্কু ফজবদুদা বারী তৌনহৌই — "নুপীমচাদু তোমপোক্কা চেল্লকপা শোয়দনা ওইগনি। মখোয় অনীমক ইপঙ-পঙবা মীওই অমত্তা নত্তে। মখোয় অনী য়ুম পানমিন্নবদা লম্বা চানৈ, নুংঙাইজসনু! ঐখোয়গী রাজেনগীসু ইম্ফালদগী অসিগুম্বা অমা পুরক্লগা ইমৌ ওইরবদি কয়া পেনগনি। ঐগী ইচাসিনা পাঙমন্দবসিনা অসিগুম্বা নুপী ফংলোইনে।"

অসুম্না শিলচরগী বস থাবা মতম য়ৌদুনা ড্রাইভরনা গাড়ী থৌবা হৌরে। রাজেন মখুৎ হাইরগা লেপ্পুনা লৈহৌরে। গাড়ী মনুংদা খঙনবা মী থোইনা য়াওদবগা মখোয় অনী বারী শাবা হৌরকই — "তামো! ঐদি তামোখোয়গী য়ুমদা দাইরেক্ট চঙবা ইকাইজে।"

"অদুদি ঐখোয়দি কদাইদা লৈদোইবা?"

"তামোখোয়গী য়ুমদদি চেল্লকপা নত্তে হায়রুবসু য়াররোই। অদুগা ঐখোয়গী মণিপুরদদি নুপী চেল্লকপসি য়ুমদা হান্না পুশিন্নদে, মরুপ অমগীদা থম্নবা চৎনৈ।

নোংঙাল্লগা পাউ হাযদোক্লরবা মতুংদা নুপী ময়ুমগী মী লাক্লগা নুপীদুবু মচিল হংলগা মশানা য়াই হায়রগদি লুহোংবা চৎনৈ।"

"অদু, হৌজিক ঐখোয় অনী কনাগী য়ুমদা লৈরুবা তাবগে? ঐগীদি লুনা তিন্নবা মরুপসু অমত্তা লৈতে। অদুগা ঐদি মীগী নুপী চেনবসু অমুক্তা য়াওদ্রি, অদুনা নুপী চেনবগী অকুপ্পা মরমসু খঙদে। ফবে. ঐখোয় অনী হোটেল অমদা লৈরগা নুমিদাংবাইদা ইমাদা পাউ পীখ্রগা নঙবু লৌবা লাকও হায়খ্রসি।"

"তামো! ঐদি মদুনা খরা ফগদবা মাল্লি। হোটেলদা তামোগী অমোৎপা ফি-রোলকাদু ঐ শুদোকচগে?"

"অদুদি ঐখোয অনী নঙগী য়ুমদা শীজিন্ননবা পোৎ-চৈ খরসু বজারদগী লৈখ্রসি।"

"ঐগীদি লৈদ্রসু যানিদা।"

"নঙগী হবাই শেন্দল য়াওরকপ্রা?"

"যাওবক্তে।"

"অদুদি কবল্লা লৈদসু য়াবনি হায়রিবা? ঐসু ঐগী য়ুমগী মবেম্মা ওইদুনা লৈরগদবনিনা নুংতিগী চৎথোক্লমদাইদা অমুক হল্লকপদা অমুক য়েংবীরক্লবা, ঐবু লুনা ভৌবীনবা পামজবা পোৎ খরদি থোঞ্জগে? নশুং লাংগী নহারোলনসু ফারুরবনি, নঙনবুদি খঙবীদবা!"

"তামো! নঙবু মখোযনা ফারগা থম্বদো ফুদি ফুদব্রা?"

"ফুদে, অদুবু ঐগী পুক্লিংদি মতমদুদা নঙসে বাঙুদা শোয়দনা লৈরমগনি খল্লুবনা, নঙবু মফমদুদা অমুক্তং উনবা য়ারবদি হায়না কল্লা খন্দুনা লৈখি। অমুকসু খনখি নঙবু কনাগুম্বা নুপা অমগী য়ুমগী মৌ ওইদুনা লৈরল্লবদি হায়না!"

চীংখৈনা তোমপোক্কী মচিন্দু মখুত্তুনা লাম্লগা মেল্লি।

"তামো! মদু করিসু ওইবল্লোই! ঐগী থবায় হকচাং অনীমক অহীংদুদা তামোনা ঐগী ঙকশমদা গুলাপ্পুগী মখোঙদা তামোগী ঙকশমদগী লৌথোক্লগা হুকপিখিবা সনাগী লীক মরীসিবু কুন্দো পরেংনি খন্দুনা মিকুপ খুদিংগী তামোমক্কি খঞ্জদুনা লৈরকপনি। হৌজিক্তি ঐনা তামোগী ঙকশমদা হুকচগদবতা ঙায়রে। বারী শানা-শানা থম্মোয় মনুংগী জ্বারসু কাখৎলকই।

তোমপোক্লা হায়রকই — "ঐবু ফাদুনা থমখিবা ইমুংদুগী নুপীমচা অমখক্লা ঐনা চানবা চাক-য়েঙ্গাং হেক-হেক থিল্লকই। ঐনা হারী শাবা য়ারবদি মঙোন্দা নঙগী লৈফম হংগে হোৎনখি। অদুবু মহাক চাক থল্লমল্লগা হেক্তা চেনখিবদগী নঙগী মরম হংবা ঙমদনা তোকখি। নঙনা মাগী মশক উরবদি নঙনসু মাবু শোয়দনা নুংশিগনি।"

অসুম্না অয়ুক্কী পুং নিপাল তারকপদা শিলচবদা থুংলে। হোটেল মেঘদুটতা চঙলে। ফার্স্ট ফ্লোরদা কা অমা লৌরগা লৈরে। মপোৎ-মচৈ থনমল্লগা অমুক খোরক্লুনা চীংখৈগী ফি-রোল লৈনবা নুপীগী ফি য়োনফম অমদা চঙই। য়োম্লিবা পোৎশিংদুদি মপুন্সিদা নোংমতা নুপাগা চৎলগা লৈমিন্নবা য়াওখিদবনা চীংখৈদো মমায় পুবা ঙমদনা ইকাইজে।

তোমপোক্লা নম্বব হংল-হংলগা খর-খরা খুম্বদুদা লৈবদি লোইরে। শেৎনবা ফি খরসু থেমদুনা লৈহল্লে। পোৎ-চৈ লৈবা লোইবগা অমুক দুকান্দগী থোরক্লগা হোটেল তানা হল্লক্লে।

কাদুগী পাক্লবা অমদি নাক্লবা ফমুংদু উবদা চীংখৈদু কিবগুম, চিংনবগুম কাদুদা মখোয় অনীতা ঙায়বদুদা মশাদু নিকপগুম ভৌরকই। তোমপোক্তি মাগী মমাঙদা মফি সৎ-সৎ হোংদোক্লগা টরেল অমা শেৎলগা ঈরু লুজনবা থৌরাং ভৌখ্রে। চীংখৈদি মদু ফাওবদা করিমত্তা লেংদনা ফমুংদা ফমদুনা লৈ।

তোমপোক্লা — "নঙসু নফি-নরোল হোংদোক্লগা ঈরু-লুজনবা ভৌরে'দনা" হাইদু হায়রমল্লগা মাদি বাথ রুমদা চঙখ্রে।

চীংখৈ তোমপোক্লা বাথ রুমদা চঙখ্রিঙৈদুদা তপ্পা তপ্পা মফি হোংদোকই। তোমপোক্লা লৈবীবা মাগী মনুংদা শেৎকন্দবা ফিশিংদু ঈরুজবা লোইরগা শেৎলগে খন্দুনা মনাক্তা থম্মী। মফি হোংদোকপা লোইরগা তোমপোক্লা শেৎলকপা খোঙগ্রাও অমদি ফুরীৎ মানা ঙরাং হন্দোকখিবদা মোৎখিবদু শুদোক্লে খন্দুনা লৌথোক্লগা মনাক্তা থম্মী।

ঙাইহাক ঙাইরবা ভুংদা তোমপোক ঈরুজবা লোইরগা থোরক্লে। মানা থোরকপগা চীংখৈ বাথরুমদা ফি-রোল ময়ামদু পুরগা চঙখ্রে। বালটিন্দুদা সর্ফ খরা হাপ্লগা ফুরীৎ-খোঙগ্রাও অমদি মাগী ফি খরসু তিংশিল্লি। ফি তিংলিঙৈদা ঈরুজবা হৌরে।

তোমপোক্লা থোঙ মপাদগী — "ঐ মখাদা পোৎ মচা অমখক্তা লৈরুগে নঙ থোঙসি অমুক্তা লোনশিলহৌগেরা? থোঙ লোন্দ্রগদি অতোপ্পা মী চঙলক্লবদি ফরোই, ঐ চৎলেকো।" হাইদু হায়রমল্লগা তোমপোক্লা থোঙদু দং লাওনা মখোল থোকহল্লি।

চীংখৈ কিজদুনা অচোৎপা ফিদু শেৎলগা খোঙদু লোনশিন্নবা বাথরুমদগী খোরকই। খোঙদু লোনশিন্নগা বাথরুমদা থুনা অমুক চঙলগা ঈরুজে। মাদি তোমপোক হোটেলগী মখাদা কুমথরগা চৎখ্রে, কাদুদা মা মতোমতা ঙায়রে খন্দুনা বাথরুমগী খোঙদু মনুংদগী লোপ্লে। ঈরুজবা লোইরগা মশা-মউ শেংনা তৈথোক্লগা ঙসাইগী তোমপোক্না লৈমিন্নরুবা মনুংগী ফিশিংদু চাব্রা হায়না অমমম লিৎশিন্দুনা য়েংই। বাথরুমগী মিংশেন্দুদা তারিবা মানা তৌরিবা পূন্নমক্তুগী মমিদু উরগা মশাদা ঈরাং অমা লাকই। তোমপোকসু তাঙ্গা খঙ্না চীংখৈনা মতোমতা ফি হোংদোক্লিঙৈদুদা বাথরুমলোমদা চঙলকই। নাশোল পিক্লা বাথরুমগী খোঙদু খংইন-ইন্নবনি।

চীংখৈনা "হো ইমা!" হায়বন্নগা পাখৎখিদুনা জ্ঞান মাঙলগা তুথরকই। তোমপোক্না চীংখৈনা তুথরকপা মিকুপ্তা চীংখৈবু ঙাক্লগা থাংদুনা পুথোরক্লগা ফমুংদা থম্মী। চীংখৈদি পাখৎখিদুনা জ্ঞান তাদনা ঙাইহাক লৈ। মানা শেৎলিবা ফিজোল অমদি লীৎলিবা ফিদুদি মনুংগী ফি ঙাক্লনি। মদু উবদা তোমপোক্কী হকচাংগী মফম খুদিংমক্তা মিন্থলগী খোঙজেল কনখৎলকই। শোমদা চীংখৈসু তপ্না-তপ্না জ্ঞান লাক্লে। মনাক্তা লৈরিবদু তোমপোক্লি হায়বা খঙলে। তপ্না-তপ্না মাগী থম্মোয় লৈরাংদু শাৎকায়বা হৌরক্লে। তোমপোক্না শাৎকায়রক্লবা চীংখৈগী অঙাঙবা গুলাপকী লৈকাগা চপ মান্নরবা লৈনাশিংদু মখুৎনা অমমমতং ওইনা পায়রগা লৈকাদুগী মনুংদা লোৎলিবা খোইথুম্নবা লৈহী লৈফমদু মখা তানা থিরকই। মতম কয়াগী মমাঙদগী অমুক্তং ফংগে খন্না বুদ্ধি লৌশিং পূন্নমক থাদরগা হোৎনরকপদু ঙসিদি ফংলে। লৈনা লোইনা হাইদোক্লগা মীৎমাঙদা লৈহীতনা নীক-নীক লাউরবা মফমদুবু উরগা করিগী খোইমুনা মবুক পেন্না লৈহী চুপ্লাইদগে? খোইমুনা লৈহী চুপ্লিঙৈদা লৈরাংনা খোইমুগী মশা পূম্বা লৈকাবক্তা লোপ্তুনা ঙাইহাক থমখিবগুম মাবু অতোপ্পা লন্নানবা নুপা অমনা ইজৎ তেমশিংনবীগদৌরে খন্নবদগী রাম্বুরুবা চীংখৈনা মশাবীনি খঙলকপা মিকুপ্তুদা নুংশিনা মশাবীবু লৈকারক্তা পুশিন্দুনা লোৎনবা হোৎনরক্লে।

থাবুম কয়া ১ঙনা কাজরকপা নুংশিগী চীংজাও মতোল লোম্নবসু মদুগী মতোন্দা হৌরম্বা চাউরবা লৈহাও-লৈরেন শাৎলিবা উপালদুসু শাবী-শানৌ অনীনা কাদুনা মতোল অমুক লোম্লে। শাবী শানৌ অনীগী মখুৎ মরিনা পুন্না পায়মিন্নরগা লৈহাও-লৈরেন হেকপা ঙম্লে।

অরাংবা চীংজাও কাবা, অরাংবা উতোন কাবা অরায়বা নত্তে, য়াম্না রাবা থবক্নি। চীংখৈঙানবী অমদি তোমপোকসু রাবে। শ্বর শাংনা-শাংনা হোম্নগা ঙাইহাক পোৎথারে।

সমুদ্রগী ঈয়ায়দা কারম্বা ঈথক-ইপোন্না হম্বুগ্রবদি লৈরাইসু পোৎথাবা ঙাইহাক ফংজরে।

চীংখৈ হৌগৎলকপদা মানা শেৎলম্লিবা ফিশিংদু উবদা মতোমতা ইকাইজরে। মমায় খুম্লগা বাথ রুম তানা চেনশিনখ্রে। অমুক হন্না ঈরুজথোক্লগা ফনেক অমনা ফিদোন চিংখৎলগা শেৎলে, ফি মত্তেক অমনা মকোক খুম্লগা মৌ অনৌবীগুম থোরক্লে। তোমপোক্তি চীংজাও কারুবগী বাবা লোইদ্রিমাল্লে, মমীৎ উইশিল্লগা ফমুংদা হিপ্লি।

চীংখৈনা মাগী শেৎলি-ইল্লিবা ফিজোলদু তোমপোকপু য়েংহন্নীংদুনা মখুত্তা মিনরেল বাটর বোটটলদগী ঈশিং খরা লৌরগা তোমপোক্কী মমায়দা চাইশিল্লি। তোমপোক্কী মমীৎ অনীদু পাঙথোরকই। চীংখৈনা শেৎলিবা পকচবা ফিজেত্তু উরুবদা ফাগী তৌরকই — "মৌ অনৌবী হায়বদু অদুনিদনা! নঙনা হোরেল অদুম্না ইমা-পাবুংগী মমাঙদা তৌরগদি নঙবু কনানা য়ানীংলোইদগে?" তোমপোক্কী মনাক্তা ফমথরগা ওইনরকই — "তামো! নঙসি তাৎতি খুৎহৈ অমনি। অদুক থোৎখ্রবা থম্মোয়দুদা হিংচাবগী বাখলসু অদুম চেল্লি। ঐদি তামোনা থোঙ লোনশিলহৌররো হায়রকপগা থোঙদা দং লাউখিবদুদা তামো মপাল থোকাখ্রে খল্লুবনি। অদুগদি মপানসু থোক্তনা কদায়বাইদা ঐবু উহন্দনা লোৎলম্লিবা? মতুংদদি অদুগুম্বা ফাগিদো ঐঙোন্দা অমুক হন্না তৌবীগনু! ঐদি য়াম্না পাখৎকল্লি। ঙসাইগীদুদা ঐনা পাখৎখিদুনা স্তান তারক্লমদ্রবদি তামোবু নুংঙাইগদ্রা?"

'ঐগীদো মতম কুইনা পামজদুনা লৈরকপা, নঙনদি উৎলু হায়বা য়ারোইদ্‌বা লৈনা য়াওদবা লৈহীগী জগাদু অমুক্তং মীৎ পেন্না য়েংনীংদুনা তৌবনিদা!"

"অসিবু বানেনা ইকায়জদমানে?"

"হৌজিকপু নহানবাইগী শঙ্গোম হৈদোকখিবগী অদুম হায়না ইম্নুং চঙখিবদগী থোক্লক্তবীদো অমুক তৌখিগে হায়রিবো? সিদগীদি নঙ মমা হায়বদো থুনা ওইহ্রগদ্‌বনি। ঐখোয় অনীগী চেপ্তুর অনৌবা অমা ঙসিদগী হৌরবনি।"

"হায়গুম্মদনা তামো নুমিত্তো নুংদি নুংশিকো, কাউবা ঙমগদবা মান্দে। ঐনা শঙ্গোম হৈদোকখিবা মতমদুদা পাখৎখিবদো। মদু তামোনা হান্নদগী ঐবু তুংলোমদগী তুমিন্না য়েংদুনা লৈরম্বদুদা থোকখিবনি।"

"অদু, ঐনা পুখ্রি মপান্দা নঙঙোন্দা বাহং খরা হংখিবা মতমদা নঙনদি করিগুম্বা পাউখুম অমত্তসু পীরকখিদে। মদুদা ঐ কয়াম নুংঙাইখিদে।"

"তামোনা মফমদু থাদোক্লুনা চৎথ্রবা তুংদা ঐস্থ হৌগৎলগা তামোবু য়েংখি। অদুবু তামোনদি ঐনা য়েংজখিবদো উবীবমদ্রে।"

"ও' নঙস্থ নুমিত্তুদগী বাগ অমদি থস্মোয়দা পোকপা হৌবম্লবোইরে? নুমিদাংবোইদা ঐখোয় ইমানা নঙবু ঐখোয়গীদা লাকউ হায়না কৌবদা নঙনা ঐখোয়গীদা লাক্লগা' শুমাঙদা লেপখিবা শকফমদো ঐ ঙসিস্থ নীংশিংলি। মদুদা তাখিবা মমিদুনি ঐগী থস্মোয়দা য়েক্লুনা লৈবিবসি। অদুদগী নঙদি অদুম হনখ্রে। ঐনা পামজখিবদি নঙনা ফি অহনবা শেৎপদু নম্রে। অমনবা ফিজোল শেৎলগা মফমদুদা লেপ্লম্বদুনি। ঐনা নঙ চৎথ্রবা তুংদা ফম্না কুইনা থোঙনাওদগী নঙনা লেপ্লম্বা মফমদুবু য়েংলগা লৈখি। মথংগী অয়ুক্তস্থ ঙস্থা হৌবগা নঙনা শঙ্গোম শুম্বা থোক্লককনি খন্না ঙাইখি। অদুবু নঙদি অদুম লাকখিদ্রে। নুমিদাংগী মতমদা শিব পূজাগী মযাম লাঙনবদুদা নঙনা পুঙৌ ফনেক অমা শেৎলগা লাইবক্তা শিন্দুর পাক্লা নম্লগা ঐখোয়গী শঙ্গোযদা ফাওবমগদ্রা খন্দুনা হঞ্জিল্লকই। মদুদস্থ নঙ ফাওবমদে। শঙ্গোলদা ষন শজিক হাপ্লা থোবক্লমগদ্রা খন্দুনা অমুক চঙলুই মদুদনা নঙনা ষন শজিক হাপ্লম্লগা হঞ্জিনখিবদা পৃথ্বি মপালদা চঙখিবা উখি। ঐ যাম্লা বানা নঙগী নশক উনীং-উনীংনা উবা ফংদনা লেনখিবনি।"

"ঐশু তামোনা মতমদুদা ফাওবমগদবা নুংঙাইতবা বাখল পূম্নমক থস্মোযদা ফাওখি।"

"মথংগী অয়ুক্তা নঙনা সলুঙাংবা ফনেক অমা শেৎলগা লৈকোলদা গুলাপ থাবম্বা, ঐনা লোম্না মানা থাবিবসিবু কবিনো খনখিবা, নঙনা অমুক নখোযগী য়ুমগী মনীংগী বাখোঙদা নরু লুকথবগা ঐবু য়েংলকখিবা, নঙনা থারম্বা গুলাপ্তা চে মচেৎ অমদা ইবম্বা বাহে "উশিল" হায়না লং অমদা য়াম্লগা লৈরম্বা কয়াদু ঙসিদি নঙনা ইনাক্তা লৈরবনিনা তপ্না-তপ্না কাউথ্রনিকো।"

"তামোনা ইমা'বেম্মগী খোঙদা শোকপদগী মখোঙ থাবা য়াদদুনা ওটোদগী থাংথরগা ঐখোয়'নী পুন্না ইমা'বেম্মা থাংনবা হোৎনবদা তামোনা ঐগী খুদাংদা পায়বকখিবদো ঐদি মতমদুদা লবাইগী শমসে লোইনা চপ-চপ য়ুংখিবনি। নুপাসিদি মতা'মনি হায়না খনখিবনি। নুমিদাংগী পূং ১১ দা পোৎপাং অমা গুলাপ মখোঙদা থম্লমগে, মদু মী উদ্রিঙৈদা লৌশিল্লুকো হায়খিবদুনা ঐবু অহীংদু তূম্বা য়াহনখিদে। ঐ পূং ১১ তারকপা মতমদা তামোবু উনীংবনা ঙাওরকখি। ইশা ইতোমতা ঐঙোন্দা তামোনা করি যাদু তৌথ্রবনো হায়না হংজখি। অদুবু ঙসিদি তামোবু থস্মোয় শেংনা

নীংজখিবদুনা তামোগী তুং ইন্দুনা মফমসি য়ৌরক্লে। তামো ! ঐ তামোগী নাক্তা পুন্সিচুপ্পা লৈজগে” অসি হায়না মমীত্তগী পিরাংগা লোইননা তোমপোক্কী মখুত্তু চেৎনা মখুৎ অনী চণ্ডদুনা পায়জে।

“নঙদি ঐনা বেঙ্গলরদগী হল্লকপদা নঙ লৈরমদবগী শাউখিবগী ৱারীদি খঙলম্লোই।”

“অদুবুদি ইমা'বেম্মনা তম্লম্বদগী তারে, ফি মৈ থাবগী মতাংদু নৎত্রা ?”

“মানি, অদু নহান মতম কুইনা উখিদ্রবা তুংদা নঙনা য়াম্না কেন্না লাই হরাউবগী জগোই য়াওবা চৎপগী লম্বীদা উখিবদো মদুগী নঙগী শকফমদসু ঐগী থম্মোয়দা য়েক্তুনা থল্লি। য়েকপদুদা নঙগী লুতুংগী অমদি লুমাঙগী শমদা চিনখিবা লৈহাও অহুমদসু য়াওরিবনি। ঐনা খনখি — “নুংশিবসিদি তশেংনা ঙাওবজাৎ ওইবে। ঐনা নঙসিবু মী অমগী ওইখ্রগদ্রা হায়না ঙাইহাক্তুদা নঙবু মফমদুদগী ফাবগা ইনাক্তা পুনীংখি। ঐগী ওইনীংবনা ঙাওখি।”

“অদু, হৌজিক্তি ঐসে তামোগী ওইরবনিনা পুন্সিচুপ্পা তামোগী নাক্তা লৈরগে খন্না তুং ইঞ্জরক্লবনি।”

“ঐদি হৌজিক ফাওবা থাজবা ঙমদবগুম - মঙলা হায়না অমুক-মুক খনবগুমসু তৌরি।”

“মঙ নত্তে, তাইবং শেংলবনে। ঐবু অশেংবা তাইবংনি খঙনবা কবি তৌজৌ হায়বগে ?” অসি হায়রগা তোমপোক্কী লাইবক্তা নুংশিনা নাল্লকই।

অশ্বাই মতাংসিদদি থৌনা ফবসি নুপীনা খরদি হেনবোইবে। মখোয় অনীদো থা অমা ফানা লৈমিন্নবগা চপ মান্নরে। নকশিন্নবদা লম য়ৌবে।

তোমপোক্কী থম্মোয়গী ঈহৌবকফম মরূদা নোং কন্না চুবগুম, ইপান থাদা নোং চুদনা খৃত্তু কায়না নোং চুবা য়াদবগুম, নোংহৌ তোযনা লাক্লবদি ঈবম-খোঙলমদা ঈশিংনা পাদুনা চেল্লকপা মহৌশানি। থম্মোয় অনীগী ঈচেলদু তত্তনা থেঙ্গাইনবকই। কন্না চুরম্বা ইঙাগী নোংসু নেমথখ্রে; থম্মোয়গী পলসু অনীবক হন্না নমখায়দুনা চেম্থখ্রে। বারমাস্লে, অনীদু পাক্লবা হোটেলগী ফমুংথক্তুদা য়াতাদুনা নুংঙাইনা ঙাইহাক তুমথখ্রে।

ঙাইহাক তুম্নরবা তুংদা চীংথৈ হৌগৎলগা মশম ফজনা হাৎতোকই। হোটেলগী থোঙনাওদা শুরুবা ফি লোইনা ফৌদোকই। তোমপোকসু তুম্লম্বদগী হৌগৎলক্লগা

বাথরুমদা চঙখ্রে। মায়-মীং তাবা লোইরগা অমুক থোরক্লুনা অনৌবা ফি হোংদোকখরে। চীংখৈবুসু ফিজোল অনৌবা শেৎনবা হায়রকই। চীংখৈসু বাথরুমদা চঙদুনা মমায় মমীং তাথোক্লুরগা, মায়, মীৎ কেন্নবা মিংশেল মমাঙদা ফমথখ্রে। কেবা লোইরগা মখোয় অনী হৌনদুনা চাক-চাবা থোরকই, হোটেলদা চঙলগা টেবলদা ফমদুনা চানীংবা আইতেম শুনা কৌরগা মায়গা-মায়গা ওনশিন্নদুনা, মীৎকা-মীৎকা য়েংনদুনা ৱাখল নুংঙাইনা চাক চামিন্নে।

চাক চাবা লোইরগা হোটেলদগী অমুক থোরক্লে। খোঙনা চৎলগা বজারগী মফম খরা য়েংই। য়োম্লিবা পোৎ মখল-মখল য়েংলগা অসুম লাকই। চৎপা ৱারমাক্লে, হম্লসি হায়দুনা মখোয়না লৈবা হোটেলদুদা অমুক হম্লক্লে।

চীংখৈনা হায়রকই --- "তামো ' বরাক তুরেল মপান্দা অসুম খোঙনা চৎলগা য়েংনীংই; য়ারগদি হিসু তোংনীংই। ঐনা তাববু বরাক তুরেলদি ইলিসা হায়বা ঙাদুসু লৈ হায়না তাখি চুস্ত্রা?"

"চুম্মী, হোরেন নুংশা খবা নেমথরক্লগা চৎলুসি!"

থবক্তি তৌনিঙাই লৈতব্না হৌখ্রবা মতমগী ৱারী অমুক হৌরকই। তোমপোক্লা - "ঙাইখো, চীংখৈ! ঐ ৱা অমা হংগে?"

"করি ৱানো তামো?"

"নঙনা ঐনা বেঙ্গলর চৎকদবা হয়েংনি হায়বগী নুমিদাংদা ঐখোয়গী চাকখুমদা চাক থোংখিদনা?"

"হোয়, থোংখি।"

"নঙনা ঐখোয়গী পাবুংনা শোইদোন ইরোনবদু লৈরিব্রা খবা হাপ্পকউ হায়বদা পাবুংগী তেক্কোত্তা ইরোনবদু খরা হাপ্পীদনা। ঐনা ঐগীসু খরা হাপ্পম্মু হায়বা ঙমদদুনা লৈরিঙৈদা নঙনা ঐগী তেক্কোত্তসু চমচ অনীখক হাপখিদনা। মতমদুদা ঐখোয়গী পাবুংনা নঙগী নতৌদুদা চিংনেরমগদবদু নঙ খঙখিব্রা?"

"তামোনা ঙসি নুমিত্তুগী ৱাদু অমুক পুথোকপিরক্লবনিনা ঐনা নুমিত্তুদা ফাওখিবা নুংঙাইতবা ৱাখল অমখক লৈখি।"

"করম্বা নুংঙাইতবা ৱাখলনো?"

"অদুবুরো, পাবুংনা হায়খিবা য়াহে - "ইবেম্মা। নঙগী শোইদোন ঈরোনবদু লৈরিব্রা খরা হাপ্পকউ, ঙারী ফমাপ্লে হাওই" য়াহৈদো ঙসিসু ঐ কাউদ্রি। ঙারী ফম য়াম্না ফরবসু, মচল লোইনা শুরবসু থুম, মোরোক, জৈগ-পাত্র চাদ্রগবু ঈরোনবদু হাউগদ্রা? পাবুংগী অতোনবা ইমুংগী নুপীমচা অমা নেক্লগা চাক থোংহনবগী হন্থনা খনবা য়াখলদুদা ঐ য়ারৌখি। অদুবু তামোনা য়া-মচেং অমত্তা ঙাঙদনা হাউনা চাবীখিবদো, মদুনি ঐগী নুংঙাইজখিবা। মথংগী অয়ুক অদুসু ঐনা ঙস্তনা ঈরুজরগা তামোনা নুমিদাংদা হায়বীরম্বা য়াথং পাঙথোকচগে খন্দুনা হরাউ-হরাউ লাকচখি। অদুবু পাবুংনা চঙহন্নীংদবগী য়াঙাং খরনা ঐবু থম্মোয় কায়হনবীখি। ঐগী মায়দা থিনবা চন্দোল শেংনা মুৎথৎলগা ইতোমত্তা থম্মোয় শোক্লা কপ্পুনা অরা-মৈচাক খাঙখিবনি। তামোনা চৎলমদাইদা উনীংই হায়বা তামোখোয়গী মাঙ্গোলদা ঐনা লেপ্লগা তামোবু মাঙ্গোল পীজৌ তাকপিরম্বদুমদি ফংখিদ্রে। অদুবু ঐনা নুমিত্তুদা তামোনা চৎলমদাইদা থম্মোয়নুংদা কয়ারক হন্না মঙ্গল পীজখিবনি।" চাংখৈদো মমীত্তগী মপি তারকই।

তোমপোক্লা — "নঙগী অখাঙ কন্নবা য়াখলদুনা ঙসিদি মায়থীববা লানমী ওইনা নঙগী নফমদগী ইকাইবা নংলগা মণিপুরদগী কছার তানা অমুক হন্নক্লেদনা। মসি পুন্সি অমগী অফবা খুদম নত্তে। নঙসু হৌজিক্তি পোক্লফম লমদম নুংশিরবা মণিপুর থাদোক্লম্লগা আসামগী কছার লমদমসিদা লেনবা তাররে।"

চীংখৈনা মরক থৎনা য়াফম অমখক হৌদোরকই — "তামো! তামোখোয়গী ইমা'বেম্মগা পাবুংনা য়াবীরোইদ্রা হায়বদি ঙমদে। ঐ অমদি তামোগী পুন্সিদা অহানবা উনখিবা মফম নুংশিগী শৈহৌ ওইখিবা তামোখোয়গী ইরোইশেনবগী য়ুম, ইংখোল, পুখ্রি, শঙ্গোলগী ফনশিং, ঐখোয়না লৈরম্বা খাঙপোকশঙ, ঐনা ইংখোলদুদা শেমজরম্বা হৈকোল, লৈকোল হৌহৌরিবা উ-বা পুন্নমক্কু নুংশিরকত্রা?"

"করিগী নুংশিদনি। ঐনা নঙবু নুংশিবদসু মফমশিংদুগী মশকসু লোইনা য়াওরিবনি। নঙবু নঙগী খুৎনা থারম্বা গুলাপ পাম্বীদো নীংশিংদ্রনে?"

"নীংশিংই, মদু পল্লক্কনু, ঐ কপ্লীংলকই। অদো হৌজিক্তি পুন্নমক্তো মীগী লোইনা ওইহৌরেদনা! ঐ তামোদা পুন্সিসিদা অতৈ করিমত্তা নিজরোই; ঐনা হায়জনীংবদি পুন্সি হায়বসি য়াম্না তাঙবা, পোকঙমদনা পোকপা মপোক্লি হায়নৈ। অদু ওইরবদি ঐদি ঐগী পুন্সিসে তামোখোয়না হান্না লৈরম্বা ইরোইশেনবগী ইংখোলদুদা ঐনা শেমজরম্বা হৈরাং-লৈরাংশিংদুগী মনাক্তা মখোয়গা লোইননা হিংমিন্নজগে।

ইংখোলদুবু অমুক ইমা-পাবুংনা নৎত্রগা তামোনা হন্দোকপিবা ঙমদুনা মফমদুদা ঐগী অমদি তামোগী অরোইবা শ্বর হোঞ্জবা ফংলবদি পোকপগী মহয় য়াম্লে খঞ্জগনি। মফমদুদা গুলাপ মখোঙদুদা নীংথিবা ফুরা অমা শারগা নুংতিগী পূজা কচ্চগে। তামোবু ঐগী ওইহনবীবগীদমক ঈশ্বর মাবু থাগৎচগে!"

"চীংখৈ! নঙগী ব্রাখলদু চুম্মী। অচুম্বা ওইবনা ঐনসু য়ানীংই। নঙনা অতোপ্পা নুপা অমদা লুহোংবা তারবদা নৌনা শকখঙনবতা ঙাইকিবা ঐগী নুংশি মীথয়েং অমখক্তু নঙনা ভাব তাবীবমদুনা হন্দক্কী মপোক্তা থুংনররোই খনবদগী গুলাপ পাম্বী অমা থারগা মদুনা নঙগী নহৎ শিন্দুনা "উশিল" হায়না ইবম্বা মফমদুদা ঐখোয় অনীগী অবোইবা মোংফম ওইরগা মফমদুমক্তা ঐখোয় অনীগী স্মৃতি অমা শাবা ঙম্লবদি মদুনা খ্বাইদগী অচুম্বা ওইগনি।"

"ব্রাখোক চাউবী, অপোকপি ইমা ঙন্না কায়নখ্রবী, লায়রবা ইমুংদা পোক্লুবী, খ্বাইদগী লাইবক থীবী ইহাকথক্কীদমক তামোগী ইমুংবুসু কাং-খোঙ চাইবমখৈ ব্রাহন্নুরে। ইমা'বেম্মগা পাবুংগা অনীনা ঙসি কছার লমদমদা অমুক হনখিবসে ঐনা তামোখোয়গী ইংখোলদুদা ষন শেন্নবা য়াওদুনা শকহেনবীগী শঙ্গোম শুন্নমদ্রবদি তামোগা ঐগা শক খঙনরমদ্রবদি ওইবম্লোই। পূম্নমকসে ঐনা মরম ওইদুনা থোকখিবা ঙাক্তনি। হৌজিক অমুক ঐনা তামোগী নাক্তা লৈজবগা হান্নগী ফিভমদা লোইনা অমুক হঞ্জিলহনবা ঙমজরগদি কয়াদা নুংঙাইজগনি। তামো! ইমা'বেম্মাগা পাবুংগদা তামোনা থবকসি ওইনবা অমুক্তা হায়নবীয়ু।"

"যাগনি। হৌজিক্তি নঙসু ঐখোয়গী ইমুংগী মী হায়বদু ওইরবনিনা ইবানি চঙলগা য়ানবা হেক্তা হায়নসি। ইমা-পাবুংসু মণিপুর থাদোক্লীংদুনা কছারদা হন্নকখিবা নত্তে। ঐবু ফারুবদুদা মচা ইতোমতা পোকচবনিনা ব্রাখল অসুম পিকথরকপদগী ওইখিবনি। মখোয় অনীগী মফমদা ঐখোয় অনী চঙদুনা হায়নবদা ইমা-পাবুংনসু শোয়দনা য়াগনি। অদু থৌদোক পূম্নমকসিনা তাক্লিবদি থম্মোয় শেংনা নুংশিনজবা শাবী-শানৌশিংবু য়াম্না হেন্না অয়েংপা, অপনবা পীবীবা ফত্তে। মসিদি প্রকৃতিনা মীওইবগী ইনখৎলকপা মতমদা পীরকপা মরুওইবা থৌদাংনি হায়বনি। মসিবু থিংলুবদা অকায়বা শোয়দনা লাক্কনি। হৌজিক্তি ঐখোয় অনীগী পম্বুং য়ৌশিল্লক্রে।"

"তামো! তামোনা ঙাংথোরকপা ব্রাহৈশিংসে তাজরগা মীনুংশি য়াওবা অচুম্বা বীচারপত্তি অমনা ঙাঙগদবা ব্রাঙাঙনি খঞ্জে। পঙলবা ঐগী ব্রাখলদা কনা অমত্তগী

মীচঙ চঙদনা অচুম্বা নাকন্দা মীৎয়েং থম্লগা ঙাঙবা ৱা ওইবনা মমল য়াম্মী হায়জবনি। তামোবু ঐগী ওইনা ফংজবসি কয়াদা লাইবক ফত্তবনো ?"

"নঙনা ঐবু অমুক কয়াদা ৱাংনা থাঙ্গৎপিরবা ?"

"অমনা ঙাঙবদা অমনা মরৈ তৌনীংদবা, ঙাঙলিবা অমদি তারিবা অনীমক মোৎ অমত্তা ওইবসিবু নৎত্রা অফবা য়ুম্বাল, অফবা পুন্সি হায়নরিবসে।"

"চুমত্তবা ৱানি। মদুনি ঐনা খ্বাইদগী পামজবসু।"

নুংশা খরা নেমথরকপদুদা চীংখৈনা বরাক খোঙবান্দা চৎলুসি হায়না হৌরকই। মখোয় অনী হোটেলদগী থোরক্লগা খোঙনা অসুম লাকপনা বরাক খোঙবাল য়ৌরক্লে। হি লানফম মপা য়ৌনা খোঙনা অসুম লাকই। হি অমদা মী খরা পুরগা লাম্লকপা উই। নুমিদাংৱাইগী নুংশিৎনা লিরি, লিরি হুমদুনা শিৎলকপদা হি হোনবদুনা নৌদ্ পায়রগা নাকল-নাকল ওন্দুনা নুংশিৎকা থেংনদুনা মানা ঙম্লবা হোৎনরি। পুমম্নমক হিংনবগী লানফম্নি। লানফমসি থেংন-থেংননা শিবা ঙাইরিবা ঙাক্তনি। অসুম্না ৱানা হোৎনরগা হিদু হোম্লগা লাকপনা তোর্বান য়ৌবদা যাত্রিকশিংদু হিদগী কুমথরগা হি হোনবা নুপাদুদা ফিজিদা চেৎনা কিরগা পুরকপা হিরানশেন্দু পী। মদু উবদা চীংখৈঙানবীনা অঙ্গং ওইরিঙৌদা ৱাড়ুদা য়েংখিবা গৌরলিলাগী হি লানবা মতাং অমদা গৌরাঙ্গ মহাপ্রভুনা মাবু গঙ্গা তুরেল লাম্থোকপিরকখিবা হিরানবদুদা "মাগীদি হিরানমল পীনবা য়াওদে, হয়েং নঙগী অরোইবা মতম লাকপকান্দা নঙবুসু ঐনা বৈতরনি তুরেল শোয়দনা লানবীগনি মতমদুদা ঐখোয় অনী অমুক উনসি হায়রম্বা" মতাংদু নীংশিংলুরগা মীওইবগী পুন্সিগী অরোইবা মিকুপ অমগী শক্তম মিকুপসিদা উরকই। অসিগুম্বা য়াম্না তাম্না লৈরিবা, ইনাক য়ৌরকত্রিবা থৌদোক অমখক্তি শক্তম্বু ইনাক য়ৌনা চিংশিল্লগা ৱাখল খনবা ঙম্লিবা চীংখৈগী থম্মোয়সে কয়াদা ফজত্তবনো ? ঙসি ফাওবসিদা মহাক্না কনা অমগী মফমদা অকায়বা চৎলকত্রি। মাগা লোয়নরকপা পুমম্নমকপু য়াম্না হৈ-শিংনা শান্নবা লীলা অমগী মরুওইবা শক্তম লাংবগুম মাগী থৌদাং খুদিংমক য়াম্না চেকশিন্না য়াদুনা লাক্লি। ফজে, মাগী পুকচেল। গৌর শমপ্রদায়গী ইমুং অমদগী চাউরকপা চনুরা অমা ওইনা চীংখৈসু মতম অমগী ভগবান শ্রী কৃষ্ণ অমদি ইবেম্মা শ্রীমতি রাধিকা অনীগী অপুনবা শক্লোন লৌরগা শাইয়োম্লকপনি লৌনরিবা শ্রীশ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভুগী নুংগী ভাব য়ৌনা খম্বুবা ঙম্বগী জ্ঞান্দু মঙোন্দসু য়াওবগুম তৌরি। চীংখৈনা মতম কুইনদগী অমুক্তং য়েংগে খনখিবা বরাক তুরেল ঙসিদি মাগী মীৎমাঙদা লৈরে।

চীংখৈনা হায়রকই — "তামো! চহী তরেৎ খুন্তাকপা মতমদা মৈতৈ ঐখোয়গী ইপা-ইপুশিংনো কচ্ছার লমদম তানা চেল্লকখি হায়বদো য়াম্না ৱারমগনিকো! ঐখোয়না ঙসি অয়াঙবা গাড়ী তোংদুনা লাকপদা ৱারে হায়রিবসিদগী মখোয়না শরুক চাম্মা হেন্না ৱারমগনি। ৱানা শা-কৈ লৈবা শোঙলবা জঙ্গল ফাওদুনা চাব-চাদবা কচ্ছার লমদম য়ৌবক্লগা বরাক তুরেলসি মতমদুদা থোং লৈতবনিনা পোঙ তোংলগা অমুক লাম্লমগনিকো। নুংশিরকইদা। তামো! হি অমা ৱায়রগা তোংদুনা অশোম ৱাংমা ফাওবা লাম্থোক্লুসিরা? মতমদুগী ইপা, ইপু, ইমা, ইবেন কয়াদুগী ৱাখলদু ঙাইহাক্তং ওইরবসু ফাওবা ঙম্মা য়েংজগে?"

"হোয়, য়াইয়ে, ঐ কৌগে?" অসি হায়দুনা তোমপোক্না হি হোনবা অমা মখোয়নী লেপ্লিবা তোর্ব্বান্দু তানা কৌশিল্লে। হঙ্গৎ-হন্দা মখোয় অনীবু অশোম-ৱাংমদা লাম্থোক্লুরগা অমুক হল্লকপদা কযা লৌগদগে হংলগা পীগদবা মমল য়ানরবা তুংদা মখোয় অনী হিদা কাখৎলে।

চীংখৈ মানা য়াম্না পিক্লিঙৈদা ৱাঙুদা লৈরিঙৈ মতমদা হি অমুকখক তোংখ্রে। মখোয়গী হিগা মণিপুরগী হিগা মান্নরমদে। মখোয়গীনা পকপা, চাউবা হেনবনিনা তোংবদসু নুংঙাইবা হেল্লি। হি তোংলগা ঈয়ায় য়ৌরকপদা অয়িংবা নুংশিৎ ফাওরকই। পূক্লিং নুংঙোনবা ৱাখল কয়াসু অয়িংবা নুংশিৎনা পুবকপগুম ফাওরকই। বরাক তুরেলগী নাকন্নগী উপালদা তোংলগা খোংবা কোকিলগী কুহু-কুহু খোঞ্জেলসু তত্তুনা নাকোঙদা তারক্লি। চীংখৈ তোমপোকপু মখুৎ য়েৎথংবদুনা চেৎনা কোল্লগা ফম্মী। হিদুনা নোম্বদুদা মকোক্লুনা তোমপোক্কী হকচাংদা ঙাথবগা মমীৎ অনীদু উইশিল্লগা লাই নীংবগুম লে। মমীৎ উইশিনবদুদা তোমপোকপু শ্রীমতি রাধিকানা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদা ঙাথরগা প্রেমগী রষ চুপখিবগী মওংগুম চীংখৈনসু তোমপোক্তগী প্রেমগী রষ চুপচরি। চীংখৈনা নোংমা ব্রহ্মান অমখক্না লীখিবা ৱারীগী মতাং অমখক নীংশিংলকই।

দ্বারিকাদা নিংথৌ ওইদুনা পাল্লবা শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মা রাধিকাবু থেংখাঙ কয়াদা তত্তুনা মমিং পন্দুনা নীংশিংলক্লবদা মদুবু তারুবা শ্রীকৃষ্ণগী লোইনবী লৈমা লীশীং তরাগী মনুংদা খ্বাইদগী মশক্তা, মগুন্দা, মরন্দা অমত্তা ৱাত্তবী লক্ষ্মী; রুহিনীনচিংবী ইবেম্মশিংনা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণদা হঙ্গৎচখি হায় — "হে জগৎকী মপু! ইবুংঙো নহাক্না ঐখোয় অশুক য়াম্বা লৈমা কয়ানা অশুক পূক্লিং চঙনা ইবুংঙোগী সেবা তৌজবদা ইবুংঙোনা পেনবীবা ৱাৎপনা মরম ওইরগা ব্রজদা লৈহৌরবী রাধিকাগী মিং হেক-

হেক পনবীরকপসে ননাই ঐখোয়দি তাবদা ওম্ব্রোক্লা নুংঙাইজদে, করি পেন্দবা লৈবগীনো অমুক্তা তাকপিয়ুবা!"

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিখি হায় — "শ্রীমতি রাধিকানা ঐবু নীংজবগা নখোয় ময়াম্না নীংবগা খেন্নবা লৈবনা ঐনা মাবু কাউবা ঙমদবগী মরম্নি, নখোয় ৱারৌগনু!"

মখা তানা ইবেম্মশিংদুনা মবুংঙোদা হঙ্গৎচখি — "হে প্রভু! শক্তরা, গুন্দরা, লন্দরা, মরমদু অমুক্তা শেংনা তাকপিয়ুবা?"

"ঐ নোংমা মতাং-মতম চাবা কান্দা মরমদু শোয়দনা তাক্লে, নখোয় মতম ঙাইয়ু" হায়রগা থেমজিনবীখি।

লৈমা খুদিংমক মরমদু খঙনীংবনা পূক্লিং লাংতক্লনা মতম শাংনা ঙাইরকখি। নোংমা খঙহৌদনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং হেদো নাহে চম্লম্মী। সৈজাথক্তা হকচাং থেক-নোমদুনা অৱা মৈচাক খাঙলম্মী। মাইবা অহৈবা অমত্তনা অনাবা নেমহনবা ঙম্লক্রুবদা ইবুংঙোনা ফোঙদোরকখি হায় — "ঐগী মতম লোইগদৌরে. ঐ শোযদনা শিবগনি।" ৱাদু তাবদা ইবেম্মশিং হা-হা-কার লাউদুনা থৱায় ৱানরম্মী।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা অরোইবা ওইনা হায়রকই — "নখোয় পুন্নমক্না ঐবু থম্মোয় শেংনা নুংশিরবদি নখোয় ময়াম মরক্তগী নখোয় অমগী খোঙদা পকপা উফুল মরিক খরা পীয়ু। উফুলদুনা ঐগী লাইবক্তা হাপ্লবদি ঐগী অনাবসি শোয়দনা ফগনি।"

ৱাহৈদু তাবদা মখোয় লোইনমক পাখৎখ্রে। জগৎকী মপুনি হায়নবিবা মবুংঙোগী লাইবক্তা করম্না খোঙয়াগী উফুল? মথংগী মপোক কয়ারক্তা নরক তাগদৌরি। মখোয়না মবুংঙো নুংশিবদগীদি নরক তাবনা হেন্না কিরে। অনীসি অমনা থৱায় কনবনি অদুগা অমনা নরক তাবনি। নুংত্তিগী ধুপ-আরতি কত্তুনা পূজা তৌজরিবা মবুংঙোগী লাইবক্তা খোঙয়াগী উফুল তৈবা হায়বসিবু কনানা ঙমগদগে? মপোক-মপোক খুদিংমক্তা অদুক চাউবা পাপ লংজবগী শরুক উফুল পীদবনা চুমগনি খন্নরে। শোমদা শ্রীকৃষ্ণগী অনাবগী চৈথেংদি হেঞ্জিল্লক্রি। লৈমা লীশীং তরামক মরূ লুকথরগা লৈবা নত্তনা মথৌ পাঙথোকপা অমত্তা ঙমদ্রে। শ্রীকৃষ্ণনা নার্দবু নীংশিংদুনা নার্দসু মনাক্তা য়ৌরক্লে। নার্দদা থবক্তু মানা তৌবা ঙমগদ্রা হায়। নার্দসু ঙমদ্রে। অরোইবা ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা নার্দবু ব্রজ বৃন্দাবন্দা থারগা গোপা গোপি ময়ামগী মরক্তা থবক্তু ঙম্বা অমতং য়াওব্রা, য়াওরবদি মখোয় অমদগী খোঙয়াগী উফুল লৌরগা পুরগা মফমসিদা খুদক্তা হল্লকউ হায়না য়াথং পীখ্রে।

নার্দনা ব্রজদা চৎলগা রাফমদুমক ফোঙদোক্লুরে। ব্রজগী মীপুম খুদিংমকসু মবুংঙোগী অৱাবা পাউদু তাবদা থম্মোয় পুবা অমত্তা ঙম্লদ্রে। মীৎলুদা প্রেমগী ধারা শীঙ্খরগা মবুংঙোগা হন্দক্কী মপোক্কী কায়নরগনি খনবদা অৱাবগী ঙমখে লৈখিদ্রে। অদুবু অনাবা ফহনবা ঙমগদবা খোঙয়াগী উফুল নিরকপদদি মখোয় অমত্তনা য়াবা ঙমদ্রে। নার্দা মফমসিদসু নীংবা কায়গদৌরে। শ্রীমতি রাধিকা ইবেম্মনা মবুংঙোগী অৱাবগী পাউদু তাবগা মশম-মনা ইফা-ফানা অঙাওবীগুম চেল্লক্লগা — "ঐ পীগে, ঐ ঙমগনি, মথংগী মপোক কয়াবক্তা নবক্তা হন্না-হন্না ভারবসু ঐনা ইবুংঙোগী থবায় কস্লমগে, ঐ শিব্রবসু ইবুংঙোগীদমক্তদি যারে। ঐনা মতম কয়াগী মমাঙদগী নীংজরকপা আশা অমদি ইবুংঙোনা থুংহনবীগদৌরে, মানা ঐগী অরোইবা চাংয়েং পাম্লক্লবোইরে" হায়বগা - "সে। ঐগী খোঙযাগী উফুলসে লৌবীবো হে প্রভু।" অসি হায়না রাধিকানা মাগী খোঙযাগী উফুলদো লৌবগা নার্দগী মফমদা শিন্নখ্রে। নার্দনা খুদক্তা জগৎকী মবুংঙোগী পুন্সি কনবা ঙম্লগনি খন্দুনা থুনা দ্বারিকাদা অমুক যৌরকখি। ইরেম্মনা কবিমন্ত্র চিংনদনা শিন্নবকপা ইবেম্মগী খোঙয়াগী উফুলদুবু জগৎকী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণগী খুৎতা হেক য়ৌবদা অমৃত ওনখ্রে। মসি ওইববোইরে প্রেমগী খাইদগী বাংবা থাক হায়নবিবসে! উফুলদুনা ইবুংঙোগী লাইবক্তা হেক থম্বদা ইবুংঙো মীৎনা কুপ্পদা নাবা ফরে। নার্দা অমদি মনাক্তা কোযনা ফম্লিবা লৈবাক্কী অঙম-অথৌ, পাত্র মন্ত্রি, লৈমা লৌশী, ভবামক ঙকপদ' থেংখ্রে। নুমিত্তুদগী রাধিকাগী মফমদা লংজকবা লৈমশিংদু রাধিকানা মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণবু নীংজবা হেনবগী গুন্দ ভাব তারকখি হায। রাধিকাদি কৃষ্ণপ্রেমদা মপূং ফানা লুপখিবনা মা মশাগী অফ-ফত্তা, মথংগী মপোক্তা অতোনবা জাত্তা পোকপা, নরক তাবগী করিমত্তা রারুদ্রে। খুদক্কী মবুংঙোগী অৱাবা কোকহনবদুনা তৌফম থোকপা মথৌনি খনখিবা রাখলদুমক মিকুপ খুদিংগী মশাদা শাগোন্নদুনা লৈবনা ইবুংঙোনা ইবেম্মবু কাউবা ঙমদবগী মরমনি। অদুবু জগৎনদি রাধিকাবু কলঙ্কিনি হায়না মিংথোল পীবীরি। চীংখৈনা মাবুসু তোমপোক্কীদমক অশেংবা রাধিকাগী পূকচেলদু চেনবা ঙমহনবীয়ু হায়না পুক্লিংদা ঈশ্বরদা নিজখি।

হি তোংদুনা অশোম রাংমা লাম্লেক্লুরগা অমুক শোমদা হল্লকপা মতমদা নুমিৎনা নোংচুপ থংবা চীংয়াদা চঙখিগদৌরে। চীংখৈনা মাগী মশাদা ঙাথরগা নুংঙাইনা পোৎথাবদুদা তোমপোকসু করিমত্তা হায়রুদ্রে। রাখল অমদা তোমপোক্কী হকচাংদা ঙাথরগা প্রেমগী ঈপাক্তা তাউথরুবা চীংখে মমীৎ অনীদু তপ্পা পাঙথোরক্লে। মা তশেংনা বরাক তুরেলগী মহাও লৌবদা যুগ অমা হন্দোক্লুরে। চীংয়াদা চঙখিবা নুমিৎপু উবদা চীংখৈনা লুরাংশঙবমগী গুলাপকী যুম নীংশিংলকই।

হায়রকই — "তামো! ধুপ থাবা মতম য়ৌরক্রে। ঐ ইমা'বেম্মগা পাবুংগসু নীংশিংলক্রে। ইমা ইবেম্মনসু ঐবু শোযদনা নীংশিংলমগনি। ঐ ভবাংদি কোক ভাওবনা কয়া খল্লুদে, ওসিখক্তা খঙলকই। ঐবু পাবুংনা য়াম্না বারৌগদবা অমা লৈরে।"

"করি মরমগীনো হায়যু?"

"ঐবু পাবুংনা বী এ ফার্স্ট ইয়ারদা লিবরেল কলেজদা মিং চল্লমদাইদা হায়খিবা বানি। - ইচা বী এ লোইদবা য়াদবনি, হৌজিক্কান্দা নুপীনা লাইরিক য়াম্না তম্নগা স্কুল, কলেজ অমদি য়ুনিভর্সিটিগী ওজা ওইনরিবা, উকিল ওইরিবা, জর্জ ওইরিবা, পুলিস ওফিসারনচিংবা ওইরিবা ময়ামসি নঙবু ওইনীংদব্রা? মতমদুদা ঐনা খনখি - ঐসু বী এ লোইরগা এম এ ফাওবা তম্নবদি থবক অমদি ফংগদ্রা হায়না। খুদক্কুদদি পাবুংগী অপাম্বদু থুংহনগে খনখিবনি। অদুবু নহান তামোবু উরুবা মিকুপ্তুদগী ঐ লাইরিক তম্বগী অমদি পাবুংনা হায়বীখিবা বাশিংদু লোইনা কাউথোক্লুরে। তামো! ঐবু বী এ ফাওবা লোইবা ঙম্নরোইদ্রা?" তশেংনা চীংখৈদো কপকে তৌরে।

মাগী শকফমদু উবদা তোমপোক্না হায়রকই — "লুহোংবা লোইবগা ঐনা গুবাহাটিদা লৈরিঙৈদা নঙনা নঙগী বী এ গী কোর্সত্তু লোইশিনবা য়াইনা।"

"কছারদা লৈরগা করম্না লোইশিনগনি? য়ুনিভর্সিটি তোঙানবনিনা য়ারোই।"

"হোয়নে, অদুসু চুম্মীনে! নপামদা লৈরগা তম্নবসু মীনা মসি অমুক মপামদা হম্নক্রব্রা হংনরক্কনি। মদু কোন্না তপ্না লুহোংবা লোইরগা খম্নরসি।"

মখোয় অনী ওটো রিক্সো অমদা তোংলগা মখোয়না লৈবা হোটেল য়ৌবক্রে। হোটেলদগী ফি-রোল অম-'ম লোইশিল্লগা নুমিদাংগী পুং তরেৎকী অদুবাইদা থোবক্লগা ওটোরিক্সো অমুক তোংলগা থালজুর তানা লাক্রে। ওটোরিক্সোদু ভারা পীরগা চৎহনখ্রে। থোঙ্গালদা ওটোরিক্সো মখোল তাখিবদুদা সনাতোম্বী থোরকই। মখোয় অনী উবদা ঙাইহাক্তং লেপম্মু হাযরগা অমুক চঙলুরগা মৈ ওক্লরে। মৈ ওকপা লোইবদা মখোয অনীনা সনাতোম্বীগী মখোঙদা নোম্বদুনা খুরুম্মী। সনাতোম্বীনা চীংখৈবু কোল্লগা শুমাঙ তানা পুশিল্লক্রে। তুলসিবুংগী য়েৎওইননা চঙহল্লগা মমায় নোংপোক ওল্লগা বৃন্দারানী খুরুমহল্লগা মাঙ্গোল কাখৎলকই। রামধনসু থোরক্লুনা মাঙ্গোলদা লেপ্পি। তোমপোক্না চীংখৈগা অনীমক নোম্বদুনা মপাবুংগী মখোঙ শোক্না খুরুম্মী। রামধন্না — "ইচা-ইমৌ অনীগী মঙ্গল" হায়না মকোক পায়দুনা নাম্বুবী। চীংখৈদি রামধন্না মকোক পায়রকপদুদা মাবু মতম চুপ্পগী ওইনা য়াবীরবগুম খঞ্জরুই।

অসুম্না ইমুং চঙলগা মৈ ভান্না থান্নগা মচা লাকপা য়াই হায়না শেমদুনা থম্নবা তোমপোক্কী কাদুদা চীংখৈবু পুশিনবীখি। মখোয়না থালজ্রব য়ৌরকপদা বেটিনা হবাউবসি করি হায়রম্লনি। চীংখৈনা বেটিবুসু মখোঙ শোক্লগা — "অবোক হায়না কৌবগা" খুরুম্মী। বেটিদি মাবু চীংখৈনা খুরুম্বদুদা ইকাইজরম্মী। রামধনগা সনাতোম্বীগসু ঙসিদি চীংখৈনা বেটিবু খুরুম্বদা করিসু হায়দ্রে। নুমিদাংগী চাক্কু সনাতোম্বীনা লৈদুনা থম্বা ইলিসাদু মনাও নুপা বলদেবনা পোকপি প্রেমাবু কৌরগা নীংথিনা থোংহল্লে। চাক লোইবগা ইমুং পুন্না চাক চামিন্নরে। চাবা লোইবগী কোললিকতু বেটিনা মাগী মথৌনি মা তৌগে হায়বদু চীংখৈনা য়াদ্রে। মখোয় অনী চঙদুনা লোইশিলমিন্নরে। নুমিদাংগী থবক লোইরবদা চীংখৈ তোমপোক্কা মখোয় অনীগীদমক নান্না শেমদুনা থম্নবা কাদুদা চঙখ্রে। ফমুংদা থারিবা অরোনবা মোমপাক ফিদক্কু তপ্না হুগংলে। মোনখুমদুসু লৌথোক্লে। মখাদা থারিবা মোমপাক ফিদক, মোনখুমদু মওং তানা নানথোকই। ঙসাই লৌথোকপা মোমপাক ফিদক্কা মোনখুমগদু নীংথিনা থুপচিন্লে।

ঙাইহাক লৈরগদি মখোয় অনীগী কাদু মৈ মুখথখ্রে। কাগী মৈ মুথখিবগা মনীংগী কাদা তূম্লিবা সনাতোম্বীনা রামধনগী নঙ্গন্দা খুজপ্লিনা চপ্পি। অহল অনীদু তূম্বা থেম্নবসু ফম্না কুইনা তূম্বা য়াদে। ফমুং অনৌবদা তূম্বা চঙখিবা অনীদুসু শ্বব ফাওবা য়াম্না কিনা হোম্লগা তূম্বা থেমলি। হাকথি খম্লক্কদ্রা, লোক খুরক্কদ্রা হায়বগীসু ৱাবী। মখোয় অনী তূম্বা যাদদুনা লৈবদুদা তোমপোক্কী মখুৎনা চীংখৈগী মশমদু পায়রগা মনাতোন্দা মনম নমদুনা শাম্লে।

লোম্না হায়রকই — "অস! নঙগী নহানগী চেংহি মনমসে হৌজিক ফাওবা লৈবি।" চীংখৈ ৱাহৈদু তাবদা হবাউভে। অদুগদি তোমপোক্কী নাতোন্দা শমদগী করি চঙখ্রবনো হাকথি, হাকথি হায়না অনীরক খন্দোরকখি। চীংখৈ পাখক্লুনা তোমপোকপু হাকথি খম্লক্কনু ইকাইজৈ হায়বগুম তোমপোক্কী মকোক্কু মথাদা পুশিল্লগা চেৎনা কোনশিল্লি। অসিগী মথংদগীদি অহীংগী বসন্ত লীলা অদুম হৌখ্রে। মিকুপ খবগী তুংদা মমা অমদি মপাবুং তাখিনি কিজরিবা চীংখৈগী মনাদা য়াল্লিবা য়েংথংবগী নাইন মচাদুগী নাদা ফাওরেংনরিবা মচিন্দুনা লম হেন্দুনা মোনখুমগী লং অমদা কন্না লৌবদগী নামন্দুনা চীংখৈনা "আযো" হায়না লাউরম্বনি। মখোন্দু তাবদা থংনবা কাদা সনাতোম্বীনা বামধন্দা অমুক্কা মনঙ্গন্দা খুত্তুম্না শুরকই। বামধন্দি হুই অতনবনা তুমিন তাশিল্লগা তূম্বগুম করিমত্তা লেঙদনা তূম্লি। চীংখৈনা কন্না লাউকবদগী তোমপোকসু য়াওনা ইকাইমিন্নখি।

অদুগী তুংদগীদি ইমুংদু উন-বাইমুক চিকখ্রে। নোংঙাখ্রে। চীংখৈ ঙন্তা হৌবগা চিন-যা শেংবা লোইবগা শুমাঙ-মাঙ্গোল বাই শিংপা লোইবগা শিং-নাম্না বাই তৈবে। অদুগী তুংদা তুম্বদা শেংলুবা ফনেক্তু ঈকজবদা তুম্লগা অহনবা ফনেক অমা হোংদোক্লগা মনীংলোমদা অচোংপা ফনেক্তু ফৌদোক্লুবে।

সনাতোম্বীসু হৌগংলক্লে। চীংখৈনা হংজৈ — "ইমা বেম্মা। ঐবু কবি তৌজৌ হাযবগে?"

"ইচাসিদি কবিমত্তা তৌরুগনু, তুমিন্না ফমদুনা লৈযু "

মমা'বেম্মগী বাহৈদুদা কবিমত্তা তৌবা ঙমদ্রে। তোমপোক্কী কাদা চঙলগা টেবল চৌক্রি, উপু তক্কুনা নান্নবা হোংনৈ। বামধনসু ঙন্তা হৌগংলগা শাগৈগী মনাও বলদেন অমদি লৈকাযগী অতোপ্পা বীবহবি (মশেন থোকপা) অমগা পুন্না উন্নদুনা মণিপুবদা হাযদোকপা চংনবা রা তান্নৈ। এবোপ্লেন টিকেট ককপা ফংদবগী ফবক খবা তাবদুদা টাটা সুমো অমা বাযবগা মখোয অহুম চংলসি হাযনা যান্নরে। ইম্ফাল যৌবগা উবীবোক্কী ইবোতোম্বীখোযগীদা হান্না থুংলগা মাসু যাওনা চংমিন্নবনা ফগানি হাযনা যান্নরে। মখোয ফি-বোল হোংদোকপা লোইদুনা ইম্ফাল চংনবা শেম-শাবা লোইরে।

অযুক্কী পুং নিপাল তাবে। লাই খুকুম্লগা যুমদগী টাটা সুমোদা চংখিবা কাঙবুদু নুমিদাংবাই পুং মঙাদা ইম্ফালদা থুংলে। ইবোতোম্বীখোযগী উবীবোক্কী যুমদা হান্না চঙই। ইবোতোম্বীসু ওফিসতগী কুম্লকপদা ঙাইবম্মী। ইবোতোম্বী উনদুনা মখোযনা লাকপগী মবম পুম্নমক তম্লে। হযেং অযুক পুং তবেংকী অদুবাইদা হাযদোকপা চংপা হাযনা লেপ্পবে।

মণিপুবগী হৌজিক-হৌজিক্কী ইবাংগী মবমদা বামধন্না ইবোতোম্বীদা হংই। ইবোতোম্বীনা হামু-হামুনি, চন্না হিংবা কাঙবুদি কবিসু কাযদে শোক্লরিবা লাল অমদি শিবিবশিংসিদি শেন হেন্না পাম্বা, শেন মুন্নবা কাঙবুগী মবক্তা শোক্লবা লান্নি, অদুনা সেন্টবদগী শেন খবা লিক্লা পীবকপদা মণিপুবগী লালসিদি হেক্তা লোইগনি হাযনা পাউখুম পী।

হোটেলদা লৈরুগে হায়বদা ইবোতোম্বীনা যাদ্রে। মাগীদা মখোয় মবি পুন্না লৈবদা তাবে। বামধন্না মানা হান্না লৈবম্বা ইরোইশেনবগী ইংখোলদু খংনীং নীংশিংলকই। লাই অমনা ইর্নশিনবগুম মফমদুদা চংনীংলকই। খঙদে, মচানুপানা চীংখৈ চেম্লকপসিদা

য়ুম-ইংখোলদুবু নীংশিংলব্রিব্রা ? তৌববুদি মফমদুদা মানা চহীমুক লৈরম্বদু য়াম্না নুংঙাইনা নুংতিগী কার তোংদুনা ওফিস অকা-অকুম তৌদুনা ষন ময়াম লোইদুনা লৈরম্বনি। য়ুমথংননা লৈমিম্নরম্বা কেশো, খম্বৌ লোইনা নীংশিংলক্রে। মানা ইংখোল থাদোক্লুনা চৎখিবা মতমদা মখোয়নদি চৎহন্নীংখিদবনি।

রামধন ইবোতোম্বীগী কারদা মখোয় অনী ইরোইশেনবা তানা লাকই। কারদু গেট হাংদোক্লম্বদুদা মনুংদা হেক্তা থৌজিল্লে। তান চারুদুনা জিরি খোগেন য়ুমদা লৈরম্মী। সরকার এনিমেটেট সসপেনসন থমখিবদগী খোগেনসু মন্ত্রি ফম তাবদগী এম এল এ হিগোকখোকপা হায়বদু ওইরে। মী লাকপদা চা লোন্নবা মী ফাওবা লৈত্রে। শেন থৌবা লাকপা মীনা মহৌশা শেন পীবা লাকখিবা মীদগী মশীং য়াম্না হেল্লে। মচানুপী মোনিকাগী ইমুংনা মা খঙদনা চাখিবা পৈশা ফাওবা মঙোন্দা থৌবা লাক্লে। শুমাঙ য়ৌনা কার অমা থৌজিল্লকপদুদা পৈশা থৌবা লাক্লমাল্লে হায়না পাখৎলুরে। মা হৌজিক্তি হান্নগুম্না মখোল মরা চাউদ্রে। ব্যবহাব য়াম্না ফজরে। অনকপা হোটেলদগী চা অহুমখক লৌহল্লুরগা পুথোরকই। রামধনগী ফোরদা ইবোতোম্বীনা বা হৌদোরকই। তোমপোক্লা মহৌশা ইংখোলসিদা লৈরম্বা বোয়াইগী মচানুপী চেনবদগী পাউ হায়দোকপা লাকপনি হায়না ব্বারী তৌই। মথং-মথং শমথরকপনা হয়েং হায়দোকপা চৎপগী মতাং য়ৌরে।

মাঙ্গোলদা ফম্নগা ব্বারী শানরিঙৈদা বামধন ফম্নম্বদগী হৌগৎলগা অৱাংথংবগী য়েন্নখাদা লেপ্লগা মহৌশা চীংখৈখোয়না লৈরম্বা খাংপোকশঙলোমদা য়েংই। উরী-ব্বারীনা শঙদু তংখায অমদি কুপশিনখ্রে। ব্বা মতোল তেকপা খরসু মথক্তা তুশিল্লি। শঙ্গোলদি শীদোক্লম্নে। পৃত্রিদুসু মপান্দু মপু পান্দবগুম য়েংবদা তাম্নবা মফমদা লৈবা পাৎ অমগী শক্তম লৌরে। য়োংচাক পাম্বীশিংদুদি মনা ফজনা উরৈ হুল্লম্মী। য়েংবদা য়াম্না ফজরে। হৈকোল-লৈকোলশিংদুসু লাপ্না উবদা নাপী-ঙাক্তা ঙাইবগুম উরে।

পৃম্নমক্তু উবগা বামধন্না খল্লি, "ঐনা মফমসিদা হৌজিক ফাওবা লৈরম্নবদি অসুম্নমক্তি ওইরম্লোইকো! ঐনা চীংখৈবু ঙন্না মশক খঙহৌদবনা ঙসিগী থাকসি য়ৌখিবগী মরম্নি। ও! মানা লুনা তৌজখিবী শকহেনবী হায়না মমিং থোনখিবী অমুরাংবীদুবু হৌজিক কনাগী শঙ্গোলদা লৈরমগবা? মদুবু থিরগা ইমৌগী মমাঙদা উৎপা ঙম্নবদি চীংখৈনা কয়া য়াম্না হরাউজগনি। মসিগুম্বসিনা ওইফম থোকপনি হিংবগী অশেংবা মমল। ঐনা হাম্না খঙলুদে। ঐ ষনবীদুবু থিরগা ইমৌগী খুত্তা শিন্নফম থোকই। রামধন ব্বাখল অমদা আ-য়ৌনা কুমথরুরে। মানা শাজখিবা য়ুম ঙসিনা

মীগী ওইখ্রবা মফমসিদা রামধন নীংশিংবগী মহাও লৌবা লোইরগা রুমাল লৌথোক্লগা মীৎলুদু শেংনা তৈথোক্লগা চঙলকই।

মা চঙলকপদুদা খোগেন্না ৱাফম অমখক ফোঙদোরকই — "ভায়! ঐ ৱারী অমা লীগে! পৃথিবী মতুম তায়! সনামহি ফমখোঙ কোয়বা, পাখংবনা মালেম থুংনা কোয়বগী ৱারী পূন্নমক মফম অমদগী হৌরগা মফমদুদা অমুক থুংলখিবা ঙাক্তনি। ঐখোয় মৈতৈগী হৌরকফমসি কংলৈপাক্কি। চহী তরেৎ খুস্তাকপদা লাঞ্জেনবদা ঐখোয়গী ইপা-ইপু তখেল, তেখাও, বঙ্গলাদেশ য়ৌখি। কয়া অমসু অৱাদা লানফা ওইনা পুখি। ঐখোয়গী লাইবক্তা তন্নমদদুনা মণিপুরগী মপান্দা লৈরম্বা কাঙ্গুনা মণিপুরবু ঐখোয়গী পোক্লফম কছার লমদমদগী হেন্না নুংশিজে অমদি পামজে। ঐখোয়না হোৎনদুনা ফংলকপা মিংচৎ, মনা লোইনমক মণিপুরদা খুদোল তন্নীংই। অসুন্না ভায়না মণিপুরদা বেঙ্ক মেনেজর ওইনা ট্রান্সফর লাকখিবা মতমদা মণিপুরদা লৈবা পান্নকখিবদগী ইরোইশেনবগী লমসি লৈখি। অদুবু লাইবক্লা তন্নকপদগী কছারদা অমুক হল্লে। অসুন্না পাখংবনা মালেম কোয়বগুম, ভায়সু ইপা-ইপুগী হাক্তক্তা কছারদা লাঞ্জেন্নুরে। ভায়গী মতমদা মণিপুর অমুক য়ৌরম্লে। হৌজিক অমুক কছারদা লৈরে। অদুবু ভায়গী ইচানা মণিপুরদগী নিংঙোল অমা চেন্নক্লে। ইমৌদুনা কছার নুংশিবগা মণিপুর নুংশিবগা মণিপুর নুংশিবনা হেল্লি শোয়দনা হায়রক্কনি। হৌজিক ভায়দা অরোইবা ৱাহং অমা হংজগে? ভায়বু কছারগা মণিপুরগা কনানা হেন্না নুংশিবগে? পাউখুম শুপ্নগী অমখক্তমক পীবীয়ু।"

ঙাইহাক্তং খল্লগা — "অদুবুদি মণিপুরনা হেনবা তাবনি।"

"ও! অদুদি মণিপুরগী লৈকায় খুঙ্গংগী মরক্তসু খ্বাইদগী নুংশিবা লৈফম থোকই। করম্বা লৈকায় নৎত্রগা খুঙ্গংনা ভায়না খ্বাইদগী হেন্না লৈবীনীংবগে?"

"ইরোইশেনবগী ঐনা লৈরম্বা লৈকাইসিনা ওইফম থোকই।"

"ঐগী ৱাহং লোইরে। ভায়! মতম অমদা নহাক্লা থৱায়মক্কি খন্না শাজরম্বা অমদি লৈবীরম্বা মরুপকী খুৎকী মমি লৈহৌরিবা ইংখোল অমদি য়ুমসি নহাক্কীনি। নহাক্লা মফমসিদা লৈরিঙৈদা নহাক য়াম্না থুনা ফমথোন কাখি। অদুবু ফমথোন কামনবগী ফত্তবসু অদুম লৈখি। নহাক অচৌবা দষা অমা তাখি। মতমদুদা নহাক্লা মতম খরগা খাঙলম্নবদি ঙসিগী ফিভমসি ওইরমদবসু য়াই। অদুবু হৌখিবদি হৌগ্রে। রামসু চহী তরামরি বন্দা চৎলুরবা তুংদা অযোধ্যাদা অমুক হল্লক্লগা নিংথৌ ওইখি। মরুপসু

মালেম কোয়রুম্বা লোইরে হায়না খনবীরো? য়ুমগী শোসি নহাক্কী হান্নগীদুনি ঐনা নহাক্কী খুত্তা শোসি অমুক হন্না শিন্নবা পাম্মী। মরুপ্না খঙলিবদুনি। ঐদি রাজনিতি তৌবা মীনি, জ্বারিনি, অমুক মাঙবা, অমুক তোংবগী কারবারনি। ঐ হৌজিক জ্বারদা শেন মাঙলি। নহাক্না মতম চানা লাকপসে ঐ হায়নিঙাই লৈতনা পেল্লে। শুপ্নগী লুপা লাক্ষ কুনমঙাখক পীরগা ইংখোলসে নহাক হন্দোক্লগা মফমসিদা নুংঙাইনা লৈরো! য়ুমসি রং-পং হাইরগা নচা নুপাগী বর মফমসিদগী যাত্রা তৌহনসি।"

রামধন খোগেনগী অশাংবা লেকচরদু তাবদা মশাদু পুম্মুন মুল্লে। ইবোতোম্বীনা মরক থৎনা ৱাহং অমখক হংলকই — "ভায়বু রিটায়র করি থাদা তারিবগে?"

"মথং চহীগী ফেব্রুৱারি থাদা তারে।"

"ঐগীসু চপ মান্নরে। ফরে, ঐখোয়গী সাহেবনা হায়রিবসিদা কক্লিঙাই করিসু লৈত্রে। মরুপ্না সিদা লৈররবদি ঐখোয় অনী ৱার্কিং চৎমিন্নবা, গোবিন্দ দর্শন তৌমিন্নবসু হৌনরগা চৎমিন্নবা য়ারনি।"

ৱারী শান্নবা লোইদুনা মখোয় অনী ইবোতোম্বীগী য়ুমদা অমুক হল্লকখি। ইবোতোম্বীগীদা নুমিদাংদু মখোয় চাক-ঈশিং চাদুনা নুংঙাইনা লেল্লে। মথংগী অয়ুক্তা পূং তরেৎকী অদুৱাইদা ঈরু-মাইথজবা লোইরগা পুময়াৎ, ফৈজোম, ইন্নফি শেৎ-ইন্নগা মণিপুরগী চৎনবী মতুংইন্না টাটা সুমোদুদা তোংলগা থোরক্লে। লুৱাংশঙবম মতাইগী ওজা গুলাপকী য়ুম হংলগা থোঙ্গালদা গাড়ীদু খাম্মী। গাড়ীদগী কুমথরগা ইবোতোম্বীনা মাঙ থারগা চঙলকই।

থোঙ্গালদগী চঙলকইবা কাঙবুদু হায়দোকপা লাকপা কাঙবুনি হায়বসি খঙবদগী মেমথোইনা মাঙ্গোলদা ফক অমা থাই। বোয়াইসু গুলাপকী মনীংগী ইংখোলদা ঙরাংদগী লৈরবনিনা থোইন্নুসু মচে চেনখিবগা ওজা গুলাপকিদা থবক অমা'ম পাংহল্লি।

হায়দোকপা লাক্লিবা কাঙবুদু দারি কাখৎলগা ফক্কুদা ফম্মী। ওজা গুলাপ থোরক্লে। লাক্লিবা কাঙবুদুনা গুলাপ্তা ভক্তি কৎলি। গুলাপ্নসু নোঙ্কদুনা ভক্তি ওকই।

ইবোতোম্বীনা ৱা হৌদোরকই — "ঐখোয়গী মরুপ্নি, বর ওইগাদৌরিবা ইবুংঙোদুবু পোকপনি, মিংনা রামধন কৌই।"

গুলাপ — "ঐ হান্না খঙজরে।"

"শক হান্নদগী খঙনবীরম্বা যান্না ফরে। অদু, অঙাং মশেল মশা-মশা য়ান্নদুনা চেল্লবনিনা নুপী মচাদু হৌজিক কচ্ছারগী ঐগী মরুপকি খালজরদা লৈবা য়ুমদা য়ৌরক্লে হায়না পাউ হন্দোকপা লাকচবনি। ঙরাং থুংঙবনি, অদুদা খবা থেংখিবদুদা ঙসি অয়ুক ওইনা চৎলসি হায়দুনা ঙসিসি লাকচবনি। অদু করি করম খন্নসিগে তাকপিয়ু।"

বোয়াইস্ ফেজোম শেৎলগা ইন্নফি ইন্দুনা থোক্লকই। রামধন হৌগৎলগা বোয়াইদা খুরুম্মী। বোয়াইনা খুরুম্বা ওক্লা-ওক্লা খল্লি — "নঙ! ঐঙোন্দা হাযজবা লাক্লেদনা!"

গুলাপ্পা লাকমিন্নরিবশিংদুদা চীংখৈঙানবীবু পোকপনি হায়না শক তাকই।

বোয়াইনা ইবোতোম্বী উবাদা — "সাহেবসু যাওবীরকইনা! উখিদবা কুইবদুদা ইঙাও-ঙাওকবে।"

রামধন্না হাযরকই — "ঐখোয়না লানখিবা পুন্নমক ঙাকপিরগা অসিনা ফগনি হায়বদু তাকপিয়ু! ঐখোয় লোইনা যাজগে?"

গুলাপ্পা হংলকই — "নুপামচাসি হৌজিক করি হোৎনরিবগে?"

রামধন — "মহাক সিভিল ইঞ্জিনীয়াব লোইরগা গুৱাহাটিদা আসাম ব্রহ্মাপুত্র ফ্লদ কন্ট্রোল বোর্দকী মখাদা হন্দক্তা এস ও গী পোস্ট অমা ফংদুনা জোইন তৌজবে।"

"অদুদি মহাক গুৱাহাটিদা লৈবগদবা মাল্লি।"

"হোয়। মতম খরদি গুৱাহাটিদা লৈরগদবা মাল্লি।"

"অদু, শোমগী ঐখোয়গী সাহেবনা কচ্ছারদা অদুম লৈবীগদৌরিব্রা? ইচাগা গুৱাহাটিদা লৈবীগদৌরিব্রা? অদুগা শোমনা হান্না লৈবীবম্বা ইরোইশেনবগী য়ুম, ইংখোলদুনা পুরা ওইনা যোনবিখ্রব্রা? মদুসু খঙনীংই।"

"ঐনা খঙ্গবদা ইচানুপানা মণিপুরদা লৈনীংই হায়রগদি মাগী থবক অমা মণিপুরদা ফংনবা থিবসু য়াই। থবক্তু ফংদ্রিঙৈদুদি মপান্দা লৈজখিসনু হায়না খল্লি। অদুগা ঐস্ পেনসন নকশিল্লক্লে। করিগুম্বা ইচানা মণিপুরদা থবক অমা ফংদুনা লৈরগদি ইচাগী মনাক্তা লৈনীংই। ঐনা হান্না লৈরম্বা ইরোইশেনবগী ইংখোলদুদি ঐগী মরুপ অমদা য়োনথোকখ্রবনি। অদুবু ঙরাং থুংঙবগা ঐগী মরুপ ইবোতোম্বীগা কোয়বা চৎলুবদা মহাক্লা ফোঙদোরকখিবা বাফমদুগী হায়রুরবদি ইংখোলদু ঐঙোন্দা অমুক হন্দোকচরো হায়হৌই। পুন্নমকসি ফিভম য়েংলগা মখা চৎথবা হায়বদু তারে।"

গুলাপ্পা বোয়াইদা ওনশিল্লগা হংলকই — "বোয়াই! নঙনা মপা অমা ওইনা করি হায়নীংবা লৈবা?"

"ঐগীদি করিসু হায়নিঙাই লৈজদে। ঐনা পোকচববসু ওজানা ইচা ওইনা নুংশিনা, লুনা-চান্না তৌবীদুনা বী এ তমহনবীদুনা কলেজ কাজরম্বা ইচাবু লোন্না মমা লাক্লুনা থিরক্লগা মোইথেম তৌবীরগা মচা অমুক থারক্লুনা হুরানহনখিবসে ঐ য়াম্না পেন্দে।"

ইবোতোম্বী -- "মকপ বোয়াই, বারৌবীবনু!"

"সাহেব। ঐখোযদি মীনাই ওইনা পুন্সি লেঞ্জরকপনিনা খরা ৱারৌগল্লি! ঐ ঙসিসু কাউদ্রি রাহেদো "নঙবু ঐনা মফমসিদা লৈহনখিবসে ষন শেন্ননবনি; নচা-ইচা লৌন-লৈনহন্নগা ঙাই-শেন ওইনসি হায়না থমখিবা নত্তে।"

রামধন ইকাইবনা মরু লুকথবগা খাঙই।

মখা তানা বোয়াইনা -- ' ঐ বা মখা তনীংদ্রে। ইচাবু লৌশিং তৌদুনা পুবীখ্রবনিনা শোন্না ইনাকখুনবা অবৈবাইদু থোকই; শোন্না অপাম্বদু অদুম তৌবীখ্রো! ঐগী ইচাদো শিখ্রে হায়না খঞ্জরগে?"

গুলাপ্পা — 'নঙসু শাউখিনু। লাক্লিবসি কছারদগীনি, অনকপদগী নত্তে, বা লৈখায় তাদনা হনখিবসু চুপ্লোই। ঐ রা অমা হায়রগে? ইচাদো অথুবদা থিনবীরক্লো। ঐখোয়সু অউনপোৎ অমা'ম লাঙবদা থা মুক্কী মতমদি চঙগনি। মরকসিদা শোমগী বর মপানা হন্দোকপা য়াগনি হায়রিবা ইরোইশেনবগী য়ুম, ইংখোলদু হন্দোক্লবা হোৎনবীরো। ভশেংনা হায়রবদা বোয়াইদি চীংখৈঙানবীবু কছারদা লাপ্পা লৈহনখিবা শুকপাম পামদে। মসি ঙরাংদগী মানা ঐঙোন্দা হায়রবনি। চুম্মী, মণিপুরদা থবক অমা ফংবা হায়বসি ইরায় লায়দ্রে। মানা থবক অমা ফংদ্রিমখৈ মপান্দা লৈজবদুসু থোইনা কায়দে, মী অতৈসু লৈনরি। ঐনা পেন্দবদি ইচা চীংখৈনা বী এ তম্বা লোইশিনবা ঙমদনা লুহোংবা তাবসিনি।"

"সাহেব! ঐনা মদুমদি লোইশিলহন্নবা হোৎনহঞ্জগে!"

"ফরে। অদুদি ইরোইশেনবগী ইংখোল হন্দোক্লবা তুংদা মখা চৎথরসি! ইচানুপীবুসু খরা থুনা থিনবীরক্লো। বোয়াই নঙগী হায়নীংবা অতৈ লৈরিব্রা?"

বোয়াইদু গুলাপকী ৱাফমদু য়ানীংবগুম তৌরে। হায়রকই — "ঐগীদি ঐখোয়গী ওজানা তাকপিরিবদুদা অদুম য়াজরে।"

থোইনুনা পুথোরকপা চাগা চাক্নবদু চাবা-থকপা লোইকগা, "অদুদি ননাই ঐখোগ অমুক য়ৌজরগে" হায়রগা মখোয় মবি হৌগংলগা গুলাপ অমদি বোয়াইবু খুরুমজরগা থোরক্লে।

রামধন মানা মতম অমদা শীজিন্নখিবা অকনবা বাহৈদু বোয়াইনা অমুক হন্না আর্জুনগী ময়াই কনবা তেনগী পাউখুম কর্না ১প মাম্না ময়াই যাওবা তেনে অমনা পাউখুম পীবকপগুম মান্নবা চৈনা অমা ফংখি।

বোয়াইসু বাহৈদু ফোংদোকখিবা মতমদা লমন খুম্বগুম পেঞ্জখি অদুবু পুম্নমক বাখল নৈবা প্রোফেসার গুলাপ্পা তাইশিনবীখি।

হন্নকপগী লম্বীদা মখোয় পুন্না বা তান্নে। ইরোইশেনবগী ইংখোল হন্দোকত্রগদি চীংখৈঙানবী লুহোংবা যাবোইদৌরি। মখোয় উরীবোক্কী ইবোতোম্বীগী য়ুমদা চঙদনা খোগেনগী য়ুমদা হান্না লাক্রগা খোগেনগা উন্নররে। খোগেন্না ভরাং হায়বা বাদু চুম্নম্লে, চীংখৈগী মমা-মপানা মচাবু কচ্ছবদা লৈহন্নীংলমদ্রে, অদুনা ইবোইশেনবগী ইংখোলসি হন্দোকচরগে হাযররে।

খোগেন্নসু পৈশা পুরকপগা লোইশিন্নবসি হায়রে। বা ঙাওনবা লোইরবনিনা ইবোতোম্বীগীদা অমুক হন্নক্লে। ইবোতোম্বীগীদা চাক-ঈশিং চারগা কচ্ছার তানা নুমিত্তুদা অমুক হন্নক্লে। কচ্ছরগী থ্বালজুর য়ৌরগা মরিক চুম্বা পাউদু খৌরাংনা ভাইরম্বা কাঙ্বুদা তম্লে। চীংখৈসু পাউদু তারে। মদুদি - তোমপোক্কা চীংখৈগা ইরোইশেনবগী য়ুম ইংখোল হন্দোক্লবা মতুংদা হান্নগুম্না রামধনগী ইমুংনা ইরোইশেনবদা লৈববকান্দা মখোয অনী লুহোংবা যাগনি। বাফমদু রামধন্নসু অয়াবা পীরম্লে। অদুনা হৌজিক রামধন ইহান হানবদা ইরোইশেনবগী ইংখোল হন্দোক্লবা হোৎনবা তাবনি।

চীংখৈনা নীংজবা বাফম অমা নাকল অনীমক্কা য়ানরকপসিদা চীংখৈনা ঈশ্ববু মপুক্লিংদা হন্না হন্না থাগৎলি। রামধন হান্নদগী খরা লিক্না হৌরকপনিনা হায়রিবা শেনফমদু মঙোন্দা শুনা লৈবনা ইংখোলদু হন্দোকপা করিসু বানা থোকত্রে। সনাতোম্বীনসু বাফমদু হরাউনা য়ারে। মখোয় হৌজিক হান্না মখোয়না মনাওনুপা বলদেবদা পীথোক্লরবা হান্নগী মৈতৈ য়ুমজাওসি মখোয় অমুক থ্বালজুরদা লাক্রবনিনা মনাও বলদেবগী ইমুংদি পাখন ওইনা মখারোম থংবদা নৌনা শারগা লৈরবনি। বলদেবগী নৌনা মৌ থিবা মচানুপা অমসু য়াওরি। ফিভমদু য়েংবদা য়াম্না নুংঙাইত্রবনি। হৌজিক মখোয়না মণিপুবদা অমুক হনবা তারবদি নৌনা শেমজিল্লবা য়ুমজাওসিদা মনাও নুপাগী ইমুং

১ঙুনা অমুক লোইশীবা য়াকাদি। মী: অমনা মমা কারদা মংগা নকুনা মী খরসু নুং ঙাইমিন্নবা য়াই। অদুগা মী অমনা মমা [illegible] মংগা নকুনা মী খরসু [illegible]মিন্নবা য়াই। মদুগী মতাংদু [illegible] পুন্নমকসি চীংখৈগী মরম্নি [illegible] লোইরে [illegible] ইম্ফালদা [illegible] তৌদুনা থম্লে

[illegible] চৎলগা ইরোতোম্বীখোয়গীদা [illegible] চৎলমদাই [illegible] চীংখৈনা শিন্নবা [illegible] তৌদুনা থম্লে। ফনেক মায়েক নাইবা, ব্লাউজ, মচুমগী ইন্নফি লোইনমক শুনা লৈদুনা শেংহন-ইনহল্লে লৈকায়গী লৈশাবী অমনীসু চীংখৈগী মনাক্তা ফম্লগা চীংখৈনা কেবা, ফিজেৎ হোংবা য়েংলি। মখোয়না অসুম্না লাংদুনা লৈবনা তোমপোক্কা চীংখৈগা বারী শান্নবা তাঙ্গা শুকহৎ থংদ্রে। ফিজেৎ হোংবা লোইরক্লবদা সনাতোম্বীনা চীংখৈদা হায়রকই।

---"ইবুংঙো অমুক্তং খুরুম্মুরো।"

চীংখৈসু বাইহেদুদং হায়রক্লবদি খন্না ঙাইজরকপনি। চীংখৈ তোমপোক্কী কাদা চঙলগা তোমপোকপু খুকুম্নবা নোম্বগে তৌই। তোমপোক্কা চীংখৈবু ফারগা মথাদা চেজেৎ কোম্লগা লাইবক্তা নুংশিনা চুপ্পি। করি খল্লুরবনো তোমপোক্কী মীৎলুদগী শীম্বুবকপা পিরাংনা চীংখৈগী লবাইগী শম মথক্তা তাখে। মানা চেৎনা কোম্লগা থাদোরক্তবদুদা চীংখৈনা — "সে থাদোকও, কুইমল্লে" হায়রগা থাদোক্লবা হোৎনরকপদা তোমপোক্কী মীৎলু অনীদা পিরাং শীম্বুরম্বদু উবদা চীংখৈসু খঙহৌদনা ফমুংদা ফমথরগা মমায় খুম্লগা মখোল থোক্লা কপথোরক্লে।

মখোয় অনীগী মওংদু মপান্দা লৈরিবা রামধন, সনাতোম্বী অমদি লৈশাবীশিংদুসু করিনো খন্নে। মতম শাংনা অমুক্তং উনরবদি খন্না ঙাইজরকপা তাঙনা ফংবা তাঙ্গা অমদগী কচ্ছার তানা চেল্লক্লুনা নুমিৎ নীনিখক লৈমিন্নরম্লগা অমুক কায়নবা তারকপসিদা কপ্পনিনা মচা-মমৌ অনীগী থম্মোয় মনুংগী অৱাবদু মমা-মপাসু খঙই।

সনাতোম্বীনা — "করিগী কপ্লিবনো, নুংঙাইবা তানখৎলকপা মতমসিদা কপ্পা তৌহেদে। কপকনু! নখোয় অনীগী নীংবা থুংনবনি নখোয়গী পাবুংগা ইমাগনা হোৎনরিবসে! থোক্লকও লাকও চৎনবা তৌরসি।"

চীংখৈ মীৎলুগী পিরাংদু শেংনা তৈথোক্লগা তোমপোকপু খুরুম্মী। — "তামো! ঐ অমুক চৎলুখিগে?"

হন্দকমুক্তি তোমপোকসু চীংখৈবু বিদাই পীরে। চীংখৈ চৎকদবগী মপান থোরক্লে। ঙাইহাক্তুদা প্রেমানা কেমেরা অমা পুরগা চেল্লকই — "দাদাগা ইনম্মগা পুন্না ফোটো অমুক্তা নমহৌগে?" মাগী ৱাহৈদুদা চীংখৈ অমুক হন্না তোমপোক্কী কাদা চঙলগা মখোয় অনী ফমুংদা পুন্না ফম্মিন্নবগা ফোটো অমা লৌরে। তোমপোক্পা প্রেমাগা চীংখৈগা ফম্মিন্নহল্লগা ফোটো অমগসু নমলে।

ফোটো নম্বা লোইরবা তুংদা চীংখৈ ফমুংদগী হৌগৎলগা লাইনিংথৌ সনামহী খুরুম্নবা কাদগী তপ্পা থোরকই। লাইমাঙদা খুকউ খুদক কুন্দুনা — "লাইনিংথৌ ইবুংঙো! ননাইবু য়ুমসিগী মৌ ওইহন্নবীয়ুকো!" অসি হায়না পুক্লিংদা চেৎনা লাইনিংথৌবু থাগোঞ্জদুনা খুরুম্মী। অদুগী তুংদা তোমপোক্কী কাদা অৱোইবা ওইনা অমুক্কা চঙলকই। কার মনুংদনা রামধনগা সনাতোম্বীগা অনীনা চীংখৈবু ঙাইদুনা লৈবি। তোমপোক্তা ওনশিল্লগা — "তামো! ঐ.. অমুক.. চৎলুখিগে?" ৱাহৈ খজিক্তুংদু মচিন্দগী থোরকপদা মতৎ মতৎ ওইনা তৌরে। ৱাহৈদু হায়না হায়না চীংখৈগী মীৎলু অনীদগী লেপ্তুনা চেম্থরকপা পিরাংদু তোমপোক্লা তৈথোকপি। চীংখৈগী মখুৎ অনীদুনা তোমপোক্কী খোঙদা নোম্থরগা লাইবক কৎলি। তোমপোকসু মীৎলুদা পিরাং থিংবা ঙমদ্রে। শাবী-শানৌ অনীমক মিকুপসিদা অমনা অমগী পিরাং তৈথোক্নে।

তাঞ্জাদুদা বেটি পদার হাইদোক্লগা কাদুদা চঙলকই। মখোয় অনীগী মতৌ উবদা নুংশিনা ঙাইহাক য়েংই।

হায়রকই — "ইবেম্মা! চীংখৈ, ইমাগা পাবুংগা অনীদি কারদা ফম্লগা নঙবু ঙাইদুনা লৈরে। লাকও, থোরকও, চৎনবা তৌরসি!" অসি হায়না চীংখৈবু বেটিনা মখুৎ শমদুনা পুথোরকই। শুমাঙগী নাকল ওইরপ্পা লৈকায়গী নুপী অঙাং ময়াম অমসু চীংখৈ থোরকপদু য়েংগদবগী ঙাইরি। চীংখৈ মকোক খুম্লগা থোরকই।

বেটিদা ওনশিল্লগা — "অবোক! ঐ অবোক খুরুমদ্রি" হায়রগা বেটিবুসু মখোঙ শোক্লা খুরুম্মী। চীংখৈনা বেটিবু খুরুম্বদা বেটিগী পুক্লিংদা কয়াগী মতিক পেঞ্জে। অদুবু লৈকায়গী য়েংলিবা ময়ামদুনদি মদু উবদা মুশুক-মুশুক ঙাংনরি — "করিগীনো মখোয়গী নৌনা লাকপা মৌসিনা মীনাই অসিবু খুরুম্লিবসিবো!"

বেটিনা চীংখৈগী মকোক্তা নুংশিনা নাম্থবী। চীংখৈ ডারী মখাদা কুমথরক্লে। বৃন্দাদেবী মখোঙদা চঙলগা বৃন্দাদেবীবু পূক্লিং চঙনা খুরুম্মী। অদুগী তুংদা হান্নদগী মাবু ঙাইদুনা লৈরবা মারুটি কারগী মমাঙগী সিত্তুদা কাখৎলগা ফমখ্রে। ঙাইহাক্কী তুংদা ড্রাইভরনা কারদু স্টার্ট তৌরগা তপ্না তপ্না শুমাঙদগী থৌদোরক্লে। চীংখৈনা মাবু য়েংলিবা ময়ামদুদা মখুৎ হাইদুনা বিদাই তৌরম্মী।

তোমপোক্তি ইকাইরমাগ্লে থোরকপা উদ্রে। চীংখৈবু য়েংলম্বা ময়ামদু মরী-মরী চৎনখ্রে। কারদু তপ্না-তপ্না থ্বালজুর খুঙ্গং তুংওইনরগ্লে।

হৌজিক্তি বামধনগী ইমুংদা বেটিগা তোমপোক্কা মখোয় অনীতা ঙায়হৌরে। ইমুংদু য়াম্না চিকহৌরে। চীংখৈ চৎখ্রবা তুংদা তোমপোক পূক্লিং য়াম্না নুংশিহৌরে। নাম্মা হাঙলবা উচেক্কুম্লে। মাগী কাদগী থোরক্লগা মনীংথোঙদা লেপ্লগা য়েংথোক্লুই।

উবে, পোলাংখোক্তো চীংখৈনা ঈরুজবদা ঈতৃম্নম্বা ফনেক অমা ফৌরিবদু। ফনেক্কুমক্কি চীংখৈনা মতম অমদা তোমপোক্কা অহানবা থেংনখিবা নুমিত্তো মানা শঙ্গোম শুম্লিঙৈদা শেৎখিবদো! ফনেক্কুনি, সনাতোম্বীনা চীংখৈবু কৌরকপদা মদু শেৎলগা রামধনগী শুমাঙদা লেপ্লিঙৈদা তোমপোক্কা ইমুংদগী লোন্না য়েংলগা পামজনা থম্মোয়দা নাপ লৌখিবদো। ফনেক্কুদা তোমপোক্কা চীংখৈবু নুংশিবগী মচাক্তনা থল্লবা রারী কয়া য়াওখ্রবনি। মসিসু চীংখৈনা তোমপোক্তা চল্লম্বা নুংগী পাউখোঙ অমনি। নাকল অমরোমদা তোমপোক্কা চীংখৈগী ডকশমদা শিবীখিবা সনাগী লীক্কুনা মরম ওইরগা চীংখৈনা তোমপোকপু কাউবা ঙমদ্রি; শোমদা তোমপোক্কা চীংখৈগী ফনেক্তা অমুক ঙাওহৌরে। মসি পূম্নমকসি খঙদুনা চীংখৈনা ফনেকসি ফৌরম্বা শোয়দনা ওইগনি। তোমপোক্কা চীংখৈদা মানা ফনেক্কু শেৎলগা উখিবা শক্তমদু পূক্সিগী কাউবা ঙমদনা মাগী থম্মোয়দা য়েক্কুনা লৈরে তোয়না হায়খিবদুনা মরম ওইরগা চীংখৈনা মাগী মহুৎ শিন্দুনা থল্লম্বা শোয়দনা ওইগনি। চীংখৈনা তোমপোকপু নুংশিজবদি নুংগী অয়ৌবী থাক্তনি। মানা লৈকোলগী গুলাপ মখোঙদা চে মচেত্তা চনখিবা পাউখোঙ খুদিংমক তোমপোক্কসু ফোঙনবা কন্না হোৎনখিবনি। ঙসিদি মাগী মশাগী হকচাংদা থোংলম্বা ফনেক অসিনা তোমপোক্কী মফমদা অনৌবা চেপ্তুর অমগী পাউখোঙ অমগমুক চল্লম্লে।

তোমপোক্কা ফনেক্কুদা মমীৎ কুপ্পনা য়েংবদা হৌখ্রবা মমাঙগী দৃশ্য পূম্বা নৌনা অমুক মনাক্তা হৌনরগা লাকপগুম তৌরে। রাখল অমদা পূক্লিং লুপ্লিঙৈদা খঙহৌদনা

চীংখৈনা থারকপগুম লংখুনু অমা পাইখক্লগা পোলাংখোক্কুগী মতোন্দা তোংলে হক তোংবগা তোমপোক্না ওনশিল্লগা "কু কু কু কু কু কু" হায়না নংহৌরোইদবগুম খোংলে

ফনেক্কুনা নুংশিত্তা নামহৌ নামহৌ চৈকদা তোমপোক্কী পৃক্লংদা অমুক্কা হল্লা নুংঙাইহল্লে। নংখুনদসু খাঙ্গেল হোংদনা অদুম খোংলি।

তোমপোক্কা খল্লকই – "ঐগী থবায়দি মনাক্তা লেঙদনা লৈহৌরবানে ঐনা শেংপদা নঙনা খোইদাজখিবা হঙ্গমপাল মচুগী শঙ্গোম শুম্বদা শেংখিবা অমদি ঙনা অহীংসু শেংখিবা ফনেকসে, ঙসি ঈতূম্লগা পোলাংখোক্তা ফৌজবম্লবানি।"

তোমপোক্কী মমীত্তা ফনেক্কুনা চম্লম্লিবা পাউখোঙদু ফোঙনবা হোৎনবদা চৎশংনা চীংখৈবু শঙ্গোম শুম্লিঙৈদা উখিবা শক্তমদু অমুক হল্লকপগা চপ মান্নহৌরে। লমখুনুগী খোঙ্গেলগী অর্থদুসু কয়াদা হৈনা হন্দোক্লিবা।

মীওইবগী ইনখৎলকপা মতমগী নুংশিনবদা থম্মোয় থম্মোয়বু শেংনববদি মশা লাপ্না লৈবা, নক্না লৈবা খেন্নবা কবিবু লৈবগে? তোমপোক অমদি চীংখৈঙানবী অনীগী নুংশিনবদসু তোমপোক্না পামজবা চীংখৈগী পোৎশক অমখক মনাক্তা লেঙদনা লৈহৌববনিনা চীংখৈনা কৈদৌঙৈদসু মনাক্তগী লাপথোকখ্রবোই হায়বগী চপ চাবা থাজবা অমদি লৈহৌরে। মখোয় অনী নোংমদি গুলাপ্পুগী মখোঙদা বাইথুংনবনি হায়বসিমদি শোয়দ্রে।

—ঃ লোইরবা ঃ—


UNIVERSITY LIBRARY
IMPHAL
৫৭৭৫৮